# লাইনিং লম্বেল

## (System and path of religion)

**Written by**

KARAM GOURAKISHORE SINGH
Yumnam Leikai, Indo-Burma Road,
Imphal-795001

**IN TWO VOLUMES**

**( VOLUME I )**

**Published by**

K. G. ENTERPRISES
Deulah Land, Stadium Road,
Imphal-795001

# নিংশিংজবা

High School, College and University দা text books ওইনা তোঙান-তোঙানবা subject কয়ামুক তমলকপদুনা অমসুং নৈনরক্লুদুনা, হৌজিক্কী মতমগী নাহারোল ইবুংগো ইবেম্মশিংসি material knowledge, relative knowledge and sense knowledge গী মরমদা মতিক চানা খঙলবা মীওইমক্তনি। ঈশ্বরনা শেম্লিবা থৱাই পানবা জীবশিংগী মসুংদা মীওইবনা খুদমগী অহানবা থাক্কী জীবনি, মরমদি মখোয়দা পীনরিবা জ্ঞান অমসুং বুদ্ধি (brain) অসিগুম্বা অতোপ্পা জীব অতেলদা লৈতে। ঈশ্বরগী Cosmic manifestation না ওইরিবা প্রকৃতি (nature) (গী: ৭।৪,৫), হৌজিক্কী মতমগী scientific যুগ-কী মীওইবনদি ঈশ্বরগী energy, law and system চায়নসু খঙলবা (গীতা ১০।৪১) অসিনা universe অসিদা অহাংবা অমত্তা লৈতবনা মসুং শিংন লৈরিবা অসিনু, মীওইবনা অমুক্তা লৈতনা material and scientific knowledge গী মতেংনা থিজিনদুনা, exploit তৌদুনা অমসুং struggle তৌদুনা খরা-খরা মচিং-মচিং খঙলক্লিবশিং অমসুং পোংশক ওইনা পুথোরক্লিবশিং অদুবু, মীওইবগী নুংঙাই-য়াইফবা অমসুং চাওখৎ-থৌরাংদা শিজিন্নরী, মরমদি ঈশ্বর থুদিংদা অরোং-অপা লৈদ্রবা অমসুং peace, prosperity and happiness ওইবা সমাজ অমা হৌজিক্কী মতমগী মীওইবনা পামজৈ। তৌইগুম্বসু, অদুগুম্বা অপাম্বা সমাজ অদু শেম্নবা spiritual knowledge যাওদনা material knowledge তাকনা ওইবা ঙমদে, মরমদি বরি অমুক চায়গনি, মপুঙ ফাবা মী অমনি চায়না (complete unit) ঐথোয়না হৌজিক্কমক, মীংনা উরিবা অমসুং খঙলিবা অসি ফাওবা, spirit পু body না (matter না) য়োমশিন্দুনা embodied living being অমা ওইবনি, নত্রগা spirit পু

surrounding materials, environments and circumstances না কোক্‌শিন্দুনা অমসুং ফাজিন্দুনা থম্মবা, অমসুং মখোয়গী influence না conditional factor অমা ওইদুনা, conditioned living entity অমা ওইবনি (conditioned life ওইবনি), spirit ভাক্তসু নত্তে, matter ভাক্তসু নত্তে, অনিমক্কী অপুনবনি। অদুম্মদি ওইরগা, মীপুম খুদিংদা য়াওরিবা spiritual knowledge গা material knowledge গী চংফি অমত্তা মান্নদে। ঐখোয়না অপাম্বা peace, prosperity and happiness ওইবা অফবা সমাজ অমা ওইহনগে হায়রবদি, মীপুম খুদিংগী spiritual knowledge না material knowlede দগী [illegible] চেনহন্দুনা, অদুগুম্বা combined knowledge অদুনা ঐখোয়গী [illegible] পূর্ণ [illegible] ভৌরিব থবক খুদিংমক্তা apply তৌদবা য়াদে।

করিগুম্বা material knowledge দা biasness লৈবা মী ওই হৌরকলা লেম্বা সমাজ অমা ওইবা তাঁরবদি, মখোয়গী অদুগুম্বা knowledge অদু apply তৌদুনা থবক্তা চংশিনবদা, sense gratification and selfishness কী idea না [illegible] থ [illegible] শিল্লকপনা মরম ওইদুনা, মদুদগী ফংলক্লবা ফল অদুনা থবক অদুদু তৌরিবা মী মশামক্কী, নত্রগা group অমগী, নত্রগা nation অমগী ভুহ্মক চক কী ওইনা কাম্বা, সুং-ভাইবা অমসুং অফবা পুরকপা ভুমনদসু, তুংলৈইবা য়াদ্রে, অমসুং মদুগীসু মপক্তা, মদুনা অতোপ্পা মী, নত্রগা অতোপ্পা group, নত্রগা অতোপ্পা nation অমগী সুখুহৎহনবা অমসুং অমাংঅতা ওইহল্লি। (Example—self-interested person or selfish man, groups or associations whether sacred or secular formed with their selfish ends or sectarian views or partisan feelings or communal feelings— the resultant effects of their work ultimately leading to social and economical

disorder, arms-race and then to catastrophe, namely, use of nuclear weapons, atom bombs, chemicals etc in warfare for destruction of humanity.) অসিগুম্বা catastrophe অসিদগী মীওইববু কনগে হায়রবদি, হকচাং লৈবা অহিংবা মী অমা ওইনবগীদমক, অমসুং অদুগীসু মথক্তা, ঐখোয়না পোকলুরীবা মফম অমসুং সমাজ অদুগা চান্নবা standard of living থম্বা ঙম্নবগীদমক, material knowledge শিজিন্নদুনা essential ওইবা থবক থৱ' মখৈ তৌদবা য়াম্রবনু (গীতা ৩।৮, ১৮।১১), মীওইবগী হিংননবগী পুন্সিগী লানফমদা, হায়বদি ব'ঙল থনবদা, বা ভাংবদা অমসুং থবক তৌবা থুদিংমক্তা spiritual knowledge না material knowledge দগী percentage য়াংনা লৈহন্নবা য়াদে। Complete unit অমমন, ওইরীব' থব'ই পানবা জীব পুম্নকপুসু, অমসুং থবাই পান্দবা পোৎ পুম্নকপুসু, করিগুম্বা অমত্তা হেন্দোকহন্দনা, য়াগী নুংভদা পুমকোন কোন্শিন্নিবা অদুগুম্বা physical or relative or sense world কাওবা, ঈশ্বরগী inconceivable potency না (অচিন্ত্য শক্তিনা) মরম ওইদুনা, "Spiritual touch in the material world" (গীতা ১৪।৩) ওইহল্লিবনি। বাহৈ অমবোমদা হায়রগা, dynamic world ওইরীবনি, হায়বদি অহিংবা অমসুং অরেভবা world ওইরীবনি, মত্রগা changeable and perishable world ওইরীবনি। অদুগুম্বা অহিংবা world অদুসু, ঐখোয়না পামলিবা peace, prosperity and happiness ওইবা world ওইহনগে হায়রবদি, মদুগী parts and parcels ওইরীবা মীপুম খুদিংমক্কী materialistic consciousness কা চাংদগী divine or spiritualistic consciousness কী চাংনা হেনহনগদবনি। মরমদি, part ময়াম্দা ওইরীবা কীভম-মতা অদু, whole দসু অদুম্বক ওইগদবনি।

Religion না য়ুম্ফম ওইবা অমসুং spiritual knowledge দা biasness লৈবা সমাজ অমা ওইরবদি, অদুগুম্বা সমাজ অদুগী মীওইশিং

অদুনা বেদগী বাক্য "God is all and in all—জগৎ সংসার পুম্নমক করিগুম্বা অমত্তা চিংথদনা পুমকোন কোনশিল্লগা ঈশ্বরগী স্বরূপনি, অমসুং অদুগুম্বা স্বরূপ অদুগী মখুংদা লৈবা অমমম, খুদিংগী মখুংদসু ঈশ্বর লৈ। তৈ: উ:—(৩।।১), গীতা—(৬।।৩০,৩১), (৭।।৬,৭), (৮।।২২), (১০।।৮, ৩৯), (১৩।।১৫,২৭,৩০), (১৫।।১৪,১৫), বেদান্ত সূত্র, ভাগ: (১।।১।।১), ব্রহ্মসংহিতা—(৫।।৪৪), ঈশোপনিষদকী মন্ত্র ৫ গুবা" অসিগী মখুং,দা লৈবা বাথল পুম্নমক অদুবু মুম্না খঙ,বা মরম্না, মতুদগী মথা তাথরকপা corollary ওইনা, মথোয়না খঙ,বা ঙম্মী, মতুদি—

(১) অহিংবা জীব পুম্নমক ঈশ্বরগী parts and parcels ওইবা মূর্ত্তিমা মকুনি (spirit materialised as a unit) (গীতা ১৫।।৭)। মরম অসিনা, ঈশ্বরগী সুংঙাইনবগীদমক, অমসুং মানা শেম্বা জীব পুম্নমকী মঙ্গলগীদমকুনি হায়না নিঙ,তুনা, মীওইবনা তৌরিবা থবক পুম্নমক unselfishness motive কা লোয়নবা God-Centred activity ওইহনগদবনি (গীতা ৩।।১৯), (১৮।।৬,৫৭)। মসিতনা মীওইবগী peace, prosperity and happiness পুরক্লবা পাইনি।

(২) Organic Being অমগী মখুং,দা unit অমমম, ওইবা অহিংবা cell ময়াম্না, মা-মাগী লৈজবা শাকুনা unified ওইনা থবক তৌদুনা, whole organic being অদুগা লোয়নবা পুম্না হিংমিন্নবা, সুংঙাইমিন্নবা অমসুং সুংশিনবা অদুগুম্না, complete whole ওইরীবা ঈশ্বরগা মরী লৈননা ঐথোয়না dovetail loving service তৌরবা কান্দতা, গীতা (৩।।৯), (৫।।১০), (১৮। ৪৬,৫৭), ঐথোয় মীওইবা পুন্সিংমক "Completeness of human life with full value" অমমম, ওইদুনা হিংমিন্নগনি অমসুং সুংঙাইমিন্নগনি, নত্রবদি ওইরোই। মরম অসিনা, মীওইবা ঐথোয়গী হিংলিন্দৈগী পুন্সিদা তৌরিবা service পুম্নমক, হায়রবদি social or political or economical service পু ওইরবসু,

নত্রগা communal or national or international service পূ ওইরবস্থ, নত্রগা interplanetary service ওইরবা কাওবদা, ঈশ্বরগী dovetaii loving service ওইগদবনি ৷

(৩) ঈশ্বরগী parts and parcels না ওইরীবা অমত্তা মাহ্লদবা living entity খুদিংমক (গীতা ১৫॥৭) অমগা অমগা ওপোক্লবস্থ মাদে, অচুম্বদি ওইরগা, living entity খুদিংমক্কা complete unit অমমম্ নি হায়না খঙ্নরীবা অসি অতৈ অমা নত্তে, unit অমনা অতোপ্পা unit অতৈগী মথা পোন্দুনা পুম্নপ, হিংমিন্নবনি (গীতা ৩॥১১)। বাহৈ অম-রোমদা হায়রগা, unit খুদিংমক মা-মাগী Complete unit অমা ওইন-নবা হোৎনবদা,ময়াম পুম্নপকী মুংওাইহনবা দরকারস্থ ওই (unity in diversity), হায়বদি লোকসংগ্রহগী থবক মতৌগী দরকারস্থ ওই (গীতা ৩॥২৫)। লোকসংগ্রহগী থবক্তা মুকয়াও য়াওত্রবা মীহুৎ উত্তাংবীগুম্বা জীবনি, অমস্থং অচুপ্পা মীহুৎ গীতানা "হুরানবা অমস্থং পাপ চেন্নবা মী" হায়না কোংদোক্লি (গীতা ৩॥১২,১৩)। মরম অসিনা, material knowledge গী মথক্তা spiritual knowledge না মপুঙ, ওইনা য়াওশিন্দুনা, ঈশ্বরগী স্বরূপ ওইনা মপান্দা উৎলিবা মীওইবগী মঙ্গলগীদমক, (লোকসংগ্রহগী মঙ্গলগীদমক) ঈশ্বরগী dovetail loving service তৌরবা কান্দ-ভা মীওইবা সমাজগী peace, prosperity and happiness পুরক্লবা পাঙ্গনি।

(৪) মুংশিবগী হৌরকফম অমস্থং ভুঙনফম ওইবা ঈশ্বরগা, ইবুংঙো মাগী natural activity অমা ওইনা তৌহুনা Creation না ওইহল্লিবা মুংশিবা মচেৎ মচেৎ য়াওরবা living entity শিংগা, য়েলহৌবদগী য়োনা মুংশিনবগী eternal relationship লৈ। তৌইত্তবস্থ, surrounding materials and circumstances কী influence তগী মীওই-বনা conditioned living beings হেক ওইখিবমক্তদা, অচুপ্পা

থুংশিনবগী মরীচু থদংপগুম তৌনা মশেং-মরাংতা ওইনা লৈ। হায়রগী মতৌগুম্না living entity শিংনা ঈশ্বরগা থুংশিনবগী eternal relationship লৈহল্লবা হোংনহুনা, হায়বদি ঈশ্বরগীদমক professional work কা conventional worship, prayer and meditationগা মীওইবগী পূন্সিগী মনুঙ্দা থানবা য়াদনা পূন্না চংখিন্নহন্দুনা তৌবা থবক মতৌ (গীতা ৮॥৭) অহুনা, থুংশিবগী তৌরকফম ওইবা ঈশ্বর ফংননবা হোংনবা ধর্ম্ম অহুবু মীওইবগী ধর্ম্ম (সনাতন ধর্ম্ম—eternal religion) হায়না খঙ্লৈ। অহুগুম্বা সনাতন ধর্ম্ম অহুতনা. মীওইবা সমাজগী peace, prosperity and happiness পূরক্লবা পাঙ্গনি ।

(৫) অমথক্তা লৈরম্বদগী ময়াম লৈরকপা অহুবু creation হায়না খঙ্লৈ। Cause of all causes ওইবা, অমথক্তা ওইবা the supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অহুবু (ব্রহ্ম-সংহিকা ৫॥১), creation দগী ওইরক্লিবা ময়াম অহুনা থুংশিবা অমত্তুং মহুগী ওন্ন তৈনবদা. ময়াম অহুবু অমথক অহুনা থুংশিবা মশানা তাবনি, মরমদি মমা-মপাগা মচাশিংগা থুংশিনবগী লৈনরীবা মরী অহুগুম্বনি। ঈশ্বরগী creation দগী ওইরক্লিবা প্রকৃতি (nature) (গীতা ৭॥৪,৫) scientist শিংনদি ঈশ্বরগী energy, law and system হায়না খঙনবা (গীতা ১০॥৪১)অসিনা universe অসিগী মপুং থিংনা শীক, থন্না লৈহুনা, অমগা অমগ-গী মরী লৈনদবগুম্না ঐখোয়দা উহল্লিবা অমত্তুং খঙ্হল্লিবা অহুগী underlying unity অহুবু, scientific knowledge গী মতেঙ্না, Scietist শিংনা অতং-অথম লৈতনা থিজিল্লি। Spiritual knowledge গী মতেঙ্না থিদ-থিজল্লরগা, মীওইবা ঐখোয়না ইকোন কোনবদা খঙ্লক্লে, মহুদি অহুগুম্বা অমথক্তা ওইবা underlying unity অহু থুংশিবগী তিন্নফম অমত্তুং হৌরকফম ওইবা The supreme godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-তনা ওইরমলে (গীতা ৬॥৩০), (৭॥৬,৭), (৮॥২২),

(১৩।১৫,২৭.৩০), মরমদি অমগা অমগা মরী লৈনদবগুম্না ঐখোয়না তো-ঙান-তোঙানবা মমিং থোন্নিবা পৃথিবীগী সমুদ্র মরাম কাওবা, Absolute ওইবা মীয়েংয়েংদা য়েংলুরবদি, হায়রবদি time, space and causation গী বাংমদা থল্লুরবদি, পৃথিবীগী ঈশিংনা শরুহন্দুনা সমুদ্র পুম্নমক সত্ত্র অমথক্তা ওইবা অদুগুম্না, মী পুম্নমকী থম্মোয়সুংদা অতং অথম লৈতনা মুং-শিবগী ইচেল অমনা চেন্দুনা, ঈশ্বরগী থম্মোয় অদু পুম্নমকী থম্মোয় ওইহল্লি। মরম অসিনা, অহিংবা জীব খুদিংমকী থম্মোয়সুংদা অসিগুম্বা থানবা য়াদনা য়াওরবা divine or spiritual love কী মতেঙ্না, ঈশ্বরগী প্রেম স্বরূপ ওইরিবা মীওইবা পুম্নমকপু, জাতি-বিজাতি, অচৌ-পিশক, লাইরবা-ইনাক খুনবা, মুপা-মুপী থায়দনা, অমগা-অনগা মুংশিনহন্দুনা মীওইবগী peace, prosperity and happiness পুরক্কবা পাম্বৈ ওইহল্লি। ঐখোয়গা লোয়নদুনা লৈমিন্নরীবা জীবা পুম্নমক্তা মরুওইনা, মীওইবা পুম্নমক্তা অমত্তা ওইনা, মুংশিননা, চান্নবা অমত্তুং হরাওমিন্ননা লৈমিন্নবা হায়বা অসি, ঈশ্বর-গীসু মুংঙাইবনি অমসুং হরাওবনি।

(৬) হকচাং লৈবা জীবনা থবকপু তৌত্রবদি হকচাং কাওবা লৈবা য়াররোইদবা (গীতা ৩।।৮) অসিগুম্বা মীওইবগী হিংনবগী ওইবা পুন্সি অসিদা, ঐখোয় ইশা-ইশাগী স্বধর্ম্ম ওইবা Professional work না (গীতা ১৮।।৯) লোকসংগ্রহগী মওং ওইবা থবক তৌদুনা (গীতা ৩।।২৫), মীওইবগী মুংঙাইনবা সেবা তৌবনা ঈশ্বরগী সেবানি, মখোয়বু মুংশিবনা ঈশ্বরবু (পুম্নমক্তা ওইবা ঈশ্বরবু গীতা ৭।।৭) মুংশিবনি হায়না খন্দুনা, individuals and society বু ঙমজবা খরনা সেবাগী মশক ওইনা কান্নবা পীরিবা অদু, হৌজিক-হৌজিক,মরু মীৎনা উদুনা খঙলবা খুৎথেংননা পীরবা সমাজগী contribution মথল অমনি, অমসুং মহুনা ঈশ্বরগী সেবানি। অসিগুম্বা থবক মতৌ অসিনা material sense তা efficiency পুরক্ক-বগীদমক তৌবা অদুগুম্বা থবক মতৌ ওইহনবত্তা নত্তনা, spiritual

sense তা attachment য়াওদনা, হায়বদি মশাগী ওইজবা থাদোক্লুনা সমাজগী কননবগীদমক্ অমস্তুং ঈশ্বরগী স্নুংঙাইনবগীদমক ইবুংঙোদা কখোকপা অমা ওইনা ভৌবা গীতাদা ফোংদোক্লীবা কর্ম যোগী অমগী থবক মতৌ ওইহল্লি, গীতা—(৩।।১৯,২৫), (৫।।১০), (৯।।২৭) (১৮।।৪৫-৪৬)।

(৭) জগৎ সংসার পুম্নমক, হায়বদি physical or relative or sense world গা transcendental or spiritual world গা পুল্লপ পুনশিল্লগা ওইবা অচুম্বা Infinite or Absolute whole or universe of infinity ওইবা জগৎ সংসার অহু ঈশ্বরগী স্বরূপনি (গীতা ৮।।২০,২১), -(ব্রহ্মসংহিতা ৫।।১), (গীতা ১১।।১০,১৬ ১৯ ২০) (ঈশপনিষদ মন্ত্র ৫ শুবা)। অচুম্বা ঈশ্বরগী স্বরূপ অচুগী $\frac{1}{4}$ না (একপাদ বিভুতিনা) material world নি (গীতা ১০। ৪১,৪২), অচুগা লেমহৌরিবা শরুক $\frac{3}{4}$ না (ত্রিপাদ বিভূতিনা) spiritual world নি। (ব্রহ্মসংহিতা ৫।।৪৪, ৪৯), (গীতা ১৫।।৬)। তোঙান-তোঙানবা মওং লৈবা (distinctive form) অহিংবা অমস্তুং হিংদবা পুম্নমক অসি time, space and causation গী মমুঙ,দা ওইবা অমস্তুং ঈশ্বরগী creation নি হায়না খঙ,নবা ইবুংঙোগী একপাদ বিভুতিগীস্তু মমুঙ,দা ওইবা পোৎশক মরুনি। ঈশ্বরগী creation বু "spiritual touch in the matterial world" হায়না খঙ,নৈ, হায়বদি matter গী মমুঙ,দা spirit য়াওশিনবনি। গীতা (৭।।৬, ৭), (১৪। ৪)। পুম্নমক অসি কোনশিল্লগা অমথক্তা ওইবা infinity ওইবা ঈশ্বর অহু the supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান, বাসুদেব হায়নস্তু খঙ,নবা অহুনি (গীতা ৭।।১৯)। Creation দগী ওইরীবা হায়বদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপকী একপাদ বিভুতি-তনা ওইরীবা material world অসি, অকবগা কত্তবগা য়ানখাইনবা, অরাবা স্নুংঙাইবা পুরা লৈবা, contradictory ওইবা পোৎ, রাখল অমস্তুং event শিংনা পুঙ,বা-পুঙ,বা লৈবা, সত্ত, রজ অমস্তুং তম গুণ অহুম্না য়ানখাইনহুনা

লৈবা, অমসুং positive and negative লৈবা মকমনি। ঈশ্বরগী parts and percels ওইছুনা অমসুং conditioned soul or life ওইছুনা material world দা লৈরীবা মীওইবনা, অরা-অনানা থল্লবা অমসুং পোকপা শিবা লৈবা মীওইবগী সমাজ অসিদগী free (মুক্তি) ফইগে হায়রবদি, spiritual knowledge তগী মপাস্থনা শমগনি (গীতা ২॥১৫)। অদুবু, মীওইবদি embodied living being or conditioned living entity হায়না ওইছুনা লৈরবনিনা, spiritual knowledge তগী মপান্না মুক্তি ফংবা য়াম্না রানা থোকনি। (গীতা ১২॥৫)। মরম অসিনা, মীওইবনা material and scientific knowledge গী মথক্তা spiritual knowledge না লমজিংছুনা, হায়বদি মা-মাগী professional work কা conventional worship, prayer and meditation গা পুন্না চৎমিন্নহন্দুনা (গীতা ৮॥৭), ঈশ্বরগী dovetail loving service or god-centred activity ওইনা থবক পুন্নমক তৌরবদি, unconditioned life or spiritual identity ওইছুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংগনি হায়বদি মুক্তি ফংগনি। থাজৈশেংবমক,সু রাখল অময়োমদা থল্লরবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপনা ওইরীবা universe of infinity কাওবা, spirituai atmosphere না 75% অদুগা material atmosphere না 25% ওইরীবনি। মরম অসিনা, material worldগী মসুত্না লৈরীবা জীবশিংগী মসুত্দা খুায়দগী অৱাংবা থাক্তী জীবনি হায়না claim তৌরিবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী parts and parcels ওইরীবা মীওইবা ঐখোয়গী হিংলিজৈগী পুন্সিদা, রাখল থনবদা, রা ভাংবদা অমসুং থবক তৌবা খুদিংমক্তা, spiritual knowledge না 75% অদুগা material knowledge না 25% ওইহল্লোইদবগী মরম করিগীনো ?

মরম পুন্নমক অসিনা, নাহারোল ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা School, College and University দগী ফংলক্লিবা material and

scientific knowledge গী মথক্তা spiritual knowledge সু ওমজবমথৈ তানশিন্দুনা, অদুগুম্বা combined knowledge অদুনা practical ওইনা থবক্তা apply তৌদুনা, ঐখোয়না পামজিবা peace, prosperity and happiness ওইবা সমাজ অমা ওইহল্লবা হোৎনসি। লাইরিক অসিনা অদুগুম্বা spiritual knowledge অদু চাওথংনবা হোৎনবদা মচাক অমা ওইগনি হায়না থন্দুনা, ঐনা ইজবনি।

শ্রীকারাম গৌরকিশোর সিংহ
য়ুম্নাম লৈকাই, ইন্দো-ব্রহ্মা রোড,
ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং ৫। ৫। ৯২ ইং।

# লাইনিং লম্বেল

## ( System and path of religion )

### VOL—I

CONTENTS

Contents

## Contents

হীরম লামায়

## Contents

হৌরে ॥" হায়দুনা, ইবুংঙোগী Divine attribute শিংবু (লীলাবু) নিংশিংজবগা লোয়ননা ধ্যান তৌদুনা, ইবুংঙোবু খুনিং খুদিংগী ঐখোয়না থুরুমজগদবনি। অসিগুম্বা মতৌ-মওংগী Krishna consciousness ওইদুনা, ইশানা পাংথজনা practice তৌদুনা লৈরগা, মতৌমচাদা মী-ওইবা ঐখোয়না ইবুংঙোদা আত্মসমর্পণ তৌবা য়াবগী থাক, অদু যৌরকপদা, হায়বদি apparent self পু surrender তৌবগী থাক, অদুগা body consciousness লৈরক্তবগী থাক, অদুগা মাইথুম কীনা পুমজল্লবা অদু (শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী অবিদ্যা মায়া হায়না ঐখোয়না খঙনরিবা অদু) লোৎথোক্লদুনা পুমখঙ, খঙনরকপা অমসুং পুনছান ডান্নরকপগী থাক, অদুগা self ego লৈরক্তবগী থাক, অদুগা ইশাগী অশেংবা মচুম (স্বরূপ) খঙলকপগী থাক যৌরকপদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী "দাস" কৌবা য়াবগী Brahminical Qualification লৈরবা মী অমা ওইরক্নি। অদুগুম্বা Qualified man অদুদুনা ইবুংঙোদা আত্ম-সমর্পণ তৌদুনা God-realised person অমা ওইরক্নি। মাহে ভাবরোনদা হায়রগা, জগৎ সংসার অসিগী মফমদা লৈবা-লৈবা অদুগুম্বা মী অদুনা মতম চহী-চহীগী ওইনা, মশাগী apparent self মাংহৎদুনা, জগৎ সংসার পুম্নমক অসি (both spiritual and material universes) শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী অমত্তা ওইব রূপ ওইনা খঙ-গনি, অমসুং জ্ঞাননগী মিংয়েংনা উগনি। অদুনা হায়দনা খঙলিবা অদু, মীওইবগী language of reason না নম্বুঙ, ফাংনা ফংদোকপা ঙম্লোই, মরমদি ইবুংঙোদি related world গী কারিগুম্বা পোৎশক অমত্তগা চাংদম্নদুনা ঙাকপা ঙমদ্রেহৈদবা spiritual idea and perception নি। য়াম্না শম্না হায়রবদা, Supreme personality of god-head শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দি মায়াগী মপান্দা লৈবা, হায়বদি time, space and causationগী বাংমদা লৈবা মরম্না, হেনবীবা ভক্ত মশা অদুনা খঙজগদবনি, অতৈ অতোপ্পা মীনা খঙবা য়ারোই।

## লাইমিং লাখেল

(খ) সর্ব্বব্যাপী universe of infinity ওইবা (Absolute and complete whole ওইবা) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মতম পুম্নমক্তা তুমিন্না, চীংলেম্বা অমস্তুং মুংঙাইবা নণ্ডদা (Bliss) লৈবগা, ইবুংঙোগী natural activity অমা ওইনা, ইবুংঙোগী সর্ব্বব্যাপী ওইবা, হকচাং মসুঙ্‌দগী কয়িগুম্বা অমত্তনা মপান্দা হেন্দোকহন্নবা, অহিংবা অমস্তুং হিংদবা ওইনা জগৎ সংসারগী মমুঙ্‌দা লৈরীবা পুম্নমকপু, "Organic Being" অমগী মমুঙ্‌দা individual cell মরাম্না unified ওইনা লৈবগী ফীভম অহুম্না, ইবুংঙোনা eternally শেমলি, য়োকলি অমস্তুং চুপশিল্লি। অসিগুম্বা ইবুংঙোগী activity অসিবু কাওথোক্তুনা, নত্রগা থওইদহুনা, নত্রগা পঙ্‌বদগী থঙদহুনা, মীওইবা ঐখোয়না "independent and free will" লৈবা, নত্রগা "independent and complete unit অমমম্ ওইবা" life অমনি হায়না ইশা-ইশানা চুমদবা বাখল অসিবু অচুম্বা ওইনা থম্মুনা, ইবুংঙোগা ঐখোয়গা তৎন-থানবা লৈত্তনা য়েনহৌভৈদগী অতুম্বক লৈরক্লিবা মরী অহুবু, থদংপগুম তৌনা মমি-শামিত্তা ওইনা লৈহল্লি। বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, ইশানা ইনিং ইথা তৌনা তৌনিংবত্তা তৌহুনা, ইশা-ইশাগী sense gratification গীদমক, পুক্নিং লুম্না পুক্নিগী মহিং ওইনা হিংবা তম্‌লবদি, ঐখোয় ইশা-ইশাগী natural constitutional position অহুবু ইশামক্তা থুগাইজবা মরম্না, হায়বদি ইশানা শেমজবা কর্ম্মগী ফল মতুঙ্‌ইন্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী natural activity না ওইবা evolution গী process তা শোয়দনমক্তী হৌজিক-হৌজিক ওইরীবা ফীভম অসিদগী হেক্না হন্‌বা মপোক্তা পোকনি। অসিগুম্বা evolution গী process তগী হৌজিক্‌মক্ ওইরিবা ফীভম মত্তা অসি, ঐখোয় ইশা-ইশানা শেমজবা হৌখিবা মপোকী কর্ম্মগী ফলনি, হায়বদি ইশানা পায়কখিবা থিঙ্‌মকী মতুঙ্‌ইন্না খইরকপনি। অসিগুম্বগী শোয়নদবা থোংথো মত্তা অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌-না গীতাদসু ফোংদোক্লি, মথুদি—

## লাইনিং লমেল

"যং যং বাপি স্মরন্‌ভাবং ত্যজত্যন্তে কলেবরম্‌।
তং তমেবৈতি কৌন্তেয় সদা তদ্ভাবভাবিতঃ ॥ (গীতা ৮।৬)"

"হে কৌন্তেয়! মী অহূনা হিংলিঙৈদা ততনা নীংজরকপা অহূ মহাক্না শিরমদাইদা নীংশিংই ; শিরমদাইদা নীংখিবা য়াম্না পামজবা মওং অহূমক শিরগা কংলূই। (গীতা ৮।৬)"

Philosophically হায়রবদ. time space and causation গী মমুঙ্‌দা লৈবা, cause and effcct কী মওং ওইবা natural law গী মতুং ইন্না, মীওইবনা হকচাং হোংদোক-হোংজিন তৌবা অসিদা, হায়বদি evolution নত্রগা transmigration of soul হায়না ঐখোয়না খঙ্‌নরিবা অসিদা, হৌজিক ওইরিবা human life তগী lower life (species) তা ওইখিদনবা ঐখোয়না হোৎনসি। মরম অসিনা, ভুংগী মপোক্তা হন্থবা জীবগী মপোক্তা পোক্তনবা, অমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-চরণবু ফংজনবা, মীওইবা ঐখোয়গী হৌজিক খুদোংচাবা ফংলিঙৈগী পুন্সি অসিদা, বাখলদা, বা ভাংবদা অমসুং থবক তৌবদা, Krishna consciousness কী ভাবকা লোয়ননা হিংবা পুন্সি মরেন ওইননবা, ঐখোয়না হোৎনগদবনি। বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, মীওইনা হেক পোক্‌পদগী embodied being or conditioned living entity অমমম্‌, ওইখিবা মরম্না (মায়াগী মমুঙ্‌দা চংখিবা মরম্না), ঐখোয়গী constitutional posirionগী মতুং ইন্না, Absolute and complete ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী Jurisdictionগী মমুঙ্‌দা, ঐখোয় অসি অহিংবা জীব অমমম্‌ ওইনা ইবুংঙোগী eternally relationship লৈবা parts and parcels তাক্তনি হায়বা অসি কাওরে। মায়াগী মমুঙ্‌দা চংখিবদগী, অশেংবা অমসুং অচুম্বা বাখল কাওহন্‌খিবা অহূবু নৌহৌনা নিংশিংগে হায়রবদি, মতম পুম্নমক্তা ইবুংঙোগী dovetail loving devotional service তৌরবতক্না ওইগনি। হায়বদি,

ঐখোয় ইশা-ইশানা work, worship, prayer and meditation অমগা-অমগা খানবা লৈতনা পূন্না চৎমিন্নহন্দুনা (গীতা ৮।।৭) হিংবা পুন্সি মরেন ওইনববা ঐখোয়না হোৎনরবভদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী complete unit অমমম, ওইবা অমম্ভুং eternal relationship লৈবা parts and parcels ওইরকনি (গীতা ১৫।।৭)। অসিগুম্বা complete unit অমা ওইহুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ধাম গোলোক বৃন্দাবন য়োনবা চৎলিবা (back to Godhead), শাংগ্রবা pilgrimage গী খোংচৎ ওইবা "শরীরযাত্র" পুন্সিগী খোংচৎ মমুত্তদা (হকচাং লৈবা জীবগী থবক তৌননবা ওইবা পুন্সিগী খোংচৎ মমুত্তদা—গীতা ৩।৮), হৌখিবা মপোক্কী কর্মগী ফল মতুং ইন্না, জীবনা হকচাং হোংদোক-হোংজিন মশিং থত্তদনা তৌরিবনি (evolutionary process—গীতা ২।১২, ১৩,২২)। হৌজিক্‌মক ওইরীবা মীওইবগী পুন্সি অসি, লমথুংকন য়োনবা চৎলিবা শাংগ্রবা খোংচৎ অত্থুগী লম্বেল মনাক্তা লৈবা rest house অমদা, pilgrimage চৎলিবা মীহুনা ওহাক্তং পোম্বাবগুম্বনি। অসিগুম্বা evolutionary process তা lower species or life কী হকচাং ওইরম্বদগী higher species or life কী হকচাং ওইনববা, হায়রিবদি মুনি, ঋষি, ভক্ত, সাধু, God-man কুম্বগী হকচাং ওইহুনা অরাংবা থাক্তা মথং মথং কাখৎলক্লবগীদমক, ঐখোয়না অত্তৎপা লৈত্‌না হোৎনসি।

(গ) ঈশ্বরগা য়াম্না নকশিন্নরা লৈবদগী ওইরক্লিবা, ঐখোয়না অহিংবা হায়না খত্তনরীবা অসি অতক্পনা থল্লবা অচুম্বা অমনি। Principle of consciousness ওইরীবা ঈশ্বরগা য়াম্না নকশিন্নরা লৈরবস্তু, ঐখোয়না ঈশ্বরবু উবা ঙংদে অমম্ভুং খত্তবা ঙমদে। উবগী principle অমম্ভুং খত্তবা নত্রগা পুন্সিংদা কাওবগী principle (feeling feculty) অহুবু ইবুংঙো মহাক্না ওইবা মরম্না, ঈশ্বরনা knower নি।

knower বু ঐখোয়না করম হায়না খঙ্বা ঙমগনি ? খঙ্বা পামলিবা মী মশামক, অহুম্, হায়না অতুম্মক, ইবুংঙো মাগী মশাগী মহুঙ্দা য়াওশিন্দুনা লৈরবা Absolute and complete whole ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু, মী অতুনা খঙ্জহুনা জ্ঞানগী পোৎশক অমা ওইগে হায়রবদি, মমি ওইনা খঙ্বা অমসুং জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উবা নত্তনা, করিগুম্বা উপায় অমত্তা লৈত্তে। ইশাগী মিৎপু ইশানা উজগে, নত্রগা খঙ্জগে হায়রবদি, পুৎনা মাহুনা খঙ্বা, নত্রগা মিংশেলদা য়েংলগা খঙ্বা ঙম্মী। ঈশ্বরদি material নত্রগা physical নত্তবনিনা, খুৎনা শোক্নুনা খঙ্বদি য়াদে। মপাম্বোংগী বাখল পুম্নমক থাদোক্নুনা, ঐখোয়গী থম্মোয়মুংদা পুক্নিং চংশিন্দুনা, spiritual plane, হায়বদি "centre of our Being", ভাবনা য়েংনবা হোৎনবা য়াই, অসিগুম্বগী Introspective method অসি মথল অহুম থোকই। মহুদি, (১) রাজ-যোগ হায়না খঙ্নবা, mind গী পাম্বৈনা feeling and thinking দগী কংলকপা, চপ্চুংবা ঈশ্বর ফংননবগী বাখল অমথক্তং অতুগা লোয়নননা breathing exercise ( প্রাণায়ামা ), হায়বদি কুন্দলিনী-যোগ, নত্রগা প্রত্যাহারা অমসুং ধারণা যোগ হায়না খঙ্নবা যোগ সাধন তৌহুনা, ঈশ্বর ফংনবা হোৎনবসু য়াই। নত্রগা (২) জ্ঞান-যোগ হায়না খঙ্নবা, intellect কী পাম্বৈনা reasoning, probing, analysing, discriminating, reflecting and contemplating তৌহুনা জ্ঞানগী পাম্বৈনা, ঈশ্বর ফংননবা হোৎনবসু য়াই। নত্রগা (৩) ভক্তি যোগ হায়না খঙ্নবা, মীওইবগী natural ওইবা, পোক-পদগী লোয়নরক্লবা, হিংলিবমথৈ থানবা য়াদনা অহুম্মক থজিক্কা ওইরবসু সুকমাং মাঙ্দনা মীওইবগী হৃকচাংদা য়োমহুনা লৈরবা মুংশিবা, মুং-ডাইবা অমসুং ফজবগী "রাগ-অপাম্বা" অহুবু, aspirant অহুনা physical world গী মাইকৈদগী spiritual world গী মায়কৈগোমদা ওনশিন্দুনা, ঈশ্বর ফংননবা হোৎনবসু য়াই।

## লাইনিং লমেল

মীওইবনা থবক তৌদনা হিংবা য়াদে, মরমদি "থবকপু তৌত্রবদি হকচাং ফাওবা লৈবা য়ারোই" (গীতা ৩।৮)। তৌবতবু, তৌরিবা থবক অদু কর্ম্ম-যোগী অমা ওইনা Krishna consciousness কী ভাবতা, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী eternal servitude অমা ওইনা, ইবুংঙোগী dovetail devotional loving service ওইনা তৌগদবনি (গীতা ৩।৯, ৫।১০, ১৮।৪৬, ৫৭)। অদুগা অমুকন্তু, তাইবংপানবগী লানফমদা মীওইবনা কর্ম্ম-যোগী অমা ওইনা লৈন-লৈবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মিকুপ অমত্তা কাওবা কাপ্দনবা অমসুং নিংশিংনবা হোৎনগদবনি, হায়বদি work, worship, prayer and meditation মীওইবনা হিংলিঙৈদা পূম্না চৎমিন্ননবা হোৎনগদবনি, থায়দোক্কবা য়াদে। অসিগুম্বা বাকম অসিবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা গীতাদা ফোংদোক্লি, মদুদি "ঐতবু নীংশিংঙু অদুগা লান শোংক্লো।" (গীতা ৮।৭)। মীনা হিংননবগীদমক, থাদোকপা য়াত্রবা কর্ম্ম যোগী অমা ওইনা-ওইনা, intros-pective কী method ওইবা meditation মথক অদুম, হায়বদি রাজ-যোগ, জ্ঞান যোগ অমসুং ভক্তি-যোগ অদুম অসিগী মপুঙদা, মী অমগী মশাগী পোকপদগী লোয়নরক্লবা হৈনবী, ঐখোয়না inborn quality হায়না খঙনবা, মশা-মশাগী aptitude, ability and tempera-ment অদুগী মতুং ইন্না, মশাগা চান্নগদবা অপাম্বা যোগ অমা খনজগদবনি। মরমদি, মথক্তা হায়প্রবা যোগ মরি, হায়বদি (১) কর্ম্ম-যোগ, (২) রাজ-যোগ, (৩) জ্ঞান-যোগ অমসুং (৪) ভক্তি-যোগ মখোয় অসি, অমনা অমদগী হেনবা নপ্রগা তাবগী বাকমন্তু লুক্লৈ লৈতে। যোগ অমথক্তনা self-sufficient ওইবন্তু নত্তে, অদুগা অতোপ্পা যোগ অতৈদগী পুন্নতোন-তোঙারা লৈবন্তু য়াদে। মখোয় খুদিংমক চুশিন্নগদবা অমসুং চান্নগদবা মওং মতা য়েংহুনা, অপাম্বা যোগ অমনা primary ওইরগা, অতোপ্পা যোগ অতৈনা secondary ওইদুনা, varying proportion দা তিনশিন্নগদবনি।

## লাইনিং লম্বেল

লাইনিং লম্বেল মথল মখি অসিগী method খুদিংমক্তী অরোয়বা থাক, অদু য়েৌরকপা খুদিংমক্তা, "পূম্নমক কংথোকপা" হায়বদি আত্ম-সমর্পণ,-তনা ওইগদবনি (গীতা ১৮॥৬৬)। অদুগুম্বা আত্মসমর্পণগী থাক, অদু য়েৌরকপদা, মী অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী 'দয়া' ফংবা য়াবগী Qualified man অমা ওইরে। অসিগুম্বা আত্মসমর্পণ অসি, বাহৈতগী ওইনা ভাবনা শাগৎপদি ওইবা য়ারোই, অশেংবা থোকৃখিবা থৌদোক, অমগুম্না থবক ওইনা তৌগদবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী inconceivable potencyদগী (অচিন্ত্য শক্তিদগী) থান্নৈমক শেংনা থোক,হনখিবা মর্ত্ত্যলোকী বৃন্দাবন মমুঙ,দা "গোপীলীলাদা" উংলিবা, গোপীশিংনা ইবুংঙোবু নুংশিবা অসি, মীওইবগী নুংশিবা মঙুংশি অসি নত্তে, হায়বদি worldly affairs কী ওইবা sense gratification নত্তে, "নুংশিবা মচেৎনা নুংশিবা মপুমবু নুংশিবনি" হায়না উৎপা, অদুগুম্বগী আত্মসমর্পণগী মতৌ অদু ওইগদবনি। অশেংবা নুংশিবনা (spiritual or divine love) মরম ওইদুনা, সংসারিক্তী ওইবা বাথল পূম্নমক, হায়বদি মমা, মপা, শাগৈ-নাতৈ অমসুং worldly affairs পূম্নমক কা৫খিদুনা, মতুদগী হেনদোকপ্রদুনা, মী অদুগী মিং অমসুং হকচাং (apparent self) ফাওবা লৈতবগুম্না নিঙ,খিদুনা, মশাগী individual identity নিপানি নত্রগা নুপীনি হায়বা ফাওবা কাওখিদুনা, spiritual identity or spiritual body অমা (নিপাসু নত্তবা, নুপীসু নত্তবা) ওইখিদুনা, অদুগুম্বা অশেংবা নুংশিবা মচেৎনা (individual divine love না) অশেংবা নুংশিবা মপুমদা (Absolute divine love তা) তিনখিবা নত্তনা, করি অমুক ওইকম, থোকপগে? হায়বদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী parts and parcels ওইরীবা individual divine love না মর্ত্ত্যলোকী বৃন্দাবন্দা মীওইবগী সমাজদা অবতার তৌদুনা নবীন মদন ওইরীবা (young cupid god নত্রগা কামদেব হায়না থঙ,নবা) শ্রীকৃষ্ণ

লাইনিং লমেল

ভগবান-দা তিনখিবা নত্তনা, করি অমুক ওইকম থোক্পগে ? "Love merges to love" অসিগুম্বগী আত্মসমর্পণগী মওং অদু ওইগদবনি। বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, অচাথাও টিন অমা মচিন হুৎলগা, অহাংবা বালটিন অমদা অচাথাও হৈদোকপদা ওইবীবা অদুগুম্বা মওং অদু ওই-গদবনি। টিন্-দা লৈবা অচাথাওগা, টিন্দগী থোরক্লিবা বালটিন্দা লৈবা অচাথাওগা, অচাথাও অনিদুবু শম্নহন্নীবা অচাথাওগী মরী অদু, অচাথাও হৈদোকপা হায়বা থবক অদু তোক্ত্রিবা মথৈ, মায়াগী ওইবা সংসারিকী পোৎশক অমত্তনা থদংপা য়ারোই। শম্না হায়রবদা, গোপী থুদিংমক, অসুপকী মতিক ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌দা পুক্নিং লুপশিন্নম্মী, মতুদি মথোয় থুদিংমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-গা মশা অমত্তা ওইখিরম্মী, অনি গুরক্ত্রে। মথোয়না য়েংথোকখিবা মায়গৈ থুদিংমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌তমক, উত্রে, অতৈ অতোপ্পা পোৎ অমত্তা উখিত্রে। মথোয় মশা-মশামকী apparent self মাঙ্‌খিদুনা, জগৎ সংসার পুম্নমক (both spiritual and material universes) অমত্তা ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ওইনা উত্রে অমসুং জ্ঞানগী মিৎয়েংনা থঙ্‌ত্রে। অসিগুম্বা মতৌগী practical ওইনা তৌবা আত্মসমর্পণ অদু ওইগদবনি। পুক্নিং চপ্‌ য়ুংনা (একান্তিক ভাবনা) মপুং ফানা আত্মসমর্পণ তৌদুনা apparent self পু মাঙ্‌প্রবদি, মতম অহাক অদুগীদমক্তদি, aspirant অদুগী হাম্নগী "হকচাংগী শক্‌ফমগা মিংগা কোম্নবা ঐ" হায়বা অদুসু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশাগী মসুঙ্‌দা অদুম্মক য়াওখিদুনা মাং‌প্রবদা, বাথল অমরোমদা হায়রগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী দম্মা ফংদুনা, ইবুংঙোগী মিৎথক্লবা ব্রহ্মজ্যোতিবু (effulgence of god) লৌথোকপিপ্রবদা, বাহৈনা ফোং-দোকপদি তমত্রবা, পাক-চাওপ্রবা অহাংবগুম্বা, নির্গুণ নিরাকার ব্রহ্ম-মুভূতি অমসুং Absolute completeness ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী রূপ-পু, aspirant অদুগী পুক্নিংগী অমাম্না উজবা ফংগনি। শম্না হায়-রবদা, থঙ্‌দবা মী ওইরম্বদগী aspirant অদু অথঙ্‌বা মী অমা (God

realised person) ওইরকনি। মীওইবগী পূক্সি অসি জীবাত্মানা (ঐ অশেংবনা) ঈশ্বরবু ফংনবগী লম্বেলনি।

(খ) মিং অমসুং মূর্তি লৈতবা self কী লাইনিং লম্বেলসু, বেদান্ত অমসুং জ্ঞান-যোগকী লাইনিং লম্বেলনি। মসিবু অদ্বৈতবাদ, নত্রগা monism গী লাইনিং লম্বেল হায়নসু খঙ্নৈ। মতুংগী অম-তৈনবদা, মিং অমসুং মূর্তি লৈবা supreme personality of Godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংনবা নিঙ্জবা অদু, ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেলনি। মসিবু দ্বৈতবাদ, নৎত্রগা Dualism গী লাইনিং লম্বেল হায়নসু খঙ্নৈ। অবাংবা থাক্কী লাইনিংদদি, মৎকী method অনিমক অসি অমথক্তা ওইনা পুনশিন্ন। মরমদি, ভক্ত অদুনা মন্দির মনুঙ্দা লাংলিবা, অমসুং সৎ-চিৎ-আনন্দ আর্ক-বিগ্রহ ওইনা সেবা-পূজা তৌজরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অদুবু, মাগী মাঙ্দা মীৎনা উরিবা limited ওইবা মূর্তি অদু ত্তাক্তা ওইনা লৌদে। ইবুংঙো মহাক্তি eternal নি, universal Reality নি, universal consciousness না মূর্তি ওইনা চোংথোক্কুনা মাঙ্দা লৈবনি, all-comprehensive and Absolute completeness হায়না খঙ্নবা spiritual and material universe পুম্নমক পুমকোন কোনশিনবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি। মতুংগীসু মথক্তা, মকম খুদিংদা শীনবা থুংনা লৈতুনা ভক্ত অদুগী থম্মোয়মুংদসু লৈরীবা Indwelling Reality, নৎত্রগা আত্মা, নৎত্রগা শ্রীকৃষ্ণভগবান (অন্তর্যামীন) হায়নসু খঙ্নবা, অদুবুসুনি হায়না লৌই। মরমদি, গীতাদা হায়রী মদুদি "জীব পুম্নক্কী থম্মোয়মুংদা লৈবা আত্মা অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-নি।" (গীতা ১০।।২০)। "ঐবু অচৎ-চত্ত পুম্বগী মাঙ্নবা মরুনি হায়না খংঙু।" (গীতা ৭।।১০)। "ঐত্তোন্দগী তোঙানবা ঐ নত্তবা অমত্তা লৈত্তে।" (গীতা ৭।।৭)। অসুম তৌদুনা থম্মোয় মুংদা হুজিন্দুনা ধ্যান তৌদুনা, self-introspection গী method শিজিন্নদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু

## লাইনিং লম্বেল

(আত্মাবু) পুক্নিংগী জ্ঞানা উবা অমসুং খঙ্‌বা অদুবু self-realised or God-realised person হায়নসু খঙ্‌নৈ। থ্যান্দা লুপশ্রবা মী অদুগী পুক্নিং অদু কদায় কাওবা চংশিনগে হায়বগী চাং অসি, মহাক্কী vision of life পু, হায়বদি মী অদুগী থম্মোয়সুংদা লৈবা হিংনবগী খ্বায়দগী মরু ওইবা মচিবু, হেন্ন-হেন্না, থাক্‌-থাক্‌, নায়না খঙ্‌লকপগী চাং অদুনা ওইগনি। অহানবগী stage দা physical body লৈতবগুম্না, অনি-শুবগী stage দা astral body লৈতবগুম্না, অমসুং অহুমশুবগী stage দা causal body লৈতবগুম্না তৌরকনি। মতম অদুদা, aspirant অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা "আত্মসমর্পণ" তৌবা য়াবগী থাক্‌, অদু য়োৎরদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী "দয়া" ফংবা য়াবগী Qualified man ওইরকনি। অদুম তৌদুনা, ঐখোয়গী মিৎনা উদ্রবা Supreme Being অমনা মফম খুদিংদা শীনবা থুংনা ফোংদোকুনা, aspirant অদুগী মপান থোংগী কুয়োম অদুন অদু মাঙ্‌খিবগা লোয়ন-লোয়ননা, অনি-অনি থোকপগী মওং ওইবা বাখল পুম্নমক মাঙ্‌খিনি। হায়বদি form লৈবা অমসুং form লৈতবা, attribute লৈবা অমসুং attribute লৈতবা, ফোংদোকপা অমসুং ফোংদোকতবা, মীওইবগী বাখলনসু ফোংদোকুনা অমসুং তাকুনা মীয়ৌন্দা খঙ্‌হনবা ঙম্মরোইদবা, symbol and emotion গী মতেঙ্‌নসু খঙ্‌হনবা ঙম্মরোইদবা, পাক্‌চাওশ্রবা অহাংবগুম্বা, অদুম্মদি ওইরগা Absolute completeness ওইবা মপুং ফাবা Supreme Truth অমসুং ultimate Reality অদুবু, শম্না হায়রবদা, নির্গুণ নিরাকার ব্রহ্মানুভূতি হায়নসু খঙ্‌নবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু, মপুং ফাবা জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উজবা, খঙ্‌জবা অমসুং ফংজবনি।

Conditioned living entity ওইরবদি মীওইবনা জগৎ সংসার অসিদা হিংদুনা লৈবা য়াদবনিনা, হায়বদি মায়ানি হায়না ঐখোয়না খঙ্‌নবা body snd surroundings শিংসিপা লোয়নদুনা লৈরিবৈ

মতম অহুকী মথৈ, অহিংবা মী অমা হায়বহ্ ওইবনিনা, aspirant অহুনা the supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু জ্ঞানগী মীৎয়েংনা দরশণ কংজক্করিবা অহু, মহাক্না ধ্যান্দা লুপ্তু্না মায়াগা লোইনদবগুম্না লৈরিবৈগী মতম ওহাক অহুগী মমুঙ্দদনি, মতম পূন্নমকীদি নত্তে। বাহে অমরোমদা হায়রগা, মাগ্না মমুঙ্দা লৈন-লৈনা aspirant অহুগী জ্ঞান্না spiritual world দা লৈথিহুনা, ধ্যান্দা লুপ্লিবৈগী মতম ওহাক অহুতদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু দরশণ কংজবগী বানি। ধ্যান্দগী হন্দোরক্লবা মতমদা (detachment) aspirant অহু, মানা হান্না ওইরমলিবা ordinary man অহুগুম্না, মাগী হৌথিবা মপোক্কী কর্ম্মগী ফল চাবা লোইত্রিবা ফাওবা, মায়াগী সংসার অসিদা হিংহুনা লৈগনি। Meditation তৌননবগীদমক্ mind concentration ভাক্কা হৈবা য়াংদে, mind detachment সু হৈবা তাই, মথোয় অনিমক পূন্না ওম্বা অহুবু, mind control তৌবা ওম্বা হায়না থওৈ। Mind detachment তৌগ্রবদি, অহিংবা মী অমা ওইনা মাগ্না মমুঙ্দা aspirant অহুনা হিংবা য়ারোই, হায়বদি মহাক হকচাং থাদোক্লবা অশিবা মী হায়বা অহু ওইরবনি। অফাওবা যোগী ঋষিশিংনা মথোয় অনিমক পূন্না তৌবা ওম্বদগী, physical world অসিদা অহিংবা মী অমা ওইনা লৈহুনা, God-realised person অমা ওইরিবনি।

(ঙ) হৌজিক্কুগী চহি ৫০৬ রোমগী মমাঙ্দা কলিযুগকী মীওই-বগীদমক, মীওইবগী সমাজদা পোক্নুনা প্রেম-না মূর্ত্তি ওইনা চোংথোরক্লবা অবতারনি হায়না মীয়াম্না থঙ্নরবা (spiritual love materialised as an Avatar), শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মীয়ামদা শন্দোক্লবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ফংনবগী মধুর রস হায়না থঙ্নবা প্রেম-ভক্তিগী মরমদা থম্লবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ স্বরূপ ওইবা পূর্ণ ভগবান-নি। ষড়ৈশ্বর্য পূর্ণ অমসুং পূর্ণানন্দ ওইবা বিগ্রহ স্বরূপ্-পু,

নিরাকার (formless) ওইনা খনবা য়াবোই। প্রভুগী মধুর রস হায়বা খঙ্নবা প্রেম-ভক্তিগী মরু ওইবা বাকমদি, ভক্ত অমম্তুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অনি অসিগী মনুঙ্দা লৈনরীবা মরী অদুবুনি। "ঐ অসি ভগবানগীনি।" হায়বা ভাব অ'সনদি হায়রীবা মধুর রসকী সাধন অসি ওইবা য়াদে, মরমদি অদুগুম্বা ভাব অদুনা খঙ্হল্লিবদি, ঐহাক অসি তোঙানবা অমা ওইনা লৈত্রে, হায়বদি ইবুংঙোগী হকচাং মমুঙ্দা ঐনু য়াওখিদুনা "ভেদ-separate" ওইদ্রে। অদুম হায়না ঐহাক অসি ইবুংঙোদগী তোঙাম্না লৈত্রবদি, অহিংবা অনম্তুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক করিমত্তা লৈতবা মরম্ম', বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, creation কাওবা লৈতবা মরম্মা, কনাবা কনাবু ম্মা'শিগদৌরিবনো? মধুর রসগী সাধন অসিদা লৈগদবা ভাবতি "ভগবান অসি ঐগীনি।" হায়গদবনি। শম্মা হায়ররদা, জ্ঞান-যোগপু পানদুনা সাধন তৌজরিবা মীশিংনা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিন্নবা হোৎনবনি। বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, ঐহাক্না ঈশ্বর ওল্লকদবা নত্তে (conversion নত্তে), য়েলহৌকৈদগী হৌনা ঐহাকস্তু য়াওনা Brahman ওইদুনা লৈজরবনি। Brahman অনা (ওঁ অনা) real existenceনি। (Om, the word of power is the symbol of Brahman) মতোম্ অনা অচুম্বনি, মহাক নত্তবা অতৈ পুম্নমক অরানবনি। মসিগী বাখল অসি তরু তরুনা হেক্ খঙ্লকপদা, মদুগী মথং চৎথরকপা ওইনা ঐখোয়না খঙ্গনি, মদুদি ঐখোয় অসি অমথক্তা ওইবা, অনি অদবা, eternal, unchanging and infinite ওইবা Brahman অদুনক্নি। অদুগ' ভক্তি যোগপু পায়দুনা মধুর রসকী সাধন তৌজরিবা মীশিংদি মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী তোঙাম্না (ভেদ ওইনা) লৈগদবনি, ইবুংঙোগা অমত্তা ওইশিনগদৌবা নত্তে। বাকম অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদসু ফোংদোক্নি, মদুদি জীব পুম্নমক ইবুংঙোগা তোঙান তোঙাম্না, অমসুং জীবশিংনা ইবুংঙোগী eternal fragmental parts

ওইনা (সনাতন ওইবা অংশ ওইনা) eternally অচুম্মক লৈ। (গীতা ২।।১২, ১৫।।৭)। বাখল অমরোমদা অমুক হায়রগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী লীলা বিলাসকীদমক ইবুংঙোনা মায়া পুথোকই, অদুগা মায়াহৈবু মানা control শু তৌই। মায়ানা শুমহৎলবা জীববু তোঙান্দবনি (অভেদনি unseparated নি) হায়বা কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্কোই। জীব হায়বসিদা পূম্নমক য়াওরবনি, হায়বদি জীবদেহদা "আত্মবুদ্ধি" তাক্তা ওইহনবা চুমদে। অসুম হায়না চুমদবা বাখল অদুনা মরম ওইদুনা, জগৎপু মিথ্যানি (false) নি হায়রীবনি। জগৎ মিথ্যা নত্তে. নশ্বরনি, হায়বদি destructible and transient নি। জগৎ সংসার শুন্য নত্তে, মাগীসু অচুম্বা অমা লৈরে, অদুবু মদুগী background দা, হায়বদি ঐথোয়না উরিবা অমসুং খঙ্লিবা জগৎ সংসার অসিগী মখুং, ফাওনা, Absolute Truth হায়না খঙ্নবা Brahman লৈবা মরম্না (গীতা ৭।।৭), জগৎ অসি Brahman গী মমি ওইনা, নৎত্রগা illusory object ওইনা (শেরায়না থলহনবা পোং ওইনা) ঐথোয়না উবতনি. মিথ্যাশক্তি নত্তে। অতিয়াদা নোংগী লৈচিন্না কোয়পাই পাইবদুদা. ঐথোয়না মদুবু উরম্বদগী উথিদবশুম্বনি জগৎ অসিগী ফীভম-মতা অসি। নৎত্রগা rainy season ওইদুনা লৈবাক্তা হৌবা মহৈ মরোংনা ফরম্বা অদুবু, rainy season লোইশ্রবদা মহৈ মরোং কংশিন্নকপশুম্বনি। অসুম তৌদুনা cosmic manifestation (জগৎ সংসার) অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী পুথোরকই (গীতা ৭।।৪,৬), অকক্নবা মতম খরা লৈরম্মী. মমৈথংদা মাঙ্খি। অসুম হায়না থোরকপা, লৈরম্বা অমসুং মাঙ্খিবগী cycle অসি eternal নি। মরম অসিনা. জগৎ সংসার eternal নি. false (মিথ্যা) নত্তে। Cosmic manifestation গী মখুতদা তোঙান-তোঙানবা activityনা শীক থম্না লৈ। Living entity শিংনা অদুগুম্বা activity ময়াম অদুগা মরী লৈননা পূক্নিং লুপ্পুনা থবক তৌদুনতা লৈ (গীতা ৭।।৫)।

## দার্শনিক মতেল

চিৎ, অচিৎ অমসুং ঈশ্বর—অহুম অসিগী অমগা-অমগা মরী লৈনবা অহুবুনি সম্বন্ধ হায়বসি। থাগৈশেংবমক্তি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান,-না পূর্ণমকসি ওইবনি, হায়বদি পোৎ অমথকুনি, অনি ওদে। অসুম তৌহুনা, ভেদ অমসুং অভেদগী (separated and unseparated গী) জ্ঞান মপূং ফানা থঙ্লবা মতম্তদা Absolute existence, Absolute knowledge and Absolute bliss ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী তত্ত্ব মী-ওইবা ঐখোয়না নিংখিনা থঙ্বা ঙমগনি। বাকন অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান,-না গীতাদসু ফোংদোক্লি, মহুদি—

"যো মাং পশ্যতি সর্ব্বত্র সর্ব্বঞ্চ ময়ি পশ্যতি।
তস্যাহং ন প্রণশ্যামি স চ মে ন প্রণশ্যতি ॥" (গীতা ৬॥৩০)

"শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐবু পূর্ণমক্তা উব অমসুং ঐঙোন্দা পূর্ণমকপু উবা মী অহুগী মরীদা ঐনা উদবা লৈতে অহুগা মানসু ঐগী মরীদা উদবা থঙ্দবা লৈতরে ॥" (গীতা ৬॥৫০)

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি spirit ভাক্তা নত্তে, matter অমসুং energy য়াওনা পুল্লপ পূনশিল্লবা One Almighty living Being হায়না থঙ্নবা Supreme God নি। অহুগা creation হায়বা অসিনা থঙনবদি, complete Absolute whole or Infinity ওইরীবা Supreme Godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী Jurisdiction মহুক্তগী "করিমত্তা হেন্দোকহন্দনা, পুনকোন কোনশিন্না, spirit না God কী হকচাংগুম্না শকনাইহন্দুনা (Spirit materialised as body of god), Living Being অমগী মহুক্তদা অহিংবা মচেৎ মচেৎ মন্নাবু হিংদবা পোৎনা কুপশিন্নগা (spirit covered by matter), unit অমমম, ওইনা লৈহন্দুনা, অহুগুম্বা unit অমমম, ওইরবা cell মন্নান্না অমগা অমগা unified ওইনা লৈবগুবনি। (গীতা ৬॥৩০, ৭॥৭, ১৫॥৭)।

## লাইনিং লমেল

সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ স্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-দা মেহৌ-দনা প্রেম লৈকরবতদা মীওইবগী পুরুষার্থ ওইগনি। প্রভুগী মোত-ভদি (opinion), জীব অসি ভগবানগী নিত্যদাসনি (eternal servitude নি), ভগবানগা জীবগা নিত্যসম্বন্ধ (eternal relationship) লৈ। soulগা মীগ, নত্রগা soul গা god কা থাইদোক্‌পীবিবগী মরম করিগীনো? মুংশিবা হুংনা অহু ফংনবগীদমক্তনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মশাংনকপু মুংশিজবা পাম্মী। মরম অসিনা, ইবুংঙোনা মী, শা, জীব পুম্নমকপু পথোকনা creation তৌবগী মরু ওইবা মরমবু, মুংশিবগী মুংচাইবা অহু ফংনবগীদমক্তনি। ভক্তি অমসুং প্রেমনা মরম ওইদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা সম্বন্ধ থম্নবগী লম্বেলনি। মতুংনা হকচাং লৈবা জীবগী পরম সাধন নি। (গী ত ১২।৬-৭) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান য়াওদনা করিগুম্বা অমত্তা জগৎ সংসার অসিদা লৈবা নত্রগা হিংবা য়াদে হায়বসি, Krishna consciousness কী basic principle নি। মসিনা খঙহল্লিবদি, সাংসারিক বাংমা লান্দুনা transcendental গী ফীভম ওইগ্রবা হায়বনি, ওরদি ভক্ত অহুগী জ্ঞানগী মিংযেংনা জগৎ-সংসার পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী প্রেম স্বরূপ ওইনা উগ্রবনি। Prema in the mind of dovotee is materialised as Shri Krishna Bhagavan, the all-comprehensive Absolute form of the whole universe ( both spiritual and material universes ), (ত্রেখোযনা মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবদি, Scientific lawগী মতুং ইন্না, mind না matter ওল্লি, matter না mind ওল্লি—degree of vibration খেন্নবগী বাতনি।) অসিগুম্বা প্রেম স্বরূপ অমথক্তা ওইনা উগ্রবা ফীভম্ মতা অসিদা, ভক্তগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা last stage গী ওইবা সম্বন্ধ অহু ওইগ্রে, হায়বদি মতম পুম্নমক্তা ভক্ত অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মিংকুপ অমত্তা কাওবা সুকথা থানদনা জ্ঞানগী

## লাইনিং লম্বেল

মিংয়েংনা উত্থনতা লৈত্রে। অসিগুম্বা বাকম অসি ব্রহ্মসংহিতাদসু কোং-দোকলি, মখোয়দি—

"প্রেমাঞ্জনচ্ছুরিতভক্তিবিলোচনেন
সন্তঃ সদৈব হৃদয়েষু বিলোকয়ন্তি।
যং শ্যামসুন্দরমচিন্ত্যগুণস্বরূপং
গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি॥" (৫॥৪৭)

"মীৎতা প্রেমতগী পিরাংতনা থুমহৎলবা ভক্তিরূপ ওইবা সাধুশিংনা মতম পুম্নমক্তা মখোয়গী থম্মোয়নুংদা শ্যামসুন্দরগী রূপ ওইবা ইবুংঙোবু দরশণ ফংলৈ, অদুগুম্বা আদিপুরুষ ওইবা গোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজরি।" (৫॥৪৭)

অসিগুম্বগী ফীভম মতা আসদা (stage) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ভক্তগী মিংয়েংদগী উহনখিদবা হায়বা অদু লৈত্রে, অদুগা ভক্তনসু ইবুংঙোবু উদবা হায়বা অদু লৈত্রে।

সৎ-চিৎ-আনন্দ স্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী "আনন্দ অংশ" হায়না খঙনবা internal potency না হ্লাদিনী শক্তি ওইবা শ্রীমতি রাধারাণীবু পুথোক্লুনা, ইবুংঙোনা "সুখ" (Bliss) আস্বাদন তৌই। প্রেমগী সার (essence) ওইবা শরুক অদুবুনি "মহাভাব" হায়না খঙনরীবসি। শ্রীমতি রাধারাণীনা অদুগুম্বা "মহাভাব" অদুগী স্বরূপ-নি। বেদ অমসুং বেদান্ত philosophy গী মতুং ইন্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না potent অমা Agent নি, শ্রীমতি রাধারাণীনা Internal potency নি। potent অমসুং potency গী খেন্নবা লৈতে, অমখক্তনি। মরমদি নিংথৌ লৈশাংগা, মুমিৎকা মঙালগা লৈনরিবা মরী অদুগুম্বনি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা সর্বব্যাপীনি, অমসুং মুংশিবা, ফজবা অমসুং মুংঙাইবা পুম্নমক হৌরকফম-নি। অদুমনক ওইদুনসু, য়াম্না "সুখ-রূপ"

লাইনিং লবেল

ওইবা চিৎ-শক্তি য়াওদনা ইবুংঙোনা কৈদৌউৈদসু নপুঙ্‌ ফানা পেন্সে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নুংঙাইনবগীদমক, সম্ভোগ লালসা (spiritual conjugal love for unity) তৌবা অহুবু কাম্য-প্রেম হায়না খঙ্‌লৈ। মর্ত্যলোককী বৃন্দাবনদা un-natural ওইনা নবীন মদন ওইরীবা (young cupid god ওইরীবা) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মধুর রসনা (কাম্যপ্রেমনা) ভজন তৌজবদা (১) কৃষ্ণ-নিষ্ঠা, (২) কৃষ্ণ-সেবা, (৩) কৃষ্ণ-অসক্ত, (৪) মমতা থিক্য অমসুং (৫) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ইশামক্তী হকচা"না হকথেংনবা সেবা তৌবা হায়না খঙ্‌নবা অসিগুম্বা গুণ মঙা, পূরপ পুরা য়াওই। মরম অসিনা, মধুর রসগী মপুঙ্‌ ফারবা, রসাত্মক ওইরবা গোপী-প্রেম হায়না খঙনবা অহুতনা, পরিপূর্ণ রূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংই। নুংঙাইনবগীদমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মশাদগী হলাদিনী শক্তি ওইবী শ্রীমতি রাধারাণীবু পুথোক্লুনা নুংঙাইজরবসু, ইবুংঙোগী মসুঙ্‌চনবা সখীগী মতেঙ্‌ য়াওদনা মিরুপ অমত্তা ফাওবা রস মপুঙ্‌ ফাহনবা ঙমদে। সখীশিংনা শ্রীকুঞ্জদা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু সেবা তৌজবদা নুংঙাইবা ফংজবা অহুগুম্বা, সখী ভাবতা ইবুংঙোবু সেবা তৌজবা অহুতনা, ইবুংঙোবু ফংবা ঙমগনি। শ্রীমতি রাধারাণীগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মিলন ওইনবগীদমক, হায়বদি অমত্তা ওইবা Absolute whole of Divine love ওইনবগীদমক, সখীশিংনা অঙম্বা শক্তি মথৌ তোংলৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী parts and parcels ওইরীবা সখীশিংনা ইবুংঙোগী নুংঙাইনবগীদমক, dovetail loving devotional service তৌরগা complete unit অমমম, ওইহুনা নুংঙাইবা ফংজরীবা অহুগুম্বা, মীওইবা ঐখোয়সু সখী ভাবতা মধুর রসনা ইবুংঙোবু সেবা পূজা তৌজরবদি, complete unit অমমম, ওইহুনা, সখীশিংগী নুংঙাইবা অহুগুম্বা মনুংঙাই, ঐখোয়সু শোয়দনা ফংগনি। অসিগুম্বা সেবা পূজা অসিদা সংসারিক্কী চৎনরীবা sense gratification গী

**লাইনিং লম্বেল**

নাম, কৃষ্ণ গুণ অমসুং কৃষ্ণ-লীলা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না জগৎ সংসার পুম্নমক অসি ওইরীবনি, অদুগা প্রেম, নুংশিবা, ফজবা অমসুং নুংঙাইবা পুম্নমকী ভোরকফমসু ইবুংঙো মহাক্নি। মরম অসিনা, জগৎ সংসার পুম্নমক অসি প্রেমনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নামদগী হেনবা কাইরুবা অমত্তা লৈতে। কলিযুগকী মীওইবগীদমক্তদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্ত্তিগী মশক ওইবা হরিনাম-তন, হায়বদি—

"হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে।
হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে॥"

তনা সত্যনি, ব্রহ্মনি, প্রেমনি, নুংঙাইবনি, ফজবনি অমসুং Absolute existence, Absolute knowledge and Absolute Bliss নি। অসিতনা শ্রদ্ধাগা লোয়না লেংনবতনা, কলিযুগকী মী-ওইবগীদমক্তদি, সাধন অমা ভোক্তনবসু মুক্তি ফংগনি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-চরণবু ফংগনি।

(৮) Scientific যুগকী ওইবা, ভৌতিকী মতমগী মীওইবগী লাইনিং লম্বেলগী বাখলোনদা হায়রিবদি, প্রকৃতিবু (natureবু) ঈশ্বরগী energy, law and system নি (গীতা ১০।৪১) হায়না খল্লৈ। হায়রিবা energy, law and system অসিনা universe অসিদা মপুঙ থাংনা পীক, খল্লৈ (গীতা ৭।৬)। মীনা মখোয় অসিবু খঙনবা science কী মতেঙনা থিজিন-হৌজিল্লি, অদুগা মীওইবগী নুংঙাই-যাইফবা অমসুং চাওখৎ-থৌরাংদা শোয় অসিবু শিজিন্নৈ। Natureগী maker ওইরীবা ঈশ্বরবু scientist না খঙনবা থীবদি নত্তে। ঈশ্বরগী interference অমত্তা য়াওদনা, natural lawনা মাগী ভৌফম থোকপা থবক অদু, fixed law গী মতুং ইন্না অমসুং impertial ওইনা অদুম্মক ভৌই। Fixed law লৈবা অসিগী মপাম্বসু scientist শিংনা থবক ভৌবা ঙমলিবনি। ঈশ্বর লৈবগী খুদম ওইনা, natural lawকী মতেঙনা

scientist না তৌরিবা থবক অদুদা, interference অমত্তা তৌরক্তে হায়দুনা, ঈশ্বর লৈতে হায়না scientist না হায়বস্থ য়াদে। মরমদি, scientific facts না ঈশ্বর লৈবগী support তৌরি, মদুদি soul য়াওবদগী অহিংবা জীব হায়বদু ওইরিবনি, অমসুং soul য়াওদবনা অশিবা হকচাং হায়বা অদু ওইরিবনি হায়না মীয়ামদা উৎতুনা, অহিংবা অমসুং অশিবগী খেন্নবস্থ soul লৈবগী মপান্না নিংথিনা খন্ডহন্দুনা, ঈশ্বর লৈবগী fact উৎলি। মীওইবগী reasoning নস্থু চুমলে হায়না নিঙ্‌হ'ন্ন, মদুদি ঈশ্বরদি spirit ঙাক্তা নত্তে, matter অমসুং energy য়াওনা পূল্লপ পূনশিল্লবনি (spirit materialised)। অদুগীস্থ মথক্তা, matter গা spirit কা তিনশিন্নহুনা ওইশ্রিবা life হায়বা অসিনা, matter মতোনতগীস্থ নত্রগা spirit মতোনতগীস্থ superior ওইবা হে'ন্ন। অদুগুম্বা অহিংবা জীবনি (life নি) হায়না খন্ডনবীবা জগৎ সংসারগী লেঙ্‌লি-পাল্লিবা জীব পূম্নমক্কী নম্বুংদা, মীনা য়ায়দগী অৱাংবা থাক্তী জীবনি। অদুগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংজবা য়াবা মূর্তিনক ওইনা, মীগী মূর্তিবু ইবুংঙোনা শেম্বিরীবনি। Scientific evidence কা লোয়ননা মীওইবনা হৌজিক্তি খন্ডলে, মদুদি matter, energy and life অসি অমথক্তা ওইবা common source ভগী পুথোরক্‌পনি। অদুগুম্বা common source অদুবু থম্মনা ঈশ্বর, অদুগা Scientist না primordial Atom নত্রগা Amoeba হায়না খন্ডনৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী absolute completeness and all-pervasiveness ওইবা অচিন্ত্য শক্তিনা (inconceivable potency) মরম ওইদুনা, ইবুংঙোগী energy, law and system না spiritual and material universe অপুম্বা নম্বুঙ, থীংনা থম্ম: লৈরীবনি হায়বা অসিবু confirm তৌবা ওইনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশানন্না গীতাদা কোংদোক্লি, মদুদি "ঐহোক্কগী তোঙানবা ঐ নত্তবা অমত্তা লৈতে।" (গীতা ৭।৭)।

## লাইনিং লশেল

Conditioned living entity ওইহুনা imperfect knowledge ওইরীবা মীওইবগী মশক্তদা, হৌজিক্কী মতমগী scientist শিংনা ইবুংঙোগী energy, law and system বু scientific fact কা লোয়ননা মচিং মচিং ওইনা খঙ্লক্পনা মরম ওইহুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা material universe অসিদা লৈতে হায়বা ৱাফম অসি খঙ্লহুনা, religion গা science কা মপুং ফানা co-operation লৈনহল্লি। অসিগুম্বা ৱাখল অসিগা লোয়ননা religion নত্তু science নত্তু ফংগে হায়না ভাল্লিবা লমথুংকম অড়ু চপ্, মরম-হন্দুনা, মীওইবা সমাজগী অমসুং জগৎ সংসার পুম্নমক্কী পুনকোন-কোন-শিনবা মুংঙাই-যাইফবা ফংননবা, scientist শিংনা অতৎ-অথন লৈতনা হোৎনরী। মরম পুম্নমক্, অসিনা scientist শিংনা থাজৈ, মতুদি ঈশ্বরগী মুংঙাইনবগীদমক অমসুং মানা শেম্বা জীব পুম্নমক্কী মঙ্গলগীদমক্তি হায়না নিঙ্হুনা, মীওইবনা হিংলিংদৈদা তৌরিবা থবক পুম্নমক unselfish-ness motive কা লোয়ননা তৌহুনা, God-centred activity ওইহনগদবনি। মসিগুনা scientific world গী মীওইবা ঐখোয়দা মায়োক্কনরিবা problem পুম্নমক solve তৌহুনা, মীওইবগী peace, prosperity and happiness পুরক্কবা পাইগনি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy, law and system না (প্রকৃতিনা) ওইরিবা নৈ, ঈশিং, মুংশিং, অতিয়া, লৈপাক, gas, virus, ether, electricity, মখোন, মনম, wave, শাবা, ইংবনচিংবা শিজিন্নহুনা, হায়বদি ইবুংঙোদগী পুথোকপা eight separated material ener-gies (গীতা ৭।।৪) দগী ওইখিবা, scientist শিংনদি 24 natural elements (হৌজিক ফাওবদা known natural elements 105) হায়না খঙ্নবা অড়ু শিজিন্নহুনা, scientist শিংনা thermal power, water works, Irrigation projects, Radio, T.V. Computer,

লাইনিং লম্বেল

Rocket, Nuclear, Satellite, Robot, Medical Engineering Biological Physical and Chemical Sciences, Space science, geological science নচিংবা পুখোক্লুনা, মীওইবগী মুংভাইনবগী অমসুং চাওখৎনবগী থবক্তা শিজিন্নরী। অসুম হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy, law and system বু ফনা য়াম্না খঙ্লক্লে হায়না scientist শিংনা claim তৌরবসু, প্রকৃতি (material nature) অসিদি eternal অমসুং unlimited ওইবনিনা, scientistশিংনা মথোয় অসিবু খজিক্কুমক খঙলি হায়বা য়াই। মরমদি, হৌজিক scientist শিংনা খঙ্লিবশিংসিগা, খঙ্দহুনা লৈরীবশিংসিগা চাংদম্নকুরবদি, ইখঙ্-খঙ্দবগা চপ মান্নে। করি অমুক হায়গনি, material or sense worldগী চিদায় ফাওবা মীওইবনা bodilyচত্তুনা খঙবা ঙমদ্রিবৈদা, হায়বদি নুমিৎ, থবানমিচাক, গ্রহ, উপগ্রহ ফাওবা bodily চৎতুনা অশেংবা খঙ্বা ঙমদ্রিবৈদা, বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, এক-পাদ বিভুতি হায়না খঙ্নবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy গী শরুক $\frac{1}{4}$ না ওইরীবা material sky গী (গীতা ১০॥৪২, ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৯) মনুঙ্দা লৈবা energy, law system গী মরমদা লোইনমক তশেংনা খঙ্বা ফাওবা ঙমদ্রিবৈদা, scientist শিংনা ত্রি-পাদ বিভুতি হায়না খঙ্নবা Absolute completeness or Infinity ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energyগী শরুক $\frac{3}{4}$ না ওইরীবা spiritual sky গী (গীতা ৮॥২০-২১, ১৫॥৬) মনুঙ্দা লৈবা energy, law and system গী মরমদদি করি অমুক খঙ্গনি? মীওইবা ঐখোয়না ফংগে, নত্রগা খঙ্গে হায়না তাল্লিবদি both material and spiritual না ওইবা Complete Absolute whole শ্রীকৃষ্ণ ভগবান the supreme personality Godhead বুনি। হায়বদি God realised person অমা ওইগে হায়না তাল্লিবনী।

লাইনিং লম্বেল

Science কী মতেঙ্দগী ফংলক্লিবা অনৌবা theoryময়াম অদুগী মতেঙ্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ওইহল্লিবা জীব পুম্নমকপু মুংশিবা নিংয়েংনা য়েংদুনা, মখোয়গী সেবাগী ভাবতা practical ওইনা থবক পাংথোক্লবদা, মাহৈ অমরোমদা হায়রগা, অশেংবা কর্ম্মযোগী অমা ওইনা God-centred activity হায়না খঙ্নবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী dove-tail devotional service তৌরবতদা, মীওইবগী অমত্তা ভাইরবা লমথুংবা ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী (Absolute Truth) মনাক্তা, scientist শিংনা নকশিনজবা ঙমগনি। Religion য়াওদনা, শম্মা হাযরবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী "দয়া" য়াওদনা scientist শিংনা ইবুংঙোবু খঙ্বা, নত্রগা পাদ-চরণ ফংজবা কৈদৌঙৈদসু ঙমলোই। Scientist শিংনা খঙ্লিবা পুম্নমক অসি, sense world গী মনুঙ্দা লৈবা picture অদুগী মচেৎ খক্তিক্নি, হায়বদি করিগুম্বা অমত্তা অথাকপা লৈতনা material and spiritual যাওনা, all pervasiveness ওইরীবা Absolute Truth শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশনা ওইরীবা (only a small fragmental portion) অদুগুম্বা sense world গী মায়গৈ অমথক্তংগী মচেৎ অমথক্তং, ভাবনা শাদুনা মশেং-মরাং ওইনা scientist শিংনা খঙ্বতনি। অদুম্নদি ওইরবদা, scientific thought তা যুম্ফম ওইদবা religious thought অদু, অয়াম্বা মতমদা superstition ওইগল্লি। মরম অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙ্ননবা অমসুং ফংননবা হোৎনবদা, বেদ অমসুং বেদান্তগী মতেঙ্না scientifically research তৌগদবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মুখদগী থোকখিবা বেদ, বেদান্ত, উপ-নিষদ, গীতা অমসুং স্মৃতি, মদুদগী হেন্দোকখ্রদুনা God-realised person (perfect man) গী বাক্যশিংনা ওইখিবা religious book শিং ফাওবা অচিন্ত্যনি (inconceivable নি), হায়বদি মীওইবগী জ্ঞাম্না লাম্বা ফংদবনি, অমসুং অচুত্যনি (Infallible নি), হায়বদি যুগ-ধুগ

লাইনিং লম্বেল

খুদিংগী conditioned soul ওইনা পোক্লুনা হিংলিবা মীওইবগী জ্ঞানসা imperfect ওইবা মরম্না, vedic knowledge বু অরানবগুম্না করিগুম্বা মতমদা খল্লুবরম্বু, মৈথৎদা মুম্না থিজিল্লুবগা, চুমহুনবা লৈ-রমলবা অচুম্বা মরু ন। Scientist শিংনসু vedic knowledgeবু অচুম্বনি হায়না লৌই। Scientist কী মরু ওইবা principle অনি—(১) Principle of uncertainty and (২) Principle of complementary শিজিন্নদুনা মীওইবগী humanity, unity and co-operation পুরক্নবগী commandment ওইহন্দুনা, সনাতন ধর্মগী লম্থুংফম ওইব' One Absolute Reality শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কংজনব' মীওইবনা হেৎনবা য়'ই। বিশ্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী part খুদিংমক্না, হৌজিক্-হৌজিক্, ওইরবা মমংগী constitutional position অদুগী মতু ইম্না, ইবুংঙোগা dovetail ওইনা হিংনবা হেৎনহনা complete unit অমমম, ওইনা লৈবগুম্না, scientific যুগ-কী মীওইব' ঐখোয়সু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্গা dovetail ওইনা হিংনব' হোৎ-নগদবনি। বাখল অনৌবদা হায়রগ', শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নাম-মন্ত্র "হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে। হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে ॥" শোন্দুনা অমসু ইবুংঙোগী Divine pastimes বু (লীলাবু) নিংশিংজদুনা, অমসুং work, worship, prayer and meditation অমগা অমগা শুকথা খাদোক'। য়াননবা মরী লৈনবনি খন্দুনা, ঐখোয়গী মুনিং খুদিংগী বাখল খনবদা, বা ফাংবদা, থবক তৌবদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা dovetail ওইনা পুন্সি লেপ্লবদি, ইবুংঙোগী "দয়া" ফংবা য়াবগী Qualified man (complete unit) ওইরক্লুনা, লাইনিং লম্বেলগী খ্বায়দগী last stage ওইবগী কীডম, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা আত্মসমর্পণ তৌনবগী থাক য়ৌরকনি হায়বদা করি কায়বগে? মরম অসিনা scientific যুগকী ওইবা মীওইবগী অশেংবা লাইনিং

## লাইনিং লম্বেল

লম্বেলদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু উত্তাক্কুং হেক্ কাওবদ, য়াম্না বাবা, তৌকন খঙ্দবা পূর্ণৈংগী মৈচাক অমা ওইগদবনি। অদুগা অতোপ্পা বাখল অমনা, মীওইবগী পূর্ণদা তৌরিবা থবক পুম্নমক্তু, অশেংবা ঙংশিবা উংপগী পুদন লৈতনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা আত্মসমর্পণ তৌগদবনি। (গীতা ১৮।।৬৬)। আত্মসমর্পণ হায়বগা সাধারণ মীয়াম্না খঙ্লরিবা, ঐগী চকচাংগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চকচাংগা (complete Absolute Whole গা) অমখক্তা ওইখিনদ্রিবা অদু নত্তে। মশক হায়রবদ, সংসারিকী ওইবা পোৎ অমিথক শন্দ্রিবদুনা, নত্রগা ভিন্নকন্দুনা পোৎ অমখক্তা ওইহনখিবা অদুগুম্বা নত্তে। মীওইনা হিংবদা চংলিবা সুখ-পান পুম্নমক, হায়রবদি ফদোং-চকচাং, পূজা, লমচৎ-শজৎ, খুদুং-শাখং, secular and sacred works, ঈশ্বরবু নীংশিংবা, পূজা তৌজবা, নাম শোঞ্জবা, পুরাণশিংবা অমসুং চিংথদনা, মীওইনা হিংলিংলৈবদা তৌরিবা থবক পুম্নমক কোনশিন্দুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী dovetail devotionai service তৌদুনা অমখক্তদা ওইখিনবা হায়বনি। য়াম্না শম্না হায়রবদা, সতত-যোগ নত্রগা নিত্য-যোগবু হায়বনি। গীতা (৩। ৪,৫,৮,১৯), (৪।১০, ১১), (৫।।৩), (৬।১৯,৩০), (৮।।৭,১৪,২২,২৭) (৯।।১৩ ২২,২৭,৩০), (১০।৭,১০), (১২।।১,২,১০,১২) (১৩।।২৭), (১৫।।১), (১৮।।৪৫,৪৬, ৬৭, ৬৯)।

**শ্রীকারাম গৌরকিশোর সিংহ**

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মূর্ত্তি ওইনা, অহিংবা জীবশুম্না, হৃদয়খোংননা প্রেম-ভক্তিগা লোয়ননা সেবা-পূজা তৌজবনা মী অয়াম্বনা অসিগুম্বা লাইনিং লম্বেল অসি চংচবনা য়াম্না লাইবা হেল্লি। বাখল অমম্বোমদা থল্লুরবস্তু Indivi-dual soul না পোকলকৈদবগী হৌনা embodied soul ওইবা মরম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মূর্ত্তি লৈবা ওইনা ইবুংঙো মাগী পাদ-চরণ কংনবা প্রেম-ভক্তিনা সেবা-পূজা তৌজবা অসিনা লায়বা হেল্লি অদুগা natural স্তু ওই।

## ভক্তি-যোগ কদাইবু কৌবগে গুপাইনা খঙ্হনবা।" ]

ভক্তি-যোগ কবিনো হায়না য়াম্না চম্বা বাহৈ থরক্তনা মীওংম্বা খঙহনগে হায়রগদি ঐখোইনা রামানুজ মুনিগী বাহৈশিং অসি নিংশিংবা যাই। মহুদি "অক্ষ-ফত্তুবা খেল্লবা মশক খঙলবা মীনা, সংসারগী অমাঙ অতা নায়না লৈবা মায়াগী পোংশকশিংবু মতম পুম্বদা পামজনা অমস্তুং মুংশিজনা থরনিংবা অহুগুম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভাগবানবু কংগে হায়না তাল্লিবা ঐগী খম্মোইনা ইবুংঙোবু পামজবা, মুংশিজবা মতম পুম্নমক্তা থানহনবিগম্ভ।" ঐখোই পুম্নমক্না খঙনরিবনি মহুদি মীওইবা ঐখোইনা জগৎ সংসারগী মায়াগী ওইবা পোংশিংবু য়াম্না পাম্মী। কয়াদা কনগ্রবা খোরী অমনা ঐখোই পুম্নকসিগা থানবা য়াদনা পুনগ্রবনো? মরম অসিনা মথক্কী শ্লোক অসিদা মুনি অসিনা হায়রি মহুদি "ঐনা অহুগুম্বা থদংপা য়াজবা থৌরিনা পুনশিনবা, কাজিনবা অহু ইবুংঙো নহাক্তগা ওইজগে।" অস্তুম হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগাবানবু মুশিংজবা অহুবু ভক্তি কৌই।

জগৎ সংসারগী ময়াগী পোংশকশিংবু ঐখোইনা অস্লকী মতিক অচুম্বা ওইনা উই, মহুদি ঐখোইনা মখোইবু পামদবা ওমদে। অরাংবা থাক্কী পোংশকশিংবু ঐখোইনা তশেংনা, পোংশক মশক খঙ্না উদে। অহুবু কনাগুম্বা মী অমনা মীওইবগী সংসারগী বাংমদা লৈবা পোংপু, মশক চুম্না উক্তবা নত্তগা খঙ্লুবা মতমদা মহাক্না সংসারগী ময়াগী পোংশকতা পাম-লবা অহু তোক্কুনা, সংসারগী ময়াগী বাংমগী অদুবা পোংশক হায়বদি

শ্রীকৃষ্ণ ভগাবান দা ওনশিনৱে। সংসারগী পোৎশকতা হায়না ঐখোইনা য়ায়া পামলগা মুংশিজরগা অমসুং তোকখোক্লুনা, মতুংগা চপ মান্নবা অপাম্বা অমম্বুং নুংশিবা অমুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগাবানদা ওনশিন্নকপা মতমদা, ঈশ্বরবু ভক্তি তৌবা হায়না খঙ্গনৈ।

[ "মীওইবগী হান্নদগী লৈরবা নুংশিবা মচেৎনা, নুংশিবা মপুম কাহন্নবা হোৎনবনা Individual soul গী অশেংবা nature নি। মীওইবগী material life কী soul binding chain ওইরীবা অকনবসু কত্তবসু নানখোকলগা spritual life তা চংগদবনি।" ]

মাইগৈ অমরোমদা অযুক খন্নুবদা Individual Soul শিংদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী part and parcel ওইবা মরম্না, মখোইগী constitutional position গী মতুং ইন্না মীওইবগী পোকপদগী লোয়নবক্লিবা "মুংশিবা" হায়বা অমু misuse তৌবা য়াদে। মরম অসিনা "মুংশিবা" হায়বা অমু material nature গী মায়গৈদা শিজিন্নবগী মতুংতা, ইবুংঙোগী loving and transcendental service দা শিজিন্নদুনা, হান্নদগী লোয়নবক্লবা "মুংশিবা মচেৎ" অমসুং "মুংশিবা মপুং" কাহন্নবা হোৎনবনা Individual soul গী অশেংবা nature নি। মরম অসিনা ভক্তি-যোগতি মীওইবগী nature নি। জ্ঞান যোগপু ওইরবসু ভক্তি যোগপু ওইরবসু, Individual soul না material bondage দগী নাম্বোক-ত্রিবনৈখৈ, ঈশ্বর কংনবগী লম্বেলদা চংশিনবা ঙমন্না য়াদে, মরমদি মী অমসু material life তগী spritual life তা চংগদৌরীবনি। মবাইবক করী ব্রজগোপী অমগী অকবা অমসুং কত্তবা পুন্না লৈরীবা soul binding chain বু করম হায়না নাম্বোকখনবগে হায়না তাকপা, বিষ্ণুপুরাণদা য়াওবা মথাগী শ্লোক অসিনা হায়রী মতুংদি—

"তচ্চিন্তাবিপুলাহলাদক্ষীণ পুণ্যচয়া তথা।
তদপ্রাপ্তি মহাদুঃখবিলীনাশেষ পাতকা।
নিরুচ্ছ্বাসতয়া মুক্তি গতান্যা গোপকন্যকা॥"

“ঈশ্বরবু নিংশিংবা (meditating) তৌবা নুংঙাইবা অহুনা, মহাক্কী অকবা কর্ম্মদগী হংলকপা কললা মহাকপু পুন্নশ্বা অহু মাম্মোকখ্রে। ইবুং-ঙোগী পাদ-চরণবু হংদবদগী মহাক্কী পুক্নিংদা অরাবা অমসুং নুংঙাইতবা ফাওবা অহুনা মহাক্কী মহৌশাদগী হৈনজরকপা পাপকী মশক ওইবা থবক পুন্নমকপু চামথোকখ্রে। অসুম ঙৌহুনা গোপকন্যানা মুক্তি ফংখি।”

[‘**মীওইবগী থম্মোইদা ফাওরিবা** feelings, emotions and passions **পুম্নমক মশানা হায়না অরানবা অমসুং ফত্তবা/অমত্তা য়াওদে।** Wrong direction **দা মখোয়বু শিজিন্নরিবা অদু তোক্ত্না ইশ্বর ফংনবগী লম্বেলদা শিজিন্নবনা** right direction **ওইগনি।**’’]

ভক্তি-যোগকী মরু ওইবা বাখলদি অসিনি, মহুদি মীওইবগী থম্মোইদা ফাওরিবা মথল-মথলগী অকনবা পুক্নিং-ঈহুল, মীনুংশি থক্ত্বা অমসুং অপাম-নুংশি (feelings, emotions and passions) মপ্পাম অসি মশানা অরানবা নত্রগা ফত্তবা অমত্তা য়াওদে। মখোয়শিং অসি ঐথোইনা চেকশিন্না ফাজিন্দুনা, অচুম্বা অরাংবা লম্বেলদা শিজিন্নহুনা খ্রাইদগী অকবা অমসুং অহাংবা থাক্কী কৌভম য়োনবা চোংনবা অহুবু ভক্তি যোগকী মরুওইবা বাখলনি। ঈশ্বরগী মায়কৈ নত্তবা, অমসুং অবাংবা থাক্কী ওইবা মায়গৈ পুন্নমক চত্থবা মত্তনি। মীওইবা ঐথোইনা হিংলিঙৈদা পুক্নিংদা নুংঙাইবা নত্রগা অরাবা ইতত্তুনা ফাওই। মী অহুগী পুক্নিংদা সংসারিক্কী ওইবা পোৎ, নত্রগা শেল-থুম লৈতবদগী পুক্নিংদা অরাবা ফাওরবদি, মহু মাগী feeling দা wrong direction নি, right direction নত্তে। অহুমকপু অরাবন্থ অকবগী ওইবা মঙংম্থু লৈ, মহুদি মী অহুনা ঈশ্বরগী পাদ-চরণবু ফংত্রে হায়হুনা পুক্নিংদা বাযবদি, মহু right direction নি। মী অহুনা শেল য়াম্না ফংখ্তুনা পুক্নিংদা হরাওবা ফাওরবদি, মহু মাগী faculty of joy দা wrong direction নি। মরম অসিনা তক্কনা হায়রি, মহুদি মী অহুগী feeling মপ্পাম অহু

মশানা অৱানবা অমম্তা নত্তে, মরমদি feeling পুম্নমক অহু control তৌরগা, অচুম্বা direction দা হায়বদি ঈশ্বর ফংননবগী লম্বেলদা মী অহুনা শিজিন্নগদবনি।

**['প্রেম-ভক্তিগী লাইনিং লম্বেলনা শ্রীকৃষ্ণ ভগাবানগী পাদ চরণবু ফংজগে হাইরবদি, ইহান হানবদা ইবুংঙোগী মতিক মগুণ, নাম অমসুং মী, লাই, শা, পোৎ পুম্নমক্তা ইবুংঙোগা করম হায়না মরী লৈনরৌবা অসিনচিংবা খঙননবা হোৎনগদবনি।" ]**

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু প্রেম-ভক্তিনা মুংশিজবা ঙম্নবা ঐখোইনা ইহান হানবদা মখাগীশিংশি খঙ্‌ননবা হোৎনবা তাই। মহুদি থাজবা, প্রণালিকা লৌবা, বেদ, গীতা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা supreme personality of godhead নি হায়না খঙননবা হোৎনবা, ইবুংঙোগী মগুনশিং, ইবুংঙো মানা শেম্বা লাই, মী, শা, পোৎশিং, spritual atmosphere and material atmosphere, পরমধাম গোলোক বৃন্দাবন, পরমাত্মা অমসুং জীবাত্মা, মখোয়গী constitutional positions, ইবুংঙোগী spritual and material energies, plenary expansions, internal and external potencies, অচিন্ত্য শক্তি, বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা (মায়া), মতম, কর্ম অমসুং লাইবক্তা ভম্বা, consciousness, মৃত্যুলোক, লাইনিং লম্বেল তোঙান-তোঙানবা—অদ্বৈতবাদ অমসুং দ্বৈতবাদ, Krishna Consciousness and devotional service, নাম, পোকপা-শিবা, মখোই পুম্নমক অমগা-অমগা মরী লৈনবা অসিনচিংবা খরা মখৈ খঙননবা হোৎনগদবনি। অহুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু করম হায়না মুংশিগনি হায়বগী মুংশিবা মখুংশি, গোপী-প্রেম, রাগ-অনুরাগ, প্রেম-ভক্তি অসিনচিংবা খঙননবা হোৎনরগা, ঐগী পোকপদগী লোইনরকপা temperament অহুগা চান্নগদবা মখুংশি মরাম অসিগী মখুংদগী অমখক্তং খনজরগা, Practical ওইনা মহুবু চৎথরক্লবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-চরণ ফংনবগী উপায় ওইগনি।

(খ) ভক্তি-যোগ, অনিশুবা শরুক।

(থাজবগী, belief or faith কী ময়মদা খঙহনবা।)

মশানা হাম্না লৈজরম্বা পোৎ অমগী মওং মতৌ, শক্তি অহুবু ঐখোইনা করিগুম্বা উপায় অমনা হোংহনবা ঙমজবদি, ঐখোইনা পোৎ অহুগী মওং, মতৌ, শক্তি অহুবু থাজদবা য়াদে, থাজে। হায়বদি "অবৈবরু" লৈহন্দবা য়াদে, "লৈতবরু" লৈহনবা য়াদে। মসিবু universal truth হায়না খঙৈ। মী পুম্নমক শিবা জীবনি, মৈ শাই, ঈশিং ইংই অসিন-চিংবা থাজদবা য়াদে।

Relative world অসিদা Authority অমনা হায়বা বা অদু ঐখোইনা থাজে। অনাবা মী অমনা হীদাক চাবা মতমদা মানা চানিংবা মঙংদা চাবা য়াদে। হিদাক অদুগী lebel দা ইরিবা direction অদুগী মতুং ইন্না নত্রগা doctor অমনা হায়বা মতুং ইন্না, মদুনা authority ওইদুনা থাজনা চাগদবনি। A.I.R. না নত্রগা T.V. না লাওথোকপা পাও অদু A.I.R. না নত্রগা T.V. না authority ওইদুনা ঐখোইনা থাজে। মপা মশক খঙহৌদ্রবা অঙাং অমনা মপা অশেংবা মশক খঙগে হায়রবদি, মী অতোপ্পনা হায়বনা authority ওইবা য়াদে, মাগী মমানা হায়বনা authority ওইগনি; Bank তা ঐখোইনা শেল deposit তৌই অদুগা draw সু তৌই। মরমদি Bank পু ঐখোইনা থাজে। Bank না ঐখোইদা পীরকপিবা pass book নত্রগা statement of A/c না authority নি। বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, শ্রীমদভাগবত, গীতা শ্রীকৃষ্ণ-ভগবানগী মুখদগী থোকপা ধর্ম্ম গ্রন্থমক্তনি। মখোয়শিং অসিদা ইরিবা, হায়রীবা পুম্নমক authority নি। গুরু অমনা শিষ্য অমদা তাকপীরিবা পুম্নমক authority নি। অদুমদি ওইরগা গুরু অদু অশেংবা গুরু (self-realised person) শাশিল্লবা নত্তবা ওইগদবনি।। মুনি, ঋষি, স্বামী, গোস্বামীশিংনা ইরম্বা ধর্ম্ম-গ্রন্থশিংদা য়াওবা পুম্নমক authority নি। মখোইশিং অসিবু ঐখোইনা থাজে।

(গ) ভক্তি যোগ অহুমশুবা শরুক ।

(প্রণালিকা লৌবা, পরম্পরা অমসুং Disciplic succe-ssion গী ময়মদা খঙহনবা ।)

তৌজিক ঐখোই মৈতৈ সমাজগী মসুংদা মী অমনা অতোপ্পা মী অমদা, নহাক প্রণালিকা কংলব্রা হায়না হংবা যাওই । প্রণালিকা হায়বা ষাহৈ অসিনা খঙ্নবদি, ঈশ্বিং ইচেন অভং-অথম লৈতনা চেম্বরবু খঙনৈ । খুদম— পোক প্রণালিকা । ঈশিং ইচেলনা অভং-অথম লৈতনা চেম্বরক-পঙুম, লাইনিং লম্বেল (system and path of religion) ইহার হায়া হৌরকপদগী তৌজিক কাওবা অভং-অথম লৈতনা, হায়গী হৌদোরকপা মঙং অহু ইকাই কাইদনা, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগাবানদগী মাখা হন্থবা লাই-শিংদা, মখোয়দগী অমুক মুনি, ঋষি, রাজঋষি, ভক্ত, স্বামী, সাধুনচিংবা মী অমদগী মী অমদা ধর্ম্ম অহুবু মথং মথং চৎথরকপা অহুবু প্রণালিকা লৌবা হায়না খঙনৈ । মসিবু পরম পারা, disciplic succession হায়নসু খঙনৈ । মসিগী মতাংদা গীতাগী ৪শুবা অধ্যায়গী শ্লোক ১ দগী ৫ ফাওবগী অর্থ অমুক্তং য়েংসি ।

"ভগাবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি, অস্তুম্মা অমাঙ, অতা লৈত্রবা কর্ম্ম-যোগকী লম্বেল অসি, ঐহাক্না সূর্য্যাদেবদা তাকখি ; সূর্য্যদেবনা মনুদা অদুগা মনুনা ইক্ষ্বাকুদা তাকখি ।" গীতা (৪।১)

"মস্তৌ অস্তুম্মা মপা মপুদগী মথং মথং কংনরকপা কর্ম্ম-যোগ হায়বসে রাজঋষিশিংনা খঙলমই ; তৌজিক্কি মতম কুইমনখিবনা যোগ অসি মাঙ্-ল্লে ।" গীতা (৪।২)

"কুইথ্রবা যোগ অহুমক ঐহাক্না নসি\নঙোন্দা তাকখ্রিবসিনি । মরমদি নহাক ঐগী ভক্তনি অমসুং চাম্বা মরুপনি অদুগা যোগ অসি য়াম্না থুপ্পা অমসুং অথোইবনি ।" গীতা (৪।৩)

"অর্জুনা হংজখি ; ইবুঙো নহাক্না পোকপদি কুইত্রি, অদুগা সূর্য্য-দেবনা পোকপদি কুইথ্রবনি মরম অদুনা মমাংদৈদা নহাক্না সূর্য্যদেবদা তাম্বখি হায়বসি ঐনা করম্না খঙ্বা ঙমগনি ।" (গীতা ৪।৪)

"ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি, হে অর্জুন ! নহাক অমসুং ঐগাকী মপোক য়াম্না ওইখ্রে। হে পরন্তপ ! ঐদি পুম্নমক অহু খঙ্ই ; ঙোইগুম্বসুং নংদি খঙদে।" (গীতা ৪।৫)

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা হায়রিবা লাইনিং লম্বেল অসি, ইহান হানবা ওইনা, সৃষ্টিগী মতমদা সুমিৎ কৌবা লাইদা, সুনিংনা মনুদা, মনুনা ইক্ষ্বাকুদা তাকখি।অসুম হায়না মথং মনাও নাইনা গীতাগী ধর্ম্মবু খঙখিবা অসি মতম কয়াগী মতুঙদা মরী তংখ্রে, হায়বদি গীতাগী ধর্ম্ম অসি খঙ-খিদ্রে। মরম অদিনা গোলোক ধামগী শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না দ্বাপুর যুগতা মী ওইনা অবতার ঙোরগা, গীতা অসি নৌহৌনা অর্জুনগী মফমদা তাকখি। হৌজিক কলি যুগতা খঙনরীবা গীতা অসি অনৌবা পরম-পরাগী গীতানি। অসুম হায়না লাইনিং লম্বেল মথং মথং খঙনবকপা অসিবু মৈতৈ লৈবাক্তা প্রণালিকা লৌবা হায়না খঙবৈ।

["শ্রীকারাম বসন্তসিংহগী মচা মশুশিংগী প্রণালিকা লৌবা।"]

ঐখোই কারাম শাগৈগী মী পুম্নমক স্বর্গীয় শ্রীকারাম বসন্ত সিংহগী ওরকে নিলকৃষ্ণদাস বাবাজীগী মচা মশুমকনি। মানা হিংলিংদা ঐখোই পুম্নমকী সুংঙাই য়াইফনবগীদমক, অহুগা জীব পুম্নমকী লংখুংফম ওইবা The ultimate supreme abode অদুবু ফংনবগীদমক, ঙোঙান ঙোঙানবা লাইনিং লম্বেল কয়ামুক্কী মনুঙদা, মানা পামজবা লম্বেল অমত্তু থন্দুনা শ্রীশ্রীরাধা ব্রজনাথ, হৌজিককী চহি ৩০০ রোমগী মমাঙদা নিরূপণ ঙোরম্মী। হৌজিক মন্দিরদা ঙানথোইরিবা শ্রীশ্রীরাধা ব্রজনাথ অসি, সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ মূর্ত্তি/ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মকনি। ইবুধৌনা পোকপা মচা মশুশিংনা অতৈ অথম লৈতনা হৌজিক কাওবা শ্রীশ্রীরাধা ব্রজনাথবু লাংতুনা অমসুং সেবা পূজা ঙৌদুনা লাকলি। ইপা ইপুনা চংলম্বা লাইনিং লম্বেলবু থাজবগা (শ্রদ্ধাগা) লোইননা চংপনা ঐখোইগী ইথৌনি। মদুনা ঐখোই পুম্নমকী পুনসিগী মহৈ য়ানগনি। ইবুধৌগী খোঙ্গুল মতুং ইন্না ঐখোই পুম্নমক চংশি। ইপা ইপুনা চংলম্বা ধর্ম্ম

থাদোক্তুনা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎলবদি অকিবগী মশকনি। মরমদি গীতাগী ৩শুবা অধ্যায়গী ৩৫ শুবা শ্লোকতা অস্মু হায়রী—

"য়াম্না ফিংথিনা পাংথোক্লবা অতোপ্পগী ধর্ম্মদগী ইশাগী ধর্ম্মনা মপুং ফাদবা ওইহুনস্তু করা চেঙ্গি। ইশাগী ধর্ম্ম লেৎবদা থরাই থারবস্তু মঙ্গল ওই। অদুগা অতোপ্পগী ধর্ম্ম চৎপদি অকিবগী মশকনি।"

ঐখোই পুম্নমক্কী ইবুধৌ শ্রীকারাম বসন্তসিংহনা ঐখোই পুম্নমক্কী লাইনিং লম্বেলগী লমজিংবা শ্রীগুরুদেবনি। ঐখোই পুম্নমক্কী থম্মোই-দুংদা শ্রীশ্রীরাধা ব্রজনাথ ভ'নথোই'র।

**[ "শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক্তা হৌদোক্তুনা ওইরকপা লাইনিং লম্বেলবু প্রণালিকা লৌদুনা, ঐখোয় কারাম শাগৈবু লমজিংবীরম্বা শ্রীকারাম বসন্তসিংহগী মচা মশুশিংনা মতৌ করম হায়না প্রণালি-কা লৌরকই হায়রবগী মথং মথং নায়না উৎপা** Disciplic Succe-ssion ।" ]

(১) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান, (২) ব্রহ্মা, (৩) মহর্ষি নারদ, (৪) ব্যাস দেব (৫) মধ্ব, (৬) পদ্মনাভ, (৭) নরহরি, (৮) মাধব, (৯) অক্ষোভ্য, (১০) জয়তীর্থ, (১১) জ্ঞানসিন্ধু, (১২) দয়ানিধি, (১৩) বিদ্যানিধি, (১৪) রাজেন্দ্র, (১৫) জয়ধর্ম্ম, (১৬) পুরুষত্তম, (১৭) ব্রহ্মণ্যতীর্থ, (১৮) ব্যাসতীর্থ, (১৯) লক্ষ্মী পতি, (২০) মাধবেন্দ্রপুরী, (২১) ঈশ্বর পুরী (নিত্যানন্দ, অদ্বৈত), (২২) ভগবান চৈতন্য মহাপ্রভু, (২৩) রূপ (স্বরূপ, সনাতন,) (২৪) রঘুনাথ জীব, (২৫) কৃষ্ণদাস, (২৬) নরত্তম দাস, (২৭) শান্তিদাস গোসাই, (২৮) মহারাজ ভগ্যচন্দ্র, (২৯) মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তি, (৩০) কারাম বসন্ত, (৩১) কারাম চাওবল, মানক, (৩২) কারাম চাওবা, তোয়াইমা, তোমচা, য়াইস্কুলনচিংবা মথং মথং কারাম শাগৈগী মচা মশুশিংনা অতৎ-অথম লৈতনা হৌজিক ফাওবা শ্রীশ্রীরাধা ব্রজনাথকী (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী) লাইনিং লম্বেলবু প্রণালিকা লৌদুনা চৎথ-রীবা অসি eternal নি।

(ঘ) ভক্তি-যোগ, মথিগুবা শরুক ।

( শান্তি মন্ত্রগী মরমদা খণ্ডহনবা । )

চৌভিক্কী মতমদা মনিপুরদা মক্ক ওইনা গীতা মণ্ডলগী ভক্তশিংনা কনাগুম্বগী শ্রাদ্ধ, সম্বৎসর, দেবকর্ম্ম অমা পাঙ্খোকপদা অম্মেইবদা শান্তি মন্ত্র শোল্লি। মন্ত্র অদুগী অরোইবদা য়াওরিবা মখাগী শ্লোকসিগী অর্থ অমুক্কং নৈনহনা য়েংসি। মন্ত্রদগী ঐখোইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা living beings গা লৈনরীব' মরী (eternal relationship) অমসুং লৈরিবা ফাভম (constitutional position) নিংথিজনা খঙ্বা ঙমগনি।

"ওঁ পূর্ণমদঃ পূর্ণমিদং পূর্ণাৎ পূর্ণমুদচ্যতে।

পূর্ণস্য পূর্ণমাদায় পূর্ণমেবাবশিষ্যতে ॥"

"পুরুষত্তোম ভগবান perfect and complete নি। মহাক্কা perfect and complete ওইবা মরম্না, ঐখোইগী জগৎ-সংসার অসি য়াওনা মহোন্দগী পুথোরকপা পুম্নমক, অর্থৎ-অপা অমম্না য়াওরবা complete whole গুম্না মক্কনি। Camplete whole অমদগী পুথোরকপা পুম্নমক complete ওইবা মক্কনি। ইবুংঙো মহাক্কা complete whole ওইবা মরম্না, অসুক য়াম্না complete unit ময়াম মহোন্দগী পুথোরকলবসু, মহাক মশামক্কী complete balance অদুদগী সুক্ক্ কাই কাহৈদনা অদুম্মক লৈ।"

[ 'Complete whole কদাইবু কৌবগে খণ্ডহনবা। Complete whole দি মওং লৈবা supreme personality of godhead নি। ইবুংঙোদগী পুথোকলিবা unit অমমম্, ওইবা শক্তি ময়াম অদুসু complete মক্কনি। ইবুংঙোনা পুথোকপা phenomenal world সু complete নি।" ]

Complete whole বু (হায়রবদি অমম্বা 'চৎনদনা spiritual অমসুং material য়াওনা নপুং ফারবা পুম্নপদু) supreme absolute truth

হায়রম্ব থওনৈ। মাইহ অমৰোমদা হায়রগা complete personality of godhead পু থওনৈ। Impersonal Brahman বু কংবা নত্রগা supersoul ওইবা পরমাত্মাবু কংবা হায়বা অসিনা Absolute complete পু কংবা কৌবা য়াদে। Supreme personality of godhead পু সৎ-চিৎ-আনন্দ-বিগ্রহ হায়না থওনৈ। হায়রবদি Absolute Existence, Absolute knowledge, Absolute Bliss পু বিগ্রহনি মওং ওইবা হায়না থওনৈ। Supersoul Brahman বু কংবা হায়বসিনা ইবুংঙো মহাকী "সৎ" ওইবা শক্তিবু হায়রবদি ইবুংঙো মহাকী aspect of eternity বু কংবা হায়না থওনৈ। পরমাত্মা নত্রগা supersoul বু কংবা হায়বা অসিনা ইবুংঙো মহাকী "সৎ অমসুং চিৎ" ওইবা শক্তিশিংবু কংবা, হায়রবদি ইবুংঙো মহাকী aspect of eternity and knowledge বু কংবা হায়না থওনৈ। Supreme personality of godhead পু কংবা হায়বা অসিনা ইবুংঙো মহাকী transcendental ওইবা শক্তি পুম্নমকপু হায়রবদি sat, cit and ananda (Bliss) পু বিগ্রহনি মওং ওইনা কংবা হায়না থওনৈ। মরম অদুনা কনাগুম্বা মী অমনা supreme personality of godhead পু কংলবদি, মহাক্না ইবুংঙো মহাকী transcendental ওইবা মপুং ফাবা শক্তি পুম্নমক অমস্তা চিৎথদনা বিগ্রহগী মওংদা কংবা হায়না থওনৈ। মরম অসিনা complete whole বু মওং লৈতবা (formless) হায়বা য়ারোই। ইবুংঙো মহাক্না মওং লৈতরবদি, নত্রগা মহাক মপামক্তা মহাকী creation ওইবা unit শিংদগী হেনবা ওয়াবদি, ইবুংঙো মহাক complete whole ওইবা য়ারোই। Complete whole দি, ঐখোইগী experience কী মফমদা লৈবা পুম্নমক অমসুং experience কী মংমদা লৈবা পুম্নমকসু, পুম্নপ পুনবা অদুনা ওইশনবনি, নত্রবদি ইবুংঙো মহাক complete whole কৌবা য়ারোই। Complete whole হায়না থওনবা the personality of godhead না মপান নাইত্রবা unit

ওইবা শক্তি ময়াম পুথোকই। অতুওম্বা শক্তিশিং অতু ইবুংঙো মহাক্ কুম্না complete ওই। অস্তুম তৌদুনা ইবুঙো মহাক্না শেম্লিবা phenomenal world অসি complete নি। ঐখোইগী material universe অসি ইবুংঙো মহাক্না পুথোকপা material energy গী মওং ওইবা 24 elements কী temporary manifestation নি। ঐখোইগী universe কী মমুঙ্দা লৈবা জীব পুম্নমক্কী থিংনবা অমসুং মুংঙাইনবদা চংগদবা পোৎ পুম্নমক, 24 elements অসিদগী থোকখিবনি। Universe অসিগী মমুঙদা লৈবা unit অমত্তনা, ঐখোইগী universe অসিবু থিংহননবগী হোৎনবসু দরকার লৈতে। Complete whole ওইবা ঈশ্বরগী শক্তিতনা মরম ওইদুনা, time scale অমগী মমুঙ্দা universe অসি function তৌদুনা লৈবনি। Time scale অসি হেক complete ওইবদা, complete whole ওইবা ইবুংঙোনা complete arrangement তৌদুনা, temporary manifestation অসি মাঙ্খিগনি।

[ "Full consciousness **কা লোয়ননা** human life **ওইরিবঙদা,** living entity **না** complete whole **গী মনুঙদা** complete unit **অমা ওইনা লৈরিবগী ফাত্তম খঙননবা হোৎনদুনা,** supreme personality of godhead **পু ফংননবা হোৎনজগদবনি।"]**

Complete whole ওইবা ইবুংঙোবু ফংননবা complete unit খুদিংমক্তা, হায়বদি living beings খুদিংমক্তা, খুদোংচাবা পুম্নমক পীবিরী। ঐখোইনা incomplete ওইনা লেংনরিবা পুম্নমক অসি complete whole গী জ্ঞান মপুং ফাবা থাংপদগীনি। মীওইবগী মওং নায়বা অহিংবা জীবসি অতৈ কয়রম্তা নত্তে, living being গী consciousness পু মপুং ফানা এপান্না উৎপনি। জীবাত্মানা যুগ কয়া চংনা, পোকপা-শিবা নায়বা হকচাং য়াওবা জীব লাখ ৮৪ দা চঙ্দুনা পোকলুরবা মতুংদা, মীওইবগী হকচাংদা চঙ্দুনা মী ওইনা পোকলিবনি। Full consciousness কা লোইননা human life ওইরিবঙদা

living entity না complete whole গী মসুগদা লৈনা লৈনা, মহাক্না complete unit অমা ওইনা করম হায়না লৈরীবগে হায়বগী কীভন অসিবু মপুং ফানা খঙ্নবা হোৎনজরবদি, মহাক্কী তৌজিক completeness ওইরীবা অদুবু অমুক হন্না ফংনবগী খুদোংচাবা অদু ফংলরোই। মহাক law of material nature গী মতু ইন্না evolutionary process কী মসুংদা হায়বদি পোকপা-শিবগী চক্রদা চংগনি। শম্না হায়রবদা, মহাক liberation ফংলরোই অতোপ্প জীব অমা ওইনা অমুক পোকনি।

[' Complete unit ওইরীবা living entity না complete whole ওইরীবা ইবুংঙোগা মরী লৈননা থবক তৌরিবমখৈ complete unit ওইনা অদুম্বক লৈগনি। নত্রবদি complete unit ওইররোই। শম্না হায়ররবদা মতম পুম্নমক্তা ইবুংঙোগী সেবা তৌরবতদা complete unit ওইগনি।"]

ঐখোই হিংনবগীদমক, nature গী মসুংদা complete arrangement তৌদুনা হায়রিবা অদুম্বক লৈ হায়বা অসি খঙ্দতনা, অদুগা মায়কৈ অমরোমদা ঐখোইনা পামজবা senses enjoyment ফংজগা complete life অমা ওইগনি খন্দুনা, ঐখোইনা nature গী resource পুম্নমকপু শিজিন্নবা কন্না হোৎনরি। Life of sense কী হুংঙাইবা অসি, complete whole ওইরিবা ইবুংঙো মহাক্তা শম্নেনা থবক তৌত্রিবনখৈ, living entity না মপুং ফানা হুংঙাইবা ফংলোই। মসি খঙ্দবগী, sense enjoyment কী misleading life পু illusory নি, হায়বদি মরানি হায়না ঐখোইনা নিংই। ঐখোইগী হকচাংগী খুৎ অসি হকচাং পুম্নপ অদুগা শম্নরীবমখৈ complete unit অমনি। খুৎ অদু হকচাং অদুমগী ককথৎলবদি, খুৎ অদুগী মওং অদুদি অদুম্বক লৈগনি, অদুমদি ওইরগা খুৎকী শক্তি অমত্তসু খুৎ অদুদা লৈররোই, হায়বদি হকচাং পুম্নপ অদুগী complete unit ওইররোই। অদুগুম্বনা living being শিং

অসি complete whole ওইরিবা ইবুংঙো মহাক্কী part and parcel নি। Living being শিং অসি করিগুম্বা complete whole ওইরিবা ইবুংঙোদগী ককপৎলবদি, হায়বদি মখোই লৈনরবদি মখোইগী completeness ওইবগী illusory representation অমুক মাঙখ্রগনি, হায়বদি মখোই complete unit অমমম, ওইত্রে।

মীওইবগী পুন্সিদা complete unit অমা ওইনা completeness ওইগে হায়রবদি, complete whole ওইরীবা supreme personality of godhead কা শম্নদুনা, মতম পুম্নমক্কী মাগী সেবা তৌরবতদা ওইগনি। জগৎ-সংসার অসিদা ঐখোইনা খঙনরীবা সেবা পুম্নমক, হায়বদি social, political, communal, international অমসুং interplanetory গী মখল ওইবা service পুম্নমক, complete whole ওইরীবা supreme personality of godhead কা শম্না সেবা তৌরবদি, incomplete ওইবা সেবা ওইগনি। ঐখোই পুম্নমক comlete whole ওইরিবা ইবুংঙো মাগা শম্না থবক তৌরবদি, attached part and parcel ওইরিবা ঐখোই পুম্নমকসু complete unit অমমম শোয়দনা ওইগনি।। মসিবদি complete unit ওইরবোই, অদুগা লোইন-লোইনন অমুক পোকপা, অমুক শিবগী চক্রদা চঙদুনা লৈগনি।

(ঙ) ভক্তি-যোগ, মওংগুবা শরুক।

(বেদ অমসুং বেদ জ্ঞানগী, vedic knowledge গী মরমদা খঙদুনব )

[ "Vedic knowledge বু original knowledge **নি হায়না খঙনৈ। মীওইবনা** conditioned soul **ওইরীবৈদা** defect **মরি লৈবনা মরম ওইদুনা, মখোয়না লৈরিবা** knowledge **অদু** imperfect knowledge **নি। যুগ যুগ খুদিংদা লৈবা** conditioned soul **ওইবা মীওইবগী** imperfect knowledge **না** vedic knowledge **গী অদুবা অদুবু লৌবা ঙমা থোকই।"** ]

বেদ হায়বা বাহৈ অসিনা জ্ঞানবু খঙ্‌নৈ। মরমদি বেদবু তশ্লীবা হায়বা অসিনা original knowledge বু তশ্লীবা হায়বনি। ঐখোই মীওইবনা conditioned soul-ইরিবগী কীভমদা defect মরিথক লৈ: মথুদি— (১) অরানবা তৌবা। মী ওইনা হিংলিবদা অরানবা তৌদবা মী লৈবা তৌরদে। মথু ইতিহাসনা শাক্ষিনি। "To err is human" হায়বা পাওরৌ লৈ। (২) অশেংবা অমসুং অওইবা নত্তবা পোৎপু অশেংবা অওইবা ওইনা লৌবা হায়বদি "মায়া"। মী খুদংনা body বু self নি হায়না লৌই। মী অমনা অতোপ্পা মী অমদা নহাক কনানো হংবদা মী অথুনা খুমগনি, ঐ চাওবনি নত্রগা তেংশ্রি। পুম্নমক অসি bodily identification নি। থাকৈশেংবদি ঐখোই body অসি নত্তে। মসিগুম্বা ওইদবা পোৎপু অওইবা শাববু মায়া কৌই। (৩) হৌনশাগী হৈনজবা ওইনা মী অমনা অতোপ্পা মী অমবু নমথাক তৌবা। মায়ানা মরম ওইথুনা মীনা মশামকী অশেংবা মশক খঙদে। অসিগুম্বা defect শিং অসি লৈন-লৈন মীনা অশিংবা শারদুনা philosophical book পুস্থ ইরি। মসি মীয়ামদা নমথাক তৌবনি। (৪) ঐখোইগী relative world গী ওইবা sense knowledge অসি imperfect নি। ঐখোইগী মীৎ, নাকোং, খোং, খুৎ লৈবসিদা ঐখোইনা চাওখোকচরি। করিগুম্বা মতমদা মী অমনা অতোপ্পা মী অমদা হায়বা য়াওই। 'নহাক ঐহোন্দা ঈশ্বর উহনবা ঙমগদ্রা?" অদুবু ঈশ্বরবু উবা য়াবা মীৎতি মী অদুগী লৈরব্রা? অদুগুম্বা মীৎ লৈত্রিবনথৈ, মহাক ঈশ্বর উবা য়ারোই। পুম্নমক্‌ মশা কা অমদা ঐখোইগী মীৎনা য়েংবদা করিমত্তা উবা ঙমদে। অদুনদি মীৎকী উবগী শক্তি করিনো? অসিগুম্বা ঐখোইগী imperfect senses লৈবনা বেদগী knowledge মপুং ফানা খঙবা ঙমদে। হায়বদি, vedic knowledge গী অচুম্বা অদুবু, মীনা অরানবা ওইনা লৌবমুং য়াওই। Conditioned soul ওইরিবদা অসিগুম্বা deficiencies ময়াম অসি লৈবা মরম্না, ঐখোই ইশানক perfect ওইদে। মরম অসিনা

perfect knowledge অমম্বা conditioned soul ওইরিবৈদা মী-ওইবদা লৈতে অদুগা মীশোন্দ খঙ্‌হনবসু ঙমদে। অচুম্বদি যুগ পুম্নমক্তা চুমহনতা লৈ, অদুবু যুগ যুগ অহুদা লৈবা conditioned soul ওইবা মীওইবগী imperfect knowledge না vedic knowledge গী অচুম্বা অদুবু, অচুম্বা ওইনা লৌবা ঙমদে। মরম পুম্নমক অসিনা, বেদদা ইরিবা অদুবু যেৎনবা লৈতনা অচুম্বা ঙাক্তনি হায়দুনা লৌগদবনি।

[ "ভারত মচা ঐখোয় বেদ-হিন্দুনি। ঐখোয়গী society অমসুং spritual life মরি মরি থোক্লা খাইদোকই।" ]

হিন্দু হায়দুনা ঐখোই ভারত মচাদা খোঁ'ল্লবা বাহৈ অসি, মীরৈবাকী মীনা খোনবা বাহৈনি। ঐখোইদি হিন্দু নত্তে "বেদ-হিন্দু" নি। ঐখোইগী অশেঙবা identification দি "বর্ণাশ্রম" নি। বেদকী নিয়ম মতুং ইন্না হিংলিবা মীশিংবু "বর্ণাশ্রম" হায়না খঙ্‌নৈ। হায়বদি মীওইবগী society বু ৪ থোক্লা খায়দোকই— মদুদি (১) ব্রাহ্মণ—ব্রহ্মণ মশক খঙ্‌বা কাঙবু, (২) ক্ষেত্রিয়— Administrator গী কাঙ্‌বু, (৩) বৈশ্য— লাংলোন-ইতিক তৌবা কাঙ্‌বু, (৪) শুদ্র— থবক শুবা কাঙ্‌বু। অদুগা মীওইবগী spritual life পু ৪ থোক্লা খায়দোকই মদুদি— (১) ব্রহ্মচার্য্য, (২) গৃহস্থ (৩) বনপ্রস্থ, (৪) সন্যাস।

[ "Vedic knowledge দি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মুখদগী থোকখিবনি। মসিবু transcendental knowledge হায়নসু খঙ্‌নৈ। Trans-cendentalist কাংবু অনিমক্তা (vendantist and vaisnavas) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু supreme personality of godhead নি হায়না য়ানরবনি।" ]

বেদদি মীওইবগী শ্রান্না ওইখিবা নত্তে। Vedic knowledge দি spiritual world দা লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মুখদগী থোকখিবনি। মী-ওইবগী exprimental knowledge হুপা নত্তে। Vedic know-ledge বু শব্দ-প্রমাণ হায়নসু খঙ্‌নৈ, হায়বদি Authority অমম্বা

হায়বা অদুবু তাহনা খঙ্বা জ্ঞান (শ্রুতি) হায়বনি। জীব পূমংকী ইহান হানবা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মুখদগী vedic knowledge বু তাহ্লা খঙ্খি। ঐখোইগী universe কী মধুঙ্দা লৈবা knowledge বু material knowledge হায়না খঙৈ, অদুগা universe কী বাংমদা লৈবা knowledgeবু transcendental knowledge হায়না খঙৈ। বেদ-দা তাকপি, মদুদি transcendental knowledge বু খঙ্গে হায়রবদি authority অমদগী ঐখোইনা তাগদবনি। ঐখোইগী sense-universe কী বাংমদা spiritual sky লৈ। অসিগুম্বা spiritual sky অদু manifestation and non-manifestation গী বাংমদনি। অদুগুম্বা spiritual sky অদুদা লৈবা জীব অমসুং planet পূম্নমক eternal নি হায়বা অসিদা, কনানা চুম্ম নত্রগা লায়ি হায়না খিদোক্তুনা খঙ্গদৌরিবনো? ঐখোইগী sense universe কী মতায় যাওবা bodily চকুনা ঐখোইনা খঙবা ঙমদ্রিদা, spiritual sky তাম্না bodily চংপা ওইখোক্তবনি। ওইখোক্তবা অসিবু জ্ঞানা খঙ্গে হায়রবদি, বেদগী মতেংতনা খঙ্বা ঙমগনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-না highest authority নি হায়না vedic knowldge কংবা মী কাংলুপ খুদিংমক্না য়ানরবনি। Transcendentalist মী কাংবু অনি লৈ— অমনা vedantists, নত্রগা impersonalists, নত্রগা মায়াবাদী হায়না খঙৈ। মখোই অদুগী লুচিংবা শ্রীশঙ্করাচার্য্য নি। অতোপ্পা কাংবু অমনা vaisnavas হায়না খঙৈ। মখোই অদুগী লুচিংবনা রামানুচার্য্য, মাধবচার্য্য, বিষ্ণুস্বামী নি। শঙ্কর-সম্প্রদায় অমসুং বৈষ্ণব-সম্প্রদায় কাংবু অনিমক্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু supreme personality of godhead নি হায়না য়ানরবনি। শ্রীমদভগবদগীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হায়রী vedic research কী থাংনৈশংবা উদ্দেশ্যদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙ্নবা তানবনি। গীতাগী ১৫ শুবা অধ্যায়গী ১৫ শুবা শ্লোকতা অসুম্না হায়রী—"ঐনা পূম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈ; নিংশিংবা খঙ্বা অমসুং কাউবা পূম্নমক ঐতোনদগী ওইবনি। বেদ পূম্নমক্না খঙ্গদৌরিবসু ঐনি; বেদান্ত পুখোকপা ঐনি

অমসুং বেদ খঙ,বসু ঐনি।." অদুবু vedic knowledge তগী মতেঙ,বা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ফংবদি, য়াম্না লুগনি মরমদি অদুগী মতিক খঙ,লকলগা, অদুগী মতিক চম্মন,লগনি। অশেংবা devotee অমদগীদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লায়না খঙ,গনি, মদু অতৈ করিমত্তা নত্তে শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী devotee গী potency নি।

[ "Veda **ইহান হানবদা অমখক্তনি, মদুসু লাইরিক ওইনা লৈরম্বা নত্তে,** Authority **অমদগী তাবতনা খঙ,বনি। মতুঙ,দা শ্রীব্যাসদেবনা বেদবু লাইরিক্তা ইদুনা থনম্মী, অদুগা মখল মরি থোক্না খায়দোকলম্মী। মতুঙদা বেদান্ত-সূত্র, শ্রীমদভাগবত-নচিংবা লেংলম্মী।"** ]

Veda দি ইহান হানবদা অমখক্তনি। মদু লাইরিক ওইনা লৈদুনা পাবসু নত্তে। মতম অদুগী মীশিং অদু অদুগী মতিক শিংই মদুদি মখোইনা authority অমদগী তাবতনা খঙ,বা ঙম্মী। চহি লিশিং ৫ রোমগী মমাংদা শ্রীব্যাসদেবনা কলিযুগকী মীশীংদমক্তা বেদবু লাইরিক্তা ইদুনা থনম্মী। মহাক্না বেদবু মখল ৪ থোক্না খায়দোকই, মদুদি (১) ঋক, (২) সাম, (৩) যযুর অমসুং (৪) অথর্ব। হায়রিবা বেদ মখল ৪ অসি মাগী শিষ্যশিংদা অমমম, শিন্নরম্মী। ঋগ বেদবু পৈলমুনিদা শিন্নরম্মী। সাম বেদবু জৈমিনি মুনিদা শিন্নরম্মী। যযুর বেদবু বৈশম্পায়ন মুনিদা শিন্নরম্মী। অদুগা অথর্ব বেদবু সুমন্তু মুনিদা শিন্নরম্মী। স্ত্রী, শুদ্র অমসুং দ্বিজবন্ধুশিংগীদমক্তা, শ্রীব্যাসদেবনা মহাভারত অদুগা পুরাণ ১৮ লেংলম্মী। উপনিষদ অসিসু বেদগী মচেৎ অমনি। Scholars and philosophers কীদমক্তা শ্রীব্যাসদেবনা vedic knowledge গী summary ওইবা বেদান্ত সূত্র কৌবা বেদান্ত অমা লেংলম্মী। শ্রীব্যাসদেবগী গুরু মহর্ষি নারদগী বাক্যদগী, মহাক্না মতুঙ,দা বেদান্তবু মপুং ফানা কলিগী মীশিংনা খঙ,নবা, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মপুং ফানা খঙ,নবা শ্রীমদভাগবত লেংলম্মী।

(চ) ভক্তি যোগ, তরুকপুবা শরুক।

(শ্রীমদভগবদ গীতাগী মরমদা খঙ্‌হনবা।)

**[ "গীতাগী উপদেশ পীরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি অদুগা উপদেশ লৌরিবা অর্জুন-না ইবুংঙোগী মরুপ ওইবতা নত্তনা শিষ্য অমসুনি। গীতাবু criticism য়াওদনা submissive attitude তা খঙননবা হোৎনজবতনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থৌজান ফংগনি।"]**

শ্রীমদভগবদ গীতা বু গীতপনিষদ হায়নকুম খঙ্‌নৈ। মসিদা vedic knowledge গী মচং ওইবা বা মথৈ য়াওরী। মসি vedic literature গী মরু ওইবা উপনিষদ শিংগী মনুঙদা অমনি। গীতাগী উপদেশ পীরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান সাক্ষাৎ শ্রীনারায়ণ ভগবানগী অবতারনি অদুগা উপদেশ লৌরিবা অর্জুন সাক্ষাৎ নরগী অবতারনি। গীতাগী ২ শুবা অধ্যায়গী ৭ শুবা শ্লোকতা হায়রী, মহাক্না অর্জুন শ্রীকৃষ্ণ ভগবান গী মরুপ ওইবতা নত্তে শিষ্য অমনি। মরম অদুনা গীতাগী উপদেশ পুম্নমক অসি গুরুনা শিষ্যদা তাকপীবা উপদেশ মরুনি। মরম অসিনা, গীতাবু spirit of devotion ওইনা চায়বদি submissive spirit তা খঙননবা হোৎনরবতদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থৌজান ফংবা ঙমগনি। গীতাদা basic truth মঙা নৈনরী মহুদি (১) ঈশ্বর (supreme controller), (২) জীব (the controlled living entities), (৩) প্রকৃতি (material nature), (৪) মতম (the duration of existence of the whole universe or the manifestation of material nature), (৫) কর্ম্ম (activity)। Basic truth মঙা অসিগী অমগা অমগা মরী-লৈনবা মহুদগী থোকলকপা (১) জ্ঞান-যোগ, (২) কর্ম্ম-যোগ, (৩) ভক্তি-যোগ, (৪) সাংখ্য-যোগ, (৫) স্বরূপ (the constitutional position of living entities), (৬) সনাতন ধর্ম্ম, (৭) knowledge of the absolute, (৮) opulence of the absolute, (৯) জগৎ সংসার

(universal form), (১০) devotional service, (১১) শ্রদ্ধা, (১২) মপুং ফানা থাদোকপা (perfection of renunciation), (১৩) পরম ধাম অসিনচিংবা নৈনবী। Perfect authority অমদগী তাকলকপা vedic knowledge ওইবা মরম্না, imperfect ওইবা/ ঐখোইগী জ্ঞান মপুং ফানা খঙ্বা ঙমদবা ফাওবদা, criticism য়াওদনা submissive attitude তা উপদেশ পুরমক অহুবু খরদং খঙননবা হোৎনজবতনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা খোঙ্গান ফংগনি।

(ছ) ভক্তি-যোগ ভুরেৎশুবা শকক।

(শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ইবুংঙোগী spiritual and material energy, নাম, ধাম, অবতার, মণ্ডল, consciousness, প্রেম ভক্তি, মীওইবগী constitutional position অসিনচিংবা অমগা অমগা মরী লৈনবা অতুগী মরমদা খঙহনবা।)

[ "শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অমসুং ইবুংঙো মানা শেম্বা লাই, মী, শা, পোৎশিং অদুগা ইবুংঙোগী ধাম, নাম, অমসুং অবতারশিংবু মুম্না খঙলবদি মী অদু পোকপা শিবদগী নাহোকলগনি।" ]

"ঈশোপনিষদ" হায়বা উপনিষদ অসি যযুর্বেদগী শকক অমনি। মাগী ১৪ শুবা মন্ত্রদা অস্রুম্না হায়রী।

"সম্ভূতিং চ বিনাশং চ যস্তদ্ বেদোভয়ং সহ।
বিনাশেন মৃত্যুং তীর্ত্বা সম্ভূত্যামৃতমশ্নুতে ॥"

"খুদ্দগী চাওরবা শক্তি লৈরবা ভগবান, মহাক্কী মায়া চংজবা নাম, ধাম, মণ্ডল, অবতারশিং, মণ্ডলশিং অহুগা লোইননা, মহাক্কা মতম খরতংগী ওইনা শেম্বা লাই, মী, শা, অমসুং পোৎশিংবু, মী অদুনা মপুং ফানা মুম্না খঙগদবনি। হায়রিবশিং অসিবু খঙলবা মী অদু শিবদগী নাহোকলবনি অহুগা মহাক জগৎ সংসার (ephemeral cosmic manifestation)

অসিদা অমুক হুন্না পোকলরোই। মহাক eternal ওইরবা, হায়বদি অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈত্রবা ভগবাননগী ধামদা অচুম্বক হুংঙাইনা লৈথ্রগনি।"

["শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অমসুং মহাক্কী separated material energy গী মরমদা থঙহনবা। ইমুংতোংগী material energy না অনৌবা পোৎ অমা ওইনা convert তৌববু মীনা অনৌবা পোৎ শাবনি হায়না claim তৌই।"]

পোকপা শিবা নাইরিবা ঐখোইগী material universe কী মসুৎদা লৈবা থবাই পানবা জীব পুম্নমক্কী মসুৎদা, মীওইবনা থ্বাইদগী অবাংবা থাক্কী জীবনি। মরমদি ভগবান্না পীনরিবা জ্ঞান অসিগুম্বা, অতোপ্পা জীব অমত্তদা লৈতে। জ্ঞান অসিগী মতেঙ্না, মীওইবনা অতোপ্পা জীব পুম্নমকপু মখোইগী হুংঙাইনবা, শিজিন্নবিংবা মওংদা শিজিন্নহন্না, মখোইগী খুত্থুম মথাদা থম্মী। হৌজিক্কী scientific যুগ অসি মীওইবগী চাওখৎ-পদা শিংথানবা য়াম্বনি। Scientific knowledge গী মতেংনা ঐখোইগী মপান্দা মীৎনা উরিবা পোৎশিং হায়বদি— উ, বা, নাপী-শিংবী, লৈবাক, মুঙ, য়োং, ঈশিং, মৈনচিংবা, অচুগা মীৎনা উত্রবস্থ লৈ হায়না খঙবা পোৎশিং হায়বদি— হুংশিং, gas, virus, ether, মখোন, মনম, electricity, wave, শাবা, ইংবা, চিংশিন্নবগী শক্তি, ইখোক্ত্রবগী শক্তি অসিনচিংবা পুম্নমক অসি, মীওইবগী হুংঙাইনবগী অমসুং চাওখৎনবগী থবক্তা শিজিন্নবি। ফজরবা Buildings, লম্বেল, খোং, thermal power, water works and irrigation projects, Radio, T.V. Computer, Rocket, Nuclear, Satellite, Robot, Medical, Engineering, Biological and Chemical Science, Space Science অসিনচিংবা পুম্নমক অসি হৌজিকি মতমগী মীওইবগী চাওখৎ-খুদম ওাক্তনি। অচুবু analysis তৌদুনা, য়ুম্না থিজিন্নুরবদি, মীনা ওবদি, হান্না লৈজরম্বা পোৎ (natural things) অমদগী অতোপ্পা পোৎ অমা

ওইনা মওং ওম্মোকহনবগুনি। Conversion নি creation নত্তে। ভগবাননা হান্না শেমখ্রুনা থমন্নবা পোৎশিং (natural elements), হায়বদি লৈবাক, উ-রা, য়োং, মুংশিং, ether, mineral products, wave, electricity নচিংবা (modern science নদি 24 natural elements হায়না খঙনবা) অমগা অমগা য়ানশিনখ্রুনা, শমুহন্দুনা, influence লৈনহন্দুনা, অনৌবা পোৎ অমা ওম্মোকপা অহুবু, ঐখোইনা শাবনি হায়খ্রুনা claim তৌবগী বানি। পোৎ শাবা নত্তে, পোৎ অহুগী মওং ওম্মোকপনি। চফু অহু লৈবাক্কী মওং ওম্মোকপনি। Radio অহু য়োং, electricity, wave, মখোন, ether নচিংবা মরি-লৈনহন্দুনা, অমদি influence লৈনহন্দুনা মওং অমা ওনখোকপনি। মীনা natural thing অমসুং natural elements অমত্তা শাবা ঙমদে। Hydrogen Atom ২ গা Oxygen Atom ১ গা তিন্নরগা ঈশিং ওল্লি। অহুবু hydrogen অমসুং oxygen মীনা শাত্রা? অসিদা কনাগুম্বনা হায়বা য়াই চফুদি চফুনি, লৈবাক্কি লৈবাক্কি, চফুবু লৈবাক কৌবা য়াদে। চফুদি মীনা শাবা, মমুঙদা ঈশিং হাপ্তুনা শিজিন্নবদা কান্নবা চফু কৌবা অনৌবা পোৎ অমনি। লৈবাক্কি শিজিন্নকনদি য়ুম্ফম পোনবনি, কপ্পেল শেম্বনি, ঈশিং হাপ্পা য়াদে ; মাগী শিজিন্নকনদি চফুগা মান্নদে। অহুনা পোৎ অমি অসি তোঙান-তোঙানবা পোৎনি। করে, মীনা অনৌবা পোৎ শাহুনা, scientific কী চাওখৎলবা যুগ অসিদা ঐখোইনা হৌজিক শিজিন্নরিবা অনৌবা পোৎ electronics নচিংবসি মীনা শাবনি হায়না কৌরসি। অহুবু মখোইশিং অসি শাননবা natural elements না মত্তুং পাংলমখ্রবদি, নত্রগা natural element শিং অসিনা অনৌবা পোৎশিং অহু শাননবগী raw material ওইরমখ্রবদি, ঐখোয়না শাবনি হায়না claim তৌরিবা অনৌবা পোৎশিং অসি লৈরমখিগনি, অমুক্তা থম্লিবু। গীতাগী ৭ শুবা অধ্যায়গী ৪ শুবা শ্লোক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অসুম্না হায়রী—

"লৈবাক, ঈশিং, মৈ, মুংশিং, অতিয়া, মন, বুদ্ধি অমসুং অহঙ্কার মখোই

নিপাল অসি ঐভোম্দগী পুথোকুন', ঐভোম্দগী তোঙান্না থমলবা energy নি (separated material energy) হায়না খঙউ।"

হৌজিক্কী scientific knowledge না খঙ্নরীবা 24 natural elements অসি মথক্কা হায়রীবা ভগবানগী energy নিপাল অসিদগী ওইখিবনি। মরম অসিনা, ঐখোইনা অনৌ-অনৌবা পোৎ য়াম্না শগে নত্রগা convert তৌরে হায়না claim তৌজরবস্তু, পুম্নমক অসিগী তৌরকক্ম original source তি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি। মসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈবগী অচৌবা পুন্দ্র অমনি। ইবুংঙোগী material energy বু মীওইবনা exploit তৌবনি। মসিগী মরমদা বারী মচা অমা—

## বারী মচা অমা

মনিপুরগী ইম্ফাল সহরদা এলাংবম তোম্বা কৌবা মহাজন অমা লৈরম্মী। মহাক্না মনিপুরদা Tiles Industry অমা establish তৌগে হায়না থোরাং তৌরম্মী। Manipur লাইববা লৈবাক্নি। জিঙ্খনা য়ুম কুপ্লদগী খাপরানা য়ুম কুপ্পনা শেল য়াম্না চংলোই। অতুগীসু মথক্তা কালেন থাদা জিঙ্খন' কুপ্পা য়ুমদি য়াম্না শাই, খাপরানা কুপ্পদি ইংই। মরম অতুনা মীনা যাম্না পাম্নগনি। Tiles Industry অমা মনিপুরদা establish তৌবা ওম্নবদি য়াম্না কাম্নগনি।

থবক অতু তৌননবা Technician শিং পুংলাইগা কোম্না Calcutta দগী শেল য়াম্না চংনা মাংগাইরে। Technician না মনিপুরদা ফংবা soil test তৌতুনা, Tiles Industry অমা establish তৌবা হৌরে। Tiles য়াম্না পুথোকলে, য়েংবদা মশক য়াম্না ফজৈ। মহাজন অতু হরাওরে। মীনা tiles য়াম্না লৈনরে অতুগা য়ুম কুপ্পরে। নোংজুথা ওইরক্তুনা, অহিং অমা নোং-মুংশিং তৌতুনা লেন য়াম্না তাখি। য়ুমদা কুপলিবা tiles শিং অতু লেম্না থাতুনা য়াম্না কায়রে। Tiles গী quality হন্থবগী মরম করিগীনো হায়না থম্নবদা Technician না হায়রে— "Calcutta

দা কংলিবা tiles শানবগী soil অদুগা Manipur দা কংলিবা tiles শানবগী soil অসিগা মান্নদে। মরম অসিনা মনিপুরদা শাবা tiles কী quality হন্নবনি।" Calcutta গী soil মনিপুরদা পুরকপদা trans- portation charge য়াম্না চঙ্বা ভাবনিনা, মনিপুরদা Tiles Industry অমা establish তৌবা economy ওইরোই। মরম পুন্নমক অসিনা Tiles Industry মনিপুরদা establish তৌবা য়ারে।

এলাংবম তোম্বা মহাক্না হৌজিক্কি মুল্লা খঙজরে। মীওইবনা তৌরিবা থবক পুন্নমক God centred activity ওইগদবনি হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না শেম্বা মহাক্কী মপোৎ অদুবু মীওইবনা মতম খরগীদমক মপোৎ শাজিন্নদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মুংঙাইনবগীদমক সেবাগী ভাবতা কংচবা অমসুং থবক পুন্নমক তৌজবা অদুডনা মীওইবগী চাওখৎপা, মুং- ঙাইবা অমসুং মঙ্গল ওইগনি। মনিপুরদা কংবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শেম্বা লৈবাক্কা শাবা tiles বু কনা-য়াম্না হৈ-শিংবা Scientist/Technician ওইদুনসু, Calcutta গী quality গা মান্নবা tiles পুথোকপা য়ারোই। হায়বদি মীওইবনা natural element তগী অনৌবা পোৎ অমা ওইনা convert তৌবদা, natural element অদুগী original quality অদু অনৌবা পোৎ অদুদা অদুম্বক য়াওগনি, quality হোংহনবা ঙমদে। Natural element অমসুং মাগা লোইনবা, quality মীনা শাবা ঙমদে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-তনা ঙম্মী। অকবা quality লশিংদগী (long sta- ple) পুথোকপা লং quality কৈ। কন্ডবা quality গী লশিংদগী (short stapble) পুথোকপা লং quality কন্ডে। মসি পুন্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈবগী অচৌবা খুদমনি।

[ "**শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অমসুং মহাক্কী** individual superior energy **না ওইরিবা জীবাত্মা গী মরমদা খঙহনবা। মীওইববু হিংহল্লিরা অসি ইবুংঙোগী** superior energy **ননি। মশা মতোমডনা লেঙবা ঙমজদবা পোৎশিংবু লেঙহল্লিবা অসি মীননি, হায়বদি ইবুংঙোগী** superior energy **ননি।"** ]

"মহৌশানা লৈজরম্বা" হায়বা পোৎ অমত্তা meterial world অসিদা লৈতে। "মহৌশানা লৈজরম্বা" হায়বা বাহৈ অসি লাইবু থাজদবা (Atheist) কাংবু শিংনা কংয়েং ওইনা য়েংতুনা, পঙ্‌হায় হায়জিনবা বানি। ঐখোইনা মীৎনা উবিবা পোৎ পুম্নমক, অমসুং মীৎনদি উদবা, পুক্লিংনদি লৈ হায়না খঙ্‌বা পোৎ পুম্নমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী separated material energy নি। অসিগুম্বা separated material energy দগী ওইরকপা, ঐখোইনা হৌজিক খঙনরিবা 24 natural elements না অমগা অমগা য়ানশিন্নতুনা, শমুহন্দুনা, Co-relation লৈনহন্দুনা, অমনা অমদগী reflection পুথোক্লুনা, হৌজিকী মতমগী scientist শিংনা মীওইবগী শিজিন্নবা অঙক-অঙকপা পোৎ য়াম্না পুথোকলে। অঙকপা পোৎশিং অসিগী মতুংদা ১/২ দং লৌখৎতুনা examine/analyse তৌতুনা য়েংসি। T.V. অসি ether দা লৈবা sound wave, image wave অমসুং electricity গী মতেঙ্‌না কাজিন্দুনা T.V. গী screen দা মখোন য়াওবা image ময়াম উহনবনি। উহল্লিবা picture অদু, programme লৈবা মতমদা মীনা T.V. set অদুদা লৈখোক-লৈশিন তৌতুনা উবনি। T.V. set অদুনা অহিংবা জীব অমগুম্না মশা মতোমতনা, নিঙ্‌বগী মতুং ইন্না pictute উহনগে উহল্লোই তৌবা ঙমদে। Space ship অমনা পৃথিবীগী বাংমদা চৎতুনা মানা পাংথোকলুরিবা থবক অদু, পৃথিবীগী ground level দা control room থমতুনা, space ship অদুগা etheral wave কী মতেঙ্‌না মরি লৈনহন্দুনা, মীনা চালাইরিবনি। অহিংবা জীব অমগুম্না space ship অদুনা মশা মতোমতগী অপাম্বা মতুং ইন্না থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে। শম্না হায়রবদা, মীনা হংনা লাইফদিবী লেঙ্‌হন্দুনা শান্নবগুম্বনি। য়াম্না চাওখৎলে হায়রীবা scientific যুগ অসিদা, অহিংবা জীব অমগুম্না, মশা মতোমতনা, কনাগীসু মখা পোন্দনা, মানা নিঙ্‌বগী মতুং ইন্না, লেঙ্‌গে লেঙ্‌লোই তৌবা ঙম্বা, পোৎ অমত্তা মীওইবনা শাবা ঙমদে। থড়ী, মীনা চাবি থাজিন্দুনা

নত্রগা electric কা শম্নহন্দুনা চৎহনবনি। Aeroplane, motor vehicle, computer না তৌরিবা থবক অসি, petrol, electricity অদুগা driver গী মতেঙ্‌দগীনি। মখোইনা তৌরিবা থবক পুম্নমক অসি, মী হায়বা অহিংবা জীব অসিগা পোৎ অদুগা শম্নশন্দুনা, মরী লৈনহন্দুনা, হায়বদি পোৎ অদু মী অদুগা অমত্তা ওইশিন্দুনা, মী অদুনা নিঙ্‌বা মতুং ইন্না, পোৎ অদু লেঙ্‌হনগে লেঙ্‌হনলোই তৌবনি। মরম অসিনা পুম্নমক অসিবু ওইহল্লিবা, তৌহল্লিবা Prime mover, Prime force অদু মী হায়বা থবাই পানবা জীব অসিননি। মীওইববু হিংহল্লিবা, ঐখোইগী থবাই নত্রগা individual living entity নত্রগা individual superior energy নত্রগা conditioned soul হায়না খঙনরীবা অসি করিনো? গীতাগী ৭ শুবা অধ্যায়গী ৫ শুবা শ্লোকা অসুম্না হায়রী—
"হে মহাবাহু! অপরা প্রকৃতি (inferior energy) অসিদসু নত্তনা ঐগী living entities হায়না খংনবা superior energy লৈরী। মখোই অদুনা জগৎপু পুরিবনি (sustaining) হায়বসিসু খঙ্‌উ।"

অদুনদি মীওইববু হিংহল্লিবা, ঐখোইনা থবাই নত্রগা জীব নত্রগা individual living entity হায়না খঙনরীবা অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না পুখোকপা মাগী superior energy নি। অসিগুম, ইবুংঙোগী superior energy ওইরিবা living entity শিংনা ইবুংঙোগী inferior energy হায়বদি material nature বু তোঙান তোঙানবা purpose শীদমক্তা মতম পুম্নমক্তা exploit তৌদুনা লৈরি। হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী superior energy ওইরিবা living entity শিংনা মখোইগী purity and perfectness অদুবু material nature দা (inferior energy দা) মতম পুম্নমক্তা বিকাশ তৌনবা হোৎনবা অসিবু, material world বু exploit তৌবা, নত্রগা জগৎ সংসারবু function তৌহনবা, নত্রগা জগৎপু পুবা (sustaining) হায়না মথক্কী শ্লোক অসিদা কোংদোকলি। Living entity না (superior energy) লেঙহনবা নত্তবা,

cosmic manifestation (material nature) মতোমতনা করিশুম্বা অমম্বা ভৌবা, অমদি লেঙ্‌বা-খোংপা শুমজদে। Energy বুদি energetic না মতম পুম্নমক্তা control তৌই। মরম অসিনা living entity শিংসি মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না control তৌই, হায়বদি মখোইগী independent existence লৈজদে। অসিগুম্বা কীতম অসিনা মরম শুইদুনা মীওইবগী (living entity শিংদুগী) constitutional position করিনো অমস্তুং মখোয়গা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মতৌ করম হায়না অত্তং-অথম লৈতবা মরী লৈনরীবনো (eternal relationship) হায়বা অদু মপুং ফানা খঙহল্লি। পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈবগী অচৌবা পুদম অমনি।

**[ "জিবত্মা অমসুং হকচাংগী মরমদা খঙহনবা। "ঐ" হায়বা অসি হকচাংবু নত্তে জীবাত্মাবুনি।" ]**

জিবাত্মাবু মৈতৈলোন্দা থরাই, English তা Individual entity নত্রগা Individual soul হায়না খঙৈ। ঐখোইনা খঙ্‌দবদগী অমস্তুং মুত্না খিজিনদবদগী, জীবাত্মাগা মাবু য়োমশিল্লিবা হকচাংগা, পোং অনি অসিবু অমত্তা ওইনা অয়াম্বা মতমদা খল্লি। মদু অরানবনি। অনি অসি তোঙান-তোঙানবা পোংশক অনিনি। জিবাত্মাদি পোকপা শিবা লৈত্রবা, মতম পুম্নমক্তা লৈরবা, অহল ওইবা, নাহা ওইবা হায়বা অদু লৈত্রবা, "ঐ" হায়বা অদুনি। মহাক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশ অমনি, ইবুংঙোগী superior energy নি। অদুগা হকচাংদি— পোকপা শিবা লৈবা, মতম খরা লৈরগা মাঙখিগদবা, নহা ওইবা অহল ওইবা নাইবা, "ঐ হায়বা অদুবু মতম খরা য়োমশিন্দুনা থম্বা পোং" অমনি। মরম অসিনা থাংলৈশেংবদি মীওইবনা "ঐ" হায়রিবা অসি জিবাত্মা অদুবুনি। মীংনা উরিবা, মিংগা কোয়বা শকক্কম, ওইবা হকচাং অসিবু নত্তে। অদুম হায়না মখোই অনি অসিবু তোঙান-তোঙান্না থাইদোক্লবতদা, ঐখোইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী শক্তি, লীলা, তত্ব পুম্নমক নিংথিনা খঙ্‌বা ঙম্মী। অদু

নত্তুনা, অনি অসিবু হৌজিক লৈরিবা হকচাং অসি ওইনা অমত্তদা পুন-শিন্নবা মতমদা, ওইদবা কয়াবু অচুম্বা ওইনা উত্নুনা, অমসুং থন্দুনা, মশিং-লাকপা ভমক্রবা অরা-অনা কয়া ঐখোইনা সংসার অসিদা থাংহুনা লৈরী। গীতাগী ২ শুবা অধ্যায়গী ২০ শুবা শ্লোকতা অস্রুম্না হায়রী।

“আত্মাদি কৈদৌউঙৈদসু পোক্কে অমসুং শিদে, হৌজিক ওইরিবা আত্মানা মাঙগা অমুক ওইরকদবা নত্তে। মহাক্তি পোক্তবনি, অরেম্বনি, মরেং তাদবনি অমসুং কুইরবনি, হকচাং হাৎলবসু আত্মাবুদি হাত্তে।”

Soul দি মপুং ফাবা জ্ঞান-নি, হায়বদি মতম পুম্নমক্তা consciousness না থন্না লৈ। মরম অসিনা consciousness না soul লৈবগী খুদমনি। কনাগুম্বা মী অমনা soul গী লৈকম ওইবা heart তা soul লৈবগী খুদম ফংত্রবসু, মী অদুনা consciousness লৈবনা মরম ওইদুনা, soul লৈবগী প্রমান ফংই। মদুদি হকচাংগী মফম অমদা অতোপ্পা মী অমনা হেক শোকপদা, মী অদুনা মশাদা শোকলে হায়না খঙ্লিবা অদু, soul গী মতাল ওইবা consciousness না হকচাংগী মফম খুদিংদা চাইথোক্নুনা লৈবননি। মদুতনসু মহাকী মশাদা soul লৈবগী প্রমান ফংই। কন্নিগুম্বা খুনিত্তা অত্তিয়াদা লৈচিন-নৌংকাই থাংবদা, খুনিং খোকপা উত্রবসু খুমিংকী মতাল অত্তিয়াদা লৈরী হায়না ঐখোইনা খঙই। মতম অদু খুথিলগী মতমনি হায়না ঐখোইনা খঙই। Individual soul বু হকচাংনা কাজিন পুনশিন্দুনা লৈবনা, মহাকপু conditioned soul হায়নসু খঙৈ, হায়বদি conditioned soul ওইবা অদুনা মরম ওইদুনা মহাকী মপুং ফাবা consciousness অদু কাওগনি (prone to be forgetful)। মহাকী real nature অদু কাওবা মতমদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দগী supreme lesson ওইবা education and enlightenment মহাক্না ফংই। মরম অসিনা soul মথক অনি ওই। মদুদি— (১) অনু আত্মা (minute particle soul) অমসুং (২) বিভু আত্মা (super soul)। মসিগী বাক্য অসি কঠ-উপনিষদ-তা অস্রুম্না হায়রী—

"Super soul (পরমাত্মা) সু atomic soul (জিবাত্মা) সু living being শি heart অথবক্তশি মচুং.দা পুম্না লৈমিন্নৈ। মী অমুনা material desire অমমুং অমা-অমা কোম্লবা মতমদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী খোঙাঙ্গশি soul শি মতিক মগুনবু মপুং ফানা থং.বা ঙম্মী।"

## 'ঐ' অমসুং হকচাংগী মরমদা বারী অচা অমা।

চাদব অমুবা ইনবা, গঞ্জাদা addict ওইরবা নিপা অমা, মখুাংদা কংক্রু ডাম্বক অমগা cigar-lighter অমগা য়াম্দুনা তুবৈল অমগী মপাম্দা চংলম্মী। থরা চংলগা গঞ্জা থকনিংলদুনা, উথা অমদা চংলগা গঞ্জা শেমলগা থকলম্মী। ডহাক লৈরগা, গঞ্জানা ইংলদুনা মহাক উথাদা তুনথক্রে।

অতোপ্পা নিপা অমা, চাদব অঙাংবা ইনবা, মাগুম্না গঞ্জা থকপা, মাগী তুং ওইরপনা চংলম্মী। মতোন্দা মশাগী গঞ্জা থকনবা য়াওরম্মী। অদুগা ডাম্বকা মৈখেংকদি য়াওদে। মানা অহানবগী নিপা অদুগী মখুাংদা য়াল-লিবা ডাম্বকা cigar lighter গা উরে। মহাকসু গঞ্জা থকনিংলদুনা, তুমিন্না চঙ.দুনা তুমলিবা মপা অদুগী মখুাংদগী ডাম্বকা cigar lighter গা লৌখোক্লে। গঞ্জা শেমদুনা মহাকসু মপুং ফানা গঞ্জা থকচিল্লে। গঞ্জাগী নিশানা ডাওবদগী ডাম্বকা cigar lighter গা মীগীনি হায়বা থঙ্গদুনা, মহাকী মখুাংদা য়ানশিল্লে।

ডহাক লৈরগা, অহানবগী গঞ্জা থকপা নিপা অদু তুম্বদগী হৌগং-লম্মী। মহাক্না অকোনবগী গঞ্জা থকপা নিপা অদুগী মখুাংদা ডাম্বকা cigar lighter গা য়ানবা অদু উরম্মী। অদুদগী মানা থনবা হৌরকই। "ঐগী ইখুাংদা ডাম্বকা cigar lighter গা য়াল্লম্মী। মসিনা অচুম্বা অদু ওইবা তারবদি, হৌজিক তুমলিবা মী অসি ঐ ওইগদবনি। অদুবু ডাম্বকা cigar lighter গা মখুাংদা য়াল্লিবা নিপা অসিদি, চাদব অঙাংবসু ইন্নি

অতুগা হায়া তুমহনা লৈরম্বা মীম্ন নত্তে। চাদর অমুবা ইনবনা "ঐ অশেংবা" ওইবা তারবদি, ঙাংলিবা "ঐ" অসি 'অশেংবা ঐ নি"। অতুবু ইখ্বাংদা ঙাম্বকা cigar lighter গদি য়াম্দে। করম্বনা "ঐ অশেংবনো" ঐহাক ভাব তাবা ঙমত্রে। চ'দর অঙাংবা ইনবা, মখ্বাংদা ঙাম্বকা cigar lighter গা য়ানবা, নিপা অসিনা "ঐ অশেংবরা" নত্রগা চাদর অমুবা য়ানবা রা ঙাংলিবা ঐ অসিনং "ঐ অশেংবরা"? ঐহাক ভাব তাবা ঙমত্রে।"

"ঐ" হায়বা অমাঙ্ অতা লৈত্রবা, হোংদোক হোংজিন য়াত্রবা, মতম পূম্নমক্তা অতুম্বক লৈরবা, অসিগা হো'দোক-হোংজিন য়াবা, অমাঙ্বা নায়বা, ঙাম্বক অমস্যুং cigar lighter গা, পোৎশক অহুম অসিবু তোঙান-তোঙানা খাইদোকপগী মতুংতা, অমত্তা ওইনা ঐখোইনা পূনশিল্লি। অতুদগী ঐখোইনা ভাব তাদতুনা, অজ্ঞান ওইতুনা, গঙ্গা থকপা নিপা অতুনা, "ঐ" মশক খঙ্দবগুম্না ঐখোইনা "ঐ অশেংবা মশকপু" খঙ্বা ঙমদবনি। তোঙানা খাইদোকলবা মতমদা, ঐখোইনা "ঐ" মশক শেংনা খঙ্বা ঙম্মী।

মীওইবনা তৌরিবা থবক পূম্নমক "ঐ অশেংবনা" তৌবনি। হায়বদি মতম পূম্নক্তা অতুম্বক লৈরবা, পোকপা শিবা লৈত্রবা, মীৎনা উবা ফং-দ্রবা, পূক্নিংগী জ্ঞাস্তনা লৈ হায়না খঙবা, অতুগুম্বা জীবাত্মা অতুনা থবক পূম্নমক তৌবনি। পূক্নিং, রাখল, হকচাং, খোং, খুৎ, মিৎনচিংবা মীওইবগী জ্ঞানেন্দ্রিয় অমস্যুং কর্মেন্দ্রিয় পূম্নক জীবাত্মাগী খুৎলাই ওইনা থবক অমা পাঙ্থোকপদা মতেঙ্ পাংবনি অমস্যুং শিজিন্নবনি। "ঐ" জিবাত্মানি, হকচাংনচিংবা ইন্দ্রিশিং অমত্তা "ঐ" নত্তে। অমুকস্তু জীবাত্মাদি গীতাগী ৭ শুবা অধ্যায়গী ৫ শুবা শ্লোকতা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশ (superior energy) অমনি হায়না তাকলি। পূম্নমক অসিনা খঙহল্লিবদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী superior energy না ওইরিবা Individual soul গা হকচাংগা তোঙান-তোঙানবনি অমস্যুং "ঐ" হায়বা অসি Individual

soul বুনি হকচাংবুদি নত্তে। Individual soul গা super soul গা (পরমাত্মা নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা) মী অমগী হকচাং মমুঙ্দা পুম্না লৈমিন্নত্নুনা মখোয় অনিগী অভং-অথম লৈতনা লৈনরীবা মরীন্নু (eternal relationship মু) মীওইবদা নিংখিজনা খঙ্হন্নি।

**[ "শ্রীকৃষ্ণ ভগবান, প্রকৃতি** (material world) **অমসুং** spiritual world **গী মরমদা খঙ্হনবা। ইবুংঙোগী** direction **গী মতুং ইন্না** creation **তৌবা পুম্নমক** purpose **লৈবা মক্তনি।" ]**

Natural calamities হায়বদি মুহারাত্নুনা, ঈশিং চাওত্নুনা, নোং-মুংশিং তৌত্নুনা, volcano পোকখাইত্নুনা, avalanche হায়বদি চিং-জাওদা লৈবা ঊনপাক অচৌ-অচৌবা কিন্থত্নুনা, দেশ অমবু, লম মচেং অমবু অত্নুগা লোইন-লোইননা লমদম অত্নুগী মমুংদা লৈবা থরাই পানবা, পান্দবা পুম্নমকপু মাঙহন-তাকহন্নিবা অসি প্রকৃতিনা তৌহন্নিবনি। মত্নু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী direction দগীনি। মতৌ অমুম্না, মুমিং, থা, গ্রহ, উপগ্রহ শিংনা মাগী মাগী লম্বেল (orbit) মুক্তাই কাইদনা চংত্নুনা, মীওই-বনচিংবা জীব পুম্নমক্তী মুংথিল, মুমিদাং, ওলাংথা, নিংথমথা, নোংজুথা নচিংবা কত্নু থায়দোকলিবা অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী direction দগী তৌহন্নিবনি মসিগী বাকম অসিবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাগী ৯ শুবা অধ্যায়গী ১০ শুবা শ্লোক্তা অমুম্না হায়রী—

"হে কৌন্তেয় ! ঐনা য়েংশিনবা মপু (supreme director) ওইত্নু-না প্রকৃতি কৌবী অসিনা অচংপা চংতবা পুম্নমক শেম্বনি। মরম অসিদগী পোকপা শিবা হায়বা সংসারগী চক্রসি কোইরৈ লৈত্নুনা লৈরিবনি।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না material world গী manifestation দা directly থবক অমত্তা তৌদে, প্রকৃতিনা তৌবনি। ইবুংঙোদি material world গী activities পুম্নমক্তগী তোঙাম্না, শম্নদনা লৈ। গীতাগী ১৪ শুবা অধ্যায়গী ৪ শুবা শ্লোক্তা অমুম্না হায়রী। "হে কৌন্তেয়।

তোঙান-তোঙানবা মওং মতৌ ওইনা তোঙান তোঙানবা মপোক্তা পোকই-রা মথোয় পূম্নমক প্রকৃতিনা মমানি, অহুগা ঐনা বীজ পীবা মপানি।" মরম অসিনা ইবুংঙোনা প্রকৃতিদা য়েংবতবা, living entity ময়াম অসি মা-মাগী নহানমক্কী কর্মগী মচা অমসুং মা-মানা পাম্বা নিংজবগী মতুং ইন্না, তোঙান-তোঙানবা মওংগী হকচাং অমসুং species ওইনা পোকলকই। মরম অসিনা material creation দা ইবুংঙোনা directly থবক অমত্তা তৌদে। ইবুংঙোনা য়েংবত্নবা material nature না হিংগৎলকই। অসুম তৌহুনা জগৎ সংসার অসি ওইরকলিবনি। মসিগুম্বগী কিডম অসিবু থও-হনবা ওইনা স্মৃতি শাস্ত্রদা অসুম্বা হায়রী। মহুদি মনম থুংশিনবা লৈ অমা কনাগুম্বগী মাওদা লৈরে হায়না খল্লসি। মী অহুগী মনম নবগী শক্তি লৈবনা মরম ওইহুনা লৈগী মনম অহু মী অহুনা নম্মী। অহুমদি ওইরবদা, লৈগা মী অহুগদি শম্নদে। Living entity ময়াম অহুনা তোঙান-তোঙানবা মওংগী হকচাং অমসুং species ওইনা পোকপা অহু মা-মাগী নহানমক্কী মপোক্কী কর্মগী ফল ওইনা ওইজবগনি, ইবুংঙোনা মহুগুম্বা থবক অহুদা করিমত্তা থুং থংজদে। বাহৈ অমরোমদা অমুক হায়রগা, ইবুংঙোগী superintendence/direction য়াওবনা প্রকৃতিনা মাগী থুশিনা করিমত্তা তৌবা ঙমদে।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না তৌচলিবা থবক পূম্নমক Divine act মকুনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী wisdom দি অচিন্ত্য নি (inconceivable), হায়-বদি মীওইবগী জ্ঞানা লাম্বা ংমদবনি। মীওইবগী জ্ঞানদি মায়া মহুংদা লৈবনিনা imperfect নি। Philosophically হায়রবদা, space-time-causation গী মহুংদা লৈবা মীওইবগী জ্ঞান-নী। মরম অহুনা মুহারাহুনা, ঈশিং চাওহুনা, নোং-থুংশিং তৌহুনা natural calamity না থবাই পানবা জীব পূম্নমকপু মরক-মরক্তা অবাবা পীরিবা অসি, ঐথোই-গী জ্ঞানা লাম্বা ংমদবদগী, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু য়ায়া তমথীরবা অমতা লৌই। মহু অরানবনি।

ভুমিংনা মকম পূম্বনক্কা— নমথিরবা লুখাক কোম মথক্কন্সু, যোগী, ঋষি, সাধু-বৈষ্ণবশিংনা লৈবা অশেংবা মকমদস্সু, চিংথক্কন্সু, কংকালদস্সু, ঈশিং-ইপাক মথক্কন্সু, হিংচা-য়াইতম্বা, হুয়ান চিম্থি লৈবা মকমদস্সু, ঈশ্বরগী মন্দিরনচিংবা লৈবা মকমদস্সু— অফ-ফত্তবা নাইদনা মাগী মঙান য়োহনবগুম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী "দয়া" মকম থুদিংমক্কা, জীব পূম্বনক্কা, মীচং-সজন খায়দনা, চপ মান্নবা য়োম্বিবনি। অদুবু মকম মকমদুদা লৈবা .জীবতুগী, মশা-মশাগী কর্ম্মগী ফল মতুং ইন্না অফবা, ফত্তবা চাজবনি। মীওইবনা বাখল খেনবদগী ইশা-ইশানা ভোজবা ফত্তবা থবক অদুবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা ভাইশিনবগী বাত্তনী।

ভুংবল ঈশিং চাওতুনা ঈশিংনা মুন-কৈ থুম্বদা, মুন থুনলিবা মীগীদি ফংব্রে। লৌবুক্কা ঈশিং লৈতবা, লৌউবা মীগীদমক্তদি কৈ। ঈশিংনা কোলি চেম্বতুর্না লৌউবশিংগী লৌকম লৈহাও চেনহল্লি। ফুংথিল— অঙানবা মতম, ফুমিদাং— অমম্বা মতম, অনি লোক্না খায়দোকলিবা অসি ঐথোইদদি কৈ। অদুবু মকুঙম্বা জাং, হুযানচিম্থি পাম্বা মীদদি অঙানবা পামদে, অমম্বতা পাম্মী। অদুনদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী direction দগী প্রকৃতিগী ওইরিবা থোদোক অসি, জীব থয়দদি কৈ, থয়দদি ফত্তে। মসিবু মুম্না খিজিন্নুরবদি মীওইবা ঐথোইগী বাখল থেনবদগীনি, imperfect ওইবননি।

থোকলিবা event পূম্নমক অফ-ফত্ত য়ানশিন্নবা মক্তনি। খন্দুনা য়েংবিয়ু। লম্বেলদা cycle ভোংতুনা চংচবা মী অমবু car না থেং-গাইরে। Cycle ভোংবা মী অদু ঐ ওইরমলবদি, car থৌবা মী অদুবু ঐনা মতম পূম্নমক্কা লানহনগনি। Cycle ভোংবা মী অদু ঐগী মরূপ অমা ওইরন্নবদি (an extension of mine), থোকলিবা accident অদুগী মরিদা, ঐনা অচুম-অরান খিগংকনি। হায়রবদি accident অদু লম্বীগী right side তরা, left side তরা, opposite direction দগী খেজাইনত্রা, car না হেনগৎকে ভোৎবদগী থেংত্রা অসিনচিংবা মরম

থিগৎকনি। Cycle তোংলিবা মী অদুনা চুম্বা খংনিংদুনা য়াম্না থিগৎপা পাম্মী। মরমদি মহাক অদু ঐগী মরুপনি। cycle তোংবা মী অদু ঐগা করিমত্তা মরী লৈনদবা, খংনদবা মী ওইরম্লবদি, "কর্ম্ম-যোগ" য়াম্না খঙ্বা মী শাবদুনা, ঐনা থোকলিবা accident অদুবু মা-মাগী কর্ম্মগী ফলনি হায়জিন্নগা, করিমত্তা থৌশাদনা, উশিন্নদনা চৎথিগনি। Natural event শু অসিগুম্বতনি, মী কাংবু অমদা event অদুনা অফবা ওইগনি, মী কাংবু অমদা ফত্তবা ওইগনি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শেমলিবা ঐখোইগী material universe অসি, অফবগা ফত্তবগা য়ানখাইনবা পোৎ- অমনি। Perfect balance তা লৈবা মতমদা ঐখোইগী universe অসি লৈতে। করম হায়নন্সু লৈবা য়াগনি? তুমিন্না সুকলেঙ্, লেঙ্দনা ঊশিং ইপাক অমা অচৌবা পুথ্রি অমদা লৈরে হায়না খল্লসি। ঊশিং ইয়াই অদুদা অচৌবা লৈতুম অমা থাদবদা, মতুদগী থোকলকপা ইথক অচৌবা, মচা ময়াম অদু অমগা অমগা থেংগাইনদুনা, য়ৈথাইনদুনা মতম খরা লৈগনি। মতুংদা মখোই থুদিংমক পুথ্রিগী লৈরাইদা য়ৈরগা থকত্তোকলকনি। মতুদগী ইথক অচৌবা মচা পুম্নমক অমগা অমগা থেংগাইনদুনা, য়ৈথাইনদুনা, চান্নগী চৌরকফম ঊশিং ইয়াইদা হনজিনখিগনি। অদুগা হান্নগী মত্তৌগুম্না সুকলেং লেঙ্দনা ঊশিং ইপাক ওন্দুনা লৈখিগনি। ঐখোইগী material universe অসিসু অসিগুম্বতনি। Material universe কী মমুঙদা থোকলিবা, মতম মতমগী natural calamity শিং, হারবদি বুহারাবা, ঊশিং চাওবা, নোং-মুংশিং তৌবা, volcano পোকখাইবা, ঊন অচৌবা থিন্নফপা, অদুদগী চেক্লোক্নুনা nation অমগা nation অমগা লান তৌরিবা, মী অমগা মী অমগা য়েংথিনরীবা, খংনরীবা, অমগা অমগা চীরম থুদিংদা competition তৌনদুনা competitive world ওইহল্লিবা,— পুম্নমক অসি পুথ্রিগী মমুঙদা লৈবা ঊশিং ইথক অচৌবা, মচাশিংনা, মখোইন্না ঊশিং-ইথক ওইনা মতম খরা লৈরিবৈদা, অমগা অমগা থেংগাইনবা,

ঙৈথাইনবা অদুগুম্বনি । মসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী creation গী থৌশিলনি । মীনা থোকচনবসু ঙমলোই, থিংবসু ঙমলোই ।

ঐখোইগী material universe কী নুমিৎ, থা, গ্রহ, উপগ্রহ পুম্নমক অদুগা মখোইগী মমুক্তদা লৈবা জীব, লৈবাক, লুংশিং, ঈশিং পুম্নমকা লোইননা, অমগা অমগা চিংথোক-চিংশিন তৌনদুনা, যুক্তরংদা তাঙ্গদুনা লৈ । চিংথোক-চিংশিন তৌবশিংতনা মরম ওইদুনা, মা-মাগী orbit লম্বেল শুক্কাই কাইদনা, লেপ্তুনতা লৈ । মকম অমদঃ লুংশা য়াম্না শাবনগী, মতুংদা লৈরম্বা অথিংবা মনিল, অতোপ্পা মকমদা পায়থিদুনা নোং ওইনা চুথখি, উন ওইনা তাখি । গ্রহ উপগ্রহশিংগী অমনা অমবু চিংথোক-চিংশিন তৌবদগী Tidel wave সমুদ্রদা থোকচল্লি । শাবা অমগুং ঈংবা অসিনা মরম ওইদুনা universe অসিগী মচি-মচিদা নোং-লুংশিং তৌই, লেন তাই, অদুগা drought সু থোকচল্লি । অসুম হায়না থোকচল্লিবা natural event শিং অসিনা জীব পুম্নমক্কী মকম থরদা লুংঙাইবা, মকম থরদা অৱাবা থোকচল্লি । ঐখোইগী universe অসি অসুম তৌদুনা অৱাবগা-লুংঙাইবগা পুম্ন লৈবা মফমনি । অৱাবগা-লুংঙাইবগা পুম্না লৈবা অদুবু জগৎ-সংসার কৌই । করিগুম্বদি contradictory ওইবা পোৎ, event শিং পুঙবা-পঙবা লৈববু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী creation কৌই । মরম পুম্নমক অসিনা ঐখোইগী material universe অসিদা অফবা-ফত্তবা, লুংঙাইবা-অৱাবা, ফজবা-ফজদবা, অকনবা-অশোনবা, positive-negative লৈত্তবা যাদে ।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না শেম্লা spiritual universe তি material universe কী ওন্ন-তৈনবনি । করিগুম্বদি অফবা তাক্কা লৈবা, ফজবা তাক্কা লৈবা, লুংঙাইবা তাক্কা লৈবা, Absolute knowledge, Absolute existence and Absolute bliss ওইবা জগৎ অদুবু spiritual universe কৌই । অসিগুম্বা spiritual universe অসি ordinary man গী বাংমদি লাপ্না লুনা থোক্কনি । অদুগা অশেংবা যোগী, সন্যাসী,

সাধু, বৈষ্ণব, স্বামীশিংগী পুক্লিংগী ইন্দ্রিনা spiritual universe দৈ হায়না উবা ফংগনি। Atheist and ordinary man না ওইথোক্তব-শুন্না উগনি, utopia নি হায়গনি। হায়রিবা spiritual universe অসিনা জীব পুম্নমক্কী ultimate goal নি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পরম ধাম, শ্রীধাম বৃন্দাবন-নি।

Material universe তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী supreme direction গী মতুং ইন্না, creation তৌরিবা পুম্নমক purpose দৈবা ডাক্ত-নি। মসিগী মরিদা wisdom of God কী বারী মচা অমা—

## বারী মচা অমা।

চিত্রসেন কৌবা লাইশ্বিক য়াম্না হৈবা University গী Degree, Ph. D. in Philosophy ফংলবা, মরৈ যেৎনবগী জাৎতা, মাগী মপা লৈত্রবা মী অমা লৈরম্মী। মহাকপু লমদম অদুগী নিংথৌনা মহাক্কী মশুগ অদু থগুদুনা, মাগী ব্রহ্মসভাগী আচার্য্য হায়বা ফম অসি ওইহল্লে। নিংথৌনা মাবু য়াম্না চাংল্লম্মী। লৈ-সু, উহৈ-বাহৈ এনশাং-নাপীনা মরাং কায়না হৌরবা, হৈ-কোন অচৌবা অমা নিংথৌনা চিত্রসেনদা মনা ওইনা পীরে।

নিংথমথাগী নোংমাইজিং মুমিংনি। মুমিং অদু ছুটি ওইবনা, চিত্রসেন চাক চারগা, মুংশানা লুপু-লুপু শাবা মতমদা, মাগী হৈকোন্দা মত্তোমত্তা কোয়থোকলমই। হৈকোন অদুগী উহৈ-বাহৈ, মনা-মশিং অদু য়েংল-য়েংলদুনা, মহাক্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থুৎশেমগী মরমদা থাগৎলদুনা মুরুম-মুরুম শোল্লদুনা মত্তোমত্তা চৎকম্মী।

মাগী philosophical ওইবা বাখল্লা চুম্নবনি হায়দুনা, মাগী অকোয়বদা উরিবা, হৈ-বাশিংবু য়েংলদুনা হায়রম্মী। মুমথক্তা পাল্লিবা থোংজ্রুম, মাইরেন অসি ফজরেদা, অদুবু মাগী পাম্বী মরী অসিদি পীকরেদা। কৈনৌ, কমলা, চম্প্রা, শেম— উহৈ-বাহৈশিং অসি ওংথোক্লা ফজরেদা।

লৈশিংনা ক্তনা শাৎলিবা। অমুম হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী খুৎশেমবু য়ায়া থাগৎলম্মী।

" অমুম্মা মানা থবা চৎলগা, খোংনাং পাম্বী অমগী উথাদা, bench অমগী মথক্তা ফমদুনা পোখারম্মী। মানা মথক্তা য়েংথৎখিবদা, খোংনাংগী চাওববা উশাশিং, উনানা পাকশন্না শন্দোকলিবা অদু উরম্মী। অদুদগী খোংনাংগী মহৈ মচা-মচাশিং অদু উরগা, মাগী philosophical ওইবা বাখল পানশিল্লদুনা খল্লমই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অসি ওম্থোক্লা তমখিগ্রে, বাখল থেনগ্রে। অমুক চাওগ্রবা খোংনাং পাম্বীদা শীকগ্রবা মহৈ পাল্লী, অদুগা শীকগ্রবা মরী মচাদা খোংত্রুম, মাইরেন, চাওর-চাওরবা পাল্লি। মহৈগা পাম্বীগা য়েংবদা proportionate ওইদ্রে। লুমগ্রবা খোংত্রুম, মাইরেন অসিবু লংগুংমুক্তা চাওবা, শীকগ্রবা মরী অসিনা কয়াদা বানা পুরিবা। খোংত্রুম, মাইরেন চাবদসু য়াম্না হাওই। চাওগ্রবা খোংনাং পাম্বী অসিদা শীকগ্রবা মহৈ পানহল্লি, অদুগা খোংনাং মহৈদি চাবসু য়াদে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী খুৎশেম অসি উবদা ঐগী থবাই অসি ওম্থোক্লা পেদ্রে।

অমুম হায়না খল্লম্বদগী চিত্রসেন তুমথগ্রে। মতম অদুমক্তদা মুংশিং শিংলক্তুনা খোংনাং মহৈ অমা কেল্লক্তুনা মাগী মকোক্তা থারে। চিত্রসেন খংগ্রেক খংই, মমিৎ খংপাং পাঙই।

মহাক মতোমতা হায়কৈ, "হা কৃষ্ণ ভগবান! ঐ ওম্থোক্লা লাইবক কৈদা, ইবুংঙোনা ঐবু কনবীবনি। খোংনাং মহৈ অসিনা মাগী মউ অচৌবগা Proportionate ওইনা মহৈ অচৌবা পাল্লমলবদি, ঐগী কোক শোয়দনা কায়রমগনি। ঐখোইগী ময়াগী ওইবা সমাজদা, চুম্নবনি হায়না খল্লরিবা ঐগী Ph. D. Degree গী Philosophical ওইবা বাখল অসি ওহাক ওহাকী ওইবা অচুম্বা হায়বদু ওইরে। মতম পুম্নমক্তা, মফম পুম্নমক্তা, থৌদোক খুদিংমক্তা, চুম্বদি কৈদৌঙৈদসু ওইদ্রে।

মসিদগী চিত্রসেন্না conclusion অম্না তাকৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-না শেমলিবা খুৎশেম পূর্ণমক মতম পূর্ণমক্তা চুমহুনতা লৈরবা ভাক্তনি। মীগী বাখল্লা লাম্বা কংদবদগী মরক মরক্তা লানহনবনি। মুমিৎ, মথাগী মঙং মতৌ মতম পূর্ণমক্তা মুককাই কায়দনা চুমহুনতা লৈরীবা অসিবু, মাবু য়েংলিবা মীশিংনা তোঙান-তোঙানবা মকমদগী ওইবনা, তোঙান-তোঙান-বা খুৎলাই শিজিন্নহুনা, মুমিৎকী মঙং মতৌ তোঙানহল্লি। হায়বদি space ship না পৃথিবীগী বাংমদা চৎলগা মহুদা উরকপা মুমিৎ অহুগা, পৃথিবীগী মকম অমদগী naked eye না উবা মুমিৎকা, মুমিৎকী মমিনা ঈশিংদা তাবা উবগা, power য়াম্না কনবা binocular গী through দা উবা মুমিৎকা— মখোই পূর্ণমক অসিনা উরিবা মুমিৎকী মঙং মতৌ তোঙান-তোঙানহল্লি। মতম ঙহাক-ঙহাক্কী ওইবা, তোঙান-তোঙানবা মকম, থৌওংগী ওইবা, পোৎ অমখক্তগী অচুম্বা মঙং ময়ামনি ; মীওইবগী artificial ওইবা অচুম্বা ভাক্তনি। মতম পূর্ণমক্তা চুপ্পা Reality অত্তু নত্তে। মীগী হৈশিংবদি মায়াগী মনুঙদা মায়াগী ওইবা হৈ-শিংবনি। মায়াগী বাংমগী অচুম্বা অহুবু খঙগে হায়রবদি, মী মপানক অচানবদা মায়া পক্রনবা হোৎনবা তাই। হায়বদি মায়াগী মনুংদা লৈনা-লৈনা, Perfect unselfishness ওইবা তম্বা তাই। মহুতনা, ঙহাক ঙহাক্কী মনুং অহুতদা অপেংবা, অচুম্বা খরা খরা পুক্লিংদা ফাওবা ঙমগনি।

**[ 'শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অমসুং পরমাত্মা (external potency) গী মরমদা খঙহনবা। সংসারিক্কী ওইবা মায়াগী থৌরী থদংনবগী উপায়। ']**

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈরা, লৈতরা হায়না হেক খন্নুবদা, ঐখোইনা খঙ্লিবা, উরিবা, থবক তৌরিবা, মুংশাস্বর চোল্লীবা, পূর্ণমক অসিগী হৌরককম কদাইদগীনো হায়না হেক্তা খল্লকই। মিৎ, নাকোং, লৈ, খোং, খুৎ, পুক্লিংনচিংবা ঐখোইগী হকচাংগী organ শিং অসি অশিবনি লেঙ্-নবা ভাক্তনি। মরমদি মখোইশিং অসি হকচাংদগী থাইদোক্লবদি, মতোম

মতোমতনা মখৌ অরম্ভা পাঙ্খোকপা ঙমদে। মরম অসিনা মাগী মাগী মখৌ মখোইশিং অসিনা তৌরিবা অসি, primeval force অমা হক-চাংগী মমুঙদা লৈবা তাই। মতুং ঐখোইনা "অন্তর্যামীন" হায়না মিং থোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈ হায়বনি। অন্তর্যামীন ওইবা ভগবান অসি, করামত্তনা মাগী মওং মতৌ অসিনি হায়বা describe তৌবা ঙমদে। মহাক্কী মওং মতৌ তাক্কে হায়রবদি, অসিস্ত নত্তে, মসিস্ত নত্তে, হায়দুনা নত্তবা ঙাক্তনা সংসার অসি থনগনি। মরম অসিনা উপনিষদশিংনা মহাকপু তাক্লবা হোৎনবদা, Neti Neti হায়বা শব্দ অসিনা লাওরি। মহাক্কি জগৎ-সংসারগী মায়াগী বাংমদা, মতম পুম্নমক্তা হুকলেঙ, লেঙ্দনা লৈবনি। অদুম্নদি ওইরগা মহাক্কী external protency না, মহাক্কা জীব পুম্নক্কী থম্মোই মমুঙদা পরমাত্মা নত্রগা অন্তর্যামীন ওইনা লৈ। ঈশিং য়াওবা চকু থুদিংমক্তা, ঈশিংগা লোইননা মুংশিং থরা থর' পুম্না লৈমিন্নব-গুম্না, জীব থুদিংমক্কী থম্মোইমুংদা জীবাত্ম'গা পরমাত্ম'গা পুম্না লৈমিন্নৈ। থুদম অসিদা ঈশিংনা জীবাত্মানি, অদুগা মুংশিংনা পরমাত্মানি। মপান্দা লৈবা মুংশিং অমসুং ঈশিং য়াওবা চকুগী মমুংদা লৈবা মুংশিং, মুংশিং অনিমক common object ওইনা চপ মান্নবা ঐখোইনা উরবসু, ঈশিং-গা কোম্নবা চকুগী মমুংদা লৈবা মুংশিংপু, চকুমমুঙগী মুংশিং, মপান্দা লৈবা মুংশিংপু মপানগী মুংশিং হায়না ঐখোইনা অনি থোক্না থায়দোকই। অদুগুম্নদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-না সংসারগী মায়া চংত্রবা তোঙানবা মফম গোলোক বৃন্দাবন্দা লেঙদনা লৈরবসু, হকচাং পুবা জীব পুম্নমক্কী থম্মোই-মুংদা, মহাক্কী external potency না মরম ওইদুনা অন্তর্যামীন নত্রগা পরমাত্মা হায়বা মিংথোল লৌদুনা ইবুংঙো মাগা জীবাত্মাগা লোইননা ডানথোইদুনা লৈ। ঈশিং অমসুং মুংশিং য়াওবা চকুনা কায়রবা মতমদা ঈশিংসু মুংশিংসু মাঙখিবা অদুগুম্না, জীবদুগী হকচাংনা মাঙখিবা, হায়বদি জীবদুনা শিখিবা মতমদা, জীবাত্মাসু পরমাত্মাসু পুম্না মাঙখিনি। হকচাং পুবা জীব থুদিংমক্তা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী external potency না লৈরিবা

মওং অসিবু গীতাগী ১৩ শুবা অধ্যায়গী ১৬-শুবা শ্লোক্তা অমুম হায়না কোংদোক্লী— "থাইদোক্তবা মপুম ওইরবসু থবাই পানবশিংদা থাইদোকপ-শুন্না লৈ। থঙ্গদবা মহাক্রমক জীব পুম্নমকী য়োকপিবা, মাঙহনবা অমসুং শেম্বিবা মপুনি।" মীওইবগী থম্মোইসুংদা জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা পুন্না লৈবগী মওং অসি, সংসারগী মায়াগী থৌরীবু থদংপা ঙমলবা সাধু, বৈষ্ণব, ভক্ত, জ্ঞানী, গোসাইশিংনা মখোয়গী অশেংবা পুক্নিংগী জ্ঞাননা, হায়বদি মীওইবগী instinct পু control তৌরগা intuition গী through দা মখোইবু লৈ হায়না খঙবনি।

**মন্নাগী থৌরী করম হায়না থদংকদগে হায়বগী মরমদা বারী মচা অমা।**

ব্রহ্মদেশতা থোইবা কৌবা নহা পাথং মচা অমা লৈরম্মী। মহাক গুরুগী আশ্রমদা বেদ, উপনিষদ, ধর্মগ্রন্থ পুম্নমক তম্লদুনা গুরুগী সেবা তৌদুনা লৈরম্মী। মহাক বেদ তম্বা লোইরদুনা, গুরুগী আশ্রম থাদোক-পগী মতম ওইরকলে।

মহাক্না নোংমা গুরুদেবগী মনাক্তা চত্তুনা হায়রম্মী। "গুরুদেব! গুরুদেবগী অশেংবা আশ্রমদা গুরুদেবগা লোইননা মতম অমুক কুইনা লৈরকপসিদা, জগৎকী অপাম্বা, মীতৌবা, লাংতক্পা অমত্তা য়াওদনা পুক্নিং শেংনা ঐ লৈবা ঙমই। হৌজিক্তি অসিগুম্বা অশেংবা আশ্রম অসি থাদোক্লুনা মীয়াম লৈবা, কম্বরনা তীন্নবা লানফমদা চঙগদৌরে। অদুনা গুরুদেবনা চানবীদুনা তমথীরবা মায়াগী থৌরী অসিদগী করম হায়না নাম্থোকদগে, মদুগী (method) নিয়ম অদু ঐহোন্দা তাকপিয়ু।"

গুরুদেবনা মুম্না থল্লগা তাকপিরকই। "ফরে থোইবা। ঐগী ইচুং ইচু, ঐ নহোন্দা মায়াগী সংসারদগী করম হায়না লাম্থোকপা ঙমগদগে হায়বগী উপায় অদু তাকে।"

অসি হায়দুনা গুরুদেবনা মাঙ, থাদুনা থোইবা অমুম চৎলম্মী। মখোইনা অমুম লাকপদা, জঙ্গল অমগী মায়াইদা, তরু-তক্পা অকোইবা

অয়হাং মচা অমা পোকনরম্মী। মতুদা য়াম্না কল্লবা থৌনা কয়রা থৈবোই অমা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না হৈ-শিংই, লাক্ক-কানবম্ব য়াম্না হৈরম্মী, মরমদি অদুগ অদুদা লৈবা মপান্দল কল্লবা মহ পানবা লিন কয়া অমা মহাক্কা লোয়েননা মতম অয়াম্বদা লান থেংনরম্মী।

গুরুদেবগা থোইবগনা মফম অতুদা হেক চঙবা মতম অদুমক্তদা, থৈবোই অদুগা লিন অচৌবা অমগা কন্না লান থেংনরম্মী। থৈবোই অদুনা অমুপকী মতৌক হৈ-শিংনা চোকশিন্না মাগী য়েক্লবা লিন অদুগা লান থেংনরম্মী, মতুদি কল্লবা লিন অদুনা থৈবোই অদুবু অমুক্তম্ব য়েংশিন্দুনা, কাজিন্দুনা থম্বা তমলম্‌দে। অদুবু করি করিগুম্বা মতমদা, লিন অদুগী ময়া অথৌবা অদুনা থৈবোইগী মশাগী মফম থরদা চিল্লম্মী। অমুম হায়না মথোয় অনি লান কয়া থেংনবদগী, মরক মরক্তা থৈবোই অদুনা নাকনগী নোংশোং মরক্তা চেনশিন্দুনা মাঙ্‌লুই। মত্তোন্দা লিন্না চিকথিবগী অনাবা মক্লমশিং অদুদা নাপী-শিংবী থরা শায়ত্তনা থোনজিল্লগা, অমুক হন্না মপাজল কন্না লান থেংনবা থোরকই। অমুম হায়না তোয়না তৌশল্লকবা অদুদা, লিন অদু মশা শোম্বরক্রে। নাপী মহ অকনবা অদুম্ব মথাই থরা চমথরক্রে। মমৈদদি থৈবোই অদুনা লিন অদুবু হাংলে। অমুম হায়না থৈবোইনা লান্দা জয় ওইবে।

থোইবনা থোক্লিবা থৌদোক অসি তুমিন্না য়েংহুনা লৈরম্মী। মমৈদা শ্রীগুরুদেবদা ওনশিন্দুনা মসিগী মথমদা জ্ঞান তাকপীয়ু হায়জরম্মী। গুরুদেবনা হায়রম্মী "থোইবা! থৈবোইগা লিনগা লান শোক্লবত্থ নহাক উবেদনা। লিনগী মত্তোৎপম্বা মহ কল্লবা সংসারগী অপাম্বা, মিহৌবা, লাংতক্লবা মথোয়শিং অসিগা মীওইবগা লান থেংনবম্ব চাংদম্নবা য়াই। লিনগা লান থেংনমহুদা, থৈবোইনা মতম পুম্নমক্তা চোকশিনবা, হৈ-শিংবা, থৌনা কবা, থাংবা কনবা অদুগুম্বা মীওইবম্ব সংসারগী মায়লো পুক্‌হৌদুনা কোইশিন্দুনা, ক্লাজিন:পুনশিনখিদনবগীদমক, মতম পুম্নমক্তা মীৎনা লিংনা চোকশিন্না লৈগদবনি।"

শ্রীগুরুদেবনা মথা তানা হায়রম্মী। "নহাক্কী মিং অনি অহু লাওনা পাংথোক্কুনা, অচুম-অরান মুন্না বিচার তৌগদবনি। করি করিগুম্বা মতমদা নংনা হিংলিবৈদা, মায়াগী হু নত্তোন্দা চংলকপা য়াই। খৈরোইনা মনাক্তা লৈবা জঙ্গলদা অমুক অমুক চেনশিন্দুনা, মশাগী অশোক অপন্ অহু "সঞ্জিবনী" নাপী-শিংবী হিদাক্কা কহল্লগা, লিন অহুগা অমুক লান থেংনবা থোরকপা অহুগুম্বা. নহাকস্থ 'সংসারিকী' মায়াগী লানকমদগী থোরক্কুনা, সৎ-সঙ্গ, সাধনানচিংবা তৌহুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নীংশিংগদবনি। মহাক্কী নাম মহামন্ত্ররাজ "হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে। হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে ॥" শোনগদবনি। মন্দিরদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মুর্ত্তি দরশণ তৌবা চংকদবনি। মথোই পূম্নমক অসি সংসারিকী মায়াগী হু অহু কোক্নবা মিত্রংগুম্বা হৌদাক্নি। নহাক্কী থবক তৌবা খুদিংমক্তা God centred activity ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবাগী ভাবতা তৌগদবনি। মসিগী নত্তেনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংগনি। নহাক মসিদা করিমত্তা চিংনগনু।"

মথা তানা শ্রীগুরুদেবনা তাকপিরকই। "নহাক্না নশা-নউ শেংদোক্লগা, নহাক্না অপাম্বা মওং অমদা আসোন অমগী মথক্তা ফমউ, খুংকী খুবাক অনি তাইননা তম্পাক্তা থমউ, মীৎ অনিনা নাত্তোনগী মত্তোন্দা য়েংহুনা লৈয়ু।

Pranayama Practice তৌ—হায়বদি নাত্তোন্দা তম্ন-তম্না মুংশিং চিংশিন্দুনা, পূক্তা হোজিল্লবা মুংশিং অহু পলহন্দুনা কুম্ভনা অতম্বা মখৈ থম্বা, অহু অমুক তম্না তম্না মতম কুইনা চক্,না হোন্দোকপা। Pranayama অসিনা শিংলিগী ঈ চেনবা শেংহল্লি। মথংদা নহাক্কী মপানগী বাথন পূম্নমক কাওথোক্কুনা, য়াম্না তম্না-তম্না পুক্নিংগী ইত্রি পূম্নমক কাজিন্দুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্ত্তিবু থম্মোইদুংদা নিংশিংউ। অসুম হায়না Pranayama গী Practice অসি তৌনা-তৌনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী হরিনাম পুক্নিংনা মখোন থোক্কনা শোনগদবনি। অসুম হায়না

নহাক্না য়াবত্রবদা নোংমদা অনিরক তৌগদবনি—অমুক্তা অমুক, সন্ধ্যাদা অমুক।"

বাইহেশিং অসি শ্রীগুরুদেবদগী তাবগা, থোইবা গুরুদেবগী চরন্দা সম্রাংনা দণ্ডবৎ তৌরম্মী। অদুগা গুরুদেবদগী বিদায় লৌরম্মী।

থোইবনা তমজনফম ওইবা গৃহাশ্রম ধর্ম্ম চৎপা মী ওইনা ওইনা, সংসারিক্কী মায়াগী বন্ধন লৈহনখিদে। মতৈথংদা গুরুদেবগী কৃপাদগী অমসুং মহাক্কী হৈ-শিংবা, নোম্বা কনবা অমসুং ভক্তিতনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মহাক্কী থম্মোইদুংদা জ্ঞান ইন্দ্রিনঃ দরশন তৌবা ফংজখি।

**"শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু শ্রদ্ধাগা লোইননা ভক্তিনা সেবা তৌবা। শ্রদ্ধা লৈরগা ইবুংঙো লৈগনি অমসুং উগনি। শ্রদ্ধা লৈত্রবদি ইবুংঙো লৈতে অমসুং উরোই। মীওইনা হেক্তা পোকপদগী** material object **শিংগী** influence **না মরম ওইদুনা** living entity **না** conditioned living entity **ওইরে। সত, রজ অমসুং তম গুণ অহুমগী** influence **তগী থোরকপা "থাজবা" মথক অহুম**, percentage **অমত্তা মান্নদনা মান্নদুনা, মীপুম খুদিংদা লৈ। মদুদগী মীওইবগী তোঙান-তোঙানবা থাজবগী ধর্ম্মসু থোরকই।** Supreme Lord **কা** living entity **গা মহৌশাগুম্না** eternal relationship **লৈহন্নবা হোৎনবা ধর্ম্ম অদুবু** eternal religion, **হায়রবদি সনাতন ধর্ম্ম হায়না খঙ নৈ। সৎ-চিৎ আনন্দ ওইবা আর্ক বিগ্রহবু সেবা-পূজা তৌবদা, অহিংবা ঈশ্বরমক্তি হায়না খঙ্দুনা তৌগদবনি।"**

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈ, নত্রগা লৈতে, হায়না খঙ্নবা, ঐথোইনা Laboratory room অমদা চঙ্দুনা Scientifically experiment তৌবা য়াদে। মসি থাজবা, শ্রদ্ধা লৈবা অমসুং মীওইবগী মুংগী থম্মোইগী মানি। হায়রিবা থাজবা অসি "অন্ধ বিশ্বাসত্তি" নত্তে। হায়বদি ঐথোয়গী material knowledgeনা apply তৌদুনা ঐথোইনা

ফুমিং খুদিংগী উরিবা ইচম চম্বা পোং অমবু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্তিমক ওইনা খনগদবনি হায়বদি—ইবুংঙো মহাক্কী মগুণ, শক্তি, মহাক্কী মরমদা খঙ্ জবা বারী লীলা পুম্নমক অশেংবা থোকখিবা থৌদোক ওইনা, পূক্নিংনা থাজবগা লোইননা, পূক্নিংগী জ্ঞান্না উবা কংজবা অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্তিমক্তি হায়না ইচম-চম্বা পোং অতুবু খনগদবনি।

ঐখোয়না উ পাম্বী অমবু, নত্রগা মুঙ্মচা অমবু, পূক্নিংদা থাজবা অমসুং শ্রদ্ধা অমত্তা যাওদনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-নি হায়বা তারবদি, মতু "অন্ধ-বিশ্বাস" ওইগনি। মরমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্তিমক ওইনা অমসুং মহাক্কী মগুণ, শক্তি হায়বদি —খ্বাইদগী চাওবা, খ্বাইদগী পিকপা, খ্বাইদগী ফজবা, খ্বাইদগী হেন্না চানবাহৈবা হায়বা মগুণ মযাম অসি উ পাম্বী অমসুং মুঙ্মচা অতুদা পূক্নিংনা থাজবগা লোইননা, পূক্নিংগী জ্ঞান্না উদে। মরম অসিনা অতুগুম্বা উ পাম্বী অমসুং মুঙ্মচা অতু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-নি হায়বা যাদে। অতুবু অমুক খল্লসি— উ পাম্বী অমসুং মুঙ্মচা অতুবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি হায়না থাজবগা লোইননা নিঙ্শিং হায়রবদি, করিসু কাইদে। মরমদি মখোই অতুবু Atheist ( লাইবু থাজদবা ) নত্রগা মীচম্ ( ordinary man, non-devotee) য়েংবদদি উ পাম্বীদি উ পাম্বীনি, মুঙ্মচা অতু মুঙ্মচানি, হায়বগী ফীভমদগী করিমত্তা কাইরোই অমসুং তোংলোই। তৌইগুম্বসুং মখোই অতুবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-নি হায়না পূক্নিংনা থাজবগা লোইননা মিঙ্শি হায়বা তারবদি, Devotee অমগী পূক্নিংগী জ্ঞান্না মখোই অতুবু "সং-চিৎ-আনন্দ ওইবা আর্ক-বিগ্রহ"নি হায়না উগনি। মশাগী হায়বগী মূর্তি উ পাম্বী অমসুং মুঙ্মচা ওইনা উররোই। মখোই অতুগা মন্দিরদা ঐখোইনা লাংলিবা শ্রীরাধাব্রজনাথগা অমত্তা ওইনা ভক্ত অতুগী মমিংত্তা উগনি। মসি পূক্নিংগী থাজবা অমসুং শ্রদ্ধাগী বানি। মরম অসিনা শ্রদ্ধা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈ অমসুং উগনি, শ্রদ্ধা লৈতরগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈতে অমসুং উদে। মসিগী মরমদা গীতাগী ১৭ শুবা অধ্যায়গী ৩শুবা শ্লোকতা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না অশুম্না হায়রী—

"পোকপদগী লোইনবকপা তোঙান-তোঙানবা modes of nature কী মতুং ইন্না মী খুদিংগী মরম্মাইগী ওইবা থাজবা লৈ। মহাক্কী মশামক্তা শৈমজবা মতং অহুগী মতুং ইন্না Living entityগী মশাগী ওইবা থাজবা অহু ওই।"

ওইনিংবা কীভমগী মী ওইগুম্ব, মী খুদিংমক মাগী-মাগী ওইবা থাজবা অমমম্‌ লৈটৈ। মী অমগী faith কী মতং অহু উরগা, এৌখোয়না মী অহুবু good নত্রগা passionate নত্রগা ignorant ওইবা মীওনি হায়না Judge তৌই। Faith মাম-মামবা মীশিং পুম্নপ-পুম্নপ থিটৈ। থাজৈলেংবমক্তি, living being দি Supreme Lord কী part and parcel ওইবা মরম্না transcendental নি, হায়বদি সত, রজ অমস্তুং তম হায়না খজনবা mode of nature গী বাংমদা living beingনা লৈবনি। অহুবু material nature গী মশুংদা মী ওইনা হেক পোক-পগী, মপান্দা উবিবা material object শিংগা শম্নকবগী, মখোয়গী influence না মরম ওইহুনা living being অহু conditioned living entity ওইরে। অহুগা লোয়ন-লোয়ননা Supreme Lordকা eternal relationship লৈবগা অহুসু, মশেং মরাংতা ওইনা লেরে। অসুম তৌহুনা material object শিংগী influence তগী তোঙান-তোঙানবা মতংগী faith ওইবা মীওই ওইনা লেংরে। মরম অসিনা মহৌশাগী ওইনা Supreme Lord কা eternal relationship লৈবগা অহু মী অহুদা ভক্তিনহন্দুনা লৈহন্নবগীদমক, মাটৈ অমখোমদা হায়রগা, material object শিংগী influence তগী ওইরক্লিবা material contamination (হায়বদি পুক্লিংগী শেংদবা অমোংপা) লোখোক্লনবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু শ্রদ্ধাগা লোইননা থাজননবা মী অহুনা হোৎনগদবনি। হায়বদি মী অহুনা হিংলিটৈদা Krishna Consciousness ওইহুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ঋননমবা, মী অহুগী পোকপগী লোইনবকপা temperament অহুগা চান্নবা vedic knowledge কী খুদাং থম্ব অমা,

হায়বদি জ্ঞানযোগ, নত্রগা রাজ যোগ নত্রগা কর্ম্ম যোগ নত্রগা ভক্তি যোগগী লাইনিং লম্বেল অমা চৎননবা হোৎনগদবনি।

"সত্বা" অমসুং "শ্রদ্ধা" হায়বা বাহৈ অনিমক "অকবা থবক তৌবা" হায়বা অতুদগী থোরকপা বাহৈমক্তনি। material goodness ওইবা অতুগুম্বা থবক্তা মী অতুগী faith লৈবা য়াই। অতুম্মদি ওইরগা, conditioned life কী মখুত্তদা material nature ওইবা থবক অমত্তসু, pure goodness ত্তাক্তা ওইবা লৈতে, হায়বদি অফবগা ফত্তবগা য়ারবা মক্তনি। pure goodness বু transcendental ওইবা ফীভম হায়না খঙৈ। অতুগুম্বা ফীভম অদু ওইরবা কান্দতা, মী অদুনা Supreme Personality of godhead কী real nature বু খঙবা ঙমজগদবনি। অসিগুম্বা purified goodness কী ওইবা faith অদু ওইত্রিবা মতৈ, মী অতুগী faith অদু modes of material natureগী influenceতগী ওইবিবা contaminated faith নি হায়না খঙ্নগনি, হায়বদি শেংদবা (য়ানশিন্নবা) faifh ওইগনি। Modes of material nature পুম্নমক মীগী heart কা মরী লৈনৈ। Material nature গী "সত্ত" ওইবা গুণগা heart কা মরী লৈনদুনা শেমখিবা faith অদু good faith নি হায়না খঙনগনি। অদুগুম্রদুনা material natureগী "রজ" নত্রগা "তম" গুণগা heart কা মরী লৈনদুনা শেমখিবা faith অদু passionate নত্রগা ignorant ওইবা faith নি হায়না খঙ্নগনি। অমুম তৌদুনা পৃথিবী অসিদা তোঙান-তোঙানবা faith লৈবনা তোঙানতোঙানবা faith কী ওইবা ধর্ম্মসু থোরকই। অশেংবা religious faith তি pure goodness তনা ওই' হায়বদি Transcendental ওইবা ফীভমতদা ওই। Transcendental ওইবা ফীভম অদু ওইনবগীদমক, মী অদুগী Temperament অদুগা চান্নবা vedic knowledge গী ওইবা যোগ অমা চৎননবা হোৎনদুনা, Supreme Lordপু কৎননবা হোৎনগদবনি, হায়বদি মীওইবগী পম্মুংকম ওইবা পরম ধাম

(spiritual nature) জীর্থ য়োননবা হোংনহুন' শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু দরশন ফংননবা হোংনগদবনি।

বাথল অমরোমদা হায়রগা, living entity না হকচাং মহুংদা হেক লৈখিবদগী conditioned Individual living entity ওনরে, হায়বদি প্রকৃতিগী সত, রজ, তম গুণ অহুমনা কোইশিন্দুনা, কাজিন্দুনা লৈখিবদগী, জীবাত্মাগী (living entity গী) সত ওইবা অশেংবা মগুণ অহুবু (purity and perfectness অহুবু) মপান্দা ফোংদোকপা (outside manifestation) ওমজে! শয়া হায়রবদা, প্রকৃতিগী পোং মরাম অসিগা শম্নরুবদগী, ঊরুবদগী, থল্লবদগী পোংশিং অহুগী সত ওইবা গুণ, রজ ওইবা গুণ, তম ওইবা গুণগী "থাজবা" অহু পুম্নপ, পুম্না মী অহুগী পুক্নিংদা চঙ্গে। অসুম হায়না ওইখ্রিবা "থাজবা" মথল অহুম হায়বদি "সতগী থাজবা" "রজগী থাজবা" অমসুং "তমগী থাজবা" মী অহুদা যানশিন্নহুনা অতম্বক লৈ—চাংদা খেন্নবগী বাতনি। অকবা, অচুম্বা তৌবা, অকবা পোংতগা মরী লৈনরুবা, অভ্রুম্বা মী অহু "সত" গুণগী থাজবগী চাংনা খরা হেন্না লৈ। অচাওবম কাবা, বৈভব পাম্বা, মিংচৎ পাম্বা লন পাম্বা মী অহু "রজ" গুণগী থাজবগী চাংনা খরা হেন্না লৈ। তমখিবা, কত্তবা থবক্তা হৈনবা, নিশাদা লুপ্পবা, অক-কত্ত বাথল লৈতবা মী অহু "তম" গুণগী থাজবগী চাংনা খরা হেন্না লৈ। গুণ অমথক্তনা মাগী ওইবা মী পুক্লি লৈরোই, লৈবস্থ য়াদে। মরমদি গুণ অহুম অসি লৈবনা মী অহু material world অসিদা হিংবা হায়বা অহু ওই-রিবনি। অসুম হায়না পৃথিবী অসিদা লৈবা মীশিংনা সত, রজ অমসুং তম গুণ অহুম অসিগী influence তগী ওইখিবা "থাজবা" মথল অহুম অসিগী percentage বাংনা লৈবা, হঙনা লৈবা খেন্নবগী মতুং ইন্না, তোঙান-তোঙানবা "থাজবস্থ" লৈ। "থাজবা" অহুগী মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা ধর্মস্থ লৈখিবনি।

অশেংবা ধর্ম, হায়বদি সনাতন ধর্মগী (eternal religion গী) "থাজবা" হায়বা অহু ঐখোয়না খিবা তাবনি। মীওইবগী individual

living entity অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননী part and parcel ওইবা superior energy ওইবা মরম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা অতং-অথন লৈতবা মরী লৈনৈ। অদুবু হৌজিক ওইরিবা Individual entity গী জীভম অসি, মায়াগী ওইবা প্রকৃতিগী পোৎশিংগী সত, রজ অমস্তুং তম গুণ অমমনা influence তৌদুনা লৈ। অসিগুম্বগী জীভমদা মী অদুনা হিংদুনা লৈবা অসিবু. Conditioned individual entity হায়নস্তু খঙৈ। অসিগুম্বা Conditioned life অসিবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননী eternal relationship (হায়বদি অতং-অথম লৈতবা মরী) অদুবু খঙৎপগুম তৌনা হিংবা মহিং হায়না খঙৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননী ধামদি সত গুণতগী ওইবা spiritual world দনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মী-ওইবগা মশেং-মরাং তৌরিবা মরী অদু, মহৌশাগী হায়নী মতৌগুম্বা ওইহল্লবগীদমক, মী অদুনা "রজ" অমস্তুং "তম" গুণ ওইবা material world গী পোৎ পুম্নমক জম্মীবমথৈ শাদোকদবনি। "সত" গুণ ওইবা পোৎ অমস্তুং থবক মখৈদা খন্দুনা মীনা থবক তৌরগা, হায়বদি মীওইবগী হিংনবগী লানকনদা তৌরিবা থবক পুম্নমক Krishna Con-'sciousness Centred activity ওইহন্দুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননী সেবাগী ভাবতা থবক পুম্নমক তৌদুনা ইবুংঙো মাবু পুকমঙগনবনি। মী অদুনা হিংলিঙৈদা ইবুংঙোগা মরী খঙৎপগুম তৌরিবা অদু শ্রদ্ধা ভক্তিনা মরম ওইদুনা খাঙবগা লোইননা মপুং ফাবা মরী লৈননবা হোৎনবনা মী অদুগী পুন্সিগী মহৈ শ্লানগনি। অসিগুম্বা মতৌশাগী ওইবা Supreme Lord কা living entity গা মরী লৈহন্নবা হোৎনবা অসিবু eternal religion হায়বদি সনাতন ধর্ম্ম হায়না খঙৈ।

মন্দিরদা লাৎলিবা শ্রীরাধাব্রজনাথবু "সৎ-চিৎ" আনন্দ আর্ক বিগ্রহ ওইবা অহিংবা ভগবানমূর্ত্তি হায়না খাজনা নিংনবগী বারী মচা অমা—

**বারী মচা অমা।**

বৌদ্ধাক্ত বল্লভ লাইনিংবা নিপা অমনি। মহাক্কী ঐরুনা বল্লভপু ভগবান শ্রীনারায়ণ মহুনা দিক্ষা পীবিরে। মহুগা ভগবান শ্রীনারায়ননী

মূর্তি অমসু মানা লাংনবা গুরুনা পীবিরে। বল্লভনা ভগবান শ্রীনারায়নগী মূর্তি মুনিং পুন্দিংগী মতম চানা অমুক, মুংথিল অমসুং সন্ধ্যাদা পূজা তৌরি। চহি অমরোম অসুম হায়না লাইনিংবদা করিমত্তা কান্নবা ফল ফংদে খল্লহুনা, মানা নোংমা গুরুগী মফমদা হায়জখী।

"গুরুজী! চহি অমরোম ঐনা ভগবান শ্রীনারায়নবু পূজা তৌরি, অদুবু করিমত্তা কান্নবা ফংদে। অদুনা য়াম্না মপাঙ্গল কনবা, চানবীহৈবা লাই করম্বা অমা লৈবগে। পূজা তৌনবা, মন্ত্রগা কোম্লনা, অদুগুম্বা লাই অদু চানবিহুনা গুরুনা ঐহোন্দা পীবিবু।"

গুরুনা নোক্লহুনা বল্লভত্তা হায়রম্মী। "বল্লভ। করে, হৌজিক ঐনা নহোন্দা শিব ভগবানগী মূর্তি অসি পীরবনি। মসি নংনা পূজা তৌহুনা লাংচকরো।" মহুগা কোম্লনা শিব ভগবানগী মন্ত্র "পঞ্চ অক্ষর" সু তাকপীরে। "শিব ভগবান অসি ভোলানাথসু কৌই। মহাক য়াম্না থুনা চানবীহৈবা লাইনি অদুনা নহাক মহাক্কী আশীর্বাদ থুনা ফংগনি।"

বল্লভ হরাওরে। মামা হায়গী মাগী শ্রীনারায়ন ভগবানগী মূর্তিদু কাংথক অমগী মথক্তা থা'গৎলগা' থমজিল্লে। মহুগী মথাদা শিব ভগবানগী মূর্তি লাংপা হৌরক্লে। অসুম হায়না থা৬ চুপ্পা থবাই য়াওনা পূজা তৌরি। মহুদসু করিমত্তা কান্নবা ফংদে খল্লহুনা, মানা গুরুগী মনাক্তা চৎহুনা হায়রি। গুরুজী! "ঐবু অসুম হায়না পরিক্ষা তৌবিরগসু। ঐহোন্দা মন্ত্রগা কোম্লনা য়াম্না থুনা সিদ্ধ ওইগদবা লাই অমত্তা পীনবিবু। ঐনা মাবু লাংচরগা ঐগী কান্নবা ওইজগে।"

গুরুনা মহু তাবদা খল্লম্মী। ঐগী শিষ্য অসি enlightenment ফংবগী থাক অদুদি য়ৌরে। অদুবু practical experience না মাবু তম্বীগে হায়না খল্লম্মী। অদুনা গুরুনা নোক্লহুনা হায়রম্মী। "করে বল্লভ! হৌজিক কলি যোথা যুগ অসিদি, ইমা কালিবু পূজা তৌরবদি, য়াম্না থুনা নংনা সীদ্ধ ওইবা অদু ফংগনি।" মসি হায়রহুনা ইমা ভগবতি কালিগী মন্ত্র "NAVARNA" গা কোম্লনা ভগবতি কালিগী মূর্তি অমা বল্লভত্তা পীবিরে।

হন্দকমূক্তি বল্লভ মশাদা য়াম্না থাজরে। মাগী হান্নগী শিব ভগবানগী মূর্ত্তি অদু শ্রীনারায়ন ভগবানগী মূর্ত্তিগা কোম্না শগাই মথক্তা পুন্না থমজিল্লে। মদুগী মথাদা ভগবতি কালিগী মূর্ত্তি পূজা তৌবা হৌরক্লে। মানা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা ভগবতি কালি মূর্ত্তিগী মমাঙদা ধুপ, বত্তি পায়হনা হাইর-হাইরদুনা পূজা তৌরে। বত্তিগী মৈখু অদুনা মথক্তা হাইগৎথিবা অদু বল্লভনা উজে। মদু উবদা মানা য়াম্না শাওনিংলে। মানা থল্লি "ঐগী ধুপকী মৈখু অসিনা শিব ভগবানগী নাতোন্দা চঙ্‌ব্রে। মাবু ঐনা মতম কুইনা পুজা তৌজবদা করিমত্তা চানবিব্রবনী। অহুনা ধুপকী মৈখু অসিনা মাগী নাতোন মঙুঙদা চঙ্‌দুনা করি কান্নগনি? ঐহাক হৌজিক ভগবতি কালিবু পূজা তৌজরিবনি।" অসি হায়দুনা ভগবান শিবগী মূর্ত্তি অদু শগাইদগী লৌথরদুনা, মাগী মনাক্তোন অদুদা লশিংনা ধুপকী মৈখু চঙ্‌দনবা মেনশিল্লে।

ইথং থঙ্‌হৌদনা ভগবান শিব বল্লভকী মমাঙদা দরশণ পীবিরে। মহু উবদা বল্লভ শস্ত্রাংনা দণ্ডবৎ তৌজরে। ভগবান শিবনা ভাক-পীরকই। "বল্লভ! নংনা ঐবু নিংজবা ঐ য়াম্না পেল্লে। অহুনা নহাক্না অপাম্বা বর অমত্তং হায়য়ু, ঐ পীগে।" মহু তাবদা বল্লভনা হায়জে। "ইবুংঙো! ঐনা ইবুংঙো নহাকপু "পঞ্চতন্ত্র" থীহুনা থা তরুক চুপ্না পূজা তৌজবদদি চানবিব্রগা, হৌজিক ঐনা ইবুংঙো নহাকপু শগাই মথক্তা থমজিল্লবা মতমদা, থঙ্‌হৌদনা ঐগী মাঙদা লেঙ্‌খোকপীরকপা অসি উবদা ঐদি ভকচরে।"

ভগবান শিবনা ভাকপীরকই। "ঐগী ভক্ত বল্লভ! নংনা থঙ্‌-ব্রবননি। থা তরুক চুপ্না নংনা ঐবু লাংপা অহুদি থাক্তু মচেৎ অমগুম্না নংনা নিঙ্‌ই। ইচম চবা পোৎ অমা থম্‌জিনবগুম্না, নংনা ঐবু শগাই মথক্তা কাংবা থমজিল্লি। নংনা ঐগী নাতোন্দা ধুপকী মৈখু চঙ্‌দনবা মেনশিনবা অসিদা নংগী বাথন্দা অহিঙ্‌বা জীব অমদা তৌবগুম্না, ভশেংনা তৌরে। অহুনা নংনা ঐবু থাজবগা লোইননা সেবা তৌবা অসিদা,

ঐ থাঙ্ছনা লৈবা ওমদ্রে। অদুনা নহাকী Idol গী অহিংবা মূর্তি অদুমক ঐনা নংগী মাঙ্দা উৎলিবা অসিনি।"

বল্লভ বা ভাংবা থোকখিদ্রে, spiritual knowledge ফংদ্রে। মহাদেব ভগবানগী মমাঙ্দা মুংশিবগা লোয়নননা শষ্ঠাংনা দণ্ডবৎ তৌজরে। মহাক্না অতোপ্পা বর অমুক নীজদ্রে। ভগবানবু মুংশিজবা অদুতনা, মহাক্কী ফংগদবা পুম্নমক অথাকপা লৈতনা লোইনা ফংজরে। Love emerges to love. মুংশিবনা মুংশিবদা তিনথ্রে। থাজনা অনমুং শ্রদ্ধাভক্তিগা লোয়নননা ঈশ্বরবু অহিংবগুম্না সেবা-পূজা তৌবনা ঈশ্বর লৈ, অমম্নুং উবা ফংই।

[ "শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা living entity গা (জীবাত্মাগা) তোপ্পা তোপ্পা individual identity অমমম ওইনা eternally লৈ। living entity না conditioned life তগী liberation ফংলবা মতমদা material embodiment থাদোক্তুনা spiritual world দা spiritual body ওইনা eternally লৈগনি। মফম অদুদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু শক্না শক্না উনগনি। অসিগুম্বা ফীভম অসি complete absolute whole গা complete unit অমগনা লৈনবা মরী অদুগুম্বনি।"]

গীতাগী ৭শুবা অধ্যায়গী ৫শুবা শ্লোকী মতুংইন্না Living entity মশিং লাকপা ওমদনা লৈরীবা অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী Superior energy নি। শ্বেতশ্বতর: উপনিষদ (৫/৯) দা অসুম্না হায়রী মদুদি "শম্ অমবু ১০০ থোক্না থায়দোক্লগা, অদুগুম্বা থায়দোক্লবা মচেৎ অমবু অমুক হন্না ১০০ থোক্না থায়দোক্লগা, অদুগুম্বা ২শুবা থাইদোকপগী মচেৎ অমথক্না spirit soul গী dimension ওইগনি।" মুণ্ডক: উপনিষদ (৩ | ১ | ৯) দসু অসুম্না হায়রী মদুদি "soul অসি atom মুক চাওই অদুগা perfect intelligent ওইরবা মীতনা মাবু উবা ফংগনি। অসিগুম্বা soul অসি প্রাণা, আপাণা, ব্যানা, সমানা অমসুং

উদানা হায়বা লুংশিং মথল মঙা অসিগী মমুঙ্দা তাউহনা লৈ। মাগী লৈফমন। heart তনি। embodied living entity গী হকচাং শীন্বা থুংনা মাগী influence লৈ। হায়রীবা লুংশিং মঙা অসিনা য়োম-শিন্দুনা শেংদনা লৈবা ( contamination ) অসিদগী হেক শেংবদা (purified State), মহাক (soul) spiritual নি হায়বা খঙ্লকই।" মরম অসিনা Individual soul গী influence না শক্তোক্লিবা অসি মানা লৈরীবা হকচাং অমুতবুনি, অতোপ্পগী হকচাংদদি মাগী influence লৈতে।

Living entity গা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা তোপ্পা-তোপ্পা individual identity অমমম্ eternally লৈ হায়বা অসি, শ্রীমদ ভাগবতকী (১০ | ৮৭ | ৩০) দা অমুম্না হায়রী মদুদি "oh Supreme Eternal! করিগুম্বা embodied living entityশিংনা ইবুংঙো মহাক্ মা eternal and all pervading ওইরবদি, মখোয় অসি ইবুংঙো মহাকী con-trol দা লৈররোই। Living entity শিংনা ইবুংঙো মহাকী minute energy ওইরবদি, ইবুংঙো মহাকী supreme control গী মখাদা মখোয়না লৈগনি। মরম অসিনা real liberation হায়বা বাহৈ অসিনা খঙ্নবনু, ইবুংঙো মহাকী conrrol দা লৈরমবা surrender তৌবনু খঙ্নৈ। অদুগুম্বা surrender অদুনা মখোয়গী লুখাইবমু ওইগনি। অদুগুম্বা constitutional position অমা Living entity শিংনু Supreme Lord না control তৌই।"

Living entity শিং অসি Supreme Lord কী Superior energy নি, মরমদি মখোয়গী quality of existence অদু Su-preme Lord কা চপ্ মান্নৈ। অদুমদি ওইরগা, quantity of power দি কৈদৌউৈদমু মান্নদে। মৈরীকা মৈজাও অমগা লৈনরীবা মৎং অদুগুম্বনি। material world গী subtle and gross material মরাম, Living entity না exploit তৌবহুদা, হায়বদি

মহাক্কী pure and perfectness অদুবু বিকাশ তৌরবা হোংলবদা, matter শিংগী influence ভগী Living entity না মাগী real spiritual mind and intelligence অদু ফাওরে। অসিগুম্বা material energy গী influence অসিদগী free ওইবদা Living entity না liberation (মুক্তি) ফংলে। Living entity না free ওইবা মতমদা মহাক্কী অশেঙ্বা শক্তম হায়রবসি real spiritual identity অদু ফঙ্লবে। মসিগী হায়রবদা, living entity গা supreme lordকা তোঙান-তোঙানা eternally ওইরবা spiritual identity সি হায়রবা ফঙ্লবে। অসিগুম্বগী ফীভম অসিবু গীতাগী ২শুবা অধ্যায়গী ১২শুবা শ্লোক্তা অস্তুম্না হায়রী মদুদি "ঐহাক হন্নক্কী মপোক অসিদদা ওইবা হায়না লৈরমদবা হায়বদু নত্তে, অদুগুম্না নহাক অমসুং তিল্লিবা সিংথৌশিং অসিসু লৈরমদবা নত্তে, অদুগা ঐখোয় পুম্নমক ঐখোয়গী হকচাং মাঙ্গ্রবা তুংদা লৈরোইদবসু নত্তে।"

Living entity গা supreme lord কা কৈদৌমুংদসু অমত্তা তিনশিন্নদে, তোঙান-তোঙানা eternally লৈ হায়বা অসি গীতাগী ১৫শুবা অধ্যায়গী ৭শুবা শ্লোক্তা অমুক্তা হেন্না শেংনা তাক্লি মদুদি—"মমৈবাংশো জীবলোকে জীবভূতঃ সনাতনঃ। মনঃষষ্ঠানীন্দ্রিয়াণি প্রকৃতিস্থানি কর্ষতি।" "conditioned world অসিদা ঐগী সনাতন ওইবা অংশ ওইনা (eternal and fragmental parts ওইনা) living entity শিংনা লৈ। conditioned life ওইবা মরম্না মখোয়না ইন্দ্রিয় মঙা, মনগা থারগা তক্কপু কন্না struggle (কর্ষতি) তৌরি।"

Living entity না conditioned life ওইরিঙৈগী মতমদা, মহাক্কী তোপ-তোপ্না individuality অদু লৈগনি, অদুগা liberation ওইরবা মতমদা, supreme lord কা অমত্তা ওইশিনখিগনি হায়না impersonal Brahman বু নিঙ্বা জ্ঞানীশিংনা হায়বা অদু গীতাদা হায়রীবা মথক্কী শ্লোকশিং অসিনা য়াদে। living entity দি eternally

fragmented নি হায়বদি সনাতন ওইবা অংশনি। vedic version গী মতুংইন্না supreme lord না মশাং লাকপা ভগ্নবা মূর্ত্তি য়াম্না পুথোকই। মতুগী মখুঙ্দা primary expansion অদুবু বিষ্ণু-তত্ত্ব হায়না খঙ্‌নৈ, অদুগা secondary expansion অদুবুনা living entities হায়না খঙ্‌নৈ। বাহৈ অমরোমদা হায়রগা,বিষ্ণু-তত্ত্ববু personal expansion হায়না খঙ্‌নৈ,অদুগা living entitiesবু separated expansion হায়না খঙ্‌নৈ। supreme lordকী personal expansion দগী শ্রীরাম, শ্রীনরসিংহ দেব,বিষ্ণু মূর্ত্তি অমসুং বৈকুণ্ঠ planet তা লৈবা মকোক্ ওইবা লাই ময়াম পুথোকখি। supreme lordকী separated expansion ওইরিবা living entity শিং অসি eternally servitors ওক্তনি। supreme personality of godhead কী personal expansion পুম্নমক্তা godhead কী individual identity মতম পুম্নমক্তা লৈ। অদুগুম্বদুনা supreme lordকী separated expansion ওইরিবা iiving entity শিংগীসু individual identity মতম পুম্নমক্তা লৈ। supreme lordকী fragmental parts and parcels ওইরিবা living entity শিংগী fragmental qualityগী মখুঙ্দা independence হায়বা quality অসি অমনি। living entity খুদিংমকী personal individuaiity অদুগা কোম্নমা, minute form ওইবা Independence অমমম্‌সু লৈ। অদুগুম্বা independence অদু living entity অদুনা লাম্না শিজিন্নবদগী conditioned soul ওইখি। Independence অদুবু চুম্না শিজিন্নরগা living entity না leberated ওইরে। কীভম অনিমক্তা living entity অদু supreme lord কুম্না qualitatively eternal নি। living entityগী liberated ওইবা কীভমদা materiai condition দগী মহাক free ওইরে, অদুগা supreme lordকী transcendental service তৌদুনা লৈ। living entity গী conditioned life তা মহাকপু material modes of

nature না খুদুম চল্লি (dominated), অদুগা supreme lord কী transcendental loving service অদু মহাক্না কাওগে। মরম অদুনা material world অসিদা living entity গী অহিংবা অদু বিকাশ তৌনবগীদমক, হায়বদি মহাক্কী perfect and purity অদু manifest তৌননবা material nature গা কল্পা লান শোক্নহুনা লৈ।

living entity শিং হায়বা অসিনা খঙ্নবসি মী, হুই, হৌদোং-নচিংবা জীবদসু নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মথা থাবা ওইনা material world গী controller ওইরিবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর কাওবা য়াওরী। মরমদি মখোয়সু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী (supreme lord) parts and parcels নি। মখোয় পুম্নমক অসি temporary manifestation নত্তে, eternal manifestation নি। মথক্কী গীতাগী শ্লোক্কা য়াওরিবা "কর্ষতি" (srruggling or grappling hard) হায়বা বাহৈ অসি য়াম্না অর্থ চেনবা বাহৈনি। conditioned soul বু false ego না য়োংশিনা কাক্সিনবগুম্না কাক্সিল্লি। থবক অদু থোক্নবা mind না chief agent ওইরি। Mindনা mode of goodness ওইবা মতমদা, conditioned soul গী activity শিং অদু অফবতা ওই। Mind না mode of passion ওইবা মতমদা, মহাক্কী activity শিং অদু অৱাবতা ওই। Mindনা mode of ignorance ওইবা মতমদা, মহাক হম্থবা থাক্কী ওইবা life তা তাউহনা লৈ। মথক্কী গীতাগী শ্লোক অসিদগী ঐখোয়না নিংখিনা খঙ্লে মদুদি conditioned soulবু material body, mind অমসুং sensesনা কুপশিন্দুনা থম্মী। মহাক্না liberation (মুক্তি) ওইরবা মতমদা, material covering অদু মাঙ্খিনি অদুগা মহাক্কী spiritual body অদুনা individual capacity ওইনা বিকাশ তৌরকনি। মদুগী মরমদা মাধ্যান্দিনায়ন-শ্রুতিদা (Madhyandinayana sruti দা) অদুম্না হায়রী মদুদি "living entity না মহাক্কী material embodiment অদুবু থাদোকপা মতমদা, মহাক্না spiritual world দা

চংখিগনি। মকম অদুদা মহাক্কা body ওইনা লৈগনি। অদুগুম্না spiritual body অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মাইয়োক্লনা উবা ফংগনি।" স্মৃতিদসু অস্তুম হায়না হায়রী মদুদি "spiritual plant তা লৈবা জীব খুদিংমক supreme personality of godhead কা চপ মান্নবা মওং ভাক্তা ওইনা লৈ।" অদুনা body construction কী মায়ৈগেয়োমদা য়েংলুররবদি spiritual planet তা লৈবা supreme lordকী personal expansion শিংগা supreme lord কী separated expansion শিংগা (living entities) চাপ্ মান্নৈ। ব'হৈ অমযোমদা হায়রগা, living entity শিংনা liberation ওইরগা supreme personality of god head কী খোঙান্দগী spiritual body ওই।

মথকী গীতাগী শ্লোক্তা য়াওরিবা– "মামৈবাংশো" (fragmental parts and parcels of the supreme lord) হায়বা বাহৈ অসি অর্থ চেনবা বাহৈনি। ইবুংঙোগী fragmental portion অদু material গী broken part কুপ্পা নত্তে। গীতাগী ২শুবা অধ্যায়গী ২৪ শুবা শ্লোক্তা অসুম্না হায়রী মদুদি "আত্মা হায়বসি ককপা য়াদবনি, চাক্তবনি, অরেম্লনি, মকম পুম্নমক্তা শিনবা থুংবনি, মকম হোংদবনি, লেঙদবনি অমসুং মাবু হানবা লৈতবনি।" শ্লোক অসিদা হায়রীবা fragment অসি পোৎলক্, ওইনা fragment ওইবা অদু নত্তে। material world কী পোৎ অমবু মশীং কয়া খোক্তা ককথৎলগা, অমুক শমকম্নহন্দুনা হাপ্তী পোৎ মপুম অদু ওইহনবা অদুগুম্বানত্তে। অসিগুম্বা বাখল অদু মকম অসিদা apply তৌবা য়াদে। মরমদি শ্লোক অসিদা "সনাতন" (eternal) হায়বা বাহৈ অমা শিজিন্নরী। fragmental portion অদু eternal নি হায়না গীতাগী মথকী শ্লোক অসিদা হায়রী। অসিদসু নত্তনা গীতাগী ২শুবা অধ্যায়গী ১৩ শুবা শ্লোক্তা থঙচল্লি মদুদি individual body খুদিংমক্তা supreme lord কী fragmental portion লৈ। অদুগুম্বা fragmental portion অদুবু হকচাংনা পুনশিন্নবা অদুগী liberation

কললবা মতমদা, মহাক্কী হায়রী ওইবা spiritual body অদু ওইনা spiritual planet কী spiritual sky দা supreme lord কা লোইননা লৈবা ঙংই। living entity মা supreme lordকী fragmental part ওইবনা, quality রোমদা যেংনুববদি অমত্তনি। হায়বদি সনা মতুম অমদা সনা মচেং অমগা লৈনয়ীবা কী ভম অদুগুবনি। অদুগা quantitatively যুনুববদি supreme lord কা living entity গা লৈনয়ীবা মঙং অসি complete absolute whole গা মাগী complete unit শিংগা লৈনবা মঙং অদুগুবনি।

[Living entity গী independence পু misuse তৌরবদি মী অদুগী মতুঙ্গী মপোক্তা হন্নবা মপোক্তা পোকই। অদু নত্তদুনা Supreme personality of godhead কী dovetail ওইনা মাগী service তা independence পু শিজিন্নরবদি মী অদু মুক্তি (liberation) ফংই। অকবা মরগা ফত্তবা ওইহনবগী chief agent অসি mind নি]

Living Entity দা Supreme personality of godhead কী fragmental portion অমনি। অদুগুম্বা fragmental portion অদুদা quality of independence বাওবি। মরম অসিনা living entity গী constitutional position গী মতুং ইন্না, মশাগী লৈজবা quality of independence অদুবু misuse তৌবা হায়বা অসি অতৈ কন্নিনবা নত্তে, living entity না মীগী হকচাংদা চঙ্লুনা material world দা মী ওইনা হেক পোকপদা, মপানগী material objects কী influence তগী sense gratification and selfishness ওইবা থবক্তদা, মী অদুনা মায় ওনশিন্নি। অসিগুম্বা মতৌ অসিবু living entity গী independence misuse তৌবা হায়বা খঙনৈ। অদুগা মায়গৈ অমত্তোমদা ঐখোইনা অমুক হেংশি। living entity গী constitutional position গী মতুং ইন্না, মামা Supreme personality

of godhead কী eternal servitude নি, হায়বদি complete unit অমনা মাগী constitutional position গী মতুং ইন্না, মানা unit অমা ওইরীবামখৈ, complete Absolute whole ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী কাননবা, মুংঙাইনবা, মপুঙ্ ফাননবা, মশাগী মরম্লাই ওইজবগী বাখল অমত্তা য়াওদনা, লেপ্পুনা থবক তৌবা হায়বনি। অদুনদি material worldদা চাওরাক্লা মী মখল অনি থোরকলে। মী মখল অমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী eternal servitude নি হায়বা অসি কাওখোক্লুনা material consciousness কী ওইবা মী। অতোপ্পা মী মখল অমনা মীওইবগী পূন্সি অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী eternal servitude নি হায়না খঙ্লুনা krishna consciousness ওইবা মী। অদুগা মনো বিজ্ঞানগী মায়গৈ-রোমদা অমুক য়েংলুরবদি, "matter না mind ওল্লি, mind না matter ওল্লি, degree of vibration গী বাতনি।" মরম অদুনা living entity গী independece পূ misuse তৌরিবা অসি material objects কী influence ত্তনা নত্তে, mind না chief agent ওইদুনা মাগী influence মু য়াংঙী। mind না mode of goodness তা লৈবা মতমদা, মী অদুগী activity পুম্নমক, বাখল থনবা, বা ঙাংবা অমসুং থবক তৌবা পুম্নমক অফবতা ওই, ফত্তবা অমত্তা লৈতে। মসিগী conversion দা mind না mode of passion and ignorance তা লৈবা মতমদা, মী অদুগী activity পুম্নমক ফত্তবতা ওই, অফবা অমত্তা য়াওদে।

Same platform, Same level দা মী কাংবু অনিমক, থবক মখল চপ মান্নবা অমথক্কদা তৌমিন্নরবস্সু, মখোয়না তৌরিবা থবকী থোংং ংখৈ—বাখল থেম্নবগী মতুংইন্না। material consciousness কী ওইবা মী অদুদি, মাগী অশেংবা শক্তম করিনো খঙদদুনা, মাগী হকচাং অদু মহাক্কি হায়না খল্লুনা, থবক অদু ঐ হায়বা হকচাং অসিনা তৌবনি হায়না খল্লি। অদুনা থবক পুম্নমক selfishness motive, sense gratification or sense enjoyment কীদমক

তৌই। supreme lord কী supervision নত্রগা direction দগী material nature না মাগী হকচাং শেম্বনি হায়বসি material consciousness ওইবা মী অদুনা খঙ্দে। মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না পুম্নমক্কী controller নি, enjoyer নি হায়বা মানা খঙ্দে। অসিগুম্বা মওং অসিবু living entity গী মশাগী হায়দগী লোয়নরবপা indipendence পু লায়া শিজিন্নবা (misuse) হায়না খঙ্গনৈ। অসিগুম্বা থবক মতৌ অদুগী ফল ওইনা law of nature গী evolutionary process তা, মী অদু মতুংগী মপোক্তা হন্থবা মপোক্তা পোক্কনি। মসিগুম্বগী মওং অসিবু গীতাগী ১৪শুবা অধ্যায়গী ১৭শুবা শ্লোক্তা অস্রম্না হায়রী মদুদি —

"বজগুণনা হেম্ন: লৈরিবৈদা শিরবদি কর্মদা আসক্তি লৈবা মপোক্তা পোকই। অদুগা তম:গুণনা চাওথংপা মতমদা শিরগনা অপঙ্বা মপোক্তা পোকই।"

Krishna consciousnessতা লৈবা মী অদুদি material world অসিদা মানা পোক্লবস্তু, মহাক অসি supreme personality of godhead কী part and parcel অমনি হায়না মানা খঙ্জৈ। মহাক্কী real identity অদু শেংনা খঙ্জবনিনা, মানা খঙ্ই মদুদি মাগী নহানমক্কী মপোক্কী কর্মগী ফল মতুংইন্না material world অসিদা পোক্কুনা, হৌজিক ওইরীবা ফীভম অসি ওইরিবনি। অদুগা material world অসি মাগী অশেংবা মফম নত্তে, মাগী লমথুংফম (ultimate goal) অদু য়ৌনবা চংপদা, লংফৈ চংপা মীনা লম্বেল মনাক্তা লৈবা পোংথাফম শঙ্গা (rest house) ওহাক্তং পোথাবগুম্বজাংনি হায়না মানা খঙ্জৈ। material world দা লৈরীবা পোং পুম্নমক temporary নি, changeable নি, অদুগা transitory নি হায়বা অসিসু মানা খঙজৈ। অসিগীসু মথক্তা, মথোয় অসিগী মপু মহাক নত্তে অমসুং enjoyer সু মহাক নত্তে হায়বা মানা মুন্না খঙ্জৈ। মসি পুম্নমক

অসিনী মগী অমসুং enjoyer শ্রীকৃষ্ণ ভগবানা ওইরমিনা, মাগী পুক্নিং চুপ্পা—লাখল খনবদা, বা তাংবদা, থবক তৌবদা, হিয়াম খুনিংমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা dovetail ওইনা থবক তৌগদবনি হায়বনা মানা থওই। অদুম তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী loving service তা থবক তৌরবতা মীওইবগী ultimate goal, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী খাঙ-পক্ষু ফংবা ঙমগনি হায়বসি মানা যুক্তা থওই। মানা মসিমসু থওই মতুংদি পুক্নিং বাখল, হকচাং, থোঙ, খুৎ, মিৎনচিংবা কীওইবগী জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং কর্মেন্দ্রিয় পুম্নমক, living entity গী খুৎলাই ওইনা থবক অমা পাংথোকপদা মতেঙ পাংবনি অমসুং শিজিন্নবনি। মগাক্তি material senses কী activity পুম্নমক্তা attach তৌদে। living entity না individual condition of life ওইরকৈদা supreme lord কী supreme control দা লৈবনি হায়বসি তশেংনা মানা থওই। অদুনা supreme lord কী থৌজালতবু ফংননবা মানা ইকুংজোবু নিংজৈ অমসুং খুকমজৈ। মরম পুম্নমক অসিনা, krishna consciousness তা পুক্নিং লুপ্পা মী অদু law of nature গী বাংমদা লৈগনি, হায়বদি অশি-অনাগী জগৎ-সংসারদগী লাপ্তোনগনি। মসিগুম্বগী মওং অসিবু গীতাগী ১২শুবা অধ্যায়গী ৬ অমসুং ৭ শুবা শ্লোকতা মথাগী অসুম্বা হায়রী।

"অদুগুম্বা ভক্তশিং অদুনা পরমেশ্বর ঐহাক্তা কর্ম পুম্বা কথোক্লগা ঐহাক্তা পরায়ণ ওইদুনা অনি লোঙজবা ভক্তিগা লোয়ননা ঐহাকবু নীংজবিবা অমসুং ঐহাক্তা পুক্নিং হাপথবা মখোয় অদুবু, হে পার্থ! অশিবা অনাবগী মশক ওইবা সংসার সমুদ্রদগী থৌদনা লাপ্তোক্লবা ঐনা তৌবি।"

['ধর্ম লৈবা অমসুং পুকচেল শেংবা মীগী মফমদা জগৎ সংসার অসি অফবা ভাক্তা ওই, ফত্তবা অমত্তা থিবা ফংদে। মদুগী ওন-থোকনবদা, পাপ লৈবা অমসুং পুকচেল শেংদবা মীগী মফমদা জগৎ সংসার অসি ফত্তবা ভাক্তা ওই, অফবা অমত্তা থিবা ফংদে।'] মসিগী মরমদা মহাজনশিংকী বাহী মতেঙ পাংবা।

## মারী মতেক অমা।

নোংমা দ্রোণাচার্য্যগী শিষ্যশিংনা মখোইগী গুরুদেবদা হংজরম্মী। "গুরুদেব! যুধিষ্ঠিরবু ধর্ম্মনা তাত্তুনা শাবা ধর্ম্মরাজ হায়না মিং থোন্দুনা মীয়াম্না মাবু কৌনৈ। অদুগা দুর্য্যধনবু পাপতনা তাত্তুনা শাবা মী ফত্তবা হায়না মীয়াম্না খঙ্‌নৈ। মসিগী মরম করিগীনো?"

মখোই নিংথৌমচা অনিনা তোঙান-তোঙানবা মওংদা মমিং চংলিবা অসিগী মরম লৈবনী হায়না খঙ্‌ননবা, মখোয় ময়ামদা practical ওইনা উৎকে হায়না দ্রোণাচার্য্যনা নিংলম্মী। মরম অদুনা মানা দুর্য্যধনবু কৌরগা হায়রম্মী "হে দুর্য্যধন! ধর্ম্ম লৈবা মী অমত্তা থিরগা ঐঙোন্দা পুরকউ।"

দুর্য্যধন-না লম পুম্না কোইচৎ চৎতুনা ধর্ম্ম লৈবা মী থীবা চৎলুরে। মমৈথংদা ধর্ম্ম লৈবা মী অমত্তা থীবা ফংদ্রবনা হল্লক্লে অদুগা দ্রোণাচার্য্যদা হায়রম্মী—"গুরুজী! ঐনা ধর্ম্ম চেনবা মী পৃথিবীগী মফম খুদিংদা থিবা চৎলুরে, অদুবু অদুগুম্বা মী অমত্তা থিবা ফংদ্রে। মফম খুদিংদা ফত্তবা মীতবু ঐনা থেংনৈ।"

দ্রোণাচার্য্যনা মতুংদা যুধিষ্ঠিরবু কৌরগা হায়রম্মী "হে যুধিষ্ঠির! ফত্তবা মী অমত্তা থিরগা ঐঙোন্দা পুরকউ।"

যুধিষ্ঠিরনা পৃথিবীগী মফম পুম্না কোইচৎ চত্তুনা ফত্তবা পাপ লৈবা মী থিবা চৎলুরে। মমৈথংদা মহাকপু ফত্তবা পাপ চেনবা মী অমত্তা থিবা ফংদ্রবনা হল্লক্লে, অদুগা দ্রোণাচার্য্যদা হায়রম্মী "গুরুজী! ফত্তবা মী অমত্তা থিবা ফংদ্রে, ঐনা পৃথিবীগী মফম খুদিংদা চৎচরে।"

অদুম তৌত্তনা নিংথৌমচা অনি অসিগী report অদু পুমওন ওন্নবা অদুদা দ্রোণাচার্য্যগী শিষ্যশিংনা য়াম্না ঙকরম্মী। অদুগা করম্বনা চুমগদগে হায়না খঙ্‌বা ঙমদ্রে।

দ্রোণাচার্য্যনা মতুংদা মাগী শিষ্যশিংদা হায়রম্মী। "জগৎ সংসার অসিদা উরিবা পোৎ পুম্নমক অসি অতৈ করিমত্তা নত্তে, য়েংলিবা মী অতুগী পুক্লিংবু উজবনি। হায়বদি মনোবিজ্ঞানগী মতুংইন্না, "mind না matter ওল্লি, matter না mind ওল্লি, degree of vibration গী বাতনি।" মরম অদুনা যুধিষ্ঠিরগুম্বা ধর্ম্ম চেনবা মীদদি, মানা উরিবা পোৎ পুম্নমক ধর্ম্ম লৈবা অকবা পোৎ ওাক্তা ওইনা উই, ফত্তবা অমত্তা উদে। অদুগুম্নদুনা দুর্যাধনগুম্বা পাপ চেনবা ফত্তবা মীগী মফমদদি, মাগী মমিৎতা পাপ চেনবা ফত্তবা ওাক্তা ওইনা উই, অফবা অমত্তা উদে।"

দ্রোণাচার্য্যনা মথা তানা হায়রম্মী। "জ্ঞানী অমগী মমিৎতা উরিবা জগৎ-সংসারগী পোৎ পুম্নমক অসি ওইদবা পোৎতা অওইবা ওইনা উবনি, হায়বদি মিথ্যানি। মীওইবগী হকচাং অসি জ্ঞানী অমগী মিয়েংদদি লৈতে, মতুগী মহুৎতা জীবাত্মা ওইনা মান উই।"

শিষ্য পুম্নমক্না গুরুগী মফমদগী অসিগুম্বা ধর্ম্মগী ওইব পাওতাক অসিবু তাজরগা পুক্লিংদা পেন্নম্মী অতুগা গুরুদেববু দণ্ডবৎ প্রণাম তৌ-রমলগা মাগী মাগী লৈফমদা চৎখিরম্মী।

**[ মৃত্যু লোক্তা লৈবা** (sense world) **জীব অমসুং পোৎ পুম্নমক শিবা অমসুং মাঙ্বা নাইবনি, মতমগী বাফমতনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি পোকপসু লৈতে, শিবসু লৈতে। মতৌ অদু-গুম্নদুনা ইবুংঙোগী** plenary or internal expansion **পুম্নমক্তি পোকপসু লৈতে, শিবসু লৈতে, মখোয় খুদিংমক্তা** spiritual sky **গী মনুংদা লৈবা** spiritual planet **শিঙগী মপুনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না** material **অমসুং** spiritual skies**গী মনুঙ্দা লৈরীবা মশীঙ লাকপা ওমব্রবা** universe **পুম্নমক্কী** controller **নি।"]**

ঐখোয়না উরিবা world অসিবু dynamic world কৌই। হায়বদি মৃত্যু লোক্তা লৈরিবা থুাইদগী চাওবা জীব ব্রহ্মাদগীনা থুায়দগী অপিকপা জীব ককচেং, তুমিৎ, কাং কাওবা, মখোইশিং অসিগা লোইননা,

অহিংবা জীব নত্তবা, ঐখোয়না উরিবা পোৎ পুম্নমক—মুমিৎ, থা. গ্রহ উপগ্রহ, পোৎ-চৈ, চীং-মাল পুম্নমক changeable and parishable ওাক্কনি। মখোই পুম্নমক মওং হোংবা, শিবা নাইবা, মাং,খিগদবা ওাক্কনি। মতমগী বাতনি। মৈরাস্বী পুং অমগী মমুঙ্দা শিখি, শল, শগোল চহি ২০/৩০ গী মমুংদা শিখি, মী চহি ১০০ গী মমুংদা শি. ব্রহ্মা লাইগী চহিদা মাগী আয়ু চহি ১০০ তনি, ঐখোয়না উরিবা চিং মাল তুরেলন'চংবা' চহি লিশিং কয়াগী মমুংদা লৈখিরোই, হায়বদি খণ্ডপ্রলোয়দা মাংখিনি। ব্রহ্মাগী চহি ১০০, মীওইবগী চহিদা 311 Trillion and 40 million years নি। ব্রহ্মা'গী মুংখিলগী মতম মীওইবগী চহিদা ৪৩, ১০০,০০,০০০ (কোটি ৪৩১) নি। অদুগুম্বা চপ মান্নবা মীওইবগী চহি মণী'না মহ'ক্কী মুমিদাংগী মতমনি। মহাক্কী মুমিদাং খুদিংদা খণ্ড প্রলয় ওই। খণ্ড প্রলয় খুদিংমক্তা মহাক্তা লেম্বা material universe কী জীব পুম্নমক্কী হকচাং মাঙ্খিনি, শিখিনি। অদুগা জীবাত্মাদি, শিবা লৈতবনিন' শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী গর্ভ মমুংদা চঙ্খিনি। ব্রহ্মা'গী মুমিদাং লোইরদুনা মুংখিলগী মতম অমুক ওইরক্লবদা, জীবাত্মা পুম্নমক হকচাং পুবা জীব মযাম ওইনা অমুক পুখোরক্কনি। ব্রহ্মাসু লাইগী চহিদা চহি ১০০ লৈরগা শিগনি, material universe তা লৈরীবা থবায় পানবসু পান্দবসু পুম্নমক মাঙ্খিগদবা ওাক্কনি, অকোন-অহানগী বাতনি। মসিগুম্বা মওং অসিবু গীতাগী ৮ শুবা অধ্যায়গী ১৮শুবা শ্লোক্তা অস্তুম্না হায়রী।

"ব্রহ্মাগী নোংওানবা হায়বদু হেক ওইবদা ফোংদবা অব্যক্তদগী অফোংবা মশক পানবা ব্যক্ত ওইবা পোৎ পুম্নমক থোরকই। অদুগা ব্রহ্মাগী অহিং হেক ওইবদা, অব্যক্ত ফোংদবা মওংদা অমুক তিনখি।"

থনবু থন্নুরবদি, ঐখোয়গী হকচাং লেঙদনা লৈবোই নিংলিবসি, মিকুপ খুদিংগী blood cell হোংবগা লোয়ননা হকচাং মন্থবক্লিবনি, মমৈদা মাঙ্খিগদৌবনি। তুরেলগী চেল্লিবা ঈচেল হিদেল খুদিংগী

হোংলিবনি, মুমিং, থা শক্তি হোংলিরনি, মাঙ্খরক্লিরনি, ঐখোয়মা খ্ঙ্দবনবি। হন্দক্তা Amrita bazar patrika দা California University গী American scientist অমনা হায়রী "মুমিংকী মৈশা হুম্বরক্লে"। মতম কুইনা চহি ১০০০/১০০০ লৈরগা মৈশা হুম্বরকপা অদুদা, ঐখোয়না মুমিংকী মৈশা হুম্বদবোই শিঙ্বনি। ব্রহ্মাগী আয়ু লোইরিক্লৈদা মুমিং মাঙ্খিগদৌবনি। material universe অনৌবা অমা শেম্বদা অনৌবা মুমিং অমা অমুক পুখোক্কদবনি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মৃত্যুলোক্তা অবতার তৌদুনা গর্ভদা চদুনা পোকপা পূমনক, মাগী-মাগী আয়ু লোইরগা শিবা মকনি। মখোই অদুদি শ্রীপরশুরাম ভগবান, শ্রীবুদ্ধদেব, মর্ত্তগী শ্রীকৃষ্ণ ভগবান, শ্রীগৌরচন্দ্র ভগবান অসিনচিংবনি। অসিগুম্বা মওং অসিবু গীতাগী ২শুবা অধ্যায়গী ২৭ শুবা শ্লোক্তা অমুম্না হায়রী।

"পোক্লবদি শিবা শোয়দ্রবনি। শিরবদি অমুক পোকপস্থ শোয়দ্রবনি। মরম অসিনা থিংবা ঙম্বোইদবা বিষয়গী মরমদা য়াবা কারদে।"

গর্ভদগী পোকপা নত্তবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী হকচাংদগী পুখোকপা অবতার plenary expansion or Internal expansion, মখোয়শিং অদুদি পোকপস্থ লৈতে, শিবস্থ লৈতে। মখোয় পূমমক মথুং ৪/৪ পান্নী, মখোয় অমম্না spiritual skyদা লৈবা মশীং লাকপা ঙমদ্রবা spiritual planet থুদিংমক্কী মপুনি। মখোয়শিংগী মমিংশিংদি—পুরুষোত্তম, ত্রিভিকর্ম্মা, কেশব, মাধব, অনিরুদ্ধ, হৃষিকেশ, সঙ্কর্ষন, প্রদ্যুম্ন, শ্রীধর, বাসুদেব, দামুদর, জনার্দ্দন, নারায়ণ, বামন, পদ্মনাভ অসিনচিংবনি।

মখোয় পূমনক, পোকপা-শিবা লৈত্রবা ভগবানশিং অসি, উপাস্থী অমগী মনা ময়াম পানবগুম্বনি। উপাস্থী অদুগী মউ অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ মূর্ত্তিগা পাংথকনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থামদি spiritual sky দা লৈবা পরমধাম গোলোক বৃন্দাবন-নি। মহাক্তা মহাকী থামদগী খোঙ্কাপ অমত্তা কাওবা লেঙ্খোক্তে। অদুমদি

ওইরগা spiritual অমসুং material sky দা লৈরিবা মদুং লাকপা ভরারবা universe পুম্নমক, করিগুম্বা অকায়বা অমত্তা য়াওহন্দনা, মহাকী সর্বব্যাপী শক্তিনা ( all pervasiveness ) মরম ওইদুনা চালাইরি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না material universe পুম্নমকী থবক চালাইবা অসি মশামক্না হাকথেংননা তৌবা নত্তে, মহাকী প্রকৃতিদা থোদাদুনা পাংথোকপনি। অসিগুম্বা মওং অসিবু গীতাগী ৯ শুবা অধ্যায়গী ১০ শুবা শ্লোক্তা মথাগী অসুম্না হায়রী।

"হে কৌন্তেয়! ঐনা য়েংশিনবা মপু অধ্যক্ষ ওইদুনা প্রকৃতি কৌবী অসিনা অচৎপা চৎতবা পুম্নমক শেম্মনি। মরম অসিদগী পোকপা শিবা হায়বা সংসারগী চক্রসি কোইরৈ লৈদুনা লৈরিবনী!"

মসিগী থোওং মতৌ অসি স্মৃতি শাস্ত্রনা অসুম হায়না হায়—

"কনাগুম্বা মী অমগী নমাঙ্দা, মনম মুংশিবা লৈ অমা লৈরে হায়না নিংলসি। মনম নম্বগী শক্তি লৈবনা মী অদুনা লৈগা মনম নমগনি। অদুম্মদি ওইরগা লৈগা মনম নমলিবা মীগা শম্নদে। মুংশিংনা মনম নম্বগী থবক তৌহনবনি। মতৌ অদুগুম্নদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী direction মতুং ইন্না প্রকৃতিনা থবক পুম্নমক তৌবনি।"

পুম্নমক অসি থল্লুরগা তাক্লবগা, ঐথোইদা শ্রদ্ধা, থাজবা (faith) অমা পোক্লকই। মদুদি পুম্নমক অসিবু তৌহল্লিবা, মাগী মওং হোংবসু শুকলৈ লৈত্রবা, (unchangeable), মাঙ্বা লৈত্রবা (undissolved), শিবা নাইত্রবা (deathless), করম্বা কান্দা হৌরকপা, করম্বা কান্দা লোইগনি লৈত্রবা ( eternal ), মফম থদিংমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা (all pervasiveness), অমত্তা ওইবা, অনি শুদবা (unity) অমা লৈ, মদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান, সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ সরুপনি।

["**শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী** superior energyনা ওইখিবা **জীবশিংগী মনুঙ্দা** ( of all living entities of superior energy of supreme lord)**মীওইবনা খ্বায়দগী অহেনবা থাকনি। মীনা, জ্ঞান, কর্ম অমসুং ভক্তিগী পাম্বৈনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংবা ঙম্মী।**"]

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শেমলিবা জীবশিংগী মমুংদা, মীওইবদা পীনবিরিবা জ্ঞান, বুদ্ধি অসিগুম্বা অতৈ অতোপ্পা জীব অতৈদা লৈতে। অসিগুম্বা জ্ঞান, বুদ্ধি অসিতগী মতেঙ,না মীওইবনা হোৎনরবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরন ফংবা ঙম্মী। মসিবু গীতাগী ১০ শুবা অধ্যায়গী ১০ শুবা শ্লোক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অসুম্না হায়রী—

"মতম চুপ্পা ঐঙোন্দা লুপথ্রবা অমসুং ভক্তি প্রেমনা ঐবু পুজা তৌজরীবা মখোয়দুদা ঐনা বুদ্ধি যোগ পী. মদুনা মরম ওইদুনা মখোযনা ঐবু ফংই।"

মথক্কী শ্লোক অসিদা বুদ্ধি যোগকী মরমদা অমসুং প্রেম-ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পুজা তৌবগী মরমদা হায়রী। বুদ্ধি হায়বদি intelligence, যোগ হায়বদি mystic activities or mystic elevation, হায়বদি ঈশ্বরবু দর্শন ফংনবগী থবক মতৌ কনাগুম্বা মী অমনা মীওইবগী লমথুংকম য়োনবা চৎপদা (back to godhead) ধ্যান অমসুং সেবানা মরম ওইদুনা krishna consciousness তা চংলবা অদুগুম্বা থবক মতৌ অদুবু, বুদ্ধি-যোগ হায়না খঙ,নৈ। বাহৈ অমরোমদা হায়রগা বুদ্ধি-যোগ হায়বা অসি, অসিগুম্বা নমুনা অমনি, মদুনা material world গী অবিদ্যা মায়ানা মী অদুবু পুনশিল্লিবা অসিদগী থাদোক্লবা পাম্বৈ অমনি। পম্বুংফমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদপদ্মবু ফংবনি। মদু ফংনবা হোৎনবদা সৎ-সঙ্গ তৌবা, হায়বদি ভক্তশিংগা তিন্নবা, bonafide spiritual master অমদগী শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ফংনবগী পাউতাক লৌবা য়াম্না দরকাররনি। ইবুংঙো মাবু ফংননবা তোঙান-তোঙানবা লম্বেল ময়াম, হায়বদি জ্ঞান-যোগ, রাজ-যোগ, কর্ম্ম-যোগ, বুদ্ধি-যোগ অমসুং ভক্তি-যোগ গীতাদা তাক্লি। মী অদুগী পোকপদগী লোইনরকপা temperament (মশাগী হৈনজবা) অদুগা চান্নবা, মানা হৈনগনবা যোগ অমবু মী অদুনা চৎননবা হোৎনৈ। মী অদুনা চৎনিংবা যোগ অদুবু চৎপদা, অতোপ্পা লেনহৌরিবা যোগ মরি অদু সুকয়াও

য়াওদে হায়বা য়াদে, মরমদি মখোয় খুদিংমক অমগা-অমগা য়েংশৈ। তৌবতবু মী অদুনা পামজবা মোগ অদুনা মপুং ওই হায়বসী বাতনি।

কনাগুম্বা মী অমনা bonafide spiritual master অমগী শিষ্য ওইরবা, অদুগা পৃথিবী শিন্‌বা থুংলবা ধর্ম্মগী ওইবা spiritual organisation (Divine life society, ISCON, T.M etc.) অমগী মেম্বরস্থ ওইরবা ফাওবদা, মশাগী জ্ঞান বাংপদগী ধর্ম্মদা চাওথংপা ইঙম ঙমজররবা, অদুগুম্বা মী অদুস্থ krishna consciousness ওইরবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থৌজান্দগী মাগী থম্মোয়মুংদগী জ্ঞান পূম্নমক মঙোন্দা ঙাম্মোক্লকই। লাইরিক লাইস্থ য়াম্না হৈত্ররবস্থ পুকচেল শেংলবা, মানা তৌরিবা থবক খুদিংমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবাগী ভাবতা থবক তৌরবা, মশাগী ওইজবা থাদোক্লবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মতম পূম্নমক্তা নিংজরব', ইবুংঙো মাগী মুংঙাইনবা ফননবত্তা থল্লবা, অদুগুম্বা মী অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-পদ্মবু ফংজৈ।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শেমলিবা জীবশিংগী মমুংদগী মীওইবনা করম হায়না জীব অতৈদগী মগুণ হেল্লিবা, অমস্থং মহাক্না করম হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরণবু ফংলিবা অসিগী মরমদা বারী মচা অমা।

## বারী মচা অমা।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শেমলিবা জীবশিংগী মমুংদা মীওইবনা খ্বায়দগী মগুণ লৈবা হেল্লী হায়বা য়ানিংদবা, য়াম্না লৌনম চাওবা লমহুই অমা লৈরম্মী। মানা মশা মতোনতনা খন্নৈ—"লৌশিংদা ঐনা মীওইবদগী করম হায়না হম্বরিবনো ? লৌনম তৌবদা য়েংলুরবস্থ, মী অমনা অতোপ্পা মী অমদা তৌরিবা নমথাক অসি অস্থপকী মতিক শাথিগ্রে, ঐনা তৌরিবা নমথাক অসিনা মঙোন্দগী হম্বরনে ? ঐস্থ মাস্থ অহিংবা জীবমক্তনি—চপ মান্নৈ। থাঙ্গৈশেংবমক্তি ঐনা পেল্লিবা অসিগুম্না মীদি

পেন্দুনা লৈবা ঙমদে। ঐদি মঅল য়ামলবা ফি-বোল শেৎপগী দরকারদু লৈতে। অশাকপদু অয়াংবদসু ঐদি থাঙ্বা ঙম্মী। মকম অমদগী মকম অমদা চৎনবথগীদমক motor car নত্রগা train গী দরকারদু লৈতে। ঐখোয় শা হায়বা জাৎ অসিনা অসিগুম্বা মশাগী ওইবা মগুণ ময়াম অসি লৈরবদা, করিগীদমক মীওইবনা শাশিংদগী হেনগদৌরিবনো? অদুমা মীওইবমা শা-শিংদগী মগুণ হেল্লি হায়বা অসি অরানবনি।"

লমছুই অদুনা কোইচেন চেন্দুনা বন অদুদা লৈবা শা অতৈসু হৌরুরে। মখোয় পূম্ননমক্কা চৎতুনা, শামু অমদা থা অসি ঙমলুরে। অশংবা শামু অদুনা অনুম্না হায়রকই। "ইচিন-ইনাও পূম্নমক! নখোয়না হায়রিবা অদুদা অচুম্বা থরদি য়াওই। অদুনা বাকম অসিগী অচুম অরান খঙ্ননবা, ঐখোয়গী বন অসিগী মহুক্তদা লৈবা মুনি অমদা চৎতুনা হায়রুরসি। শা পূম্নমক য়ানরদুনা মুনিগী মনাক্তা চৎজম্মী।

হুইনা হায়জরম্মী। "স্বামীজি! ইবুংঙোনা হায়দগী খঙ্বিরিবনি, অদুদি করাগুম্বা মী অমনা ঐবু চানরক হল্লা ফুরবসু, মানা ঐঙোন্দা চাক চখোম অমত্তং পীজবদা, ঐনা মাবু পুন্সিচুপ্পা মাগী সেবা তৌজে। ঐনা মীদুদা লিশিংলক হল্লা সেবা তৌখিবা অদুবুদি, মানা কাওথোকই অদুগা মঙোন্দা মাগী মরুপ্পা অমুক্তং লানথিবা অদুবুদি মানা নিংশিংই। অদুনা স্বামীজী! করন হায়না মীওইবনা শা-শিংদগী হেল্লা ফরিবনো?"

শলনা হায়রম্মী। "মীনা ঐবু শঙ্গাবুংদা পুদুনা শজিক পীজে অদুগা মমুমদা চক থরা, ডানা থরা পীজে। মদুগী লমন শিংবা ওইমা, ঐনা মঙোন্দা শজোম পী। করি করিগুম্বা মতমদা ঐগী ইচা শম্নাও মচাবুদি শজোম পীথকত্রগা, মহাক মশামক্কী অদুগা মহাকী মচা মতশিংগীদমক, ঐঙোন্দগী শজোম ঙমদোকই। অনুম হায়না মখোয়গী ইমুং-মনুং পুম্নবু ঐনা নোয়-পেলহন্নবা শজোম পীরগা, মানা ঐবু নমথিপ্রবা, মোৎপ্রবা শজোল অমদা লৈহল্লী। ঐনা শজোম হেক থোক্লকত্রবা মতমদা, মানা ঐবু থীনা তৌই। অদুবদু নত্তনা, মানা ঐবু শা-হাৎকম চুকান্দা

য়োক্লোকই। অসিগুম্বা লমচৎ চৎপা মীবু স্বামীজী নহাক্না বাংনা থাং-গৎলী, অদুগা ঐখোয় অকবা থবক তৌবা শা-শিংবু মখোয়গী হল্লহল্লী।"

কাক্লা হায়রম্মী। "স্বামীজী! ঐখোক্না লৈবা মগুণ অমম্ভং কাওবা, মীওইবদা লৈতে। মহুদি ঐনা তল্ অকংবা মচেৎ অমত্তং কংবদা, ঐগী মরূপ কাক মরাম কৌহুনা, মখোয় পুম্নমক্না চামিনৈ। মীদি মহুগী ওন্ন-থৈনবনি। মীদি মাগী চান-থক্লবা মবাং কায়না লৈরবস্তু, মাগী অপেমবা চাক্লবা থক্ লৈতে। তম্মীবমথৈ মাগী ওইনা পৈশিন্দুনা থম্মী। মহুদগী হেন্দোক্লুনা মাগী মমুন লোয়রবগী পোৎ কাওবা মুন্দুনা চাথোকপা তম্মী। অহুগুম্ব' নশাগী ওইকবতা পাম্বা মীবু, ঐখোন্দগী করম হায়না হেনগৎলৌরিবনো?"

গাধানা হায়রম্মী। "স্বামীজীনা খঙ্বিরিবহুনি, ঐ অসি অরুম্বা পোৎ পুবদা কাওরিবনী। গাড়ী কাওব্রবা চীংগী লমদমদা, ঐনা পোৎ পুহুনা চীংমীশিংনা অচা-অথক কংলিবা অসি, ঐগী মপাম্মনি। ঐ লৈরমত্রবদি চীংমীশিং অসি কংহুনা শিরয়োইড্রা? অম্বুক য়াম্না কাম্নরবা ঐবু, মহুগী মনা (reward) ওইনা ঐবু ফুবদনি, মখোয়না তৌরিবসি। অসিগুম্বা কৎত্রবা মীওইববু ইবুংঙো নহাক্লা য়াংনা থাংগৎলিবগী মরম করিনো?"

শক্তিনা হায়রম্মী। "ঐগী শউন মথক্তা কমহুনা, মীনা লাই নীংই। মীগী মউম্না করিগুম্বা অফবা থবক অমত্তা শিজিন্নবা ইবুংঙোনা তাবিরব্রা? ঐগী কজরবা মচীনা মীগী কম্কম্, কা-গী কক্লাংগী লৈদ্রেং ওইবা নত্রা?"

হাহোংনা হায়রম্মী। "স্বামীজীনা হান্না খঙবিরিবা অহুনি। ঐগী মতু অসি অহুপকী মতিক শুজ্ঞংনবগী মশক্তি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী কোক্লী চুড়া ওইনৈ। ভগবান কার্তিক্লা ঐবু শাদোং ওইনৈ।"

শামুনা হায়রম্মী। "স্বামীজী! ঐগী চাওরবা-ইশা লৈ। মীওইবগী লুহোংবনচিংবা হরাও-কুম্মৈ তৌবদা ঐবু শিজিনৈ। ঐগী মরানা কজ-কজরবা চৈগু, লাইমচ', মমল য়াম্নবা মীওইবগী পোৎ-চৈ শাৱৈ।

জঙ্গলদা মীনা চিংথোকপা ঙমজ্রবা অক্নবা উজাউ, ঐনা চিংথোকই। ঐগী মরুপ শা-শিংনা হায়রিবা পুম্নমক ঐনা চুম্মী হায়না য়ানিংই। অদুবু ঐখোয় শা পুম্নমক্কী মীনা হেন্নী হায়বসিদী মরম করিগীনো? স্বামীজীনা ঐখোয়দা শুগাইনা তাকপীয়ু।"

স্বামীজীনা তাকপীরকই॥ জঙ্গলদা লৈবা ঐগী মুংশিজরবা শা পুম্নমক! নখোয়না হায়রিবা পুম্নমক চুমই। অদুবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না শেম্বা থবায় পানবা জীব পুম্নমক চাওরাক্না মথল অনি থোক্না থায়দোকই। মতোমতনা লেঙ্‌বা ঙম্বা কাংবু মী, শা, ঙা, উচেক, তীল, কাঙ্‌নচিংবা। মতোমতা লেঙ্‌বা ঙমদবা কাংবু—উ, বা নাপী-শিংবী। লেঙ্‌বা ঙমদবা থবায় পানবা জীব পুম্নমক্কী লেঙ্‌বা ঙম্বা থবায় পানবা, জীব পুম্নমক্না মগুণ লৈবা হেল্লি। লেঙ্‌বা ঙম্বা থবায় পানবা জীবশিংগী মনুংদসু, মীনা খ্বায়দগী মগুণ হেল্লী। মীওইবা নত্তবা অতোপ্পা জীবশিংগী মপোক অসিদি, মখোয় মখোয়না নহান্মূকী মপোক্তা তৌখিবা কর্মগী মতুংইন্না, মদুগী মহৈ—অরাবা ওইরবসু, নুংঙাইবা ওইরবসু হুন্দকী মপোক অসিদা ফংননবগীদমক্কনি। শা-ঙাগী মপোক অসিদা পাপ পুণ্যগী থবক তৌরগা মদুগী মহৈ ওইনা, পাপ-পুণ্য ফংননবা মপোক নত্তে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না পীবা লৌশিং অদুনা হিংদুনা লৈননবা, অমসুং মখোরগী থবায় কত্তনবা হোৎননবা শা-ঙাগী মথৌনি। মসি নত্তবা পাপ-পুণ্য ফংবা য়াবা অতোপ্পা থবক অমত্তা লৈতে।

মীওইবগী মপোক্তি, মখোয়না তৌখিবা নহানমূকী মপোকী থবক-শিংগী মহয় অরাবা ওইরবসু, নুংঙাইবা ওইরবসু—হুন্দকী মীওইবগী মপোক অসিদা ফংবদা নত্তনা, হৌজিকী মপোক অসিদা অমুক হন্না পাপ পুণ্য তানশিন্নবনি। মখোয়দা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শা-ঙাদা পীনরিবা লৌশিং অদুদগী হেনবা তোপ-তোপ্পা জ্ঞান বুদ্ধি অমা পীনবিরী। মরম অসিদগী মীওইবদা পুণ্য ওইবা থবক করিনো, অমসুং পাপ ওইবা থবক করিনো, হায়বা অসি খঙননবা বুদ্ধি লৌশিং লৈ! মদুগী মপান্না

মখোয়না অক-কন্ত, অচুম-অরান, ভোগদবা-তোরোইদবা থবক খঙ্বা ওমই। মায়াগী মহুংদা লৈন-লৈন, মীওইবনা হোৎনবগী মপান্ন, বুদ্ধিনা মরম ওইহুনা, মখোয়দা লৈবা জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং কর্মেন্দ্রিয়বু মখোয়গী মথা পোলহনবা ওমী। অমুম হায়না বুদ্ধিনা Instinct পু জয় তৌহুনা, হায়বদি বুদ্ধিনা sense-gratification বু জয় তৌহুনা Intuition ওন্নকই। হায়বদি reasoning য়াওব্রবসু পুক্লিংনা হেক্তা চুমলে হায়না জ্ঞানেন্দ্রিয়না উবা ফংবা থাক অদু য়ৌরকই। অমুম হায়না বুদ্ধিনা মহুং চংশিল্লকুনা "বোধি" ওন্নরবদা, হোৎনজরীবা মী অদুগী লমথুংকম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু জ্ঞানেন্দ্রিয়না দরশন ফংজহুনা, শ্রীপাদবু ফংজবা ওমী। হায়রিবা বাকম অসি, মী অদুনা মায়াগী মহুঙ্দা লৈন-লৈন, বুদ্ধিনা মরম ওইহুনা, হোৎনবগী মতুং ইন্না, ওহাক-ওহাক্তা ওইনা, অশেংবা লম্মোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু দরশন ফংজবগী বানি। মতম পুম্নমক্তা নত্তে মী অদুনা মহাক্তা হায়গী মপোক্তা কর্মগী ফল অদু ফংদবা য়ারোই, অদুগা মতম অদুক ফাওবা মীওইনা হিংগনি। মতুঙ্গী মপোক্তীদমক্তা, হন্দক্তা মপোক অসিদা মা-মাগী ভাগ্য-বিধাতা মশানা শেমজবগী বাতনি।

বাশিংশি তারগা, লৌনম লৈবা লমহুই অদুনা স্বামীজিদা হজৎলম্মী। মীনা Instinct পু জয় তৌবা ওমব্রবদি করম তৌগনি। মহুদা স্বামীজিনা মথা তানা তাকপিরকই। "ঐগী মুংশিরবা বনগী শা পুম্নকক! আত্মা ওইনা থল্লবদি, মীওইবা অসি কনামত্তগী মথা পোল্লবা, মায়াগীসু মথা পোল্দবা স্বাধীন-নি (free)। সমাজ অসিগী মী অমা ওইনদি, মহাকপু ওমখৈ লৈহল্লি, পুনশিল্লি, অদুগা মপান-থোংগী লৈনরীবা পোং পুম্নক অসিনা মরম ওইহুনা, মীদুগী মশাগী মওং হোংহল্লি। মী অমা ওইনা, মহাক অসি অরাম-খুত্তমগী বাখলগা লোইনরবা machine অমনি। অদুগা মীগী হকচাংনা থ্বায়দগী হেন্না ফরবা, অদুগা মীগী পুক্লিংনা থ্বায়দগী হেন্না বাংলবা অমনি। কনাগুম্বা মী অমনা আত্মাগী ফিভম য়ৌরক্রবা মতমদা, মী অদুনা মহাক্তা ফিভমগা চান্নবা হকচাং অমা লৌবা

য়াই। মতম অহনা মহাক law of nature গী বাংমদা লৈগনি।
হায়রিবা য়াঙাংশিং অসি চুম্বী নত্রগা লান্নী চাং য়েংগদবনি। ঐখোয়না ঐখোয় ইশামকপু পেলচনবদি ঙমগনি, অদুগা অতোপ্পা মী অমবু পেলহনবদি ঙমলোই। মীয়ামদা খঙ্‌হনবা য়াবা ধর্মগী science তি য়াওযোগনি। অদুনা ঐনা চাং য়েংদুনা চুম্নে হায়না খঙ্‌লবা অদুতবু, মীঙোন্দা তশ্নী।"

"মী অমনা মাগী ওইজবতা খন্দুনা থবক পুম্নমক তৌবা, অদুগুম্বা মী অদু Instinct কী মখা পোনবা মী কৌই। হায়বদি মতম পুম্নমক্তা মহাক্কী sense organ শিং—মিৎ, নাকোং, খোঙ, খুৎনচিংবগী পেন্নবগীদমক থবক তৌবা মী হায়না খঙ্‌নৈ। মীওইবদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না পীনরিবা বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা, Instinctপু জয় তৌবা ঙম্নকপদা Intuition য়ৌরকই। হায়বদি reason না মপুং ফানা মুন্নবদা intuition ওই। intuition গী থাক য়ৌরকপা মতম ঙহাক অদুতদা, মী অদুগী থম্মোয়-মুংগী জ্ঞান্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু দরশন ফংজবগী বানি।

Instinct পু জয় তৌবা ঙমজবা মীশিং অদুদি, নখোয় শা পুম্নক্কী মপাম্লোংদা উরিবা মওংগা মখোয়গী মওংগা শেন্ননা উজরবস্থু, মখোয়গী বাখলদি নখোইদা লৈরিবা অদুগা করিমত্তা খেন্নরোই। মরম পুম্নমক অসিনা সংসারগী সৃষ্টিগী মমুঙ্‌দা লৈরিবা জীব পুম্নমক্‌তগী মীওইবনা পুমহেল ত্তেন্নী।"

শা পুম্নমক স্বামীজিগী বা ভাবদা পেন্নদুনা মাগী মাগী মফম তান্না লোইনা চংনখ্রে।

**[ "শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরণবু ফংজনবা হোৎনবতনা মীওইবগী তশেংনা নুংঙাইবা ওইগনি (True happiness )]"**

মীওইবগী হিংলিঙৈগী মমুঙ্‌দা থ্বায়দগী হেন্না পামজবদি নুংঙাইবা, হায়বদি eternal happiness বুনি। ঐখোয়না হৌজিক নুংঙাইরবনি হায়রীবা অসি, অরাবস্থু অদুম্মক য়াওই। অরাবগা নুংঙাইবগা য়ানশিন্নদুনা

ছিংবা ঐখোয়গী সংসারনি। অদুবু অরাবদি শুকপাম পামদে, মতম পুম্নমক্তা মুংঙাইবতা পামই। কন-কয়া শু-নোমলবসু অরাৎপগী অরাৎপা মক্তা মঙাই, হকচাং নাবগীসু য়াই, শিগনি হায়বগীসু কি। অমুম হায়না অরাবগী অরাবমক্তা হায়কম খঙদে। মসি করিগীনো খল্লুবদা নহানমুক্কী মপোক্কী কর্ম্মগী ফলনি হায়নসু খল্লকই। মীওইবদি অমুক পোকপা, অমুক শিবা, সংসারগী নিয়মগী রাংমদগী লাম্থোকপা ঙমদবনিনা, মতুঙগী মপোক্তা ঐ মুংঙাইনবা অমসুং ফননবা, হৌজিক্কী মপোক অসিদা থিহোগে খল্লকই।

মুংঙাইবা অদু কদায়দা লৈবগে, অদুগা করিবু মুংঙাইবা কৌবগে হংবদা, খুম্বা য়ানা থোকনি।

অরাং-অপা লৈত্রবা মশাগী ইন্দ্রিয়শিংগী হায়বদি, মীৎকী উনিংবা, নাকোংগী মখোন মুংশিনবা ঈশৈনচিংবা তানিঙবা, লৈগী অহাঙবা পোৎ চানীংবা, অসিনচিংবা ইন্দ্রিশিংগী অপাম্বা পুম্নমক (all sense gratifications) ফংবা ঙমলবা মুংঙাইরে হায়রিবা মী অদুসু, শান্তি লৈতে, হায়বদি অরাবা ফংই। অদুনদি "পোৎ য়াম্না মরাং কায়না লৈবা" হায়বা অসিগা "মুংঙাইবা" হায়বা অসিগা মরী লৈনদে। মসিগী ওম্ন-তৈনবনা চুম্বগুম তৌই। পোৎ য়াম্না মরাং কায়না লৈজদবা, মাগী standard of living গী থাক ফাওবতগী ওইবা পোৎ লৈজবা, থবক শুবা মীগুম্বা, নত্রগা মুচিগুম্বা মীনা পুক্নিং মুংঙাইনা, হয়াওনা নোকুনা খেঙ্না মতম লেপ্লি। পোৎ মরাং কায়না লৈতবা, standard of living গী থাক ফাওবতগী পোৎ লৈজবা, মীশিং অদুগী মুংঙাইহন্দবা ওইহনবা তারবদি, পোৎ মরাং কায়না লৈবা, ইনাক খুনবা মী অদু মুংঙাইবতা ওইগদবনি। ঐখোয়না খঙবদা মতুদি ওইদে। মরম অসিনা "পোৎ য়াম্না লৈতবগা" "মুংঙাইবগা" পুঙবা চৎপা (compatible) য়াবগুম্না, "পোৎ য়াম্না লৈবগা" "মুংঙাইতবগা" পুঙবা চৎপা (compatible) য়াই। হায়বদি জগৎ সংসার অসিদা লৈরিবা

পোৎশিংসিগা নুংঙাইবগা মরী লৈনদে। কনাগুম্বনা মসিদা হায়বা য়াই, নুংঙাইবা হায়বা অসিদি পেনবা হৈরগা (contentment) লোইরে। পেন্থোক্পহুনা অহুম নুংঙাই ; নুংঙাইগদবনি হায়না হায়জিনবগী বানি। অহুবু করম হায়না পেন্থোক্নুনা লৈগদৌরিবনো ? মী অহুদি অপাম্বনা থুমহৎতুনা লৈ। অপাম্ববু (desire) লৈত্রবদি মী অহু জগৎ সংসার অসিদা হিংহুনা লৈবা য়ারোই। অপাম্বনা মীবু হিংহল্লিবনি।

অহুগা অমুকন্থ পোৎ য়াম্না লৈরবা মী অহুনা নুংঙাইবা থিরিবনি হায়হুনা, মাগী লৈজরিবা অতাঙ্বা পোৎশিং চহু পুহুনা অতোপ্পা মকম লমহাং-তুম্হাংদা কোয়না চৎলি। মকম অহুদা মাগী পুরক্লিবা পোৎশিং অহু মমল য়াওদবগুম্না, কা-হেম্না শিজিন্নথোকই। অউবা অমনদি, পোৎ অরেম্বদা মাঙ্হনবদৌনা উই। থাক্লৈশেংবদি, মাগী হাম্না লৈজবা পোৎশিং অহু মপান্দা লংথোকপা, হন্দোকপগুম্বনি।

অহুনদি "নুংঙাইবা" কদায়দা থিবা কংগনি ? "থিবা" হায়বা বাহৈ অসিনা তাকপবু করিগুম্বা পোৎ অমা হাম্না লৈরম্বা, মহু হৌজিক লৈত্রবা, মহুবু থিবনি। "নুংঙাইবা" হায়বা বাহৈ অসি পোৎম্থ নত্তে, অহুনা মাবু থিবা হায়বা অযুক লৈবা হৌনদে। মাঙ্খ্রবা পোৎপু থিবা অহুগুম্বা নত্তে। থাক্লৈশেংবদি, ঐখোয়গী পুন্সি অসি নুংঙাইদগী হৌরক্কম অহুবু কংননবা হোৎনবা অহুদগী হেনবা লানকম্নি। নুংঙাইব হাম্না লৈরম্মী, হৌজিক্তি মহু লৈথিত্রে, মাঙ্খ্রে। লৈথিত্রিবা অহু করম হায়না লৈথিত্রিবনো হায়না লংদাই (missing factor) অমা থিবা তাবনি। থুংতা শিবা হাত্ঘরী অমা মাঙ্খিবদা, ঘরী মরী অহু মম্নুনা তৎতুনা তাখিত্রা, নত্রগা ঐগা মীগা লান্নবদগী থেংহুনা তৎতুনা তাখিত্রা, অসিনচিংবা ওইবা য়াবা missing factor থিরগা, মাঙ্খিবা ঘরী কংননবা হোৎনবা য়াই। অহুম হায়না থিজিন্নবদা "নুংঙাইববু" মাঙ্হনখ্রিবা missing factor অহু কনা-অমত্তনা ওইরমত্রে, ঐ ইশামক্না ওইরম্লে। "নুংঙাইবা"

হায়বা অসি মশানা হাম্না ঐঙোন্দা পকশিন্দুনা লৈবা পোংনি, মাঙ্‌বা থুকলৈ লৈত্তে। মাদি ঐগী থুংগী ওইবা, পোকপদগী ঐৌনা য়াওরকুবা (inner nature) মগুং অমনি। মৈগা মৈশাগা থানবা য়াদবগুম্বনি। অদুবু ঐনা অজ্ঞান ওইরুবদগী থুংঙাইবা মাঙ্‌বগী বা-ওনি, থুক্‌মাং মাঙ্‌দে। "ঐ" হায়বা অসি ঐঙোন্দা মশানা হাম্না লৈজরবা জীবাত্মা (individual living entity) অদুবু "অশেংবা ঐনি" হায়বা কাও-খোকুনা, ঐগী হকচাংগা লোয়ননা খোঙ্লিবা মিংথোল (form and name) অসিবু "ঐনি" হায়না খন্দুনা, থবক পূম্নমক, ঙৌবা, অমম্ভুং মতুংগী কল কংলকপম্ভু চাবা, শিক্তিম্নথোকপা অদুগুম্বনি। মরম অসিনা থুংঙাইবা হায়বা অসি ঐগী অজ্ঞান অদুবু কোকুনা জ্ঞান লৈরক্‌লবা মতম্‌দগী, মশানা অদুম্মক ওইজরকই।

## মসিগী মরমদা যাম্না মচা অমা।

উ-গুবা নিপা অমনা উপু-কাংথোল চল্লমী। মানা হৌজিক্তা পায়রম্বা পেন্সিল অদু থিবা থঙ্‌ত্রে। ইমুং অদুগী মী, মচা-মগু পূম্নমক্তা পেন্সিল অদুবু থিবদা, মনাক্তা লৈবা আরামদার মকুপ, উ-বা পূম্নমক পুমচাই চাইথায়রে। অদুবু, পেন্সিল অদু থিবা ফংত্রে। অদুম হায়না থিবা ফংত্রবা অদুদা, উ-গুবা অদুগী মগুনিপা কৃষ্ণদাস কৌবা চহি ৫ | ৬ তা ঙাইরিবা অমনা, মপুবোক্তা করি ঙৌরবগে হংলম্মী। মপুবোক্তা মাগী পেন্সিল মাঙ্‌ত্রে, থিরিবনি হায়রম্মী। মগুনিপা অদুনা মপুবোক্তা য়েংলগা হায়রকই। "ইপুবোক! নহাক্কী পেন্সিলদি ননাদা লৈারবা অদু নত্রা, থিরিবা পেন্সিল অদু করম্বা পেন্সিলনো?" পেন্সিল অদু মপুবোকী মনাদা অদুম্মক, লৈবনী। অদুবু লৈ হায়বা থঙ্‌দদুনা, মপুবোক য়াওনা ময়াম চঙ্‌দুনা পেন্সিল অদুবু থিবনি। অসিগুম্বডনি, থুংঙাইবা অদু ঐঙোন্দা হাম্না থাদোক্‌পা থুকলৈ লৈতনা পক্‌তুনা অদুম্মক লৈবনি।

মসিদা রাহং অমা থোরকপা য়াই। মতুদি হায়দগী লৈরে হায়রিবা "মুংঙাইবা" অদুবু লৈতে হায়না নিঙ্‌হল্লিবা অদু কনাননো? অদুগুম্না ঐবু নিঙ্‌হনবা অমা লৈরবদি, মদুবু ঐনা মাঙ্‌হনবা ঙাই, নত্রবদি মুংঙাইবা ফংলোইদৌরি। মতুগী পাওখুমদি—true happiness পু লৈতে হায়না নিঙ্‌হল্লিবা পুম্নমক, ঐনা খাদোকপা ঙাই। পোৎশিং অদুদি ঐবু তশেংনা মুংঙাইহনবদি নত্তবা, মুংঙাইবগা অরাবগা তিন্নদুনা ওইহল্লিবা, অমরোমদা হায়রগা temporary worldly happiness ওইহল্লিবা, মপানগী পোৎ পুম্নমক খাদোকপা ঙাই। মসি অসিগুম্বা জাৎনি—সনা মতুন অমা লৈবাক মপুঙ্‌দা ফুমদুনা লৈরে হায়না খল্লসি। মদু ফংননবগীদমক লৈবাক, মুঙ্‌নচিংবা অদু তৌদুনা লোথোক্লগা সনা অদু ফংগনি। হোৎনবা হায়বা অমা চঙ্‌ই।

"True happiness" ফংন্রিবা অসি, মীওইবা ঐখোয়না পঙ্‌দুনা তৌজবনি, ইশানা শেমজবনি। ঐখোয়না পোৎ অমবু ফংলগা মুংঙাইগনি হায়না খন্দুনা, পোৎ অদুবু ফংনবা ত্তরৈ। খাঙৈশেংবমক্তি, sense object পু ফংলগা, মুংঙাইবদি লাইরদুনা অরাবদুম হেনগৎলকই। অসুম হায়না ইশাগী মুংঙাইবা ফংদনবা, ইশানা শেমগৈ। মসিগী অরানবা বাখল অসি, অচৌবা factor অমনি। অদুনা অসিগুম্বা sense object পু কা-হেন্না পাম্বা অসি খাদোকদবনি। মসি চাদুরে হায়দুনা খবক অমত্তা তৌদনা, চাকাম চন্দুনা লৈগদবদি নত্তে। ঐগী "standard of living" দগী হেনবা পোৎ অমত্ত' ফংননবা ঙানকম থোক্কে। "standard of living" হায়বা term অসি মী অদুনা লৈকরিবা লমদম অমসুং society অদুগী মতুং ইন্না তোঙান-তোঙানবা "standard of living" য়াম্না লৈ, অমত্তা মান্নদে। চীং-মাল, লহাই-খরাই, খুঙং অমদা লৈবা মীগী "standard of living" গা সহরদা লৈবা মীগী "standard of living গা মান্নদে। মদুবু অসুম্না Imphal গী, England গী, America গী, মীশিংগী "standard of living" অমগা অমগা মান্নদে।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরণবু ফংনবা হায়বা অসিদা ইশাগী হোৎনবা চংই। অসিগুম্বা মহোৎন অদু, god-centred activity ওইনা থবক পুম্নমক তৌরবগদা ওইগদবনি। ঐখোয়না খঙ্লে, মহুদি ঐখোয় পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী part and parcel ওইবা মরম্না, ঐখোয়গী constitutional position গী মতুংইন্না, ঐখোয় অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী eternal servants নি। অদুবু ঐখোয়না মপানগী পোৎপু (মায়াবু) শন্নরবদগী, পাম্মুবদগী, পোৎ পুম্নংকী মপু ঐখোয়না ওইনিংই, হায়বদি "standard of living" গীদমক, দরকার ওইবা পোৎ অদুদগী হেনবা পোৎ ফংতেবুস্ত্র ঐখোয়না পামল্লুই। অদুম তৌদুনা ঐখোয় শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী "eternal servants" নি হায়বা অসি কাওথোক্উ। অসিগুম্বা কা-হেন্না পাম্বা অসিনা মরম ওইদুনা, মী অদু সংসারিকী ওইবা sense gratification গী মায়কৈগী হেন্না পুক্নিং লুপশিন্নকই। অদুগীম্ম মথক্তা, ঐখোয়না হিংলিকৈদা তৌরিবা থবক পুম্নমক ইবুংঙোগা মরী লৈননা মাগী সেবাগী ভাবতা (dovetail devotional service) থবক তৌগদবনি হায়বা অসিস্ত্র কাওথোকই। মসি তৌদনবা ইশা-ইশানা হোৎনবা চঙ্ই। শম্না হায়রবদা, তৌরিবা থবক পুম্নমক krishna consciousness কী ভাবতা, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না পুম্নমকী controller নি, predominator নি অমসুং enjoyer নি হায়বগী ভাবতা থবক তৌগদবনি, অদুগা থবক তৌবদগী ফংলক্লিবা ফলনা ঐগী "standard of living" দগী হেন্না ফংলক্লবদি, পুম্নমক অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবাদা শিজিন্নগদবনি।

ঐখোয়গী পুক্নিং অমসুং sense organs পুম্নমক থুদুম চন্নবা হোৎনগদবনি। অদুম হায়না control তৌনবা হোৎনবসিগা, সনা মতুম ফংননবা লৈবাক, মুঙ, তৌখোক্লবা হোৎনবগা, পাংথক্নি। মপানগী হাখল পুম্নমক থাদোক্লুনা, অমত্তা ওইবা হাখলনা ঐগী থম্মোয়দুংদা লৈরিবা শ্রীরাধাব্রজনাথগী মূর্তিবু নীংশিংজগদবনি। মতুংদা অশেংবা

মুংঙাইবগী হৌরকফমবু পুক্লিংগী ইন্দ্রিনা উজহুনা, অশেংবা মুংঙাইবদা লুপ্পুনা মতম খরা লৈবা ফংগনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরণবু কংজনবা হোৎনবতনা মীওইবগী তশেংনা মুংঙাইবা ওইগনি।

[ "মীওইবগী material knowledge না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য ওইবা শক্তিবু ( inconceivable potency ) খঙ্বা ঙমদে।" ]

ঈশপনিষদকী মন্ত্র ৫ শুবদা অস্মুম্না হায়রী মতুদি :—

"তদেজতি তন্নৈজতি তদ্‌ দূরে তদ্বন্তিকে।
তদন্তরস্য সর্বস্য তদু সর্বস্যাস্য বাহ্যতঃ ॥৫॥"

"Supreme lord তি চৎলি অমসুং চৎতে। ইবুংঙো মহাক্তি য়াম্না লাপথ্রবা মফমদা লৈরবসু, য়াম্না নকথ্রবা মফমদসু লৈ। ইবুংঙো মহাক্না পুম্নমকী মনুঙ্‌দা চঙ্‌হুনা লৈ, অদুগা অমুকসু পুম্নমকী মপান-দসু লৈ।"

মথক্কী মন্ত্র অসিদা হায়রিবা বা অসি তংগা ঐখোয়না contradictory ওইরবা বা ঙাক্কনি, ওইখোক্কনি হায়না খল্লি। তৌই-শুমসুং মীওইবগী জ্ঞানা লাপ্না কংদ্রবা ওইখোকত্রবা ময়াম অসিনা, ইবুংঙোগী অচিন্ত্য ওইবা শক্তি লৈ হায়বা অসি খঙ্‌হল্লি। মীওইবগী জ্ঞানা খঙ্‌বা ঙম্বা ওইরবদি, মপান নাইত্রবা শক্তি, হায়বদি অচিন্ত্য শক্তি করম হায়না ওইগদগে? অদুগা বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, মীওইবগী জ্ঞান দি time, space and causation গী মনুঙ্‌দা লৈহুনা limited ওইবা মরম্না, contradictions ওইবা কীতনবু খঙ্‌বা ঙমদবগী বানি।

ঈশ্বরবু ঐখোয়না মীৎনা উবা ঙমদে হায়হুনা, ইবুংঙো মাবু মশাগী ওইবা মূর্তি অমা (personal existence) লৈতবনী হায়বসু য়াদে। ইবুংঙোগী ধামদি material sky গী বাংমদা লৈবা spiritual sky গী মনুঙ্‌দনি। material sky গী চিদাই কাওবা মীওইবনা চৎহুনা মতুগী

অশেংবা অপাকপা, অশাংবা অমসুং অরুবা খঙ্ দ্রিবৈদা, spiritual sky গী বা হৌদোক্লুনা করি কাল্লগনি ? spiritual sky দি material universe কী মাংমদা, য়াম্না লাপপ্রবা মফমদা লৈবনি হায়না গীতাগী ১৫ শুবা অধ্যায়গী ৬ শুবা শ্লোক্তা হায়রী। মসুদি "সূমিৎনা, থানা, নত্রগা মৈনস্থ ঙালহনবা ঙমদবা মফম, অদুগা কনাগুম্বা মীওইবশিংনা মদুবু য়ৌরবদি সংসারদা ভমুক হল্লকপা হৌনত্রবা মফম অদুমক ঐগী পরমধাননি।" ঙসুক য়াম্না লাপপ্রবা মীওইবগী রাখলনা লাম্বা কংত্রবা মফমদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না লৈহুনস্ত, ইবুংঙো মহাক্তি মিংকুপ মিংকুপ্তা spiritual sky দা ওইরবস্থ, নত্রগা material sky দা ওইরবস্থ, য়োগে হায়না নিঙ্বা মফমদা য়োবা ঙম্মী। মসি ইবুংঙোগী অচিন্ত্য শক্তিননি।

দ্বাপুর যুগতা supreme lord না material world গী মসুঙ্দা, মীওইবা সরূপগী মসুঙ্দা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্তি ওইনা উহল্লবা কাওবদা, মীওইবশিংগী মসুঙ্দা ইবুংঙো মাবু খোঁওইদবা মীওই কয়া অমা য়াওই। অদুগুম্বা অপঙ্বা খোঁওইত্রবা মীশিং অদুবু ইবুংঙোনা "মূঢ় মানুষ্য," হায়বদি অপংবা মীশিংনি হায়না গীতাগী ৯ শুবা অধ্যায়গী ১১ শুবা শ্লোক্তা কোংদোক্লি। মসুদি—

"অপংবশিংনা ঐগী অখোইবা ঈশ্বরব্লপ অমসুং তত্ত্ব খঙ্দনা মীওইবগী হকচাং পুরিবা (মীওইবনা পোকলিবা কৃষ্ণ) ঐবু খওইদে॥ (৯।১১)"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মর্ত্যদা অবতার তৌহুনা মীওইবদা উহল্লিবা অসি, ঐখোয় মীওইবগী হকচাং অসিগুম্বা নত্তে, মাগী হকচাং পুম্বা spiritual body নি, অদুগা মীওইবা ঐখোয়গী হকচাংদি contaminated material body নি। মীওইবগী জ্ঞান্না লাম্বা কংত্রবা ইবুংঙোগী শক্তি লৈ, মসুদি ঐখোয়না ইবুংঙোগী সেবা ওইনা অচাঅথক, নত্রগা হকচাংদা খোল্লনবা আভরোল্ল-চিংবা কৎচবদ, ইবুংঙোনা লৌনিংবা মওংদা লৌবস্থ য়াই। হায়বদি মীওইবনা চীম্না চায়, হকচাংদা

ফি-রোল শেংলি, অদুবু ইবুংঙোদি মীৎনা য়েংবগনা চাবগী থবক, নত্রগা ফি-রোল শেংপগী থবক ওইবনু য়াই। ইবুংঙো মাগী তোঙান-তোঙানবা শক্তিশিং অদু, মহাক্না নিঙ্‌ৎবগনা ওইহল্লিংবা মওং অদু ওইহনবা য়াই। অদুনা ইবুংঙোনা ঐখোয়গী ইমাঙ্‌দা material energy ওইনা থোক্লক্‌লবসু, মাগী নিঙ্‌ৎবগী মতুংইন্না material energy অদু spiritual energy ওলহন্‌বা ঙম্মী। মদুগী পৌরানিক ওইবা খুদমদি, মহা-ভারতকী বারীদা য়াওরীবা, দুর্য্যধনগী রাজ সভাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না লেঙ্‌লকুনা পঞ্চ পাণ্ডবকীদমক্তা লৈবাক নিবা লাকখি। মতম অদুদা দুর্য্যধনগী অকল্‌-অথৌশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু য়োৎলিনা পুনগে হোৎ-নবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মাগী material body অদুবু spiritual body ওহোকপদা, সভা অদুদা তিল্লিবা মী পুম্নমক্না, অদুবু উবদা রাম্বদুনা অবাবা তাখি। Energy গী হৌরককমদি অমখক্তনি। মরম অদুনা energy গী হৌরক্‌কম ওইরীবা ইবুংঙোনা, মাগী নিঙ্‌ৎবা মতুং ইন্না energy অদু শিজিন্ননীংবা মওংদা শিজিন্নবা য়াই। বাহৈ অম-রোমদা অমুক হায়রবদা, ইবুংঙোনা আর্ক বিগ্রহগী মূর্ত্তি ওইবা য়াই। আর্ক বিগ্রহ ওইনা উরিবা ইবুংঙো অসি, উ নত্রগা মুঙ্‌গী নত্রগা ধাতুগী মূর্ত্তি ওইরবসু, ভক্ত অমগী মীৎতদি spiritual body ওইবা য়াই। অদুগা ইবুংঙোগী আর্ক বিগ্রহ ওইবা মূর্ত্তিবু, ইচম চম্বা পোৎ অমগুম্না খুদেকপা, থুগাইবা ঙম্বা মী (iconoclast) অদুগুম্বগী মমিত্তদি, ইচম চম্বা Idol অমা ওইগনি। গীতাগী ৪ শুবা অধ্যায়গী ১১শুবা শ্লোক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না তাকপীরী, মদুদি—"মী অদুনা ঐবু নীংবা অদুগুম্না ঐনসু মাবু নীংই।" বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, ইবুংঙোগী অথুপ্পা শক্তি অসি মঙোন্দা চংজরক্লবা মীশিং অদুগুম্বা (surrendered people) মহাক্না উৎলি। অদুনা ইবুংঙোদা surrender তৌবা মীশিংগী মকমদদি, ইবুংঙো মনাক্‌মক্তদা লৈ, অদু নত্তবা মীশিংগী মকমদদি, ইবুংঙো য়ায়া লাপ্না লৈ। মসি পুম্নমকসি ইবুংঙোগী অচিন্ত্য শক্তিমক্তনি।

ধর্ম্ম প্রন্থশিংদা সগুণ (গুণ য়াওবা) অমসুং নিগুণ (গুণ য়াওদবা) হায়না ইরিবা অসি, য়াম্না মরুওইবা বাতৈমক্তনি। সগুণ ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না material world গী মথুক্তদা, মীওইবগী মূর্তিদা লৈরম্লু, law of material nature, নত্রগা modes of material natureগী মথা পোল্দে। ইবুংঙোদদি material অমসুং spiritual energyগী থেন্নবা লৈতে। মরম্দি ইবুংঙো মহাক্কি energy গী হৌবকফম্নি অদুগা energy গী controller স্নি। মসিনা তাকপবু, মীওইবদা material energy গী influence লৈব অসিগুম্বা, ইবুংঙো মতোন্দদি লৈতে। material energy গী গুণশিং (সত্ত, রজ, তম) অদুন মতোন্দা কৰিগুম্বা অমত্তা influence তৌহন্দনা, মাগী অপাম্বা মতুং ইন্না, ইবুংঙোনা energy অদুবু শিজিন্নৈ। হায়বদি material energy অদু, মাগী direction মতুং ইন্না থবক তৌই। করিগুম্বা মতম অমত্তদসু, ইবুংঙোগী মূর্তি লৈতে (formless entity) হায়বসু য়াদে। মরমদি খিদ-খিজন্নবগা, থুংয়দগী অরোইবদা ইবুংঙো মহাক eternal form, অদুগা primeval lord শোয়দনা ওই। ইবুংঙোগী impersonal ওইবা ফিভম হায়বদি ব্রহ্মজ্যোতি (Brahman effulgence) অদু অতৈ করিমত্ত নত্তে, সুনিংকী মঙাল অসি সুমিং কৌবা লাইগী মঙাল ওইবা অদুগুম্না, ইবুংঙো মহাকী জ্যোতিনা ব্রহ্মজ্যোতি ওইবনি, হায়বদি Impersonal গী ফিভম ওইবনি। মসিগী বাফম অসি ব্রহ্মসংহিতাগী ৫শুবা অধ্যায়গী ১বা অমসুং ৪৯শুবা শ্লোকতা অসুম্না হায়রী মতুদি—

"ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।
অনাদিরাদিগোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্।" (৫।১)

"সচ্চিদানন্দ মূর্তিনা মহাকী ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ পরমেশ্বরনি।
মহাক আদি অমসুং গোবিন্দনি, মহাক কারণ পুম্নমকী কারণনি
অমসুং অনাদিনি।"

"যস্য প্রভা প্রভবতো জগদণ্ডকোটি-কোটিষশেষবসুধাদি
বিভূতিভিন্নম্।

তদ্‌ব্রহ্ম নিষ্কলমনন্তমশেষভূতম্‌, গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥" (৫॥৪০)

"universe কোটি কোটিগী মথুংদা মশিং লাকপা তমত্রবা planet ময়াম লৈ, অদুগা মখোয় খুদিংমক অদু মা-মাগী cosmic constitution গী মতুংইন্না, মওং অমত্তা মায়দে। হায়রিবা planet পুম্নমক, ব্রহ্মজ্যাতিগী কাচিন অমদা লৈ। হায়রিবা ব্রহ্মজ্যাতি অসি, ঐনা লাৎচরিবা আদি পুরুষ ওইবা গোবিন্দ supreme personality of godhead কী মশাদগী থক্লোক্‌লক্‌পা মঙাল্‌গী মশেক্‌নি।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য শক্তিনা ইবুংঙোগী ভক্তদু কন্নবগীদমক, মফম খুদিংদা, মতম পুম্নমক্তা, ওইনিংবা মওংদা, ফিভম খোদোকী মতুং ইন্না, চান্নগদবা মূর্ত্তি অমা ওইনা চোংথোক্‌লকই। মদুগী পুদমদি, হিরন্যকশিপুবু হাৎনবগীদমক অদুগা ভক্ত প্রলহাদবু কন্নবগীদমক, ইবুংঙোনা খুম্বী মখোং অমদগী নরসিংহ মূর্ত্তি ওইনা চোংথোরকই। অসিগুম্বা ফিভম অসিবু গীতাগী ৪শুবা অধ্যায়গী ৮শুবা শ্লোকা অস্তুম্না হায়রী। মদুদি "সাধুশিংবু ঙাক্লবা, ফত্তবশিংবু মাঙ্‌হন্নবা অমসুং ধর্ম্মবু নিংথিনা স্থাপন তৌনবগীদমক, মহাক্না যুগ খুদিংদা অবতার তৌই।" অসি পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য ওইবা শক্তি ঙাক্তনি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য ওইবা শক্তিবু ব্রহ্মসংহিতাগী ৫শুবা অধ্যায়গী ৪৪শুবা শ্লোক্তা অস্তুম্না হায়রী। মদুদি—

"একোঽপ্যসৌ রচয়িতুং জগদণ্ডকোটিং
যচ্ছক্তিরস্তি জগদণ্ডচয়া যদন্তঃ।
অণ্ডান্তরস্থপরমাণুচয়ান্তরস্থং
গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥" (৫॥৩৫)

"আদি ওইবা Supreme Lord গোবিন্দনা, মহাক্কী plenaryগী শরুক মচেৎ অমৎতনা, জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্তা চঙ্‌হুম্না লৈ। ইবুংঙো অমাক্না universe কী মমুত্‌লম্লু, অদুগা universe কী মমুত্‌দা লৈবা

atom শিংগী ঃমুঙ্ দস্থ চঙহুনা লৈ। মহাক্কী বিরাট ওইবা মূর্ত্তিনা জগৎ পূম্নমক্কী মপান্দস্থ লৈ, অদুগা অন্তর্যামীন ওইনা পূম্নমক্কী মমুঙদস্থ লৈ।" মরম অসিনা থোক্লিবা থোদোক পূম্নমক, অমস্থং মীওইবনা নীংলিবা পূম্নমক, ইবুংঙোনা পুমঊ উরি। কর্ম্মগী ফল ওইনা, থবক তৌবগী ফলস্থ ইবুংঙোনা পীবিরি। নহানমুক্কী মপোক্তা তৌখিবা থবক অদু, ঐখোয়না খঙ্ দে, অদুবু ইবুংঙোদি মদু উরিবনিনা নহানমুক্কী মপোক্কী ফল অদু, ঐখোয়না হৌজিক মপোক অসিদা ফংহল্লি। পূম্নক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য ওইবা শক্তি মক্তনি।

থাক্লেংশেংবমক্তি, মপান্দস্থ মমুঙ্ দস্থ ঈশ্বরমক্তনি। মৈদগী মৈশা অমস্থং মঙাল থোরকপগুম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী তোঙান-তোঙানবা energy না মরম ওইদুনা, ঐখোয়না উরিবা পোৎ পুম্নমকসি বিকাশ তৌরকপনি। অস্থম তৌদুনা তোঙান-তোঙানবা, অমত্তা মাম্লন্দ্রবা energy শিংগী মমুংদা, অমত্তা ওইবা পোংশক অমা ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈরী। পূম্নক অসি অমত্তা ওইরবস্থ, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী part and parcel ওইরিবা, মশীং লাকপা ঙমদ্রবা অমস্থং complete unit ওইরবা living entities শিংগী senses না হুংঙাইবা ফংলিবা অদু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মশাগী মূর্ত্তি ওইবা মঙং লৌদুনা হুংঙাইবা ফংলি। হায়বদি constitutional position গী মতু ইম্না, living entity শিং অসি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী eternal servitude ওইবা মরম্না, living entity শিংনা হুংঙাইবা ফংলিবা পূম্নক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্নস্থ হুংঙাইবা ফংলি।

মীওইবনা করম্বা মতমদা শিগনি হায়বা, মীওইবগী material knowledge না খঙবা ঙমদ্রবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য শক্তিগী মমুঙ্দা লৈবনি হায়বদি ইবুংঙোগী খুবাক্তা লৈবনি। মসিগী মরমদা বারী মচা অমা—

## বারী মচা অমা।

ভগবান লৈ হায়বা থাজদবা Advocate অমা লৈরম্মী। মহাক pneumonia না কম্না নাবে, শিগদোরে। মহাক্কী হুপী অমস্থং মচা-

মশুশিংনা কপ্পরে। মঙোন্দা অঙকপা থোদোক অমা থোক্লম্মী। যমগী হুত লাক্লুনা মহাকপু পুরে অহুগা যমগী court য়ৌরে। যমনা মাগী হুত অদুদা হায়রম্মী। "নংনা পুরক্লিবা মী অসিদি ঐনা পাম্বহু নত্তে, গুম্-তৈনবা মী অমা পুরকলে, অহুনা মাবু থাদোকরে।" অনাবহু থুনমক ফগংলক্লে। Advocate অহুনা তৌরিবা থোদো অহুবু নীংশিংলুবদা হায়যম তৌফন থঙ্দে, নত্তোন্তনা অঙকপনা শীক থল্লী। মহাকী material knowledge না থঙউরিবা law ময়াম অহুনা apply তৌহুনা য়েংবদা, মহাক্না শিক্লবদগী হল্লকপা অহুগী cause অন্তা থিবা ফংরে। মহাক্না শিল্লিবা অসি মশামক্না তৌজবস্তু নত্তে, মী অতোপ্পা অমনা তৌহনবস্তু নত্তে হায়বসি মহাক্না মুম্না থঙলে। মহাক মশামক শিক্লরবনি, যমগী লৈবাক য়ৌরূরবনি। মহাকী মনক য়ৌরক্লবা ফাওবদস্তু যমনা ভগবানগী ইঙ্গিৎ (direction) যাদবদগী, মহাক্না লৌশিনবা তমদে হায়বা অসি Advocate অহুনা মুম্না থঙরে। মী শিবা হায়বা অসি কনা অমত্তুনা কনবা ঙমদে, ভগবানগী পুবাক্তা লৈবনি হায়বসি খঙজরহুনা মতম অহুদগী হৌরহুনা Advocate অহুনা ভগবান লৈ হায়না থাজরম্মী। পোকপা অমসুং শিবা হায়বা অসি ভগবানগী খুত্তা লৈর্কন হায়বসি গীতাগী ১০শুবা অধ্যায়গী ৪ ৫শুবা শ্লোকশিংদা অসুম হায়না হায়রী মথুদি—

"অকবনি অমসুং ফজবনি খঙবা বুদ্ধি; আত্মাতত্বগী জ্ঞান, ডক্কবা, ভাকপীহৈবা, অচুম্বা, ইন্দ্রিয় লাকশিনবা, পুক্নিং লার্কশিনবা, নুংঙাইবা, অৱাবা, পোকপা, শিবা, কিবা, কিদবা, অহিংসা, সমতা ভাব, পেনবা, তপ তৌবা; দান তৌবা, মিংচৎ ফবা, মিংচৎ থীবা, অসিনচিংবা— জীবশিংগী তোঙান তোঙানবা মওং পুম্নমক অসি ঐহোন্দগী থোকথিবা চাক্তনি।"

মতুংগী পুক্নিংদদি Advocate অহুনা অনৌবা case লৌবদা অচুবা থবকী case নত্রবদি মহাক্না লৌরে। হায়বদি অয়াানবা থবকপু

ধর্ম্ম প্রন্থশিংদা সগুণ (গুণ য়াওবা) অমসুং নির্গুণ (গুণ য়াওদবা) হায়না ইখিবা অসি, য়াম্না মরুওইবা বাইমক্রনি। সগুণ ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না material world গী মথুংগ, মীওইবগী মূর্তিদা লৈরবসু, law of material nature, মসুমা modes of material natureগী মখা পোংদে। ইবুংঙোদদি material অমসুং spiritual energyগী খেন্নবা লৈতে। মরমদি ইবুংঙো মশাক্তি energy গী হৌরকফম্না অতৈপা energy গী controller নি। মসিনা তাকপবু, মীওইবদা material energy গী influence লৈবা অসিগুম্না, ইবুংঙো মঙোন্দদি লৈতে। material energy গী গুণশিং (সত্ত, রজ, তম) অসুনা মঙোন্দা কনিগুম্বা অমত্তা influence তৌহন্দনা, মাগী অপাম্বা মতুং ইন্না, ইবুংঙোনা energy অদুবু শিজিন্নৈ। হায়বদি material energy অদু, মাগী direction মতু ইন্না থবক তৌই। কয়িগুম্বা মতম অমত্তদসু, ইবুংঙোগী মূর্তি লৈতে (formless entity) হায়বসু য়াদে। মরমদি খিন-খিজন্নরগা, থুয়দগী অরোইবদা ইবুংঙো মশাক eternal form, অদুগা primeval lord লোয়নদনা ওই। ইবুংঙোগী impersonal ওইবা ফিভম হায়বদি ব্রহ্মজ্যোতি (Brahman effulgence) অদু অতৈ কয়িমত্তা নত্তে, নুমিৎকী মঙাল অসি নুমিৎ কৌবা লাইগী মঙাল ওইবা অদুগুম্না, ইবুংঙো মশাকী জ্যোতিনা ব্রহ্মজ্যোতি ওইবনি, হায়বদি Impersonal গী ফিভম ওইবনি। মসিগী বাকম অসি ব্রহ্মসংহিতাগী ৫শুবা অধ্যায়গী ১বা অমসুং ৪৯শুবা শ্লোক ক্তা অদুম্না হায়রী মথুদি—

"ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।
অনাদিরাদিগোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্।" (৫॥১)

"সচ্চিদানন্দ মূর্তিনা মশাকী ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ পরমেশ্বরনি।
মশাক আদি অমসুং গোবিন্দনি, মশাক কারণ পুম্নমকী কারণনি
অমসুং অনাদিনি।"

"যস্য প্রভা প্রভবতো জগদণ্ডকোটি-কোটিষ্বশেষবসুধাদি
বিভূতিভিন্নম্।

তদ্‌ব্রহ্ম নিষ্কলমনন্তমশেষভূতম, গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥" (৫॥৪১)

"universe কোটি কোটিগী মমুংদা বল্লিং লাকপা ভমজবা planet ময়াম লৈ, অদুগা মখোয় খুদিংমক অদু মা-মাগী cosmic constitution গী মতুংইন্না, মওং অমত্তা মায়দে। হায়রিবা planet পুম্নমক, ব্রহ্মজ্যোতিগী কাচিন অমদা লৈ। হায়রিবা ব্রহ্মজ্যোতি অসি, ঐনা লাৎচরিবা আদি পুরুষ ওইবা গোবিন্দ supreme personality of godhead কী মশাদগী থেকোকপা মঙাংগী মশেক্‌নি।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য শক্তিনা ইবুংঙোগী ভক্তদু কন্নবগীদমক, মকম খুদিংদা, মতম পুম্নমক্তা, ওইনিংবা মওংদা, ফিভম থোক্লোকী মতুং ইন্না, চান্নগদবা মূর্তি অমা ওইনা চোংথোক্লকই। মদুগী পুনমদি, হিরন্যকশিপুবু হাৎনবগীদমক অদুগা ভক্ত প্রহ্লাদবু কন্নবগীদমক, ইবুংঙোনা যুম্বী মথোং অমদগী নরসিংহ মূর্তি ওইনা চোংথোরকই। অসি ভুম্বা ফিভম অসিবু গীতাগী ৪শুবা অধ্যায়গী ৮শুবা শ্লোক্তা অপুম্বা হায়রী। মদুদি "সাধুশিংবু ঙাক্নবা, কত্তবশিংবু মাঙ্‌হনবা অমসুং ধর্মবু লিংখিনা থাপন তৌনবগীদমক, মতাম্তা যুগ খুদিংদা অবতার তৌই।" অসি পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য ওইবা শক্তি ঙাক্তনি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য ওইবা শক্তিবু ব্রহ্মসংহিতাগী ৫শুবা অধ্যায়গী ৪৪শুবা শ্লোক্তা অপুম্বা হায়রী। মদুদি—

"একোঽপ্যসৌ রচয়িতুং জগদণ্ডকোটিং
যচ্ছক্তিরস্তি জগদণ্ডচয়া যদন্তঃ।
অণ্ডান্তরস্থপরমাণুচয়ান্তরস্থং
গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি॥" (৫॥৪৫)

"আদি ওইবা Supreme Lord গোবিন্দনা, মহাক্কী plenaryগী শরুক মচেৎ অমৎক্তনা, জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পায়মক্তা চঙ্‌হনা লৈ। ইবুংঙো

atom শিংগী মমুঙ্দসু চঙহনা লৈ। মহাক্তী বিরাট ওইবা মূর্তিনা ওংবা পুম্নমক্তী মপান্দসু লৈ, অদুগা অন্তর্যামীন ওইনা পুম্নমক্তী মমুঙদসু লৈ।" মরম অসিনা খোঙ্লিবা খোঙলোক পুম্নমক, অমসুং মীওইবনা মীংলিবা পুম্নমক, ইবুংঙোনা পুম্নমক উরি। কর্মগী ফল ওইনা, থবক তৌবগী ফলদসু ইবুংঙোনা পীবিরি।। নহানমুক্তী মপোক্তা তৌখিবা থবক অদু, ঐখোয়না খঙদে, অদুবু ইবুংঙোদি মহু উরিবনিনা নহানমুক্তী মপোক্তী ফল অদু, ঐখোয়না হৌজিক মপোক অসিদা ফংহল্লি। পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য ওইবা শক্তি মক্তনি।

থাক্লেংলেংবমক্তি, মপান্দসু মমুঙ্দসু ঈশ্বরমক্তনি। মৈদগী মৈশা অমসুং মঙাল থোরকপগুম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী তোঙান-তোঙানবা energy না মরম ওইদুনা, ঐখোয়না উরিবা পোৎ পুম্নমকসি বিকাশ তৌরকপনি। অসুম তৌদুনা তোঙান-তোঙানবা, অমত্তা মাগ্নৱবা energy শিংগী মমুংদা, অমত্তা ওইবা পোৎশক অমা ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈরী। পুম্নমক অসি অমত্তা ওইরবসু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী part and parcel ওইরিবা, মশীং লাকপা ঙমত্রবা অমসুং complete unit ওইরবা living entities শিংগী senses না থুংঙাইবা ফংলিবা অদু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মশাগী মূর্তি ওইবা মওং লৌদুনা থুংঙাইবা ফংলি। হায়রবদি constitutional position গী মতুং ইন্না, living entity শিং অসি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী eternal servitude ওইবা মরম্না, living entity শিংনা থুংঙাইবা ফংলিবা পুম্নমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানসু থুংঙাইবা ফংলি।

মীওইবনা করম্বা মতমদা শিগনি হায়বা, মীওইবগী material knowledge না খঙবা ঙমত্রবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অচিন্ত্য শক্তিগী মমুঙ্দা লৈবনি হায়বদি ইবুংঙোগী খুবাক্তা লৈবনি। মসিগী মরমদা বারী মচা অমা—

## বারী মচা অমা।

ভগবান লৈ হায়বা থাজদবা Advocate অমা লৈরম্মী। মহাক pneumonia না ফম্লা লাবে, শিগদোবে।" মহাক্তী যুগী অমসুং মচা-

মতৌশিংনা কপ্পরে।· মতোঙ্কা অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লগনী। মখোয় হুত লাকুনা মহাকপু পুথোক্লগা মখোয় court-তা থোক্লে। মমনা মখোয় হুত অচুম্বা হায়রম্মী।' "নংনা পুন্নক্লবা মী অসিদি এনা পাম্বহ নত্তে, অয়-তৈনবা মী অমা পুরকলে,· অদুনা মাবু থাদোকখ্রো।" অনাবহু খুনমক কপংলক্লে। Advocate অদুনা তৌরিবা থৌদৌ অদুবু নীং-শিংলুবদা হায়কম তৌফম থঙদে, মতোমতনা অঙকপনা পীক থদ্রী। মহাক্কী material knowledge না থঙউরিবা law ময়াম অদুনা apply তৌদুনা য়েংবদা, মহাক্কি শিক্রবদগী হল্লকপা অদুগী cause অমত্তা থিবা ফংদ্রে। মহাক্কা শিত্রিবা অসি মশাক্কী তৌজবহ নত্তে, মী অতোম্বা অমনা তৌহনবহ নত্তে হায়বসি মহাক্কা মুম থঙলে। মহাক মশানক শিক্রবনি, মশাগী লৈবাক য়েঁকরবনি। মহাক্কী মনাক য়েঁরক্লবা ফাওবদহ মমন ভগবানগী ইঙ্গিং ( direction ) ফংদবগী, মহাক্কা লৌশিনব, ঙমদে হায়বা অসি Advocate অদুনা মুম থঙজরে। মী শিবা হায়বা অসি কনা অমত্তনা কনবা ঙমদে, ভগবানগী পুবাক্কা লৈবনি হায়বসি থঙজবহুনা মতম অদুদগী হৌদুনা Advocate অদুনা ভগবান লৈ হায়না থাজরম্মী। পোকপা অমসুং শিবা হায়বা অসি ভগবানগী পুম্বা লৈবনি হায়বসি গীতাগী ১০শুবা অধ্যায়গী ৪ ৫শুবা শ্লোকশিংদা অস্সুম হায়না হায়রী মদুদি—

"অকবনি অমসুং ফত্তবনি থঙবা বুদ্ধি, আত্মাতত্বগী জ্ঞান, চঞ্জবা, চাকচীহৈবা, অচুম্বা, ইন্দ্রিয় লাকশিনবা, পুক্কিং লাকশিনবা, নুংঙাইবা, অৱাবা, পোকপা, শিবা, কিবা, কিদবা, অহিংসা, সমতা ভাব, পেনবা, তপ তৌবা, দান তৌবা, মিংচৎ ফবা, মিংচৎ থীবা, অসিনচিংবা— জীবশিংগী তোঙান-তোঙানবা মওং-পুরনহ অসি এহাক্কী থোকথিবা চাকনি।"

মতুংগী পুক্নিংদি Advocate অদুনা অনৌবা case লৌয়রা অদুবা থবকী case লজবদি মহাক্কা লৌরে। হায়বদি অমানবা থবকপু

অচুম্বা এরবইদবক শেল য়াম্বা client তগী লৌতুনা, ওইদবা ঙাকুনা য়োংবা আইন পুখ্রোকুনা, Court তা অরানববু অচুম্বা ওলহল্লবা তৌত্রে। মানা তৌবা থবক পুম্নমক, god centred activity ওইহন্দুনা ভগবানগী সেবাগী হ্রাবক্তা চংথরে।

[ "Consciousness, Individual soul, পরমাত্মা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশক তাকপা। জ্ঞানি, মায়াবাদী, অদ্বৈতবাদ (monism) গী মিয়ৈত্তা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অমত্তনি।" ]

ঐথোয় পুম্নমক 'খঙবা" (consciousness) হায়ব জ্ঞান অমা ইশাদা কাওই। "মসি মী অমগী হকচাংগী মফম খুদিংদা শীনবা থুংনা কাওই। হকচাংগী শরুক অমদা নান্দা নত্রগা খুংঙাইহনবদা, হকচাং পুম্নমক শীনবা থুংনা ফাওই। অসুম হায়রা ঐগী হকচাংদা অবাং খুংঙাইবা ফাওরব, অদু মী অতোপ্পা অমগী হকচাংদা, ঐগী অবাবা নত্রগা খুংঙাইবা অদু ফাওদে। খঙহল্লবা শক্তি অমা মীপুম খুদিংগী হকচাংদা লৈবনা "খঙবা" হায়বা জ্ঞান অসি লৈরিবনি। অদুগুম্বা শক্তি অদুবু "Individual soul" হায়না খঙৈ। মসি মীৎনা নত্রগা high power microscope না উবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। মসিবু শ্বেত শ্বতর উপনিষদতা অসুম হায়না হায়—"শমগী মতোন থংবা শরুক অদু চাম্মথোক্লা খায়দোক্লগা, অদুগুম্বা খায়দোক্লবা শরুক অমবু অমুক হন্না চাম্মথোক্লা খায়দোক্লগা, অদুগুম্বা ২শুবা খায়দোকপগী শরুক মচেৎ অমগী চাওবা (dimension) অদু Individual soul গী চাওবগা মান্নগনি।" (৫।৯)

অকনবা হীদাক অমা অনাবা মী অমনা চাবদা, মী অদুগী হকচাং পুম্নমক্তা হীদাক অদুগী action ফাওবগুম্না, Individual soul অদু লৈবনা, ঐখোয়গী হকচাংগী শরুক পুম্নমক্তা "খঙবা" হায়বা অদু ফাওই। অদুবু Individual consciousness নত্রগা Individual soul হায়না খঙৈ।

কনাগুম্বা মী অমনা থম্মোয় মমুঙ্‌দা soul লৈবা অসি উত্রবস্থু, ঐখোয়দা "খঙ্‌বা" হায়বা জ্ঞান অসি লৈবনা, soul লৈবগী প্রমাণ অদ্‌ম্মক ওই। শম্মা হায়রবদা, লৈচিন-নোংফাই থাংবা মুমিং অমদা, ঐখোয়না মুমিংপু উবা ফংত্রবস্থু, অয়ুঙা অমুক্তং মুমিং থোকলক্‌পা উবা ফংগ্রবদি, মুমিং অদু মুমিদাং ওইত্রি, মুংখিলগী মতম ওইরি, মুমিং লৈরী হায়বা ঙম্মী। অদুগুম্বা ঐখোয়গী হকচাংদা "খঙ্‌বা" হায়বা অমা লৈবনা, Individual soul বু উত্রবস্থু মহাক লৈ হায়বা ঙম্মী।

Individual soul না হকচাংগী থম্মোয় মমুঙ্‌দা লৈরবস্থু, মহাক্না হকচাংগা পূরূপ ওইনা পোৎশক অমত্তা ওইথিবদি নত্তে। ইমুংগী কা অমদা electric bulb অমা থানবদা, কা অদুগী মকম থুদিংমক্তা মঙাল ফাওবগুম্না, Individual soul না হকচাংগী থম্মোয় মমুঙ্‌দা লৈজরবস্থু, মহাক্না মতীক মগুণ, শক্তি অদু হকচাংগী মকম থুদিংমক্তা ফাওই। মরম অসিনা Individual soul অমস্থুং হকচাং তোঙান-তোঙানবা পোৎ অনিনি। হকচাংদি মাঙ্‌বা নায়বা পোৎনি। Individual দি মাঙ্‌বা লৈতে, হায়বদি শিবা লৈতে, পোকপা লৈতে, eternal নি, মতম পুম্নমক্তা লৈবনি। মসিগী ফীভম অসিবু গীতাগী ২শুবা অধ্যায়গী ২০শুবা শ্লোক্তা অস্থুম্না হায়রী মহুদি—

"আত্মাদি কৈদৌঙৈদস্থু পোক্তে অমস্থুং শিদে, হৌজিক ওইরিবা আত্মানা মাঙ্‌খরগা অমুক ওইরকদবা নত্তে। মহাক্তি পোক্তবনি, অরেপ্পনি, ময়েং তাদবনি অমস্থুং কুইরবনি; হকচাং হাৎলবস্থু আত্মাবুদি হাৎতে।"

হকচাংদি মথল তরুকী হোংদোক্‌ হোংজিন লৈ। মহুদি— (১) মমাগী গর্ভদা মতম থবা লৈবা, (২) মপান্দা থোরক্‌পা, (৩) চাও-খৎলকপা, (৪) মাগী নচা-মচু থরা থনম্বা, (৫) হকচাং মম্বরকপা, অমস্থুং (৬) শিবা। জিবাত্মা (Individual soul) গা হকচাংগা ঐখোয়না অমত্তা ওইনা উহুনা, হকচাংনা পোকপা শিবা অদুদা, ঐখোয়না জীবাত্মাবু পোকপা শিবা ওইনা উই। মহু নত্তে, জীবাত্মাদি পোক্তে,

শিদে, অহল ওইবা, নহা ওইবা লৈতে। হকচাংগী by-product হায়বদি অভাংশিং অসি, তোঙান-তোঙানবা individual soul শাক্তনি। Individual soul শিং অমুবু মওংলৈবা হকচাংনা কুপশিনবা অমুদা, নিপা অমুগী মচা ওইনা উবনি। অমুগা Individual soul লৈবনা হকচাংগী চাওখৎপা নাইবনি। Individual soul গী off-shoot (মচা)সু লৈতে, চোংদোক-চোংজিন তৌবসু লৈতে।

আত্মা (soul) মখল অনি শুই। অমনা Individual soul (জীবাত্মা) নত্রগা minute particle soul (অনু আত্মা) সু কৌই। অতোপ্পা অমনা super soul (বিভু-আত্মা) নত্রগা পরমাত্মাসু কৌই। মসিবু কঠ উপনিষদতা অসুম্না হায়—

"হকচাং লৈবা অহিংবা জীবগী থম্মোয মমুংদা লৈবা উপাম্বী অমদা super soul (বিভু-আত্মা) নত্রগা পরমাত্মা অমসুং Individual soul (জীবাত্মা) পুম্না লৈমিন্নৈ। সংসারগী পোৎকী অপাম্বা লৈত্রবা অমুগা অরাবা মুংঙাইবা লৈত্রবা মী অমুতনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থৌজান্দগী soul গী মতিক মঙালবু থংবা ঙম্মী। (১।২।২০)"

নরম অসিনা কনাগুম্বা ভক্ত অমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থৌজান কংলবা মতমদা super soul বু (পরমাত্মাবু) থংবা ঙমগনি।

বৈষ্ণব, ভক্ত, গোস্বামী (দ্বৈতবাদ Dualism) গী মীয়ামদা, জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা তোঙান-তোঙান্না অনিথোক্না উরবসু, জ্ঞানি, মায়াবাদী, অদ্বৈতবাদ (monism) অমগী মীয়ামদা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অনি থোক্তে, অমত্তনি। মহাক্কী মমিংতদি চফু থুদিংগী মমুংগী অতিয়া অহাংবা অমুগা, মপানগী অতিয়া অহাংবগা লৈনরিবা মওং অমুনি। চফুনা কায়খ্রবা মতমদা চফু মমুংগী, অতিয়া মচা অমু অতিয়া অচৌবা ওনখি। অবা মুংঙাই থংবা ওইনা উরিবা মীওইবগী হকচাংগী মশক মওং অসি, অশেংবা মশক মওং নত্তে হায়না জ্ঞানিগী মিৎতা উরি। মরমদি অশেংবা মশক মওংগুম্না ঐথোয়না উরিবা অসি অন্তঃকরণ

উপাধিনা মরম ওইদুনা, মী অদুনা অজ্ঞান ওইবদগী অতোপ্পা অমা ওইনা উবতনি। মহাক্কী অশেংবা মওং, মশক্তি অধিষ্ঠান ওইদুনা লৈরীবা মঙালগী মশক ওইবা "সামাণ্য চেতন" ব্রহ্মনি। মরম অসিনা জীবাত্মাগী অশেংবা মওং ব্রহ্মনি অদুগা পরমাত্মাগী অশেংবা মশক মওংসু ব্রহ্মনি। মরম অসিনা জ্ঞানিনা লাওরী—"একমেবাদ্বিতীয়ং ব্রহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন"—The Brahman the one without a second, alone exists, nothing manifold in the world—মসিগী প্রমাণ অমুম হায়না তৌই—

মতু ফজনা পানবা উচেক অনিথক উ পাম্বী অমদা তোংলম্মী। উচেক অমনা মথক থংবা মতোনগী উশাদা, অদুগা অতোপ্পা উচেক অমনা মখাথংবা মখোঙগী উশাদা তোংলম্মী। মখাথংবা উচেক অদুদি উগী উহৈশিং অদু চারী। অদুগা মথক্কী উচেক অদুদি, মহাক্কী মতীক মগুণ ফজবা অদুদা লুপ্পদুনা, তুম্মিন্না উশা অদুদা তোংদুনা লৈরী। মখাগী উচেক অদুনা উহৈ ফত্তবসু অফবসু চারী, অফবা থবকসু তৌরী, ফত্তবা থবকসু তৌরী, ইন্দ্রিগী মুংঙাইবা ইরাং পূম্নমক্তসু তাওরী। অদুগা মানা করিগুম্বা মতমদা অথাবা উহৈ চারকগা, থংপ্রেক থংনা পুক্নিং বাদুনা মথকলোমদা য়েংথংলকই। মদুদা মহাক্কা অতোপ্পা উচেক অদুনা তুম্মিন্না চীংলেম্না ফমদুনা লৈবা, অফবা নত্রগা ফত্তবা উহৈগীদমকসু করিমর্ত্তা থৌওইদনা লৈবা, মশাগী ওইজরিবা ফীভম অদুনা ওকচরবা, মদুদগী হেম্না অমুক মুংঙাইবা তাম্রবা অত্তবু উরম্মী। মহাক্কীদি হৌজিক ওইরিবা ফীভম অদুনা অদুম্মক মুংঙাইবা ওইরে, মদুদগী হেম্না মুংঙাইবা করম্বা অমুক লৈখিগদগে? মথা থংবা উচেক অদুনা মথক থংবা উচেক অদুগী মনাক তাম্না চৎনিংলদুনা য়েংথংলম্মী। মানা থকলোমদা থরম্বিত্তং কাখৎলমই, অদুবু মাগী হান্না হৈনক্কবা অদুনা মরম ওইদুনা, উহৈশিং অদু চারম্মী। অমুকসু থাগ্রবা উহৈ অমা চাকয়ে। মদুদা পুক্নিংদা বাবী, মুংঙাইতবা অমা ওইরদুনা থকলোমদা অমুক হন্না য়েংথংলমই। মদুদসু

অদুম্বা ওস্কবগীদমক শেল য়াম্না client তগী লৌদুনা, ওইদবা ভাক্তুনা য়োম্বাঁ আইন পুথোক্তুনা, Court তা অরানববু অদুম্বা ওলহন্নবা তৌদ্রে। মানা তৌবা থবক পুম্নমক, god centred activity ওইহন্দুনা ভগবানগী সেবাগী ভাবতা চৎথদ্রে।

[ "Consciousness, Individual soul, **পরমাত্মা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশক তাকপা। জ্ঞানি, মায়াবাদী, অদ্বৈতবাদ** (monism) **গী মিয়েঙ্দা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অমত্তনি।"** ]

ঐখোয় পুম্নমক "খঙ্বা" (consciousness) হায়ব জ্ঞান অমা ইশাদা ফাওই। মসি মী অমগী হকচাংগী মফম খুদিংদা শীনবা থুংনা ফাওই। হকচাংগী শরুক অমদা নাংদা নত্রগা মুংঙাইহনবদা, হকচাং পুম্নমক শীনবা থুংনা ফাওই। অসুম হায়না ঐগী হকচাংদা অৱাংবা মুংঙাইবা ফাওরিবা অদু, মী অতোপ্পা অমগী হকচাংদা, ঐগী অৱাবা নত্রগা মুংঙাইবা অদু ফাওদে। খঙ্হন্নবা শক্তি অমা মীপুম খুদিংগী হকচাংদা লৈবনা "খঙ্বা" হায়বা জ্ঞান অসি লৈরিবনি। অদুগুম্বা শক্তি অদুবু "Individual soul" হায়না খঙ্লৈ। মসি মীৎনা নত্রগা high power microscope না উবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। মসিবু শ্বেত শ্বত্র উপনিষদতা অসুম হায়না হায—"শমগী মতোন থংবা শরুক অদু চাম্মথোক্লা খাংদোক্লগা, অদুগুম্বা খায়দে ক্লবা শরুক অমবু অমুক হন্না চাম্মথোক্লা খায়দোক্লগা, অদুগুম্বা ২শুবা খায়দোকপগী শরুক মচেৎ অমগী চাওবা (dimension) অদু Individual soul গী চাওবগা মান্নগনি।" (৫।৯)

**অকনবা হীদাক অমা অনাবা মী অমমা চাবদা, মী অদুগী হকচাং পুম্নমক্তা হীদাক অদুগী action ফাওবগুম্না, Individual soul অদু লৈবনা, ঐখোয়গী হকচাংগী শরুক পুম্নমক্তা "খঙ্বা" হায়বা অদু ফাওই। অদুবু Individual consciousness নত্রগা Individual soul হায়না খঙ্লৈ।**

কনাগুম্বা মী অমনা থম্মোয় মমুত্তদা soul লৈবা অসি উপ্রবনু, ঐখোয়দা "খঙ্বা" হায়বা জ্ঞান অসি লৈবনা, soul লৈবগী প্রমাণ অদ্মক ওই। শম্মা হায়রবদা. লৈচিন-নোংফাই থাংবা মুমিৎ অমদা. ঐখোয়না মুমিৎপু উবা ফংপ্রবনু, অমুক্তা অমুক্তং মুমিৎ থোকলকপা উবা ফংপ্রবদি, মুমিৎ অদু মুমিদাং ওইদ্রি. মুংথিলগী মতম ওইরি. মুমিৎ লৈরী হায়বা ওম্মী। অদুগুম্বা ঐখোয়গী হকচাংদা "খঙ্বা" হায়বা অমা লৈবনা, Individual soul বু উপ্রবনু মহাক লৈ হায়বা ওম্মী।

Individual soul না হকচাংগী থম্মোয় মমুত্তদা লৈরবনু. মহাক্না হকচাংগা পুন্নপ ওইনা পোৎশক অমত্তা ওইখিবদি নত্তে। ইমুংগী কা অমদা electric bulb অমা থানবদা, কা অদুগী মফম থুদিংমক্তা মঙাল কাওবগুম্না, Individual soul না হকচাংগী থম্মোয় মমুত্তদা লৈজরবনু, মহাক্না মতীক মগুণ, শক্তি অদু হকচাংগী মফম থুদিংমক্তা কাওই। মরম অসিনা Individual soul অমসুং হকচাং তোঙান-তোঙানবা পোৎ অনিনি। হকচাংদি মাঙ্বা নায়বা পোৎনি। Individual দি মাঙ্বা লৈতে, হায়বদি শিবা লৈতে, পোকপা লৈতে, eternal নি, মতম পুম্নমক্তা লৈবনি। মসিগী ফীভম অসিবু গীতাগী ২শুবা অধ্যায়গী ২০শুবা শ্লোক্তা অসুম্না হায়রী মদুদি—

"আত্মাদি কৈদৌঙৈদসু পোক্তে অমসুং শিদে, তৌজিক ওইরিবা আত্মানা মাঙখরগা অমুক ওইরক্লবা নত্তে। মহাক্তি পোক্তবনি, অরেপ্পনি, ময়েং তাদবনি অমসুং কুইরবনি; হকচাং হাৎলবসু আত্মাবুদি হাৎতে।"

হকচাংদি মথল তরুকী হোংদোক্-হোংজিন লৈ। মদুদি— (১) মমাগী গর্ভদা মতম থরা লৈবা, (২) মপান্দা থোরকপা, (৩) চাও-খৎলকপা, (৪) মাগী নচা-মচা থরা থনবা, (৫) হকচাং মম্বরকপা, অমসুং (৬) শিবা। জিবাত্মা (Individual soul) গা হকচাংগা ঐখোয়না অমত্তা ওইনা উদুনা, হকচাংনা পোকপা শিবা অদুদা, ঐখোয়না জীবাত্মাবু পোকপা শিবা ওইনা উই। মদু নত্তে, জীবাত্মাদি পোক্তে,

শিদে, অতল ওইবা, নহা ওইবা লৈতে। হকচাংগী by-product হায়বদি অতাংশিং অসি, তোঙান-তোঙানবা individual soul হাকনি। Individual soul শিং অমুবু মওংলৈবা হকচাংনা কুপশিন্‌বা অমুদা, নিপা অমুগী মচা ওইনা উবনি। অমুগা Individual soul লৈবনা হকচাংগী চাওখৎপা নাইবনি। Individual soul গী off-shoot (মচা)সু লৈতে, তোংদোক-তোংঙিন তৌবসু লৈতে।

আত্মা (soul) মথল অনি লৈ। অমনা Individual soul (জীবাত্মা) হায়রগা minute particle soul (অণু আত্মা) সু কৌই। অতোপ্পা অমনা super soul (বিভূ-আত্মা) হায়রগা পরমাত্মাসু কৌই। মসিবু কঠ উপনিষদতা অসুম্না হায়—

"হকচাং লৈবা অহিংবা জীবগী থম্মোয় মনুঙ্‌দা লৈবা উপাস্যী অমদা super soul (বিভু-আত্মা) নত্রগা পরমাত্মা অমসুং Individual soul (জীবাত্মা) পুম্না লৈমিন্নৈ। সংসারগী পোৎকী অপাম্বা লৈত্রবা অমুগা অবাবা মুথাইবা লৈত্রবা মী অমুতনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থৌজান্দগী soul গী মতিক মগুনবু থঙ্‌বা ঙম্মী। (১ | ২ | ২০)"

মরম অসিনা কনাগুম্বা ভক্ত অমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থৌজান কংলবা মতমদা super soul বু (পরমাত্মাবু) থঙ্‌বা ঙমগনি।

বৈষ্ণব, ভক্ত, গোস্বামী (দ্বৈতবাদ Dualism) গী মীয়োংদা, জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা তোঙান-তোঙাম্না অনিথোক্না উরবসু, জ্ঞানি, মায়াবাদী, অদ্বৈতবাদ (monism) অমগী মীয়োংদা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অনি থোক্তে, অমত্তনি। মহাক্কী মমিংথদি চক্ষু থুদিংগী মনুঙ্‌গী অতিয়া অহাংবা অমুগা, মপানগী অতিয়া অহাংবগা লৈনরিবা মওং অমুনি। চক্ষুনা কাহৎরবা মতমদা চক্ষু মনুঙ্‌গী অতিয়া মচা অমু অতিয়া অচৌবা ওনখি। অবা মুংঙাই থঙ্‌বা ওইনা উরিবা মীওইবগী হকচাংগী মশক মওং অসি, অশেংবা মশক মওং নত্তে হায়না জ্ঞানিগী মিৎতা উরি। মরমদি অশেংবা মশক মওংগুম্না ঐথোয়না উরিবা অসি অন্তঃকরণ

উপাধিনা মরুন ওইদুনা, মী অদুনা অজ্ঞান ওইবদগী অতোপ্পা অমা ওইনা উবততনি। মহাক্কী অশেংবা মওং, মশক্তি অধিষ্ঠান ওইদুনা লৈরিবা মতাংলগী মশক ওইবা "সামান্য চেতন" ব্রহ্মনি। মরম অসিনা জীবাত্মাগী অশেংবা মওং ব্রহ্মনি অদুগা পরমাত্মাগী অশেংবা মশক মওংসু ব্রহ্মনি। মরম অসিনা জ্ঞানিনা লাওরী—"একমেবাদ্বয়ং ব্রহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন"—The Brahman the one without a second, alone exists, nothing manifold in the world—মসিগী প্রমাণ অমুক হায়না তৌই—

মতু ফজনা পানবা উচেক অনিথক উ পাম্বী অমদা তোংলম্মী। উচেক অমনা মথক থংবা মতোনগী উশাদা, অদুগা অতোপ্পা উচেক অমনা মথাথংবা মথোঙ্গী উশাদা তোংলম্মী। মথাথংবা উচেক অদুদি উগী উহৈশিং অদু চারী। অদুগা মথক্কী উচেক অদুদি, মহাক্কী মতৌক মগুণ ফজবা অদুদা লুপ্পদুনা, তুম্মা উশা অদুদা তোংদুনা লৈরী। মথাক্কী উচেক অদুনা উহৈ ফজবসু অফবসু চারী, অফবা থবকসু তৌরী, ফজবা থবকসু তৌরী, ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা ইরাং পুম্নমক্কসু তাওরী। অদুগা মানা করিগুম্বা মতমদা অথাবা উহৈ চাক্লগা, হংপ্রেক থংনা পুক্কিং বাদুনা মথকলোমদা য়েংথংলকই। মদুদা মহাক্কা অতোপ্পা উচেক অদুনা তুম্মা চীংলেম্মা ফমদুনা লৈবা, অফবা নত্রগা, ফজবা উহৈগীদমকসু করিমত্তা থোওইদনা লৈবা, মশাগী ওইজরিবা ফীভম অদুনা ঙকচরবা, মদুদগী য়েম্মা অমুক নুংঙাইবা তাঙ্গ্রবা অদুবু উরম্মী। মহাক্কী মৌলিক ওইরিবা ফীভম অদুনা অদুম্মক নুংঙাইবা ওইরে, মদুদগী য়েম্মা নুংঙাইবা করম্বা অমুক লৌথিগদগে? মথা থংবা উচেক অদুনা মথক থংবা উচেক অদুগী মনাক তাম্মা চংনিংলদুনা য়েংথংলম্মী। মানা থকলোমদা থরখিত্তুনা য়েংথংলমই, অদুবু মাগী হাম্মা হৈনরুবা অদুনা মরম ওইদুনা, উহৈশিং অদু চারম্মী। অমুকসু থাপ্রবা উহৈ অমা চারে। মদুদা পুক্নিংদা বাবা, নুংঙাইতবা অমা ওইরদুনা থকলোমদা অমুক হন্না য়েংথংলমই। মদুদসু

হায়গী মতৌগুম্না মথক্কী উচেক অহু চীংলেম্না ভুমিম্না কয়হুনা লৈবহ উরম্মী। অমুক হয়া মথক্কী উচেক অহুগী মনাক্তা থরদং নকশিল্লুবে। অহুবু মাগী মমাংতৈগী কর্ম্মগী ফলনা মবম ওইহুনা মখাদা অমুক হুম্বরক্লে। অহুদগী মানা উইহে অমুক চাবা হৌরক্লে। অমুক হয়া অথাবা উইহে অমা অমুক চারুবে। মতুদগী মানা মথকলোমদা অমুক য়েংথৎতুনা, মথক্কী উচেক অহুগী মনাক্কা থরা অমুক নক্‌শিজকবে। মানা অস্তুম তৌহুনা হয়া হয়া থরা-থরা নক্‌শিল্লুবগা, মাম্না নক্‌শিনক্লুবা মতমদা, মথক্কী উচেক অহুগী অয়াংবা মতুগী মতাল অহু মাগী মশাদা তাবা উরম্মী। মতুদগী হেন্ন' নক্‌শিল্লুবদা মাগী মতু অহু শোদোকশিহুনা, মশামক্কী মতু ফাওবা মাঙ্ক্রে, হেৎরে। শম্না হায়রবদা, মখাগী উচেক অসি সুক্লে লৈরম্ব' নত্তে, মহু মথক্কী উচেক অহুনি। ঐথোয়না মখাগী উচেক ওইনা উরিবা অহু মথক্কী উচেক অহুগী মম্ভানগী মচেং থজিক্কংনি। ঐথোয় মীওইবনচিংবা জীব থুনিংমক্ত' লৈরীবা আত্মাগী ফিভমশু অসিগুম্বনি।

মীওইবগী অসিগুম্বা জীবাত্মা পুরিবা হকচাংনা সংসারগী কায়ত্রবা ইন্দ্রি সুংঙাইনবগী, পেন্নবগী থবক্তা পুক্লিং লুপতুনা মতম লেপ্লি। শাশিংগী মতৌগুম্না মীকুপকী ওইবা ইন্দ্রি পেন্নবগীদমক সুংঙাইবা ইপাক্তা তাওহুনা লৈরী। করিগুম্বা সুংঙাইতবা চৈথেং অমত্তং ফাওরকপদা, থেংনরক্‌পদা (উচেক অহুনা অথাবা উইহে চারুবদা তৌবা ফীভমগুম্না) ওহাক্কং কোক, অসি উক্ল-টক্ল লৈ। মতম অহুদা পুম্নমকসি অরেম্বনি থল্লম্মী। সংসার অসি হায়দি সুংঙাইরবা সংসারনি থল্লম্বা অহু. নংলমত্রে হায়বা মুম্না থঙ্‌লক্লে। অহুনা মীওইবগী পুন্সিসিদু শিংনানবা লম্বেল নত্তে হায়বা থঙ্‌লক্লে। মহাক্না অহুম হায়না থল্লুবদগী মীৎ উইশিন্দুনা থল্লুবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মগুণবু মিকুপ অমত্তং উবগুম তৌরম্মী। অহুগা ইবুংঙো মাগী চীংলেম্বগী মতাল ভাবনা থরদং উক্লরম্মী। অহুবু মাগী হায়গী কর্ম্মনা মরম ওইহুনা ভগবানগী মনাক্তগী লাপ্না চিংথোক্লম্মী। মতুঙ্‌দা অবাবগী চৈথেং অমা অমুক থেংনরম্মী। মহুদা

হায়রগী মতৌগুম্না ভগবানগী মনাক্তা থরদং নক্‌শিল্লহুনা, মাগী মস্তাব, মগুণবু ভাবনা উবা ফংজরম্মী। মানা অসুম হায়না থরা থরা নক-শিল্লকপদা (মথাদা লৈবা উচেক্না মাগী মতু শোদোক্‌লক্‌পা অহুগুম্না) মী অহুগী মশাদা ওইরমলিবা, হায়বদি—অথেনবা বাথল, মরম্নাই ওইজবা পাম্বা, চাওথোকপা পূম্নমক মাঙ্‌থিরম্মী। ওহুদগী থরগা হেন্না নক্‌-শিল্লকপদা, মাগী অকোযবদা লৈরবা মীৎনা উবা পোৎ পূম্নমক, মৎং হোংলক্রে, হায়বদি—উরিবা য়ুম-কৈ, উ-বা, শা-উচেক পূম্নমক পোৎশক ওইনা উরকত্রে, জীবাত্মা ওইনা উরক্লে। মপুং ফানা নকশিল্লকপা মতমদদি, মহাক্না হান্না উরমলিবা জীবাত্মাশিং অহুসু মশাসু অমত্তা ওইশিনগ্রে।

মথাদা লৈবা উচেক অহুনা মশামক মথক্তা লৈবা উচেক অহু ওইরম্বা অহুগুম্না, হায়বদি মহাক মশামক মথক্কী উচেক্কী মনি ওইরম্বা অহুগুম্না, মহাক্না অর'প্পদগী বাথলনা উরমলিবা ভগবান Infinity অহু, অতৈ কনা অমত্তা নৎলমগ্রে, মশামক্কী জীবাত্মা (self soul) অহু ওইরমলে। অঙকপগী মশক ফংনা লংনা ফজরবা, চীংলেম্বা মতীক মগুণ, মানা উরমলিবা অহু মশামক্কী self soul অহু ওইরমলে। পীকথ্রবা Atomগী মনুঙ্‌দা, মফম খুদিংমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা (all pervasiveness), পোৎ পূম্নমক্কী মচি নত্রগা মচং হায়বা অহুবু ওইরিবা, জগৎ-ব্রহ্মাণ্ড অসিগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণ হাযবা অহু, কনা অমত্ত' নৎলমগ্রে মহাক ওইরমলে। "Know that thou arl He, know that thou art free."

**[' ভক্ত, বৈষ্ণবকী ( দ্বৈতবাদ-**Dualism **) মিয়েংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান (পরমাত্মা) অমসুং "জীবাত্মা," জীব পানবা হকচাংগী থম্মোয়নুংদা থানবা লৈতনা তোপ্পা-তোপ্পা অনি থোক্না, মতম পূম্নমক্তা লৈ।"]**

ভক্ত, বৈষ্ণব, প্রেমি, গোযাই (দ্বৈতবাদ Dualism) অমগী মীৎ-য়েংদদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান (পরমাত্ম) অমসুং জীবাত্মা মথোয় অনি তোঙান-

তোঙানবনি, মতম পুম্নমক্তা তোঙাম্না লৈবনি, জীবাত্মানা পরমাত্মাদা কৈদৌঙৈদস্থ তিনশিন্নবা লৈতে। মখোয় অনি অতং-অথম লৈতবা মরী লৈনৈ, থদংপা য়াদে, হাম্নদগী অতুম্বক লৈরকই, হৌজিকস্থ লৈরী, মতুঙ্‌দস্থ লৈগনি, হায়বদি eternal নি। গীতাগী ২শুবা অধ্যায়গী ১২শুবা শ্লোক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অস্নুম্না হায়রী—

"ঐহাক হান্না লৈরমদবা, হন্দক্কী মপোক অসিদদা লৈবা হায়বা অদু নত্তে। অদুগুম্না নহাক অমস্থং তিল্লিবা নিংথৌশিং অসিস্থ লৈরমদবা নত্তে। অদুগা ঐখোয় পুম্নমক ঐখোয়গী হকচাং মাঙ্‌খ্রবা তুংদা লৈ-রোইদবস্থ নত্তে।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক্তা মনাই অর্জুনদা হায়রী মহুদি লানফমদা তিল্লিবা নিংপৌমচা ময়াম অসি মতম পুম্নমক্তা তোঙান-তোঙান লৈরবা মক্তনি। অদুগা মতম পুম্নমক্তা তোঙান-তোঙাম্না লৈরিবা জীব পুম্নমক অসিগী মা-মাগী কর্মগী মতুংইন্না ফাজিন-পুনশিন্দুনা লৈরিঙৈদস্থ, হায়বদি conditioned soul ওইরীঙৈদস্থ, অদুগা মখোয়না মুক্তি (liberation) ফংলবা মতমদস্থ, ইবুংঙো মহাক্তা মতম পুম্নমক্তা য়োকপীবা মপুনি। অদুগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানস্থ মতম পুম্নমক্তা তোঙাম্না লৈরবা supreme individual person ওইরবস্থ, ইবুংঙো মাদি সংসারগী মায়া চংদবনা, মঙোন্দ কর্ম বন্ধন অমত্তা লৈতে। অস্নুম তৌদুনা জীব পুম্নমক মখোয় খুদিংমক্কী Individuality অদু মমাংঙৈদস্থ লৈরম্মী. হৌজিকস্থ লৈরী, তুংদস্থ অতং-অথম লৈতনা লৈরকখিগনি হায়বদি eternal নি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না সাক্ষী সরূপ ওইনা, পরমাত্মাগী মওং লৌদুনা জীবাত্মাগা লোয়ননা, হকচাং খুদিংগী থম্মোয়স্নুংদা থানবা লৈতনা লৈ। মসিগী প্রমাণদি মুমিং য়ুংবা মতমদা, মুমিংনা মফম অমত্তদা লেঙ্‌দনা লৈ। মী থরনা মাইকৈ খুদিংদা মাইল লিশিং ৫/৫ চৎলগা, মুমিং কদায়দা লৈ হংবদা, মখোয় খুদিংমক্তা মুমিংতি মখোয় খুদিংগী কোকথক্তা লৈ হায়না খুমগনি। মুমিং অদু মপুম ওইনা অমথক্তা লৈ, অদুবু

মীপুম খুদিংমী কোকথক্তা মচেৎ-মচেৎ থাইদোক্লুনা লৈবদোনা তৌই। অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মকম অমত্তদা লৈরবস্থু, মহাক্কী omni-potence শক্তিনা মকম খুদিংদা শীনবা ঙমা লৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-না জীবাত্মা পুম্নমক্কী maintainer ওইরবস্থু, প্রলয়গী (annihilation) মতমদা পুম্নমক য়োৎশিল্লি। গীতাগী অধ্যায় ১৩শুবগী শ্লোক ১৭ তা অস্থুম্না হায়রী—

"পরমাত্মানা থাইদোক্তনা মপুম ওইরবস্থু, থম্বাইপানবশিংদা থাইদোকপগুম্না লৈ। মহাক্কুদনা জীব পুম্নমক্কী য়োবপিবা, মাংহনবা অমস্থুং শেম্বিবা মপুনি।"

মসিগী মরম অসি তৈত্তিরিয় উপনিষদতা অস্থুম্না হায়রী।

"যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন
জাতানি জীবন্তি, যৎপ্রয়ন্ত্যভিসম্বিশন্তি,
তদ্বিজিজ্ঞাসস্ব, তদ্ব্রহ্মেতি।" (৩।১)

"মতোন্দগী লেঙলি পাল্লিবা তাইবংপানবা অসি পোকলকই, মদুনা মরম ওইদুনা মথোয় পুম্নমক হিংদুনা লৈ, অদুগা প্রলয়গী মতমদা মদুদা অমুক হন্না তাইবংপানবা পুম্নমক অসি তিল্লি। মদুবু খঙনবা তৌ, মহাক ব্রহ্মনি।" (৩॥১)

কঠ উপনিষদ অমস্থুং শ্বেতশ্বত্র উপনিষদতা হায়রী—"সংসারদা লৈবা জীব পুম্নমকপু মা-মাগী কর্মফলগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না য়োকপীবা মপুনি। ইবুংঙো মহাক্তা, মহাক্কী plenary portion না হকচাং লৈবা জীবশিংগী থম্মোয়দা লৈ। যোগী, ঋষি, ভক্ত, বৈষ্ণবনা মসিগী অশেংবা শকখনবু মথুঙদগী মপান্দগী উবা ফংদুনা শান্তি ওইনা মতম পুম্নমক্তা লৈ।" (কঠ ২॥২॥১৩)

মায়াবাদী theory গী মতুংইন্না, জীবাত্মানা মায়া বন্ধন লাম্লক্লগা, মুক্তি ফংদুনা Impersonal brahman দা পুল্লপ তিনখিনি, অদুগা মহাক্কী হান্না লৈজরম্বা Individuality অদু মাঙখিনি হায়রবা বাফম

অসি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক্তা হায়বা খীতানা যাদে। জীবাত্মানা conditioned soul ওইরিবৈদদা, হায়বদি জীবাত্মানা মায়াগী মমুঙ্দা লৈরিবৈ মতম অদুতদা, মহাক্কী Individuality অদু লৈ, হায়বদি তোপ-তোপ্পা অমমম, ওইনা লৈ হায়না মায়াবাদীশিংনা হায়বা বা অদুবুসু বৈষ্ণবশিংনা যাদে। জীবাত্মাশিংনা মায়াগী মমুঙ্দা (হকচাংগী মমুঙ্দা) লৈরিবৈদসু, অদুগা মায়া লাম্থোক্লুনা মুক্তি ফংলগসু অমমম, ওইনা, তোপ্পা-তোপ্পা, মা-মাগী individuality অদু মুকমাঙ্, মাঙ্দনা, অদুম্মক মতম পুম্নমক্তা লৈ হায়বা অসি বৈষ্ণবশিংগী সিদ্ধান্তনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা (গীতা ২।।১২) হায়খিবা অসি Authoritative নি, মরমদি ইবুংঙো মহাক্কি মায়া চংদে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানসি মীচম অমগুম্না মায়া চংবা তাররদি, মহাক্না তাকপীরিবা গীতাগী মগুণ পুম্নমক লোইনা মাঙ্-খ্রগনি। মরম অসিনা মায়াবাদীগী theory অসি বৈষ্ণবশিংনা যাদে। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মায়াবাদীগী theory অসিবু মুকয়া যারমদে। গীতাদি বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংশা মীতনা অচুম্বা অর্থ লৌবা ঙমগনি হায়নসু শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা তাকপীরম্মী।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান, পরমাত্মা অমসুং জীবাত্মা মথোয় তত্বমগী লৈবা মওং অসি, বৈষ্ণব অমগী মিয়েংদদি তুরেলগী মরু, তুরেল মশামক, তুরেলগী হিদেলশিংগুম্বনি। মথোয় খুদিংমক তোপ্প-তোপ্প, অমমম ওইনা, তুরেল অদুনা লৈরীবা মথৈ, হাম্নদগী হৌনা, হায়বদি তুরেল ওইরকপদগী হৌনা লৈরক্লবনি, হৌজিকসু লৈরিবনি, তুংদসু লৈখিগদবনি। তুরেল মরু অদুনা তুরেল মশামক অমসুং তুরেলগী হিদেলশিংবু য়োকপীবা অদুগুম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না পরমাত্মা অমসুং জীবাত্মাশিংবু য়োকপীবনি। "তুরেল মশামক" অদুনা "তুরেল-হিদেল" পুম্নমক্কী common ওইবা পোৎশক ওইনা, "তুরেল-হিদেল" খুদিংমক্তা শম্নদুনা, হিদেল খুদিংমক্কী মমুঙ্ চঙ্দুনা লৈ। অদুগুম্নদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মহাক্কী শক্তিনা, অমত্তা ওইনা সাক্ষি সরূপ ওইনা, পরমাত্মাগী মওং লৌদুনা, হকচাং পানবা পুম্নমক্কী খম্বোয়মুঙ্দা জীবাত্মাগা লোয়নমা পুম্না লৈমিন্নৈ।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী Omnipotence শক্তিনা সাক্ষী সরূপ ওইনা পরমাত্মা হায়না মিংথোল লৌদুনা, জীবাত্মাগা লোয়নননা হকচাং লৈবা জীব খুদিংগী থম্মোয়সুংদা লৈরীবা অসি, তোঙান-তোঙানবা পোৎশক অনিনি হায়না য়াম্না শেংনা গীতাগী ১৩শুবা অধ্যায়গী ৩শুবা শ্লোকতা তাকলি।

"ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চাপি মাং বিদ্ধি সর্ব্বক্ষেত্রেষু ভারত।
ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োর্জ্ঞানং যত্তজ্জ্ঞানং মতং মম।"

[ক্ষেত্রজ্ঞম—The knower, চ—also, অপি—certainly, মাং—me, বিদ্ধি—know, সর্ব্ব—all, ক্ষেত্রেষু—in bodily fields, ভারত—o son of Bharata, ক্ষেত্র—field of activities (booy), ক্ষেত্রজ্ঞয়ো—the knower of the field, যত—that which is taught, তৎ—that, জ্ঞানম—knowledge, মতং—opinion, মম—that]

"হে ভরত শাগৈগী মচা! হকচাং ওইবা ক্ষেত্র পুম্নমক্কী অৎতবা হায়বা অদু ঐসু অমনি হায়না নংনা খঙউ। হকচাং অমসুং মগী মপু অদুবু খঙলিবা জ্ঞানবু অশেংবা জ্ঞান নি হায়বসি ঐগী মতনি।"

মথক্কী শ্লোক অসিদগী ঐখোয়না খঙলে, মদুদ (১) হকচাং (২) হকচাংগী মপু ওইরিবা soul অমসুং (৩) super soul গী মরমদা লৈনরকপদা, লৈনবগী মচাক অতম পোরকই মদুনি—(১) Lord (ঈশ্বর) (২) living entity (জীবাত্মা) অদুগা (৩) matter (পোৎ)। হকচাং ওইবা ক্ষেত্র খুদিংমক্তা soul অনি লৈ মদুনি—(১) Individual soul (জীবাত্মা) অমসুং (২) super soul (পরমাত্মা)। super soul দি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী plenary expansion নি, হায়বদি localised aspect of absolute truth নি। বিষ্ণুতত্ত্বরোমদা হায়রগা, ক্ষীরদশায়ী বিষ্ণু হায়না খঙনবা universe পুম্নমক্তা super soul ওইনা প্রদোকই, হায়বদি পিকহৎবা atom অমগী মনুঙদা ফাওবা পরমাত্মা

ওইনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মথক্কী গীতাগী শ্লোক অসিদা খঙহল্লিবদি অসিনি মহুদি—"ঐহাকসু অখঙবা (knower) অমনি, অদুমদি ওইরগা, ক্ষেত্র ওইরিবা হকচাং অদুগী মপুদি ঐ নত্তে। ঐদি superknower নি। হায়বদি হকচাং খুদিংমক্কী খঙলিবা knower অমমম্ লৈ। হকচাং পুম্নমক্কী তৌরিবা থবক পুম্নমকপুস্নু পুম্না খঙলিবা, ঐহাক super knower অমনি। ঐহাক্না হকচাং খুদিংমক্তা super soul হায়বদি পরমাত্মা ওইনা লৈ।" শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হায়রী মহুদি "মীপুম খুদিংগী field of activities লোইনমক খঙবা অদু ঐহাক্কি।" কনাগুম্বা মী অমনা মহাক মশামক্কী activity অদু খঙবা য়াই, তৌইগুম্বসু মহাক্না অতোপ্পা মী অমগী activity অদুবুদি খঙদে। Supreme Lord না হকচাং খুদিংদা super soul ওইনা লৈবনিনা, হকচাং পানবা জীব পুম্নমক্কী activity খঙই। মথল মখা য়াম্বা অহিংবা জীবনা ওইরিবা species শিংগী তেংবান-তোংবানবা হকচাংগী activity শিং ইবুংঙো মানা পুম্না খঙই। Citizen অমনা মাগী লম মচেৎ অমগী মরমদা খঙবা য়াই, তৌইগুম্বসু নিংথৌ অমনা মাগী কোমুংগী activity অদুতবু খঙবা নত্তে, মাগী প্রজাশিংগী properties পুম্নমকপুস্নু খঙই। অদুগুম্বহৌনা, কনাগুম্বা অমনা মাগী হকচাং অদুগী মরক্তাই ওইবা মপু ওইবা য়াই, তৌইগুম্বসু supreme lord তি জীব পানবা হকচাং পুম্নমক্কী মপুনি। নিংথৌনা দেশ অদুগী original proprietor নি। Citizen অমনা secondary proprietor নি। অদুগুম্বহৌনা supreme lord না জীব পানবা হকচাং পুম্নমক্কী supreme proprietor নি।

হকচাংদা ইন্দ্রিয় ময়াম লৈ। Supreme Lord তি হৃষিকেশনি, হায়বদি ইন্দ্রিয় ময়ামগী controller নি। নিংথৌনা state অদুগী activity পুম্নমক্কী original controller ওই। Citizen শিংনা secondary controller নি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অসিমসু হায়রী, মহুদি "ঐহাকসু knower নি।" মসিনা খঙনবু ইবুংঙো মহাক্না

super knower নি হায়বনি। Individual soul না হা-মাগী body অহুতগী knower মি।

বেদদা অস্নুমা হায়রী। মহুদি body না ক্ষেত্র হায়না খঙ্‌নৈ। মহুগী মহুংদা body গী মপু নৈ, অমসুং body অমসুং body গী' মপুবুহ পূম্না খঙ্‌বা supreme lord মু নৈ। মরম অদুনা ইবুংঙো মাবু ক্ষেত্র পূম্না খঙ্‌বা হায়না কৌই। Field of activities, owner of activities, supreme owner of activities মখোয় খুদিংমকপু, ভোঙান-ভোঙান্না খঙ্‌গে হায়ববদি অস্নুম হায়না হায়বা য়াই। Constitution of the body, Constitution of the individual soul and constitution of the super soul,মখোয় অহুম অসিবু ফজনা খঙ্‌বা অহুবু বেদদা "জ্ঞানম" হায়না খঙৈ। অসিগুম্বা মখঙ, অহুবুনি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মতনি, হায়না মথক্কী শ্লোক্তা (গীতা ১৩।৩) হায়রিবসি। soul গা super soul গা' অমত্তনি অহুগ' অমুকত্ন ভোঙান-ভোঙানবনি হায়না খঙ্‌বা অহুবু knowledge কৌই। Field of activity অমসুং knower of activity বু খঙ্‌ত্রবদি perfect knowledge নি হায়বা য়াদে। (১) প্রকৃতিগী ফীভম (nature), (২) nature গী enjoyer ওইরিবা পুরুষ অমসুং (৩) Nature অমসুং individual soul বু control তৌরীবা knower, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙ্‌ননবা মীপুম খুদিংনা হোৎনগদবনি। অহুম অসিগী ভোঙান-ভোঙান্না ভৌবা ওম্না শক্তিশিং অহু য়েংশিন্নদনা খঙ্‌নবা হোৎনগদবনি। Painter, painting and easel বু ভোঙান-ভোঙান্না খঙ্‌বকুম্নি। Field of activities ওইবা material world অসি nature নি। Enjoyer of nature না living entity নি। মখোয় অনিগী মথক্তা supreme controller ওইরিবা অদু supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি। বেদগী লোন্দা মখোয় অসিবু অস্নুম হায়না হায়। "ব্রহ্মগী জ্ঞান (conception) অহুম নৈ, মহুদি Field of activities

ওইনা প্রকৃতি অসি ব্রহ্মণ-নি, Individual soul অসিসু ব্রহ্মণ-নি, অদুগা মানা material nature বু control তৌনবা ঙম্লোইনবী। মখোয় অনিমক্কী controller ওইরিবা অদুসু Brahman নি, তৌইশুবসুং মানা factual controller নি।"

Knower অনি অসিগী মখুন্দা অমনা infallibleনি (অচ্যুত), মায়-বদি material worldগী পোৎশিংগা শম্নবসু অকাওবা নত্রগা খঙদবা মায়বা অদু সুক্কৈদে লৈতবা অমনি। অদুগা অতোপ্পা অমনা fallibleনি, মায়বদি কাওগনবা অমনি। অমনা superiorনি, অমনা Subordinate নি। করামশুম্না অমনা field of activityগী knower অনি অসিবু অংকুনি হায়রবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না হায়রিব "ঐসু field of activityগী knowerনি" হায়বা statement অসিবু contradict তৌরনি। Bodies মখল মখল লৈ, অদুগা bodyগী ownerসু মখল মখল লৈ। Material natureবু control তৌনবগী, individual soul খুদিংগী মা মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈবনা, তোঙান-তোঙানবা body ময়াম লৈ। অদুগা মখোয় খুদিংগী controller ওইনা supreme lordনসু মখোয় খুদিংমক্কী মখুন্দা লৈ। "চ-also" হায়ব শব্দ গীতাগী শ্লোক অসিদা (গীতা ১৩।৩) য়াওরিবা অসি অর্থ য়াম্না লৈব বাহৈনি। মরমদি মসিনা খঙহল্লিবদি body ময়াম লৈবগী বানি। শ্রীলা-বলদেব বিদ্যা ভূষণগী মতুংইন্না individual soul তা নত্তনা, super soul না হকচাং খুদিংদ লৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নসু শেংনা হায়রগী মদুদি super soul না field of activity শিংগী controller নি অমসুং finite enjoyer সুনি।

Original বেদশিংদা ককওইনা কঠউপনিষদতা soul, super soul অমসুং bodyগী মরক্তা মখোয় অহুমস তোঙান-তোঙানবনি, হায়না য়াম্না শেংনা তাকলি। কঠ উপনিষদকী মতুংইন্না Brahman realisationগীদমক থাক মঙা লৈ। মখোয় অদুদি (১) অন্নময়, (২) প্রাণময়, (৩) জ্ঞানময়, (৪) বিজ্ঞানময় অমসুং (৫) আনন্দময়। থাক্ থাক্ নাইবা মখোয় পূরণ অসিবু ব্রহ্মপাকা হায়না খঙনৈ। অহানবগী

অহুম, হায়বদি (১) অন্নময়, (২) প্রাণময় অমসুং (৩) জ্ঞাণময় living entities কী field of activities কী মখুঙ্চল্লি। Supreme lord তি অসিগুম্বা field of activities কী মপান্দা লৈবনি, অমসুং ঐখোয়না মহুবু আনন্দময় কৌই। বেদান্তসূত্রগী মতুংইন্না supreme বু আনন্দময় "ভ্যাসৎ" কৌই। Supreme personality of godhead মহৌশানা আনন্দময়নি। মহাক্কী transcendental Bliss অদুবু enjoy তৌননবা ইবুংঙো মহাক্না বিজ্ঞানময়, প্রাণময়, জ্ঞাণময় অমসুং অন্নময় expand তৌই। Field of actlvities কী enjoyer দি living entity নি হায়না মশা মতোমতনা নিংকৈ, অদুগা মহোন্দগী তোঙানবা অদুনা আনন্দময়নি। পূম্নমক অসিনা খঙ্হল্লিবদি অসিনি, মহুদি living entity না enjoy তৌবা পামলকপদা, আনন্দময়গা লোয়ননা devetail তৌরবদি মহাক perfect ওইরে। অসিগুম্বা মওং অসিবু supreme lord না supreme knower নি হায়না খঙ্গনৈ। অদুগা living entity না subordinate knower নি হায়না খঙ্গনৈ, অদুগা narure of the field of activities বুসু খঙ্বা হায়না কৌই। রাখল অমরোমদা হায়রগা, complete unit ওইরিবা জীবাত্মানা, complete absolute whole ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মরী লৈননা, eternal service তৌরিবা মথৌ, complete unit ওইদুনা অদুম্মক লৈগনি, নত্রবদি complete uuit অমা ওইররোই হায়বগা চপ্ মান্নে।

[''কর্ম্মগী হৌরক্ফমদি mind নি। লাইবক্কা তথা হায়রবা অসি কর্ম্মগী ফলনি। মীওইবগী অরা-নুংঙাইবা, অতোং ওইনা শিবা, accident তা শিবা অসিনচিংবসি কর্ম্মগী ফলনি। অশেংবা কর্ম্মগী থবক মতৌ শুগাইনা তাকপা।'']

ঐখোয়না উর অমসুং খঙ্লি মহুদি মীনা শিবগী মতম অমত্তা মাম্নদে, অদুগা থৌওংসু মান্নদে। কনানা চহি ৮০, কনানা চহি ৫০, কনানা চহি ৩০ দা শি, অদুগা মনাগী পুক্নুংদা শিবনু য়াওরী। অদুম

হায়না শিবগী চহি লেপ্লিবসি কনাননো ? নাহ্নুা শিবা নত্তনা, accident তা, হায়বদি গাড়ীনা তক্কুনা, ঈশিংদা তাহুনা, মশানা আত্মঘাত তৌজহুনা মী কয়াম্ শিথি। অসুম হায়না শিবগী মরম অসি মীপূম খুদিংমক্কা মা-মাগী কর্ম্মগী ফলনি, নত্রগা নরাইবক্কা তম্বনি হাযনৈ। অদুনদি "কর্ম্ম" হায়বা অসিনা করিনো অদুগা "লাইবক" হায়বা অসিনা করিনো থি-জিনবা তাবনি।

"কর্ম্ম" হায়বদি থবক তৌববু খঙ্নৈ। Metaphysics রোমদা খল্লবদি, "কর্ম্ম" হায়বা অসিনা খঙনবদি, ঐনা হান্না তৌব্রবা থবক অমনা cause ওইহুনা, মহুগী effect ওইনা কংলিবা অদুগুম্বা থবক অদুবু ঐনা হৌজিক তৌরিবা, অদুবুস্থ খঙ্নৈ। মরম অসিনা Law of Karma হায়বগা Law of causation বুস্থ খঙ্নৈ। হায়বদি cause অমা লৈরবদি মহুগী effect অমা শোইদনা লৈগনি। উহৈনা cause ওইহুনা, মহুগী effect ওইনা উপাম্বী ওইরকই, অমুক উ পাম্বীনা cause ওইহুনা, উহৈনা effect অমুক ওইরকই। অসুম হাযনা effect কী মমুঙ্দা cause য়াওরে, cause গী মমুঙ্দা effect য়াওরে। অসুম হায়না cause and effect কী অতং-অথম, লৈতবা univer-sal chain নি।

Mind stuff হায়বা অসি, গীতাগী ৭শুবা অধ্যায়গী ৪শুবা শ্লোক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না তাকপীবা অদুদগী ঐখোযনা খঙই, মহুদি মসি ভগবানগী divine power লৈবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না পুথোকপা পোৎ অমনি। থবক ওইনা তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক, বাখলনা হান্না খল্লগা থবক্তা কোম্না তৌবনি। বাখল অদু mind দগীনি। Sir Isaac Newton না Laws of gravitation পুথোক্লিবা অদু mind দগীনি। মাগী মপান্দা উরিবা পোৎ, হায়বদি apple অমা মাগী মমাঙ্দা তারকপদগী, মানা মহুগী মরমদা বাখল খনখিবনি। Apple অমা মমাঙ্দা তারকপা অদুদি, মানা বাখল খল্লনবগী suggestion নি। মাগী mind মমুঙ্দা মানা study তৌহুনা, Laws of gravitation পুথোকখিবনি। বাখল

পূম্নমক, থবক পূম্নমক mind দা চৈথেং (blow) অময়ম, পীড়না, মাগী ময়ি (impression) অময়ম, লৈহৌরমক্তনি। অপিক-অপিকপা ময়ি ময়াম পুনশিল্লগা অচৌবা ময়ি অমা ওইরকই। অদুগুম্বা ময়ি অদুবু মী অদুনা মাগী হৈনবী ওইনা মপান্দা থবক ওইনা তৌরকই। হৈনবী অদুবু মী অদুগী character হায়না খঙ্‌নরীবা অসিনী।

অদুনা থাক্লেংশংবমক্তি, কর্ম্ম হায়বা অসিগী হৌরকফম্‌দি mind দগীনি। পুক্নিংগী বাখলদগী মী অদুগী character ওইরকই। অফবা বাখলদা থনবা মী অদুনা, অফবা character গী মী ওই। ফত্তবা বাখলদা থনবা মী অদুনা, ফত্তবা character গী মী ওই। অদুনা মী অদুগী character অসি মশানা শেমজবনি, হায়বদি মী অদুগী কর্ম্মগী ফলনি। লাইবক্না তঙ্গা (destiny) হায়বা অদুসু কর্ম্মগী ফলনি। মরম অসিনা মী অদুগী destiny অদুসু মী অদুনা শেমজবনি।

হকচাং পানবা জীব পূম্নমক, হিংনমবগীদমক কর্ম্ম তৌদবা য়াদে। মী অদুনা হিংলিঙৈদা তৌখিবা থবক পূম্নমক অদু impression ওইনা পুক্নিংদা পুল্লপ পুনশিন্দুনা লৈবা মরম্না, মী অদুনা শিরমদাইদা লোইনমক অদু নিংশিংলকই। মদুনা regulate তৌদুনা মচাকী লাকদৌরিবা মপোক অদু, মহাকী পুক্নিংদা ফাওই, হায়বদি খঙ্‌ই। ঙাইহাক লৈরগা মাগী বাখল পূম্নমক মাঙ্‌খ্রে অমসুং পুমকাও কাওখ্রে। অদুম হায়না হান্নগী তৌখিবা থবক পূম্নমক পুমকাও কাওখিবা অদুবু, মী অদুগী শিবা কৌই।

অনৌবা হকচাং অমা লৌরকপদ', মাগী হান্নগী মপোকী থবক পূম্নমক পুমকাও কাওরে। অদুরদি ওইরগা, হান্নগী মপোক্তা তৌখিবা থবকী ময়ি ময়াম অদুগা লোয়ননা, পুক্নিংনা য়োমশিন্দুনা জীবাত্মানা অনৌবা হকচাং অমা ওইবা মরম্না, হান্নগী মপোকী কর্ম্মগী ফল অদু মহাক মশামক্তা ফংবা তাই।

মসিবু মহাভারতকী শান্তি পর্ব্ব ২০১/২১ দা অস্থুম্না হায়রী।

"হকচাং লোন্দ্না জীবনা তৌরিবা থবক অদুগী মহৈ অদু হকচাং লোন্দ্না লৈরবতদা কংবা ঙম্মী। মরমদি হকচাং অসি মুংঙাইবা অমস্তুং অরাবা কংনবা মক্কমনি।" মসিবু প্রারব্ধগী ফল "সংস্কার" কৌই।

কর্ম্ম মখল অহুম গুই—মহুদি (১) অফবা, (২) ফত্তবা, (৩) অনিমক য়'য়রব' (duel)। অফবা কর্ম্ম তৌরগা স্বর্গদা লৈবা লাইগুম্বা (Angel) ওইরকই। ফত্তবা কর্ম্ম তৌরগা হন্থবা জীবগী গর্ভদা চঙ্‌হুনা হন্থবা জীব হায়বদি শা, শল, তীল ওইনা পোকই। য়ানশিন্নবা (duel action) কর্ম্মনা মী ওইনা পোকই। মী অমগী মরল মথুম হুরাল্লগা লাইরবদা পীচ-পিথক দান-নচিংবা তৌরবা, চুমদবা পাম্বৈনা শেল তাল্লগা লাইগী মন্দির, hospital নচিংবা কংপা—অসিগুম্বা কর্ম্মগী মওং অসি য়ানশিন্নবা কর্ম্ম (duel action) হায়না খঙ্‌নৈ।

বেদাস্তনা কর্ম্মবু মখল অহুম থোক্না থায়দোকই। মহুদি (১) কর্ম্ম, (২) অকর্ম্ম অমস্তুং (৩) বিকর্ম্ম। বেদ পুরাণ-নচিবা ধর্ম্মশাস্ত্রনচিংবা পুম্নক্না তাকলিবা অফবা থবক অমস্তুং খুনিং পুন্দংগী মীনা তৌরিবা অফবা থবক পুম্নমক অহুবু কর্ম্ম হায়না খঙ্‌নৈ। ফত্তবা অমস্তুং পাপ, পোকপা থবকশিং অহুনা মরম ওইদুনা মী অদুনা শিরগা, মথা হন্থবা জীবগী গর্ভদা চঙ্‌দুনা শা, শল, তীল ওইনা অমুক হন্না পোকপা অদুগুম্বা থবক অহুবু, বিকর্ম্ম হায়না খঙ্‌নৈ। অকর্ম্ম হায়বদি নিস্কাম কর্ম্মবুম্থ খঙ্‌নৈ। হায়বদি কর্ম্ম অদু তৌরগা মহুগী ফংগদবা ফল অহুবু পাম্মুদনা থবক তৌবা অহুবু, অকর্ম্ম হায়না খঙ্‌নৈ। মসিগী থবক মতৌ অসি শম্না হায়রবদা, god centred activity ওইহল্লু হায়বনি। Material world অসিদা তৌরিবা থবক পুম্নমক—অফববু ওইরবস্থ, ফত্তববু ওইরবস্থ bondage লৈবা মক্কনি। Sense gratification ওইবা থবক অমত্তা তৌরোইদবনি। থবক খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবাগী তাবত্তা, ইবুংঙো মাগী পেন্নবগীদমক থবক পুম্নমক তৌগদবনি। অদু

ওইরবদি মী অদুনা থবক অদু তৌরিবৈদা, liberated stage দা লৈ। মসিগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাগী ৩শুবা অধ্যায়গী ৯শুবা শ্লোক্তা অস্মু হায়রী—

"যজ্ঞগীদমক (ঈশ্বরগীদমক) তৌবা নত্তবা, অতোপ্পা মরমগী তৌবা কর্মনা মীওইববু পুনশিনবত্তা ওই। মরম অসিনা হে কৌন্তেয়! মহৈ পাম্বা থাদোক্তুনা ঈশ্বরগীদমক কর্ম তৌ।"

মীওইবনা হন্দক্কী মপোক্তা অরাবা, মুংঙাইবা কংলিবা, অঙাং ওইনা শিবা, অহল ওইনা শিবা, accident তা শিব। অসিনচিংবা পুম্নমক অসি মা-মাগী কর্মগী ফলনি হায়বদা ক'রমত্তা চিংনিঙাই লৈতে। হায়রদি মশাগী লাইবক মশানা শেমজবনি। অতুননি মতুংগী মপোক্তা অমসুং মতুংগী পুন্সিদা ফননবগীদমক, তৌফিক চিংলিবৈদা তৌরিবা কর্ম পুম্নমক God centred activity ওইহল্লবদি, মতুংগী মপোক্তা অমসুং মতুংগী পুন্সিদা অফবত্তা ওইগনি। মসিগী মরীদা ব'রী মচা অমা।

## ব'রী মচা অমা।

নোংমা খোঙউপ অমগা হ'ন্দুবা অমগনা, মা-মাগী অরাবগী মরমদা মুনি অমগী মফমদা হায়জরম্মী।

খোঙউপপ্পা হায়জরম্মী—"মুনিবর! অযুক, মুংথিল, মুনিদাং খায়দনা মুমিংচুম্বা ঐগী ইবুংঙোনা ঐবু তোক্লন, অমোংপা উফুল-বাইফুল, মুংজেং মরক্তা, তিংথং মরক্তা চৎপিরে। অতুগা মহাক্না ঐবু ইমুং, মমুংদা ফাওবা পুশিনবিদে, মহাক্কী য়ুমগী মাঙোল কাচিন্দা, নত্রগা খোংজন্দা হন্দোক্তুনা থম্বী। অসিগুম্বা লমচৎ ব্যবহার অসি ঐ থাঙবদা বারে। অতুগীসু মথক্তা, ঐনা তৌজরিবা সেবা অসি ইবুংঙোনা করিসু খঙবিদে অমসুং থৌওইবিদে।"

মুনিনা খুমলম্মী—"হে মুংশিরবা খোঙউপ! নঙনা তৌরিবা সেবা অদু অশেংবা কর্ম যোগীনি। নঙনা নবুংঙোগী মখোঙদা য়োমলিন্দুনা

মুঙ, তিংথংনচিংবনা মথোংদা শোকহন্‌গদবা অদুবু, নংনা নশাগী ওইজবা পূম্নমক থাদোক্লুনা ঙাকথোকই। নহাক্না তৌরিবা থবক মওং অসিমক নশাগী ওইজবা থাদোকপা অশেংবা সেবানি। নহাক্না "কর্ম্ম যোগী" অমগী technique অদু খঙ্‌দজুনা, ঐঙোন্দা নংনা বাকৎলরিবনি। "মশাগী ওইজবা থাদোকপা" অদুদসু নত্তনা, "মানা তৌরিবা থবক অদুবু মীনা থাগৎপসু পামদবা" অদুগুম্বা থবক মত্তৌ অদুবু কর্ম্ম যোগী অমগী থবক মত্তৌনি। মানা সেবা তৌরিবা মী অদুবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানমক্তি হায়না খন্দুনা কর্ম্ম-যোগী অমনা সেবা তৌই। কর্ম্ম-যোগী অমনা মানা সেবা তৌরিবা মী অদুদগী থাগৎপসু পামদে। মদুগী ওন্না-তৈনবদা, মী অদুবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌-নি হায়না নিংজদুনা সেবা ফংজবগীদনক, কর্ম্ম যোগী অদুনা মী অদুবু থাগৎকদবনি। খোঙউপ মঙ্‌না নঙ্‌গী নবুংঙোগী মখোঙ্‌ অদুবু সেবা তৌবনি হায়না খন্‌গদু। মদুগী মহুত্তা নংগী নবুংঙো অদুদা লৈবা ভগবান অদুবু সেবা তৌবনি হায়না খল্লু। মপান্দা উরিবা পূম্নমক অসি ভগবান্‌গী manifestation ওক্তুনি। কর্ম্ম-যোগী অমগী মশিংত্তা মবু থাগৎপা অমুং দুনা তৌবা চপ্‌ মাদ্রে। তৌরিবা থবক পূম্নমক ফলগী আশা তৌরোইদবনি, থবক তৌরিবা অদু ভগবানবু পূজা তৌরিবনি হায়না খনগদবান। অরাবা-মুংঙাইবা, মাঙ্‌বা-তোংবা, ঐবু থাগৎপা থাগৎতবা, করিগুম্বা অমত্তা খন্দনা থবক তৌরবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী খৌজাল ফংদুনা মতম চুপ্পা মুঙোইবগী ইপাক্তা তাওদুনা লৈবা ফংজগনি। অদুনা চৎলো নঙ্‌গী থবক অদু অদুম্মক মথা তৌথক্রো।"

হাল্লরা মতুম অদুসু মুনি অদুদা complain অমা তৌরম্মী। মানা হায়জরম্মী। "খৌজান তৈরবা মুনিবর। ঐনা মিঠাই দুকান অদুদা লৈজবদা, ঐবু উবদা মী অচৎ-অওক্না ঐবু পামদবা, মতিন চোদবা লৈ-খিদ্রে। মরু-মরু ওইবা উৎসব মেলাদা ঐবু য়াওহল্লি। অদুবু ঐবু মীনা চাদ্রবা মতুঙ্‌দা ঐগী হান্নগী মওং হোংখ্রে। পুং খরগী মতুংদা ঐহাক অসি ফত্তবা অমোৎপা, মীনা হঙোইনরবা, মনম নম্‌থিরবা পোৎ ওনখ্রে।

মী পুম্নমক্কা ঐবু উরগা মতৌন শীংলে, মনাত্তোন খুমলে। অমুম হায়না ঐবু মীনা থীনা তৌবা অসি থাঙবা ঙমদ্রে।"

মুনিনা খুমলকই—"হে মুংশিরবা হল্লুবা। নহাক অসিমু খোঙউপ-কুম্বা কর্ম্ম-যোগী অমনি। হকচাং নোযনবগী মশক, ওইরবা নহাকী মহাও অদুনা, চারীবা মী অমুবু নঙনা সেবা তৌই। নঙগী ওইজবা পুম্নমক থাদোকই। নঙগী অসিগুম্বা স্বার্থ ত্যাগ অসি অঙকপনি। মতুঙদা নঙগী হান্নগী ফজবা মওং অদু হোংদোক্লুনা, অতোপ্পা মওং অমা ওনবগী-দমক নহাক কপকমু। মরমদি নঙনা খঙদ্রবননি, নহাকী অশেংবা শক্তমদি নঙগী মপানগী মওং অসি নত্তে। ফজরবা মীনা চাবা পাম্নরবা হল্লুবা অদুসু, অদুগা নঙনা ওল্লকই হাযরীবা নমথিরবা পোৎ অদুসু, নঙগী অশেংবা শক্তম নত্তে। নহাকী অশেংবা শক্ত-দি "সবাগীদমক মশাগী ওইজবা পুম্নমক থাদোক্লবা অদুগুম্বা মুক্তি ওইবা জীবাত্মা (individual soul)" অদুনি। হায়রীবা জীবাত্মা অসি মতম পুম্নমক্তা লৈবনি। মখু অচৌ-অচৌবা মহাত্মাশিংনা অমুক্তা উজগে হাযদুনা থিজিন্নবনি। মপানগী উরিবা মওং অসিনা হোংপ্রবসু, মাবু কনামত্তনা হোংহনব ঙমদে। নহাক মপানগী পোৎশক অদুনি হায়না খনগমু। তৌরিবা থবক অদুগী সাক্ষী ওইনা, নহাক নশামক্তা লৈবনি। নঙগী মীওন্দা পেলহন্নবগী মহাও অদুনা মীবু সেবা তৌবনি। ঐনা থবক অদু তৌবনি হায়বা অসি খাদোক্লুনা, সাক্ষী সরূপ ওইনা ঐনা লৈরগা, সেবা তৌবন অশেংবা কর্ম্ম-যোগীনি। ঐনা থারিবা অমসুং মুংঙাইরীবা অসি মপানগী হকচাং অসিগা ঐগা অমত্তা ওইশিনবদগীনি।"

মুনিনা মখা তানা তাকপীরকই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না কর্ম্ম-যোগকী মতাংদা গীতাদা তাকপীরি, মদুদি "কর্ম্মগী ফল খল্লদনা কর্ম্ম তৌরবদি (working without motive) মোক্ষ ফংগনি।" তৌজিকী মতমগী মী অয়াম্বনা মসিবু গুল-তৈননা অর্থ তৌই। মখোয়না হায় মদুদি "ফল খল্লদনা" হায়বগী অর্থদি পুক্নিংদা অরাবা অমসুং মুংঙাইবা খল্লনা থবক

তৌবনু হায়বনি। মসিনা অশেঙবা অর্থ ওইবা তারবদি, শানা পোকপদা তাইরিবা মশামক্তা মচা চাখোকপা য়াওই, তাকুনা মীগী মপোৎ লাকই। মখোয়না অস্তুম হায়না তৌবা থবক অসিদা মপুক্লিংদা অৱাবা অমস্তুং থুংতাইবা খল্লক্রবদি অশেংবা কর্ম্ম-যোগ-কী থবক মতৌ ওইবা তারব্রা? অস্তুম হায়না ওন্নতৈনবা অর্থ তৌরবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী গীতাদা তাক্লিবা পাওতাক অসি কত্তবা, হিংচা-য়াইতবা মীশিংনা পাওতাক অসিবু মখোয়গী থুংলাই ওইনা শিক্লিন্নতুনা, সংসার অসি মাঙন-তাক্লবগী মশক ওইবা নরক্কী সংসার ওইরগানি। অদুনা অর্থ অসি অরানবনি।

কর্ম্ম-যোগকী অশেংবা অর্থদি অসিনি মতুদি—কনাগুম্বা মী অমনা মানা তৌরিবা থবক অদু পুক্লংনা তৌরবনি, থবক অদু মানা (lower ego না নত্রগা apparent self না) হায়বদি হকচাংনা তৌরিবনি হায়না নিঙলক্তে। অস্তুম হায়না তৌবা থবক মতৌ অসিনা থবক অদু মপুঙ ফানা ফজনা পাখোকপা ঙম্মী। ইশামক মুকথং-খঙদনা (sub-consciously) থবক কয়াম্ব ঐখোয়না তৌরি। মতুদি—ঐখোয়না চাখিবা পোৎ ভুমহল্লিব, ঈ ওলহনথবনচিংবা অসি ইশা খঙদনা তৌবা থবকনি। ঐখোয়না খঙনা তৌবা (consciously) থবক কয়াম্ব লৈ। মতুদ মীৎনা য়েংবা, খোং-খুৎনা থবক তৌবা অসিনচিংবা। ঐখোয়না সমাধিদা লুপ্পগুম্ব পুক্লিং চঙনা তৌবা থবক মতৌ কয়াম্ব লৈরী। মতুদি কনাগুম্বা লাইয়েকপা মী অমনা, য়াম্না পুক্লিং চঙনা অতোপ্পা বাখল অতৈ খল্লদনা, লাই য়েক্লবদি মী পুম্নমক্কী ভমজনফম ওইবা (master piece) লাই পুখোকপা ঙমগনি। অদুম হায়না চাকখোংবা পুজারী অমনা মানা খোংচি-খা ক্রবা অদুদা পুক্লিং চংলবদি, চাক থোংবগী থবক অদু মানা (lower ego না), হায়বদি হকচাংনা তৌবনি হায়না নিং-লকলোই। গীতাদা তাক্লিবা কর্ম্ম-যোগকী থবক মতৌস্তু অসিগুম্বতনি, মতুদি মী অদুনা যোগনা মরম ওইদুনা তৌরিবা থবক অদুদা পুক্লিং লুপ-খিদুনা, মহাক মশামক (lower ego নত্রগা apparent self) অদু

কাণথোকখিহুনা, থবক অদু ভগবান্-না তৌরিবনি, নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবাগীনি নিংহুনা থবক অদু তৌরিবৈগী মতুংতদনি, থবক অদুগী ফলগী মরমদা করিমত্তা খল্লরোই।

থবকী ফলদি শোয়দনা কংদবা য়ারোই। মরমদি cause and effect কী অতৎ-অথম লৈতবা universal chain গী সংসারনি। অদুগা ফল খুদিংমক, অকবস্ত ফত্তবস্ত য়ানশিল্লবা মক্তনি। অফবা ভাক্তা ওইবা, ফত্তবা সুকয়াও য়াওদবা ফল লৈরোই। মতুগী খুদমদি মৈগী মৈরীগা মৈথুগা মতম পুম্নমক্তা লোইনবগুম্বনি। মরম অসিনা অফবগী চাংনা, ফত্তবগী চাংদগী হেনবা অদুগুম্বা থবক্তবু খল্লগা, ঐখোয়না তৌগদবনি। অর্জুনা ভীষ্ম অমসুং দ্রোণবু লান্দা হাৎলম্মী। মানা মদু তৌরমত্রবদি দুর্যোধনবু জয় তৌবা ঙম্‌লম্‌লোই। মতুদগী খোকলকপা য়াবা ফলদি, অফববু ফত্তবনা জয় তৌরক্তনা দেশ অদুগী প্রজাশিংগী মাঙ্‌তাক্লবগী মশক ওইরক্‌নি। অমুক হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-না কংশ জরাসন্ধ'চিংবা ফত্তবশিংবু হাংলিবসি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী কান্নবগীদমক, নত্তে, প্রজাগী ফননবগীদমক্তনি। ঐখোয়না মুনিদংদা মোম্বতী থান্দুনা লাইরিক পারবদি, শোয়দনা তৈল-কাং থরদি মোম্বতী মৈরীদা চাক্লনা শিরিবনি। অদুনা থবক অমা তৌবদা ফত্তবদি শোয়দনা থরদি মরাওরে।

মরম পুম্নমক অসিনা, অফবগী চাংনা হেনবা অদুগুম্বা থবক অদুতবু খল্লগা তৌগদবনি। তৌগদবা থবক মতৌদি lower ego, হায়বদি ঙকচাংনা থবক তৌরিবনি নিংদনবা থবক অদুদা পুক্নিং য়াম্না চংগদবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবাগীনি খন্দুনা থবক তৌগদবনি। থবক অদুদা পুক্নিং চংখিবনা মরম ওইদুনা, থবক তৌরিবৈগী মতুঙ, অদুতদদি, ফলগী অমসুং ইশাগী ওইজবগী মরমদা করিমত্তা খল্লরোই। অসিগুম্বা থবক মতৌ অসিনা অশেংবা কর্ম্ম-যোগকী থবক মতৌ ওইগনি।

মুনিনা তাকপিরিবা অসিদা পেন্নহুনা খোঙউপসু হল্লবাসু মতুঙদা অশেংবা কর্ম্ম-যোগী ওনব্রে।

["Spiritual nature অদুগা material nature মশক, তাকপা। Material natureগী মনুঙ্দা লৈবা material planets, গ্রহ, উপগ্রহ, ব্রহ্মা, লাইমচা (demigods), মী, অহিংবা জীব, থবায় পান্দবা পোৎ, মখোয় পুম্নমক অসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ। Eternally conditioned soul না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কংগে হায়রবদি krishna consciousness ওইদুনা একান্তিক ভক্তিগা লোয়ননা আত্মসমর্পণ তৌগবদনি।"]

ঐখোয়গী জগৎ সংসার অসিদা লৈরীবা পোৎ পুম্নমক অসি matter গা spirit কা অনিগী পুনশিন্দুনা ওইরকপা পোৎখোক্ মকুনি। Spirit না creation গী মকুওইবা হৌরককনি, হায়বদি matter অসি spirit না শেম্বনি, matter না কৈদৌকৈদম্ব spirit শেম্বা য়াদে। Material world অসিবু ঐখোয়দা খঙহল্লিবা অসি, অতৈ কনামত্তগী মপায় নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী spiritual energy অদু ঐখোয়দা য়াওবনা মরম ওইদুনা, ঐখোয়না material world বু খঙ্বা (consciousness) হায়বা অদু ওইরীবনি। ঐখোয়গী হকচাং ওইরীবা matter অসিসু spirit soul য়াওব মরম্, অঙাং ওইরম্বদগী মথং মথং চাওখৎলকুনা মপুং ফাবা মী অমা ওইরক্লিবনি। মতৌ অদুওমদুনা, পাক চাওপ্রবা material universe অসিগী cosmic manifestation হায়না ঐখোয়না খঙ্নরীবা অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী internal potency or plenary expansion না ওইবা, ঐখোয়না super soul হায়না খঙ্নবা শ্রীবিষ্ণু ভগবান-না material universe অসিদা লৈবননি। মরম অসিনা, matter গা spirit কা তিনশিন্নবদগী ওইগ্রিবা পাক চাওপ্রবা ঐখোয়গী material universe অসি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী material and spiritual energy না ওইহল্লিবনি। মসিগী বাকম অসিবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা ফোংদোক্লি মথুদি—

"জগৎ সংসার অসিগী material নি হায়না খঙ্নরীবা পুম্নমকী পোক্কফমসু অমসুং spiritual নি হায়না খঙ্নরীবা পুম্নমকী পোক্কফমসু ঐনি, অসুম্না তিম্নকমসু ঐনি।" (গীতা ৭।৬)

"ঐহাক অসি spiritual অমসুং material world পুম্নমক্কী হৌরকফমনি। পুম্নমক ঐত্তোম্নগী থোকখিবনি। অশিংবশিংনা মসিবু মুম্না খঙ্হুনা ঐবু ভক্তিনা মরম ওইহনা সেবা পুজা তৌই। (গীতা ১০।।৮)

ঐখোয়গী জগৎ সংসারদা উবিবা অমসুং খঙ্লিবা material nature পুম্নমক অসি philosopher খরনা মিথ্যানি (false নি) হায়, অদুবু বৈষ্ণব, সাধু অমসুং গীতাগী philosophy গী মতুং ইন্না, material nature গী manifestation অসি মিথ্যা নত্তে, অশোংবা পোংনি, তৌবতবু মতমগী মতুংইন্না মাঙ্বা নাইবনি (changeable and temporary নি)। ঐখোয়গী চিঞ্জাক্কী মহৈ-মরোং হৌড়রবা অতিয়াদা কোইপাই পাইবা নৈচীল-নোংফাইগুম্বা নুঙ্গা rainy season গুম্বনি, material nature গী লৈরিবা ফিভম মতৌ অসি। Rainy season লোইরবা মতমদা চিঞ্জাক্কী মহৈ-মরোং চাম্না করম্বা অদু কংশিন্নকই, অদুগা rainy season অমুক ওইরক্লগা, মহৈ-মরোং পুম্নমক অমুক হৌগৎলকই। মত্তৌ অদুগুম্নদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী law of material nature গী evolutionary cycle গী মতুংইন্না, অকক্নবা মতম যুগ খরগীদমক material nature লৈরকই অমসুং মাঙ্খি। অমুম হায়না material nature না অমুক লৈরকপা অমসুং মাঙ্খিবা অসি মতমগী থোঙ্লৈ অমসুং যুগকী মতুং ইন্না, হন্না হন্না অমুম তৌদুনা কোয়লৈ লৈদুনা eternally অদুম্মক লৈরবনি। অসিগুম্বা ফিভম-মওং অসিবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্-না গীতাদা কোংদোক্লি মথুদি—

"ব্রহ্মাগী নোংঙ্তাংনবা চায়বন্থু হেক্ ওইবদা কোংদবা অব্যক্তনগী (unmanifested) অফোংবা মশক, পাননবা ব্যক্ত (manifested) ওইবা পোং পুম্নমক থোরকই। অদুগা ব্রহ্মাগী অহিং হেক ওইবদা অব্যক্ত কোংদবা মঙংদা অমুক তিনখি।" (গীতা ৮।।১৮)

মরম অসিনা material and spiritual nature অনিমক eternal নি, অদুগা মিথ্যানু (false নু) নত্তে। Material natureদি

ইবুংঙোগী separated energy নি, অদুগা ইবুংঙোগী spiritual energy না ওইরিবা living entity শিংদি separated energy নত্তে, eternally related energy নি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননে, living entity নে, material nature নে অমসুং মতম্‌নে (duration of existence of the whole universe) মতম পুম্নমক্তা মরী লৈনৈ, অদুগা eternal সু ওই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী লৈরিবা কীভম করম হায়না তৌবগে, ইবুংঙোদগী পুথোকপা (plenary expansion or internal potency) মথা হন্দবা লাই ময়াম্‌' লৈরিবা কীভম করম হায়না তৌবগে, living entities না কদায়দগীনো অদুগা মখোয়গী constitutional position না (স্বরূপ) করিনো, প্রকৃতি অমসুং cosmic manifestion না কদায়দগীনো অদুগা মখোয়গী তৌবা ভবা শক্তিন' করিনো অমসুং মখোয়বু মতম্না (time) করম হায়না control তৌই, living entities গী activity শিংনা করিনো অসিনচিংবা শ্রীমদ্ভগবতগীতাদগী ঐখোয়না খঙ্‌বা ঙম্মী।

হৌজিক্কী মতমগী মীওইবগী চাওখৎলবা যুগ অসিদা space ship, atomic energy নচিংবা মীওইবগী কান্নবা পোৎশিং য়াম্না পুথোক্লে। অদুমক্তি ওইরগা ঐখোয়না পোকপা, অহল ওইরকপা, লায়না না নাবা, শিবা অসিদগী নাথোকপদ ভমদে। ঐখোয়না ভবাবা ফংলিবা অসিদগী কন্‌বা ভমাত্রবা করিগীনো হায়না অশিংবা মী অমনা, হৌজিক্কী মতমগী চাওখৎলে হায়রিবা scientist অমদা হংলুবদা মানা খুমলকপা য়াই, মহাক্‌দি material science অসি নোংম-নোংমগী অমুক অমুক য়াম্না চাওখৎলক্লি, মমৈথংদদি, শিদবা, নহাদা ওইদুনা লৈবা অসি মীওইবনা ভমলকপা য়াই হায়গনি। পাওখুম অদু খুম্ফম খঙ্‌দ্রদুনা পংহায় হায়জিনবগী বানি। মখোয়না material nature বু মুম্না খঙ্‌দদুনা তৌবনি। material nature গী মথুং‌দা লৈবা, হকচাং লৈবা অহিংবা জীব পুম্নমক, material nature গী law তক্কী মথা পোল্লি। মখোয় অদুদি—

(১) পোকপা, (২) চাওথংলকপা, (৩) মশানা হিংনবা হোৎনজবা, (৪) মশাগী মওং হোংলকপা, (৫) অহল ওইরকপা অমসুং (৬) শিবা অসিনি। Material nature গী মরী লৈনদুনা লৈবা জীব পুম্নমক, লাইমচা (demigod) ওইসনু, ব্রহ্মা ওইসনু, শা ওইসনু নত্রগা উ-পাম্বী ওইসনু—পুম্নমক law of material nature অসিগী মথাদা লৈতবা য়ারোই।

হকচাং লৈবা জীব পুম্নমকী species, হায়বদি কাংবু মওং তোঙান-তোঙানবগী মতুংইন্না হিংবগী পুন্সিসু মান্নদে। Material universeকী খ্বায়দগী হেন্না চাওরবা জীব ব্রহ্মা, চহি লাক্ষ লাক্ষ কয়া পুন্সিরম্বা য়াই, অদুগা য়াম্না পীকপ্রবা germ অমনা পুং খরদং পুন্সিরম্বা য়াই। অদুবু মপুন্সি তেল্লি, শাংই হায়বদমক মঙাই, অমত্তনসু মতম পুম্নমক্ত হিংদুনা লৈবদি ঙমদে। Material atmosphere দা লৈব' পোৎ পুম্নমক, করিগুম্বা condition খরগী মথাদা পোকপনি নত্রগা শাবনি। Condition শিং অদুদি— (১) মথোয় মতম খরা লৈগনি (Transitoriness), (২) মথাতানা মতম খরা হিংদুনা লৈবা তারবদি, মথোয় চাওবা নাইগনি, (৩) মথোয়গী মচা পোকলকনি, (৪) মতুঙ্দা অসুম অসুম অহল ওইদুবা হস্তরকনি, (৫) মমৈথংদা মাঙখিগনি, হায়বদি শিখিগনি। Material nature গী মমুঙ্দা universe লাক্ষ লাক্ষ লৈ। অদুগুম্বা universe খুদিংমক্তা ব্রহ্মা অমমম লৈ। অদুগুম্বা ব্রহ্মা খুদিংমক কাওব' নোংমা নত্রগা নোংমদি শিগদবনি। মরম অসিনা material universe পুম্নপ অসিবু মৃত্যু লোক, হায়বদি শিবা নাইবা মফম কৌই।

Material scientists নত্রগা politician শিংনা spiritual nature অমা লৈ, মদুগী মমুঙ্দা spiritual universe কয়া অমসু লৈ, অদুগা অদুগুম্বা spiritual universe অদুগী মমুঙ্দা লৈবা জীব পুম্নমক মওং হোংবসু লৈতে, শিবসু লৈতে হায়বা অসি মথোয়না খঙদে। মরম অদুনা মথোয়না ভৌতিক লৈরীবা পৃথিবী অসিবু শিদবগী মফম

ওইহনগনি হায়না হোৎনরী। থবক ওইনা তৌবদগী চুমলে হায়না খঙ্-লবা, মায়াগী বাংমদা লৈবা অচুপ্পবা জ্ঞান অদু ( matured and transcendental knowledge) বেদগী মমুঙ্দা মপুঙ্ফানা য়াওরী। অচুপ্পবা জ্ঞান অদু মখোয়না খঙ্দবদগী থোক্লিবনি। হৌজিক্কী মতমগী মীশিংনা বেদ, পুরাণ অমুগা ধর্মগী লাইরিক পুম্নমক্কী লাপ্না হন্দোকখ্রিবা অমসুং মদুগী জ্ঞান ফংবা ঙমদ্রিবা অসি, ঐখোয়গী লাইবক থীবনি।

বিষ্ণু পুরাণগী ৬শুবা খণ্ড, ৭শুবা অধ্যায়, ৬১শুবা শ্লোক্তা অসুম্না হায়রী মদুদি শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী তোঙান-তোঙানবা শক্তি লৈ। মখোয় অদুদি—(১) পারা শক্তি (superior energy—অহেনবা শক্তি). (২) অপরা শক্তি (inferior energy—হন্থবা শক্তি, মসিবু অবিদ্যা শক্তিসু হায়রৈ)। হৌজিক-হৌজিক ঐখোয়গী material energy গী মমুঙ্দা পোক্লিবা থোৗদোক অমসুং ওইরিবা মঙং পুম্নমক শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী অবিদ্যা (inferior energy) শক্তি লৈবনা ওইহল্লিবনি। হায়রীবা শক্তি অসি লৈবনা ঐখোয়না মীৎনা উরিবা পোৎশক্কী ওইবা সৃষ্টি (material creation) অসি ওইরিবনি। শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী পারা শক্তি (superior energy) অদুনা অশিবা লৈত্রবা, মতম পুম্নমক্তা অদুম্মক লৈরবা (eternal) সৃষ্টি অদু ওইরবনি (eternal and deathless creation of the supreme lord )। অসিগুম্বা ফীভম অসিবু গীতাগী ৮শুবা অধ্যায়গী ২০শুবা শ্লোক্তা অসুম্না হায়রী।

"Material nature গী ব্যক্ত (manifested) অমসুং অব্যক্তগী (unmanifested) বাংমদা eternal অমসুং transcendental ওইরবা nature অতোপ্পা অমা লৈরী। অদুগুম্বা nature অদু supreme নি অদুগা মাঙ্বসু লৈতবনী। Material world না মাঙ্খ্রবদা মাদি মাঙ্বা লৈতনা অদুম্মক লৈরী।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী superior spiritual energy দি transcendental অমসুং eternal নি। অদুগুম্বা spiritual energy অদুদি,

ব্রহ্মাগী থুংখিলগী মতমদা manifest ওৌবা অদুগা থুমিদাংগী মতমদা unmanifest ওৌবা অদুগুম্বা material nature গী থাংমদনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী superior spiritual energy দি material nature গী পুরা তায়োম্বনি।

Material nature গী planet পুম্নমক, হায়রিবদি মথক থংবা, মথা থংবা, মরক্তা লৈবা, থুমিং, থা, ভেনসনচিংবা planet পুম্নমক য়াওনা material universe অসিদা শম্লোক্লা লৈরি। হায়রিবা universe অমদা লৈরিবা planet শিং অসিগী মপুনসি অসি, universe অদুদা লৈরিবা ব্রহ্মা অমগী মপুনসি ফাওবতগীনি। অসিগুম্বা universe অসি ব্রহ্মা অমমম্‌গা কোম্নদা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী material atmosphere দা মশিং লাকপা ভমদনা তাওদুনা লৈ। অদুনদি মসিদগী ঐখোয়না খঙলে, মদুদি ঐখোয়না হৌজিক উরিবা universe অসিমক্তা নত্তে, material atmosphere গী মথুঙ্‌দা মশীং লাকপা ভমদনা material universe ময়াম ব্রহ্মা অমমম্‌গা কোম্নদা লৈ। মথা থংবদা লৈবা planet থরদি ব্রহ্মাগী নোংমা কারগা মাঙ্‌খি। ব্রহ্মাগী মথংগী থুমিক্তা অমুক হন্না শেম্মী। মথক থংবা planet তা লৈবা জীবশিংগী চৎনরীবা মতমগা, মথা থংবা planet তা লৈবা ঐখোয়গী চৎনরিবা মতমগা মায়দে। ঐখোয়গী চৎনরিবা মতমগী চহি অমগা, মথক থংবা planet তা লৈবা জীবশিংগী পুং ২৪ গা, হায়রবদি থুংখিল অমগা থুমিদাং অমগনা অপুনবা অদুগা মান্নে। মথা থংবদা লৈবা ঐখোয়গী planet কী যুগ মরি, হায়রবদি সত্য ত্রেতা, দ্বাপুর অমসুং কলিগী মতম অসি, মথক থংবা planet কী চৎনরিবা মতমগী মতুং ইন্না পাররবদা, চহি ১২,০০০ (লিশিং তরানিথোই)নি। লাইগী চহি অমা মীওইবগী চহি ৩৬০ নি (বিষ্ণু পুরাণ ১।৩।১০-১৫)। মসিবু মীওইবগী চহিদা পাররবদি—

jivatma) হায়না খঙ্,লৈ। অসিগুম্বা ব্রহ্মাগী নপুন্সি অমমম, লোইবা অসিবু মীওইবনচিংবা জীবশিংগী মহাপ্রলয় হায়না খঙ্,লৈ। ব্রহ্মানা চহি লাক্ষ কয়াগী মতুংদা অমুক পোক্লক্লবদা, জীবাত্মাশিংনা হকচাংগা কোয়না অমুক ফোংদোকই। অসুম হায়না জীবাত্মাশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী material energy গী মমুঙ,দা, হায়বদি মৃত্যুলোকী মমুঙ,দা, হন্নিন-হন্নিন ব্যক্ত ওইনা অমুক, অব্যক্ত ওইনা অমুক লৈগনি। মুক্তি ফংলবা মী-শিংদি (liberated persons) spiritual atmosphere or nature দা লৈগ্রবনিনা, মখোয়গী জীবাত্মাশিংদি material nature গী ব্যক্ত অমসুং অব্যক্ত ওইবা ফীভম অনিমক্তা য়াওদে।

মথক্তা হায়খ্রিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী material atmosphere গী মমুঙ,দা লৈবা অব্যক্ত ওইবগী মওং অনি, হায়বদি খণ্ডপ্রলয়গী অব্যক্ত অমসুং মহাপ্রলয়গী অব্যক্ত অনি অসিগী বাংমদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী spiritual atmosphere or nature অমা লৈ (গীতা ৮৷২০)। হায়রিবা spiritual atmosphere অসিগী মমুঙ,দা spiritual planet মশিং লাকপা ভমদনা লৈ। মখোয় অদু মতম পুম্বনক্তা মাঙ,বা লৈতনা (eternally) লৈ, হায়বদি material universe তা লৈবা planet শিংনা মাঙখ্রবসু মখোয়দি অদুম্বক লৈ। ব্রহ্মা ময়ামগী জগৎ তা ওইরিবা অমসুং পোক্লিবা থোদোক পুম্বনক material atmosphere গী মমুঙ,দা ওইবা মরম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী পুখোকপা শক্তিগী (energy) শরুক ১/৪ নি (গীতা ১০।৪২)। ব্রহ্মাশিংগী jurisdiction গী বাংমদা লৈবা spiritual atmosphere অদুদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী পুখোকপা শক্তিগী (energy) শরুক ৩/৪ নি। (গীতা ৮৷২০) মরম অসিনা material atmosphereবু একপাদ বিভূতি, অদুগা spiritual atmosphere বু ত্রিপাদ বিভূতি হায়না খঙ,লৈ। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী spiritual atmosphere or nature অসিবু ইবুংঙোগী superior energy নত্রগা পারা শক্তি হায়নসু খঙ,লৈ।

গীতাগী অধ্যায় ৭কী শ্লোক ৪ শুবদা অমুম্না হায়রী। মহুদি— "লৈবাক, ঈশিং, মৈ, মুংশিং, ether, পুক্নিং, বুদ্ধি, অহঙ্কার মথোয় নিপাল অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐগী তোঙান্না থায়দোক্লবা প্রকৃতি (separated material energy) নি।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী constitutional position অদুগা মহাক্কী তোঙান-তোঙানবা শক্তিশিং থঙ্গে হায়রবদি, science of god analyse তৌবা দরকারনি। Material nature বু প্রকৃতি নত্রগা ইবুংঙোগী energy হায়নস্থ খঙৈ। খ্বহ্তঃ তত্ত্বগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী তোঙান-তোঙানবা পুরুষ অবতার (plenary expansions) শিংবু ইবুংঙোগী energy (শক্তি) হায়নস্থ খঙৈ। মহুদি—

"বিষ্ণো' তু 'ত্রি'নি রূপানি পুরুসাখ্যান্য অথ বিদুহঃ।
একাস্তু মহতঃ স্রস্তু, দ্বিতিয়ম, ত্ব অণ্ড-সমস্থিতম।
তৃতিয়ম, সর্ব্বভূতস্থম, তানি জ্ঞাত্বা বিমুচ্যতে॥"

"Material creation গীদমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী plenary expansion ন' শ্রীবিষ্ণুগী মূর্ত্তি অহুম থোক্লা লৌই। অহানবা মূর্ত্তি শ্রীমহাবিষ্ণুনা "মহৎ তত্ত্ব" হায়না খঙনরবা material energy পুম্মনক শেম্মী। অনিশুবা মূর্ত্তি শ্রীগর্ভদশায়ী বিষ্ণুনা material universe পুম্মনক্কা চঙ্হুনা, মথোয়গী মমুঙদা লৈবা অহিংবা অমসুং হিংদবা পোৎ পুম্মনক্কা তোঙান-তোঙানা থেম্না উরিবা অসি মহাক্কা তৌহল্লিবনি। অহুমশুবা মূর্ত্তি শ্রীক্ষীরদশায়ী বিষ্ণুনা material universe পুম্মনক্কা চঙ্হুনা মকম পুদিংমক্কা শীনবা থুংনা লৈহুনা super soul হায়না খঙৈ। পীকপ্রবা atom অমগী মমুঙদা ফাওবা মহাক্কা লৈ হায়হুনা ইবুংঙো মহাকপু paramatma হায়নস্থ খঙৈ। কনাগুম্বা মী অমনা শ্রীবিষ্ণু ভগবান অহুম অসিবু মুরা খঙহুবদি material না পুনবা (material bondage) অসিদগী নাম্থোকপা ঙমগনি, হায়বদি মুক্তি ফংগনি।"

Material world অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy গী শক্তক মচেৎ অমখক্তংগী ওইবা temporary manifestation নি। অদুগা material world গী চালাইনবা direction পীরিবসি, ইবুংঙোগী plenary expansion ওইরিবা শ্রীবিষ্ণু ভগবান অহুম অসিননি। মরম অসিনা factual Absolute truth তি অতৈ কহিরম্বা নত্তে supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি। ইবুংঙো মহাক complete energetic person নি। অদুনা ইবুংঙোগী তোঙান-তোঙানবা energy মযাম, হায়বদি separated and inseparated energies, superior and inferior energies, spiritual and material energies, পরাশক্তি অমসুং অপরাশক্তি, বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা মায়া, internal and external potencies, inconceivable potencies, (অচিন্ত্য শক্তি) অসেংনচিংবা লৈ।

Spiritual nature গী মমুত্তদা লৈবা খুন্দদগী চাওবা supreme personality of godhead অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি। গীতাগী ৮শুবা অধ্যায়গী ২২শুবা শ্লোকতা অসুম্না হায়রী। মহুদি—

"পুরুষঃ স পরঃ পার্থ ভক্ত্যা লভ্যস্ত্বনন্যয়া।
যস্যান্তঃস্থানি ভূতানি যেন সর্বমিদং ততম্॥"

"হে পার্থ। খুন্দদগী চাওবা supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণদু অনি লোইনবা একান্তিক ভক্তিনা (unalloyed devotion) ফংনা ওইদুনা যংবা ঙমগনি। মহাক্কা মহাকী খুন্দদা মতম পুম্নমক্ত লৈরবসু, মহাক মফম পুম্নমক্তা লৈনবা ঙমগনা লৈ অদুগা পুম্নমক মহাকী মনা মমুত্তদা লৈ।"

খুন্দদগী মতোম লোম্নবা লমখুংকম অদুবু বৈষ্ণবদা, কনাগুম্বা অমনা অমুক হন্না হল্লকরোইদবা অদুগুম্বা থাম অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থামনি। অদুগুম্বা খুন্দদগী বাংলবা থাম অদুবু ব্রহ্মসংহিতাদা "আনন্দচিন্ময়রস" হায়না কোংদোকই। মসিবু spiritual bliss তাক্না ভাইরবা অদুগুম্বা থাম

হায়না খঙ্ৈ। মকম অদুদা অমগা অমগা মাম্নদনা তোঙান-তোঙানা উবিবা পুম্নমক অদু material গী ওইবা অমত্তা নত্তে spiritual ভাকনি, মরমদি পুম্নমক অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী spiritual energy ভাকনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মহাক্কী "আনন্দ চিন্ময়রস" ধামদা মতম পুম্নমক্তা লৈরবসু, মহাক্কী material energy না material universe শেম্বনি। Spiritual অমসুং material energy না মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মকম পুম্নমক্তা, হায়বদি material অমসুং spiritual universe পুম্নমক্তা লৈ হায়বনি। "য়স্যান্তঃ স্থানি" হায়বদি material energy ওইরবসু spritual energy ওইরবসু পুম্নমক ইবুংঙো মহাক্কী মখা মথুঙদা লৈ হায়বনি।

শ্লোক অসিদা (গীতা ৮ ২২) শেংনা হায়রি মতুদি ভক্তিনা মরম ওইদুনা থনাগুম্বা অমনা বৈকুণ্ঠদা চংভবা ফংগনি, হায়বদি spiritual planetary system দা চত্ননা ভগনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মতেংমতদগী, মশাং লাকপা ভূমদৰ বৈকুণ্ঠ পুম্নক্কীদমক, plenary expansion লাক্ক লাক্ক পুদোকই। হায়রিবা plenary expansion গী মূর্তিশিং অসি মপুং ৪। মসাংবু, তদুগা অদুগুম্বা plenary expansion অমমমনা মশাং লাকপা ভূমদৰ spiritual planet অমমমগী মপু ওই। মহাক্কী ধাম গোলোক বৃন্দাবনদা লৈরগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মহাক্কী মকম পুদিংদা শীংবা থুংবা শক্তিনা (all pervasiveness) মরম ওইদুনা, material অমসুং spiritual universes কী শবক পুম্নমক বরিগুম্বা অমত্তা অকায়বা লৈতনা পাংলোকই।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংননবা হোংনবসি পুক্নিং অমি লোঙলবা একান্তিক ভক্তিনা ভমগনি। অতৈ অতোপ্পা লাইনিং লম্বেল হায়বদি জ্ঞান-মার্গ, (philosophy), যোগ-মার্গ, (mysticism) অদুগা মহৈ পাম্বা কর্ম্ম-মার্গ (fruitive work) না মাবু ফংবা ঙমলোই। মহৈ পাম্বা কর্ম্মশিংনা স্বমিং ধানচিংবগী লৈফম ওইবা স্বর্গলোক্কী planet শিং কাওবা ফংবা

চমগনি। জ্ঞানি অমসুং যোগীশিংনা মতুংদগী হেনগৎপা planetশিং হায়বদি ব্রহ্মলোক-নচিংবা কাওবা ফংবা ঙমগনি। অদুগা মখোয়না ভক্তি-মার্গদা চংশিনা হেন্না মগুণ লৈরক্লবদি, spiritual natureদা চঙ্‌বা ঙমগনি। মতুংসু spiritual sky অদুগী ব্রহ্মজ্যতি অদুদগী, নত্রগা বৈকুণ্ঠ planetতা ওইগদ্রা হায়বা অদু, মহাক মহাক্কী ভক্তিগী মথা পোল্লী। মরম অসিনা ভক্তিতনা, ঐখোয়না spiritual বৈকুণ্ঠ planet তা চঙ্‌বা ঙমগনি।

Material planet তা লৈবা হকচাং পানবা জীব পুম্নমক্না, হায়বদি ব্রহ্মাদগীনা পীকপ্রবা ককচেং কাওবনা, material nature গী পোৎ পুম্নমক, মখোয়গী খুদুম মথাদা থমনিংই অদুগা মপুসু শানিংই। মসি য়াম্না লানঞবা লায়না (material disease) অমনি। অসিগুম্বা material disease অসি লৈরীবা মথৈ, অহিংবা জীব পুম্নমক্না অমুক শিবা, অমুক পোকপা তৌদুনা, হকচাং ওন্‌থোক্‌ ওন্‌শিন তৌবসি অদুম্মক তৌদুনা লৈগনি। জীব অদু মী, লাই, শা ওইনিংবা য়ুক্তি অমা ওইসমু, মহাক প্রলয় অনিমক্তা, হায়বদি ব্রহ্মাগী অহিং অমদা তৌবা প্রলয়, অদুগা মহাক্কী মপুন্সি অমা লোইরগা তৌবা প্রলয়, অনিমক্তা জীবাত্মা অদুনা কোং-দোক্তুনা (অব্যক্ত ওইনা) অরা-অনা খাঙ্‌দুনা লৈগনি। হন্না-হন্না পোকপা, হন্না-হন্না শিবা অদুগা লোয়ননা অহল ওইরকপা, লায়নানা মাবা অসিদগী কোক্কে খন্নবদি, ঐখোয়না spiritual planet তা চঙ্‌ননবা হোৎনগ-দবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মহাক্কী plenary expansion গী মূর্তিশিংগী মতেঙ্‌না, spiritual planet পুম্নমক্কী মপুনি।

মী, লাই, জীব অমত্তনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খুদুম চৎবা য়ারোই। হকচাং লৈবা জীবনা (conditioned soul না) material natureবু খুদুম চনগদবগী হোৎনৈ। মতুগী ওন্নতৈনবদা, মহাক material natureগী নিয়মগী মথাদা লৈ, অদুগা মহাক হন্না হন্না পোকপা শিবগী অরাবস্তু ফংদুনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না চানবীদুনা অরাবা অসিদগী মপুং ফানা কোক্লনবা, দ্বাপুর যুগতা মর্ত্যদা অবতার তৌদুনা মপুং ফাবা ধর্ম্মবু অমুক

হন্না লিংখৎপীরম্মী। ধর্ম্ম অসিগী মরুওইবা পাওতাক্তি মঙোন্দা আত্মসমর্পণ তৌ (surrender তৌ) হায়বনি। মসিনা গীতাগী ১৮শুবা অধ্যায়গী ৬৬শুবা শ্লোক্তা য়াওবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ইকোন-কোনবা পাওতাক্তি। মস্থদি—

"সর্ব্বধর্ম্মান, পরিত্যজ্য মামেকং শরণংব্রজ।

অহংত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ।"

"ধর্ম্ম অতোপ-অতোপ্পা পুম্নমক হুন্দোক্লগা বাসুদেব ঐঙোন্দদা চঙ্‌জৌ; ঐনা নঙ্‌বু পাপকী মপৈদগী লাম্থোকপিগনি; অৱাবা সুং-ঙাইতবা তৌগনু।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ধারদি spiritual nature দনি, মায়াগী বাংমদা, হায়বদি material nature গী বাংমদা লৈবনি। মরম অসিনা, মায়াবু লাম্থোকপা, হায়বদি material nature বু লাম্থোকপা হায়বা অসি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা চংজরবতদা ঙমগদবনি তাকপিবনি। মস্থু তশেংনা গীতাগী ৭শুবা অধ্যায়গী ১৪শুবা শ্লোক্ত হায়রী মস্থদি—

"গুণ অহুম' তিনবী অসিগুম্বা ঐগী দিবা মায়া কৌবসে লাম্থোকপা লুবনি। সুম্নগী ঐঙোন্দা চংজরবশিংতনা (surrender তৌরবশিংতনা) মায়া অসি লাম্থোকই।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী শক্তি মশীং থাবা ঙম্বা নত্তে, মখোয় পুম্নমক অহু লাইগী ওইবা শক্তি ঙাক্তনি। অহিংবা জীব পুম্নমক ইবুংঙো মহাক্কী মচেৎ অমমম, ওইবনা, মখোয় পুম্নমক ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি য়াওই। অতুম্নদি ওইরগা, material energy গা শম্নবা মরম্না, মখোয়গী হান্নদগী ওইরকপা শক্তি অহু কুপশিনরে। অসুম হায়না মখোয়না material energy গী influence অতুদগী লাম্থোকপা ঙমদে। material nature সু spiritual nature সু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী পুথোকখিবনিনা, মখোয় অনিমক eternal নি। অহিংবা জীবনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী superior and eternal individual soul ওইরবসু, material nature গী মায়ানা

কুপশিনখিবদগী মায়ানা eternally কুপলবা individual soul ওইরে। মরম অসিনা conditioned individual soul বু নিত্য-বদ্ধ (eternally conditioned individual soul) কৌই। অসিগুম্বা মপাঙ্গল কল্লবা material nature গী influence অসি মপাঙ্গল লোম্বহন্দুনা, মতুঙ্দা চঙ্দনবা হোৎনগে হায়রবদি, krishna consciousness ওইহুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা আত্মসমর্পণ (surrender) তৌরবতদা ভনগদবনি হায়না গীতাগী ৭শুবা অধ্যায়গী ১৪শুবা শ্লোক্তা তাকপীরি।

অজ্ঞান ওইবা মীশিংনা য়াম্না হৈ শিংনা মীবু থাজহন্দুনা, গীতাগী ১৮শুবা অধ্যায়গী ৬৬শুবা শ্লোকী শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মরু ওইবা পাওতাক অসিবু ওন্ন-তৈননা অর্থ তৌবিহুনা, মী অয়াম্বা ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা লমজীংবিরে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না অর্জুনদা তাকপদি অসিনি হায়দি—"অর্জুন নহাক্না ঐনা তাকপা লাইনিং লমেল পুম্নমক থাদোকুনা, বাসুদেব ঐহাক্তা চংজো। ঐনা নংবু পাপকী মহৈদগী লাংজোকপীগনি, চিংনগনু।" শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা অর্জুনদা তাকখিবা লাইনিং লমেল পুম্নমক, হায়বদি—(১) ধর্মগী তৌফম থোকপা চৎনবীগী নিয়ম (process of religion), (২) পরংব্রহ্মগী জ্ঞান (knowledge of supreme brahman), (৩) পরমাত্মাগী জ্ঞান (knowledge of super soul), (৪) বর্ণধর্ম, আশ্রম ধর্ম অমসুং পুম্নমক অহেনবা অচম্বা ধর্ম (knowledge of different types of orders and statuses of social life), (৫) সন্যাস ধর্মগী জ্ঞান (knowledge of renounced order of life), (৬) ওইজবা থাদোকপগী জ্ঞান (knowledge of non-attachment), (৭) থুক্তি অমসুং জ্ঞানেন্দ্রিয় পুহুম চনবা (knowledge of sense and mind control, (৮) ধ্যান তৌবা (meditation) অসিনচিংবা গীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা অর্জুনদা তাকপীখিবা অহুবুনি। অসিগুম্বা লাইনিং লমেল পুম্নমক থাদোকুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা আত্মসমর্পণ তৌজো (self surrender) হায়বনি। আত্মসমর্পণ অহুতনা নাগী পাপ পুম্নমক কোকপা ঙমগনি।

মথক্কা হায়গ্রবা ঈশোপনিষদকী ১৪শুবা মন্ত্র অসিনা তাকপীরি, মথুদি ঐখোয়না ইহান হানবদা "সম্ভূতিং", হায়বদি খ্বায়দগী চাওবা ভগবান (the supreme personality of godhead) অদুগা "বিনাশ", হায়বদি মাঙ্বা নাইবা মীৎনা উবা অমসুং উদবা material nature গী মমুঙদা লৈবা পোৎ অমসুং অহিংবা জীব পূম্নমক (temporary material manifestations), অদি অসি মপুং ফানা মশক খঙ্নবা হোৎনগদবনি। Temporary material manifestations অদুতবু খঙ্বতনদি, কনামত্তনা কৱিনত্তগু মাঙ্খিগদবদগী কনবা ঙম্লোই। বেদনা তাকপীরিবা অমসুং খঙ্হল্লিবা পূম্নমক অসি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ৎংননবগীদমক্তনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ধামদি spiritual nature গী মমুঙ্দনি, অদুগা ঐখোয়না material nature গী মমুঙদা লৈবনি। মরম অসিনা, ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ধামদা চংগে হায়রবদি, material nature অমসুং spiritual nature অনিমকী ভোবা ঙম্বা শক্তি, মওং মতৌ, মতম, material nature গী মমুঙদা লৈবা অহিংবা জীব অমসুং হিংদবা পোৎ পূম্নমকী constitutional position অসিনচিংবা পূম্নমক মুম্না খঙ্নবা হোৎনগদবনি। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরন পম্বালদা devotional service অমসুং ভক্তিতনা আত্মসমর্পণ (self surrender) তৌগদবনি। অসিগুম্বা বেদগী পাওতাক অসিবু অপাম্বা অমসুং পামদবা অনি খোক্কা খায়দোক্লনা হংবগী দরকার লৈতে। ঐখোয়না material nature গী মমুঙদা লৈদুনা, হম্না-হম্না পোকপা অমসুং শিবদগী ফনগে হায়রবদি, devotional service অমসুং ভক্তিতনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদা আত্মসমর্পণ তৌগদবনি।

(ঙ) ভক্তি যোগ, নিপালশুবা শরুক।

(শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যতিবু হাংদোকপিদুনা মনাই ভক্তগী মকমদা থোজানবীদুনা দরশন পীবিয়ু হায়জবা।)

["শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গোলোকধাম বৃন্দাবনদা সুকলেং লেপ্তং-দনা লৈরবসু, ইবুংঙো মহাক্না spiritual অমসুং material universe পুম্নমক্কী ঙাকপীবা অমসুং য়োকপী-থাকপীবনি। অদুমদি ওইরগা, ইবুংঙোগী plenary expansions শ্রীবিষ্ণু ভগবান মখোয়না থবক তৌবনি, ইবুংঙো মশামক্তি করিমত্তা তৌদে। হিরণ্যপত্র কৌবা অরংবা মঙাম্না ইবুংঙোবু কুপশিন্নি। খ্বায়দগী মপানথংবা অরংবা মঙান realise তৌববু realisation of impersonal brahman হায়না খঙ্‌নৈ। plenary expansion বু realise তৌববু paramatma realisation হায়না খঙনৈ। ইবুংঙোগী কৃপাদগী হিরণ্যপত্র হাংদোকপিদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ভক্তনা দর্শন ফংজবা অদুবু realisation of the supreme personality of godhead in full potency হায়না খঙ্‌নৈ। Transcendentalists মখল অহুম চাংদম্নবদা, কর্ম্ম তৌবদগী জ্ঞানিনা হেন্নী, জ্ঞানিদগী যোগীনা হেন্নী। Mystic যোগীশিংগী মনুংদসু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ভক্তিনা মরম ওইদুনা নুংশিনা সেবা তৌজরিবা যোগীনা খ্বায়দগী হেন্নী।"]

ঈশোপনিষদকী ১৫শুবা মন্ত্রনা অসুম্না হায়রী। মদুদি—

"হিরণ্ময়েন পাত্রেণ সত্যস্যাপিহিতং মুখম্।

তত্ ত্বং পূষন্নপাবৃণু সত্যধর্মায় দৃষ্টয়ে॥"

"অহিংবা জীব পুম্নমক্কী ঙাকপী-শেনবীবা হে ইবুংঙো! মিংথকপা ফংনা লাংলবা মঙাম্না নহাক্কী অশেংবা মাইথোং কুপশিন্নি। অদুগুম্বা

মাইখুম অহু চানবীহুনা হাংদোকপীয়ু, অহুগা নহাকী অশেংবা ভক্তদা ইবুংঙোগী অশেংবা শক্তম্মা দরশন পীনবিয়ু।"

গীতাগী ১৪শুবা অধ্যায়গী ২৭শুবা শ্লোকতা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ইবুংঙো মাগী শ্রীমূর্ত্তিদগী থোক্লকপা মীৎথকপা কংনা লংলবা ব্রহ্মজ্যতি গী মরমদা অশুম্মা হায়রী মহুদি—

"ব্রহ্মণো হি প্রতিষ্ঠাহ—মমৃতস্যাব্যয়স্য চ।
শাশ্বতস্য চ ধর্ম্মস্য সুখস্যৈকান্তিকস্য চ॥"

"ঐ অসি constitutional position গী মতুংইন্না মাঙ্বা লৈতবা (imperishable), হোংবা লৈত্রবা (immortality), সনাতন ওইরবা (eternal) অমসুং একান্তিক সুখ ওইরবা (ultimate happiness) Impersonal Brahman গী তুংনফমনি।"

Impersonal ব্রহ্মন (impersonal ব্রহ্মজ্যতি), পরমাত্মা অমসুং ভগবান মখোয় অহুম অসি absolute truth খীনবগী মীয়েং অহুমনি। Impersonal brahmanগী constitutional position দি immortality, imperishability, eternity অমসুং happinessনি। Impersonal brahman বু ফংবদি transcendental realisation ফংনবগী অহানবা হৌগৎলকপা মচিন্নি। মরম অহুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংজনবা তমথৎলক্লিবা মীশিংনা impersonal brahman বু ইহান হান্না ফংই। থরা হেন্না মশুন লৈরক্লবা মীশিংনা অনিশুবা থাক ওইনা পরমাত্মাবু ফংই। অহুগা absolute truth পু খিবদা অরোইবা পনখৈ ওইনা ফংবদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংজবনি। মরম অসিনা impersonal brahmanসু পরমাত্মাসু মখোয় অনিমক, ultimate source অমসুং তুঙনফম basis ওইরিবা complete absolute whole হায়না খঙনবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মমুঙ্দা পুমকোন কোনশিন্দুনা য়াওরবনি। গীতাগী ৭শুবা অধ্যায়দা য়াওরিবা জ্ঞান-বিজ্ঞানযোগকী (knowledge of the abso-

lute) মরমদা খঙ্‌হনবদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ভাকপীরি, মহুদি ইবুংঙোনা মাগী inferior energy না ওইবা material nature বু পুথোকপগা লোয়ন-লোয়ননা, ইবুংঙো মাগী superior energy না ওইবা spiritual nature গী মচেৎ মচেৎশিংবুসু পুথোকই (গীতা ৭।৪,৫,৬)। মসিগী ফীভম অসিবু material nature গী মমুঙ্‌দা spiritual nature ওইবনা মচেৎ-মচেৎ য়াওশিন্‌হনবা হায়না খঙ্‌নৈ। (that is the spiritual touch in the material nature) I spiritual nature গী মচেৎ-মচেৎনা হকচাং য়াওবা অহিংবা জীব অমা ওইনা হেক ওইখিবদগী হৌনা, হায়বদি individual living entity অমা ওইনা হেক ওইখিবদগী হৌনা, material nature গী influence শোয়দ-নমকী লৈখ্রে। অদুগুম্বা conditioned living entity ওইবা মী অমনা spiritual knowledge খিবদা, অহানবদা material natureগী influence তগী নাম্বে'ক্লনবা হোৎনদবা য়াদে। অসিগুম্বা হোৎনবা মহোৎন অসি তোঙান-তোঙানবা লাইনিং লম্বেলগী, হায়বদি কর্ম-যোগ, জ্ঞান-যোগ, রাজ-যোগ অমসুং ভক্তি-যোগকী মতুংইন্না, তোঙান-তোঙানবা method লৈজরবসু, material nature গী influence লৈতহন্দনবা মী অদুনা ইহান হান্না হোৎনদবা য়াব্রবনি। মদু হেক ভনলকপদা মহাক্না supreme lord পু খ্বায়দগী মপানথংবদা কুপশিল্লিবা ব্রহ্মনগী জ্ঞান, হায়বদি ব্রহ্মজ্যোতিবু ফংবা ঙমই। হায়বদি impersonal brahmanবু ফংই। অদুগুম্বা ফীভম অদুনা absolute truth কী অরোইবা পন-খৈদি নত্তবনিনা, মী অদুনা devotional service অমসুং ভক্তিভনা কন্না হোৎনজরগা, থাক থাক নাইনা পরমাত্মা অমসুং supreme personality of godhead, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংবা ঙমজৈ। মসিগী প্রমাণদি শ্রীমদ্ভাগবত-তা য়াওরীবা, কুমার মরি অসি ইহান হানবদা impersonal brahman বু ফংবনি। নরমদি মথোয় মরিমক জ্ঞানগী থাক্তা অমুপকী মতিক বাংগ্রে, মহুদি মথোয় খুদিংমক মায়গৈতনা কীজেৎ

ওইহনা মখোয়গী পুক্নিংদা material natureগী influence লৈত্রবনি। মতুঙ্দা devotional service তনা মরম ওইহনা, মখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরণ থম্বাল কংজখি। শ্রীমদ্ভাগবত-তা অসুম হায়না হায়রী মহুদি কনাগুম্বা মী অমনা impersonal brahman কংবগী থাক অহু যৌজরবা কাওবদা, supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কংজনবা হোৎনত্রবা মী অহুগী জ্ঞান অহু মপুং ফাবা জ্ঞান ওইত্রবনি। মরম অহুনা impersonal brahman বু কংজরবসু, মী অহুনা ইবুংঙোগী devotional service পু তৌত্রবদি লৈথা তাথরক্‌-খিগনি। মসিবু বেদগী লোন্দ অসুম হায়না হায়, মহুদি—"রসোবৈ সহ, রসমহি এবায়ম লব্ধানন্দী ভবতি।"—"মুংঙাইবা পুম্নমক্কী তুঙ্নফম ওইরিবা personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু থঙ্লবদি, মী অদু থাঙ্গৈশেংনমক মায়া চংত্রবা খ্বায়দগী নুংঙাইবা অহু ওইরবনি (trans-cendentally blissful)"। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দি পরমমুনি, হায়বদি পরাশর মুনিগী মতুংইন্না, লল্ তরুক্না পরিপূর্ণ ওইবা (full in six opulences) অদুগুম্বা অহুবু পরমন্ হায়না থঙ্নৈ, মহুদি (১) পাঙ্গলদা মপা লৈত্রবা (strength), (২) মিংচত্তা মপা লৈত্রবা (fame), (৩) লল লৈবদা মপা লৈত্রবা (wealth), (৪) জ্ঞান লৈবদা মপা লৈত্রবা (knowledge), (৫) ফজবদা মপা লৈত্রবা (beauty) অমসুং (৬) ত্যাগতা মপা লৈত্রবা (renunciation)। হায়রীবা ললশিং অসিগী মপুদি মী, লাই, জীব অমত্তনা ওইবা যারোই, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-তনা ওইগদবনি হায়না থঙ্হনবনি। Devotional service না চংজরক্লবা ভক্ত অদুগা ইবুংঙোগী six opulences অসিগা, মখোয় অনি অসি ইবুংঙোগী "দয়া" কংজরক্লবা মতমদা, exchange তৌনৈ। হায়বদি নিংথৌগী অচানবা মনাই অমনা, নিংথৌ মশামক্তা নুংঙাইবা ফংলিবা অদুগুম্না, নুংঙাইজবা অদুগুম্বনি। বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, complete unit অমনা complete absolute whole গা মরী লৈনহুনা থবক

তৌদুনা লৈরীবা মথৈ, unit অদুগী। completeness ওইবগী খুংঙাইবা অদু মপুং ফানা ফংগনি, নত্রবদি ফংলোই। মতৌ অদুগুমদুনা, ভক্ত অমনা মাগী constitutional position গী মতুং ইন্না, মহাক ইবুংঙোগী eternal servitude নি হায়না খঙজদুনা, devotional service না মরম ওইদুনা, ইবুংঙোগী dovetail service তৌজরবদি, ইবুংঙোগী "দয়া" ফংদুনা, ইবুংঙোগী six opulences কী খুংঙাইবা মখুংঙাই অদু ভক্ত অদুনা ফংজগনি হায়বনি। মরম অসিনা eternal happiness, imperishable happiness অমসুং eternal life হায়বা অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী devotional service তগা তংন-থানবা লৈতনা লোয়নৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী devotional service করম হায়না তৌগদগে হায়বা অদুগী method তি শ্রীমদভাগবত তা মথল মাপল থোক্না তাক্লি (ভাগবত ৭।৫।২৩) মদুদি (১) শ্রবণ, (২) কীর্তন, (৩) স্মরণ, (৪) পাদ-সেবন, (৫) অর্চ্চন, (৬) বন্দন, (৭) দাস্য, (৮) সখ্য অমসুং (৯) আত্মনিবেদন। Method মাপল অসিবু মথল অদুমদা থোক্না থায়দোকপদু য়াই, মদুদি—(১) শ্রবণ, কীর্তন অমসুং স্মরণ অদুম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নাম অমসুং গুণগী সেবা তৌজববু খঙ্গনৈ (২) পাদসেবন, অর্চ্চন অমসুং বন্দন অদুম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ রূপ-পু সেবা পূজা তৌজববু খঙ্গনৈ (৩) দাস্য, সখ্য অমসুং আত্মনিবেদন অদুম অসিনা ভক্ত অদুগী পূক্নিংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবা তৌজববু খঙ্গনৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী devotional service তা মপুং ফারক্লবা ভক্ত অদুনা মাগী individual constitutional position বু মশক মুন্না খঙ্গলকলদুনা, সংসারিকী মখুঙদা লৈবা সত, রজ অমসুং তম গুণ অদুমবু নাস্নোকলবা মীওইনি হায়না খঙ্গনগনি। মাইহৈ অমরোমদা হায়রগা, conditioned living entity ওইরম্বদগী unconditioned living entity ওইরকলবা মীওইনি হায়না খঙ্গনগনি, নত্রগা মশাগী অশেঙবা শকলম্বু

মূলা থঙ্‌লবা (স্বরূপ) মীওইনি হায়না থঙ্‌নগনি। অদুগুম্বা মীওই অদুগী লমচৎ-শাজৎ অমসুং মপানগী ওইবা থৃদম অদুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাগী ১২শুবা অধ্যায়গী ২২শুবা শ্লোকক্তগী ২৬শুবা শ্লোক ফাওবদা থঙ্‌হল্লিবা অদুনি। শম্না হায়রবদা, devotional service কী মরু ওইবা থবক ধৌওংদি অসিনি মদুদি –(১) মীওইবনা হিংলিঙৈগী মতমদা তৌরিবা থবক পুম্নমক—বাখল খনবদা, বা ঙাংবদা, থবক তৌবা পুম্নমক্তা, ইবুংঙোগী সেবাগী ভাবতা (god centred activity ওইনা) তৌগদবনি। (২) ইবুংঙোদা কৎলবা প্রসাদি অদুত্তবু চাগদবনি। (৩) ইবুংঙোগী পাদ পদ্মদা কৎলুরবা লৈ-শু মনম নমগদবনি। (৪) ইবুংঙোগী মায়া চঙ্‌ম্রবা লিলা ময়াম (transcendental pastimes) ফোংদোক-খ্রিবা মফমশিং অদুদা, ইশানা চৎতুনা যেংলুরগা পুক্নিংদা লিলাশিং অদুবু লুপশিনবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। (৫) ইবুংঙোগা মরী লৈনবা ধর্ম্মগী লাইরিক পাগদবনি। (৬) ইবুংঙোগী ভক্তশিংগা লোয়ননা তিন্নজদুনা ইবুংঙোবু থুংশিবগী মরমদা বারী-বাতাই শান্নগদবনি। (৭) ইবুংঙোগী transcendental vibration "হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে। হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে॥" মতম পুম্নমক্তা শোনগদবনি অমসুং ইবুংঙোগী শ্রীমূর্ত্তিবু থৃক্নমগদবনি, অমসুং (৮) ইবুংঙোগী পর্ব্বদিন তাং শুমিং পুদংমক্তা ইবুংঙোবু নিংশিংজবা ওইনা চারা হেনগদবনি। অসুম হায়না practice অতৎপা লৈতনা তৌরবতদা material nature গী influence তগী মপুং ফানা নাম্বোকহনবা ঙমগনি। অসুম হায়না material nature দগী free ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিগী মমুঙ্‌দা চংশিনজররকপা ঙমলক্পদা, ভক্ত অদু impersonal brahman বু ফংবা ঙমজরে হায়না থঙ্‌নগনি।

বাফম অসি গীতানসু confirm তৌরি, মদুদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হায়রী মদুদি ব্রহ্মজ্যোতিগীসু অমসুং all pervading পরমাত্মাগীসু হৌরকফম ওইবা অমসুং absolute truth কীসু অরোইবা পনথৈ ওইবা

অদু মহাক্কি। মসিবু গীতাগী ১০শুবা অধ্যায়গী ৪২শুবা শ্লোক্কা অন্নুক্না হায়রী মন্থদি—

"হে অর্জুন! অদুক য়াম্না খঙলুদুনা করি কান্নগবনো? ঐনা ঐগী অংশ মচেৎ অমত্তনা জগৎ পুম্বা পুদুনা লৈরিবনি।" শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মহাক্কী plenary expansion অমখক্তংনা (মপুং ফাবা অংশ মচেৎ অমখক্তংনা), হায়বদি মফম খুদিংদা শীনবা থুংনা লৈবা, ইবুংঙো মহাক্কী অংশ ওইবা পরমাত্মাত্তনা মরম ওইনা, material cosmic creation পুম্নমকপু ঙাকপী অমসুং য়োকপী-থাকপী। অদুদন্নু নত্তনা, ইবুংঙো মহাক্কা spritual world দা ফোংদোকলীবা পুম্নমকপুন্নু ঙাকপী অমসুং য়োকপী-থাকপী। মরম অসিনা শ্রীঈশোপনিষদকী শ্রুতি মন্ত্রদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু "পুষন", হায়বদি পুম্নমক্কী (both material and spiritual) পুমকোন কোনবা ঙাকপীবা অমসুং য়োকপী থাকপীবা ইবুংঙোনি হায়না হায়রী।

Supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দি মতম পুম্নমক্তা "আনন্দময় ভ্যাসাৎ" নি, হায়বদি মায়া চংত্রবা নুংঙাইবত্তা ওইদুনা লৈবা (transcendental bliss) হায়বনি। চহি লিশিং মঙারোমগী মমাংদা, ইবুংঙো মহাক্কা ভারতবর্ষগী বৃন্দাবনদা অবতার ওৌদুনা লৈবা মতমদা, অঙাং পীশক পীক্লিবৈদগী হৌনা লিলা শান্নবগী মওংদা, মায়া চঙত্রবা মনুংঙাই অদুত্তা ওইদুনা, ইবুংঙো মহাক্কা মতম লেপ্লম্মী। হিংচাবা মখল মখলবু হাৎপা, হায়বদি অঘ, বক, পুতনা অমসুং প্রলম্বা-নচিংববু, ইবুংঙো মানা হাৎপা অসি, মঙোন্দদি মায়া য়াওত্রবা মনুংঙাই অমনি। বৃন্দাবনগী খুঙংদা লৈরিবৈদ ইবুংঙোনা মাগী মমা, ময়াম্বা অমসুং মরুপ-মপাংশিংগা লৈমিন্নদুনা হরাও নুংঙাইমিন্নরম্মী। ইবুংঙো মহাক্কা মাখন হুরানবগী লিলা শান্নবা অদুদা মায়া চংত্রবা মনুংঙাই অমা ওইনা, মাগী লোইনরিবা মরুপ-মপাংশিং অদুগা নুংঙাইমিন্নরম্মী। মাখন হুরানবা হায়বা কত্তবা থবক অসিবু অকবা ওইনা কাওরিবগী

মরমদি, ইবুংঙোনঃ হুরাল্লিবা মাখোন অসি মহাক্কী মনাই ভক্তশিংগী পেন্নবগী অমসুং মুংঙাইহন্নবগীদমক্তনি, মহাক মশাগী নত্তে। অসুম ত্তৌহুনা মানা শান্নরীবা লিলা পুন্নমক, ইবুংঙো মাগা লোয়নন্নিবা মরুপ-মপাং অমসুং ভক্তশিংগী পেন্নবগী অমসুং মুংঙাইনবগীদমক্তনি। অত্তাং ওইন্নিরৈদা ইবুংঙোনা শক্লেনহাশিংগা লোয়ননা শান্নমীন্নবা অহুবু শ্রীমদ ভাগবতকী ১০শুবা স্কন্ধগী ১২শুবা অধ্যায়গী ১১শুবা শ্লোক্তা অসুম্না হায়রী মহুদি—

"ইত্থম, সতাং ব্রহ্মসুখানুভূত্যা দাস্যংগতানাং পরদৈবতেন।
মায়াশ্রিতানাং নরদারকেণ সার্দ্ধং বিজহ্রুঃ কৃতপুণ্য পুঞ্জাঃ ।।"

"জ্ঞানিশিংদনা impersonal and blissful brahman ওইনা, দাস্যভক্তশিংদনা পূজা তৌনবগী মশক ওইবা supreme lord ওইনা, ভাইবংপানবগী বিষয়সুখদা লুপ্লিবা মীশিংদনা চুন্নগী অচম্বা অঙাংমচা অমা ওইনা, নিংঙল্লিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি। অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না, হৌখিবা মপোক কয়ারক্তা পাপলৈতবা থবক কয়া তৌবগী ফল ওইনা, হৌজিক শক্লেনহা ওইনা পোকলরবা গোপ মচাশিংগা লোয়ননা শান্নমীন্নরী।"

অসুম ত্তৌহুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মাগী spiritual associate শিংগা লোয়ননা, মায়া চংজবা মুংশিনবা অমসুং মুংঙাইমিন্নবগী থবক কয়া পাংথোকখি। হায়বদি ইবুংঙো মাগী spiritual associateশিংগা লোয়ননা সান্ত ভাবতা (neutrality), দাস্য ভাবতা (servitorship), সখ্য ভাবতা (friendship), বাৎসল্য ভাবতা (paternal affection) অমসুং মাধুর্য্য ভাবতা (conjugal love) শান্নমিন্নৈ।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দি মতম পুন্নমক্তা গোলোকধাম শ্রীবৃন্দাবন মুকথা থাদোক্তে হায়রীবনিনা, কনাগুম্বা অমনা হংলকপা য়াই, মহুদি ইবুংঙোনা করম হায়না জগৎ সংসারগী মকম পুন্নমক, হায়বদি material and spiritual world অনিমক্কী থবক পুন্নমক চলাইরীবনো? মসিবু গীতাগী ১০শুবা অধ্যায়গী ১৪শুবা শ্লোক্তা অসুম্না হায়রী মহুদি—

"সর্ব্বতঃ পাণিপাদং তৎ সর্ব্বতোঽক্ষিশিরোমুখম্।
সর্ব্বতঃ শ্রুতিমল্লোকে সর্ব্বমাবৃত্য তিষ্ঠতি॥"

"মায়গৈ পুম্নমক্তা মহাক্কী খোঙ্-খুৎ পাল্লি, মকম পুম্নমক্তা মাগী মিৎ-কোক-মায় পাল্লি, মকম পুম্নমক্তা নাকোং পাল্লি। মহাক্না জগৎ পুম্বা শিনবা থুংনা লৈ।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না মকম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈ হায়বা অসি মহাক্কী plenary part পুরুষ অবতার হায়না খঙ্নবা অদুনা তৌরিবনি। ইবুংঙো মশামক্না material creation, maintenance and destruction তৌদে, মহাক্কী plenary expansion পরমাত্মানা তৌহনবনি। Living entity পুম্নমকপু আত্মা নত্রগা soul হায়না খঙৈ। অদুগুম্বা আত্মা পুম্নমকপু control তৌরিবা principal atma অদুবু পরমাত্মা নত্রগা super soul হায়না খঙৈ।

ঈশ্বরবু খঙ্ননবা নত্রগা ফংননবা তানবগী system অসি অচৌবা science অমনি। Materialist শিংনা পুরুষ ভগবানগী মরমদা করি-মত্তা খঙ্দবনা, মখোয়না material creation গী 24 elements অদুতবু analyse তৌদুনা, মদুগী মরমদা শিক্তিন হুমক্তিন্দুনত্তা লৈ। Impersonal Brahman বু নিঙ্বা কাবুশিংনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিগী অরংবা মঙান, অদুদা লৈনদুনা অমস্তুং মদুদা পুক্নিং লুপতুনা লৈ। কনাগুম্বা মী অমনা absolute truth পু মপুং ফানা উগে নত্রগা খঙ্গে হায়রবদি, 24 material elements অমস্তুং ব্রহ্মজ্যোতিগী জ্ঞান অদু ফাওদোকুনা, মখোয় অনিগী বাংমদা লৈবা অশেংবা পোৎ অদুবু খঙ্ননবা অমস্তুং উননবা হোৎনগদবনি। মরম অসিনা শ্রীঈশোপনিষদনা মায়কৈ অসোনদা চংনবগীদমক, মহাক্কী মথক্কী মন্ত্র ১৫ গুবা অসিদা "হিরণ্যপত্র" কৌবা অরংবা মঙাল্না কুপশিল্লিবা মাইখুম অদুবু হাংদোক-পীনবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা প্রার্থনা তৌজরি। Absolute truth পু থাজৈশেংনা খঙ্বা হায়রবসি supreme personality of godheadপু

দরশন কংজবনি। "হিরণ্যপত্র" কৌবা অরংবা মঙাল্লা কুপশিল্লিবা মাইথুন অদু হাংদোকত্রিবনথৈ, ইবুংঙোবু দরশন কংবা ঙমলোই। অদুগুম্বা মাইপুন অদুস্থু ইবুংঙোগী থোজাল কংলবা কান্দতা, ভক্তগী মমাঙদা হাংদোককনি।

Supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী plenary expansion অদুমগী মমুঙ্দা, পরমাত্মা অমনি। মথৌ়: অদুন অসিবু পুম্নপ পুশিল্লগা বিষ্ণু তত্ত্ব হায়না খঙ্নৈ। ক্ষীরদকশায়ী বিষ্ণু ভগবান্না থবায় পানবা জীব পুম্নমক্কী মমুংদা চঙ্লুনা, মফম খুদিংদা শীনবা থুংনা লৈবা পরমাত্মা হায়না খঙ্নৈ। থবায় পানবা জীব পুম্নমক্কী মমুংদা চঙ্লুনা লৈবা পরমাত্মা পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা খঙ্নবা মতমদা (collective super soul within all living entities), গর্ভদকশায়ী বিষ্ণু ভগবান হায়না খঙনৈ। অনিসিগী মথংদা causal ocean গী মমুঙ্দা করণদকশায়ী বিষ্ণু ভগবান লৈ। করণ-দকশায়ী বিষ্ণু ভগবান্না universe পুম্নমক্কী সৃষ্টি কর্তানি। যোগ-গী লম্বেলদা থবায় য়াংনা ঙম্লিবা ছাত্রশিংনা cosmic creationগী 24 material elements খঙ্বা লোইরগা, মথোয়দা বিষ্ণু তত্ত্ব খঙ্নবা ঙম্মী। Empiric philosophy দা লৈনবা কাংবুশিংনা, হায়বদি জ্ঞানিশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী transcendental ওইবা হকচাংদগী থোরকপা অরংবা মঙাল ব্রহ্মজ্যোতিবু ফংবা ঙম্মী। হায়রিবা বাকয় অসি গীতাগী ১৪শুবা অধ্যায়গী ২৭শুবা শ্লোকতা হায়বত্তা নত্তনা, ব্রহ্মসংহিতাগী ৫শুবা অধ্যায়গী ৪৯শুবা শ্লোকতা অমুম্মা হায়রী মতুদি—

"যস্য প্রভা প্রভবতো জগদণ্ডকোটি—
কোটিম্বশেষবসুধাদি বিভূতিভিন্নম্।
তদ্‌ব্রহ্ম নিষ্কলমনন্তমশেষভূতম্‌,
গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি॥"

"universe লাক্ষ লাক্ষগী মমুঙ্দা মশাংলাকপা ঙমদ্রবা planet ময়াম লৈ, অমসুং planet খুদিংমক অদু cosmic constitutionগী

মতুংইন্না, মথোয় খুদিংমক অমগা অমগা মায়দে। হায়রীবা planet পূন্নমক অসি ব্রহ্মজ্যোতিগী কাচিন অমদা লৈ। অসি গুম্বা ব্রহ্মজ্যোতি অসি ঐনা নিংজরীবা অমসুং লাৎচরীবা supreme personality of godhead শ্রীগোবিন্দ ভগবাননগী transcendental ওইবা হকচাংগী মঙালনি।"

মথক্কী ব্রহ্মসংহিতাদগী লৌথোরকপা মন্ত্র অসি, মী অদুনা থাজৈশেংনা absolute truth পু উদুনা সমাধি ওইরিবৈদা ভাংলকপা মন্ত্রনি। ঈশোপনিষদকী ১৫শুবা মন্ত্র অসিনা ব্রহ্মসংহিতাগী মন্ত্র অসিবু ভগবান ফংনবগী লম্বেলদা অচুম্বনি হায়রী। ঈশোপনিষদকী মন্ত্র অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু থুরুমজবগী ইচম চম্বা মন্ত্রনি। মদুদা হায়রীবদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী থাজৈশেংবা শককমবু দরশন ফংজনবা, ইবুংঙোনা চানবীদুনা ব্রহ্মজ্যোতিনা খুমজল্লিবা মাইথুমবু লৌথোকপীয়ু হায়জবনি।

Perfect knowledge হায়রগা খঙনবদি, ব্রহ্মনগী হৌরকফম মরু অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি হায়না খঙবা অদুবুনি। ব্রহ্মনগী হৌরকফম শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি হায়বা অসি ধর্ম্ম-গ্রন্থশিংদা, পুংম ওইনা হায়রবদা শ্রীমদভাগবত-তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী science অসি য়াম্না শন্নোক্না ময়েক শেংনা ইরি। শ্রীমদভাগবত-তা শ্রীলা ব্যাসদেবনা হায়রী, মদুদি মী-মী অদুনা মানা-মানা ফংজরিবা, অমসুং খঙজরীবা অদুগী মতুংইন্না supreme truth পু ব্রহ্মন-নি নত্রগা পরমাত্মানি নত্রগা ভগবান-নি হায়। Supreme truth পু জীবাত্মানি হায়না শ্রীলা ব্যাসদেবনা কৈদৌউৈদসু হায়দে। জীবাত্মাবু থৃায়দগী হেনবা শক্তি লৈরবা supreme truth নি হায়না কৈদৌউৈদসু খল্লোইদবনি। মদু কৰিগুম্না ওইবা ভারবদি, living entity না ইবুংঙোগী অশেংবা শকফম্বু দরশন ফংজনবা, ইবুংঙোগী মাইপুন ওইনা কুপশিল্লিবা ব্রহ্মজ্যোতিবু লৌথোকপীয়ু হায়জবগী দরকার লৈতে।

বাক্য অসিগী conclusion দি অসিনি, মদুদি supreme truth কী spiritually potent manifestation খঙদবা, হায়রবদি মায়াগী

বাংমদা লৈবা ইবুংঙোগী পুখোকপা শক্তি চেল্লবা মূর্ত্তি লৈবা শ্রীবিষ্ণু ভগবান ময়াম লৈ হায়না খঙ্দবা মী অদুনা, impersonal brahman বু ফংই। মতৌ অদুগুম্বনা, কনাগুম্বা মী অমনা ইবুংঙোগী material potencies বুদি খঙ্জবা অমসুং spiritual potency গী মরমদদি ইথং-খঙ্দবা, নত্রগা খজিক্তুং খঙ্জবা, হায়বদি শক্তি পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা পূর্ণ শক্তি ওইবা, অমখক্তা ওইবা মূর্ত্তি লৈবা supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈ হায়না খঙ্দবা, অদুগুম্বা মী অদুনা পরমাত্মাবু ফংজে। মরম অসিনা absolute truth ওইবা supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী jurisdiction গী মনুংদা লৈবা, impersonal brahman বু ফংজবা অমসুং পরমাত্মাবু ফংজবা অসিমক, partial realisation মক্তনি। হিরগা পত্রগী মাইথুমবু হাংদোক্লুনা, supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু full potency দা হায়বদি পুর্ণশক্তিদা ফংজবদা, মী মহাক অদুনা "বাসুদেব সর্ব্বম ইতি" হায়বসিবু ফংজরবনি। বাসুদেব হায়না খঙনরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না পুম্নমক অসি ওইরিবনি। ইবুংঙো মহাক অসি খ্বায়দগী মক্ক ওইবা হৌরকফম (supreme) ভগবান অদুনি, অদুগা ব্রহ্মণ অমসুং পরমাত্মা, ইবুংঙো মহাকী মশা (মচেৎ) ঙাক্তনি।

শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা transcendentalists মখল অহুমবু চংদম্লদুনা শন্নোক্লা তাক্লি, মদুদি (১) Impersonal brahman বু নিংজরিবা জ্ঞানিশিং, (২) পরমাত্মাবু নিংজরিবা যোগীশিং অমসুং (৩) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নিংজরিবা ভক্তসিং। গীতাগী ৬শুবা অধ্যায়গী ৪৬ অমসুং ৪৭শুবা শ্লোকা অসুম্না হায়রী মদুদি—

"যোগী হায়বসিনা তপস্বীদগী হেল্লী, জ্ঞানিদগীসু হেল্লি অদুগা কর্ম্ম তৌবদগীসু হেল্লি ; মরম অসিনা হে অর্জ্জুন ! নহাক যোগী ওইয়ু।" ( গীতা ৬।।৪৬)

"পরমেশ্বর ঐঙোন্দা পুক্নিং লুপ্লবা অমসুং ঐবু থাজবগা লোয়ননা নীংজরবা মহাক অদুনা যোগী পুম্নমক্তগী অথোইবনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী মতমি ।।' (গীতা ৬।৪৭)

Transcendentalists ওইনবা জ্ঞান ময়ামগী মনুঙ্দা, বেদগী জ্ঞান-না খ্বায়দগী অখোইবনি হায়না নিংজরীবা মী অদুবু, জ্ঞানি হায়না খঙ্নৈ। অদুমক্দি ওইরগা, গীতাদা হায়রী মদুদি যোগীশিংনা জ্ঞানিশিংদগী হেন্না চাওই, অদুগা কর্ম তৌবদগীসু (fruitive workers) অমুক্কা হেন্না চাওই। যোগীশিংগী মনুঙ্দা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মতম পুম্নমক্তা ভক্তিনা মরম ওইদুনা মীংশিনা সেবা তৌরবা যোগী অদুনা, খ্বায়দগী চাওবা হেন্নী। শম্না হায়রবদা, থবক শুবা মী অমদগী philosopher অমনা ফবা হেন্নী, অদুগা mystic যোগী অমনা philosopher অমদগী ফবা হেন্নী। Mystic যোগীশিংগী মনুংদা, ভক্তি-যোগপু পামজনা চৎলিবা যোগী অদুনা, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মতম পুম্নমক্তা মীংশিনা সেবা-পূজা তৌজরিবা যোগী অদুনা, খ্বায়দগী চাওবা হেন্নী। শ্রীঈশোপনিষদনা ঐখোয়বু মাইকৈ অসোমদা লমজিংবীরি।

(ঝ) ভক্তি-যোগ, মাপলশুব শরুক

(শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিবু হাংদোকহ্নবনৈ মনাই ভক্তনা ইবুংঙোগী রূপ-পু কৈদৌঙৈদসু দরশন ফংলোই, মতুগী মরমদা খঙ্হনবা।)

[‘‘Sun globe কী মনুঙ্দা sun god লৈবগুম্না শ্রীগোলোক ধাম বৃন্দাবনগী মনুঙ্দা absolute truth ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না মূর্তি ওইনা মতম পুম্নমক্তা সুকলেঙ্ লেঙ্দনা লৈ। ভগবানগী অর্থ শব্দোক্কা তাকপা। cosmic manifestation শিংগী সৃষ্টি তৌবা, য়োকপী-থাকপীবা অমসুং সংহার তৌবগী থবক পুম্নমক ইবুংঙোগী plenary expansion শিংগী throughদা ইবুংঙো মানা তৌবনি। Living entities না material natureগী মপূ শানিংবা অদুগী facility পুম্নমক মখোয়দা পীরবসু, ইবুং-ঙোনা মাগী plenary expansion ওইরীবা পরমাত্মাগী throughদা

supreme controller ওইরি। মখন হায়বদি জীব-শক্তি (living force) ওইরিবা ইবুংঙোগী all-pervading feature অদুবুনি। অমগা অমগা মরী লৈনরীবা পুম্নমক অসিবু শেংনা খঙ্লবা ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা চানবীনবা প্রার্থনা তৌজরি।"

ঈশোপনিষদকী ১৬শুবা মন্ত্রদা অস্মা হায়রী মতুদি—

"পূষন্নেকর্ষে যম সূর্য প্রজাপত্য
ব্যূহ রশ্মীন্ সমূহ তেজো
যত্ তে রূপম্ কল্যাণতমং তত্ তে পশ্যামি
যোহসাবসৌ পুরুষঃ সোহমস্মি ॥"

"হে ইবুংঙো! জগৎ পুম্বু যোকপী-থাকপিরীবা খ্বায়দগী ইহান হানবা philosopher, অককনবা অমগী মথাদা চপ্ চপ্ চানা থবক পুম্নমক ওইহল্লবা, অশেংবা ভক্তশিংগী লমথুংফম ওইরিবা, মী ওইবগী progenitor শিংগী (ancestor শিংগী) মুংঙাই য়াইফনবা শিনবীরিবা হে ইবুংঙো! নহাক্কী নিংথিজরবা রূপ-পু ঐনা দরশন ফংজনবা ইবুংঙোগী transcendental rays গী মিং থকলবা মঙাল অদু লৌথোকপিয়ু। নুমিৎকী মনুঙ্দা "ঐ" হায়বা অদুনা লৈদুনা ওইরিবা ফীভম্শুম্না, ইবুংঙোনহাক অসি eternal ওইরবা supreme personality of godhead নি।"

নুমিৎকা মহাক্কী মঙালগা মশুগী মাইকৈরোমদা য়েংলবদি করিমত্তা খঙদে। অদুগুম্বদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা living entity শিংগা মশুগী মাইকৈরোমদা য়েংলুরবদি অমত্তনি। নুমিৎতি অমত্তনি, অদুবু নুমিৎকী মঙালগী molecule শিংদি মশীং লাকপা ঙমদবা ময়ামনি। নুমিৎকী মঙালগী molecule শিংদি নুমিৎকী শরুক অমনি। নুমিৎকা মহাক্কী মঙালগা পুল্লপ পুনশিন্নগা, মপুং ফাবা নুমিৎ ওইরিবনি। নুমিৎ অদুমক্কী মনুঙ্দা নুমিৎ কৌবা লাই (sun god) লৈ। মতৌ অদুগুমলদুনা, supreme spiritual planet ওইরিবা গোলোকধাম বৃন্দাবন্দগী ব্রহ্মজ্যতিগী অরংবা মঙাল থোরক্লি। অদুগুম্বা গোলোক বৃন্দাবনগী মনুঙ্দা

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না লৈ হায়না ব্রহ্মসংহিতাগী ৫শুবা অধ্যায়গী ৩৮শুবা শ্লোক্তা অসুম্না হায়রী মহুদি—

"চিন্তামণিপ্রকরসদ্মসু কল্পবৃক্ষ-
লক্ষাবৃতেষু সুরভীরভিপালয়ন্তম্ ।
লক্ষ্মীসহস্রশতসম্ভ্রমসেব্যমানং
গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥"

"নিঙ্‌লিবমখৈ থুংলবা অনম্নং মণিমুক্তাতনা থল্লবা য়ুমশিংনা ওইবা মফম, অপাম্বা পুম্নমক্ পীবা উমলবা কল্পবৃক্ষ লখা লখানা কোইশিল্লবা মফম, অদুগুম্বা মফম অদুদা লক্ষ্মী লিশিং লিশিংনা ভক্তিগা লোয়ননা লৈদুনা ইবুংঙোবু মতম পুম্নমক্তা মুংশিনা সেবা তৌরিবা, অদুগা সুরভী কৌবী শম্বীশিংবু শেল্লিবা অদুগুম্বা আদি পুরুষ ওইবা গোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজরি (খুরুমজরি) ।"

সুমিৎকী অকোইবদগী (sun globe) সুমিৎকী মঙাল থোরকপগুম্বা, গোলোক বৃন্দাবন হায়না খঙ্‌নবা supreme spritual planet অগী থোরকপা মঙাল অদুবু ব্রহ্মজ্যোতি হায়না ব্রহ্মসংহিতানা কোংদোকলি (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪১) । কনাগুম্বা মী অমনা ব্রহ্মজ্যোতিগী মঙাল অদুবু লাম্বোকত্রিবমখৈ, মহাক্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী লমদমগী জ্ঞান অমত্তা খঙ্‌বা ঙমলোই । ব্রহ্মজ্যোতিগী মঙাল অদুনা মীৎ উঃপ্রদুনা (ভাংহন্দুনা) impersonalist philosopher না ইবুংঙোগী থাজৈশংবা লৈফম (ধাম), অদুগা ইবুংঙো মহাকী মায়া চংবা মূর্তিবু খঙ্‌বা অমদি ফংবা ঙমদে । অদুগুম্বা impersonalist thinker শিংনা মথোয়গী জ্ঞান্-না লাম্বা ফংদবদগী, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্গী মায়া চংবা খুৎয়দগী কজরবা মুর্তিবু খঙ্‌বা ঙম্দে । ঈশোপনিষদগী স্তুতি অসিদা হায়রী মহুদি ইবুংঙোগী খুৎয়দগী কজরবা মায়া চংবা মূর্তি অদুবু উজনবগীদমক ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতিগী মপক ওইরবা মীৎ থরুবা মঙাল অদু লৌথোকপীয়ু ।

কনাগুম্বা মী অমনা impersonal ওইবা ব্রহ্মজ্যোতিবু কংলগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অকবা মঙ্গলগী মশক ওইবা শুপবু ( auspicious aspect ) খঙ্‌বা ঙম্মী। মকম খুদিংদা শীনবা থুংনা লৈবা পরমাত্মাবু কংলগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অমুক্তা হেন্না অকবা মঙ্গলগী মশক ওইবা মতীক-মগুণগী জ্ঞান অছুবু খঙ্‌বা ঙম্মী। পুরুষত্তম ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু হকথেংননা উবগা, ভক্ত অদুনা ইবুংঙো মাগী থ্বায়দগী হেন্নবা মঙ্গলগী মশক ওইবা শককমবু দরশন কংজৈ। ইবুংঙো মহাকপু জগৎ পুম্বগী য়োকপী থাকপীরিবা থ্'য়দগী ইত্থান হানবা philosopher হায়না সম্বধন তৌবনিনা, supreme truth পু মূর্তি য়াওনবা ওইনা খনবা য়াবোই। মসি ঈশোপনিষদকী অরেপ্পা বাহৈনি। ঈশোপনিষদকী মন্ত্রদা য়াওরিবা "পুসান" হায়বা বাহৈ অসি অর্থ য়াম্না চেনবা বাহৈনি, মরমদি ইবুংঙো মহাক্না জীব পুম্নমকপু য়োকপী-থাকপীবনস্থ, মহাকী মনাই ভক্তশিংবু থোইদোক-হেন্দোক্না য়েংশিনবী। Impersonal ওইবা ব্রহ্মজ্যোতিবু লাপ্লোক্লুনা ইবুংঙোগী শককমবু অমসুং মহাকী থ্বায়দগী মঙ্গলগী মশক ওইরেব', মতম পুম্নমক্তা লেঙ্‌দ্রবা মওংবু (most auspicious eternal form) দরশন কংজদুনা, ভক্ত অদুনা absolute truth পু মপুং ফানা খঙ্‌জবা অমদি উজবা ওই।

ভাগবত সন্দর্ভদা শ্রীল জীবগোস্বামীনা অসুম্না হায়রী—"Absolute truth কী মপুং ফাবা জ্ঞান অছুবু কংবা হায়বসি পুরুষত্তম ভগবানগী শককমবু দরশন কংজরবতদা ওইগদবনি"। মরমদি ইবুংঙো মহাক্তি পুম্নমক্তগী থ্বায়দগী হেনবা পাঙ্গনবনি (almighty), অদুগা মায়া চংদ্রবা মপুং ফারবা শক্তিশিংজনা মাগী ওইরবনি (possessing full transcendental potencies)। Absolute truth কী মপুং ফাবা শক্তি অদু, ব্রহ্মজ্যোতিদদি য়াওদে। মরম অসিনা ব্রহ্মবু কংবা হায়বা অসি supreme personality of godhead কী মচেৎ অমত্তং কংবনি। হে লাইরিক লাইত্ত হৈরবা মুনিশা! ভগবান হায়বা বাহৈ অসিগী অহানবা মথেক

"ভ" অদু অর্থ অনি থোক্লা লৈ—অহানবা অর্থনা "মপুং ফামা য়োকপী-থাকপিবা তৌবিরীবা অমবু থঙ্,নৈ", অদুগা অনিশুবা অর্থনা "ঙাকপী শেনবীবা তৌবিরীবা অমবু থঙ্,নৈ।" অনিশুবা ময়েক "গ" না "লম-জিংবা, লূচিংবা নত্রগা সৃষ্টি তৌরিববু (guide, leader or creator) থঙ্,নৈ।" "বা" ময়েক্না থঙ্,নবদি "জীব পূম্নমক ইবুংঙো মাগী হকচাং মন্নুঙ্দা লৈ, অদুগা ইবুংঙো মহাকস্নু জীব পূম্নমক্কী হকচাং মন্নুঙ্দা লৈ" হায়বনি। পূম্নমক অ'সনা থং,নববু "ভগবান" হাযবা মায়া চংত্রবা খোম্থোক অসিনা থঙ্,নবদি, ঙমখৈ লৈত্রবা জ্ঞান (infinite knowledge), ঙমখৈ লৈতনা তৌবা ঙম্বা পাঙ্গল কনবা (infinite potency), ঙমখৈ লৈতবা শক্তি (infinite energy), ঙমখৈ লৈতনা লন, লৈবা (infinite opulence), ঙমখৈ লৈতনা কনবা (infinite strength), অমস্নুং ঙমখৈ লৈতনা তৌহনবা ঙম্বা (infinite influence) অসিবুনি। হায়রিবশিং অসি material গী ওইবা অনাংবা খক্তিক্কা ফাওবা য়াওদবা ঙাক্তম্নি (all without a tinge of material inebriety)

পুকচেল শেংলবা ভক্তশিংবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না য়োকপী-থাকপী অদুগা ভক্তিগী লম্বেলদা মপুং ফানবা মখোয়বু লমজিংবী। ভক্তশিংগী লূচিংবা অমা ওইনা ইবুংঙো মশানক্কা য়াওশিন্দুনা, মখোয়না পাম-জরিবা ভক্তিগা লোয়নবা সেবা অদু মপুং ফানা ফংহল্লি। ইবুংঙোগী মরম নুক্লে লৈতনা, "দয়ানা" মরম ওইদুনা (causeless mercy) ভক্ত-শিংগা ইবুংঙোগা মায়োক্কনা দরশন ফংজে। অমসুং তৌদুনা গোলোক বৃন্দাবন হায়না খঙ্,নবা থ্বায়দগী মথক থংবা spiritual planetপু, ভক্তশিংনা য়োঙ্জনবা ইবুংঙোনা মতেঙ্ পাংই। ভক্তনা ইবুংঙোগী পাদ-চরণ ফংবদা চংগদবা মগুণ পূম্নমক অদু, ইবুংঙোনা পীবী। ইবুংঙোদি cause পূম্নমক্কী cause নি। ইবুংঙো মাগী cause অমা অমুক লৈ-ত্রবনিনা, মহাক্না original cause নি। মরম অসিনা ইবুংঙো মশামক্কী internal potency অদু পুথোক্নুনা, ইবুংঙো মশামক্কী ফুংঙাইজনবা

মশামক্না ভোঠে। ইবুংঙো মহাক্কী external potency দি মশামক্না পুথোকপা নত্তে। হায়বদি ইবুংঙো মশামক্কী expansion না পুরুষ ময়াম ওইবনি। অসিগুম্বা পুরুষ ময়াম অসিগী through দা ইবুংঙোগী material manifestation পূম্নমক ওইখিবনি। অসিগুম্বা মহাক্কী পুরুষ expansion শিং অসিগী through দা ইবুংঙোনা cosmic manifestation বু সৃষ্টি তৌই, য়োকপী থাকপী অদুগা মাঙহল্লি (প্রলয় তৌই)। ঐখোয়গী universeকী creation, maintenance and devastation গীদমক মরু ওইবা লাই ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী personal expansion মক্নি।

Living entities ময়াম অসি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী differentiated expansions মক্নি, হায়বদি তোঙান-তোঙানবা expansion মক্নি। মখোয়গী মথুংদগী থরাদ থুংযদগী চাওবা লাই অমসুং পূম্নমক্কী মপু অদু ওইনিংহুনা ইবুংঙোগী নতৌ তম্বা পাম্মী। Living entity শিংনা nature গী মপু শানিংলিবা অদু উহুনা, মখোয়না থরায় য়াওন পামজনীবা অদুবু মপুং ফানা শিজিন্নবা য়ানবা হায়হুনা, ইবুংঙোনা cosmic creation দা মখোয়বু বাওহল্লি। Living entities ময়াম অসি ইবুংঙোগী part and parcel ওইবা মরম্না, phenomenal world গী মফম পূম্নমক্ক action and reaction না (মথুম মরাং তৌহুন) পুনলেঙ, লেঙহুনা লৈ। অসুম তৌহুনা living entitiesনা material nature গী মপু ওইনবা থুদোং চাবা পূম্নমক ইবুংঙোনা মখোয়দা পী। অদুম্নদি ওইরগা, ইবুংঙোগী plenary feature না ওইবা পুরুষ ভগবানগী (পরমাত্মা নত্রগা super soul গী) throughদা ইবুংঙো মশামক্না পূম্নমক্কী controller ওই, হায়বদি ultimate controller নি।

অসুম তৌহুনা living entityগা (আত্মা নত্রগা soul গা), controlling lord কা (পরমাত্মা নত্রগা super soul গা), মায়া থেবৈ।

পরমাত্মানা controller নি, আত্মানা controlled নি। মরম অসিনা মখোয় অনি অসি same level দা কৈদৌউইদবনি লৈতে। পরমাত্মাগা, আত্মাগা মপুং ফানা co-operation লৈবা মরম্না, পরমাত্মাবু living beings গী constant companion নি হায়রিবনি।

তুম্বা মতমদসু, তুমদবা মতমদসু, অদুগা অতৈ অতোপ্পা মওং ওইনা লেঙ্খোৎতুনা লৈরীবগী মতমদসু, অদুগীসু মথক্তা conditioned soul ওইরীবদসু, liberated soul ওইরীবদসু, জীবশক্তি (living force) ওইনা লৈরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী all pervading feature গী মতৌ অদুবু ব্রহ্মণ হায়না খঙ্নৈ। পরমাত্মা অমসুং ব্রহ্মনগী হৌরককমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ওইবা মরম্না, ইবুংঙো মহাক্না living entities গীসু অদুগা অতৈ অতোপ্পা পুম্নমক্কীসু হৌরককম্নি। অসিগুম্বা মতৌ অসিবু মুম্না খঙ্লবা কনাগুম্বা অমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী devotional service তা মশা মতোমতনা চংজরকই। অদুম হায়না পুকচেল শেংলবা ইবুংঙোগী ভক্ত অমনা ইবুংঙোদা থবায় তকচাং য়াওনা লুপতুনা লৈ। অসিগুম্বা ভক্ত অমগা নাগুম্ব। অতৈ ভক্তশিংগা তিন্নবদা, ইবুংঙোগী গুণ, লিলাবু থাংনবা স্তুন (glorification of lord's transcendental activities), অতৈ অতোপ্পা থবাক শামদে। অশেংবা ভক্ত অমা ওইনা মপুং ফাজ্রিবা মী, অমসুং ইবুংঙোগী পরমাত্মা নত্রগা ব্রহ্মনগী featureগী থাক্তমক্ য়ৌরীবা মীনা, perfect devotee ওইবা ভক্ত অমগী activity অদুবু, appreciate তৌবা ঙমদে। ইবুংঙোনা অশেংবা ভক্তশিংগী থম্মোয়দা জ্ঞান ফংহন্দুনা মখোয়গী মতেঙ, পাংই। অদুন তৌদুনা ইবুংঙোগী special favour না pure devotee গী অমম্বা পুম্নক কোকহল্লি। Speculative philosopher শিংনা অমসুং যোগীশিংনা অসিগুম্বা মওং অমসুং জ্ঞান অসিবু ভাবনা লাম্বা ফংদে, মরমদি মখোয়না মখোয়গী মখোনাগী শক্তিদনা লমথুংকম ফংগনি থল্লি। কঠ উপনিষদ-তা অদুম্না হায়রী মহুদি—ইবুংঙো মহাক্না চানবীরবা ভক্ততনা ইবুংঙো মহাকপু

খঙবা ঙম্মী, অদুগা অতোপ্পা অতৈনা খঙবা ঙমলোই। অনিশুম্না special favour অসি ইবুংঙোনা pure devotee তদা পীবি। শ্রীঈশোপনিষদনা খঙহন্নি, মহুদি ব্রহ্মজ্যোতিগী মায়মদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না চানবীনবা ঐখোয়না প্রার্থনা তৌগদবনি।

(এ) ভক্তি যোগ, ভরাশুবা শরুক।

( অহিংবা জীবশুম্না মুক্তি লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা তম্না লোয়নহুনা devotional service তৌজখিবা অদুনা মরম ওইদুনা, ভক্তগী পুম্নি লোইরমদায়দা ইবুংঙোবু নিংশিংজবা ভম্মী হায়বগী মরমদা খঙহনবা। )

[“পোৎচাক ওইবা হকচাংনা মাঙখ্রবদা living entityনা মাগী identity সুকমাং মাঙদনা অদুম্মক লৈ। living entity শিংনা পামজবগী মতুংইন্না মখোয়গী material body অদু evolution গী cycle দা হোংদোক হোংজিন তৌই। মীওইবগী হকচাংনা খ্বাইদগী হেন্না মপুং ফাবা consciousness লৈবা হকচাংনি। মীওইবগী culture of knowledge গী perfection য়োরে হায়না খঙগদবদি supreme lord বাসুদেবদা আত্মসমর্পণ তৌবগী থাক অদু য়োরবতদা ওইগদবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী trans cendental body দগী থোক্লকপা spiritual spark শিং (ব্রহ্মজ্যোতি) অসি মশা মতোম-মতোমতনা হিংবা ঙমজরবা individual living entities মকুনি। মখোয়না sense enjoyer ওইনিংলবা মতমদা material world দা পোক্‌না false lord অমমম্ ওইহল্লি। conditioned living entity না থবক অনি পাংথোক্কবা মাদে—মদুদি (১) maintenance of body অমসুং (২) self-realisation। Devotional service কী চাং হেনগৎলকপা

অদুক maintenance of body গী চাং হল্লকনি। Devotional service মাপলগী মনুঙ্দা অপাম্বা অমত্তং মপুঙ্ ফানা শিজিন্নবদা, ভক্ত অদুনা highest perfection ফংবা ঙম্মী। মুক্তি লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা ভত্তনা লোয়নদুনা অহিংবা জীবওম্মা devotional service তৌরবা কান্দতা, ভক্ত অদুগী পুন্সি লোইরমদাইদা ইবুংঙোবু নিংশিংজবা ঙম্মী। বেদ অমসুং ধর্ম্ম শাস্ত্র পুম্নমক্তা মরুওইনা হায়রীবদি অসিনি ঈশ্বরদি জ্ঞান-না উবা ফংবা জীবনি অমসুং living entity শিংগী মনুঙ্দগী মীনা খ্বায়দগী হেনবনি। ইবুংঙো মশামক্তা মহাক্কী নাম অমসুং মতিক মগুণগা চপ্ মান্নৈ।"]

ঈশোপনিষদকী ১৭শুবা মন্ত্রদা অস্নুম্না হায়রী মহৃদি—

"বায়ুরনিলমমৃতমথেদং ভস্মান্তং শরীরম্।
ওঁ ক্রতো স্মর কৃতং স্মর ক্রতো স্মর কৃতং স্মর॥"

"ঐগী মতম থরদংগী ওইবা হকচাং অসি তুম্না চাকখিহুনা উং ওইপ্রসনু। ঐগী থবায় ওইরিবা মুংশাস্বর অসি মপানগী মুংশিং অচৌবগা তিন্নপ্রসনু। হে ভগবান ইবুংঙো! ঐহাক্কি ননাইনা secrifice তৌজখিবা পুম্নমক (ক্রতো) নিংশিংবীয়ো। Supreme and ultimate beneficiary অহু (ক্রতো) ইবুংঙো নহাক্না ওইবনিনা, ঐনা ইবুংঙোগীদমক তৌজখিবা পুম্নমক (কৃতং) চানবিহুনা নিংশিংবীয়ো।"

মতম থরদংগী ওইবা, পোংচাক ওইবা ঐথোয়গী হকচাং অসি থাক্লেংশেংনমক, তোঙানবা পোংশক ওইবা মপানগী কীজোন অমনি। মসিগী মরমদা গীতাগী অধ্যায় ২শুবগী শ্লোক ১৩,১৮ অমসুং ৩০ শুবদা য়াম্না শেংনা তাকলি, মহৃদি পোংচাক ওইবা হকচাং অসিনা মাঙ্রবা, লৈথিদ্রবা মতমদা living entity না হায়ওম্না অহুম্মক লৈ, মুকমাং মাঙ্দে অহুগা মাগী identity সু অহুম্মক মুকমাঙ্, মাঙ্দনা লৈ। Living entityগী identity অসি impersonal or formless ওইনা,

হায়বদি মূর্তি য়াওদনা কৈদৌঙৈদসু লৈতে। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা, পোৎ-চাক ওইরীবা ফীজেৎ অসিনি মূর্তি লৈতবদি। মরমদি indestructible person অদুগী মওংগী মতুং ইন্না, ফীজেৎকুম্নবা হকচাংনা মওং শাফ্লনা মীতোন্দা উহনবনি। Living entity গী মূর্তি হায়দগী হৌনা spiritual form ওইনা লৈবনি, অদুবু জ্ঞান লৈতবা মীশিংনা ওন্নতৈননা খন্দুনা, হায়দগী হৌনা মওং লৈজবা অদুবু খঙদবগী বাতনি। মস্ত্র অসিনা fact অসিবু অচুম্বনি হায়না তাকলি মহুদি material bodyনা মাঙ্-খ্রবসু living entity না অদুর্মক লৈগনি।

অহিংবা জীবশিং অদুনা মা-মাগী ইন্দ্রি পেম্নবগী পামজকবা থবক অদুগী মতুংইন্না, nature না তোঙান তোঙানবা মখলগী হকচাং শেমদুনা, অড্ডকপগী মশক ওইরবা পুংশা হৈবগী থবক অদুবু, material world অসিদা উহল্লি। অমাংববু (stool) চাবা পাম্বা living entity না অমাংবা অদুবু চাজনবা, অদুগুম্বা হকচাং, হায়বদি ওক্নী হকচাং ওইহল্লি। অদুগুমদুনা শা চাবা পাম্বা living entity দা কৈগী হকচাং ওইহন্দুনা, অতোপ্পা শা অতৈগী ঈ অমসুং শাদোং চাবা ফংহল্লি। মীওইবগী য়াগী মওং অসি শা-শিংগী ময়াগী মওংগা মান্নদে। অদুনা মীনা অমাংবা নত্রগা শাদোং চাগদবা নত্তে। থায়না মমাংহৈগী মী ফাওবা অমাংবা চারকই হায়বা তাদে। মীওইবগী য়া অসি অস্নন হায়না শেম্বীরকই, মতুদি মতুনা উহৈ-বাহৈ, মনা-মশীং শায়বা য়ানবা অমদি চীকপা য়ানবনি।

মী অমসুং শা-শিংগী material body শিং অসি, living entity শিং অদুগা তোঙান-তোঙানবনি। মখোয়গী material body শিং অদু living entity শিং অদুগী অপাম্বা মতুংইন্না, হোংদোক-হোংজিন নাই। Evolutionগী cycle দা living entity শিংনা মখোয়গী হকচাং অমদগী অতোপ্পা হকচাং অমদা হোংই। পৃথিবী অসি ঈশিংনা পীক থন্নঃ লৈরী-ক্লৈদা, living entity না ঈশিংদা লৈবা য়াবা হকচাংগী মওং ওইদুনা লৈ। মহুদগী living entity না মথং মথং vegetable lifeতগী worm life

ওইরকই, worm life তগী bird life ওইরকই, bird life তগী animal life ওইরকই, অমসুং animal life তগী human life ওইরকই। খ্বায়দগী অৱাংবা থাক্কী life তি মীওইবনা full spiritual knowledge লৈরবা মতমদা ওইগদবনি। অদুগুম্বা খ্বায়দগী হেন্না ৱাংলবা থাক্কী spiritual knowledge ফংলবা মী অদুগী মওং মতৌ অদুবুনি মন্ত্র অসিদা হায়রিবসি। ঊং ওইনা তুমদুনা মাঙশ্রগদবা হকচাং অসি থাদোকদবনি অমসুং থবায় ওইরীবা মুংশাম্বর অসি মপানগী শীনথুংনা লৈবা মুংশিংতা তিনপ্রসমু। হকচাংগী মনুঙদা ভোঙান-ভোঙানবা মথলগী মুংশিংনা লেঙ-খোংতুনা, living being গী থবক পুন্নমক পাংথোক্লি। অসিগুম্বা মুংশিং অসিবু প্রাণবায়ু হায়না খঙৈ। যোগীশিংনা হকচাংগী মনুঙদা লৈবা মুংশিং অসিবু control তৌনবা হোংঐ। Soulনা cycle of air অমদগী অতোপ্পা মথক্কী circle of air দা কাখৎলকই। অদুম হায়না কাখৎলকপা অদুনা ব্রহ্মরন্ধ্র ভাম কাখৎলকই। হায়রীবা খ্বায়দগী ৱাংলবা মফম অদুদগী, perfect যোগী অমনা মানা পামজবা planet অমদা চৎপা ঙম্মী। অসিগুম্বা process অসিনা খঙনবদি, মী অদুন material body থাদোকুনা অতোপ্পা planet অমদা চৎপা হায়না খঙৈ। মন্ত্র অসিদা হায়রী, মদুদি কনাগুম্বা মী অমনা অসিগুম্বা মওং হোংবগী highest perfection ওইরে হায়না খঙনগদবদি, living entity না material body অদুবু মপুঙ ফানা থাদোক্লবা কান্নতা ওইগদবনি। মতম অদুতদা, মহাক spiritual atmosphere দা চঙদুনা, হান্নগী মওং অদুগা চুকমান মান্নবা spiritual body এইবা মওং অমা লৌদুনা লৈগনি। হায়বদি শিবা অমসুং হকচাং হোংদোকপা লৈরোইদবা spiritual body অমা ওইদুনা মহাক লৈগনি।

Material world অসিদা material nature না মী অমবু, মী অদুনা পামজবা sense gratification গী মতুংইন্না, নমদুনা হান্নগী হকচাং অদুবু অতোপ্পা হকচাং অমদা ওন্থোকহল্লি। অদুম হায়না মী

অদুগী অপাম্বগী মতুংইন্না, থরায় পানবা পীকপ্রবা হকচাং য়াওবা germ দগী হৌদুনা, মপুং ফাবা থরায় পানবা হকচাং, হায়বদি ব্রহ্মা নত্রগা demi-god নচিংবা ফাওবদা লৈরীবা হকচাংগী মওং অমা ওইহল্লি। পণ্ডিত ওইবা মীনা তোঙান-তোঙানবা হকচাংগী মওং অসিবু উদদুনা, spiritual identity অদুতদা উদুনা, অহিংবা হকচাং পানবা জীব পুম্নমকপু, অমত্তা ওইনা উই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী transcendental body দগী থোরক্লিবা ব্রহ্মজ্যোতি, হায়বদি spiritual spark অসি ইবুংঙোগী অংশ অমনিনা, ওকো হকচাংদা লৈবা নৈরীক ওইরবস্ু, নত্রগা demigod অমগী হকচাংদা লৈবা নৈরীক ওইরবস্ু, মৈরীক অনিমক অদু মগুণ চপ্-নাইয়ে। Living entity না মানা অকবা থবক্ তৌথিবা, নত্রগা তমথীবা থবক তৌথিবা অদুগী মতুংইন্না, তোঙান-তোঙানবা হকচাং লৌই। মী-ওইবগী হকচাংদি থুংযদগী হেন্না বাংলবা হকচাংনি, অদুগা মপুং ফাবা consciousness সু লৈরবনি। vedic scriptures কী মতুংইন্না, মীনা culturing knowledge তন্দুনা, মপোক কয়াগী পুন্সিদা লেপ্লুরবা মতুড়দা, থুংযদগী হেন্ন মপুড, ফারবা মী অমা ওইরবা কান্দতা (the most perfected man), শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা আত্মসমর্পণ তৌই। কনাগুম্বা মী অমনা culture of knowledge গী perfection য়ৌরে হায়না খংনগদবদি, মী অদুন supreme lord বাসুদেবদা আত্মসমর্পণ তৌবগী থাক অদু য়ৌরবতদা ওইগদবনি। অদুবু অসুম হায়না কনাগুম্বা মী অমনা মশাগী spiritual identity খঙ্বগী জ্ঞানগী থাক্ অদু য়ৌরবস্ু, মী অদুগী জ্ঞানগী থাক্ অদুনা complete whole ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী part and parcel ওইনা living entity শিংনা eternally অদুম্মক লৈগদবনি, অমসুং living entity শিং অদুনা complete whole অদুদা কৈদৌংৈভদসু অমত্তা ওইনা তিনশিনখিবা য়ারোই হায়বা অসি খঙ্রবদি, মী অদু maferial atmosphere দা অমুক হন্না তাথরক্খিগনি। থাক্পেশংবমকসু মী অদুনা ব্রহ্মজ্যোতিগা অমত্তা

ওইনা তিনশিনখ্রবস্থ মহাক অমুক হয়া meterial atmosphere দা তারক,খিগনি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী transcendental body দগী থোরক্লিবা ব্রহ্ম-জ্যাতি অসি, spiritual spark না শীকথল্লী। অদুগুম্বা spiritual spark শিং অদু, মতোম মতোমতা লৈবা ওমলবা individual entity মকুনি (individual entities with full knowledge of existence)। Living entity শিং অসি করি করিগুম্বা মতমদা জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংগী enjoyer ওইনিংই। মরম অদুনা মখোয়বু material world দা পোকহন্দুনা জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংগী মথা পোয়' false lord ওইহল্লি। অসুম হায়না মপু শানিংবগী বাখল অসি living beingশিংগী material disease অমনি, মরমদি sense enjoyment তা লুপ্পুনা ময়াইকাখিবনা মরম ওইদুনা, মখোয়বু material world দা তোহানতেং-ডানবা হকচাং অমদগী অতোপ্পা হকচাং অমদা হয়' চয়া পোকহল্লি (transmigration of soul)। ব্রহ্মজ্যাতিগী অনম্বা ওইশিনখিবা অসি মপুডু কাব' knowledge ওইরে হায়ব' যাদে। spiritual serviceতা মপুং ফানা তৌবনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদা' আত্মসমর্পণ তৌববা মতমতদা, মী অদুনা থুয়দগী হাংলবা perfectional stage যৌরে হায়না খড,গদবনি।

মম্ব অসিদা হায়রী, মদুদি living entity না মহাকী material body অমসুং material air বু শংদোক্লগা, ভগবানগী spiritual kingdom দা চংহনবীয়ু হায়না প্রার্থনা তৌরি। ভক্ত অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদা প্রার্থনা তৌকরি, মদুদি মহাক্না মহাকী material body না তৌং ওইনা তুমল্লিডৈগী মমাঙদা, মানা তৌকখিবা sacrifice অমসুং good activity পুম্নমক অদু নিংশিংবিয়ু হায়না হায়জরী। ultimate goal কয়িনো খঙজদুনা, মমাংদৈদা তৌকখিবা থবকশিং অদু নিংশিংদুনা, শিরমদাইগী মতমদা মপুংফানা জ্ঞান তানা অমসুং থাজবগা

লোয়ননা, ভক্ত অহুনা ঈশোপনিষদকী মন্ত্র ১৭শুবা অসি প্রার্থনাগী মশক ওইনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মফমদা হায়জরিবনি। Material body ওইনা material nature দা হিংলিঙৈদা, material nature গী নিয়মগী মথাদা কত্তবা থবক তৌথিবা অহু নিংশিংবনা, মী অহুনা শিরবা মতুংদা, মানা তৌখিবা পামজবা থবক অহুগী মতুংইন্না, material body ওইনা অমুক পোকই। অসিগুম্বা অচুম্বা অসিবু গীতাগী ৮শুবা অধ্যায়গী ৬শুবা শ্লোকনা confirm তৌরী। মহুদি—

"হে কৌন্তেয়! মী অহুনা হিংলিঙৈদা ভত্তনা নীংজরকপা অহু মহাক্না শিরনদাইদা নিংশিংই; শিরমদাইদা নীংখিবা য়াম্না পামজবা মওং অহুম্মক শিরগা ফংলুই।" অম্নুন তৌদুনা শিরিবা মী অহুনা য়াম্না পামজবা অহুনক, মাগী পুক্নিংনা মতুংগী পুন্সিগীদমক পুহুনা চৎলি।

শা-শিংগী mind গা মীওইবগী mind গা মান্নদে। মীওইবগী mind দি develop তৌবা য়াই। হৌজিকী মপোক অসিদা মানা ওইরীবা ফীভম অসিগা মরী লৈনহন্নগা, মী অমনা নহানমুক্কী মপোক্তা মানা তৌথিবা থবক অহু, মড.দা উবশুন্না, মীনা নীংশিংবা ঙম্মী। মরম অসিনা মীওইবগী পুক্নিংদা material desire গীদমক surcharge তৌদুনা, হায়বদি পানহন্দুনা লৈ। মহুগী ফলনা মহাক্না spiritual body অমা ওইনা spiritual kingdom দা চংবা ঙমদে। অহুবু ভক্ত অমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী devotional service ভত্তনা তৌবনা মবম ওইদুনা, মহাকী পুক্নি দা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিজবা অমা ভত্তনা ফাওই। ভক্ত অমনা শিরমদাইগী ওয়দা মানা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবা তৌজখিবা অহু নীংশিংজবা ঙনম্রবা ফাওবদা, ইবুংঙোনা মনাইবু কাওবিদে। প্রার্থনাগী মশক ওইরবা ঈশোপনিষদকী ১৭শুবা মন্ত্র অসিনা, ভক্ত অহুনা তৌজখিবা সেবা অহুবু ইবুংঙোগী মফমদা নীংশিংহন্নি। অহুবু অম্নুম হায়না নীংশিংবা অমা তৌত্রবা ফাওবদা, ইবুংঙোনা মাগী পুকচেল শেংলবা ভক্ত অমনা তৌজখিবা সেবা অহুবু কাওবিদে।

গীতাগী ৯শুবা অধ্যায়গী শ্লোক ৩০দগী ৩৪ ফাওবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মহাক্কী অচানবা মনাই ভক্ত অমগা করম হায়না মরী লৈনবগে হায়বা অতু মপুংফানা তাকলি।

"ফনমক মরমচৎ ফত্তবা মী ওইরবসু মহাক অতুনা ঐবু পূক্নিং অনি লোঙ্দনা নিঙ্জরবদি, মহাক সাধুনি হায়না খঙ্নগনি ; মরমদি মহাক নিংথিনা মপুক্নিং লেপ্লবনি।" (গীতা ৯৷৩০)

"ঐবু চেৎনা নীঙ্জবা মীতু য়াম্না থুনা ধর্ম্ম চেনবা মীশক ওইরকই অমসুং লেঙ্ত্রবা শান্তি ফংই ; মসি শোয়ত্রবনি হায়না খংঙু, হে কৌন্তেয় ! মতুদি ঐগী ভক্তনা ক'রিগুম্বদসু মাঙ্বা লৈতে।" (গীতা ৯৷৩১)

"হে পার্থ ! নুপী ওইসনু, বৈশ্য ওইসনু, শূদ্র ওইসনু নত্রগা পাপ চেনবা গর্ভদগী পোকপসু ওইসনু, ঐঙোন্দবু চঙ্জরবা মখোয়তু পরমগতি ফংই।" (গীতা ৯৷৩২)

"পুণ্য চেনবা ব্রাহ্মণশিংনা অমসুং ভক্ত রাজর্ষিশিংনা অরানবা শুভম ফংবদি করি অমুক চিংনিংঙাই লৈগদগে ? মরম অসিনা নহাক্না অসিগুম্বা অরেপ্পা লৈতবা অরাবগী মশক ওইবা মীওইবগী মপোক ফংলগা ঐবু চেৎনা নীংউ।" (গীতা ৯৷৩৩)

"ঐঙোন্দা পূক্নিং থম্মু, ঐঙোন্দা ভক্তি লৈমু, ঐবু পূজা তৌ, ঐবু খুরুম্মু, মতৌ অসুম তৌনা ঐঙোন্দা পূক্নিং অমত্তা ওইনা লুপ্তুনা চঙ্জরবদি ঐবু শোয়দনা ফংগনি।" (গীতা ৯৷৩৪)

শ্রীলা ভক্তি বিনোদ ঠাকুরনা মথক্কী গীতাগী শ্লোক মঙা অসিবু অসুম হায়না ব্যাখ্যা তৌই মতুদি—

"সাধু সন্যাসকী অচুম্বা লম্বেলদা চৎলিবা ভক্ত অমগী মরমচৎ ফত্তবগী মতৌ উরক্লবফাওবদা (seem to be of loose character), মাবু ভক্ত অমনি হায়না অতুম্মক লৌগনি। মসিদা হায়রিবা "loose character" হায়বা term অসি নিংথিনা খঙ্দোকপা ধরকাবনি। conditioned soul অমনা থবক অনি পাংথোক্লবা হোৎনগদবনি,

মত্তুদি—(১) হকচাং মুংঙাই য়াইফনা থম্নবা হোৎনগদবনি, (২) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংজনবা হোৎনগদবনি। সমাজগী ফীভমগা চান্নবা হিংবা, জ্ঞান অমসুং লৌশিং চাওথৎনবা খোরাং তৌবা, ভক্ত-ভহেনবা, চম্না লৈবা নোয়-পেলহনবা অমসুং হিংননবগী শু-নোম্বা—মখোয় পুম্নমক অসি হকচাং মুংঙাই য়াইফনা থম্নবগী মসুক্ত্ চল্লি। মীওইবগী পুন্সিদা পাংথোক্লিবা থবকশিংগী মসুক্ত্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংজনবগী তৌগদৌরিবা শরুক্তি, মানা অফবা থবকুবু খল্লগা তৌগদবনি। তৌরিবা থবক পুম্নমক ইবুংঙোগী সেবাগীদমক্তনি খন্দুনা তৌগদবনি, হায়বদি god centred activity ওইহনগদবনি। থবক অদুসু lower ego না তৌবা নত্তে, "অশেংবা ঐ", হায়বদি জীবাত্মানা তৌবনি হায়না খন্দুনা তৌগদবনি। অদুগা ইবুংঙোগী ভক্ত অমা ওইনা, krishna consciousness ওইদুনা ইবুংঙোগী শ্রীমূর্তিবু অহিংবা জীব অমগুম্না খুনিং খুদিংগী devotional loving service তৌগদবনি। হায়রীবা function অনি অসি অমনা অমবু parallel ওইনৈ, হায়বদি অনিমক তোকপা য়াদে। মরমদি conditioned soul না হকচাং মুংঙাই য়াইফনা থম্বা থাদোকপা য়াদে। Devotional service তা হেনগৎলক্লিবা চাং অদুক হকচাং মুংঙাই-য়াইফনা থম্নবগী চাং হন্থরকনি। Devotional service অদুনা অশেংবা অমসুং অচুম্বা থাক্তী চাং (right point) অদু য়ৌদ্রিবা মথৈ, ভক্ত অদুনা সংসারিক্তী বিষয়দা (worldliness) তোয়না চংলক্তুনা ঊৎনবগী chance লৈ। অদুম্নদি ওইরগা, সংসারিক্তী বিষয়দা চংলক্তুনা ভক্ত অদুনা ঊৎলকপা অদু মতম শাংনদি ওইরোই, মরমদি—ইবুংঙোগী থোজান্দগী অদুগুম্বা মপুং ফাদবা অদু মতম থরগী মসুংদা মাঙ্খিগনি। মরম অসিনা devotional serviceক্তী লম্বেলতনা, মীওইবগী অচুম্বা লম্বেল ওইগনি। অসুম হায়না অচুম্বা লম্বেলদা চৎলবা ভক্ত অদুনা সংসারিক্তী বিষয়দা তোয়না চংদুনা ঊৎলকলবসু, ইবুংঙোগী পাদচরণ ফংবদা (self-realisation) অথিংবদি ওইরোই।"

Devotional service কী খুদোংচাবা অসি impersonalists শিংদা ফংদে, মরমদি মখোয়না ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতিদা লুপথিবননি। মখোয়না personality of godhead পু থাজদবা মরম্না, ব্রহ্মজ্যোতিবু কাওদোক্লুনা লানখোকপা ঙমদে। মখোয়গী মখো হায়ববু বাবৈগী তোঙান-তোঙানবা অর্থ পুখোক্লুনা, ভাবনা শাবা অমা পুখোকপা অদুনি। অদুনা মরম ওইদুনা, impersonalist শিংনা অরেম্বদা মখোয়গী হোৎনমন মাঙ্‌-হল্লী। মসিগী মরম অসিবু গীতাগী ১২শুবা অধ্যায়গী ৫শুবা শ্লোক্তা শেংনা তাকলি। মদুদি—

"নির্গুণ-ব্রহ্মদা পুক্নিং লুপ্পবশিংগী সাধন য়াম্না হেন্না বায়, মরমদি হকচাংগা লোয়নবিবনা কোংদোক্লবা ব্রহ্মগা মরী ওইবা গতি বানা ফংই।" (গীতা ১২।।৫)

ঈশোপনিষদকী মন্ত্রসিদা হায়রীবা খুদোংচাবা পূর্ণমক, মদু লৈবা absolute truth কা তম্বনা লোয়নদুনা সেবা তৌরবা কান্নবা লায়না ফংই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু devotional service তৌবা হায়বা অসিনা খঙ্‌নববু, ভক্ত অদুনা মরুওইনা transcendental activity মাপল তৌববু খঙৈন (নববিধাভক্তি)। মখোয় অদু'দ (১) ইবুংঙোগী মরমদা তাবা, (২) ইবুংঙোগী গুণবু থাগৎপা, (৩) ইবুংঙোগী নানবু শোঞ্জবা (৪) ইবুংঙোগী খঙালবু ওমজবা পাদ সেবা তৌজবা, (৫) ইবুংঙোবু লাৎচবা, (৬) ইবুংঙোদা প্রার্থনা তৌদুনা কৎচবা, (৭) ইবুংঙোবু সেবা তৌজবা (৮) ইবুংঙোবু মরূপ অমা ওইনা লোইনজদুনা মুংচাইজবা, (৯) ইবুংঙোদা পূর্ণমক কৎপা (আত্মসমর্পণ তৌবা) অসিনি। অসিগুম্বা devotional service মাপল আসবু পুম্নপ পুনশিন্না তৌরবস্তু, নত্রগা অমমম্‌দা ওইনা তৌরবস্তু, ভক্ত অমনা ইবুংঙোগা অচৎ-অথম লৈতনা মরী লৈনবগী উপায় ওই। অমুম হায়না তৌদুনা ভক্ত অদুনা পুম্নিগী লোইরমদাইদা ইবুংঙোবু নিংশিংজবা ঙম্মী। Principle মাপল অসিগী মমুংদগী অপাম্বা অমথক্লং শিজিন্নদুনা, মথাদা ইরিবা ইবুংঙোগী কাওরবা

ভক্তশিংনা highest perfection ফংবা ঙমখি। মখোয় অদুদি—(১) শ্রীমদভাগবত কী hero মহারাজ পরিক্ষিৎ-ন, তাবতনা মরম ওইদুনা, মানা নিংজরীবা অদু থুংখি। (২) শ্রীমদভাগবতকী speaker শুকদেব গোস্বামীনা ইবুংঙোগী শুণবু থাগৎপতনা মরম ওইদুনা, perfection ওইখি। (৩) প্রার্থনা তৌজবতনা, অক্রুরনা মানা নিংজবা অদু ফংখি। (৪) প্রহলাদ মহারাজনা ইবুংঙোগী নাম শোনজবতনা নত্রগা নিংজবতনা মরম ওইদুনা, মানা নীংজবা অদু থুংখি। (৫) ইবুংঙো মাবু লাৎচবতনা, পৃথু মহারাজনা perfection ফংখি (৬) ললগী মবেম্মা লক্ষ্মী দেবীনা ইবুংঙোগী খগ্গালবু ঙনজবা পাদ সেবন তৌজবতনা, perfection ফংখি। (৭) হকচাংগী পাজলনা সেবা তৌজদুনা, হনুমাননা মানা নিংজবা থুংখি। (৮) ইবুংঙোগা মরুপ-মপাং ওইজবনা, অর্জুন-না মানা নিংজবা অদু থুংখি। (৯) লৈজবা পুম্নমক কংথোক্পতনা, মহারাজ বালীনা মানা নিংজবা অদু ফংখি।

খাক্লেংলেংবভক্তি, ঈশোপনিষকী মন্ত্র ১৭শুবগী ব্যাখ্যাস্ত্র অমস্তুং বেদগী শ্লোক পুম্নমকী মন্ত্র পুম্নমকস্ত বেদান্তসূত্রদা শনজল্লা ইরি, অদুগা অমুক শ্রীমদভাগবত তা শুগাইনা যাওর। বেদগী জ্ঞানবু ঐখোয়না উপাদ্বী ওইনা খল্লবদা মহাক্না অমনবা উহৈ অদু শ্রীমদভাগবত-নি। মহারাজ পরিক্ষিতকা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগা অহানবা হেক উরবা মতমদা, মাহাং অমস্তুং পাওথুমগী মওং ওইনা, মন্ত্র অসিনকী ব্যাখ্যা ওইনা হাংনখিবা অদু শ্রীমদ ভাগবত তা শুগাইনা ইরি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মতিক-মগুণগী মরমদা তাবা অমস্তুং শোনবনা devotional service কী basic principle নি। শ্রীমদ ভাগবত অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা শুকদেব গোস্বামীনা শোল্লি, অদুগা মহারাজ পরিক্ষিৎনা তারী। মহারাজ পরিক্ষিৎনা শ্রীশুকদেব গোস্বামীদা হংজবগী মরমদি মতম অদুগী transcendentalistশিং অমস্তুং অচৌ-অচৌবা যোগীশিংগী মমুঙদা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা খ্বায়দগী হেনবা spiritual master নি।

মহারাজ পরিক্ষিৎকী মরুওইবা বাহংদি অসিনি, মহুদি মী থুদিংমক্কী মথৌ করিনো, অদুগা মরু ওইনা শিরমদাই মতমদা মাগী তৌগদবা মথৌ করিনো ? (ভাগ: ১।।১৯।।৩৫) শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা খুমলম্মী—

"তস্মাদ্ভারত সর্ব্বাত্মা ভগবানীশ্বরোহরিঃ।

শ্রোতব্যঃ কীর্ত্তিতব্যশ্চ স্মর্ত্তব্যশ্চেচ্ছতাভয়ম্ ।।" (ভাগ: ২।।১।।৫)

"অকিবা অমসুং মুংঙাইতবা পুম্নমক অসিদগী লাম্লোকপা পাম্বা মী থুদিংমক্না ভগবান ওইবা, ঈশ্বর ওইবা শ্রীহরিগী (the personality of godhead) মতিক-মগুণবু তাগদবনি অমসুং নিংশিংজগদবনি। অদুগুম্না ভগবান অদু জগৎ সংসার পুম্নমক্কী রায়েনবনি, অমাবা পুম্নমক কোকপীবা মপুনি অমসুং living entity পুম্নমক্কী পরমাত্মানি।"

মীওইবনা মুমিদাংদা তুনদুনা মুংঙাইদোক্লুনা, অদুগা অয়ুক মুংখিলগী মতমদা তমলিবমথৈ লন, তানশিন্দুনা, নত্রগা ইমুং-মমুংগী অরাং-অপ চান-থরকবা লৈন্দুনা মতম লেপ্লি। মরম অদুনা মীনা supreme personality of godhead কী মরমদা খঙ্নবা, অমগা অমগা হংনদুনা, নত্রগা ব'রী বাতাই শান্নবগী মতম শংদে। মখোয়না ঈশ্বর লৈ হায়বা অসি কাওখোক্‌ই। মখোয়না জ্ঞানগী ইন্দ্রিনা উবা ফংদবা অমসুং যুক্তি লৈতবা অদু কান্নদবনি হায়না লৌই। অদুবু বেদগী শাস্ত্রশিংদা— উপনিষদতা ওইরবসু, বেদান্ত সুত্রদা ওইরবসু, গীতাদা ওইরবসু, নত্রগা শ্রীমদভাগবত-তা ওইরবসু—অসুম হায়না হায়রী, মহুদি ঈশ্বরদি জ্ঞান-না উবা ফংবা জীবনি (sentient being) অমসুং living entity শিংগী মমুঙ্দগী থ্বায়দগী হেনবনি (supreme) হায়না হায়রী। মহাক্কী মতিক মগুণদি মশামক্কা চপ্ মাৱৈ। মরম অসিনা মীপুম থুদিংনা, পৃথিবী অসিগী politician শিং অমসুং অচৌ-অচৌবা ইনাক-কৈরাক খুনবা মীশিংগী মথৌনা অমসুং থবক্কী মরমদা তারোইদবনি অমসুং রারী শান্নরোইদবনি। মরমদি মখোয়শিং অদু কান্নদবা তাক্তনি। মহুগী মহুত্তা মীওইবা ঐখোয়না মিকুপ অমা কাওবা নাঙ্‌হন্দনা ঈশ্বরগী মরমদা পুক্নিং

চঙ্.হনা. অমসুং থবক তৌহূনা পুন্সি লেনগদবনি। শ্রীঈশোপনিষদনা ঐখোয়বু অসিগুম্বা ঈশ্বরগী থবক্তা মাই ওনশিন্নবা তাকপীরি।

কনাগুম্বা মী অমনা devotional practice পু তৌরবদা, মানা শিরমদাইগী মতমদা হকচাংগা থবায়গা কায়নরমদাইদা করিবু নীংগদৌরিবনো ? অদুগা মতৌ করম হায়না মহাক্না হিংলিকৈদ্রা sacrifice তৌখিবা পুন্নক, হায়বদি ঈশ্বরগীদমক তৌজখিবা পুন্নকপু নিংশিংনবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী মকমদ হায়জগদৌরিবনো ? sacrifice হায়বদি sense gratification গী interest পুন্নকপু থাদোকপা হায়বনি। কনাগুম্বা মী অমনা মানা হিংলিকৈদা নাগী কর্মেন্দ্রিয়শিং অদু ঈশ্বরগী সেবাদা শিজিন্নবা হোৎনগদবনি। মানা হিংলিকৈদা ঈশ্বরগী সেবা তৌখিবা থবক পুন্নকী কল পুন্নক (results of all past devotional services) শিরমদাইগী মতমদা শিজিন্নবা ঙমগনি।

(ট) ভক্তি যোগ, তরামাথোইগুব শক্তক।

( Devotional service না মরম ওইদুনা ভক্তনা মপুং ফাবা জ্ঞান ফংলকই। ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী খুয়ংখাদা আত্মসমর্পণ তৌবগী মরমদা থঙ্.হনবা। )

[ "কর্ম্ম-কাণ্ড-না self realisation ফংনবগী লম্বেলদা খ্বায়দগী হয়বা লাইনিংনি। Brahminical cultureগী মগুণ লৈরবা মীতনা transcendental knowledge খঙ্.বা ঙম্মী। Birthright না brahminical culture ওইরবনি হায়দুনা ব্রাহ্মণ ওইবা য়াদে। যোগভ্রষ্ট ওইবা মীওইশিংবু ইবুংঙোনা self-realisation ফংনবা খুদোংচাবা অমুক্তং পীবী। কর্ম্ম-কাণ্ডদগী থাক-থাক নাইনা হাইগৎলক্তুনা transcendental knowledge গী থাক

য়ৌদুনা self-realisation ফংনবা হোৎনবনা মী অমাম্বগী চৎ-নরীবা নিয়মনি। অদুবু ইবুংঙোদা হায়না surrender তৌরবদি চৎনরীবা নিয়ম লাংথোক্তুনা ইবুংঙোগী devotional serviceতা direct চৎশিল্লি। ভক্তিগী লম্বেলদা sinful re action থোকপা ঙমদে। ভক্ত অমনা brahminical qualification দি লায়রদুনা ইবুংঙোগী অফবা qualification পুম্নমক য়ৌরকই। conditioned soul না অরানবা তৌদনিংঙাই লৈতে। ভক্ত অদুনা করিগুম্বা মতমদা ওম্ব-তৈনবা থাখল পোক্‌লক্‌লবসু, ইবুংঙোনা ভক্ত অদুগী থম্মোয়নুংদগী অচুম্বা লম্বেল চৎনবা খঙ্‌হনলকই। spiritual master অমনে, vedic i  inction নে থম্মোয়নুংদা লৈবা ইবুংঙোনে মখোয় পুম্নমক্না ভক্তবু অচুম্বা লম্বেলদা লম-জিংবিদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু লাইনা ফংহল্লি।"]

ঈশোপনিষদকী ১৮শুবা মন্ত্রনা অসুম্না হায়রী মদু'ম—
"অগ্নে নয় সুপথা রায়ে অস্মান্‌, বিশ্বানি দেব বয়ুনানি বিদ্বান্‌।
যুযোধ্যস্মজ্জুহুরাণমেনো ভূয়িষ্ঠাং তে নমউক্তিং বিধেম।"

"মেগুম্ন শক্তি লৈরবা, মীয়ামগী হেন্না অঁকপা ওইবা হে ইবুংঙো। হৌজিক্তি ইবুংঙো নঙকী পুক্নিংদা ননাইনা ঙাক্লগা দগুবং তৌজরি (নমউক্তং বিধেম)। হে ইবুংঙো! ইবুংঙোনা চাংনবীদুনা ইবুংঙোগী চরণ থম্বাল য়োনবা (রায়ে) অচুম্ব লম্বেলদা (সুপথা) লম-জিংবীয়ু (নয়)। হৌখিবদা ননাইনা হৌজিখিবা থবক পুম্নমক ইবুংঙোনা খঙ্‌বিরবনা (বয়ুনানি বিদ্বান্‌), ইবুংঙোগী চরণ কমল ফাওনবগী লম্বেলদা য়ুম্থাই-থিনগাইবা লাকনবা (জুহুরাণম্‌), হৌখিবা থবকী ফল ওইনা ননাইনা ফংগদবা পাপ পুম্নমক (এনঃ ভূয়িষ্ঠাং) ইবুংঙোনা কোকপীয়ু (যুযোধি)।"

ইবুংঙোদা আত্মসমর্পণ তৌবনা অমত্তং থৌজানবিবু হায়না পুক্ন-জবনা, ভক্ত অদুগী complete self realisation গী থবক্তা কপৎপা

হেনগৎহল্লি। ইবুংঙোবু মৈশুবনি হায়রী, মরমদি মৈনা surrendered soul গী পাপশিংবুসু, অদুতসু নত্তনা সংসারগী পোৎ পুম্নমকপুসু চাক-থেক্লনা উৎ তাহনবা ঙম্মী। Ahsolute truth কী থাঙ্গৎলেংবা অরোইবা পম্বুংফমদি supreme personality of godhead কী শকল (feature) অদুবুনি। ইবুংঙোগী transcendental body দগী থোরক্লিব, ব্রহ্মজ্যোতিগী মীৎশক্লবা মঙাল অদুনা ইবুংঙোগী মাইথোংবু কুপশিল্লি। self-realisation গী লাইনিং লম্বেলনি হায়দুনা কলবু পানদুনা তৌরিবা থবক পুম্নমক, হায়বদ—"কর্ম্ম-কাণ্ড" হায়না ঐথোয়না খঙনবা অসি, গ্যায়দগী চম্বা থাক্তী লাইনিংনি। অদুগুম্বা "কর্ম্ম-কাণ্ড"গী থবক মতৌ অদুদি, বেদগী নিয়মগী মতুংইন্না তৌফম থোকপা থবকশী থজিক্লুং কায়বদা, থবক অদু "বিকর্ম্ম" ওল্লি। হায়বদি কর্ম্ম তৌরিবা মী অদুগী অপাম্বগী ওন্না তৈনবা কল ফংই। অদুগুম্বা বিকর্ম্মগী থবক মতৌ অদু, অজ্ঞান ওইবা living entity না sense-gratification গীদমক্তা তৌই। মরম অসিনা অদুগুম্বগী থবক মতৌ অদুনা, self-realisation গী লম্বেলদা য়াথাই থিনগাইব ওইরকই।

মীওইবগী মৃত্তি লোদুনা, মীওইবগী পূর্ন্নদা হিংলিটৈ মতমতদা, self-realisation ফংবা ঙম্মী। বেদনা হায়রী থবায় পানবা, মওং নাইবা অহিংবা জীব পুম্নমকী species লাক ৮৪ নি। মদুগী মমুঙদা মীওইবগী মওং লোদুনা brahminical culture গী মগুণ লৈরবা মীশিংতনা, knowledge of transcendence ফংবগী থুদোংচাবা ফংবা ঙম্মী। Brahminical culture না খঙনবদি অচুম্বতা তৌবা (truthfulness), ইন্দ্রি থুদুম চনবা (sense control), খাঙবা কনবা (forbearance), চম্বা (simplicity), মপুঙ ফাবা জ্ঞান লৈবা (full knowledge), অমসুং ঈশ্বরবু মপুঙ ফানা থাজবা (full faith in god) নি। অচৌ-অশাং মীগী মচা ওইনা পোকপনা, অচৌ-অশাং ওইরকপগী থুদোংচাবা লৈবগুম্বা, ব্রাহ্মণগী মচা ওইনা পোকপনা ব্রাহ্মণ

অমা ওইবগী থুদোংচাবা লৈ। অদুবু birth-right না পুম্নমক ওই-হনবদি নত্তে, মরমদি brahminical গী qualification পুম্নমক অদু মঙোন্দা লৈত্রবদি, মহাক ব্রাহ্মণ নত্তে। ব্রাহ্মণগী শাগৈদা পোকলবনি হায়দুনা, চাওখোক্লুনা লৈরবা, অমসুং থাক্লেংবা ব্রাহ্মণ অমগী qua-lificationশিং অদু ফংননবা হোৎনদ্রবা, ব্রাহ্মণ মচা অদু brahminical cultureগী ব্রাহ্মণ নত্তবা, হন্থবা থাকী মীওই ওইদুনা self-realisation ফংবা ঙমলোই। অদুম তৌদুনা মীওইবগী পুনসি অসিদা, মহাক মাইথীবা হায়বা অদু ওইরে।

গীতাগী ৬শুবা অধ্যায়গী ৪১ অমসুং ৪২শুবা শ্লোকতা হিবুংঙৈ'না assurance অমা পীবিরি, মদুদি যোগভ্রষ্ট ওইবা মীওইশিংবু, হায়বদি self-realisation গী লম্বেলদগী কায়দুনা হন্থরবা অমসু' লৈখা তা'রবা মীওইশিংবু, ব্রাহ্মণগী শ'গৈদা মত্রগা ইনাকখুনবা মীগী শাগৈদা পোক-হন্দুনা, মথোয়সু লৈখা তা'রিবা অসিদগী চুমথোক্চনবা থুদোংচাবা অমুক্কং পীবী। অদুগুম্বা মপোক অদুদা self-realisationগী higher chance অমা ফংলবনি। অদুবু থুদোংচাবা অদুবু অজ্ঞান ওইবনা নরম ওইদুনা, শ্রম-তৈননা শিক্কিমরবদি হিবুংঙোনা মীওইবদা পীবিরীব' অফবা থুদো'চাবা অদু মাঙই।

হৌজিকী মতমদা মীয়াম্না চৎনরীবা regulative principle দি অসিনি, মদুদি বেদগী কর্মকাণ্ডগী নিয়ম ঙাক্না চৎলগা, fruitive ac-tivities গী platform দগী থাক-থাক, মাইনা কাখৎলক্লুনা trans-cendental knowledge গী platform দা কাখৎলকই। অসুম তৌদুনা হক্তিন-হক্তিন পোকপা শিবা, পোকপা-শিবা, কয়ারক তৌরবা মতুঙদা, transcendental knowledge গী platform য়োরগা মী অদু perfect ওইরকই, অমসুং supreme personality of god-head তা surrender তৌই। মসিনি general procedure, অদুবু মহা অসিদা recommend তৌরিবদি অসিনি, মদুদি কনাগুম্বা অমনা

অহানবদগী হৌনা ইবুংঙোদা surrender তৌরবদি, তৌকম খোকপা নিয়মগী থাক পুম্নমক লানথোক্লুনা, devotional attitude তা চংশিল্লি। গীতাগী ১৮শুবা অধ্যায়গী ৬৬শুবা শ্লোকতা হায়রী, মহুদি—"ইবুংঙোনা আত্মসমর্পণ তৌরবা মীশিং অদুবু ইবুংঙোনা লৌশিনবী, অদুগা মখোয়গী পাপকী কর্ম্মশিংদগী লাকদবা ফত্তবা পুম্নমকপু কোকনী।" কর্ম্মকাণ্ডগী লম্বেলনা, পাপকী re-action য়াম্না খোরকই। জ্ঞান-কাণ্ডগী লম্বেলনা, হায়বদি philosophical development কী লম্বেলনা, পাপ লৈবা থবকী মশীং য়াম্না হন্থে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী devotional serviceকী লম্বেলদা চংজবনা, হায়বদি ভক্তিগী লম্বেলনা sinful re-action থোক্লবগী chance অমত্তা লৈতে। ইবুংঙোগী ভক্ত অমনা brahmi-nical qualification গী বাদি লায়রক্নুনা, ইবুংঙোগী অকবা quali-fication পুম্নমক য়োৗরকই। ইবুংঙোগী ভক্ত অমনা ব্রাহ্মণগী শাগৈদা পোকত্রবস্থ, পূজাদা য়াম্না হৈগ্রবা ব্রাহ্মণ অমদা লৈবা qualification পুম্নমক অদু মঙোন্দা লৈরকই। মসিনি ইবুংঙোগী ঙমখৈ লৈত্রবা শক্তি হায়বদু। মী অমবু ইবুংঙোনা ব্রাহ্মণগী কুলদা পোকহল্লবস্থ, হুই চাবা তোঙ্গ্রবা মী অমা ওইহল্লি। অদুগা devotional serviceকী মপাম্না ইবুংঙোনা মী অমবু হুই চাবগী কুলদা পোকহল্লবস্থ, qualified brah-man অমদগী হেনবা থাকী মী ওইহল্লি।

Omnipotent ওইবা ইবুংঙোনা মীপুম থুদিংগী থম্মোয়দা লৈবনিনা, মহাকী ভক্তশিংদা, মখোয়না অচুম্বা লম্বেল চৎননবা মখোয়গী থম্মোয়দা ফাওহন্দুনা, পাওতাক পীরী। ভক্ত অদুনা অতোপ্পা ওন্নতৈনবা অপাম্বগী বাখল অমা, করিগুম্বা মতমদা লৈরবস্থ, ইবুংঙোনা অচুম্বা লম্বেলদা চৎননবা পাওতাক অদু মী অদুগী থম্মোয়দা ফাওহল্লি। ভক্ত নত্তবা অতোপ্পা মী অতৈদদি, ইবুংঙোনা মাগী-মাগী কর্ম্মগী মতুংইন্না, মী অদুগী risk তা ফল অদু ফংহল্লি। ভক্ত অদুগী মফমদদি, ইবুংঙোনা ওন্ন-তৈনবা মাইকৈদা চৎথিদনবা পাওতাক পীরী।

শ্রীমদভাগবত-কী ১১শুবা স্কন্ধগী ৫শুবা অধ্যায়গী ৪২শুবা শ্লোক্তা অস্মুমা হায়রী মহুদি—

"স্বপাদমূলম্ ভজত: প্রিয়স্য
ত্যক্তান্যভাবস্য হরি পরেশ:
বিকর্ম যাচ্চোপতিতম্ কথম্চিদ
ধুনোতি সর্ব্বম্ হৃদি সন্নিভিষ্ট:।"

'ইবুংঙোনা ভক্তবু অস্মপকী মতিক চানবী মহুদি ভক্ত অদুনা বিকর্মগী লম্বেলদা তাথ্রবসু,হায়বদি বেদদা হায়রীব। অদুগী ওন্ন-তৈনবা লম্বেলদা চৎথ্রবসু. ইবুংঙোনা খুদক অদুদা ভক্ত অদুগী থম্মোয়মুংদা অচুম্বা লম্বেলবু ফাওহন্দুনা, অরানবা লম্বেল অদু চুমথোকহল্লি। মসিগী মরমদি ভক্ত-শিংবু ইবুংঙোনা যাম্না চানবী।"

ঈশোপনিষদকী ১৮শুবা মন্ত্র অসিদা শঙ্হল্লবদি অসিনি, মহুদি ভক্ত অদুনা ইবুংঙোদা প্রার্থনা তৌজরি, মহুদ নহাক্কী থম্মোয়মুংদগী ইবুংঙোনা শঙ্হনবিরক্লুনা, মহাক্কী অরানবা পুম্নমক চুমথোকপীয়ু। অরানবা হায়বা অসি মীওইবগী হৌনশানি। conditioned soul অমনা মরক মরক্তা অরানবা তৌদনিংঙাই লৈতে। অসিগুম্বা শঙ্দনা তৌথিবা অরানবগী পাপ অদুবু কোক্লনবা উপায়দি, ইবুংঙোগী চরণ-থম্বালদা আত্মসমর্পণ তৌজদুনা ইবুংঙোনা লমজিংবীবা নত্তনা, উপায় অতোপ্পা অমা লৈতে। মপুঙ ফানা আত্মসমর্পণ তৌরবা conditioned soul অমবু, ইবুংঙোনা অক-ফত্তবা পুম্নমক্কী দায়ী লৌবিগে। ইবুংঙোগী য়াথং নত্তুংইগ্না থবক তৌজদুনা surrendered conditioned soul অমগী problem পুম্নমক পুমকোক কোকগে। অশেংবা ভক্ত অমগী মফমদা ইবুংঙোনা পীবীবা য়াথং(direction)অসি হীরম অনি থোক্তা ওইবা য়াই। হীরম অমনা saints, scriptures অমসুং spiritual master শিংনা পীবা পাওতাক্তি, হায়বদি direction নি। অতোপ্পা হীরম

অমনা ইবুংঙো মশামক্তা conditioned soul গী থম্মোয়সুংদগী পীরকপা পাওতাক্নি। অস্নুম তৌতুনা ভক্ত অমবু হীরম খুদিংমক্তা ইবুংঙোনা ভাকপী অমসুং কনবী।

বেদগী জ্ঞান অসি transcendental নি। মরম অতুনা পৃথিবীদা লৈবা মীওইবগী জ্ঞানগী লাইব্রিক মতম্বী অদুনা বেদগী জ্ঞানবু মপুঙ ফানা খঙবা ঙমলোই। ইবুংঙো মশামক্তা, নত্রগা spiritual master অমনা চানবীরবা কান্দত, কনাগুম্বা মী অমনা বেদগী মন্ত্রবু খঙবা ঙমগনি। অশেংবা spiritual master অমদা কনাগুম্বা মী অমনা চংজবা ফংলবদি, মী মহাক অদু ইবুংঙোগী থৌজাল ফংজরবনি হায়না খঙনগদবনি। ভক্ত অদুগী মতিংতা spiritual master অমবু ইবুংঙোমক্ত হায়না উগনি। অস্নুম তৌতুনা spiritual master নে, বেদগী পাওতাকনে (injunction), অদুগা থম্মোয়সুংদা লৈবা ইবুংঙো মশামক্তে, মথোয় পুম্নমক ভক্ত অদুবু মপুং ফানা লমজিংবী। অস্নুম তৌতুনা ভক্ত অদুনা material illusion গী মায়াগী লাংদা চংলক্লুনা অমুক হন্না হন্দরকপগী chance লৈররোই। ভক্ত অদুবু মায়দগী খুদিংদগী কনবীতুনা অমসুং ঙাকপীতুনা, লমথুংফম অদুবু শোয়দনা যৌবা ঙমগনি। অসিগুম্বা মপুং ফাবা নিয়ম অসিগী মওং অসিবু, মন্ত্র অসিনা লংলা লংজিন উৎপীরী। শ্রীমদ্ভাগবত-কী অহানবা স্কন্ধগী ২শুবা অধ্যায়গী ১৭শুবা শ্লোকতগী ২০শুবা শ্লোক ফাওবদা মসিগী ওয়মদা শুগাইনা তাক্নি। মতুদি—

"শৃণ্বতাং স্বকথাং কৃষ্ণঃ পুণ্য শ্রবণকীর্তনঃ
হৃদ্যন্তঃস্থো হ্যভদ্রাণি বিধুনোতি সুহৃৎসতাম্ ॥১৭॥

নষ্টপ্রায়েষ্বভদ্রেষু নিত্যং ভাগবত সেবয়া।
ভগবত্যুত্তমশ্লোকে ভক্তির্ভবতি নৈষ্ঠিকী ॥১৮॥

তদা রজস্তমোভাবাঃ কামলোভাদয়শ্চ যে।
চেত এতৈরনাবিদ্ধং স্থিতং সত্ত্বে প্রসীদতি ॥১৯॥

এবং প্রসন্নমনসো ভগবদ্ভক্তিযোগতঃ।
ভগবত্তত্ত্ববিজ্ঞানং মুক্তসঙ্গস্য জায়তে ॥২০॥"

"শক্ত-শোন্নবা ওইবা অশেংবা মিংচৎ পুবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী কথাবু তাজবা মীগী থম্মোয় মনুংদা চান্নবা ওইহনা লৈ, অদুগা মী অদুগী অযোৎপা পূম্নমকপু কোকহল্লি।" ॥১৭॥

"শ্রীভাগবতপু অমস্তুং ভক্ত সাধুবু মুংথিগী থম্বনা সেবা তৌরগা মী অদুগী মশাদা লৈবা অমকপা পাপপুম্বা লোইনা কোকপগা মাম্নরকই, মতম অদুদা কজবা মিংচৎনা থাগৎনবা ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি ওই। মসুম্না ফংবা ভক্তি অদুবুদি থুগাইবা ঙমদে। মাদি লেঙদনা লৈ।" ॥১৮॥

"অপাম্বা, অশাওবা, লৌনিংবা, অঙকপা, মগ্নাইকাবা, অমস্তুং মুংনাংবা কৌবা মীওইববু মাঙহনবা য়েক্লবা তক্লক অসিদি রজস অমস্তুং তমস কৌবা গুণ অনিদগী থোরকপনি। অসিগুম্বা য়েক্লবা তক্লক অসিনা থুগাইবা ঙমত্রবা পুক্লিংবু সত্বগুণ ওইবা ফীভম ওই। মতম অদুদা পুক্লিংনা মোত্তবা অমস্তুং অকবা অশেংবা ওই।" ॥১৯॥

"অসুম তৌদুনা ভগবান্দা ভক্তি-যোগ তৌরুবদগী পুক্লিং নুংবা মীনা মচা-মরন-নচিংবদা ঐগীনি হায়না নিংলম্ববু থাদোকই। মতম অদুদা মী অদুনা ভগবানগী তত্ত্ববু খঙই।" ॥২০॥

ইবুংঙোগী গুণবু শকচ-শোঙবা অমস্তুং তাজবতনা, মীগী থম্মোয়গী অযোৎপা পূম্নমক কোকহল্লি। ইবুংঙোনা মী পুম্নমকপু মাগী গুণবু শকচ-শোঙবা অমস্তুং তাহনবা পাম্মী, মরমদি মাদি living entity পূম্নমকী ফননবতা তৌবীবা মঙলগী মশক্তি (well-wisher)। ইবুংঙোগী গুণবু শকচ-শোঙবা অমস্তুং তাজবতনা, মী অমগী মাগী হায়গী গুন-তৈমব অমস্তুং ফত্রবা বাগল পুম্নমক লেংদোকই, অদুগা মানা ইবুংঙোবু নিঙজবা অদু অযেপ্পা ওইরকই। থাক অসি য়ৌরক্লবদা ভক্ত অদুদা brahminical

qualification পূম্নমক লৈরক্নে। অদুগা মীওইবগী মহৌশাদগী লোইনবরকপা কস্তবশিং ( lower mode of nature ), হায়বদি মীওইবগী ইন্দ্রিয়দগী পোকপা কস্তবশিং অমস্তু অজ্ঞান (human passion and ignorance) মপু' কানা মাঙ্‌খি। ভক্ত অদুনা অসুম তৌদুনা মাগী devotional service অনা মরম ওইদুনা, মপুঙ্‌ ফাবা জ্ঞান ফংলকই। মাগী চিংনবা পূম্নমক কোকখি অমসুং অশেংবা ভক্ত ওইরকই। অসুম তৌদুনা ইবুংঙো ফংননবগী অশেংবা লম্বেল খঙ্‌লকুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংবা ঙমই।

## ৩। আত্মজ্ঞানগী মওং ওইবা ভক্তি-যোগ।

**["ঐহাক হায়বা** Resident worshipper **গা** supreme indweller **গা পুন্না মী খুদিংমক্কী থম্মোয়নুংদা লৈ। ইবুংঙো মাবু খঙ্‌জবদা লাইরৈবাক্কী ওইবা মনুংঙাই অদু ওইরে।"]**

অহিংবা অমসুং লেঙ্‌খোংলিবা হকচাং ওইবা মন্দির অসিগী মনুংদা ঈশ্বরনা supreme indweller ওইনা লৈ। অদুগুম্বা মন্দির অদুগী মনুংদা লৈরিবা ঈশ্বর অদুবু লাৎচবা অমসুং পূজা তৌজবা resident worshipper অমা ওইনা, ঐহাকসু মন্দির অদুমক্কী মনুংদা লৈ। Supreme lord অদুনা লৈরিবা মফম অদুমক্তদা, ঐসু লৈঙবা ফংজব হায়বা অসি, কয়াদা নুংদোং চংগ্রবনো। ইবুংঙোগী লৈফম ওইরিবা অদুগুম্বা শেংগ্রবা মফম অদুদা, ঐখোয়সু লৈবা ফংজে হায়বা অসিবু, ঐখোয়না করিগুম্বা মতমদা খল্লু-লাকউরব্রা? লৈরিবা ফীভম অসি ঐখোয়না খঙ্‌লবদা, ইবুংঙো মহাক্কী য়াম্না নক্না ঐখোয়গা লোয়নদুনা মতম পুম্নমক্কী লৈ হায়বা অসি, ঐখোয়না কাওদনবা হোৎনগদবনি। ইবুংঙোগী থৌজাল ফংবদা মতিক চাবা মীওই মতম পুম্নমক্কী ওইননবা, ঐখোয়না তিংথুনা লৈরিবগী পুন্সি অসিদা, ইবুংঙোনা চানবীনবা থৌ-দোক্তবু ঐখোয়না তৌদুনা, পুন্সি লেনবনা ফবা ওইরোইদ্রে? হায়বদি হাথন থনবদা, ৱ ডাংবদা, অমসুং থবক ওইনা পাংথোকপদা ইবুংঙোনা চানবীনবা অদুত্তবু থন্দুনা, ঐখোয়না পুন্সি লেনবনা ফবা ওইরোইদ্রা? ইবুংঙোনা লৈরিবা মফম অদু করম্বা মফম ওইফম থোকপগে? ইবুংঙোনা লৈরিবা মফম অদুনা ঐখোয়সু লৈবা ফংজবনিনা, ঐখোয়সি কয়াদা লাইবক ফংগ্রবনো। মফম অদু স্বর্গরা, নত্রগা থ্বায়দগী অরাংবা মফম supreme abode লা অমদি ওইফম থোক্লে। বাখল অমরোমদা

হায়রগা, ইবুংঙোগী পাদ-চরণবু ফংজগে হায়না তাল্লিবা living entityনা ফংজরীবা মফম অদু, supreme abode ওইফম থোকপনি। অন্তর-জামিন (indwelling divinity) অদুগা লোয়নননা ঐথোয়না মতম পুম্নমক্তা নক্লনা লৈমিন্নৈ। মথাগী গীতাগী শ্লোকশিং অসি অমুক্তং যেংশি।

"হে অর্জুন! ঈশ্বরনা প্রাণি পুম্নমক্কী হৃদি মমুড়দা লৈদুনা মহাক্কী মায়ানা প্রাণি পুম্নমকপু যন্ত্র (মরৈ) পান্দুনা তৌবগুম লেঙহল্লি।" (১৮।৬১)

"হে গুড়াকেশ! জীব পুম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবা আত্মা হায়বদু ঐনি; জীবশিংগী অহৌবা, ময়াই অমসুং অরোইবা হায়বদুসু ঐনি।" (১০।২০)

"ক্ষেত্র পুম্নমক্তা ঐহবু ক্ষেত্রজ্ঞনি হায়না খংজু। ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অনিগী মরম খঙবা জ্ঞানবু অশেংবা জ্ঞাননি হায়বসি ঐগী মতমনি।" (১৩।৩)

হকচাং অসি ক্ষেত্রনি অদুগা consciousness অদুনা knower নি। থায়না মমাংঙৈদগীনা হৈক্তিক ফাওবদা লৈবা মুনিঋষিশিংন গীতাগী অচুম্বা অসিবু অস্নম্মা হায়রী, মদুদি ঐখোয়গী লৈফম অসি পৃথিবীগী মফম অমদা নত্রগা অমদা ওইরবসু, ইবুংঙোগা ঐখোয়গা লাপ্পনা থক্ লৈতে। ঐখোয়গী হকচাংগী মমুড়দা লৈবা eternal and immortal Being গা ঐখোয় খুদিংমক্কা য়াম্না নক্লনা লৈ। ঐখোয়গী হকচাংনা material world গী মমুড়দা লৈ। ঐখোয়গী mind না phenomenal universe গী মরমদা থন্দুনা function তৌই। হায়রীবা মতম অদুমক্তদা, নত্রগা মিকুপ অদুমক্তদা, ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মশাগী মমুড়দা লৈ। অদুগা অমুকসু ইবুংঙোগী মচি (essence) ওইবা অদুনা ঐখোয়গী হিংনবগী মশক ওইনা, নত্রগা ঐখোয়গী থ্বায়দগী মমুংচল্লবা innermost consciousness ওইনা, ঐখোয় খুদিংমক্কী মমুড়দা ইবুংঙোসু লৈ। সঙ্গম মমুংদা butter না লৈবগুম্না, উগী মমুংদা

মৈনা লৈবগুম্না, মক্ক মমুংদা থাওনা লৈবগুম্না, indwelling Realityনা ঐখোয় থুদিংগী মমুঙ্‌দা লৈ। Butter না milk কী essence নি। অদুগুম্লদুনা Reality না ঐখোয় থুদিংমক্কী essence নি।

ইবুংঙো মাবু খঙ্‌বা হায়বগা, শিদবা হায়বগা চপ্‌ মান্নে। অরাবা পুম্নমক লাম্থোক্লুনা থ্বায়দগী মুংঙাইবগী কীভম য়োঁরবা কান্দা, ঐখোয়না ইবুংঙো মাবু ফংজবা অমদি খঙ্‌জবা ওইগনি। অদুগুম্বা কীভম অদুদা ঐখোয় লাইরৈবাক্কী ওইবা মমুংঙাই (bliss) অদু ওইরে। সংসারিক্কী মপান্দা লৈরীবা পোৎ চৈবু উরুবা, নত্রগা শোকলুবা, নত্রগা শিজিন্নরুবদগী ফংলকপা মুংঙাইবা অদুগুম্বা মমুংঙাই নত্তে। লাইরৈবাক্কী মমুংঙাই অসিদি হান্নদগী হৌনা অদুম্মক লৈজরবা, কনাগীম্বু মথা পোন্দবা, মশা মতোমতনা মপুঙ্‌ ফাজরবা, অনম্বা মতম পুম্নমক্তা মপুঙ্‌ ফারবা ময়েং ভাবা লৈত্রবা অমনি। মসি মমায় অনি লৈবা শেল ময়েক্কী মমায় অমত্তগুম্বা নত্তে। opposite ওইবা পোৎশক অনিনা জুরা শেমলবা পোৎ মপুন অমগী নামত্তবু নত্তে। মসি সংসারিক্কী ওইবা মমুংঙাই অসিম্বু নত্তে, মরমদি মদুদা অরাবম্বু শোয়দনমক্কী য়াওই। লাইরৈবাক্কী মমুংঙাই অসিদি অতা-অহেনগী চাং লৈতে, মশানা মপুঙ্‌ ফারবা অমম্বুং Absolute ওইরবা অমনি। শম্না হায়রবদা, মদু অতৈ করিমত্তা নত্তে ঈশ্বরনি। মসি ঐখোয়না ফংগে হায়না তাক্লিবা অদুগী পম্বু কমনি, মরমদি মদুনা ঐখোয়গী অপাম্বা অমম্বুং অনিংবা পুম্নমক থুংব্রে।

**[“মীওইবগী পুন্সি অসি জীবাত্মানা ঈশ্বরবু ফংনবগী লম্‌-বেলনি। ঐখোয়দা ঈশ্বর লৈবনা মপানগী পোৎ পুম্নমকপু উবা অমসুং খঙ্‌বা হায়বা অদু ওইরিবনি। ঈশ্বরনা know-er নি।” ]**

জীবাত্মানা ঈশ্বরবু ফংনবগী লম্বেল ওইনরীবা মীওইবগী পুন্সি অসি, কয়াদা বাংগ্রবা থাকনো? অসিগুম্বা মতিক মগুন লৈরবা পুন্সি অসি, চাংদম্নিঙাই লৈত্রবা অমম্বুং বাহৈনা ফোংদোকপদা বাররবা অমনি। মরম

অসিনা ঐখোয়গী পুন্সি অসিদা অবাবা কয়া মায়োক্লরবস্থু, মতুদা করিমত্তা মুংঙাইতফম থোক্কে। মতুগী মতুংতা, ঐখোয়দা ঈশ্বরনা পীনরীবা মমল য়ামলবা পুন্সি অসি, নিকুপ অমা ফাওবা মাঙহন্দনা, মফম চানা শীজিন্ন-দুনা মুংঙাইথোকপনা হেন্না ফগনি। মীওইবগী পুন্সি অসি অতৈ করিমত্তা নত্তে, ঈশ্বরগী লৈফম ওইরিবা অমসুং মতম পুম্বনক্তা লাইবৈবাক্কী মমুংঙাই অদুনা থম্না লৈরবা, অদুগীস্ত মথক্তা জীবশিংগী পম্মুংফম ওইরীবা মফম অদুবু য়ৌনবা চংপদা অচুম্বা লম্বেল ওইনা শিজিন্নরীবা, মী-ওইবগী পুন্সিনি।

ঐখোয়না হিংলিভৈগী পুন্সি অসি অশেংবনক করিনো হায়ব অসি, অধ্যাত্মিকী বাখল্দা খঙনবা হোৎনস। অসুম হায়না থীদোকপা অসি mindগী through দা তৌগনসি, psychological selfকী through দা তৌগনসি, মী অতোপ্পগী মীৎয়েংগী through দা খঙনবা হোৎ-নবসু তৌগনসি, spiritual vision দা খঙননবা হোৎনসি। ময়ুমদগী য়াম্না লাপ্না চংথোকূলকূলবা লংকৈ চংপা মী অমনা, ময়ুমলোমদা হল্লকপগী খোঙচং অতুগুম্বগী ফীভম অদুগা, ঐখোয়গী হিংলিভৈগী পুন্সি অসিগা, মমুনা অমত্তনি হায়না থনসি। ঐখোয়গী হিংলিভৈগী পুন্সি অসি ঈশ্বরগী ওইবা অমসুং পুক্নিংদা তুজুংনিংঙাই ওইবা অঙকপনা থল্লবা অমনি। হকচাং, mind অমসুং intellect শিজিন্নদুনা খঙবা নত্তনা, ঐখোয়গী inner centre দগী ঐখোয়গী হিংলিভৈগী পুন্সি অসিবু, অশেংবা করিনো হায়না ঐখোয়না করিগুম্বা হংজবা ঊমলবদি, মপান নাইজবা মুংঙাইবা অমা পোয়দনা ওইগনি। থুদক্ অদুমক্তদা, ঐখোয়গী হিংলিভৈগী পুন্সি অসি, ঈশ্বরগী পোৎজান্দগী ওইবা থায়দগী মরু ওইবা মচ (quintessence) হায়বদুনি হায়না ঐখোয়না খঙগনি।

ঈশ্বরগা য়াম্না নকশিনমিন্নবা লৈবদগী ওইরীবা, ঐখোয়না হিংবা হায়না খঙনরীবা অসি, অঙকপা ফংলবা অচুম্বা অমনি। অদুক য়াম্না নক্না লৈরবা ঈশ্বরবু ঐখোয়না উত্রিবা করিগীনো? ভদুগা ঈশ্বরবু

উনবা নত্রগা খঙ্নবা তোংনবদা, অস্থুক য়াম্না লুরীবা করিগীনো? ঐখোয়গী মায়দা মীৎ অনি পাল্লি। অস্থুক নকথ্রবা মীৎপু মিংশেলগী মপাম্ন উবা নত্তনা, ঐখোয় ইশানা ইশাগী মিৎপু উবা ফংদে। মিৎতি মতম পুম্নমক্তা নৈ, অদুগা নিংকী মত্তেংনা ঐখোয়না মপানগী পোৎ পুম্নমকপু উবা ফংই। অদুম হায়না পোৎ উনবগী দমক্তা ঐখোয়না মিৎপু শিঙ্জিন্নবস্থু, মিৎনা উহল্লিবনি অমস্তুং মিৎ নৈ হায়বা অসি ঐখোয়না সুকখন, খল্লদে। spiritual life তা ঐখোয়না ওইরিবা ফীভমস্তু অদুগুম্বতনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগা য়াম্না নক্না লৈরবস্থু, ঐখোয়না ঈশ্বরবু উবা ফংদে। ঐখোয়দা ঈশ্বর লৈবনা, মপানগী পোৎ পুম্নমকপু হঙ্বা অমস্তুং উবা হায়বা অসি ওইরিবনি। মরম অসিনা ঈশ্বরনা principle of consciousness ওইদুনা পোৎ পুম্নমকপু নৈ হায়না, ঐখোয়না খঙ্ই অমস্তুং উই। অদুগীস্থু মপক্তা পোৎশিং অদুগী মওং মতৌ, মগুণ, ঐখোয়দা কাম্লবা অমস্তুং কাম্নদবা পোৎ খঙ্হল্লিবা, ঐখোয়গী হকচাং, হোৎদোক-হেংংজিন তৌরিবা লেঙ্ঙি-পাল্লিবা পুম্নমক, ঐখোয়দা principle of consciousness লৈবনা ঐখোয়না খঙ্-লিবনি। অসিগুম্বা god-principle অসিবু ঐখোয়দা লৈত্রবদি, ঐখোয় অসি নম্রাই লেঙ্-ওৎপা ঙমলমদবা, মুং মতুম অমগা পাংথক্ ওইগনি। অস্থুক য়াম্না নক্না লৈরবস্থু, ঐখোয়না ঈশ্বরবু উবা ফংদে। ঐখোয়গা ঈশ্বরগা করম্না মওংদা নরী লৈনরৈবনো হায়বা অসি, ঐখোয়না খঙ্দে। উবগী principle অদু ইবুংঙো মহাকনি, অদুগা খঙ্বা নঙ্গা পুক্কিংদা ফাওবগী (feeling faculty) principle অদুস্থু ইবুংঙো মহাক্নি। মরম অসিনা ঐখোয়না ঈশ্বরবু উদবনি। অম্না হায়রবদা উহল্লিবা অমস্তুং খঙ্হল্লিবা অদু ঈশ্বরননি। মহাক মওং লৈবা পোৎশক অমা (material body) নত্তে। পোৎশক অমবু ঐখোয়দা নৈ হায়না উহল্লিবা, অমস্তুং খঙ্হল্লিবা অদু ঈশ্বরন-নি। মরম অসিনা ঈশ্বরনা knower নি।

["knower ওইবা ঈশ্বর খঙ্গে হায়রবদি spiritual process তনা খঙ্বা ঙমগনি।"]

Knower বু ঐখোয়না করম হায়না খঙ্বা ঙমগনি। মহাক্তি হায়া অখঙ্বা পোৎ অমগুম্বস্থ নত্তে। ইশাগী মিৎপু ইশানা উত্তগে নত্রগা খঙ্জগে হায়রবদি, করিগুম্বা উপায় অমা তৌত্থনা, হায়রবদি ইপুৎনা মাত্থনা খঙ্বা, নত্রগা নিংশেলদা যেংলগা খঙ্বা ঙম্মি। অত্থুম্রত্থনা ইবুংঙোগী পাদ-চরণবু ফংনবা ঐখোয়না ইশা-ইশানা হোৎনজবা অমা চংই। অস্তুম হায়না হোৎনজত্থনা ইবুংঙোগী পাদ-চরণ ফংজবা অসিবু যোগ নত্রগা ধ্যান হায়না খঙৈ। যোগ-গী মতেংনা ঐখোয়গী অশেংবা শক্তম খঙ্বা ঙম্মী। অদুগা মতৌ করম হায়না ঐখোয়না অহিংবা হায়বা অদু ওইরীবনো হায়বত্থুস্থ, যোগ-গী মাত্তংনা খঙ্বা ঙম্মী। অত্থুমস্থ নত্তনা, অহিংবা হায়বা অদু ঐ-নি অমস্থুং ওহিবা হায়বা অদুগা ঐগা সুকথা থানবা য়াদে, হায়বত্থুস্থ যোগ-গী মতেংনা ঐনা খঙ্বা ঙম্মী। ইশাগী মিৎপু ইশানা শোক্তে হায়রবদি, পুং লায়ধোক্লগা শোকপা য়াই, মরমদি মিৎতি পোৎশক নাইবনি (physical)। ঈশ্বরদি physical নত্তবনিনা অত্থুম হায়না শোক্তনা খঙ্বদি য়াদে। মরম অসিনা ঈশ্বরবু খঙ্গে হায়রবদি, মপালথোংগী বাখল পুম্নক থাদোক্তুনা, ঐখোয়গী থম্মোয়মুংদা পুক্নিং চংশিল্লত্থুনা, centre of our Being য়োনবা হোৎনগদবনি, হায়বদি spiritual plane ভাবনা য়োনবা হোৎনদবনি। মরম অসিনা ঈশ্বরবু খঙ্গে হায়রবদি, physical process না হোৎনবা য়াদ্রোই, spiritual নত্রগা mystical processতনা হোৎনগদবনি।

ঐখোয়গী মুংদা লৈবা ঈশ্বরবু খঙ্নবা হোৎনবসি, mindগী পান্থৈনা হোৎনবা য়াই, হায়বদি feeling, thinking দগী ফংলকপা ঈশ্বর ফংনবগী চপ মুংবা বাখল অমথক্তুং অদু, Inner self তা পুশিন্দুনা যোগ সাধন তৌবা য়াই। মসিবু ঐখোয়না রাজ-যোগ, মুংশাস্বরগী

সাধন (প্রাণায়ামা), কুন্দলিনী যোগ, প্রোত্যাহারা অমসুং ধারণা-যোগ হায়নসু খঙ্‌বৈ। অদু নত্রগা মুংদা লৈবা ঈশ্বরবু খঙ্‌নবা হোৎনবসি intellect কী পাম্বৈনা হোৎনবা য়াই, হায়বদি reasoning, probing, analysing, discriminating, reflecting, contemplating তৌদুনা, জ্ঞানগী পাম্বৈডনা self-realisation ওইবা ঙম্মী। মসিবু ঐখোয়না জ্ঞান-যোগ হায়নসু খঙ্‌বৈ। অদু নত্রগা মুংদা লৈবা ঈশ্বরবু খঙ্‌নবা হোৎনবসি, সংসারিক্কী ওইবা থাখল পুম্নমক থাদোক্লগা প্রেম-ভক্তি, সাধন, নুংশিবা (spiritual love), সেবা-পূজা, কায়নবদা নুংশিবা (love in separation) অসিনচিংবা হোৎনজদুনা ঈশ্বরবু ফংজনবা হোৎনবা য়াই। মসিবু ঐখোয়না ভক্তি-যোগ হায়না খঙ্‌বৈ।

**["ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেলদি যোগ অতৈগুম্বা** physical exertions, strenuous efforts **অমত্তা চঙ্‌দ্রবা** unique **ওইবা** spiritual method **অমনি। মসি মীওইবগী** natural **নি। "রাগ-অপাবা" তনা মশাপুম্বা পুমম্নোম ম্নোমশিন্নবা মীওইবনি।"]**

হৌজিক্কি ভক্তি-যোগ-কী মরমদা নৈনসি। মুংদা লৈবা পরমাত্মাবু, "ঐ" হায়না খঙ্‌নবা জীবাত্মানা উন্নবা হোৎনবসি, ভক্তি যোগ হায়না খঙ্‌নবা faculty of intense feeling তনা, ওইহনবা য়াই। হায়বদি প্রেম-ভক্তিগা লোয়ননা, থবায় য়াওনা নুংশিজদুনা (spiritual love), পুক্নিং চপ্‌ মনবা ইবুংঙোবু ফংনবা সেবা-পূজাগী ভাবতা হোৎনবা য়াই। ভক্তি-যোগ অসি মথন্তুনক তাইবা, মংগা মান্নবা চাংদম্‌নিংঙাই লৈত্রবা যোগ অমনি, মরমদি যোগ অতৈগুম্বা য়াম্না কনবা হকচাংগী অমদি মুংশাম্বরগী শাক্তেন, দর্শণ-শাস্ত্র নৈনবা অমসুং মোনো বিজ্ঞানগী থাখল অদুক য়াম্না চংদে। ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেলদি, কনামত্তগী মত্তেঙ্‌না ইনশিন্দুনা হোৎনবা য়াওদনা, মরনাই মথন্তুনা ওইজরকপা মওং অমনি। মরমদি, মসিগী মওং অসি মীপুন খুদিংমক্তা থজিক্তা ওইরবসু, য়াম্না ওইরবসু, চাং অমত্তা মান্নদনা মশাদা অদুম্মক পোক্লকপৈদগী পকতুনা

য়াওরক্লবা অমনি। মসিগী মওং অসি মপাম্বোংদা তোঙান-তোঙানবা মওংদা, থোদোক থোকপা থুদিংদা, মীওয়োন্দা লল্লগা অতৈ অতোপ্পা জীবশিংদা, মীওইবনা উৎতুনা লাক্লবনি। শম্না হায়রবদা, মসি মীওইবগী মশাদা শোয়দনমক, য়াওরবা basic raw material নি। মীওইবদি, মুংশিবা পুম্নমক্কী তৌরকখম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী part and parcels নি। অতুনদি মুংশিবা (spiritual love) খজিক্কা ওইরবসু, মীওইবদা শোয়দনমক্কীদি ময়াওরে। পোকপদা ভাইবীবা অভাংবা মমাবু মুংশি। অভাংবা consciousness হেনগৎলকপগী মতুংইন্না মচু-মচুগী পোৎ, অরং-অরংবা পোৎ, অরেম্বা পোৎনচিংবা পাম্মী। কনাগুম্বা মী অমনা মাগী কহিমন্তা মরী লৈনন্নবা অভাংমচা অমবু উবদা হেক্তা মুংশি। মরম অসিনা পোকপদগী হৌনা মখল-মথেলগী অপাম্বা অমসুং মুংশিবা য়াওরবা মীওইবগী মহৌশানি (human nature)। মীওইবগী পুন্সি চুপ্পা, হায়বদি অয়ুক্কীগীনা মুমিদাং ঙুনদ্রিডগী মতম ফাওবা, মুমিৎ পুদিংগী মী অমগী পুন্সিদা, তোঙান-তোঙানবা মওংদা অপাম্বা উৎতুনা লৈরবনি। মী অচুনা মাগী অপাম্বা অদুবু উৎতবা মতমদা, মদুগী ওন্নতৈনবা পামদবু উৎপা ওইরে। অপাম্বসু পামদবসু মখোই থুদিংগী মোম্না অনমন, লৈ। ঐখোয়দা মুংভাইবা পীবা, চরাওবা ওইহনবা, পুদোংচাবা পীবা, অথোৎপা-অমেংবা অমসুং ফজবা ওইহনবা, অদুগুম্বা অদুতবু মীওইবনা পাম্মী। মদুগী ওন্নতৈনবা, মুংভাইহন্দবা, অকনবা, থুদোং চাহন্দবা, চরাওহন্দবা অদুগুম্বা অমত্তা মীওইবনা পামদে। হৌইগুম্বসুং পামদবা পোৎশিংদুবু পামদে হায়না মীওয়োন্দা উৎপদা, indirect ওইনা মীওয়োন্দা অপাম্বা পোৎশিংবু খঙহল্লে। পুম্নমক অসিদগী ঐখোয়না মুপ্পা খঙলে, মতুংদি মীওইবসি মুংশিবা, মুংভাইবা অমসুং ফজবতবু পাম্বা জীবনি। বাহৈ অমরোমদা হায়বগা, "রাগ-অপাম্বা" তনা মশাপুম্বা পুময়োম য়োমশিল্লবা মীওইবনি। পোকপদগী লোইনবক্লবা অসিগুম্বা মীওইবগী জীভন অসিবু, ঐখোয়না ইতভক্লনা মপান্দা উৎলি, হায়বদি তৌথোবকপা থবক্তা মীয়ামদা খঙহল্লি। অসুম হায়না তৌবা অসিদা, মী

অহুনা অনৌবা বাখল, নত্রগা অনৌবা থবক অমা ওম্মুবসু নত্তে। অহুগুম্বা "রাগ-অপাম্বা" অহু মী অহুনা পাম্বা-পামদবগী বাখল হুকয়াও য়াওদনা, হায়বদি মশা মতোমতনা অহুম্মক তৌজরকপনি। physical or relative world দা হুংশিবা, হুংভাইবা অমম্তুং ফজবগী "রাগ-অপাম্বা"দা তাংহুনা মপুঙ্গি লেল্লিবা মী অহুনা, মহাক্কী 'রাগ-অপাম্বা'গী মায়কৈ অহু physical world দগী spiritual worldগী মায়কৈদা ওনশিন্দুনা, ঈশ্বর ফংননবা হোৎনজরীবা মী অহু, ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেল চৎপা মী ওইরে।

**["সংসারিক্কী অপাম্বা মীহৌবগী মায়কৈ অদু থাদোক্তুনা ঈশ্বর ফংনবগী মায়কৈদা অপাম্বা মীহৌবা অদু ওনশিনবদা, ভক্তি যোগগী লাইনিং লম্বেল ওইরে। অসিগুম্বা লাইনিং অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা থাক, থাক নাইনা নুংঙাইবা মতুনি। মসিনা লাইনিং লম্বেল পুম্নমক্কী খ্বাম্নদগী মকোক্নি।"]**

শেল-থুমগী অপাম্বা, ফজবা ফীজেংকী অপাম্বা, ফজবা য়ুম-কৈদা লৈনিংবগী অপাম্বা, অসিনচিংবা সংসারিক্কী ওইবা অপাম্বগী মায়কৈ অহু থোংদোক্লুনা, ঈশ্বর ফংনবগী মায়কৈদা অপাম্বা অহু ওনশিনবা অহুবুনি, ভক্তি-যোগকী basic principle দি। শম্না হায়রবদা, মী অহুনা পোকপদগী হাওরক্লবা, নশানা কয়িনম্বা থম্লদনা মতোমতনা অপাম্বা কোংদোকচরক্লবা অপাম্বা অমম্তুং হুংশিবা অহুবু, ঈশ্বর ফংননবগী মায়কৈদা ওনশিনবা হায়বনি। মসি য়াম্না লায়মনদহুনা মীনা নিঙ্বা ফাওবা নিংশিংনদে। অহুগা অরাইবত্তদা ঈশ্বরগী ওব লৈ। ঈশ্বরগী মায়কৈদা ঐখোয়গী বাখল পুম্নমক ওনশিল্লবা ওঙবদা, ঐখোয় ঙনখৈ লৈতনা হুংঙাইজগনি অমম্তুং অপেনবা ওইগনি। য়ু থকপা মী অমনা য়ু য়াম্না থকচিল্লগা, মহী নিশ অহুনা তাওরহুনা মাগী অক-ফত্ত, অরা-অনা পুমকাও কাওই। অমুক্কা হেন্না থকচিল্লবদি, মহাক পুক্, পক্, পক্থত্রে। য়ু থকলম্মী হায়বা কাওবা কাওহুনা, অতোম্না সংসার অমগী বাখল্দা ঊংহুনা লৈরে। ঈশ্বরবু

ফংজরবা মী অদুদি, মহাক্কী নুংঙাইবগী ওমথৈ লৈত্রে, পুংপেন পেনগ্রে, অপাম্বা অমা অমুক লৈত্রে, মরমদি ইবুংঙোবু ফংজবা অদুদা মহাক্কী অৱাংবা, নুংঙাইতবা, অপাম্বা, পেন্দবা হায়বা অমা অমুক লৈত্রে। মু ঙাওবনা পংথহনা, জ্ঞান তাদহনা ঙাওহনা পেনবদি, negative ওইবা মপেন্নি। অদুগা ভক্ত অদুনা ইবুংঙোবু ফংজহনা নুংঙাইজবা অমদি পেনবদি, positive ওইবা মপেন্নি। ভক্ত অদুনা পেনবদি ঈশ্বরবু ফংজবা অদুদা জগৎ সংসারগী অপাম্বা, ফজবা, নুংঙাইবা পুম্নমক লোয়না ফংলহনা, ফংনিংঙাই ওইবা পোং অমত্তা লেমহৌদবনা, মহাক্কী desire (অপাম্বা বাখল) ফাওবা লৈত্রবনি। ঐখোয়না ফংলিবা পোৎশিং অদুনা limitation লৈরীবা মথৈ, হেম্না-হেম্না পাম্মী, desire সু লৈ। unlimited ওইবা ঈশ্বরবু ফংলবা অদুদা, মী অদুগী অপাম্বা অমা অমুক লৈত্রে, অদুগা desire সু লৈত্রে।

নুংশিবা হায়বা অসি ঐবোয়না পোকপদগী লোয়নরকপনিনা, অমসুং মীওইবা ঐখোয়না হিংলিবা মথৈ থানব য়াদনা অদুম্মক লৈরবনিনা, অদুগুম্বা নুংশিবা অদুনা ঈশ্বর ফংনবগী মায়কৈদা ওনশিনবা তম্বগী বাতনি। মরম অসিনা ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেলদি হৌরকপদগীনা লোইবা ফাওবা, থাক্ থাক্ পুন্সিংমক্তা নুংঙাইবতা অমসুং পেনবতা ওইবনি। জগৎ সংসারগী নুংঙাইবা ফংনবা তানবদদি, নুংঙাইবা অদু ফংননবগীদমক, ঐখোয়না শিক্তিমথিবা উপাই, অমসুং ওইদবা কয়া তৌথিবা অদুবু থজিনল্লবগা, ঐখোয়না ওৎপোক্না তুকচরবা অমসুং নুংঙাইতবা অমা ফাওই। ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেলদি, অদুগুম্বা তুকচবা অমসুং নুংঙাইতবা অমত্তা লৈতে। পুম্নমক নুংঙাইবা অমসুং পেনবনি।

কমাগুম্বা নুপীমচা অমা লাইরিক তম্বা, য়ুমদগী অরাপ্পদা লৈবা boarding school অমদা থাম্বে হায়না থম্লসি। কালেন ছুটি থাবদা মপানা মচা নুপী অদুবু car দা য়ুম তাম্না পুরক্লে। মখোয়না য়ুম য়ৌ-রকপা মতমদা, নুপীমচা অদুগী নমা অদু য়ুম মনাক্তা লৈবা দুকান অমদা

পোৎ লৈবা চৎথিরম্মী। মমা অদুনা তুকাদ্দগী হল্লক্নুনা য়ুমগী থোঙ্গাল হেক য়ৌরকপদা, মুপীমচা অদুনা অরাপ্পদগী মমা অদুবু উত্তুনা, মমা তম্না কম্না চেনশিন্‌লক্‌লম্মী। মুপীমচা অদুনা চেনশিন্‌লক্‌লিবা খোংথাং খুদিংগী, মুংঙাইবগী মথক্তা মুংঙাইবা মশাদা ফাওরম্মী। মুপীমচা অদুনা মমাগী উম্লদুনা হকথেংননা কোনশিন্নরিবা ফাওবা, মুংঙাইবগী থাক থাক হেন্না ফাওরম্মী। মতৌ অদুগুম্লদুনা ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেলনা, ভক্ত অদুগী মশাদা ঈশ্বরবু পুক্নিংগী জ্ঞান্না হেক উজবদা, অমস্তুং উরিবা ঈশ্বরগী মাযগৈরোমদা পুক্নিংনা চংশিল্লবদা, থাক্‌-থাক্‌ নাইনা ভক্ত অদুনা মুংঙাইবা ফংজবা ঙমগা, অঙাং অদুনা মমাগী নাক্তা চেনশিনজবদা মুংঙাইবা হেন্না-হেন্না ফংজবা অদুগা পাংথকনি। ঈশ্বরগী নাক হেন্না-হেন্না নকশিন্নরুগা হেন্না-হেন্না মুংঙাইবা ফাওগনি। মসিদা হকচাংনা করিগুম্বা অমত্তা য়ানা হোৎনজকগদবস্থ লৈতে। মসি মরম্নাই মতোম্ভুন এই-জরকপা, ঙমখৈ লৈতনা মুংঙাইবা মথল অমনি। অতৈ অতোপ্পা লাইনিং লম্বেলদদি, পোক্লকপদগী লোয়নরক্‌লবা ঐখোয়গী স্বভাব অদুগী খ্লুইতেনব থবক কয়া তৌবা তায়। হায়বদি জ্ঞান-যোগকী লাইনিং লম্বেলদদি, ঐখোয়গী অজ্ঞান (অপংব) কোকহনব, অংগং-অমগা খেন্নবা দৈ হন্দনবা হেৎনব, অরানবা য়াথল পোক্লুনব হোৎনবা, দর্শন শাস্ত্র তমদুনা মপান্দা উরিবা পোৎশিংগী অচুম্বা শক্তম হংদুনবা হেৎনব, দর্শন-শাস্ত্রগী এইবা য়াথী-রাতাই শাবা, অসিনচিংবা ঐখোয়না পোকপদগী লোইনরকপা স্বভাবকী খ্লুইতেনবা থবক কয়া তম্বা তাই। রাজ-যোগকী লাইনিং লম্বেলদদি, ঐখোয়গী অরেপ্পা লৈত্রবা পুক্নিংনা, মপানগী relative world গা মরী লৈনদুনা wordly affairs দা পুক্নিং লুপ্পুনা লৈবা অদু তোক্লনব, কম্না হোৎনৈ। অদুগীসু মথক্তা, মপানগী য়াথল পুম্নমক অদু থন্দনবা mind control তৌরগা, প্রাণায়ামানচিংবা সাধন কয়া তৌদুনা, ঐখোয়গী পোকপদগী লোয়নরকপা স্বভাবকী খ্লুইতেনবা, পাজলগী অমস্তুং হকচাংগী অনোম কনবা অমস্তুং পুক্নিংগী মরম নৈনবনচিংবা

(strenuous effort and conscious exertion) কয়া তৌবা তাই। ভক্তি যোগকী লাইনিং লম্বেলদি, ঐখোয়গী পোকপদগী লোযনরক্লিবা মুংশিবা (spiritual love) অদু, অমুক্তা হেন্না হেনগৎহন্দুনা ঈশ্বরগী মায়গৈদা চংশিন্নবা তোংনৈ। শন্না হায়রবদা, ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেলদি, ঐখোয়দা মশানা চান্না লৈচরবা স্বভাব অদুবু, ঈশ্বরগী মায়গৈদা চংশিন্দুনা মপুং ফাহনবনি। চান্নগী স্বভাব অদুবু নমথবা, নত্রগা মতুগী ওন্নতৈনবা থবক অমত্তা তৌদে। নরম অসিনা liberation ফংনবগী, হায়রবদি ঈশ্বর ফংনবগী লাইনিং লম্বেল পূম্নমক্কী মমুংদা ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেলনা থাযদগী মকোংক ওই। "মক্ষ সাধন সমগ্র ভক্তিরেব গরীয়সি।" ভক্তি-যোগদি মশানা অতুম্মক ওইজবা, য়াম্না মেংবা লাইরমলেনগী ওইবা, মমুংতাই অমনি (spiritual bliss)

["মী অদুনা মশাগী ওইজবা থাদোকত্রিবা মথৈ ভক্তিযোগকী লাইনিং লম্বেলদা চঙবা য়াদে। নারদ-ভক্তি সূত্রগী মতুংইন্না, মসি আত্মসমর্পণগী মনুংচনবা শরুক অমনি। বাখল অমরোমদা হায়রগা, Divine will তবু তৌবা, অদু নত্তববু তৌদবা হায়বনি।"]

ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেলগী মরু ওইবা ধর্মগী লাইরিকশিংগী মনুংদা, দেবর্ষি নারদকী "নারদ ভক্তি সূত্র" কৌবা অদু অমনি। মতেং অতুশুম্বনা ঋষি শাণ্ডিল্যগী "শাণ্ডিল্য-ভক্তি সূত্র" কৌবা ধর্মগী লাইরিকসু লৈ। শ্রীমদভাগবত গীতাগী ১২শুবা অধ্যায় অদুসু ভক্তি-যোগকী লাইনিং লম্বেলগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা শান্নক্না তাকপা মরু ওইবা অমনি। মতেং অতুশুম্বহনা, শ্রীমদভাগবততা ঈশ্বর ফংনবগী প্রেম-ভক্তিগী মরমদা শুগাইনা ফজনা অয়াম্বদা তাকলে। স্বামী বিবেকানন্দগী গুরু শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা অসুম্না হায়রম্মী "হৌজিক কলিযুগ অসিগীদমক্তদি, মী পূম্নমক্কী ওইনা চান্নবা লাইনিং লাইশোন্দি "ঈশ্বরবু মুংশিবা, নিংজবা, পূজা তৌজবা, থুরম্বদা মুংশিনা শোনজবা,

থাগৎচবা, মাগী নামবু শোঙবা অসিনি।" গীতাগী ৯শুবা অধ্যায়গী ২৭শুবা শ্লোকতা অস্থুন হায়না হায়রী

"নংনা করিগুম্বা অমত্তং তৌবা, করিগুম্বা অমত্তং চাবা, মৈদা হোম তৌবা, দান তৌবা অমসুং তোপ তৌবা খুদিংমক অহু ঐত্তোন্দা কৎলু।"

মসিনা তাকপবু মীপুম খুদিংমকী মপুক্সিদা রাখল থনবদা, রা ভাংবদা, থবক তৌবদা অনসুং মহাক মশামকসু শ্রীকৃষ্ণভগবানদা কৎথোকউ। ইবুংঙোনা মাবু লৌবিগনি অদুগা আশীর্বাদ পীগনি হায়বনি।

গীতাগী অধ্যায় ১৮গী মমুংদা মকন অয়াম্বদা প্রেম-ভক্তিনা লাইনিং লম্বেল পুম্নমকী অথোইবনি হায়রী। জগৎ সংসারগী মমুক্তদা Reality হায়বা অদুদি থম্মোয়সুংদা লৈরীবা ইবুংঙো মহাক্তনি। মরম অদুনা অদুগুম্বা Reality ওইবা ইবুংঙো অদুবু ঐপোয়না প্রেম-ভক্তিগা লোয়ননা নিংজগদবনি। প্রেম-ভক্তি, হায়বদি ভক্তি-সাধনদা থরায় য়াম্না কম্না লুম্নবাদ, থরায় পান্নবা মুংচুম মচা অমা ফাওবা, অহংবা ওইতন্দুনা লাই ওনহনবা য়াই। শ্রীরাম পরমহংসনা হায়রম্মী "Faith and devotion না ঐখোয়গী লমথুংকম অহু লাদনা ফংবা ঙম্মী, অদুগা power of reasoning না মদুম হায়না লায়না ফংবদি ওইদে।" মী অমনা মশাগী ওইজবা থাদোকত্রিবা মথৈ, অসিগুম্বা সাধন ভক্তিগী লাইনিং লম্বেলদা চঙ্গবা য়াদে। নোংচুপকী চাংনা অদুপকী মতিক হেনগৎলগা, ভক্তিগী লাইনিং লম্বেলসু অদুপকী মতিক হেনগৎলকই।

নারদ-ভক্তি সূত্রগী মতুংইন্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদা আত্মসমর্পণ তৌবা হায়বদুগী মমুং চনবা শক্তি অমদি অসিনি, মদুদি ইবুংঙোনা অয়াবা অমসুং মুংঙাইগদবা থবক্তবু তৌবা, অদুগা য়াদবা অমসুং মুংঙাইরোইদবা (contrary to the Divine will) থবক তৌদবা হায়বনি। করম্বা থবক্তা Divine will নো, অদুগা করম্বনা Divine will নত্তবনো হায়না খিবা তাররদি, বেদদা অমসুং ধর্ম গ্রন্থ অয়াম্বদা তাক্তুনা লৈরে।

নারদ-ভক্তি সূত্র ১২ অমসুং ১৩ শুবদা অস্নুম্না হায়রী "নহাক্কী শ্রদ্ধা-ভক্তি অদু মরা চেৎপা অমা ওইরবা মাওবদা, বেদদা হায়রীবা অদুগী মতুং ইম্না চৎকদবনি।" ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা পূক্নিং হকচাং লুপ-শিল্লবা মাওবদা, মীওইবগী স্বভাব অসি অস্নুপকীমত্তিক শোল্লি, মদুদি অয়াম্বা মতমদা ইবুংঙোনা পামদবা অমসুং চুমদবা বাখল কয়া অমা, মীগী থম্মোয়মসুংদগী থোরক্লুনা, ইশাদা সাক্ষী স্বরূপ ওইনা লৈরীবা ইবুংঙো মহাক্কা শোয়দনমক্কী থংলমগনি হায়বা অসি পুক্নিংদা মাওনা-মাওনা, চুমদবা থবক (against the Divine will) কয়াসু তৌই। অসিগুম্বা লানখিবা থবক কয়া অসিনা মরম ওইদুনা, ভক্ত অদুনা ইবুংঙোবু ফংনবা, মানা চৎথজরক্লিবা ভক্তিগী লম্বেলদগী এম্ব-তৈনমা চৎখিগদবা, নম্রগা অপনবা মীগদবা অদুদগী কম্লনবা, বেদদা হায়রীবা অদুগী মতুং ইম্না থবক তৌ, হায়বদি Divine will অদুগী মতুং ইম্না থবক তৌ হায়না, মথক্কী নারদ ভক্তি সূত্র অসিনা তাক্লি।

ভাবতবর্ষগী ওইবা ঈশ্বর ফংনবগী লাইনিং লম্বেলদি, অথম্বা মী করদংনা চৎনবগী নিয়ম নত্তে। অসি মীপুম খুদিংমক্কা শিজিন্নবা য়াই, হায়বাদা জাতি-বিজাতি থায়দনা, অচৌ-পিক্ক খায়দনা, হিংনবগী পুক্নিগী শিনফম ওইনিংবা অমা ওইরবসু, ঈশ্বর ফংনবগী লাইনিং লম্বেল অসি, মীওইনা পোকপদগী য়াওজরক্লবা অধিকার অমগুম্না, মীপুম খুদিংমক্কা শিজিন্নবদা কন্দ্রমত্তা অকায়বা লৈতে। মীওইবা ঐখোয় অসি, অফ-ফত্ত থনবা ভম্বা brain power গা লোয়ননা ঈশ্বরনা শেম্বীরবনিনা, ঐখোয়না ঈশ্বর ফংননবা brainগী মপান্দগী হোৎনজগদবনি। ঐখোয়গী হিংননবগী শিনফম খুদিংমক্তা, ঈশ্বর ফংননবগী লাইনিং লম্বেল ওইহনবা য়াই। হায়বদি ঐখোয়গী হিংনবগী শিনফম অদু পাংথোক্‌পদসু, ইমুং মসুংগী থবক তৌবদসু, সমাজগী থবক তৌবদসু, ঈশ্বরবু নিংজবা, পূজা তৌজবা ওইনা থবক অদু তৌবা য়াই। অদুগা লোইন লোইনা, ঈশ্বরনা ঐখোয়দগী বিরূপ অমফাওবা থানদনা লৈ, ঐখোয়না তৌরিবা থবক

পুম্নমকী অচুম-অরান, অফ-ফত্ত ইবুংঙো মহাক্না উরি হায়বা বাখল অসিগা লোয়ননা থবক তৌরবদি, ফত্তবা থবক অমত্তা তৌরোই। অদুগ তৌরিবা থবক অদু Divine will ওইবা, হায়বদি বেদনা য়াবা অফবা থবক ভাক্ত' ওইগনি, অমসুং ঈশ্বর ফংনবগী লম্বেলদা চংশিনবা হায়বা অদু ওইগনি।

[“মিং অমসুং মুর্ত্তি লৈতবা self কী লাইনিংদু. বেদান্ত অমসুং জ্ঞান-যোগকী লাইনিং লম্বেলনি। মিং অমসুং মুর্ত্তি লৈবা supreme godhead কী লাইনিং লম্বেল অদু, ভক্তি যোগকী লাইনিংনি। অবাংবা থাক্কী লাইনিং লম্বেলদা, ভক্ত অমনা লাইনিং লম্বেল অনিমক পুনশিনবা য়াই। মন্দিরদা লাংলিবা আর্ক বিগ্রহ ওইবা ঈশ্বরবু. ভক্ত অদুনা থম্মোয়নুংদা পুক্নিংগী জ্ঞান্না দরশন ফংজনবা হোৎনজৈ। শান্দিল্য মুনিগী ভক্তি-সুত্রবু অচুম্বনি হায়না confirm তৌই।”]

মহর্ষি ব্যাস দেবনা ঈশ্বর ভক্তিগী মরমদা অস্তুম্না হায় “কনাগুম্ব' মী অমনা ঈশ্বরবু মুংশিবা তৌরকপদা, মী অদুন ঈশ্বরবু লাংচবদা অমসুং সেবা-পুজা তৌজবদা মপুক্নিংদা নুংঙাইজৈ।” মী অদুনা “আর্ক বিগ্রহ” ওইবা ঈশ্বরগী মুর্ত্তিদা অভম্না লৈ-মু, দপ দীপ কংদুনা পুক্নজবা অমসুং সেবা তৌজবদ, মহাক্কী পুক্নিংদা ঈশ্বরবু মুংশিজবা অদু মপান্দা ফোংদোকই। গর্গাচার্য্য মুনিনা অস্তুম হায়না হায় “ভক্ত অদুগী পুক্নিংদ ঈশ্বরবু মুংশিবা অসি অস্তুম অস্তুম হেনগৎলক্নগা, মহাক্না ঈশ্বরগী মহিমা মগুণ য়াংবা বারী লীলা ধর্মগ্রন্থশিংদগী পাদুনা, ফরগা তাদুনা, মত্রগা সাধু ওইবা ভক্তশিংগা লোয়ননা ঈশ্বরগী মরমদা বারী বাতাই শাম্নদুনা, পুক্নিংদা নুংঙাইজৈ অমসুং পেজৈ।” শান্দিল্য মুনিনা ঈশ্বর ভক্তিগী মরমদা অস্তুম্না হায়রী “ঈশ্বরবু পুজা তৌজবদা অমসুং ঈশ্বরগী লীলা তাজবদা নুংঙাইজবা অদুনা, ঈশ্বরবু পাক্লেন্নেংনা মুংশিবগী পুক্নম অমা ওইবদি য়াই। অদুবু অচুম্বা মুংশিবা অদুনা মীওইবগী থম্মোয়মুংদা

লৈবা চিংনবগী মরু ওইবা inner self (spiritual essense of human being) অদুগী মুংঙাইজবদা কাযহনবা থোকহনলোইদবনি।" মরম অসিনা শাস্ত্রদা মুনিগী মতু-ইন্না inner self পু ফংজবদা মুংঙাইজবা ওদুনা ঈশ্বর মুংশিবগী থ্বায়দগী হেন্না মুংঙাইবনি হায়না লৌই। মরমদি self পু ফংজবদা মুংঙাইজবা হায়বা অসি বেদান্ত অমসুং জ্ঞান-যোগকী লাইনিং লম্বেলনি। বেদান্ত অমসুং উপনিষদশিংদা য়াওরীবা লাইনিং-লম্বেলদি, জীব পুন্নমক্কী মমুঙদা লৈবা Inner Reality, নত্রগা the Beginningless, নত্রগা the Endless, the Imperishable, নত্রগা the Immortal spiritual principle অদুবু ফংবনি। অদুগুম্বা self অদু বিশ্বজগৎকী ... ওইনসু (cosmic aspect), নত্রগা অহিংবা জীব পুম্নমক্কী মমুঙদা লৈবা অমমম, ওইবা মওংদসু individual aspect) লৈ হায়না হয়রি। হায়রীবা বাফম অনি অসি contra-dictory ওইরব্রা, নত্রগা অমত্তদা পুনশিনবা য়াগব্রা? self কী লাইনিং লম্বেলদি মূর্ত্তি অমত্তা লিং য়ুওদবা, Impersonal ওইবা লাইনিংনি, অদুগা ভক্তগী লাইনিংদি, মিং অমসুং মূর্ত্তি লৈবা personal god অদুবু মুংশিজনা সেবা-পূজা তৌজবনি। অদুম হায়না তোঙান-তোঙানবা লাইনিং লম্বেল অনি থোকহনবসু যাই, নত্রগা অমত্তদা পুনশিন্নবা হোৎনবসু ঙমি কাদবগে? অরাংবা থক্কী লাইনিং লম্বেলদি, ভক্ত অদুনা মাগী মমাঙদা অর্ক-বিগ্রহ ওইনা সেবা-পূজা তৌরিবা ঈশ্বর অদুবু supreme universal self নি হায়না নিঙই। Divine Being অদু মাগী মমাঙদা উরিবা মূর্ত্তি অদু ভাক্তা নত্তে, মহাক্তি unlimited নি, eternal নি, universal Reality নি, অমসুং জগৎ সংসার অসিগী মফম খুদিংদা শন্দুনা লৈবনি হায়না লৌই। মসিদসু নত্তে, ভক্ত অদুনা লাংলবা পূজা তৌরিবা মওং লৈবা ঈশ্বর অদুস্মক, ভক্ত অদুগী থম্মোয়মুংদা লৈবা Indwelling Reality অদুনি হায়নসু লৌই। ভক্ত অদুনা লাংলিবা, পূজা তৌরিবা, নিংজরীবা মূর্ত্তি লৈবা

আর্ক-বিগ্রহ অদুগী মশা মমুঙ, অদুদা লৈবা, অহিংবা অমসুং নিত্য ওইবা ঈশ্বর (the Indwelling and eternal living god) অদুবু নিংজরীবনি অমসুং সেবা-পূজা তৌজরীবনি হায়নাসু লৌই। মূর্তি অমসুং মিং লৈত্রিদ্রৈগী মমাংদগী, হায়বদি সৃষ্টি তৌত্রিদ্রৈগী মমাংদগী হৌনা, মতোমতা ভাইদুনা লৈবা ইবুংঙো মহাক অদুবু পুজা তৌজবনি অমসুং নিংজবনি হায়নসু ভক্ত অদুনা লৌই।

মরম অসিনা পূক্লিংদা লাংতক্লনা, ঈশ্বরবু ফংননবা চংশিল্লবা অসিদা, য়াম্না মমুং হৃঙ্গিম্না জ্ঞান্তনা ভক্ত তক্লনা খঙ্বা অমা লৈ। মদু জ্ঞান বাৎপা, অন্ধবিশ্বাসকী বাফমদি নত্তে। অশেংবা ভক্ত অমনা মশানা খঙ্লৈ, মদুদি মানা মূর্তি ওইনা লাংলিবা, সেবা-পূজা তৌজরীবা ঈশ্বর অদুনা পনখৈ নত্তে; মদুগী মপান্দা infinite ওইবা, all-pervading primal principle ওইবা, universal consciousness ওইবা, principle অমা লৈরী। ভক্ত অদুনা ঈশ্বরবু মুংশিজবা অদু অদুম্বা মায়ৈগেদা চংশিল্লবা ভম্নবা. universal consciousness অদুনা মূর্তি ওইনা চোংথোক্লনা মাঙ্দা লৈবনি। অদুগা অমুকসু অদুগুম্না Being ওইবা মূর্তি অদুম্মক, ভক্ত অদুগী খম্মোয়মুংগী self নি। ভক্ত অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু, শ্রীরাম ভগবানবু, শ্রীমহাদেব ভগবানবু সেবা-পূজা তৌজবা অমসুং লাৎচবা অদু, ভক্ত অদুগী খম্মোয়মুংগী Inner Self অদুবুনি। মরম অসিনা ভক্ত অমনা মন্দিরদা ঈশ্বরবু আর্ক-বিগ্রহ অমা ওইনা, নত্রগা অয়েকপা লাই অমা ওইনা, সেবা-পূজা তৌরৈ অমসুং লাৎচৈ। অদুগা ভক্ত অদুনা মীৎ উইশিন্দুনা, মপানগী বাখল পুম্নমক চংহন্দনা, মশামকী খম্মোয়মুংদা, মপান্দা মানা মূর্তি ওইনা লাৎচরীবা ঈশ্বর অদুবু, পূক্লিংগী স্ক্রম্না দরশন ফংজনবা হোৎনৈ। অদুম তৌদুনা ভক্ত অদুনা খঙ্লৈ মদুদি "ঈশ্বরদি মকম পুদিংদা শীনবা থুংনা লৈবা Reality নি, সৃষ্টিগী মমাঙ্দা লৈরবনি, শীকপ্রবা atomগী মমুঙ্দসু লৈদুনা খরায় পানবা জীব পুম্নমকী মমুঙ্দসু লৈবনি।" নসিনি অশেংবা ভক্তিগী মঙ। মরম অসিনা শাণ্ডিল্য

মুনিনা হায়গ্রীবা অসি চুমলে, মদুদি "ভক্ত অদুনা ঈশ্বরগী মুর্ত্তিবু মুংশিনা সেবা-পূজা তৌবা অদুদগী কংবা মুংঙাইবা অদুনা, Inner Selfপু কংজবদা মুংঙাইবা কংলিবা অদুবু কায়হনবা থোকহনলোইদবনি।"

**["পূম্নমক কৎথোকপা হায়বা অসিনা প্রেম-ভক্তিগী অশেংবা খুদম্নি। ভক্তনা ইবুংঙোবু গুহাকতং কাওরুবদা য়াম্না বাবা, তৌফম খঙ্দবা পুক্নিংগী মৈচাক অমা ওই। আত্মসমর্পণ তৌবা অসি বাহৈত্তগী ওইবা ভাবতনা শাগৎপা নত্তে, থাজৈশেংনা থোকখিবা খুদম ওইনা বৃন্দাবনগী গোপীশিংগী বাবু খঙ্হল্লি।"]**

দেবর্ষি নারদ মুনিনা, মাগী মনাক্তদ তৌখিবা মুনি-ঋষিশিংগী বাবু চুমলে হায়না লৌহুনা, মহাক্না ওইবা মত্ত অমা পীরি। মানা হায়রি, মদুদি "ঐগী নোংস্তদ, অশেংবা ভক্তিগী লাইনিং লম্বেলগী খুদমদি, ঐথোয়না বাখল খনবদসু, বা ঙাংবদসু, থবক তৌবা পুম্নমক্তসু ঈশ্বরদা কংখ্রাকপ অত্তবুনি।" অদুনা ঐথোয়না কৎথোক্পত্তগী মওং ওইনা খন্দুনা লৈগদবনি, হায়বদি "হে ইবুংঙো! ঐগী পুন্সি অসি নহাক্কীনি, ঐসু নহাক্কীনি। মরম অসিনা ঐঙোন্দগী ওইরক্লিবা পুম্নমক, হায়বদি ঐনা তৌরিবা পুম্নমক, ঐগী বাখলদা, বা ঙাংবদা, থবক ওইনা তৌবদা ঐগী পুন্সি অসিদা ঐনা মপান্দা উৎলকলিবা পুম্নমক, ইবুংঙো নঙোন্দা কৎচরবনি। মরমদি মখোয় অসি ঐগী নত্তে। ঐবু অহিংবা হায়না শংনরীবা অদুসু, পুন্সি অসিসু ইবুংঙো নহাক্কীনি।" মরম অসিনা দেবর্ষি নারদনা হায়রি, মদুদি মী মশা অদুগী মসুস্তদসু মপান্দসু ওইরীবা ফাওম পুম্নমক, লোইনা কৎথোকপা হায়বা অসিনা, প্রেম-ভক্তিগী মুংশিবগী অশেংবা খুদমনি। ঈশ্বরবু মুংশিবা ভক্ত অমনা মাগী পুন্সি অদু কৎথোকপবা পুন্সি অমা ওইনা লেল্লি। মানা তৌরিবা থবক খুদিংমক, ঈশ্বরবু মুংশিবা ফোংদোকপা ওইনা তৌরবনি। হায়না হায়গ্রীবা বাহৈশিং অসিগী মথক্তা, দেবর্ষি নারদনা বাহৈ থরা অমগা অমুক হাপচিল্লি, মদুদি "ইবুংঙোগা মওম পুম্নমক্তা লোয়নহনা লৈবনি

হায়বসি মী অচুনা হেক কাওবদা, য়াম্মা বাবা, তৌফম থঙ্দবা পুক্নিংগী মৈচাক অমা ওই।" ইবুংঙোবু মীৎকুপ তমক্তং হেক কাওবদা ভক্ত অচুনা "ঐ কয়াদা লানথ্রবা অমা তৌথ্রবনো" হায়না পুক্নিংদা তৌফম থংদবা মৈচাক অমা কাওই। মরম অচুনা, ভক্ত অচুনা ইবুংঙোবু থাজবা লৈতনা নিংশিংলীবা মথৈ, মপুক্নিংদা পেঙ্গে অমত্তং শুংঙাইতে। মরম অসিনা দেবর্ষি নারদ মুনিগী অশেংবা ভক্তিগী লাইনিং লম্বেলদি থবক অনিনি "অমনা (১) ঈশ্বরবু উহক্তং হেক কাওবদা য়াম্মা বাবা, তৌফম থঙ্দবা পুক্নিংগী মৈচাক অমা ওইগদবনি। অচুগা অতোপ্পা অমনা (২) ঐখোয়গী পুন্সিসিদা তৌরবা থবক পুম্নমক্তু অমত্তং ইশামকত্তু অশেংবা শুংশিবা উৎপগী পুদনা ওইনা ঈশ্বরদা কৎথোক্কদবনি।"

মসি হায়রবা মতুংদা দেবর্ষি নারদ মুনিনা পৃথংগী সূত্রদা ইরম্মা হায়রী মচুদি "ঐনা হায়রীবা অসিগুম্বা মশুংশি অসি তৌদ্রিক তৌদ্রিকত্তু ঐখোয়না থঙ্লবা থোকখবা থোকলক্লী খুদম নৈ।" ঈশ্বরবু শুংশিবা মীনা অসিগুম্বা মনুংশি অসি মপান্না উৎতুনা ফজনা মীয়ামদা থঙ্হল্লি। মখোয়না হিংতুনা লৈরিবা, কোইচৎ চৎলিবা অসি, ঈশ্বরগী ওইবা ভক্তনি, ঈশ্বরগা উহক্তং থানবদা মখোয়না থাঙ্বা উমদে। ঈশ্বরগা মতম পুম্নমক্কা লোইনচুনতা লৈ, ইবুংঙো মখোয়বু নুংশিনা নিংশিংদুনা লৈ, সুক-কাও কাওদে, হায়বসিতনা ভক্ত অদুগী নুংঙাইজবনি। অদুগা ইবুংঙো মখোয়বু উহাক্তং কাওক্তদুনা পুক্নুং থাবা মতমদা, ঈশ্বরদা লৈবা ভানা কংকান্না পুথংতুনা থবগী মতৌ দু, ভক্ত অচুনা ওই।

ঈশ্বরবু অশেংনা নুংশিবা হায়বা অসি করিনো হায়না কেনা দোকপদা, দেবর্ষি নারদ মুনিনা নসিনত্তু হায়রী, মদুদ ঈশ্বরবু নুংশিবা ওইনা ভক্ত মশাক অচুনা আত্মসমর্পণ তৌবা অসি, বাহৈতগী ওইনা ভাবনা শাগৎপা নত্তে। খুদম ওইনা পীবা যাবা ঈশ্বরগী ওইবা মুপা মুপী লৈরম্মী, অচুগা তৌভিকত্তু লৈরী। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিজবা ভক্তশিংনা ঈশ্বর ভক্তিগী মরমদা থঙনবা হোৎনজবদা, বৃন্দাবনগী গোপীশিংনা ইবুংঙোদা

লৈবা প্রেম অদুনা অথোইবা ওইনা লৌই   মরম অসিনা দেবর্ষি নারদ মুনিনা বৃন্দাবনগী গোপীশিংগী খুদম পীরী।

**[''বৃন্দাবনগী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিবা মনুংশি শন্দোক্লা খণ্ডহনবা। কায়নবদা নুংশিবা মনুংশি** (love in separation), **খৌরাংনা ঙাইবগী নুংশিবা মনুংশি, মীওইবনা পোকপদগী শাগোন্নবা য়াওরবা নুংশিবা** divine love **পুম্নমকসি ঈশ্বরবু নুংশিবদা শিজিন্নবা য়াই। রামকৃষ্ণ পরমহংসগী গোপী প্রেম।'']**

দিল্লীগী মনাক্তা চেল্লিবা যমুনা তুরেলগী মপান্দা তাবা দেশ অমগী কোন্নুং ওইবা মথুরা কৌবা মফম অমদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান পোকই। ইবুংঙোগী পিভ্রবা মতুংইন্না, মথুরাদগী গোকুল বৃন্দাবনদা থৈদুনা নন্দমহারাজ অমসুং যশোদাগী মচা ওইনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান য়োকখি। অদুগা ওইবীভৈদগী চৌনা মাবু উবা মীশিংনা মীংফম চেংবা যাদে। মাগী মনাক্তদা লৈনিংই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা চাওখৎলকলনদা, মনান্নবা শম্ভেন-নহাশিংগা লোয়নননা যমুনা তুরেলগী মপান্দা শন শেল্লমী, অমসুং শান্নরম্মী। বৃন্দাবনগী নুপীশিংনা যমুনা তুরেলদা ঈশিং লোকপা লাকপদা, নত্রগ সঙ্গোম লৌখনবা পুক্নু যোনবা লাকপদা ইবুংঙোবু উরুবদগী, ইবুংঙোগী ফজবা শকফম অদুদা শুমহৎথিদুনা, মথোয়না তৌগদবা মথৌ নৌবা কাপ্রদোকখিরম্মী। শল লেনবা নুপীশিংবু "গোপী" অদুগা নুপাশিংবু "গোপাল" হায়না কৌই। গোকুল অমসুং বৃন্দাবনদা লৈবা গোপী পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ভক্ত ওইখিরম্মী। মথোয়না শুমহৎনবগী মশক ওইরবা ইবুংঙোগী শকফম অসিবু উবদা, নুংশিবনা অত্তাওবী ওইরম্মী।

শ্রীমদভাগবত-তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা গোপীশিংগা অডকপগী মশক ওইরবা লৈনরীবা মরী অসিবু শুগাইনা ফোংদোক্লি। মথোয়না করম হায়না নুংঙাইবগী ইপাক্তা তাওদুনা, মফম, মতম অমসুং মশা-মকপুম্ন কাওথিবা, অমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-গা গোপীশিংগা করম হায়না

নুংশিনবগী মরী লৈনরীবা, অসিগী মরমদা অঙকপা বারী লীলা-না চিংবা কয়া শ্রীমদভাগবত-তা ফোংদোক্লি। বারীশিং অসিদা নুংশিবা পোক্লবগী পুকচেল ওইবা (করুণ রস), অদুগা ফাগী যোগাই ওইবা কয়াসু যাওরী। থুদম ওইনা নোংমা গোপী অমনা সঙ্গোম মাখোন য়োনবা মথুরা তাম্না লাকপদা, লম্বেলদা চৎন-চৎনা "শঙ্গোম মাখোন অহাওবা য়োল্লী, লৈবীয়ু" হায়দুনা লাওরম্মী। মানা অস্তুম লাকপদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না বাঁশী খোংদুনা লৈবা উবদা, মানা ওমথৈ লৈতনা নুংশিরম্মী। থুদক অদুদগী হৌনা নাগী শঙ্গোম মাখোন যোনবগী থবক পুম্নমক কাও-খিরম্মী। শঙ্গোম মাখোন য়োল্লী হায়না লাওবগী মহুতা "কৃষ্ণ য়োল্লী, কৃষ্ণ য়োল্লী, অঙকপা অমসুং হাওরবা কৃষ্ণ য়োল্লী" হায়না লাওরম্মী। অতাবা মথৈনা ঙক্লম্মী। মখোয়না গোপী অদুদা হংলম্মী "নংনা লাওরীবা অদুবু করিনো?" মতম অদুতদা গোপী অদু জ্ঞান তারম্মী।

দেবর্ষি নারদ-না হায়রী, মদুদি "লাইরেংশংনমক, অঙকপগী মশক ফংলবা নুংশিবগী থৌদোক থোকখিবা পুদম লৈ, মদুদি ভক্ত অদুনা মহাক্কী লৈজবা পুম্নমক ইবুংঙোদা কংথোক্লবা মতুংদা, ইবুংঙোবু ডহাক্তং কাওক্লবদগী থম্মোয়শোক্না হায়কম থঙদনা বাথিবগী থৌদোক লৈ।" ঈশ্বরবু নুংশিবনা ডাওরবা শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা হরে কৃষ্ণ অন্দোলনগী লুচিংবা অমা ওইনা হায়রম্মী, মদুদি "হে ইবুংঙো গোবিন্দ! মিংকুপ অমত্তং ইবুংঙো নহাক্না থানবদা চহি ১০০০ থানবগুম্বা ওইগদবা নুমিৎ অদু কৈদৌঙৈ ওইগদগে? ঐগী থম্মোয়দা ইবুংঙো নহাক্কী বাথল হেক মাঙখিবদা, জগৎ অসিদা ইবুংঙো নহাক য়াওদ্রবদা পুমহাং হাংবা ওইগদবা অদুগুম্বা নুমিৎ অদু ঐঙোন্দা কৈদৌঙৈ ওইরকদগে?" অসিগুম্বা মনুংশি অসিবু কায়নবদা নুংশিবা (love in separation) হায়না থঙনৈ। ঈশ্বরবু অসুন হায়না নুংশিবা মনুংশি থঙ্গ্রবা মী অদুনা, ঈশ্বরবু নুংশি-নবগী বর নত্তন, অতৈ অতোপ্পা করি অমুক পামগদগে?

মণিমুক্তা ফংলবদা, অতৈ অতোপ্পা পোৎ পূম্নমক লিক্লি মচেৎ অক্নাইবগুম ওই। অদুগুম্নদুনা, ঈশ্বরবু মুংশিল্লবদা, সংসারিকী ওইবা পোৎ পূম্নমক অরেম্বদা তাগ্রে। শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা মাগী শিষ্যশিংদা ইত্তত্তুনা হায়, মদুদি "ঈশ্বরবু তশেংনা মুংশিন্দুনা থৌরাংনা ডাইজরকপদা ইবুংঙো মহাক উবা ফংই, মদুগী মতুংদা জ্ঞানগী থাওমৈ থম্মোয়দা ডাল্লকই: মরম অসিনা ইবুংঙো মহাকপু পাঙ্গলশেংনা মুংশিনা থৌরাংনা ডাইয়ু। মমানা মচাবু মুংশি, সতি ওইবী মুপীনা মপুরোইববু মুংশি। অরিকপা মীনা সনাবু মুংশি। মুংশিবা অহুম অসি পুন্নপ, পুনশিন্নগা অদুগুম্বা মমুংশি অদুনা ঈশ্বরবু মুংশিয়ু।" পরমহংসনা মাগী শিষ্যশিংদা, মানা ঈশ্বরবু মুংশিজবসি কযামুক য়াম্না মুংশিজবগে অমসুং ঈশ্বরবু খুরুমজবদা করি হায়না নিংজবগে হায়বগী মতাংদা, অমুক হায়না হায়, মদুদি "হে ইমা! পাপসু পুণ্যসু অসিদা লৈরে, অনিমক লৌশিনবীয়ু। নহাকপু মুংশিজবা অদুতা ঐডোন্দা পীনবীয়ু। জ্ঞানসু অজ্ঞানসু অনিমক অসিদা লৈরে, নহাকী নখোং থম্বালদা মখোয়সি কৎচরবনি। নহাকপু মুংশিজবা অদুতা ঐডোন্দা পীনবীয়ু। শুকচেল শেংবসু, শেংদবসু অসিদা লৈরে, অনিমক লৌশিনবীয়ু। নহাকপু মুংশিজবা অদুতা ঐডোন্দা পীনবীয়ু। অফবা থবকসু, ফত্তবা থবকসু অসিদা লৈরে, অনিমক লৌশিনবীয়ু। নহাকপু মুংশিজবা অদুতা ঐডোন্দ পীনবীয়ু।" বাহৈশিং অসিতনি, শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা Divine mother গী খুযা-খাদা হল্ল-হল্লা খুরুমদুনা হায়জবা বাগনি।

ঈশ্বরবু মুংশিবা হায়বা অসি ওইজবা পাম্বগী মমুংশি অদু নত্তে, মরমদি মশামক ফাওবা কৎথোক্লবনি। নহাকীনি হায়বা করিমত্তা লৈহৌদ্রবনি। মরম অসিনা, কনাগুম্বা মী অমনা জগৎ সংসারগী ওইবা মুংশিবা অদুগুম্বা মমুংশি নত্তে। হায়রীবা মমুংশি অসি ঈশ্বরগী ওইবা, মশাগা শাগোম্নরকপা, মরু ওইবা মুংশিবা অদুবুনি। অদুগুম্বা মমুংশি অদুনা ঈশ্বরদা ওনশিনখিবা মতমদা, মশানা অদুম্মক মপুঙ্ ফাজরবনি। অসিগুম্বা divine love অসি, মথেল-মথং মথল-মথল ওইনা মীয়ামদা

থঙ্‌হল্লি। শ্রীমদভাগবত-তগী ঐথোয়না থঙ্‌ই, মদুদি "নুংশিবগী অবতার ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মাগী অয়োকপী মমা যশোদানা মচাগুম্না নুংশি। ইবুঙো মহাক অসি যশোদাগী অশেংবা মচামক্নি। মরম অসিনা যশোদানা ইবুংঙোদা মমাগী মনুংশি অদু লৈ। শল শেনবী নুপীমচাশিংগী মফমদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অসি মখোয়গী চায়থোইরবা মরুপ মপাংনি। ইবুংঙোনা মখোয়গা লোয়নননা শগোল তোংবগী মতং ওইবা মশায় ফাওবা শায়নিরম্মে। শল-শেনবী নুপীমচাশিংগী মফমদা, ইবুংঙো মহাক মখোয়গী চায়থোইবা লোয়নবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না মাগী বাঁশী খোংবা মতমদা, মৈরাম্বীনা নৈদা পাইশিনবগুম শল-শেনবী নুপীমচাশিং অদুনা ইবুংঙোগী নাক্তা চেনশিল্লম্মী। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু থাজদগী চেন্না নুংশিজবা অদুতনা মরম ওইদুনা, সংসারগী পোৎ পুম্নমক কাওথোক্লুনা, মদুদগী তেন্দোক্লুনা মশানক, ফাওবা লৈবগী বাখল কাওদুনা ইবুংঙোগী নাক্ত চেনশিল্লম্মী।" মথা তানা শ্রীমদভাগবত-তা অস্তুম্না হায়রি, মদুদি "বৃন্দা-বনগী শলশেনবী নুপীমচাশিংসি কদায়দা মরূ ইকক যগ্রবা। মখোয়না ইবুংঙো মহাকপু মতম-পুম্বা থানবা লৈতনা লিংশিল্লে, মরমদি মখোয়গী থম্মোয় অদু ইবুংঙোগী থম্মোয়গা অমত্তা ওইশিনখ্রে। মখোয়না শক শক্লোম গুনলিতৈদনু, মাখোন চিংলিতৈদনু, ইদুং মনুংগী বোল-লিক ফেংদুনা থবক ইনথাং তৌরিদনু, মথেংনা থম্মোয়গী নুংশিবা অদু চপান্দ কোংদোক্লুনা ভক্তিগা লোয়ননা ইবুংঙোবু থাংখ্রুনা ইথৈ ওইনা শকলি।" শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা বৃন্দাবনগী গোপীশিংগী মথিংতো পনবদা ইততত্তনা বাম্ফদুনা সমাধিদা লৈরম্মী। অসিগুম্বা থুনা-থুনা ওইবা মতং অসি মতোম্নদি হেক্ত ফাওই। শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা গোপীশিংগী মরমদা নোংমা অস্তুম্না হায়রম্মী, মদুদি "কৈনা শা অমত্তুবু চায় অমত্তুং য়োংলি। অদুগুম্বদুনা, ইবুংঙোবু থবায় চকচাং য়াওনা কৈগুম্না, নুংশিবা অসিনা, ভক্ত অদুগী ফত্তবা মগুন পুম্নমক, হায়বদি অশাওবা, অপাম্বা, ইচ্ছা পেম্বা ওইবা থবক পুম্নমকপু চাই অমত্তুং য়োংলি। গোপীশিংনা

ইবুংঙোবু মুংশিবা অসি নুংশিববু নুংশিবনি, হায়বদি মতম পুম্নমক্তা অরেম্না ওইনা অহুম্মক লৈরবা, ধ্যানশিন্নরবা, অমুক হন্থরক্তুনা ময়েং তাত্রবা, অহুগুম্বা নুংশিবা অহুবু নুংশিবনি।"

**["গোপী প্রেমদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা গোপীশিংগা তোঙান-তোঙানবা নত্তে, অমথক্তনি। গোপী-প্রেমগী মতুংইন্না ভক্ত মশামক ইবুংঙোনি। অসিগুম্বা প্রেম অসি পূকচেল শেংবা সতীত্ব ওইবতনা তশেংনা থঙ্ই। সংসারিক্কী বাধন লৈবা মীনা অসিগুম্বা প্রেম অসিবু থঙ্বা ঙমলোই।"]**

পুম্নমকপু মুংঙাইবা পীরিবা অনম্বং চানবীরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না, মশিং লাকপা ঙনত্রবা মাবু মুংশিরীবা গোপী পুদিংমকপু মুংশি হায়না থং-হন্নবগীদমক, মশানক্কা চপ্‌ মান্নবা মূর্তি লিশিং লিশিং পোকহল্লি। ইবুংঙোগী যোগ মায়াগী শক্তিন' গোপী খুদিংমক্কী লোয়নবী ওইনা শান্নমিন্নে। গোপী খুদিংমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মতোম্‌তগী ওইব' মুংশিজবা ভগবান-না হায়না নিঙ্‌হল্লি। অদুগ গোপী খুদিংমক্তসু মশা মতোম্‌তনা মরাইবক ফবীনি হায়না নিঙ্‌লৈজে। অসুম তৌতুনা গোপী খুদিংনা ইবুংঙো মাবু মুংশিজব' অতুগী খুৎলং ওইনা, ইবুংঙোগী শক্তিনা মখোয় পুদিংদা মুংশিবা থঙ্‌হল্লি। মখোয় গোপী খুদিংমক ভস্তুপকী মতিক পুক্লিং লূপশিন্নম্মী, মতুদি মখোয় খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা অমত্তা ওইখিরম্মী, অনি শুরকত্রে। গোপী মশামক শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না হায়না খন্‌খ্রে। মখোয়না য়েংথোকখিবা মায়গৈ খুদিংমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানতনক্‌, উগ্রে, অতৈ অতোপ্প পোং অমত্তা উখিদ্রে।

গোপীশিংগা লোয়ননা শান্নরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মশান্না অসিবু গোপী-লীলা হায়না থঙ্‌লৈ। অসিগুম্বা মুংশিবগী লীলা অসি, লাইনিং লম্বেলগী খ্বায়দগী অৱাংবা থাক্কী ওইবা, ঈশ্বরবু নুংশিব' মনুংশিনি, মরমদি অহুগুম্বা মনুংশি অতুনা ভক্ত অতুগা ইবুংঙোগা মশা অমত্তা ওইশিনখ্রে, হায়বদি ভক্ত অতুগী মশামক লৈতবগুম নিঙ্‌খ্রে (vanishes the

individual identity))। বৃন্দাবনগী নিংথিজরবা লীলা অসিদা উৎলিবা অসি অতৈ করিমত্তা মস্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু হুৎশিগদবা মমুংশি অসি অসুপকী মতিক শেংই অমসুং অতকপনা থল্লী, মচুদি ইবুংঙোনা অবতার ওইনা মর্ত্তদা লৈরীডৈগী মতমদা উৎলিবা নুংশিবগী লীলা অসিবু মপুঙ, ফানা ফজনা খঙ্বা অসি অতৈ কনা অমত্তনা ঙমলোই, পুকচেল শেং-লবা, সতীত্ব ওইরবা ভক্ততনা খঙ্বা ঙমগনি। অসিগুম্বা মনুংশি অসিনা নুংশিহুনা নুংশিবগী মহাও খঙজরবা ভক্তনা গোপী-প্রেমগী অশেংবা নুংশিববু খঙ্বা ঙমগনি, অতৈ কনামত্তনা খঙ্লোই। করিগুম্বা অপাম্বা অনম্বা য়াওহ্রবা, স্বর্গদুসু নত্রগা মুক্তিবুসু পাম্মুদ্রবা, হৌজিকী অমসুং তুংগী মপোক্কী সংসারিকী ওইবা পোং অমত্তবু পাম্মুদ্রবা, অদুগুম্বা মনুংশি অদুনা গোপীশিংগী নুংশিবা ওইরীব, অদুগীসু মপক্তা পুম্নমক্তা তঙনজনখন ওইরবা মনুংশি (ideal love) অসিবু করম্বা মীনা তশেংনা খঙ্বা ঙমগদগে ?

মীওইবগী থম্মোয়দুনুংদা অপাম্ব লৈরীবা এথৈ, ঈশ্বরবু হুৎশেংনা নুংশিবা অসি ওইখোক্তে। অপাম্ব লৈরা মীহুনা নুংশিবা ওদুদি হকচাংগী পোং য়োনবগুম্বনি। মিং অমসুং মিংচৎকীদমক, অদুগা মতম খরদংগী ওইবা সংসারিকী পোংকীদমক নুংশিব, ঐখোয়না কাওখোক্লবা হৌং-নরি। মতম অত্তওদা, গোপীশিংগী অশেংবা নুংশিববু ঐখোয়না খঙ্বা ঙমগনি। সংসারিকী ওইবা পোংকী অপাম্ববু থাদোকত্রবদি, নত্রগা পুক্কি মপু ফানা শেংদ্রবদি, গোপীশিংগী অশেংবা নুংশিবা অসি, থম্মগী অমসুং থাইগী ওইবা অশেংবা নুংশিবা মথং অনা ওইনখ্রদুনা, মীচম্মা খঙ্বা ঙমলোই। সংসারিকী অপামনুংশিগী বান্ধন লৈবা, শেল অমসুং মিংচৎ পাম্বগী থম্মোয়নুংদা মিংকুপ পুদিংগী থন্দুনঙা লৈরবা মীনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু গোপীশিংনা নুংশিবা মনুংশি অসি খঙ্বা সুকঙম, ঙমলোই। অশেংবা নুংশিবগী নুংচাইবা অদু ফংলবদা, গুরু অমসুং শিষ্য, পাওতাক অমসুং লাইরিক, অকিবগী বান্ধন অমসুং ঈশ্বর, স্বর্গ

অমসুং নরক—মখোয় পুম্নমক সুপ্নগী অমথক্তা ওনখ্রে। লৈচৌরিবা হায়ববু ঈশ্বরগীদমক মায়া চংদ্রবা নুংশিবা অহুম্তা মঙাইরে। পুম্নমক অসি পুমকাও কাওখোক্লবদা, ভক্ত অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান নত্তনা করিমত্তা উখিদ্রে। মহাক্না জীব খুদিংমক্তা মাইথোং, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগুম্না উখ্রে। অদুগা মহাক্কী মাইথোংশু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগুম্না উখ্রে। অসিগুম্বা মওং অসিনি গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিবা মনুংশি।

**["বৃন্দাবনগী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিবা অসি লাইনি হায়না খঙ না-খঙ না নুংশিবনি। মীওইবগী মনুংশি নত্তে। খুদম ওইনা শরৎ পূর্ণিমা নুমিত্তা যমুনা তুরেল মপান্দা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গোপীশিংবু রাস শান্নবা কৌবদা থোকখিবা থৌ-দোক্তগী খঙ্বা য়াই।"]**

মথংগী সূত্রদসি দেবর্ষি নারদনা য়াম্না থর্থ তৈবা মওদা হায়রী। মসি মানা লৈতেং হায়দুনা তৌদ্রীবনি, মরমদি গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মুশিবা অসিগী মরমদা হায়বা মগী সূত্র অসি পাবগা, সাধারণ ওইবা মীনা ফাওবা অর্থবু মুম্না শাফিন্নবদগী ফজরগা মখোয়গী মচৌ-শংগী ওইনা সংসারগী মুংশি-মুংওনবু পাম্নদগী, মশাইনব থর্থ তৌ-থগনি হায়না খন্দুনা, দেবর্ষি নারদনা মসি তোঙানগে হায়দুনা তৌখিবনি। সাধারণ ওইবা মীনা হকচাংগী সংসারগী তাংখ (physical consciousness) গোপীশিংগী মখুংশি অসিবু ওইনা, থক্-থক্ লাইনা কপ্পা তোংনরবভদা খঙবা য়াগনি। মরম অসিনা দেবর্ষি নারদনাগী মগী তাবা সূত্র অমনা অসুম্না হায়রী, মফুদ "মখোয়গী (গোপীশিংগী) মুংশিবা অদুনা, মখোয়না ইবুংঙো মহাকপু ঈশ্বরনি হায়বা অসি কাওখ্রে হায়বা য়াদ্রোই।" বৃন্দাবনগী যম্লশেনবী মুপীমচাশিংবু অমুনপকী মতিক চানবী হৈ, মহৈদি মখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মুংশিদুনা অঙাওবীগুম্না হেক্ ওই-রকপদা, মখোয় মশা মশাগী খল্লোয়মুংদা, মখোয়না মুংশিজরবা শ্রীকৃষ্ণ অসি ভগবান-নি, মীচম নত্তে, হায়বসি মখোয়না খঙই। অম্না হায়রবদা,

মখোয়না শ্রীকৃষ্ণসি ভগবান-নি হায়বসি মপুক্কিংদা কাওই, মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু গোপীশিংনা মুংশিবগী মরী লৈনবা মিৎকুপ খুদিংমক্তা, ঈশ্বরত্তদা লৈগদবা মগুণ (divinity) ইবুংঙোদা লৈ হায়বা অসি মখোয়না মপুঙ, কানা খঙলম্মী। অসুম ভোদুনা গোপীশিংনা ইবুংঙোবু মুংশিবা মমুংশি অসিদা, ইবুংঙোসি ঈশ্বরনি হায়বসি মখোয়দা মিৎকুপ খুদিংগী কাওই।

নোংমগী মুনিস্তা গোপীশিংনা ইবুংঙোদা হায়জরম্মী "ঐখোয়গী খম্মোয় পেন্নবগীদমক ইবুংঙোগা পুং খরদং শান্নবা অমমুং লোয়নজবা ফংজনব' নোংমতং খুদোংচাবা পীনবিয়ু।" মদুদা ইবুংঙোনা খোজানবীদুনা তাকপিরম্মী, "শরৎকী পূর্ণিমা মুমিৎকী সন্ধ্যা মতমদা, খা-না কেক খোকংলক্পদা, যমুনা তুরেলগী তোর্বান্দা নখোয় পুম্নমক লাকউ। মদুদা ঐগা নখোংগা শান্নমিনসি।" হায়রীবা মুনিং অদুদা গোপী পুম্নমক লাক্লম্মী, অদুগা ইবুংঙোনা বাঁশী খোংদুনা খাবলগী ঈয়ায়দা কনদুনা লৈরম্মী। ইবুংঙোগী বাঁশী মখোল তাবদা গোপী পুম্নমক শুমহৎল্লে। মখোয়না সংসারগী পোৎ পুম্নমক কাওথোক্খিদুনা, মখোয় মশামক কাওবা লৈ হায়বা খঙল্লে। ইবুংঙোনা বাঁশী খোংব' হেক তোকপদা, মখোয় পুম্নমক হান্নগী মতৌগুম্বা জ্ঞান তারম্মী। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মতম অদুদা তাকপীরকই। "করিনো গোপী নখোয়না তৌরিবসি। নখোয়গী নপুরোইবা, মচা, ইমুং-মমুংগী তৌগদবা থৌ পুম্নমক থাদোক্লুনা অচৌকপা নফম অসিদা ঐগা উন্নবা লাক্লিবা অসি চুমদে। মসি ধর্মগী অমসুং নীতি শাস্ত্রগী অকায়বনি। অদুনা নখোয় পুম্নমক নমুনদা হল্লো।" গোপীশিংনা মদুদা খুমলম্মী, "ইবুংঙোবু ঐখোয়না চহি কয়া নিংজদুনা লাক্লে, অদুগীদু মথক্তা ইবুংঙোগী বাঁশীগী মুরনা ঐখোয়বু মফম অসিদা কৌবীরগা, হৌজিক যুমদা হনল্লো হায়না তাকপীরিবা করিগীনো?" মসিগী মরমদা অচকপনা খন্নবা হৌন-লোনচৎ, ধর্মগী পাওতাক, অমসুং নীতি শাস্ত্র কয়' অনা তগাইনা তাক্লুনা শ্রীমদ্ভাগবত-তা য়াওরী। গোপীশিংন

হায়রম্মী "ইবুংঙো নহাক্তি পূম্নমক্কী তুংনকন ওইবা ঈশ্বরনি। ঐখোয় মীওইবা খুদিংমক্কী খ্বায়দগী অৱাংবা থাক্কী তৌফম থোকপা ইথৌদি, ইবুংঙো নহাকপু ফংনবা হোৎনবনি। অদুগুম্বা অমথক্তা ওইবা ইথৌ অদু লৈরবদা, করম্বা ইথৌ অমুক লৈকন থোকপগে? ইবুংঙোনা ঐখোয়বু অমুক নমথাক তৌবিরগনু। ইবুংঙো নহাক অসি জীব পূম্নমক্কী থম্মোয়-দুংদা লৈবা self নি হায়নস্ত্র ঐখোয়না খঙ্ই। অদুগী মথক্তা ইবুংঙো নহাক অসিনা অমুক supreme universal Reality ওইবা supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-'ন হায়বসিনু ঐখোয়না খঙ্ই।" মরম পূম্নমক অসিনা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু যুংশিবা আস মীওইবগী মথুংশিং নত্তে।

**["গোপীশিংবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না প্রেম-ভক্তিগী চাংয়েং পরিক্ষা তৌবা। Transcendental consciousnessকী মনুংশিনা নুংশিবদগী, গোপীশিংনা ইবুংঙোবু ফংজখী।"]**

গোপীশিংনা ইবুংঙোদা লৈবা প্রেম-ভক্তিগী চাংয়েং পরিক্ষা তৌগে হায়না নিংদুনা, নোংমা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গোপীশিংদা হায়রম্মী। "নখোয়গী অহানবদা তৌগদবা নদৌ নপুরোইবা অমসুং নচাশিংগী সেবানি। অদুনা নমুন নয়ুমদা চন্দু-না মখোয়গী সেবা তৌরুচো। ঐগী ইন'ক্তা লাকনু মরমদি ঐদবু নিঙ্লবদি নখোয়না ঐদবু সেবা তৌবা ওইগনি।" গোপীশিংনা খুমলম্মী "হে ঐখোয়গী থরায়দগী হেন্না নুংশি-জরবা ইবুংঙো! ঐখোয়না ইবুংঙো নহাক্তবু সেবা তৌজবা পামজৈ। ঐখোয়গী ইপুরোইবশিং অমসুং ইচাশিংবু সেবা তৌরুচো হায়না ইবুংঙোনা ঐখোয়দা তাকপীরিবা য়াথং অদুম্মক, ঐখোয়না ইনজরবনি। মরমদি, পূম্নমকসি ইবুংঙো নহাক্কি, অদুগা পূম্নমক অসিগী অমমম, খুদিংমক্তা ইবুংঙো নহাক্তা ওইবনি। (thou art all and in all)। মরম অদুনা ইবুংঙো নহাক্তবু সেবা তৌজবনা ঐখোয়গী ইপুরোইবশিং অমসুং ইচাশিং-বুসু, অদুদগী নত্তনা, জীব পূম্নমকপুসু সেবা তৌজরবনি।" গোপীশিং অসিনা পীরিবা পাওখুম অসিদগী ঐখোয়না খঙ্লে মদুদি উপাসীগী

মখোয়দা ঈশ্বিং চাইরগা, উপাস্যগী মশা পুম্নমক, উশা অমসুং মনা পুম্নমক ঈশ্বিং অদুনা শীনবা থুংনা য়োম্নদুনা উপাস্য অদুবু নোয়-পেনহল্লি। মতৌ অদুগুম্লদুনা, ঐখোয় খুদিংমক্না থম্মোয়সুংদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুং-শিজদুনা, ধ্যান তৌজদুনা, পূজিং শেংনা সেবা তৌজদুনা, মতম পুম্নমক্তা ঐখোয় খুদিংমক্না স্নকথা থানদনা, ইবুংঙো মহাক লৈ হায়না খল্লনা থবক পুম্নমক মহাক্কী সেবাগী ভাবনা তৌজদুনা, ঐবুংঙোবু নুংঙাইহল্লবদা অমসুং পেনহল্লবদা, জীব পুম্নমক্কী নুংঙাইহনবর্নি অমসুং পেনহনবনি।

অমুম তৌদুনা সংসারিক্কী বাংমদা লৈবা জ্ঞান (Transcendental consciousness) মরম ওইদুনা, গোপীশিংনা নুংশিবা পুম্নমক্কী তুংনক্কং ওইবা, অনিরুদ্ধবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু প্রেম-ভক্তিনা নুংশিজদুনা, ইবুংঙো মহাক্কা মখোয় মখোয় মশা পুন্নিংমক্তা অমত্তনি, অনিরুদ্ধে হায়বা বাংমল অসি শেংনা থজদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংজখি। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ঈশ্বরনি হায়না থজখিদবনি, মখোয়না ইবুংঙোবু নুং-শিরিবা মতুংনি অদু, সাংসারিক্কী [illegible] মীওইবগী মতুংনি ওইরমগদবনি মীওইবদি মশাগী নুংঙাইহৈরমক [illegible], অদুগুম্বা নুংঙাইহল্লবা [illegible] থজদে, অমসুং [illegible] থবক্তু তৌদে। বৃন্দাবনগী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিরদি, ইবুংঙোবু নুংঙাইহনবা অমসুং [illegible] পম্মি। ইবুংঙোনা নুংঙাইরবা অমসুং [illegible], গোপীশিংসু [illegible] অমসুং নুংঙাইহৈ। মসিগী মরম অমসিন বৃন্দাবনগী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদা লৈবা প্রেম-ভক্তি।

## ৪। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিগদবা মনুংশি, অশেংবা নুংশিবা, গোপী-প্রেম অমসুং শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী প্রেম-ভক্তিগী মরমদা খঙ্হনবা।

**(ক) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিগদবা মনুংশি অমসুং অশেঙবা নুংশিবগী মরমদা খঙ্হনবা।**

ঐখোয় কারাম লাইগী ইবুংঙো স্বর্গীয় শ্রীকারাম বসন্ত সিংহনা (এরকে শ্রীনিত্যকৃষ্ণদাস বাবাজী) নিকাপ লৈরম্বা, শ্রীশ্রীরাধাব্রজনাথ নিংথৌ পুম্নমক্কী মাঙদা মপ্রোইজিনা মন্দিরদা লৈথিরিবা অসি, সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ স্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননকি (The Absolute existence, Knowledge and Bliss—The Supreme personality of godhead Shrikrishna)। শ্রীরাধাব্রজনাথনা মাগী Internal and external potency নি অমসুং ওইজিনা Indwelling Reality or Inner self or Innermost consciousness or Antarjamin or Paramatma চাদনা নিংথৌজিনা লৈজিনবা, ঐখোয় ইশা-ইশাগী পম্বোমসুংদা conditioned living entity গী লোননা, মিকুপ অমত্তা থাংদবা থানবা লৈতনা লৈমিন্নরিবা অসিগুম্বা নংমদা অসিদা ঐখোয়না Resident worshipper অমা ওইনা, ইবুঙোবু নুংশিজনা সেবা-পূজা তৌজবা ফংজরিবা অসি কয়াদা পুদোং চাথরবা অমসুং লাইবক ফপ্রবনো। ইবুংঙো মহাকপু নুংশিজনা সেবা-পূজা তৌজবনা অমসুং থুকনজবনা ঐখোয় পুম্নমক্কী যাইফ-মঙ্গল পুরক্কনা পুন্সিগী মহৈ য়ানগনি। করম হায়না ইবুংঙো মাবু নুংশিগনি হায়দোক্পা ইত্তিক ওইদে, মরমদি ঐখোয়গী জ্ঞান অসি সংসারিকী জ্ঞান ওইবনা perfect knowledge নত্তে। অদুবু, বাখলদা অমসুং পুক্নিংদা কাওজবা থবদং হায়জবগী বাতনি।

**["ঐ" হায়না খঙনরিবা জীবাত্মাগী শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা অতৎ-অথম লৈতবা নুংশিনবগী মরী লৈনৈ। নুংশিনবগী মরী থদংপগুম তৌনা উরিবসি ঐখোয়না conditioned soul ওইবননি।"]**

ঈশ্বরবু নুংশিগদৌরিবা অসি করি মরমগীনো হায়না হংননবগী মরম লৈতে। মরমদি সংসারদা লৈরীবা হকচাং কৈবা জীব পুম্নমক, হায়বদি পিকপ্রবা কক্‌চেংদগী হৌদুনা চাওপ্রবা ব্রহ্মা ফাওবদা লৈবা জীব পুম্নমকী অশেংবা শক্তমদি জীবাত্মানি। জীবাত্মাদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশ অমনি। (গীতা ১৫॥৭) মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-গা জীবাত্মাগা অতৎ-অথম লৈতবা মরী লৈনৈ, হায়বদি অতৎ-অথম লৈতবা নুংশিনবগী মরী লৈনৈ। বাখল অমবোমদা হায়রগা, complete absolute whole ওইদুনা, নুংশিবা পুম্নমক্কী তুঙ্‌নকম ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা, complete unit ওইদুনা নুংশিবা মচেৎ ওইরীবা জীবাত্মাগা, নুংশিবগী relationship eternally লৈরীবা, মক্ৎগা organic Being অমগী মমুঙ্‌দা cell ময়াম্না unified ওইনা eternal relationship লৈরীবা কৌডম অদু-গুবনি। অসিগুম্বগী কৌডম অসি গীতাগী অধ্যায় ৭শুবগী শ্লোক ৭ তমু কোংদোকলি। অসিগুম্বা জীবাত্মাগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা নুংশিনবগী মরী অসি হায়রদগী লৈরক্লি, হৌজিকসু লৈরি অমসুং তুংদসু লৈগনি। মসিগী বাফম অসি কোংদোকপা ওইনা শ্রীকৃষ্ণভগবান-না গীতাগী ২শুবা অধ্যায়গী ১২শুবা শ্লোকা অমসু ১৫শুবা অধ্যায়গী ৭শুবা শ্লোকা হায়রীবদুনি। অসিগুম্বা অতৎ-অথম লৈতবা নুংশিনবগী মরী অসিবু, জীবাত্মা অদুনা হকচাং লৈবা জীব অমা হেক ওইরকপদগী হৌনা সংসারগী মায়ানা (অবিদ্যানা) কুপশিনখিদুনা অমসুং কাপ্তিনখিদুনা, conditioned soul ওইখিবনা মরম ওইদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-গা জীবাত্মাগা লৈনরীবা নুংশিনবগী মরী অদু থদংপগুম তৌনা ঐখোয়না উরি। নুংশিনবগী মরী থদংপগুম তৌরিবা অসিগী মরু ওইবা মরমদি সংসারগী মায়াদগীনি, অতৈ অতোপ্পা মরম অমত্তা লৈতে। অদুগা অমুকসু, মায়া অসি মাওঙবদি

জীবাত্মানা হক্চাং লৈবা জীব অমা ওইনা, material universe অসিদা কৈদৌউৈদসু লৈবা য়াদে। শম্মা হায়রবদা, material universe অসিগী মহুত্তদা creation তৌরিবসি মায়া য়াওবননি, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী পুথোকপা প্রকৃতি দেবীগা (মায়া দেবীগা) লোয়ননা সত, রজ অমসুং তম গুণ অহুম য়াওবননি।

["Creation দা destruction য়াওবগুম্মা নুংশিবদা নুংশি-দবসু য়াওই। অনিমক পুম্না খণ্ডলগা পোৎশক অদু শেংনা খণ্ডই।" ]

হৌগিজক এখোয়না লৈনগদৌরিবা ৱাফম অসি, এখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু করম হায়না নুংশিগদগে হায়নগী ৱাফমনিনা, অতৈ জীব পুম্নমক দা খল্লুদনা, মীওইবগা ঈশ্বরগা নুংশিনবগী মরী লৈনরিবা অসিগী ৱাফমতুনক খল্লসি।

"নুংশিবা" হায়বা অসি থবক ওইনা পাংথোকপা তাররদা পোৎশক অহুম চংই। মহুদি (১) করিবু নুংশিগদৌরিবা (ultimate goal), (২) কনানা নুংশিগদৌরিবা (performer) অমসুং (৩) নুংশিবা (activity)। মরম অসিনা "নুংশিবা" হায়বা অসি মশানা মশাবু নুং-শিনৈ হায়বা য়াদবনিনা, য়ানদ্রবদা মী অনি চংই। অমথক্তা লৈরম্বদগী ময়াম লৈরকপা অদুবু creation কৌই। অদুনা creation লৈত্রিইদনা নুংশিবগী থবক অমত্তা পাংথোকপা য়াদে, মতু creation লৈরবা কান্দত্তা ওইরকই। তৌরকফম ওইবা ইহান হানবা অমথক্ অদুবু, creationদগী ওইরক্লিবা ময়াম অদুনা নুংশিবা মশানা তাবনি, অমসুং মতুগী ওন্নথৈনবদা, ময়াম অদুবু অমথক, অদুনা নুংশিবা অদুসু মশানা তাবনি। মতুগী খুদমদি, মমা-মপাগা মচাশিংগা নুংশিনবগী মরী লৈনরিবা অদুগুম্বনি। হায়রিবা অতং-অথম লৈতবা blood relation গী নুংশিনবা অদুদা, নুংশিনদবসু অদুম্মক মহুত্তদা য়াওদ্রে। হায়বদি, creation মহুত্তদা

destruction য়াওবগুম্বনি। পুম্ভি অচৌবা অমগী লেঙদনা তুমিন্না লৈবা ঈশিং ইপাক অমগী ইয়ায়দা লৈতুম অচৌবা অমা থাদরে হায়না খল্লসি। মতুদা থোক্লক্পা ঈশিং ইথক অচৌবা, মচা ময়াম অদু creation নি। অসিগুম্বা ঈথকশিং অদুনা পুম্ভিগী মপান লৈরাই য়েংকুরগা, মতুদগী থকতোক্লকুনা, ঈশিং ইয়ায় চৌরকফম অদুদা অমুক হন্দিল্লকুনা তিল্লিবা অদু destruction নি। মী ওইনা পোকপা creationনি, শিবা destructionনি। "পোকপদা শিবসু অচুম্বক য়াওরে।" (গীতা ২।২৭) মরম অসিনা creation দা destruction অচুম্বক য়াওরে। Creation ডাক্তা লৈবা য়াবোই, destruction চাকুসু লৈবা য়াবোই। ফজবা মশক থড়গে হায়রবদি, অথিবা মশক থড়বা ভাই। ফজবগা অথিবগা পুম্না থড়লবা কান্দদা, মী অমনা পোংশক অমবু ফজবনি, মতুগা অথিবনি হায়বা ঙম্মী। মসুন হায়না contradictory ওইবা বাইচ অনিমক পুম্না থড়লগা পোংশক অমবু মপুঙ ফানা থড়বা ঙম্মী। মুংশিবসু নুংশিদবসু পুম্না থড়লগা, নুংশিবা মশক থড়বা ঙম্মী। মসু হায়রবদা, পোংশক অমবু Absolute ওইনা থড়লবদি, পোংশক অদুগী অশেংবা মশক থড়বা ঙম্মী।

**[" নুংশিবগী হৌরক্ফম্দা নুংশিবা মচেৎ খুদিংমক্না তিন্নবা হোৎনবদা, মৈথায়বা পীরিবা অসি মায়াননি।"]**

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মুংশিবা পুম্নমক্কী হৌরক্ফম্না অমসুং তুঙ্নফম্নি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশ অমমম, ওইরিবা মীওইবা ঐখোয় পুম্নমক্না, মুংশিবগী হৌরকফম অমসুং তুঙ্নফম ওইরিবা ইবুঙোগী চরণদা চংজবনা, মুংশিবগী অরোইবা লমথুংফম্নি (ultimate goal নি)। বাফম অসিবু গীতাগী ১৮শুবা অধ্যায়গী ৬৬শুবা শ্লোকতা অসুম্না হায়রী।

"ধর্ম অচৌপ-অতোম্বা পুম্নমক হন্দোক্লগা বাসুদেব ঐহাক্তা চংলো; ঐনা নঙবু পাপকী মতৌপদগী লাম্দোকপিগনি ; অবাবা মুংঙাইহৎবা তৌগনু।"

অনথক্কী ময়াম ওইনা শন্দোক্লক্লবা অদুনা, হায়রগী হৌরকফম

অমথক অদুদা ভিন্নবা মতম পুম্নমক্তা হোংলকখিনবা লৈরিবা অদুবু, অতৈং-অথম লৈতবা মরী কৌই। মীপুম খুদিংদা লৈরিবা Individual conditioned soul পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা ভিন্নবা মতম পুম্নমক্তা হোংলকখিনা লৈরিবা অসিদা, য়েথায়বা পীরিবা অসি মায়াননি। হায়বদি মশানা হায়া অতৈং অথম লৈতনা মুংশিবগী মরী লৈজরিবা অদু, মুংশিনদনবা শিল্লিবা অদু মায়াননি। বাকম ওসিনা তাকপদি, মায়া লৈত্রবদি, মুংশিবগী লমথুংকম য়োৎনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরণ কংবা ঙমগনি। অদুবু অমুকস্তা মী অমমনি হায়না খঙহল্লিবসি অমসুং উৎহল্লিবসি creation লৈবননি, হায়বদি মায়া লৈবননি। শম্না হায়রবদা, সত্ত, রজ, তম গুণ অহুমগী মথা পোন্দুনা ঐখোয়না লৈবনি। অদুগা অমুক সত্ত, রজ, তম গুণ ওহুম লৈবনা মীওইবা ঐখোয়না মুংশিবস্তু নুংশিদবস্তু পুম্না মশক খঙদুনা, নুংশিবগী থবকস্তু, নুংশিদবগী থবকস্তু, অনিমক তৌবা ঙম্মী। হৌখিবা মপোক্কী কর্মগী ফল মতুংইন্না মী পুম্নমক্তা লৈরিবা গুণ অহুমগী চাং অমত্তা মাম্নদে। সত্তগুণগী চাংনা 75% ওইরবা, অদুগা রজ অমসুং তম গুণ পুল্লগা 25% ওইরবা মী অদু, মীগী তৌবীমল খঙবা, মীনুংশি লৈবা, অফবা হৌখন্দা খনবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিবা, ভক্তি লৈবা মী ওইগনি। মসিগী ওল্লোতনবদা, রজ অমসুং তম গুণ অনি পুল্লগা 75% ওইরবা, সত্তগুণ-না 25% ওইরবা মী অদু, মিনুংশি খঙদবা তমখিবা, মশাগী ওইজবদা খিবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিদবা, ভক্তি লৈতবা মী ওইগনি।

মসিদা কনাগুম্বনা হায়বা য়াই, মদুদি সত্ত, রজ, তম গুণ অহুমগী চাং খেন্নবগী মতুংইন্না নুংশিবগী চাং মাম্নদ্রবস্তু, "নুংশিবা" হায়বা গুণ অসি থরদং ওইরবস্তু, পুম্নমক্তা শোযদনমক্তা লৈরে। অদুগা অমুকস্তু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মী পুম্নমক্তা অতৈং-অথম লৈতনা, নুংশিবগী মরীস্তু লৈ (eternal divine love লৈ।) ঈশিং ঈথক অচৌ-পিশক ময়াম অদুনা, মখোয় ময়ামগী হৌরকফম ওইরিবা, ঈশিং ঈয়ায় অদুদা, মতমগী মতুং ইন্না

মকম অদু মী য়াম্না তাম্বা, যাত্রিক অমত্তা য়োদবা মকমনি। মহাক মপুক য়াম্না লামলবসু, ইবুংঙোগী নাম কীর্ত্তনদা পুক্লিং চঙ্খিদুনা করিমত্তা চাখিদ্রে।

শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবনা মাগী লোয়নবী লক্ষ্মীদেবীদা ওনশিন্দুনা হায়রম্মী। "প্রিয়ে! য়েংউ, ঐগী ভক্ত অসিনা করিমত্তা চাদ-থক্তনা সমুদ্র মপান্দা লৈরিবা অসি। মহাকপু ঐনা কল্লক্রবদি, ঐগী ইদৌ মশক খঙদবা, তমথীবা অনা ওইবা তাগ্রে। অদুগীসু মথক্তা, ঐগী "ভক্তবৎসল" অমসুং "পতিত পাবন" হায়বা মিংথোল অসি অরেম্বদা ওইবা তাগ্রে। অদুনা নহাক্না হৌজিকমক, অহাও অথুম থবা পুদুনা মঙোন্দা পীক।"

মুনিং হুননিঙবগী সদ্ধ্যা মতমদা, লক্ষ্মীদেবীনা সনাগী পুখম অমদা শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী মহাপ্রসাদী অথুম-অহাও থম্না হাপ্পুনা চাওবগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মনাই ভক্ত অমনা চাদ-থক্তনা লৈরমলিবা ফিভম অদু উবদা, লক্ষ্মীদেবীনা য়াম্না ইকাইরম্মী। মরম অদুনা, সনাগী পুখম অদু চাওবগী তুংদা মশা খঙহন্দনা তুমিন্না থনম্লগা, লক্ষ্মী দেবী মন্দিরদা হল্লকলম্মী।

চাওবনা থুজিগী মথোল ওংদুনা হন্না য়েংবদা, কনানদুসু উদে। অদুগা সনাগী পুখমদা হাপ্না অহাও-অথুম অদু উরম্মী। মানা য়াম্না লানলবনিনা ভগবানবু থাগৎলম্মী, অদুগা মহাপ্রসাদী অদু চারম্মী। মানা মুমিৎ হুননি করিমত্তা চাদদুনা মশা চোকথরবা অদুদগী ফরক্লবদুদদি, তুমনিংলদুনা মকম অদুমক্তদা মুংঙাইনা তুমথপ্রে।

মতুং মুমিংকী অমুক অঙনবদা, মানা মীকপ, থোক্লকপদা, চৈতুপ পায়বা, মপাঙ্গল কল্লবা, নিংথৌগী মনাই মরিনা মাবু কোইশিন্দুনা লৈবা উরম্মী।

মথোয়না চাওবদা হায়রম্মী। "হে ফজরবা হুরানবা! নংনা নথৌনা করি লৈদুনা, শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী মন্দিরদগী সনাগী পুখম অসি

হুরক্লিবনো ?" অসি হায়দুনা মখোয়না চাওববু নিংথৌগী কোম্মুং তাম্না পুরকলম্মী।

চাওবা ওক্লম্মী। মানা হায়জরম্মী "ঐদি সনাগী পুখম অসি হুরান্নদে, অদুবু অহাও-অথুম হাপ্পুনা ঐগীদমক পুরক্লিবা মী অদুনা করিগীদমক সনাগী পুখম অসি পুদুনা চংখিদ্রিবনো ? অদুবু মতম মাঙ-হন্দুনা কাম্নবা পোৎ নত্তে হন্দুনা, মপুক্লিংদা শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবগী নাম শোন্নদুনা, চৈতুপ পায়বা মী মরিদুগা লোয়ননা কোম্মুংদা থোরক্লম্মী।

নিংথৌনা থৌদোক অদু তাবদা যাম্না শাওরম্মী। নিংথৌনা হুরানবা অদুবু চৈনা ফু হায়দুনা য়াথং পীরম্মী। মিমুংশ চৈত্রবা নিংথৌগী মনাইশিং অদুনা মদু তাবদা য়াম্না হরাওরম্মী। মখোয়না চাওবদা মপান্দগী লৈ-জবমথৈ ফুদোক্লুনা চৈন ফুরম্মী। অদুবু, ওম্ত্তোক্লা হক্লবা থৌদোক অমা থোক্লম্মী। নিংথৌগী মনাইশিং অদুনা তন্দুনা হাদনা পুং মথাই অমরোম চৈন ফুরবগী মতুংদা থেংনুবদা, চাওবগী নশাদা চৈগী চৈফম অমা ফাওবস্থ লৈরমদে। অদুগী মতক্তা চাওবদি চৈনা ফুবগী নাহুনা খাঙদুনা লৈবগী মহুত্তা, শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী নামবু শোন্নদুনা, মগী গুণ-গান তৌরদুনা, লেক্লদুনা লৈবা অদু মখোয়না উরম্মী। মতুংদগী মখোয়না চৈনা ফুবা থোক্লুনা, চাওববু কোম্মুংগী নপান্দা চঞ্জেক্লম্মী।

চাওবনা নংগী হাম্নগী মফম ফমুং থোঙবান্দা লাক্লম্মী। অদুগা শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী নাম শোন্নদুনা, হাম্নগুম তুম্ন হেল্লম্মী। সুমিদাংদা মাগী চাননবা অথুম-অহাও, হাম্নগী মতৌ অম, সনাগী পুখম অমদা উরম্মী। অদুবু হন্দকমুক্ত, মান চাবা লোইবগা, সনাগী পুখম অদু থঙহৌদনা মাঙখিরম্মী।

সুনিং অহুগী অহিং অদুদা নিংথৌনা তুম্দা মঙ মঙলম্মী। মাগী মঙ অদুদা, মহাক মশানক কমুদগী লংথোকলম্মী। অদুগা শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী মথাংদগী ঈ কাম্থোক্লুনা, মশা পুম্বা ঈনা পুমৈতে তৈবা অদু নিংথৌনা উরম্মী। নিংথৌনা ওক্লদুনা কমুংদগী হৌগৎলম্মী, অদুগা

শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী মন্দির ওন্নহনা চেল্লক্লম্মী। পাওশিং অহুদা হায়রহনা মানা মন্দিরগী থোঙ হাংদোক,হল্লম্মী।

শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী খ্বাংদগী ঈ চেক্তরক্লনা ইবুংঙোগী কান,থোং অপুম্বা ঈনা পুনচোং চোংপা অহু উবদা, নিংথৌসু পাওা পুম্নমকসু পুঙক্ ঙকলম্মী। ভক্ত অমবু নিংথৌ অহুনা চৈ-না ফুহনখিবা থোদোক অহুনা মরম ওইহনা, মসি থোকলিবনি হায়বসি খঙ,লহনা, নিংথৌ য়াম্না বাবম্মী।

নিংথৌনা মনাইশিং অহুগ' লোয়নহনা সমুদ্রগী থোঙ,বান্দা লাক্লগা, চাওবগী মথোঙ,দা তুরম্মী। নিংথৌনা চাওবদা মাগী মরান তাকপীয়ু হায়-জরম্মী। শ্রীশ্রীজগন্নাথগী মখ্বাংদগী ঈ থোকলিবা অসি চাওবা মরবদি কনামহনা ফহনবা ওমলরোই খঙ,লহনা, নিংথৌন চাওবদা মহু কংমবা হায়জরম্মী।

চাওবা মথোন থোক্লা লাওনা কপ্লম্মী। মানা হায়রম্মী। "হে ইবুংঙো! তোম্নবা ননাই ঐগীদমক, ইবুংঙো নহাক্না অসুক বানা খাঙ,-লিবা করিগীনো? নিংথৌগী ওমশীরবা দত্তি অসি ইবুংঙো নশামক্ল' লৌহনা খাঙ,বগী মহুৎতা, নিংথৌগী মনাইশিং অহুনা ঐঙোন্দা চৈনা ফুগম্লনরবদি হেন্না করনগদবনি।" অসুম হায়না মানা ময়াম তানা লাওনা হায়রকপা অহুদা, শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী হকচাংদগী থোরকপা ঈ পুম্নমক থোকখিদ্রে।

শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবনা মনাই ভক্ত চাওবদা অসুম হায়না তাকপীরকই। "চাওবা! নহাকী নহানমুকী মপোকী কর্ম্ম ফলনা অসিগুম্বা দত্তি অসি নংনা ফংবা তাবনি। অহুবু নহাক' ঐবু হুংশিবা, ঐবুতা নিংজবা, নংগী লৈজবা পুম্নমক ঐঙোন্দা কংথোক্লনা আত্মসমর্পণ তৌবা (self surrender), পুম্নমক অসিনা মরম ওইহনা, ঐনা নংগী অবাবদগী কনবা তাবনি। নহাক্,স্বা ভক্ত অমগী অবা-অনা তাবদগী কনবা হায়বা অসি, ঐগী তৌদবা য়াত্রবা ইথৌনি। অহুমদি ওইরবদা, নহাকী প্রারব্ধ কর্ম্মগী ফল অহু লেম্না তোকপদি য়াদবনিনা, নিংথৌগী মনাইশিংনা চৈনা নঙোন্দা

কুবদা নঙোম্দা ফংগদৌরিবা অবা-অনা অদু, ঐনা ইশামক্তা তৌহনবনি। ভক্ত অমনা মাগী প্রারব্ধগী ফল অদুনা ফংগদৌরীবা অবা-অনা অদু, ঐনা লৌই, ভক্তদা করিমক্তা ফংহন্দে।"

শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী দিব্য কিরণ (effulgence of god) অদুগী মরক্তা চাওবগী হকচাংস্ত্র অদুম্মক তিনখ্রে। মতুংদা মাগী মশক অদু উথিখ্রে। মুংশিবা মচেংনা মুংশিবা মপুনদা তিনখ্রে।

["অশেংবা-নুংশিবনা কৈদৌঙৈদসু নিদে, মাদি পীথোকপদগী মথৌনি। মসি চাকনিবনা নিবগুম্বা নত্তে।"]

চাকনিবনা মুংশিব' গুদু অশেংবা মুংশিবা নত্তে, মরমদি চাকনিবা অদুনা মহাক্কী অপাম্ব' পোৎ অমা ঐঙোম্দগী লৌনবগীদমক, ভুহাক্কী ওইনা মুংশিলম্লবনি। মুংশিজবা অদুন' মরম ওইদুনা, মহাক্কী ওইজনবা, কান্নবগী মরম অমত্তা নত্রবা, করিগুম্বা অমা ফংননবগী হায়জকুত্রবা, অমস্তু' মহাক্কী লৈজবা পুম্নমক বংথোকপা নত্রগা পিথোকপা ভমলবা মতম অদুদা, অশেংবা মুংশিবগী অহানবা খুদম ওইগনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পুজা তৌজবা অমসুং খুরুমজব' হায়বা অসি-ইবু ঙো' ম'বু মুংশিজবত্তনা ওইগনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ভাকপীইহত্রা হায়না হংকম থোক্তে। ইবুংঙো মহাক অসি অমত্তা ভাইবা, পুম্নক্কী তৌরককম ওইব' ভগবান-নি। ঐথোয় পুম্নমক্না ইবুংঙো মহ'কপু অকৎ-অথম লৈতব' মুংশিবগী মরী লৈরিবনী। মায়ানা মরম ওইদুনা অদুগুম্বা মুংশিবা অদুবু থদৎপগুম তৌহনবগী বাত্তনি। ভাকপীইহরগা মুংশিগদবা, ভাকপীইহত্রগা মুংশিরোইদবা নত্তে। হায়বদি ঐগী কান্নগদবা ওইরগা মুংশিবা, কান্নরোইদবা ওইরগা মুংশিদবা, অদুগুম্বা নত্তে। অসুম তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হীরম খুদিংদা খ্বায়দগী হেনত্রা, finite দা, নত্রগা Infinite দা হায়না হংকম থোক্তে। ইবুংঙো মহাক্না অফবা পীনবীরবসু অফবনি, ফত্তবা পীনবীরবসু মদুদা করি কায়বগে? ভমথৈ লৈতনা মুংশিবা

(Infinite love) হায়বা অস্নি নত্তবা, অতোপ্পা মহাক্কী মঙাল পূম্নমক, অশেংবা মুংশিবা মীগী মাঙ্দা মাঙ্খিগনি হায়বদা করি কায়বগে ? মুংশিবা শাশিন্নবগী বাবী মচা অমা—

## বাবী মচা অমা।

থায়না মমাংদুদা ভারতবর্ষগী নিংথৌরেন অমা নাক্না শা ভানবা চৎপদা, অচৌবা মুনি অমা থেংনরম্মী। মহাক্না মুনি অদুবু অম্মপকী মতীক মুংশিজরম্মী মদুদি, মুনি অদুদা সনা লুপা দনে তৌননবা কোম্মুংদা লাকপীয়ু হায়জরম্মী। অহানবদা মুনি অদু য়াংরমদে, অদুবু নিংথৌ অদুনা কম্না তক্শিনবদগী মমৈথংদা য়াংরে। কোম্মুংদা মুনিনা থুংলুবা মতমদা নিংথৌনা মহাক্কী লাইথুক্লম্বা লোইজখিগে, মতম ভাইহাক্তা ভাইবিথো হায়জরম্মী। লাইথুকম্বদা নিংথৌ অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা লংথুম, লম, হকচাং ফবা, মচা-মশু য়াম্না পীনবিয়ু হায়না মথোন থোক্না হায়জবা, নিজবা অদু মুনিনা মপান্দা তারম্মী। মদু তাবদা মুনি অদুনা ফম্-ফম্দগী হৌগৎতুনা চৎপা হৌরক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা সনা-লুপা কংত্রি, ভাইবিথো হায়জরম্মী। মুনিনা মদুদা খুমল্লম্মী। "ঐদি ভিক্ষা নীবা মীদগী পোং নীদে। নহাক্কি মতম পূম্নমক্তা ভগবান্দগী লন-থুম য়াম্না পীবিয়ু, সনা লুপা, ইচা-ইশু য়াম্না পীবিয়ু হায়না নীবা নীনি। অদুগুম্বা মী নহাক্না ঐভোন্দা করি অমুক পীবা ঙমগদগে ? নংগী অপাম্বা হাম্না পেম্লনবা তৌথো।"

অশেংবা মুংশিবনা কৈদৌঙৈদসু নীদে. মাদি পীথোকপদগী মথৌনি। কনাগুম্বা পাথং অমনা মাগী মুংশিজরবা কনাগুম্বী মুপীমচা অমবু উম্নবা চৎপা মতমদা, মথোয় অনিগী মরক্তা অশেংবা নুংশিবা নত্তনা অতৈ করি অমুক লৈবা য়াবগে ? পাথং অমসুং নুপীমচা অদুদা মহৌশাদগী হৌনা অতৎ-অথম লৈতনা লৈজরীবা অশেংবা নুংশিবগী মরী অদু, মায়ানা

মথম ওইদুনা থদংপগুম তৌনা লৈরী। হায়বদি সংসারিক্কী ওইবা হিংনবগী নুমিৎ খুদিংগী মীওইবনা তৌরীবা থবক্তা "নুংশিবা" অদু কাওহনবগুম তৌনা লৈরী। অদুবু মখোয় অনিগী উন্নবা মতম ঙহাক্তং অদুদা, পূক্নিং শেংলক্তুনা মায়া কোকূলকপদা, হায়বদি থবক-ইংখাং পুম্নমক পুমকাও কাওদুনা অমস্তুং মপানগী মশাগী চকচাং কাওবা লৈ হায়বা কাওদুনা, নুংশিবা অদুতবু, একাস্তিক ভাবনা পূক্নিংদা লুপ্লক-পদা, নুংশিবনা নুংশিবদা তিন্দুনা, নুংশিবগী মরী থদংপগুম তৌনা লৈরম্বা অদু, মহৌশাগী ফীভমদা হন্দিনহনবা নত্তুনা করি অমুক ওইফম থোকপগে? পাথং অমস্তুং নুপীমচা অনিমক উন্নবা মতম ঙহাক্তং অদুদা অমনা অমদগী করিমত্তা নীদে, অনিমক পীপোকপদগী থবক্নি। মসি অশেংবা নুংশিবগী খুদমনি, material world গী থক্তনরীবা sense gratification নত্তে। নুংশিবনা ভিক্ষা নিবগুম্না নীগদবা নত্তে। মতৌ অদুগুম্নদুনা, মীওইবগী experience তগী ঐখোয়না থক্তলে, মদুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু থাইগেংনা নুংশিবা হৌরকপা হায়বা অসিনা থক্তনবনু, ভগবান্দগী ভিক্ষা নিগদবা নত্তে। ভগবান্দগী নিগদবা পুম্নমক নিখিদুনা লোইশিন্নবা, অমুক নিপ্ররোই থনপ্রবা, মীশিং অদুতনা ধর্ম্মদা চংনবগী অহানবা মখোঙ থাংজিনবনি।

## ["অশেংবা নুংশিবদা অকিবা লৈতে অমসুং নুংশিহন্দবসু ঙমলোই।"]

অশেংবা নুংশিবদা অকিবনা মরম ওইদুনা নুংশিহন্দবা ঙমলোই। নংনা ঐবু হন্না-হন্না ফুরবস্তু, ঐনা নংবু তশেংনা নুংশিরবদি, ঐনা নংবু হান্নগুম্না অদুম্মক নুংশিগনি, কৈদৌউঙদস্তু নুংশিবা অদু হোংলোই। মমানা মচাবু হন্না হন্না চৈ পায়দুনা ফুই, রারকই, অদুবু মচানা মমাবু নুংশিবা অদু কৈদৌউঙদস্তু হোংলোই। অশেংবা নুংশিবা অকিবা লৈতে। মসিগী মরমদা রারী মচা অমা—

## ৱারী মচা অমা।

কনাগুম্বা মমা ওইবী মুপী অমগী অঙাং অমবু লম্বীদা কৈ অমনা মথুংতগী মুনথ্রে হায়না থল্লসি। মমা অতুনা মতম অতুদা তৌগদবা হায়ববু, ঐখোয় পুম্নমক্না খঙ্নরীবা অতুনি, মতুদি মহাক্না শোয়দনা কৈ অতুগা মায়োক্লনা লাক্লগনি, মহাক চেল্লোই। অতুগা ৱাখল অমরোমদা, করিগুম্বা মতম অমদা মমা অতুনা লম্বীদা হুই অমা থেংনরবদি, মহাক হুই অতুদগী চেনখিনি। হুইবু দি কৈনা হেম্না কিল্লবস্তু, কৈ অতুগী থায়াংতগী মচা অতুবু কম্লনবগী মমা অতুনা চোংশিন্দুনা কৈগা থেংনগদৌরি। মসি, মচা অতুবু মুংশিবদগী কৈবু মাং কিদবগী থুদমনি। মমাগা মচাগা মুংশিনবতু অশেংবা মুংশিবনি। মমাগী মশাগী ওইজবা পুম্নমক থাদোক্লবনি, মচাদগী করিগুম্বা কাম্লবা পোং অমা লৈদ্রনা নিননবগী মমুংশি অতুম্ নত্তে। অসিগুম্বা অশেঙ্বা মুংশিবা অসিনা ফত্তবা পুম্নমক জয় তৌবা ঙম্মী। ভগবানবু কিবনা ধর্ম্মগী অহানবা হৌগৎককপনি, অদুগা ভগবানবু মুংশিবনা ধর্ম্মগী অরোইবা ভমথৈ ওইগনি। মতম অদুদা অকিবা পুম্নমক, লৈথ্ররোই।

**[“নুংশিবা হায়বা অসি মশানা লমথুংফম ওইজরবনি। অশেংবা নুংশিবদি সংসারিক্কী মনুংশি অসি নত্তে। অশেংবা নুংশিবদি ভগবানমক্তি হায়বদা করিসু কায়দে। নুপা অমনা নুপী অমবু তশেংনা নুংশিরবদি যোগী অমগী শক্তি পুম্নমক মণ্ডোন্দা লৈরে।” ]**

মুংশিবা হায়বা অসি মশানা অদুম্মক লমথুংফম ওইজরবনি। মুংশিবনা কৈদৌদৌঙৈদসু উপায় অমা ওইহন্দুনা পোৎ অমা ফংননবগী মচাক ওইহনবা য়ারোই। কনাগুম্বা মী অমনা “ঐনা নংবু পোৎ অসিগীদমক মুংশি” হায়বা অসি অশেংবা মুংশিবা নত্তে। কনাগুম্বা য়ু থকপা নিপা অমনা, য়ু-য়োনবা নিপা অমবু, য়ু থকপা ফংনবগীদমক,

য়ু য়োনবা নিপা অদুবু ভাইহাক্তী মুংশিশন্নরুরিবদু, অশেংবা নুংশিবা নত্তে। মরম অসিনা নুংশিবনা কৈদৌঙৈদসু উপায় অমা ওইহনবা য়ারোই, নুংশিবনা মপুং ফাবা পনথৈ অমা ওইগদবনি। অদু ওইরবদি, মুংশিবগী অরোইবা পনথৈ অদু করিনো? করিমত্তা হায়নিংঙাই লৈতে ভগবানবু মুংশিবনি। ভগবানবু মুংশিগদৌরিবগী মরম করিগীনো? ঐখোয় মীওইবগী পুন্সি অসি অতৈ করিনত্তা নত্তে, য়ুমদগী লাপ্পা চৎখোক্লবা লংফৈ চৎপা মী অমনা মযুমলোমদা হল্লকপগী খোংচৎকুম্বনি। য়ুম অদুনা ঐখোয়গী অশেংবা মুংঙাইফমনি অমসুং খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবা মফমনি। মরম অসিনা নুংশিবা ওইবা মফম, য়ুম তাম্না ঐখোয়না চৎলিবনি। মী অমনা ময়ুমদা চৎপদা, করিগী ময়ুমদা চৎলিবনো হায়না হংননবগী মরম সুকলৈ লৈতে. মরমদি মীদি লায়রবদুনা, শা-উচেক, জীব পুম্নমক, অযুক-মুংথিন্দা মচিঞ্জাক থিবা কোইচৎ চৎলুরবসু, মুমিদাংবাইরনগী মতমদা মকোন্দা, মহুমদা, মমুমদা হল্লিল্লকপা মক্তনি। ময়ুমলোমদা হল্লকপদা লমখাংদা লৈরম্বা ফজরবা, মুংঙাইরবা মফম কয়া লৈরম্লুনসু মখোয অদুবু মীহৌকদে, পামলুদে অমসুং নুংশিরুদে। ভগবানদি নুংশিবা পুম্নমক্তী হৌরকফমনি। ঐখোয় মীওইবা খুদিংমক্তী অশেংবা শকফমদি ভগবানগী অংশ ওইবা জীবাত্মামক্তনি। হায়বদি "নুংশিবা মপুম" অদুগী "নুংশিবা মচেৎ" মচা মচা মক্তনি। অদুগা অমুকসু "নুংশিবা মপুম" গা "নুংশিবা মচেৎ" মচা মচা খুদিংমক্তা, অতৎঅথম লৈতনা মরী লৈনরিবনী। অদুগুম্বা মুংশিবগী মরী অদু মায়ানা মরম ওইদুনা থদৎপগুম তৌনা ঐখোয়দা উহল্লি। মায়ানা মরাম চায়থরক্লবদা, "মুংশিবা মচেৎ"শিংনা হৌরকফম ওইবা "মুংশিবা মপুম"দা তিনশিনখিবা নত্তনা, করি অমুক ওইফম থোকপগে? কনাগুম্বা অমনা অসিগুম্না অশেংবা মুংশিবা উমলবদা, মহাক মুক্তি ফংলবনি; মহাক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরণ ফংলবনি।

ঐনা হায়জরিবা মুংশিবা অসি, ঐখোয় ময়াম্না হৌজিক্তী সমাজ অসিদা থঙনরীবা, অমদি ভাংনরীবা মুংশিবা হায়বা অদু নত্তে।

সংসারিকী ওইবা মঙ্গুংশিনা, মুপানা মুপীবু নুংশি, নুপীনা নুপাগীদমক নুংশিবনা থবায় থাবা ফাওবা ঙম্বা যাওই। ওইবা য়াবা থৌদোক কয়া ঐথোয়না ইত্তত্তনা থেংনরী, মচুদি নুংশিনচুনা হৈরম্বা ঙচু মি-ট মঙাগী মনুংদা চাওবনা চাওবীবু থোংনা কাওই, অদুগা চাওবীনসু চাওববু ফুবা য়াওই। অসিগুম্বা নুংশিবসি মপাম্বোংগী (materialism গী) মনুংশিনি। মসি অশেংবা নুংশিবা নত্তে। কয়িগুম্বা চাওবনা চাওবীবু তশেংনা নুংশিরমলবদি, মহাক থুদক ঙচুনত্তদা মপুং যাবা যোগী অমা ওইরনগদবনি। হায়বদি চাওবগী মমাঙ্দা চাওবীসু য়াওনা উরিবা মী, শা, জীব পুম্নমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মত্তোমত্তদ' ওইরিবা "নুংশিবা মপুম" অদুগী "নুংশিবা মচেৎ" অমমম্নি হায়না চাওবনা তশেংনা খঙ্বা মরম্মা, মহৌশাদগী ওইজরকপা "নুংশিবা মপুম" গা "নুংশিবা মচেৎ" শিংগা অতেৎ-অথম লৈতবা নুংশিনবগী মরী অদু. অমুক্কা হেন্না চেক-শিন্খিগনি। মরম অদুনা থোংনা কাওবা, ফুবদি লাইরচুনা চাওবগী মমিৎক্তা নুংশিবা নত্তনা কয়িমত্তা উরোই। নুংশিবা হায়বা অসি মঙোম্বা মহৌশানা লোয়নজরক্পা, হেংদোকপা য়াবোইদবা অমা ওইগনি। চাওবনা চাওবীবু তশেংনা নুংশিবা অদুদা, মঙোম্বা যোগ অমগী শক্তি পুম্নমক লৈরে। মহাক্কা ধর্মগী ব'হৈ অমা ফাওবা খঙ্লমদবা য়াই, আত্ম-তত্ব কয়িমত্তা খঙ্লমদবা য়াই, অদুগা লাইনিংবগী (theology) মরমদা কয়িমত্তা খঙ্লমদবা য়াই। "অশেংবা নুংশিবা" হায়বা অসি ভগবান-ভক্তি হায়বদা কয়িস্তু কাযদে। মরম অসিনা মুপা অমনা নুপী অমবু থাজৈশেংনা নুংশিরবদি, যোগী অমগী শক্তি পুম্নমক মঙোম্বা লৈরে হায়না লৌবা য়াই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা মফম থুদিংমক্তা শীনবা থুংনা লৈ। মরম অসিনা থাজৈশেংনা নুংশিবা খঙ্লবা মী অদুনা মহাক্কী নুংশিবা অদু, মশানা থং্লবসু মঙ্গ্রগ' খঙ্ব্রবসু, মফম থুদিংদা শীনবা থুংনা নুংশি।

["অশেংবা নুংশিবদা clairvoyance and clairaudience য়াওবনা ভক্ত অমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পুক্নিংগী ইন্দ্রিনা দরশণ কংজৈ। অসুম্না নুংশিবা মচেৎনা নুংশিবা মপুমদা তিল্লি।"]

পাখং অমনা সন্ধ্যা মতমদা মুপীমচা অমবু ভাইরী হায়না খল্লসি। পাখং অদুনা তৌরিবা থৌদোক অসি মপুং ফানা খঙবা ঙমলবদি, ঐখোয়না নুংশিবগী অশেংবা অর্থ মুন্না খঙবা ঙমগনি। পাখং অদুনা নুংশিবনা ফা হেনমনখিবনা, মাগী মশাদা মীৎনা উদববু পুক্নিংগী ইন্দ্রিনা উবা ঙম্বা, অদুগা থোকখিবা থৌদোক নাকোংনা তাবা নম্বনা, পুক্নিংগী ইন্দ্রিনা তাবা ঙম্বা (clairvoyance and clairaudience) অদুগুম্বা মগুণশিং মশাদা ফাওই হায়বদা করি কায়বগে? মুপীমচা অদুনা ইম্ফালদগী গৌহাটিদা মযুম হোংখিদুনা লৈখিবা মতমদা, ইম্ফালদা লৈবা পাখং অদুগী clairvoyance and clairaudience কী পাঙ্গল্লা, মুপীমচা অদুগী হৌখিবদা থোকখিবা থৌদোক ১০/২০ করিমক্তা লান্দনা হায়বা ঙমগনি। পাখং অদুনা হায়গনি, মুপীমচা অদু অয়ুক অঙনবদা হৌগৎতুনা মচিং-ময়া শেংলগা মাঙোন বাই শিংলী, বৃন্দা দেবীগী মখোং বাই তৈরী, ইরুজথোকলগা সূর্য্যদেবদা ধুপ থাওমৈ কংলি, লাইরিক পারি, ঈল চিংলি অসিনচিংবা...। হায়রীবশিংসি মুপীমচা অদুবু পাখং অদুনা থাঙ্গেংশেংনা নুংশিবননি। অসিগুম্বা মনুংশি অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিজদুনা শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা ইতত্তনা ভাবাবেশ ওইদুনা বাষ্টে।

ঐখোয় কারাম গাগৈগী ইবুধৌ শ্রীকারাম বসন্ত সিংহনা ঐখোয় পুম্নমকী পরম গুরু ওইদুনা, মহাকী মচা-মগুশিংনা হৌজিক ফাওবা চৎ-থরক্লিবা, বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রণালিকাদা মপুং ওইনা য়াওরীবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অষ্টকাল লিলাগী বাথল পুক্নিংদা নিংশিংজরিবসি অতৈ করিমক্তা নত্তে, clairvoyance and clairaudience কী বানি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী আষ্টকালগী লিলা হায়বদি—(১) নিশান্ত লিলা, (২) প্রাতঃ লিলা, (৩) পূর্ব্বাহ্ন লিলা, (৪) মধ্যাহ্ন লিলা, (৫) অপরাহ্ন লিলা, (৬) সয়াহ্ন লিলা, (৭) প্রদোষ লিলা, অমসুং (৮) নক্ত লিলা—হায়রীবশিংসি ইবুংঙো ইবেম্মগী মতিক মগুণ, প্রেমরসনা থল্লবা লিলা নকুনি। ইবুংঙো-ইবেম্মগী লিলাশিং অসিবু ঐখোয়না

ইমিৎমক্কা উহৌবা থৌদোক অমগুম্না, ঐখোয়গী ইশা-ইশাদা থাজবগা (শ্রদ্ধাগা) লোয়ননা, clairvoyance and clairaudienceকী মপাম্ন", মুমিৎ খুদিংগী নিংশিংজরবদি, পাথং অতুনা য়াম্না লাপথ্রবা মফমদা লৈবা মহাক্কী নুংশিজরবা নুপীমচা অত্তুবু পুক্লিংগী ইগ্রিতনা হৌজিকমক মহাক্কী মমাংদা উবগুম্না, ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পুক্লিংগী ইগ্রিনা দরশন ফংজবা ঙমগনি। হায়রীবা অসি method of meditation গী বাতনি। শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ভক্তি-প্রেমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা আত্ম-সমর্পণ তৌতুনা থাজৈশংনা নুংশিজরবা কান্দতা, "নুংশিবা মচেৎনা" "নুংশিবা মপুমদা" চংজতুনা ইবুংঙো মহাক্কী চরণ ফংজগনি, হায়বদি ইবুংঙো মহাক্কী কৃপা ফংতুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পুক্লিংগী ইগ্রিনা দরশণ ফংজগনি।

**["পুক্লিং শেংস্রবদি অশেংবা নুংশিবা পোকপা ঙমদে। মায়া মনুংদা লৈন-লৈন মীওইবনা পুক্লিং শেংনবা হোৎনজবা নত্তনা, অতৈ অতোপ্পা উপাই লৈতে। পোকপদগী "সত্ত" গুণগী চাং হেন্না লৈবা মীদা থরদং হোৎনজবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু তশেংনা নুংশিবা ঃঙম্মী।"]**

পুম্নমক অসিগী মরু ওইবদি পুক্লিংনি। পুক্লিংনা শেংস্রবদি অশেংবা নুংশিবা পোকপা ঙমদে। পুক্লিংবু শেংস্রবদি মথক্তা হায়খ্রিবা পুম্নমক practical ওইনা পংথোকপা কৈদৌঙৈদস্ত ঙমলোই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী দয়াদি, অচৌ-পিশক থায়দনা, জাতি-বিজাতি থায়দনা, মফম পুম্নমক্তা, মতম পুম্নমক্তা, অতুম্মক লৈরবনি। ঐখোয়না পুকচেল শেংদবদগী ইবুংঙো মাগী "দয়া" ফংদবগী বাতনি। মীওইবগী পুক্লিং, মায়ানা ফাজিন-পুনশিন্দুনা শেংদনা লৈবা অসি কোরুবা মশা মতোমতনা, মায়া মনুংদা মশানক, লৈনা-লৈনা, হোৎনজবা নত্তনা, অতৈ করিমত্তা উপাই লৈতে। মসিগী মরমদা বারী মচা অমা—

## খ্বাল্লী মচা অমা।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নীংজবা ধর্ম্ম চেনবা, লাইয়েকপা কৃষ্ণদাস কৌবা নিপা অমা লৈরম্মী। মানা থবায় য়াওনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরণ ফংনবা করম হায়না তোংনগনি হায়বগী মরম উৎপা, লাই অমা য়েকপা লোইরে। মাগী লাই অতু য়েংহল্লবগীদমক, মাগী মরুপ লাইয়েকপা ময়াম, মাগী ময়ুমদা চা থকপা লাকপীয়ু হায়না হায়জরুরে। মাগী মরুপ ময়াম লাক্লুনা মাগী য়ুমগী ফমকম, কাদা ফমলে। চা-নচিংবা চান পক্লবা থবা serve তৌবা হৌরে। তাক্লা অতুদা মানা ইম্নুংদা চত্থিদুনা, মাগী অয়েকপা লাই অতু ময়ামগী মমাঙ্দা পুথোক্লম্মী। লাই অতু উবদা ময়াম্মা য়াম্মা থাগৎনরম্মী। "লাই অসি য়েংবদা ফজৈদা, colour না ফজরীবা, মীৎনা উবা অহিংবমক মাল্লী।" হায়না ময়াম্মা থাগৎনরম্মী। লাই অতু চীং-মাল, উ-বা হৌবা scenery গুম্বা লাই নত্তে। মতু মুমিদাংগী অমম্বা মতমগী দৃশ্যনি। মুনি অমনা মথুৎতা মৈ থাঙ্জলবা lantern অমা পায়দুনা, থাংপোকলং অমগী খোঙজাও মপান্দা লেপ্লুনা লৈরী। খোঙ-জাও অতু কম্না লোনশিল্লি। মুনি অতুগী মাইথোঙ অতু উবদা করিগুম্বা দা থবা হায়নিংবগুম তৌবা মত্তৌ মাল্লি।

লাইয়েকপা মরুপ ময়াম অতুনা লাই অতুবু উবদা, মাগী মাগী মত (opinion) পীনরম্মী। ফজৈ, অহিংবমক মাল্লি হায়না থাগৎনরম্মী। মথোয়গী মমুঙ্দা নহা পাথং লাইয়েকপা অমা, মথোয়গী সঙ্গ মমুঙ্দা চন্দজ্বা ভিন্নজরীবা অমা য়াওরম্মী। মাগী মপুক্লিংদা নুংঙাইজবা অমা ফাওরম্মী। মানা নিঙ্লিবা অতু লোৎতুনা থম্বা য়ারকত্রতুনা হায়রকই। "মরুপ কৃষ্ণদাস! নহাক্কী লাই অসিগী অশোয়বা মচা অমথক্রুং লৈরে।" কৃষ্ণদাসনা মত্তোন্দা ওনশিন্দুনা নোক্ল-নোক্লা খুমলকই। "কদায়দা করি শোয়বা য়াওরবগে?" পাথং অতুনা হায়রকই: "খোঙজাও অসি য়েংবদা য়াম্মা ফজৈ। অতুবু মশা অসিদা য়েংবদা পুমহাং হাংবগুম অমা

তৌই। থোংগী handle অমসুং পাম্নবদি য়াম্না করোইদ্রনে? অদুগা থোক্ত, অমা লৈরবদি handle অমসু পানকম থোকই।" কৃষ্ণদাসনা খুমলকই। "ঐনা মসি খঙ্না-খঙ্না তৌগে হায়দুনা তৌরিবনি। থোক্ত অসি মপান্দগী হাংগদবা নত্তে, মন্নুংদগী হাংলকদবনি। মরমদি থাং-পোকশঙ, অসি মীওইবগী জীবাত্মাবু re-present তৌবনি, থোক্তাও অসিনা মীওইবগী ধর্ম্মোয়বু represent তৌবনি। মীওইবগী অমম্বা পুন্সি অসিদা, ভগবান্না থাওমৈগা লোয়ননা লাক্লুনা, থোক্তাও অদু হাংদোক্লবা থীন্নী। অদুগা থোক্তদু থাংপোকশঙ অদুগী মন্নুংদা লৈবা মীতনা হাং-দোকদবনি। মীওইবনা মশা মশাগী থোক্তাও, মিন্থুংথোক্ত, পুন্নমক লোনশিন্দুনা থম্বনা, মখোয়গী জীবাত্মাশিং অদু অমম্বদা তৌকম খঙ্দনা থাঙ্থুনা অদুম্মক লৈরে। পোক্তাও হাংলগা, থাওমৈগী মঙাল চং-লক্লুনা অমম্বা কোকপশুম, মীওইবগী পুক্নিং শেংলবা মতম্তদা শ্ৰীকৃষ্ণ ভগবানগী মঙাল ফংজবা ঙমগনি।" লাই অদুগী মন্নুঙ্দা লৈবা অর্থ পুন্নমক অদু কৃষ্ণদাসনা ফোংদোরকপা অদুদা নয়ান পুন্নমক্না অমুক্না হেন্না নাবু থাগৎলম্মী।

মীওইবগী পুক্নিং শেংদুনত্তা লৈবা থক, য়ারোই মরমদি মীওইবসি পোকপদগী হৌদুনা মায়ানা মরম ওইদুনা সত্ত, রজ, অমসুং তম গুণ অহুমগী মথা পোন্দুনা হিংলিবনি। পুক্নিং পুন্‌শেং শেংবা, হায়বদি "সত্ত" গুণ ভাক্না ওইবা মী, মায়াগী সংসার অসিদা হিংদুনা লৈবা য়াদে। মায়াগী মন্নুংদা লৈন-লৈন, "সত্ত" গুণ ভাক্না চেনবা মী অমা ওইনা হিংদুনা লৈবা য়াদবনিনা, "সত্ত" গুণগী percentage হেনগৎহন্নবা, অদুগা "রজ" অমসুং "তম" গুণগী percentage হন্থহন্নবা, মীওইবগী জ্ঞানগী শক্তিনা থবক ওইনা পাংথোকপা তম্মোয়দবা নত্তে। নহানমুক্তী মপোকী কর্ম্মগী ফল মতুং ইন্না, মী পুন্নমক্কী গুণ অহুমগী চাং অমত্তা মান্নদে। পোকপদগী "সত্ত" গুণগী চাং য়াম্না হেন্না য়াওবা মী অদুদি, থরদং হোং-নবদা শ্ৰীকৃষ্ণ ভগবানবু মুংশিজবা ঙমগনি। অদু নত্তবা "রজ" অমসুং

"তম" গুণ য়াম্না য়াংবা, 'সত' গুণ খজিক্কং য়াংবা মী অদুদি, থোঙজাও অমসুং মিহুৎথোং পুম্নমক কয়া লোনশিনখিদুনা, জীবাত্মাবু অমম্বদা কাজিন-পুনশিন্দুনা থম্খিবনা পুক্নিং শেংদনা, মী অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মুংশিজবা য়াবা থোক্কনি।

**["Clairvoyance and clairaudience কী মতেঙ্না খঙ্বা অমসুং উবনা, physical senses কী মতেঙ্না খঙ্বা অমসুং উবদগী অশেংবা নুংশিবা পোকপা হেল্লী। মায়াগী মনুংদা লৈন-লৈন god centred activity ওইনা থবক পুম্নমক তৌদুনা লৈবনা, মীগী পুক্নিং শেংহনবা ঙম্মী। পুক্নিংদা নপ্শিন্দুনা লৈবা মায়াবু কোকহল্লবগীদমক, অচিকপা মকমদা চেল্লবসু করিমত্তা কায়রোই। god centred activity তনা মরম ওইদুনা পুক্নিং শেঙলক্পদা, মায়াসু কোক্লক্নি।"]**

William worosworth কী poem অনি (১) "Yarrow visited" অমসুং (২) "Yarrow unvisited" হায়বা অদুগী মৈথোয়না খঙ্বা ঙম্মী, মহুদি পাংথাদা শাংপা Deffodil লৈশিংবু কবি মশানা মকম অদুদা চৎতুনা উরুবদগী মশাদা ফাওরকপা ফজবা অমসুং মুংশিবা scenery অদুগা, মহাক্না অতোপ্প মুমিং অমদা ফমুক্না হিপ্নুনা লৈবা মতমদা, মহাক্না হায়না উপ্রবা scenery অদুম্মক নীং-শিংলক্নুনা পুক্নিংগী জায়না উরকপা অদুগা চাংদম্নবদা, অকোনবগী পুক্নিংগী ইন্দ্রিনা উবনা থাজৈশেংনা মমিংমক্না উবদগী হেন্না ফজে, হেন্না মুংশি অমসুং মতম কুইনা পুক্নিংদসু তুঙ্হুনা লৈ। হায়বদি পোৎ অমা ফংঙ্গিঙৈদা, ফংননবগী ( আকথা ) পুক্নিংদা মমি তারকপা অদুনা, থাজৈশেংনা পোৎ অদু ফংবদগী মুংশাইবা হেল্লি। মসিদা clairvoyance and clairaudience কী মতেঙ্না, কবি অদুগী পুক্নিংদা অশেংবা মুংশিবা পোকপগী য়াকম চঙ্ই। মতৌ অদুগুম্নদুনা, শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পুক্নিংগী ইন্দ্রিনা মতম পুম্নমক্না উদুনা, মুংশিবগী

প্রেমনা ভাওড়ুনা য়াম্না তোয়না মূর্খা ওইবগী বাৰী লৈ। মসিদগী নত্তে, মমাংডৈ দ্বাপুর যুগতা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শ্রীমতি রাধারাণী অমসুং ব্রজ-গোপীশিংগা লোয়নননা, মর্ত্তলোকী বৃন্দাবনদা শান্নখিবা অষ্টকালগী লিলাবু, clairvoyance and clairaudience কী মতেংনা নিংশিংহৎনা, কলি-যুগ অসিদা শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা নবদ্বীপ ধামদা মনাই ভক্ত পুম্নমক্কা লোয়নননা, অদুগুম্বা অষ্টকালগী লিলা অদুবু practical ওইনা পাং-থোকলম্মী। অসিগুম্বা clairvoyance and clairaudience কী থৌওং অসিবু শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী ভাবাবেশ হায়না মনিং থোক্লুনা ধর্ম্ম-গ্রন্থশিংদা ফোংদোকই। মসিগী মমুড়দা খল্লগা য়াবা বাকন অমত্তংদি লৈ, মন্থদি William wordsworth কবিনা clairvoyance and clairaudience কী মতেঙনা পৃক্রিংগী ইন্দ্রিনা উবিবা scenery অদু অতৈ কবিমত্তা নত্তে, মহাক মশামক্কা মীংনা practical ওইনা হায়না উরুববা scenery অদুবুনি। মীংনা practical ওইনা উথ্রিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্ত্তিবু, ভক্ত অমনা করম হায়না করম্বা মূর্ত্তিবু অশেংবা মূর্ত্তিনি হায়না লৌহৎনা, পৃক্রিংগী ইন্দ্রিনা উগদৌরীবনো? বাহং অসিগী পাও-পুমদি অসিনি, মন্থদি পরম পরাদগী হৌনা মন্দিরদা লাংখিবা ঈশ্বরশিংগী মূর্ত্তিশিংসি, শ্রীমদভাগবত-নচিংবা ধর্ম্ম-গ্রন্থশিংদা তাকপা মমূর্ত্তিশিংনি। বেদ, বেদান্ত, উপনিষদশিং সনাতন-নি হায়বদি eternal নি অমসুং infallible নি, হায়বদি যুগ-যুগ থুদিংমক্ত অদুম্বক লৈরগদবা অমসুং লালহনবা য়ারোইদবা, চুমহৎনত্তা লৈরগদবা মক্কুনি। মরমদি মথোয় অসিগী origin শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগীনি। শ্রীব্যাসদেবনা vedic know-ledge গী summary ওইনা বেদান্ত সূত্র লেংকম্মী, অদুগা বেদান্তবু মপুং ফানা কলিগী মীশিংনা পড়ননবা শ্রীমদভাগবত লেংকম্মী। ঐথোয়না vedic knowledge বু অমসুং ভক্ত, বৈষ্ণব, মুনি, ঋষি, স্বামীশিংনা ধ্যানদগী ফংলকপা জ্ঞানগী ওইবা পাওতাকশিংবু অদুবনি হায়না খাঙৈ। অসিগুম্বা ধর্ম্মগ্রন্থশিংদা তাকলিবা শ্রীমূর্ত্তিশিংসি, ভক্ত, সাধু, বৈষ্ণব,

স্বামীশিংনা ধ্যান তৌদুনা থম্মোয়সুংদগী পূক্নিংগী ইন্দ্রিনা উরবনি। মসিদা শ্রদ্ধা লৈরবা ভক্তনা থাজবনা মরম ওইদুনা, মন্দিরদা লাৎলিবা আর্ক-বিগ্রহ মূর্তিবু হায়না ইনিংমক্না practical ওইনা উরবা মূর্তিগুম্না লৌদুনা, clairvoyance and clairaudience কী মতেংনা, পূক্নিংগী জ্ঞামা থম্মোয়সুংদা উনবা ভক্ত অদুনা হোৎনজৈ।

“সত্ত” গুণগী percentage না হেন্না লৈবা পূক্নিং শেংলবা ভক্ত অমনা, clairvoyance and clairaudience কী মতেংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অমসুং শ্রীমতি রাধারাণীগী প্রেম-রস অমসুং মতিক-মহৈ থল্লবা অষ্টকালগী লিলাবু পূক্নিংদা নিংশিংজদুনা, মতম চাইথাক্কুং অদুদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অশেংবা মুংশিবা অদুবু পূক্নিংদা ফাওদুনা, ইবুংঙো মহাক্কী চরণ-পদ্মদা ফজবা চৎমী। অসিগুম্বা লৌদোক অসিবু, মায়াগী সংসার অসিদা ভক্ত অমনা লৈনলৈন, মায়া থাওদ্রবা সংসারদা (transcendental world) মতম চাইথাক্কুং লৈরকখ্রে। মতম পূম্নমক্তা হায়রিবা মায়া থাওদবগী মও অসি ওণ্ড অদুনা ওইবদি যাদে। মরমদি মীওইবদি সৃষ্টিগী মায়া মনুংদা হিংদুনা লৈগদবনি। মায়া থাওদ্রবদা অহিংবা হকচাং লৈবা জীব অমা ওইনা লৈবা য়াদবনিনা, মায়া মনুংদা লৈনলৈন শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু চেৎনা মুংশিজবা চুম্লবা, মীওইবনা হিংনিংদৈদা পাংথোক্লবা থবক পূম্নমক god centred activity ওইহন্দুনা, পূক্নিং শেংনা শিথ্রবা ফাওবা লৈনবা হোৎনগদবনি। হয়া-ইশান, মায়াগী মনুংদা লৈনলৈন, হোৎনজবা অদুনা মীওইবগী মায়াগী percentage হন্থহন্দুনা পূক্নিং শেংহনবা কৈদৌউবসু ওইবা য়ারোই। পূক্নিং শেংননবা, মায়াগা চেন্নদনবা লাপ্না চৎপ্রগে, হায়বদি মীয়াম লৈবা মফম থাদোক্লুনা, অচীকপা মকম, অরাপ্পা উম্মুং-রাম্মুংদা, ইতোমতা মতম লেপ্লুরগে হায়না থল্লবসু, মীওইবগী মমিনা হকচাংগা কৈদৌউবসু থাদোক্কবা যাদবগুম্না, পূক্নিংদা পকশিন্দুনা লৈবা মায়া থাদোক্কবদগী, অচিকপা মকমদা চেনবনসু করিসু কান্নবা ফংলোই। মসিগী মরমদা ৱারী মচা অমা—

## বাস্নী মচা অমা।

মনিপুরগী মমুংদা লৈবা চীংগী লমদম কাংপোকপীদা হুরানবদা ফাওরবা মচিন-মনাও পাখঙ অনি লৈরম্মী। মখোয়না য়াউ হুরানবগী থোদোক মশীং য়াংমলে। কাংপোকপীদা লৈবা প্রজা পুম্নমক্না য়াম্না শাওনরে। মখোয় অনিবু দণ্ডি পীবা ওইনা, অদুগীসু মথক্তা মী খুদিংমক্না মখোয় অনিবু মশক খঙ্নবা, কাংপোকপীদা লৈবা প্রজাশিংনা মখোয় অনিবু ফারগা S.T. হায়বা মথেক অনি অসি, উদা হুকপগুম্না, মপুন্সি চুপ্পা কোকপা য়াদনবা, মখোয় অনিগী মরাইবক্তা চাওনা হন্দুনা থারে।

মচিন-মনাও অনিমক মপান্দা চংথোকপা যাদ্রে। মরমদি মখোয়বু উবা মী পুম্নমক্না, মরাইবক্কুগী মার্কা অদু উবদা, য়াউ হুরানবা লাক্লে হায়দুনা পংলাওদা লাওনরে। অদুগা অঙাংশিংনা মখোয় অনিগী মতুঙ্দা ইম্নদুনা য়াউ হুরানবা, য়াউ হুরানবা, হায়দুনা লক্লে।

ময়াম্বদুনা মথবায় সুংঙাইনম্থিত্রদুনা, মহাক্কী অবাবা অসিদগী কেংক্লবা কাংপোকপী থাদোক্নুনা অরাপ্পা মফম চীংমুং মাখুংদা চংপা হৌরকলে। মানা চংলুবা মফম খুদিংদা মাগী পোৎথাকম লৈত্রে। মীনা মঙোন্দা মরাইবক্কুগী S.T. থাবিবা অসি করিগীনো হংবদা, থোদোক থোকত্রিবা অদুগী ওম্নতৈননা মানা শেনজিন-শাজিন্দুনা পাওখুম কয়া পী। মদুদা করিমত্তা কাম্নবা যংদে। মাগী অশেংবা থোদোক অদু মতম থরা লৈরগা মী পুম্নমক্না হেক্তা খঙ্লকই। মরম অদুনা মাগী পোৎথাকম খঙ্দ্রদুনা, মফম অমদগী মফম অমা তাম্না কোইচৎ চৎতুনা বানা মপুন্সি লেনখি। অমুক হায়না মখুন্দগী লাপথ্রবা মফম মরাং খঙ্দ্রবা লমদমদা মহাক মথবায় থাপ্রে।

মনাওনিপা য়াউ হুরানবা অদুদি কাংপোকপীদা অদুম্মক লৈ। মানা খল্লি "ঐগী লাইবক্তা য়োক্লবা S.T. অসি কোকহনবসু ঙমজবনিনা, মীনা ঐবু য়াউ হুরানবা মীনি হায়হন্দবা য়ারম্নোই। ঐনা কত্তবা থবক

ভৌরুববনিন', ঐ ইশামক্কা মচু কোকুবা হোৎনবা নত্তনা কবিমক্তা উপাই লৈবরোই। মীনা ঐঙোন্দা য়াউ হুরানবা হায়দুনা চৈরবস্নু, ঐনা মচু খাঙ্‌হুনা লৈরগে।" মরম অদুনা মানা খাঙ্‌বা কনবা, মীগী অকবা থবক্তা তৌবা, মানা তৌরিবা থবক পুম্নমক god centred activity ওইহন্দুনা, মাগী লেমহৌরিবা মপুন্সি অদু লেপ্লম্মী। চহি কয়াগী মতুংদা কাংপোকপীদা লৈবা প্রজা পুম্নমক্কা, অদুগা মুমলোমবা খুল অতৈদা লৈবা প্রজাশিংনস্নু, মাবু পুকচেল শেংবা, ধর্ম লৈবা, মিস্নুংশি খঙ্‌ব', ঈশ্বরদা নত্তী লৈবা মীনি হায়দুনা মনিং চৎলকলে। অস্নুম হায়না প্রজাশিংনা মমাংঙৈগী য়াউ হুরানমগী কস্তবা থোদোক অদু কাওখিদুনা, মতমগী মতুংইন্না অফবা মী অমনি হায়না নিংনরে।

চহি কয়াগী মতুংদা দিল্লিদগী কারবার বালা অমা কাংপোকপীদা লাক্লম্মী। মানা মরাইবক্তা S.T. থাবা মী অদুবু উদুনা, কাংপোকপীগী খুজা অমদা মদুগী মরম হংলম্মী। কাংপোকপীগী খুজা অদুনা পুনলম্মী। "বাবুজী! মীদুগী মরাইবক্তা S.T. থাবা অদুগী মরমদা থায়নঙৈগী বারী অমা ঐনা তায়, মচু ঐ হৌজিকমক্তি নিংশিংবা থোক্‌রে। ঐনা অস্নুম খনবদা, S.T. অদু saint গী abbreviation ওইরমগনি।"

বারী অসিনা ঙাকপবু, মীওইবসি মায়াগী সংসার মমুংদা পোকপনি। অদুগা অমুকস্নু পোকপদগী লোয়নরকপা, সত্ত, রজ, তম গুণ অহুমগী মথা পোন্দুনা লৈবা মীওইবগী পুন্সিদা, রজ অমস্নুং তম গুণ-না চাং য়াম্না হেনবদগী, কস্তবা মায়াগী মরক্তা হৈনবা মী ওইরবস্নু, মশানা হোৎনজদুনা god centred activity ওইবা অফবা থবক্তা তৌদুনা, সত্ত গুণগী চাং য়াম্না হেনগৎলকপদগী পুন্সিং শেংহনবা ঙম্মী।

['অশেংবা নুংশিবা খঙলবদি ধর্ম খঙ্‌লবনি অদুগা যোগী অমসু ওইরবনি। ঈশ্বরবু মপুং ফানা নুংশিবদা, ঈশ্বরবু মপুঙ্‌ ফানা সেবা-পূজা তৌবা ওইরে।"]

নহাক্কী নপুরোইববু ঈশ্বর নত্তব্রা ? নহাক্কী নচাবু ঈশ্বর নত্তব্রা ? নহাক্না নহাক্কী মুপীবু তশেংনা মুংশিবা ঙমলবদি, নহাক পৃথিবীগী ধর্ম্ম পুম্নমক খঙ্লবনি। নহাক ধর্ম্মগী অথুপ্পা পুম্নমক খঙ্লবনি অদুগা যোগী অমস্তু ওইরবনি। অদুবু নহাক অদুগুম্বা মুংশিবা মমুংশি অদু তৌবা ঙমলব্রা ? নহাক্না হায়বা য়াই ; "ঐ চাওবীবু মুংশি, ঐ মাগী-দমক শিবা ঙমগনি।" অদুবু নোংমা চাওবীনা অত্তোপ্পা মী অমগা অচীকপদা বারী-বাতাই শাবা উবদা, নহাক্না চাওবীবু ফুনিংগনি, তিম্ন-নিংঙোই। অদুগা চাওবীনস্তু, নহাকপু অতোপ্পা মুপীমচা অনগা অচীকপদা বারী-বাতাই শাবা উবদা, চাওবীনা নহাকপু তিম্ননিংঙোই। হায়রীবা মতৌ অনিমক, অসি অশেংবা মুংশিবগী মতৌ নত্তে। মসিগী মতৌ অসিদি, পোৎ য়োনবা তুকান্দারগুম্বা ওইজ-ওইথক, পাম্বগী মতৌনি। অসিগুম্বা মুংশিবা মঙং অসিদি মপান্থোংগী তৌশিল্লবনি। হৌজিক্কী সমাজ অসিদা ঈশ্বরগী মরমদা, ধর্ম্মগী মরমদা, মুংশিবগী মরমদা, মুমিৎ পুদিংগী ঙাংনরী। হৌজিক ঐখোয়না তৌরিবা মওং অসি ইকাইনিংঙাইগী মশক্নি। নহাক্না চাওবীবু মুংশিবদ' চাওবীগীদমক য়েংহুনা নহাক্না মুংশিরিব্রা ? নত্রগা নহাক্না নশাগী য়েংহুনা মুংশিরিব্রা ? নহাক্কীদমক য়েংহুনা মুংশিরবদি, নহাক্না চাওবীদগী করিগুম্বা খরা পাম্মী। নহাক্না চাওবীগীদম য়েংহুনা মুংশিরবদি, নহাক্না চাওবীদগী করিমত্তা পামলোই। চাওবীনা তৌনিংবতা তৌহুনা লৈবা য়াই, অদুন তৌবা অদুদা, নহাক্না চাওবীবু হায়গী মতৌগুম্না অতুম্মক মুংশিগনি।

মুংশিবা হায়বা অসি লৈরমত্রবদি, philosophy অসি অকংবা শরুগুম্বা ওইগনি, অদুগা psychology না theory ঙমক ওইগনি, অদুগা খবক্না চুম্নগী labour তমক, ওইগনি। মুংশিবা লৈবনা philosophy না poetry ওইরি, psychologyনা mysticism (ঈশ্বরদা পুক্নিং লুপশিনবা) ওইরি, অদুগা খবক্না জগৎ অসিদা মুংঙাইবা পোৎশক অমা ওইরি। লাইরিক্তা পাবনা জ্ঞান মাঙশিল্লক্‌ই। অদু ওইরবদি,

কনানা লাইবিক হৈবা ওইগদৌরিবনো? মুংশিবা মরিক অমত্তং কংজবা ওমলবা মী অত্ত. লাইরিক হৈরবা মীনি। ঈশ্বরনা মুংশিবনি, মুংশিবনা ঈশ্বরনি। অদুগা ঈশ্বরদি মকম পুম্নমক্তা লৈ। ঈশ্বরনা মুংশিবনি অমত্তং ঈশ্বরনা মকম খুদিংমক্তা লৈ হায়বনা থং লবা মতংদা, মী অত্তু যু থকপা মী অমগী মতৌগুম্না মংত্রংদা (শুন্দা) লৈবগা ংস্নুগনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগীদমক মিনিট ১০ বদ্মা মতমদা, মতুংগী ৮। ২ ফাওবা শুন্দা লৈবগা চপ. মান্নবা লৈগনি। মতম পুম্নমক্তা অকেংবমৈদা অমত্তং কারবারগী ঋাংলন্দা লৈরবা মী অমনা মতৌ করম হায়না ঈশ্বরবু মুংশিগনি?

মৈবু Judge তৌকরগুমসি। মখোয় পুম্নমক অচাওবনি। অচাংনা লাম্নবদা চংলবি, নহান নহাগী থবক্তা, অহলনা হেং থবা পুন্সিগী মরমদা লৈনহুন, অদুগা মী থবনা লেল-খুন পাম্বদা চাওরী। মী থবনা ঈশ্বরগী মরমদ চংওরোইদবগী মরম কংরিনো? চাওবনা চংওগীদমক চংবা অদুগুম্না, ঈশ্বরবু মুংশিবগীদমক চংবদা করি কায়বগে? মী থবনা হায়, ঐ মংস থাদোকলসিবা? ঐহাক যুং পংম্নরোইশিরা? থবক পুম্নমক থা-দোকফদে। "থবক" অমত্তং "পোৎনা". মীওইববু থাদোকলক্কনি। চাইবদা কনশি, ঐখোয়না নখোয় পুম্নমক কাওরক্কনি।

ঈশ্বরবু মপুং ফানা মুংশিবদা মায ওনশিনপ্রবা মী অদুনা, মপুং ফানা ঈশ্বরবু সেবা পূজা তৌবা ওইজরে। অসিগুম্বা মুংশিবগী মচান খজিক্তং লৈজরবা মী অদুনা, ঈশ্বরদগী করিগুম্বা অমত্তা নিরোই। অদুগী মসু মথক্তা, করিগীনো হায়না হংননবগী মরম অমত্তসু লৈরোই।

**[ "করম তৌনা ঈশ্বরবু সেবা-পূজা তৌগনি অমসুং নুংশি-গনি ? পুক্নিং অনি লোঙদনা প্রেম-ভক্তিগা লোয়ননা ঈশ্বরবু সেবা-পূজা তৌরবতদা পুক্নিংগী ইদ্রিনা, ঈশ্বরগী বিগ্রহ মুত্তিবু দরশণ ফংজগনি।"**

ঐখোয়গী লৈজরিবা পুম্নমক্কী, মরিমতা পুম্নমক্কী, ইচা-ইগু পুম্নমক্কী, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মহেক্লে হায়না নিংজগনি। মমা মপানা মচাবু সুংশিবা, মুপীনা মপুরোইববু সুংশিবা, মুপানা মাগী মুপীবু সুংশিবা, মরুপনা মাগী মরুপ অমবু সুংশিবা—সুংশিবা পুম্নমক অসি পুম্নপ পুনশিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু সুংশিগদবনি। মুপীনা মুপা অমবু সুংশিরবদি, মানা অতোপ্পা নিপা অমবু সুংশিবা য়ারোই। মতৌ অদুগুম্নহ২না, মুপানা মুপী অমবু সুংশি-রবদি, মানা অতোপ্পা মুপী অমবু সুংশিবা য়ারোই। অসিগুম্বা মথুংগী অসি, সুংশিবগী নিয়মনি। অদুগুম্নহ২না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু সুংশিরবদি অতোপ্পা অতৈ অমবু সুংশিবা য়ারোই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানে সুংশিবা পুম্নমক্কী হৌ-রকফমনি অমসুং তুংনক্ষমনি। সুংশিবা পুম্নমক্কী হৌরকফম মপুম অদুদগী থোরকপা, সুংশিবা মচেৎ-মচেৎকী হকচাং পানবা ঐখোয়না, সুংশিবা মপুম অদুদা অমত্তা ওইনা শিনশিন্নবা, ইবুংঙো মহোক্না চঙজবা, পুক্তা তৌজবা নত্তনা, কদায় কায়রবগীদমক অতোপ্পা সুংশিবা মচেৎকী হকচাং পানবা অমদা সুংশিগদৌরিবনো? মসিগী নমমদা গীতাগী ১২শুবা অধ্যায়গী ৬ অমসুং ৭শুবা শ্লোকতা অস্রম হায়রী।

"ভক্তশিং অদুনা পরমেশ্বর ঐহাক্তা কর্ম পুম্নমক কংথোক্লগা ঐহাক্না পরায়ণ ওইদুনা অনি লোইত্রবা ভক্তিগা লোয়ননা ঐহাকবু নীংজরিব অমসুং ঐহাক্না পুক্নিং হাপচিনবা মখোয় অদুবু, হে পার্থ! অশিবা অনাবগী মশক ওইবা সংসারগী সমুদ্রদগী থুন্না লাহোক্কবা ঐনা তৌবি।"

"ঐ" কনানো? "ঐ" হকচাংশিবা? জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা হায়বসিনা করিনো? অসিনচিংবা উপনিষদশিংদা তাক্লিবা বাখল অমসুং বিচার করিনত্তা তৌরম্রবসু, য়াম্না থাজবগা লোয়ননা, থবক পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা কংথোক্লুনা, ইবুংঙো মাগী পেন্নবা, সুংজাইনবতা তৌদুনা লৈবা ভক্তশিং অদুবু সংসার সমুদ্রদগী লাহোক্কবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না তৌই।

অদুগা অমুকস্থ শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মনাই অর্জুনদা ১৮শুবা অধ্যায়গী ৬৬শুবা শ্লোকতা অস্থুম্না তাকপিরি।

"ধর্ম্ম অতোপ-অতোপ্পা পুম্নমক হুন্দোক্লগা বাসুদেব এইডোন্দা চঙ্‌লো ; এইনা নংবু পাপকী মপৈদগী লান্থোকপিগনি, অবাবা নুং-ঙাইতবা তৌগন্নু।"

মখল মখলগী যোগ সাধন, হায়বদি হঠ-যোগ, অষ্টাঙ্গ-যোগ, কুন্দলিনি-যোগ, জ্ঞান-যোগনচিংবা পুম্নমকী যোগকী শক্তিনা, যোগী অমনা spiritual planet তা লৈবা Impersonal Brahmanবু ফংবা ঙমৈ। অদুগুম্বা যোগ-সাধন অদু ভক্ত অমগী মফমদদি দরকার ওইদে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানতবু পুক্নিং অপনা লোইদনা, চপ-যুংনা চংশিল্লবদি, ইবুংঙো মহাক্না ভক্তদুগী তিংনমবগী লম্বী, পুক্নিগী মচৈ ফংনবা থৌরাং তৌ-বিবগা লোয়ননা ভক্ত অদুগী পরিবারগী, শাগৈ-নাইতৈগী, জাতিগী য়াইফনবা, থোইদোক্লা পেন্ননবস্থ লেপ্পদক তৌবিরিবনি। মসিগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাগী ৯শুবা অধ্যায়গী ২২শুবা শ্লোকতা অস্থুম্না হায়রী—

"অতোপ্পা অমবু খল্লুবা তৌদনা মুমিৎ-চুপ্পা এইতবু খনবা অমসুং এইতবু উপাসনা তৌবা অমসুং মথোয়গী মন, বুদ্ধি পুম্না এইডোন্দা লুপপ্রবা ভক্তশিংগী যোগ-ক্ষেম ( merciful protection ) পুম্নমক এইনা অতুম পুবি।"

মুমিৎ খুদিংগী তৌরিবা থবক পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগীদমক্তা ওইরবা, হায়বদি God centred activity ওইদুনা সেবাগী ভাবতা থবক পুম্নমক পাংথোক্লবা, ইবুংঙো মহাকপু মুমিৎ খুদিংগী মহাকী নাম—"হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে। হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে।" শোক্তবগা লোয়ননা মহাকী শ্রীমূর্ত্তিবু পুক্নিংদা নিংশিংজবা অমসুং মুংশিজনা খুরুমজবা— অদুগুম্বা ভক্তশিংগী যোগ-ক্ষেম, হায়বদি

ফংত্রিবা পোৎপু ফংহনবা অমসুং ফংলবা পোৎপু মাঙখিদনবা ঙাকপা, অনিসিবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না তৌহুনা লৈ।

পূক্নিং অনি লোংদনা ভক্তি-শ্রদ্ধাগা লোয়নননা থবক তৌবগী মরমদা বারী মচা অমা—

## বারী মচা অমা।

ইচম চম্বা মিনাই নিপা তেম্বা কৌবা অমা, মহারাজ পবিত্রসিংহনা মনিপুরগী চিফ-মিনিষ্টর ওইনা হাপ্লে। মহারাজ পবিত্রসিংহনা তেম্ববু য়াম্না চাল্লম্মী। তৌরিবা থৌদৌ অসিদা, চিফ মিনিষ্টর তেম্ববু কল্লকপদগী কেবিনেটকী মিনিষ্টরশিংনা তেম্ববু চিফ মিনিষ্টরগী ফমদগী লৌথোক্লনব', নিংথৌগী মফমদা তেম্ববু হুন্দুনা নৎত-নৎতবা হায়না কয়া হায়রম্মী। মখোয়না নিংথৌদা বাকৎপা পূম্নমক অরেম্বদা তাথ্রে, নিংথৌনা তেম্ববু অহোইনহুম চানবা হেনগৎলক্লে।

মিনিষ্টরশিং অহুনা নোংমদি পূন্নপ-পূন্না নিংথৌদা হংগৎচরম্মী, "মহারাজনা তেম্ববু অসুক য়াম্না চাল্লবা অসি করি নরমদগীনো?"

নিংথৌনা খুনলম্মী, "নখোয়না হায়রিবা অসি চুম্মি, মসিগী মরম অমা লৈ। মতু নখোয়না মতম থরা লৈরগা থঙলক্খগনি।"

থা অনিরেম লৈরগা নিংথৌনা মাগী মিনিষ্টর পূম্নমকপু তেম্বগা লোয়নননা কৌহুনা হায়রম্মী। "ঐগী অংশিজরবা মিনিষ্টর পূম্নমক! হয়েংদি সহরসিগী বাংনদা লৈবা সনা হিংগোন্দা ঐ ইশামক লোৎলুরগে। নখোয় পূম্নমক্না অমুক অঙনবদগী হৌহুনা, মুমিৎ তাত্রিডৈগী মমুঙদা ঐবু ফংনবা হোৎনৌ। ঐবু থিবা ফংবা নিপা অহুদা ঐনা মনা চাওনা পীগনি।" মন্ত্রি পূম্নমক হরাও-হরাওনা ময়ুম-ময়ুমদা হল্লথ্রে। মখোয়দা পীগদৌরিবা অসি করম্বা মনানো খল্লুবদা, মখোয় পূম্নমক অহিং তুম্বা য়ানদ্রে।

অহিং অহুদা নিংথৌনা হুকুম তৌহুনা সনা ইংখোলগী থোঙজাও তাম্না চংলিবা, সহরগী মপান্দা লৈবা, লম্বেল পূম্নমক্তা, যন্ত্র পায়বী কজবা

মক্তি-মরোল শেংলবী, জগোই-শাবী, ঈশৈ-শকপীশিংনা জগোই শাহল্লম্মী, ঈশৈশু শকহল্লম্মী। অয়ুক অঙনবছু ঈশৈ অমসুং জগোই শাবদুগী ধ্বনি অদুনা সহর অদু পুমনিল নিলখ্রে।

নোংঙ'ল্লমদাইদা মিনিষ্টর পুম্নমক, সনা ইংখোল তম্না লাক্লম্মী। মখোয় পুম্নমক্তা খল্লম্মী। "অসিগুম্বা ঈশৈ মুংশিবা অসি ঐখোয়গী পুক্নিংদা অমুক্তা তাখিদ্রি। অদুগা মশক-মতৌ ফজরবী জগোইশাবী-শিংনা শাখ্রবা জগোইসিগী ফজবসিসু অমুক্তা উখিদ্রি। নিংথৌনা লোংলমগদৌরিবা সনা ইংখোল অদুসু পিশক পীকই। অদুগা নিংথৌবু থিবদা মিনিট ৩/৪ গী মমুঙ্দা শোয়দনা ফংগনি। অদুনদি জগোই-ঈশৈ য়েংদুনা লৈখোকখিগে।"

মুনিং ভাগদৌরে, মতম অদুদা মিনিষ্টরশিং অদুনা সনা ইংখোল তম্না প্রপ্-প্রপ লাক্লম্মী। অদুবু মখোয়না সনা ইংখোল য়ৌরকপদদি মুনিং তাখিরম্মী, অদুগা নিংথৌনা তেম্বগা লোয়ননা ফমদুনা বারী শাদুনা লৈরম্বা থেংনরম্মী।

মিনিষ্টরশিং অদুনা তেম্বদা হংলম্মী। "চিফ মিনিষ্টর তেম্বনা করম্বা মতমদা সনা ইংখোল য়ৌরিবরকপগে? অদুগা লাকপা মতমদা লম্বেলদা জগোইশাবী ঈশৈ শকপী মযাম্না ঈশৈ শকপা অমসুং জগোই শাবা অদু থেংনবিদব্রা?"

চিফ মিনিষ্টর তেম্বনা খুমলম্মী। "ঐদি জগোইশাবী ঈশৈ শকপী অমত্তসু উরক্তে। ঐদি চুমদ্রিং চুম্না সনা ইংখোল অসি তম্না লাক্লুনা, মুমিং থোকাত্রবঁদা শ্রীযুৎ মহারাজগা থেংনদুনা, মফম অসিদা মহাক্না লোয়ননা অনুম্মক লৈরিবা অসিনি।"

নিংথৌনা হায়রম্মী। "ঐগী মুংশিজরবা মন্ত্রি পুম্নমক! ঐগী চিফ মিনিষ্টর তেম্বনা নখোয় পুম্নমক্তগী পুমহেন হেম্না মুংশিবগী মরম নখোয় নশানা খঙ্লেদনা। মহাক্না মমিং অসিনা ঐ নত্তনা কনামত্তবু উদে, মহাক্না থম্মোয়দা ঐ নত্তনা কনামত্তবু নীঙ্দে। অসুম তৌবা অসিনা

ঐনা মাবু করম্না কাওগনি ? অদুগা ঐনা মাবু করম হায়না খওইদনা লৈবা য়াগনি ।"

মরী অসিনা তাকপবু ভেম্বনা নিংথৌবু মুংশিবা অদুগুম্না, ঐথোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পূক্লিং অনি লোঙদনা মুংশিগদবনি। মীৎ অনিনা মপান্দা উরিবা পোৎশিং অসিগী মহুত্তা, পূক্লিংগী ইন্দ্রিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ মূর্ত্তিবু দরশণ ফংনবা হোৎনগদবনি। মহাক্কী গুণ অমসুং নামবু শোঞ্জগদবনি। মতম অদুত্তদা পূক্লিং শেংদুনা থম্মোয়নুংদা ইবুংঙো মাবু দরশণ ফংজগনি।

**[ "শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিবগী মওং শুগাইনা তাকপা। হৌরকপদসু নুংশিবা, ময়ায়দসু নুংশিবা, অরোইবদসু নুংশিবনি ; নুংশিবা অমত্তনি, অনি গুদে।"]**

কা অমগী মনুংদা সনা খাও অমা লৈরে হায়না খল্লসি, অদুগা থংনবা কা অমদা হুরানবা মী অমা লৈরে। হুরানবা অদুনা অতোপ্পা থংনবা কা অমদা সনা খাও লৈবা অদু খঙই। মহাক্না তুমদুনা লৈ-থোকপা ঙমখিগদ্রা ? ঙমগনি হায়বা থাজদে। মতম পুম্নমক্তা সনা খাও অদু মতৌ করম হায়না ফংগদগে হায়বগী ৱাখল্না ডাওদুনা লৈগনি। মতৌ অসুম হায়না মীনা ঈশ্বরবু মুংশিরবদি, মানা করম্বা পোৎপু অমুক নিংউথিগদগে, মুংশিরুখিগদগে ? অসুম হায়না ঈশ্বরবু মুংশিরিবা অদুগী লম্বেলদা, করিনা মরক্তা খন্দুনা থিংবা ঙমগদগে ? মদুগী মাঙদা পোৎ পূম্নমক তুমখিগদৌবা, মাঙখিগদবা ঙাক্তনি। মুংশিবা অদুবু ফংননবা, অমত্তা ওইশিন্নবা, অমদি মপুং ফানা খঙননবদা শোইরোম্নবা, ভাব তাহন্দবা (crazy) নত্তনা, পূক্লিংনবু থিংবা ঙমখিগদ্রা ? অচাখাওগী টিন অমা মচীন হুৎলগা, অহাংবা বালটিন অমদা অচাখাও হৈদোক-পগুম্বনি। টিন-দা লৈবা অচাথাওগা, টিন্দগী থোরক্লিবা বালটিন্দা লৈবা অচাথাওগা, অচাথাও অনিদুবু শম্নহল্লীবা অচাথাওগী মরী অদু, অচাথাও হৈদোকপা হায়বা থবক অদু তোকত্রিবা মথৈ, মায়াগী ওইবা পোৎশক

অমনা থদংপা য়ায়োই। হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মুংশিবদি হৌরক-পদস্থ মুংশিবা, ময়ায়দস্থ মুংশিবা, অরোইবদস্থ মুংশিবনি। মুংশিবা অমত্তনি, অনি ওদে। অসিগুম্না মমুংশি অসি গীতাগী ১৮শুবা অধ্যায়গী ৬৬শুবা শ্লোক্তা হায়রীবা "মামেকং শরণং ব্রজ"—"শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐভোক্তদা চঙ্‌লো" অদুগুম্না অদুগা মওং অমত্তনি। ঐখোয়দি মায়াগী মমুড্‌দা হিংদুনা লৈবা মীওইবনিনা, ভক্ত অদুগী পুক্নিংনা, হাৎনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌দা প্রেম-ভক্তিনা আত্মসমর্পন তৌদুনা হোৎনজবা অদুনা মরম ওইদুনা, মী অদুগী ফীভম অদু ঙহাক-ঙহাক্কী ওইনা, অতৈ করিমত্তবু নিংশিংখিদদুনা অমত্তুং উদদুনা, মাগী মুংশিজরবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী রূপ অদুতবু পুক্নিংগী জ্ঞাননা উজবগী বানি, মতম পুম্নংক্কীদি নত্তে।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ঐখোয়না মুংশিগদবা মওং অদু অসিনি, "লন-থুম লৈবস্থ, মরুপ-মপাং লৈবস্থ, যজবস্থ, পোৎ য়াম্না লৈবস্থ, লাইরিক হৈবস্থ, মুক্তি ফংবা ফাওবা, ঐনা অমত্তা পামজদ্রে। অশিবস্থ ভগবান নহাক্কী অপাম্বা ওইরবদি, লিশিংলক্ হন্না শিজস্থনু। ঐনা ইবুংঙো নহাকপু মুংশিজনবা, অদুগা মুংশিবগীদমক্তা মুংশিজনবা (love for iove's sake) পীনবিয়ু। সমাজ অসিদা লৈরিবা মীশিংনা, মশাগী কান্নবগীদমক্তা মুংশিরিবা অদুগুম্না অকনবা মমুংশি অদুনা, ইবুংঙো নহাকপু ফংননবগী-দমক্তা ঐগী থম্মোয়দা লৈহনবিয়ু।" যোগী ময়াম্না অঙকপা থৌদোক কয়া তৌরিবা অদুবু ভক্ত অদুনা করিস্থ থৌওইদে। অপিকপা মিত্রং বালানা অপিকপা মিত্রং তৌই। ভগবানদি অচৌবা মিত্রং বালানি। মিত্রং পুম্নমক ইবুংঙো মানা তৌরিবনি। জগৎ কয়া শুবগে হায়না খঙননবা তান্নবগী করি কান্নবগে?

ভগবানগী মফমদা অশেংবা মুংশিবা উৎপা অতোপ্পা লম্বেল অমস্থ লৈরি। লম্বেল অদুদি, লৈরিবা পোৎ পুম্নমকপু জয় তৌবা, পোৎ পুম্নমকপু নমথবা, হকচাং অমস্থুং পুক্নিংবু জয় তৌবা অদুনি। অসিগুম্বা লাইনিং-লম্বেলবু ঐখোয়না জ্ঞান-যোগ নত্রগা রাজ-যোগ হায়না খঙনৈ।

অদুবু ভক্তি-যোগকী লাইনিংবা ভক্ত অমনা হায়—"পোৎ পুম্নমকপু ভয় তৌরুবগা করি কাম্নগদগে ? ঐগী ইথোদি কনাগুম্বা অমত্তগা মরী লৈনবা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানত্তগনি ।"

যোগী অমা লৈরম্মী। মহাক ভগবানবু যাম্না থুংশিবা অমনি। মহাক throat তা cancer তৌদুনা শিগদৌরে। philosopher ওইবা যোগী অমনা মাবু উম্নবা লাক্লম্মী। মখোয় অনিবা যোগী অদুদা হায়রম্মী। "মরুপ ! নহাক্কা অনিবা মকম অদুদা পুক্নিংনা ধ্যান তৌদুনা (concentrate) ফহন্দুবা করিগীনো ?" অদুগা অমা হন্না অদুম হায়খি হংলক্লবদা অনাবা যোগী অদুনা হায়রম্মী। "ভগবানদা পুক্নিং কংথোকপ্রবা ঐগী পুক্নিং অসিনা অমুক হন্না ঈ-তেংনা লেংলবা হকচাং অসিদা কংদুনা ধ্যান তৌবা য়াথিগনি অদুগা ওইদোক্লনি থংনা ?" Jesus christ না মাবু মতুং পাংনবা Angel পুরকউ হায়বা যাথিরমদে। মুখিং নিনি ভুমিদা থিংবা ঐনবা, Angel শিখিং ২০ পুরক্লনা পীকপ্রবা হকচাং অসিবু অদুক য়াম্না চাংহনব য়াম্না ?

["হকচাংগী ফব-ফত্তবা অমসুং সংসারদা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক্তা, অশেংবা নুংশিবগা করিমত্তা মরী লৈনদে। অশেংবা নুংশিবগী নুমিৎনা থোক্লক্লবদা, শেংদবা শাম্নবগী ওইবা নুমিৎকী শক্তি পুম্নমক অমসুং অপাম্বা পুম্নমক মাঙখিগনি। অশেঙবা নুংশিববু ফংলবদা, অবাংপা অমত্তা লৈররোই। মী-ওইবগী নুংশিবগী হৌরকফমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দগীনি।"]

মপানদোংগী মংজুদা য়েংলুবদদ, ঐগী হায়ববু হকচাংনা থুংয়দগী মতেল্লী। ঐগী জগৎ হায়ববু হকচাং অসিনি। ঐগী ঈশ্বর হায়ববু হকচাং অসিনি। ঐসু হকচাং অসিনি। নহাক্না ঐবু পুক্নিম্না শিক্লবদি, ঐঙোন্দা পুক্নিং মকম লৈ। ঐনা কোকচিকপা পুদক অদুমক্তদা ঐহাক ঈশ্বরবু কাওই। "ঐ" হায়বা অসি হকচাংনি, অদুগা ঈশ্বর অমসুং পোৎ পুম্নমক, অসিগুম্বা থ্বায়দগী মক্ত ওইপ্রবা থানবা য্বাপ্রবা হকচাং

অসিগী মথা পোনবা ঙাক্তনি। অসিগুম্বগী মরম অসিবু থল্লুবদি Jesus christ না cross তা শিবা মতমদা, মহাক্কী মতেং পাংননবা Angel শিংবু মচাক্কা পুরক্কবা অসি অপাংবা অমনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক্কা Angel শিংবু পুরক্কুনা Cross তা শিগদবদগী কল্লনবা হোৎনগদবনি। অত্তবু ভগবানন্ মুংশিবা অমগী মকমদদি, হকচাং হায়বা অসি করিম্ নম্ববর্ননা, অসিগুম্বা সমাজগী ওইবা কান্নবগীদমক করিমত্তা থল্লুদে। শিবা, পোকপা নাইত্রিবা হকচাংগীদমক্তা থাক্তুনা করি কান্নগদগে? অদুনা সংসারদা চৎনরীবা অসিগা, ভগবানবু মুংশিবা হায়বা অসিগা যাম্না খেন্নৈ। মুংশিবা ভোকপা যাদে। কনাগুম্বা মী অমনা শাওরবদি, ঐহাক্কা মহোন্দা অমুক শাওশিল্লুবগী মরম লৈতে। মহাক্কা মশানা লৈথা ভাঙবদি, ঐহাকস্ত মথা ভানবগী মরম লৈতে। মী অমনা মশানা পাংভবগীদমক্তা, ঐনা শাওরনবগী মরম লৈতে। অদু ওইরবদি, ঐহোয়না কস্তবু থিংলমরোইদ্রা? ঈশ্বরবু মুংশিবা মীশিংনা হায়— "জগৎ অসিদা ভোগ্রবা পুন্নক, মখোয়দদি কশিমত্তা কায়দে।"

যোগী অমনা supernatural power ফংলম্মী। মহাক্কা নোংমা হায়রম্মী "ঐগী শক্তি যেংউ, অতিয়া অসি চহংকী মমুংদা নোংনা কুশহনগে?" ঙাইহাক লৈরগা নোং তারে। মতুদা কনাগুম্বা অমনা হায়। "যোগী ইবুংঙো। নহাক্কা অঙকপ' থৌদোক কয়া ভৌবা ঙম্মী। অদুবু ঐহোন্দা অসিগুম্বা অমত্তা ভম্নীমু, মহু থঙলগা ঐনা অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তা পামলোইদবা।" শক্তি ফাওবা থাদোকপা (পামদবা), করিগুম্বা অমত্তা পামদবা, শক্তিবু অমুক পামলরোইদবা হায়বা অসি মম্না কাপ্পবা থঙবদা বায়বা পোৎনি। লাইরিক লিশিং লিশিং পাক্তুনমু, ঐখোয়না মসি খঙবা ঙমলরোই। মসিবু ঐখোয়না খজিক্কং খঙবা হৌরকপদা, জগৎ সংসার অসিদা ভোগ্রিবা পুন্নক অসি মথেক লানা উবা ঙমলক্কই। মুণীরচাগা মহাকী মপু-রোইবনি হায়না নিঙহনা লাইকাদবী শাগৈ। অত্তবু, থাজৈশেংবা মপুরোইবা খেংনরকপা মতমদা, মাগী হাদগী লাইকদিবীবু মপুরোইবনি হায়না নীংলম্বা

অদু পুমথা থাদোকখি। সংসার অসিদা তৌরিবা অসিসু অদুগুম্বনি। অশেংবা মুংশিবগী মুমিংনা থোক্লকপা মতমদা, শেংদবা শান্নবগী ওইবা মুমিংকী শক্তি পূম্নমক, অমসুং অপাম্বা পুম্নমক মাঙ্খিগনি। অদুগুম্বা শান্নবগী শক্তিশিং অদু করি কান্নগদগে? মহাক্কী লৈজন্নীবা অদুগুম্বা শক্তি অদু থাদোকপা ঙমজন্নবদি, ভগবানগী থৌজাল লৈন্নবনি। থাজে-শেংবা মুংশিবা হৌন্নবদি শক্তি পুম্নমক মাঙ্খিগনি। ঐগা ভগবানগ-গী মরক্তা, মুংশিবা নত্তনা করিমত্তা লৈবা য়ারোই, ভগবান হায়বা অসি মুংশিববুনি, অতৈ করিমত্তা নত্তে। অহানবদগী মুংশিবা, মরক্তসু মুংশিবা, অদুগা অরোইবদসু মুংশিবনি।

ঈশ্বরবু মুংশিবগী মরমদা মীভোন্দা ভম্বীদুনা অমসুং ভাকপীদুনা কোয়চৎ চৎপা মহারাণী অমগী বারী লৈ। মহাক্কী তৌরিবা মংং অদুদা শাওন্নবা মপুরোইবনা মহাকপু বারক্লনবা, মফম অমদগী মফম অমদা কোয়খি খিরম্মী। মুপী অদুনা ইত্তত্তনা ঈশ্বরবু মুংশিবগী মরমদা ঈশৈ ওইনা শকুলম্মী। মহাক্কী ঈশৈ অদু মফম পুদিংমক্তা শক্লরক্লে। "মীন্না পিরাংনা তৌরদুনা ঐনা মতম পূম্বদা লৈহৌন্নগদবা মুংশিবগী ঊন্নীবু য়োকখৎচরী।" মসিনি ঐখোয়না খ্বায়দগী পোংলোই ওইনা ভাম্নরিবা। মসি নত্তবা, অতোপ্পা করম্বা অমা লৈরিবগে? মী অয়াম্বনা অমা নত্তগা অমা পাম্মী। মখোয় পুম্নমক্তা মখোয়গী ওইবা পাম্মী। মরম অদুননি মী অয়াম্বনা মুংশিবা মশক খঙ্ক্রিবা, অমসুং মদুবু ফংগে ভাম্রিবা। মখোয়বু জ্ঞান ভাহন্নু, মীকপ থোকহন্নু। অদুগা মখোয়না মসিগী মরমদা খরদং খঙ্বা ঙমগনি।

মুংশিবা হায়বা অসি ভনথৈ লৈতবা, অদুগা পীথোকপদা লোইবা নাইদবা অমনি। অশেংবা মুংশিবা ফংগে হায়রবদি, নহাক্কী লৈজবা পুম্নমক থাদোকদবনি, করিগুম্বা অমত্তা নহাক্কীনি হায়না খম্বা য়ারোই, মরমদি নহাক্কীনি হায়দুনা হৌজিক লৈন্নীবা পুম্নমক অদু মায়াগী ওইবা পোং ভাক্তনি। অশেংবা মুংশিবদা মায়া লৈবা য়াদে। অশেংবা

নুংশিববু ফংলবদা, নহাক্কী অৱাংপা অমত্তম্থ লৈরোই। নুংশিবা মীনা পামলিবা হায়ববু "ইবুংঙো নহাক মতম পূম্নমক্তা ঐগী নুংশিবা ওইবিয়ু।" ঐগী নুংশিবা হায়ববু ইবুংঙো নহাক্তা অমুক্তং চুম্লীবা অহুনি। ইবুংঙো নহাক্তা ঐবু অমুক্তং চুম্লিবদা, অৱাবা পূম্নমক কোকখ্রে। ইবুংঙো নহাক্তা অমুক্তং চুম্লিবদা, মীনা মতম পূম্নমক্তা নুংঙাইরে, অদুগা অতৈ অতোপ্পা নুংশিবা পূম্নমক কাওখ্রে। মীওইবগী নুংশিবা হায়বা অসিদম্থ, ঈশ্বরবু নুংশিবগী মচাক ওইদ্রী। মপুং ফানা নুংশিরকপগী অহানবা মীকুপ অদুদা, জগৎ পূম্বদা লৈবা জীব পূম্নমক, নহাক্কী থম্মোয়দা নিংলিবা অদুগা মাদু হায়না নীংই। জগৎ অপূম্বদা লৈবা উচেক পূম্নমক্তা, নহাক্কী নুংশিবগী ঈশৈ শকলি। অদুগা লৈ-না নংগীদমক্তা শাংলি। মীওইবগী নুংশিবগী চৌরকফমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগীনি, হায়বদি মপান লৈত্রবা অদুগা অরোইবা লৈত্রবা নুংশিবদগীনি (eternal love)

**[“ঈশ্বরবু নুংশিনবগীদমক, ঐ অসি তোঙানবা অমা ওইনা চৌজিক ওইরি। নুপী নুপাদা লৈনরীবা অদুগুম্বা অমত্তা ওইবা মপুঙ্ফাবা নুংশিবা অদুনা মচাক ওইদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিগদবনি। অশেংবা নুংশিবা খঙ্লবদা, সমাজগী নুপী নুপাগী মনুংশি অদু মাঙ্খিগনি। অসিগুম্বা মনুংশি অসিবু ধর্ম্ম-শাস্ত্রশিংদা “মধুর রস” হায়না ফোঙ্দোকই।”]**

ঈশ্বরবু নুংশিবা মীনা কনাবু কিগদৌরিবনো? হুরানববু, ডাকুবু কিখিগদ্রা? মশামক্কী শিবা নত্রগা হিংবগীদমক কিখিগদ্রা? নুংশিরিবা মী অদুনা খ্বায়দগী লৈথা ভাগ্রবা নরক্তা তাখিবস্থ য়াই, অদুগুম্বা নরক অদুবু নরক ওইখিগদ্রা? ঐখোয়না খ্বায়দগী নুংশিবা অদুবু ফংনবগীদমক্তা, স্বর্গগী অমস্তুং নরক্কী বাথল থাদোক্কদবনি। নুংশিবা মপুম (God or Beloved) অমস্তুং নুংশিবা মচেৎ (Individual soul or Lover) অনিগী নুংশিনবদা, অমথক্তা ওইবা ঈশ্বর নত্তনা করিগুম্বা পোৎ অমত্তনা মখোয়গী মায়োক্তা লৈবা য়ারোইদবা, হায়বদি লৈরমলবস্থ মাঙ্খিগদবা, অমস্তুং

অসিগুম্বা ফীভম অসিবু সংসারিকী মীওইদদি অঙাওবা মানবা, অদুগুম্বা অশেঙ্বা নুংশিববু অমুক্তং ওইজবা ফংনবা, মী লিশিং-লিশিংনা পামদুনা অতৎ-অথম লৈতনা কোয়খি থিরি।

মমৈথংদা নুংশিবা, নুংশিরিবা মী অদুগা নুংশিবা মী পোৎশক অমত্তা ওইগ্রে। (At last love, lover and beloved become one) মসিনা লমথুংকল্লি। Soul গা মী-গা, নত্রগা soulগা god কা থাইদোকপীরিবগী মরম করিগীনো? নুংশিবগী নুংঙাইবা অদু ফংনবগীদমক্তনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মশামকপু নুংশিবা শাম্মী। মরম অদুনা, ইবুংঙো মশামক্তা তোঙান-তোঙানবা মী ময়াম ওইনা পুথোকই। নুংশিবা মীনা হায়রী, Creation গী মক্ত ওইবা মরমবু নুংশিবা অসি ওইহন্নবগীদমক্তনি। ঐখোয় পুম্নমক অহানবদা অমত্তনি। ঐসু, ইপাসু অমত্তনি। ঈশ্বরবু নুংশিনবগীদম, ঐ অসি তোঙানবা অমা তৌজিক ওইরি। চিংনদা ওনাশনবনা কত্রা, নত্রগা চিনি চাবনা কত্রা? চিনিদা ওনশিনবা হায়বা অসি কয়াদা নোক্নিংঙ্রবা খংনে? চিনি চাবা হায়ব অসি নুংশিবগী ভমৈথ লৈতবা নু চাইবনি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মনাক্তা চেন্না নকশিল্লবা, অমত্তং চেন্না নুংশিজনবা অদুগীসু নথক্তা, ঐখোয়গী পুক্নিং চেন্না লুপশিনবা চয়বগীদমক্, নুংশিবগী ideal পুম্নক, হায়বদি ভগবান না ঐখোয়গী ইপানি, ইমানি, মরুপনি অমত্তং হচানি হায়বগী বাখল অসি ঐখোয়দা কাওহল্লি। খ্বায়দগী কা চেন্না নুংশিবা হায়বা অসি, নুপী নুপাদা লৈনরীবা মরী অদুবুনি। অদুগুম্বা অমত্তা ওইবা মপুং ফাবা মনুংশি অদুনা ভগবানবু নুংশিগদবনি। নুপীনা মহাকী মপাবু নুংশি, মানা মমাবুসু নুংশি, মানা মচাবুসু নুংশি, অদুগা মানা মাগী মরুপ-মপাংবুসু নুংশি। অদুবু, মানা মাগী থওজবা পুম্নমক মহাকী মপাদা, মমাদা, মচাদা, নত্রগা মরুপকী মফমদা হায়দোকপা ঙমদে। মাগী থওজবা পুম্নমক অদু, করিগুম্বা অমত্তা ফাওবা লোৎতবা মী অমত্তং লৈতে। মহাকী মপুরোইবদু

অদুগুম্বা মী অদুনি। মুপীগা মুপাগা লৈনরীবা মরী অসি মপা, মমা, মচা, মরূপ পুম্নমক কোম্লবা মরীনি। মুপী-মুপাগী মরী লৈনবসিনা, মুংশিবা মথল পুম্নমক অমত্তদা পুম্লপ পুনশিল্লি। মপুরোইবদা মুপীনা মপাগী, মরূপকী অমস্তুং মচাগী মুংশিবা অদু লৈ। মতৌ অদুগুম্নদুনা মুপীদা মপুরোইবনা মমাগী, মচা মুপীগী, অদুগা অতোপ্প অতৈগী নুংশিবা মথলস্তু লৈ। অসিগুম্বা নুপী নুপাগী থ্বায়দগী হেনবা মপুং ফাবা, অমত্তা ওইবা নুংশিবা অদুনা ভগবানবু নুংশিগদবনি। নুপী অমনা মাগী মপুরোইবগী মফমদা অকিবা লৈতনা, ইকাইবা লৈতনা, মপুং ফানা মপুক্লিংদা লৈবা পুম্নমক হেংনা হায়দোকপা উমলিবসি, অদুগুম্বা মপুং ফাবা অমত্তা ওইবা নুংশিবা লৈবননি। অদুগুম্বা নুংশিবা অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিগদবনি। মশানা মশাদগী করিগুম্বা অমত্তা লোৎতুনা থম্বা য়াদবা অদুগুম্বী নুপী অদুনা, মাগী মপুরোইবদগী করিগুম্বা অমত্তা লোৎতুনা থমলোই। অদুগুম্বা নুংশিবা অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিগদবনি। হায়রিবশিং অসি থঙবদা য়াম্না লুবা বানি। অসিগুম্বা মনুংশি অসিবু হম্ম শাস্ত্রশিংদা মধুর রস হায়নস্তু ফোংদোকই। ঐখোয়না অসিগুম্বা মমুংশি অসিবু মথং-মথং থঙলক্লবা মতমদা, মুপী মুপা ওইবগী সমাজগী মুংশিনবগী রাখল অদু মাঙথিগনি। কালেস্তাগী মতমদা, তুরেল তোর্কানগী লৈভোই মথক্তা, নোংগী চৈশিং মরিক্ মরিক্ তাবদা, লৈভোইদা ওইবা ফীভম অদুগী মতৌগুম্না, ঐখোয়গী পুন্সি অমস্তুং ঐখোয়গা মরী লৈনরীবা পুম্নমক অদুস্তু অদুগুম্বনি।

"ভগবান-না সৃষ্টি কর্ত্তানি" হায়রবা অসিগুম্বা রাখল অসি অঙাংগী রাখলগা চাম্নে হায়না প্রেম-ভক্তিগী লাইনিং লম্বেলবু চৎচবা ভক্তনা নিঙৈজে। "ভগবান-না ঐগী মুংশিজবনি, ইবুংঙোনা ঐগী থবায়নি।" হায়রবা রাখল অসিনা ভক্তদুগী থম্মোয়গী অশেঙবা রাখল ওইগনি। ভক্তনা নিংঙৈজে "ঐগী আশা লৈত্রে। মখোয়না ইবুংঙো নহাকপু জগৎ অসিগী মপুনি হায়। অফববু ওইরবস্তু, ফত্তববু ওইরবস্তু, অচৌববু

ওইরবসু, অপিকপবু ওইরবসু, ঐহাক অসি জগৎ অসিগী মচেৎ অমনি, অদুগা ইবুংঙো নহাকসু ঐগী মুংশিজবনি। ঐগী হকচাং, ঐগী পুক্নিং ঐগী থবায়, মথোয় পুম্নমক অসি, ইবুংঙো নহাক্কী ফান্থোংদা লৈ।"

(থ) গোপী-প্রেমগী মরমদা খণ্ড্নবা।

**["শ্রীমদভাগবত তা য়াওবা গোপী-প্রেমগী মরমদা খণ্ড্নবা। "মহাভাব" নত্রগা "উদঘূর্না" নত্রগা "জালপা-প্রতিজালপা" হায়না খণ্ডনবা পুক্নিংগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা লাংতক্নবা অমসুং "বিপ্রলব্ধা" হায়না খণ্ড্নবা, কায়নবগী মৈচাক্না মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু প্রেম-ভক্তিনা সেবা তৌবগী লাইনিং-লাইশোনগী মরমদা খণ্ড্নবা।" ]**

গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মুংশিবা মওংশিংগী মরমদা শ্রীমদভা-গবত-তা ফংগাইনা তাকলি। মতুংদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মরাল লীবা শানা নপান্দা কোংদোক্নুনা বা ঙাংদবসু, পুক্নিংদদি ইবুংঙোবু মিকুপ অমত্তা ফাওবা থাদোকপা ঙমদবা মওংশি, বাহৈ অমবোমদা হায়রগা "মহাভাব" কৌবা মায়া য়াওদ্রবা থ্বায়দগী অরাংবা থাকী পুক্নিংগী ওইবা লাংতক্নবা লাইনিং (Topmost Transcendental ecstasy) অমসুং "বিপ্রলব্ধা" কৌবা কায়নবদা মুংশিবা (love in separation) হায়না খণ্ড্নবা মুংশিবগী রসশিং অসি, শ্রীমতি রাধারাণী অমসুং মহাক্কী লোয়নবী মতা গোপীশিংতদা লৈ। অসিগুম্বা মওংশি অসিবু Practical ওইনা শ্রীমতি রাধারাণীনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই উদ্ধবকী মমাঙ্দা ঙাংতুনা কোংদোকখিবা বাহৈশিংনি। মতুংদি শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈরবদা ইবুংঙোনা মনাই উদ্ধবপু চিঠী অমগা লোয়ননা ব্রজবৃন্দাবন্দা থারকৃলম্মী। গোপীশিংনা উদ্ধবপু পুমকোয় কোয়শিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মতৌ মওংগী মরমদা বা

ঙাংনদুনা লৈরীবদা, মখোয়গী মনাক্তা শ্রীমতি রাধারাণীনা উদ্ধবপু নাকোইননা (indirectly) তাননবা হায়দুনা, মনাক্তা কোয়পাই পাইদুনা লৈরীবা খোইমু অমদা হায়রম্মী মদুদি—

"শ্রীকৃষ্ণভগবানগী ইমুং-মমুঙ্গী মীওই নত্তবা মীশিংগী মপাও, ইবুংঙো মানা হংবগী দরকার লৈতে। অদুদগী হেন্দোকপ্রদুন', অতোপ্পা মুপাশিংগী লোয়নবী ওইদুনা লৈরীবা মুপীশিংগী মপাও, ইবুংঙো মানা খঙ্লুদুনা করি কাপ্লগদগে ? খোইমুনা লৈহি পানলিবমখৈ লৈদা তোংবগুম্বা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মুংঙাইবী পানলিবমখৈ ঐখোয়গী লৈমিন্নবনি। সরকারনা প্রজাশিংগী শান্তিরক্ষা পীবা ঊমত্রে হায়না খঙ্বা মতম অদুদা, মফম অদুদা লৈবা প্রজাশিংনা দেশ অদু থাদোক্লুনা চৎখি। ছাত্র অমনা লাইরিক তম্বা লোইরগা, মাগী ওঝা অমসুং স্কুল থাদোক্লুনা চৎখি। অতিথিনা মাগী য়ুম্বুরেন্দগী (host তগী) চাবা থক্পা লোইরগা য়ুম্বুরেনগা মরী লৈনদে, থাদোক্লুনা চৎখি। জঙ্গলদা মৈনা চাকথ্রবদা, নাপীশিংবী অশং-অমান অমত্তা হৌদ্রবনিনা, শজিনচিংবা শা-শিংনা বন অদু থাদোকই। মতৌ অদুগুম্বদুনা, নিপা অমনা মাগী মুংশিজবী অমগা লোয়নরবদগী থাদোক্লুনা চৎখি।"

মথাতানা শ্রীমতি রাধারাণীনা হায়রম্মী মদুদি "হে খোইমু! নঙ্দি লৈশিংদগী লৈহী চুপ্পা হায়বসি নহাক্কী স্বভাবনি। মরম অসিনা নহাক্কা নরমচৎ মান্নবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাও পুরক্পা নংনা য়াম্না পাম্মী। ঐগী ইতা গোপীশিংগী থবাক্কা ইবুংঙোগী থবাক্কা শোক্ল-শমুক্লবদগী, ইবুংঙোগী ওকশমদা খোল্লীবা লৈ-পরেংদা পক্লকপা কুন্দন অঙাংবগী উফুল মরিক, মরিক্শিংদু, হে খোইমু, নহাক্কী নকোয়দা পক্লক্পা ঐনা উরে। নহাক্কী নকোয় ঙাংলি-ঙাংলি তৌরে। নহাক্লা ইবুংঙোগী ওক্শমদা খোল্লিবা লৈ পরেং অদুগা থেংনজক্লবদা নহাক্লা চাওখোকচরী। নহাক্লা হৌজিক ঐগীদমক পাও পুরক্লি। ঐগী খোঙবু নংনা শোক্লবা হোৎনরী। অদুবু মুংশিরবা খোইমু! ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসিনি, ঐগী খোঙ-গকা

শোকচ-লাকচম্নু । নহাক্কী থাজবা লৈত্রবা নবুংঙো অহুগী মপাও তাজনিংদে । নহাকস্থু থাজবা লৈত্রবা নবুংঙোগী থাজবা লৈজবা মনাইনি।” শ্রীমতি রাধারাণীনা খোইমুদা তৌরিবা বাঙাং-শাঙাং অমম্বুং মতৌ মওং অসি পাও পুরক্লিবা উদ্ধবনা তারগা অমম্ব উরগা, মঙোন্দা ওল্ল-তৈনবা বাথল কাওননবা তৌরিবনি।

মখা তানা শ্রীমতি রাধারাণীনা হায়রম্মী মতুদি “নহাক্কী নবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ ভগবানহু নহাক্কী নঙ্গুগা চপ, মান্নে। নহাক্কা লৈ অদদা তোংহুনা লৈহৌ থরা চুম্নগা, অতোম্না লৈ অমদা অমুক তোংহুনা লৈহৌ চুম্নী । অহুনা নহাকস্থু নবুংঙোগুম্বনি। ইবুংঙো মহাক্কী মুথনা ঐখোয়দা চুম্বেন ফংহন্‌লম্‌লগা থুনমক থাদোক্কুনা চংখি। ঐখোয়দি ঐখোয়গী লৈজরীবা পুম্নমক—য়ুমশিং, ইমুং-মম্পুংগী মী পুম্নমক, ইপুরোইবশিং, অঙাংশিং, মরী-মতা পুম্নমক থাদোক্লবনি। ঐখোয়না অস্থকয়াম্না থাদোক্‌লিবশিংসিগী তৌবিমল খঙবা ওইনা, ইবুংঙো মহাক্কদি ঐখোয়বু মুংঙাইবা ফংহন্দে। ইবুংঙো মহাক্কা ঐখোয়বু নবা-চানি হায়না হন্দোক্কুমা চৎত্রে। ইবুংঙো নহাকপু ঐখোয়না অমুক হয়া লাজগনি হায়না নংনা খনত্রা? ইচম চম্বী থুজংগী শল পেনবী মুপীমচাশিংগা তিন্নত্রবনিনা, ইবুংঙো মহাক হৌজিক মথুরাদা ইনাক-কৈরাক খুনবী নহা ওইবী মুপীমচাশিংগা তিন্নবা হোৎনবদ' অবাবা ত'রে। নহাক্কী চৌরোন হৈবা লমচৎ অস্তুম' ঐগী পুক্নিং ই'হন্নবা হোৎনরি। মরম পুম্নমক অসিনা, নহাক্কা ঐগী খোঙবু চুপকদবগী হোৎনবা শায়ী। নহাক চৌরোন য়াম্না হৈবা দূতী অমনি হায়বা' ঐ খঙই। মরম অহুনা নহাক ঐবু থাদোক্কুনা চৎখ্রো।”

শ্রীমতি রাধারাণীনা খোইমুদা বা অস্থম তাংলিদৈদা, খোইমুহু মনাক অকোয়ব' অহুবাইদা কোয়পাই পাইরম্মী, অহুগা ইখঙ, খঙ্‌হৌদনা উখিত্রে। খোইমু অহুনা খঙ্‌হৌদনা উখিদবহুদা ইবেম্মা অমুক্কা হেন্না বারে, অঙাওবীগুমলে। মরমদি ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী কন্থবা পুম্নমক খোইমুদা হায়খিবা অহু, পাও পুবিবা খোইমুহুনা মাগী মবুংঙোদা হুকশোয়

শোয়দনা তম্মুবগনি হায়বসি খল্লুবদা, ইবেম্মা জ্ঞান তাম্রহুনা অভাওবীগুম্মা ওইরক্লে: অমুন তৌহুনা ইবেম্মা মী খ্বায়গী ইমান মান্নদনা তৌকম খঙদবা অভাওবীগুমলে।

অসুম হায়না হায়কম তৌকম খঙদনা অভাওবীগুম্মা তৌরিবৈগী মতমসিদা, খোইমু অহুনা অতোপ্পা মফম অতৈদা কোয়পাই পাইরুরগা, শ্রীমতি রাধারাণীগী মাঙদা অমুক হন্না পাইশিল্লকই। ইবেম্মনা খল্লম্মী, "শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ঐবু হায়নগুম্মা থোজানবীরি। পাও পুবা মীনা ইবুংঙোদা মুংঙাইতবা পাও তমলগসু, ইবুংঙোনা ঐবু অসুপকী মতীক খোজানবী, মহুদি ঐবু কৌকচো হায়হুনা খোইমু অসিবু অমুক হন্না ঐগী নাক্তা থারক্লি।" হন্দমুক্তি ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ফত্তবা বা অমম্তা তাংগ্রবোই থনখ্রে। ইবেম্মনা খোইমুদা হায়রম্মী, "চ'ল্লবা মরুপ! ঐগী নাক্ত লেঙশিল্লকউ। ইবুংঙোনা অসুপকী মতিক ঐবু চানবী, মহুদি ঐনা মাগী ফত্তবা মথৈ হায়হুনা খোইমু নহাক্না ইবুংঙোদা তমলুরগসু, ইবুংঙোনা নহাকপু ঐগী নাক্তা থারক্রুনা, ঐবু অমুক কৌহল্লরি। হে মরুপ খোইমু! নহাক অসিনসু ঐবু মুংশি হায়বা অসি, ঐ খঙলে, অদুনা নহাক্না অপাম্বা অদু ঐভোন্দা হায়মু, ঐ পীগে।"

শ্রীমতি রাধারাণীনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মরমদা খল্লুবদা অভাওবীগুম্মা ঙাংলিবা বা পুম্নমক অসি, উদ্ধবনা মাগী মনাক্তা লেপ্প-লেপ্প তারম্মী। "মহাভাব" কৌবা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কী বাখল অমসুং রসদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মতৌ করম্না, মতম পুম্নমক্তা গোপীশিংনা লোয়নহুনতা লৈরীবা অদুগী মতৌ খল্লুবদা উদ্ধব ইঙক্ ওক্রম্মী। শ্রীমতি রাধারাণী মশাক্তা, অদুগা মহাক্কী লোয়নবা মতাশিংগী মফমতদা অসিগুম্বা "মহাভাব" কী মশক ওইবা লাইনিং অসি মপান্দা ফোংদোকপা ঙম্মী। শ্রীলা-রূপ গোস্বামী অমসুং বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরগুম্বা অচৌ-অচৌবা আচর্য্যশিংনা অসিগুম্বা "মহাভাব"কী মশক ওইবা বাঙাংশিং অসিবু মচা থায়না শন্দোক্লা ভাক্লি। মথোয়না অসিগুম্বা পুক্নিংগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা লাংতক্নবা

অসিবু "উদঘূর্না" (bewilderment-তৌকম খঙ্দনা জ্ঞান তাদবা) অমসুং লালপা-প্রতিলালপা (talking in different ways— মংৎ মওং পুথোক্নুনা ঙাংবা বাঙাং) হায়না অনি থোক্লা খায়দোক্নুনা কোং-দোকই। "উজ্জল রস" হায়বদি মণিমুক্তাগী মতৌগুম্না অরংবা নীংথিজবগী রস, মরমগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মকমদা সুংশিবা মওং করম্বা মসুংশিনৌ হায়বগী রস অসি শ্রীমতি রাধারাণীতদা লৈ, অতোপ্পদা লৈতে। উদ্ধবনা হায়রম্মী, "ঐগী সুংশিজরবা মরুপ গোপীশিং। মখোয়গী মপুমসিগী লমথুংকম অঙু কংদুনা, মখোয় মরাইবক করবনি। মখোয় পুম্নমক পুরুষত্তম ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নিংজবা অশেংবা ভক্ত মকুনি। মখোয়বু মরোল অহনদা লৈবা জীব পুম্নমক্না পুজা তৌবদা মতিক চাররমক্কনি, মরমদি মখোয়গী পুক্নিংসি ভগবান বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ মত্তনা অতৈ'ম্না অমবু শত্রবনি। অদুনা ইবুংঙো মতোন্দা মশা পুম্নমক পুল্লপ লুপশিন-খ্রবনি, হায়বদি আত্মসমর্পণ তৌখ্রবনি।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না ইররুপা চিঠীগী মরোলদি অসুম হায়না হায়রী মতুংদি, "ঐগী সুংশিজরবী মরুপ গোপীশা! মতম পুম্নমক্না, মকম পুম্নমক্না অদুগা করিগুম্বা থৌদোক, মরমগা মরম অমমা, ঐখোয় পুম্নমক অমগা-অমগা তোঙান-তোঙাম লৈ, মরমগা কায়নৈ হায়বসি ওইথোক্কবনি, মরমদি ঐ অসি মকম পুম্নমক্না শীনবা থুংনা লৈ।"

মীংনা উবা অপৌবা পোৎ মশা, হায়বদি, লৈবাক, ঈশিং, মৈ, মুংশিং, অতিয়া অদুগা মীংনা উদবা অশিকপা পোৎ অদুম, হায়বদি পুক্নিং, লৌশিং অমসুং অহঙ্কার মখোয় নিপাল অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী Inferior energies নি। (গীতা ৭।।৪) অদুগা মখোয়শিং অসিদগী হেনবা, ইবুংঙোগী superior energy অমা লৈ, মদুবু ঐখোয়না জীবাত্মা (living entity) হায়না কৌই। (গীতা ৭।।৫)। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না থবার পাম্নবা পোৎ (material energy) অমসুং জীবাত্মা

(spiritual energy) অনিমকী পোক্লকন্নি। ইবুংঙো মশামক্কা material and spiritual energy পুন্নমক্তা cause and effect ওইনা য়ানশিন্নরদুনা লৈ। মরম অসিনা মতম পুন্নমক্তা অমত্তুং হীরম খুদিংমক্তা, গোপীশিংদগীসু নত্তনা অহিংবা জীব পুন্নমকীসু অতৎ-অথম লৈতবা মরী লৈনৈ। অদুম্নদি ওইরগা, গোপীশিংদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মপুং ফাবা অতৎ-অথম লৈতবা মরী লৈনৈ, অদুগা জীব অতৈদি মায়ানা মরম ওইদুনা, ইবুংঙো মাগা অতৎ-অথম লৈতবা হান্নদগী লৈনরবা মরী অদু কাওহল্লি। শন্না হায়রবদা, অহিংবা জীব অতৈশিংদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মরী শুকলৈ লৈনদবা, মশামক তোঙানবা হকচাং লৈবা জীব অমগুম্না, মখোয় মশা মশানা খন্নৈ। কনাগুম্না মী অমনা অসিগুম্না philosophical ওইবা ৱাখল পুন্নমক অসিবু খঙ্লবা অদুতদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা আত্মসমর্পন তৌগনি। গোপীশিংনা মায়া চংদ্রবা (transcendental) জ্ঞানগী খাক্তা লৈবা মরম্না, মখোয়গী পুক্নিং অসি মতম পুন্নমক্তা Krishna Consciousness ওইদুনতা লৈ। হায়বদি মখোয়গা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মতম পুন্নমক্তা, সুকখা খানদনা, লোয়নদুনতা লৈ। খাক্লেংশেংবমক্তি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা অতৎ-অথম লৈতবা মরী লৈনবগী খাক য়োৎরকপা হায়বা অসি, কায়নবদা সুংশিবা (love in separation) অদুবুনি। অদুবু, হায়রীবা অসিসু ভাবনা শাবা বানি, মরমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা কায়নবা হায়বা সুকলৈ লৈতে। গোপীশিংগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা কৈদৌউদসু কায়নদে।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অতৈ-অতৈ তাক্কদবা পুন্নমক তাকপা লোইরগা, মমৈ ইকোন-কোনবদা গীতাগী অধ্যায় ১৮শুবগী ৫৫শুবা শ্লোক্ত অসুম্না হায়রী "ভক্ত্যা মামভিজানাতি"—"ভক্তিনা সেবা ওইনা চঙ্জরবকান্দতা, ঐবু ফংবা ঙমগনি।" ভক্তিতনা সেবা ওইনা চঙ্জবগী মপুং ফাবা খাক অদু গোপীশিংদি ওইরবনি, মরমদি মখোয়না শ্রীকৃষ্ণভগবান নত্তনা অতৈ অতোপ্পা কনামত্তবু খঙ্দ্রবনি। বেদদা অসুম্না হায়রী—

"যস্মিন এব বিজ্ঞতে সর্ব্বম এব বিজ্ঞাতম ভবন্তি।"—"শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙ্‌বা তমলবদি অতৈ-অতৈ জ্ঞান পূম্নমক খঙ্‌লবনি।" গীতাগী ১২ শুবা অধ্যায়গী ৬ অমসুং ৭শুবা শ্লোকশিংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হায়রী— "পরমেশ্বর ঐঙোন্দা কর্ম্ম পূম্বা কংথোক্লগা ঐঙোন্দা পরায়ণ ওইদুনা অনি লোত্তবা ভক্তিগা লোয়ননা ঐতবু নীংজবিবা অমসুং ঐঙোন্দা পুক্নিং হাপচবা মখোয় অদুবু অশিবা অনাবগী মশক ওইবা সংসার সমুদ্রদগী থীন্দনা লাম্থোক্লবা ঐনা তৌবি।" গোপীশিং অসি থাজৈ-শেংনমক, জগৎ সংসারদা লৈন-লৈন সংসারিকী ওইবা তরাবা অদু মশাদা য়াওদ্রবনি। অদুগা মখোয়না ৱাৱীবদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কাদনবগী ৱাবতনী। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হায়রী—"ঐগী মু শিনবা গোপী পূম্নমক! ঐবু মু শিবা অসি অমুক্তা হেন্না যাম্না মুংশিনবগীদমক, ঐগা নখোয়গা কায়নরবা অসি, ঐনা তৌগে হায়দুনা তৌরবনি। মরমদ, অমুক হায়না ঐনা নখোয়বু কায়নরবদ, নখোয়না ঐবু মতম পূম্নমক্তা তংতনা পানবা লৈতনা নিংজনরা (ধ্যান তৌদুনা) লৈগনি।"

শ্রীচৈতন্যদেবনা মীওইবদা "বিপ্রলম্ভ"গী লাইনিং-লাইথোন তম্বী-রম্মী। "বিপ্রলম্ভা" হায়বদ কায়নবগী লৈচাক্তা লৈরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু প্রেম ভক্তিনা সেবা তৌজবগী লাইনিং-লাইথোনবু হায়রবনি। কায়নবগী লৈচাক্তা পূক্নিংদা খোৎরাঙনা চাউত্ররবা গোপীশিংগী লাইনিং-লাইথোনগী মওংনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নিংজবা অমসুং পূজা তৌজবগী মওং অসিবু গোস্বামী গুরুশিংনা তম্বীরম্মী। শ্রীনিবাস আচার্য্যনা গোস্বামীশিংগী মরমদা ইবা স্তুতি-প্রার্থনাবু শুগায়না অমসুং শক্তোক্তা তাক্লি। শ্রীনিবাস আচার্য্যনা হায়—"গোপীশিংগী নাম্না চঙ্‌লবা অমসুং মগুন নাইদ্রবা, পুক্নিংগী লাইনিং-লাইথোন অদুগুম্বগী মওং অদুদা, গোস্বামীশিংনা মতম পূম্নমক্তা কপ্‌না লৈ।" গোস্বামীশিংনা বৃন্দাবনদা লৈবা মতমদ, "শ্রীকৃষ্ণ ভগবান কদায়দা লৈরমগনি? গোপীশিংনা কদায়দা লৈরমগনি? শ্রীমতি রাধারাণী মহাক্না কদায়দা লৈরমগনি? অমুক হায়না

লাওয়-লাওরহুনা কোয়থি থিবা চৎলি। ঐখোয় রাধাকৃষ্ণ দরশন কংলে, অদুনা ঐখোয়না নিঙ্‌বা থুংলে, হায়না মখোয়না কৈদৌউৈদসু হায়-রনদে।" মখোয় শ্রীমতি রাধারাণীবু অমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কৈদৌউৈদসু দরশন কংলমদে, অদুগা মখোয়গী নিঙ্‌জবা অদু থুংদনা অদুম্মক লেনখি। রাসলীলাগী মতমদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা লোয়ননা রাসলীলা য়াওজবা ফংজদবা গোপীশিং অদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পুক্নিংনা নিঙ্‌জবতনা মরম ওইহুনা, মখোয়গী মপাক্তংগী হকচাং শংদোকখি। মরম অসিনা কায়নবগী মৈচাক লোয়ননা krishna conscicusness ফা পুক্নিং লুপশিনবা হায়বা অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মখোঙ্‌, খদাংকবু থুংদগী হেন্না থুনা ফংনবা লাইনিং-লাইশোনশি।

(গ) শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী প্রেম-ভক্তিগী মরমদা খঙ্‌হনবা।

**[' শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা কলিযুগকী মীওইবগীদমক মীওইবগী মপোক্তা পোক্‌না. প্রেমনা মূর্তি ওইনা চোংথোরক্লবা অবতারনি** (spiritual love materialised as Avatar) **হায়না খঙ্‌হনবা।"]**

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী life history দগী ঐখোয়না খঙ্‌লে, মহাক্দি ইন্দুংচেংনা কলিযুগতা, চৌদ্দিক্তগী চহি ৫০৬ রাংগী মমাঙ্‌দা (১৪০৭ শকাব্দ, ১৪৮৫ খৃষ্টাব্দ, নিত্যানন্দচরিত মতে ১৯ শে ফাল্গুণ। ফনিভূষন দত্ত শ্রীচৈতন্য জাতক মতে ২৩ শে ফাল্গুণ) লমদা থাগী পূর্ণিমা পূণ্য তিথিদা, মীওইবগী সমাজদা, পণ্ডিত জগন্নাথ মিশ্রগী মচা ওইনা, শচী-দেবীগী গর্ভদা নবদ্বীপ ধামদা পোক্লম্মী। মমানা মচাগী মমিং নিমাই থোল্লম্মী। কে ষ্ঠিগী মিংদি বিশ্বম্ভর থোল্লম্মী। অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা নিমাইগী পুক্নিদা, ভাংথোরকপা বাহৈদা, তৌথোরকপা থৌওং থৌদোক কয়াদা, লাইগুরগী থৌওং ওইবা, মীয়াম্মা অমসুং মমা মপানা তাখি

অমসুং উথি। অঙাং ওইরিবৈদা ইবুংঙোনা লৈপাক চাবা উহুনা, মমানা চৈবদা নিমাইনা খুমখি, মহুদি "দেহ মাটি ভক্ষ মাটি দেখহ বিচারি। অবিচারে দোষ দেহ কি বলিতে পারি॥" ইকজখোক্তুনা হকচাং শেং-দোক্লো হায়না মমানা হায়বদা নিমাইনা খুমখি, মহুদি "মাটি, জল, বায়ু, আগুন, আকাশ, চিত্ত, জগৎ, শুচি কিংবা অশুচি এ সবই কল্পনা। একমাত্র পরিপূর্ণজ্ঞান অদ্বয় শ্রীহরির পায়ের অনন্ত ঐশ্বর্যই ব্রহ্মাণ্ডরূপে আজ প্রকাশিত। তিনি ছাড়া এ বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডে কোথা ও কিছু নেই।" নিমাইগী হাক্তক্তা মীরা ভাবা লোইবা নাইদে। কনাগী পূজাগী লৈ মুন্দুনা লংখোকই, কনা অমদা ঊশিং চাইশিল্লমলগা লোৎতুনা লৈখি, তোর্বান্দা থমজবা মফি-মরোল লাক্তুনা চেল্লগা অতোপ্পা মকম অমদা থনম্মী, অসিনাচংবা পিক্লিবা নিপামচা ওইরবৈদা নিমাইনা ফত্তবা থবক তৌবা অহুগাঁদমক, মীয়ামমা মমাদা বাকৎলৈ। অসিগুম্বা ফত্তবা থবক করিগী তৌরিবনো, সংসারগী নিয়ম করিমত্তা থংজত্রা হায়না মমানা মচাদা চৈবদা নিমাইনা খুংখি, মহুদি—"মা, আমি এই জগৎ সংসার চালাচ্ছি, আর সংসারের কিচ্ছু বুঝিনা, এটা কখনও হয়? তোমরা কিচ্ছু না বুঝেই, 'আমি বুঝি'। 'আমি করছি' বল। আমি সে কথা বলি না বলে কিচ্ছু করছি না ভেবো না, আমিই সব।"

জগৎ গুরুরূপ্পা মাগী মিনোক্লি, সনা অহিংবগী কুচু মানবা, ফজবনা মুত্তি পানবা শক্ফম্লি। অথুম্বা প্রেম অহুগা অথোংপা অথুম্বা থৌজাল পুম্নমক অসিদগী থোরকপা. "আনন্দনা মপং ওইনা মূর্ত্তি পানবা" মীয়ামদা উহনবা শক্ফম্লি। (spiritual love materialised as human being) লাইরিক, বেদ, বেদান্ত, ধর্ম্ম শাস্ত্র হৈবদা মাগী মপা লৈতে, মাগী 'প্রতিভা অমসুং মেধা উবদগী মী পুম্নমক ঙকখি। মহা ওইনা নিমাই পণ্ডিত হায়না কাওখি। মুম্বানবগী পুন্সিদা নিমাই অনিরক লুহোংখি—অহানবদা, বল্লভ আচার্য্যগী মচাইবেম্মা লক্ষ্মী দেবীগা লুহোংখি, মতুংদা লক্ষ্মীদেবী লিপ্পা চিক্তুনা শিগ্রবদা, সনাতন পণ্ডিতকী মচা ইবেম্মা বিষ্ণুপ্রিয়াগা লুহোংখি।

মহাত্মা মাধবেন্দ্রপুরীগী মসুস্ত, হৌজিনবা অচানবা শিষ্য শ্রীঈশ্বর-পুরীদগী নিমাইনা তীর্থরাজ গয়াধামদা অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্রনা "ক্লীং কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা।" দীক্ষা লৌখি। নিমাইনা গয়া-ধামদগী হল্লকপা অতুদগী হৌনা (১৪৩০ শক পৌষের অন্তে গয়া হইতে গৃহে প্রত্যাবর্ত্তন) পুমণন ওমবা মী অমা ওইখরে। বৈষ্ণবকী "ঐনা মতোমে" হায়বা মূর্ত্তি, বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, শ্রীমদভাগবত তা হায়রীবা সাত্ত্বিক প্রেমবিকারগী সিক্ত ওইরবা ভক্তগী হকচাং অতু নিমাইদা ওইখ্রে। নিমাইনা মাগী ছাত্রশিংগা লোয়ননা নামকীর্ত্তন শকুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান কায়নবদগী মতম পুম্নমক্তা ইঙাও ঙাওবা, জ্ঞান মাঙ্‌বগা লোয়ননা ভহাক লৈতনা, মহাভক্তিগী আবেশ ওইনা লৈপাক্তা হাইৎচুনা তাবা অতুদা, নবদ্বীপ-তা লৈবা মী পুম্নমক্তা মথুম-মরাং হৌদুনা, পুনশক, ভক্তরম্মী। করি অমুক হায়গনি, মতম অতুগী অথোয়বা বৈষ্ণবশিংগী পুঁচংবা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা, জ্ঞান য়াওদনা লৈমায়দা তাদুনা লৈবা নিমাইগী মমাঙ্‌দা, হৌনবী লৈ-সু, তুলসী পত্র, ধূপ-দীপকা লোয়ননা মথাগী অসুম্না পূজা কৎখরে। মহুদি—

"নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণায় হিতায় চ।

জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥"

নবদ্বীপ ধামগী বৈষ্ণব সমাজগী মী পুম্নমক অমসুং মথোয়গী লুচিংবশিং নিত্যানন্দ, আদ্বৈত আচার্য্য, শ্রীবাস পণ্ডিত, মুরারি, গদাধর, নরহরি, হরিদাস, নন্দন আচার্য্য, পুণ্ডরিক (বিদ্যানিধি), প্রেমনিধি অসিনচিংবা— শ্রীবাস পণ্ডিতকী মাঙ্গোল্দা কীর্ত্তন বিলাস তৌরম্মী। কীর্ত্তন অতুগী ঈশৈদি "হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ। গোপাল গোবিন্দরাম শ্রীমধু-সুদন।" নি। অতুগুম্বা কীর্ত্তন বিলাস অতুদা নিমাইনা মথল কয়াগী বিভুতি রূপ—ষড় ভূজ, চারিভূজ, দ্বিভূজ, রুদ্রমূর্ত্তিনচিংবা—অথোয়বা ভক্তশিংগী মকমদা দরশণ পীবিখি। মতম অতুদগী হৌদুনা নিমাই প্রেমিক সাধক ভক্তশিংগী প্রভু শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গদেব, হায়বদি কলিযুগকী

মীওইবদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী প্রেম-ভক্তি শন্দোক্লবা, প্রেমনা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লবা প্রভু অবতারনি হায়না (spiritual love materialised as Avatar) মীয়াম্না খঙ্‌নরে। অসিদমক্ নত্তে নোংমা শ্রীবাস পণ্ডিতকী মাঙোন্দা কীর্ত্তন তৌরিঙৈদা নিমাইনা ঙংলকুনা মীয়াম তানবা হায়রম্মী, মহাক্‌না হায়রকপা অসিদি—

"এই কলিযুগে কৃষ্ণ আমি, আমি নারায়ণ,
আমিই সেই ভগবান দেবকীনন্দন। অনন্ত
ব্রাহ্মণ কোটি মাঝে আমি নাথ। যত গাও
সেই আমি তোরা মোর দাস।"

অসিগুম্বা থৌওং অসি ধর্ম্ম গ্রন্থশিংদস্ত মাংচৌননা ফোংদোক্লম্মী, মহাক্‌দি—

"কলেঃ প্রথম সন্ধ্যায়াং গৌরাঙ্গোহহং মহীতলে।
ভাগীরথী তটে রম্যে ভবিষ্যামি শচীসুতঃ।"
(শ্রীমথুরানাথঃ-পদ্মপুরাণ)

"অহমেব কলৌবিপ্র নিত্যং প্রচ্ছন্ন বিগ্রহঃ।
ভগবদ্ভক্তরূপেণ লোকান, রক্ষামি সর্ব্বথা॥"
(নারদীয় পুরাণ)

"কলিনা দহ্যমানানাং পরিত্রাণ তনুভৃতাং
জন্ম প্রথম সন্ধ্যায়াং করিষ্যামি দ্বিজাতিষু।"
(গরুড় পুরাণ)

"আসন, বর্ণাস্ত্রয়ো হ্যস্য গৃহ্নতোহনুযুগং তনুঃ।
শুক্লোরক্তস্তথাপীতঃ ইদানীং কৃষ্ণতাং গতঃ॥"
(শ্রীমদভাগবত ১০॥৮॥১৩)

"ধর্ম্মং মহাপুরুষ পাসি যুগানুবৃত্তং।
ছন্নঃ কলৌ যদভব স্ত্রিযুগোহথ স ত্বমিতি॥"
(সপ্তমেচ প্রহলাদস্তৌ)

"শুক্লো গৌরঃ সুদীর্ঘাঙ্গ ত্রিস্রোতস্তীর সম্ভবঃ।
দয়ালুঃ কীর্ত্তন গ্রাহী ভবিষ্যামি কলৌযুগে।"
(বায়ু পুরাণ)

"অন্তঃ কৃষ্ণো বহির্গৌরঃ সাঙ্গো পাঙ্গা স্নপার্ষদঃ।
শচীগর্ভে সমাপ্নুয়াৎ মায়া মানুষ কর্ম্মকৃৎ ॥"
(স্কন্দ পুরাণ)

"দিবিজা ভুবি জায়ধ্বং জায়ধ্ব' ভক্ত রূপিনঃ।
কলৌ সংকীর্ত্তনারম্ভে ভবিষ্যামি শচীসুতঃ ॥"
(নারদীয় পুরাণ)

"কলৌ ঘোর তমশ্চন্নান সর্ব্বানাচার বর্জ্জিতান।
শচীগর্ভে চ সংভূয় তারয়িষ্যামি নারদ ॥"
(বামণ পুরাণ)

"কলৌ প্রথম সন্ধ্যায়াং লক্ষ্মীকান্তো ভবিষ্যতি।
দারুব্রহ্ম সমীপস্থঃ সন্যাসী গৌর বিগ্রহঃ ॥"
(গরুড় পুরাণ)

"অহমেবদ্বিজ শ্রেষ্ঠ নিত্যং প্রচ্ছন্ন বিগ্রহঃ।
ভগবদ্ভক্তরূপেন লোকান রক্ষামি সর্ব্বদা ॥"
(নারদীয়)

"প্রত্যক্ষরূপধৃক্ দেবো দৃশ্যতে ন কলৌ হরি ॥"
(বিষ্ণুধর্ম্ম)

প্রভুনা চহি ২৪ নপুং ফারক্পদা, ঙাকচিংগী পানিংহক্পা মতমদা (১৪৩১ শকাব্দ, ২৯ শে মাঘ) কাঞ্চন নগর, নত্রগা কাটোয়া হায়নসু খঙ্নবদ' লৈবা কেশব ভারতীদগী সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌখি। ইবুংঙোগী অনৌবা সন্ন্যাসীগী মিং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়না থোনখি। মতুংদা প্রভুনা শ্রীশ্রীজগন্নাথকী মহাধাম নথুবদা লৈবা পুরী, দক্ষিণাত্যগী সেতুবন্ধ, বৃন্দাবন-নচিংবদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী প্রেম-ভক্তি শন্দোক্লমী।

**[ "শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মনাই ভক্তশিংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী প্রেম-ভক্তিগী মরমদা পীরম্বা পাউতাকশিংগী মরমদা খঙ্হনবা।"]**

নোংমা মূরারিনা প্রভুদা প্রেম-ভক্তি পীনবিয়ু হায়জবদা প্রভুনা তাকপিখি মহুদি—

"ভজনা করবে পরব্রহ্মকে। ভজনা করবে
নরাকৃতিতনু ইন্দ্রনীলবর্ণ ত্রিভঙ্গবেণুধারী
শ্রীকৃষ্ণকে। মন দেহ সব কিছু সমর্পণ
কর তাঁকে, তাহলেই পাবে তাঁকে সহজে।"

মথা তানা প্রভুনা তাকপিখি, মচুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী খ্বায়দগী পীকপা হকচাংগী রূপ-পু নিরাকার ব্রহ্ম হায়না খঙনৈ। হায়রীবশিং অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী তৌবা ঙম্বা শক্তিশিংনি হায়না পুক্লিংদা নিংউ। মরম অসিনা খুত্তা বংশী থোনবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ভজন তৌরবদি, খ্বায়দগী পরম ওইবা ধাম অদু ফংদুনা মতম চুপ্পা আনন্দগী সাগরদা মুংঙাইনা লৈগনি। মরম অসিনা মুরারী ঐনা হায়রিবসিনি "জগৎ পুম্নমক অসি প্রেমনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নামদগী হেনবা করিগুম্বা অমত্তা লৈতে। হরিনামবু শোল্লবদি শ্রীরাধাকৃষ্ণ ফংগনি।" বাহৈশিংসি হায়রগা প্রভুনা বৃহদ নারদীয় পুরাণগী মথগী শ্লোক অসি থিরকই।

"হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥"

মরম অসিনা, কলিযুগকিদমক্তনি মুক্তিগী মশক ওইবা হরিনামতনা, হায়বদি "হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে। হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে।।" তনা "সত্যনি", "ব্রহ্মনি", মদুতনা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা শোনবনা কলিযুগ অসিগীদমক্তদি সাধন অতৈ তৌ-রবসু মুক্তি ফংগনি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদনু ফংগনি।

প্রেম ভিখারী শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারীনা নোংমা প্রভুগী মফমদা হায়জরম্মী। "ঐনা তীর্থ য়াম্না চৎচরে, অরাবা কয়াসু থাজরে, অদুবু ঐগোন্দা হৌজিক ফাওবা প্রেমধন পিবিত্রিবা করিগীনো?" প্রভুনা খুমলম্মী "তীর্থ চৎপা ঙাক্তনা ওইবা য়ারোই, থম্মোয়দা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী প্রেম চংলক্তি-বমখৈ তীর্থনা কৈদৌঙৈদসু থোজানবীরোই।" "কৃষ্ণ প্রেম ছাড়া ধর্ম্ম কিছু নয়। কোন ধর্ম্মও নেই।" নহাকী থম্মোয়বু শেংত্রবদি, তপস্যা তৌরবসু তৌত্রবসু, ফল চপ, মাদ্রৈ। মদুদি—

"আরাধিতো যদি হরিস্তপসা ততঃ কিং
নারাধিতো যদি হরিস্তপসা ততঃ কিম্ ।
অন্তর্বহির্যদি হরিস্তপসা ততঃ কিং
নান্তর্বহির্যদি হরিস্তপসা ততঃ কিম্ ॥"

শুক্লাম্বরগী চাওদোক্লম্বা পূম্নমক মাচ্ থ্রবা মতুঙ্দা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী প্রেম-ধন পিবিখি।

নোংমা ভক্ত মযামগী মফমদা প্রভুনা তাকপিখি, মদুদি "মায়া থাদোকপা যাম্না লুবনি। মদু থাদোক্লবা লম্বেল অমখক্তং লৈ, মতুদি মী অদুগী দেহ-ধর্ম্ম-কর্ম্ম পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী খুযা থম্বান্দা সমর্পণ তৌরবদি, কর্ম্মদুগী অফ ফত্তবা পূম্নমক কবিমন্থা লাক্লরোই। মদুনি ভক্তি হায়বনু। মদুনি ভক্তিগী খ্বাইদগী অথোয়বা তত্ত্ব হায়বনু। অসিগুম্বা পরম তত্ত্ব ওইবা ভক্তি অসিনা মরম ওইদুনা, কনাগুম্বা অমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী খুযা থম্বান্দা সমর্পণ তৌবা ঙমচরবদি, মহাক্কী ভেদ-অভেদ জ্ঞান অমত্তা লৈররোই। মানা উরিবা পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ভাক্তা ওইনা উগনি।"

**["শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পণ্ডিত শ্রীবাসুদেব সার্ব্বভৌমদা তাকলম্বা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী প্রেম-ভক্তি রসকী মরমদা খঙ্হনবা।"]**

বেদান্তগী জ্ঞান্দা মাগী মপা লৈত্রবা, Impersonal Brahmanবু নিঙ্জবা অমসুং উড়িষ্যাগী নিংথৌ শ্রীপ্রতাপরুদ্রগী সভাপণ্ডিতশু ওইরীবা শ্রীবাসুদেব সার্ব্বভৌমনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদগী প্রেম-ভক্তি রস তাজবা ফংবদগী, মশা পূম্বা ইবুংঙোদা কংথোক্লুনা (self surrender) ইবুংঙোগী অথোয়বা ভক্ত অমা ওইখি। অদুগুম্বা প্রেম-ভক্তি রস অদু মথাদা ফোংদোক্লি মদুদি —

"ব্রহ্মদগী বিশ্বজগৎ অসি থোরকপনি অদুগা ব্রহ্মদা পূম্নমক তিনখিনি। বাহৈ অনরোমদা হায়বগা, মঙোন্দগী থোরকৃফম ওইবা অদুবু

'অপাদান' হায়না খঙ্‌নৈ, মহাক্তী মতেঙ্‌দগী থবক পুন্নমক ওইহল্লিবা অহুবু 'করণ' হায়না খঙ্‌নৈ, অহুগা মতোঙ্গা পুন্নমক লৈ, হায়বদি ভিন্ন হায়বা অহুবু 'অধিকরণ' হায়না খঙ্‌নৈ। মরম অসিনা অস্নুমা হায়বা য়াই, মহুদি অপাদান, করণ অমস্নুং অধিকরণ হায়বা কারক অহুম অসি ব্রহ্মতদা লৈ। হায়রীবা অহুম অসি লৈবনা ভগবানগী 'সবিশেষ' ওইবা চিহ্ননি, হায়বদি খ্বাইগা অমত্তা মাৱ়দবা তোপ-তোপ্পা ওইবা পুম্নি।

ব্রহ্ম নত্রগা ভগবান অহুনা ময়াম ওইবা পামলকপা মতমদা 'প্রাকৃত জন,' 'প্রাকৃত মন', 'প্রাকৃত নয়ন' থোরকই। মতম অদুদা অয়েক্কা ওইবা মশক নাইবা 'অস্তিত্ব' ওইনা (existence or entity) পুন্নমক থোরকই। মহুগী মমাঙ্‌দদি ব্রহ্মগী নেত্র, মন পুন্নমক অপ্রাকৃত ওইনা, হায়বদি un-natural ওইনা লৈ। ব্রহ্ম শব্দগী অর্থ স্বয়ং পূর্ণ ভগবান্‌বু খঙ্‌নৈ, অদুগুম্বা ভগবান অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি।

শ্রুতিদা ব্রহ্মবু 'সবিশেষ' (a distinctive form) হায়, অদুবু লক্ষণায়গী অর্থদা (secondary meaning) 'নির্বিশেষ' (not a distinctive form) হায়। ষড়ৈশ্বর্য পূর্ণ অমস্নুং পূর্ণানন্দ ওইবা বিগ্রহ স্বরূপ, নিরাকার (formless) ওইবা য়াত্রা, নত্রগা শক্তি অহুম লৈবা অদুগুম্বা অহুবু শক্তি শূন্য (শক্তি লৈতবা) হায়বা য়াত্রা ?

ঈশ্বরস্বরূপ অদু সচ্চিদানন্দনি। অসিগুম্বা চিৎশক্তি অসিনা অমুক রূপ অহুম ওই। মহুদি (১) আনন্দনা (Bliss) ইবুংঙোগী হ্লাদিনী ওই, (২) সৎ হায়বদি নিত্যাংশনা (existence) ইবুংঙোগী সন্ধিনী হায়বদি চেতনা শক্তি (অহিংবা হায়না খঙ্‌নবা) ওই, (৩) চিদাংশনা (knowledge) ইবুংঙোগী সংবিৎ হায়বদি জ্ঞান ওই। অদুগা অমুক চিৎশক্তি, জীব শক্তি অমস্নুং মায়া শক্তিনা পূরূপ পূরূগা বিভব (manifestation) ওই। ইচ্ছা শক্তি, ক্রিয়া শক্তি অমস্নুং জ্ঞান শক্তিনা পূরূপ পূরূগা প্রভাব (production or effect) ওই। সন্ধিনী, হ্লাদিনী অমস্নুং সংবিৎনা পূরূপ পূরূগা অনুভাব (un-natural) ওই।

হায়রিবা পূম্নমক অসি পূর্ণপ পূর্ণশিল্পগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী ষড়ৈশ্বর্য ওইনা কোংদোকপা হায়না খঙৈ। মুদ্রা খঙ্গিল্লরবদি, পূম্নমক অসি অতৈ কয়িমত্তা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী লীলাবিলাসনি। মহাত্মা মায়াবু control (বশ) তৌরিবা, হায়রবদি মানা control তৌবহুনা মরম ওইহুনা মায়াগা লৈরীবা, অদুগুম্বা মায়াদুবু control তৌরিবা ঈশ্বরদুগা লোয়ননা মায়ানা অমুক হন্না শুমহৎলবা (মুক্ত), হায়রবদি মায়ানা শুমহৎলবা জীববু (living entity) তোঙান্দবনি (অভেদনি) হায়না খনবা কৈদৌদৈদসু ওইধোক্লোই। অদুগুম্বা বাখল অদু মরম চাদবতা নত্তনা, চুমত্ত চুমদে।

সচ্চিদানন্দময় ওইবা ঈশ্বর অদুগী বিগ্রহ রূপ অদুতনা সত্ত্বগুণগী বিকার লৈ। অদুগুম্বা বিগ্রহ রূপ অদুবু recognise তৌদবা য়াত্রা? মরম অসিনা হায়রীবসিনি, মদুদি জীব হায়বসিদা পূম্নমক য়াওরবনি, হায়রবদি জীবদেহদা 'আত্মবুদ্ধি' চাত্না ওইহনবা চুমদে। অসুম হায়বা চুমদবা বাখল অদুনা মরম ওইদুনা, জগৎপু মিথ্যানি (false) হায়রীবনি। মরমদি জগৎ মিথ্যা নত্তে, নশ্বরনি, হায়বদি destructible and transient নি। 'তত্ত্বমসি' (Thou art that) হায়না জ্ঞানমার্গ পাম্বা মীনা হায়রৈ, অদুবু অদুম হায়না হায়বা অদুদি 'আংশিক ওইবা শব্দ' মখৈতনি। ওঁ হায়বা প্রণব অদু মহাবাক্য ওইবা ঈশ্বরগী মূর্তিস্বরূপমক্নি। অদুগুম্বা প্রণব অদুবু ঈশ্বরগী মূর্তিস্বরূপনি হায়না recognise তৌদনা, মতুঙ্দা খঙ্লকপা আংশিক ওইবা শব্দ (শব্দ মচেৎ) 'তত্ত্বমসি' অদুতবু অচুম্বনি হায়না recognise তৌবসু লাপ্পি।

চিৎ, অচিৎ অমসুং ঈশ্বর—অসুম অসিগী অমগা অমগা মরী লৈনবা অদুবুনি 'সম্বন্ধ' হায়বসি। থাঙ্গৎশেংবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না পূম্নমকসি ওইবনি, হায়বদি পোৎ অমথক্তনি, অমি শুদে। অদুগুম্বা অমথক্তা ওইবা পোৎ অদুগী শক্তি অনি লৈ, মদুদি অচিৎ অমসুং জীব। অনি অসিগী তিন্নবদগী থোরকপা পরিণামদি (effect তি), অচিৎ জগৎ (material

world) অমসুং হৈব জগৎ (spiritual world) নি। হকচাং লৈবা অহিংবা জীবনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী মনাই ওইবা অমুক ফংজবা অদুবু 'সম্বন্ধ লৈহনবা' হায়না খঙৈ। অদুগা বাখল অমরোমদা শব্দ অসিগী অরায়বা বাহৈদা অর্থ তৌরবদা, 'অভিধা' হায়না খঙৈ। বিচার তৌরগা ঐখোয়না অমুক খঙবা ঙমগনি, মদুদি ভগবদভক্তিতনা বেদশাস্ত্রগী 'অভিধেয়নি'। অদুগা অমুকসু শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী প্রেমতনা 'প্রয়োজন-নি, হায়বদি সম্বন্ধ ওইনবগী দরকারনি। বেদ-দা সম্বন্ধ, অভিধেয় অমসুং প্রয়োজনগী বা খঙহল্লিবা অদুগী মরুওইবা বাফমদি ভগবান, ভক্তি অমসুং প্রেমবুনি। বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, ভক্তি অমসুং প্রেমতনা মরম ওইদুনা ঈশ্বর, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-গা সম্বন্ধ থম্নবগী লম্বেলনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা ভক্তি তৌবতন পরম পুরুষার্থনি। মদুতনা হকচাং লৈবা অহিংবা জীবগী পরম সাধন-নি। আত্ম-তগা পুল্লপ ওইথ্রবা, বন্ধন পুম্নমক পুনককু কৎথৎখ্রবা অদুগুম্বা পুরুষ অদুতনা ভগবাননগী অচিন্ত্য ওইবা গুণ গানবু খঙবা ঙম্মী। বাহৈশিং অসি হায়রবা তুংদা প্রভুনা শ্রীমদভাগবতকী মথাগী শ্লোক অসি পীখরকই। মদুদি—

"আত্মারামাশ্চ মুনয়ে নিগ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ॥" (ভাগ ১॥৭॥১১)

"সংসারিকী বাংমদা লৈথ্রবা আত্মরাম ওইরবা মুনিশিং ফাওবা উরুক্রম ওইবা (পরাক্রমশালী ওইবা) শ্রীহরিবু পেলহন্নবা হায়দুনা অহৈতুকী ভক্তি কৈ (মহৈ পাম্বা য়াওদ্রবা—cause and effect য়াওদ্রব ভক্তি কৈ।)"

মথকী শ্লোক অসিগী অর্থ তৌ হায়না প্রভুনা সার্ব্বভৌমদা তাকপিরম্মী। সার্ব্বভৌমনা মাগী পণ্ডিত্য ওইবগী হৈশিংবা পুম্নমকু উৎতুনা, তোঙান-তোঙানবা অর্থ ৯ থোক্না তৌরম্মী। মদু তাহনা প্রভুনা সার্ব্বভৌমবু থাগৎলম্মী অদুগা হায়রম্মী, মদুদি নহাকী অর্থ অসি নত্তবা, শ্লোক অসিগী তোঙানবা ব্যাখ্যাসু লৈ। অসি হায়রবা তুংদা প্রভুনা

হায়রম্মী, "শ্লোক অসিগী পদ ১১ নৈ।" পদ খুদিংমক তোঙান-তোঙান্না খায়দোক্লদুনা, সার্ব্বভৌমগী অর্থ অদুগা মুকমান মান্নদ্রবা, পুম্নমক তোঙাল্লবা অর্থ ১৮ থোক্না তৌদুনা সার্ব্বভৌমবু তাহল্লম্মী। মদু তাবদা সার্ব্বভৌম পুম্নমক, ঙকখম্মী। মানা খল্লম্মী, "সন্ন্যাসী অসি মী নত্তে, স্বয়ং ঈশ্বরনি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি:" মানা প্রভুদা হায়রম্মী "নহাক্নমথৈ ঐনা খংউদদুনা, ইবুংঙোদা চংজক্কদবা অদুগী ঐহাক মহাঅপরাধ ওইরে। অদুনা ইবুংঙোনা ঐবু কৃপা তৌবিদুনা, ঐগী পাপ পুম্নমক কোকপিয়ু।" অসি হায়দুনা সার্ব্বভৌমনা ইবুংঙোগী চরণ দা তুরে। প্রভুনা মাগী অশেঙবা স্বরূপ পুথোক্লুনা সার্ব্বভৌমদা উৎলম্মী। মদুদগী সার্ব্বভৌমনা প্রভুবু মী নত্তে থাজৈশেংবা ঈশ্বরনি হায়না খঙ্লে। অদুগা মশা পুম্বা ইবুংঙোদা কংথোক্লুনা ইবুংঙোগী প্রেম ভক্তিগী অথোয়বা ভক্ত অমা ওইখিরম্মী।

**["ব্রজগী মাধুর রস হায়না খঙ্নবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম-ভক্তিগী মরমদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগা রায় রামানন্দগা ঙাংনখিবা তত্ত্বগী মরমদা খঙ্হনবা।"]**

দক্ষিণাত্যগী গদাবরী তুরেল মপান্দা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী প্রেম-ভক্তিদা মপুং ফারবা রায় রামানন্দগা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগা ব্রজগী মধুর রস হায়না খঙ্নবা প্রেম-ভক্তিগী রস ঙাংনখি। রায় রামানন্দগী পুক্নিংদা প্রভুনা চঙ্খিদুনা রামানন্দগী মচিন্দগী থোকহনখিবা বাহৈমক্তনি। অদুগুম্বা ব্রজগী প্রেম-ভক্তিগী রস অদু মথাদা ফোংদোক্লি মদুদি—

"অহানবদা রায় রামানন্দনা স্বধর্ম্ম পালন, অদুগী মতুঙ্দা গীতাগী ৯শুবা অধ্যায়গী ২৭শুবা শ্লোক অদু পন্দুনা, কর্ম্ম পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা কংলবদি ইবুংঙো ফংগনি হায়। মতুঙ্দা গীতাগী ১৮শুবা অধ্যায়গী ৬৫ অমসুং ৬৬শুবা শ্লোকশিং অদু পন্দুনা, ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দ পুক্নিং শুপ্না আত্মসমর্পণ (শরণাপন্ন) তৌরগা ইবুংঙো ফংগনি হায়। মদুদা প্রভুনা পেক্নদুনা, রায়না গীতাগী শ্লোকশিং থিরদুনা

জ্ঞান-মিশ্র ভক্তিগী মরমদা হায়রম্মী। মতুদসু প্রভুনা পেম্রহনা রায়না গীতাগী বা পুন্নমক থাদোক্নুনা প্রেম-ভক্তিনা খ্বায়দগী হেল্লি হায়রম্মী। মরমদি 'নানোপচারকৃতপূজনমার্তবন্ধোঃ'— 'মখল মখেলগী উপাচার কয়ানা পূজা তৌরবা ফাওবদা, প্রেমতনা ভকুগী থম্মোয় পেৎহল্লি (দ্রবীভূত হায়বদি melted ওই)।' মতুগী—মতুঙ্‌দা রায়না শ্রীমদভাগবত-তা য়াওবা দাস্য-সখ্য-বাৎসল্য ভক্তিনচিংবগী মরমদা হায়রম্মী। ঐহাক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মনাইনি হায়না সাধন তৌবা অতুসু ইবুংঙোবু ফংই। অতুগুম্বা দাসা ভাবতগী সখ্য (বন্ধু) ভাবনা সাধন তৌবনা অমুক ফবা হেল্লি। সখ্য ভাবতগীসু ইবুংঙোবু বাৎসল্য ভাবনা সাধন তৌবনা অমুক্তা হেন্না ফবা হেল্লি। অতুদগীসু অমুক্তা হেনবা "নিগূঢ় তত্ত্ব" দি (supreme spiritual philosophy দি), কান্ত ভাবতা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু সাধন তৌবা অতুনা খ্বায়দগী ফবা হেল্লি। মরমদি—শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মুংঙাইনবগীদমক সম্ভোগ লালসা (spiritual conjugal love for unity) তৌবা অতুবু কান্ত-প্রেম হায়না খঙনৈ! কান্ত-প্রেমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংননবা সাধন তৌবগী মমুঙ্‌দা, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং কান্ত ভাব পুল্লপ তিন্দুনা য়াওরবনি। মরম অসিনা একান্ত ভাব্‌না (target অমখক্তদা ওইবা ভাব্‌না), হায়বদি মধুর রস ভাবনা সাধন তৌবনা, সাধন মখল পুন্নমক্তগী পুমহেন হেল্লী। মরমদি ঐখোয়গী লক্ষ্যদি (target তি) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংনবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংননবা সাধন-ভাব অমসুং লম্বেল য়াম্না য়াম্মী হায়না হায়নৈ। অতুগা অমুকসু মানা-মানা অপাম্বা সাধন-ভাব অতুনা খ্বায়দগী অফবনি হায়নসু হায়নৈ। অতুম হায়মা অপাম্বা সাধন-ভাব অমখক্তং অতুবু, মী অতুনা মপুঙ্‌ ফানা লুপশিনবা ঙমদবদগী, হায়বদি Absolute whole ওইবা sense তা লুপশিনবা ঙমদবদগী, system of meditating world দা সাধন-ভাব অমগা, অতোপ্পা সাধন-ভাব অমগা, খেন্নবা খোয়কলিবনি। অসিগুম্বা সাধন-ভাব খুদিংমকপু analysis তৌরবদি (মচা-মচা খোক্না থান্নদোক্লবদি), ঐখোয়না সাধন-ভাব

পুম্নমকী অমগা-অমগা খেন্নবা মপান্দা উৎলিবা অদুবু অমথক্তদা (Absolute whole ওইবা sense অমথক্তদা) পুনশিনবা য়াগনি। মদুদি—

প্রেম-ভক্তি, হায়বদি শান্তরসকী মমুঙ্দা 'কৃষ্ণনিষ্ঠা' (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা পুক্নিং লেপ্পা অমসুং শ্রদ্ধা লৈবা) য়াওই। মদুসু অতৈ অমা নত্তে, ইবুংঙোবু পুক্নিং চংনা দাস্য প্রেমগী ভাবতা সেবা তৌবনি। মরম অদুনা, শান্ত রসকী মমুঙ্দা 'কৃষ্ণনিষ্ঠা' অমসুং 'কৃষ্ণ সেবা' অনিমক্ মপুঙ্ ফানা য়াওই। সখ্য ভাবকী মমুঙ্দা, 'কৃষ্ণনিষ্ঠা' অমসুং 'কৃষ্ণ-সেবা' গী গুণ অনিমক য়াওবগী মথক্তা, 'অসঙ্কোচ'সু য়াওই, হায়বদি লুংশিনবা অমসুং চান্নবা মরুপনি হায়বা ভাব অসিনা মরম ওইদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ঈশ্বরনি হায়না চিংনবা অমসুং অকিবনচিংবা করিমত্তা য়াওদনা, same level দা পুক্নিং অমথক্তা ওইনা মরুপ শান্নদুনা তিন্নবা হায়বসিসু য়াওই। বাৎসল্য ভাবকী রসদা, মথক্কী গুণ অহুমসিগী মথক্তা, 'মমতাসু' যাওই। অদুগা মধুর রসদা (১) কৃষ্ণনিষ্ঠা, (২) কৃষ্ণ সেবা, (৩) কৃষ্ণ অসঙ্কোচ, (৪) মমতাধিক্য অমসুং (৫) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ইশামকী হকচাংনা হকথেংননা সেবা তৌবা হায়না খঙনবা, অসিগুম্বা গুণ মঙা পুল্লপ পুম্না য়াওই। মধুর রসকী মপুঙ্ ফারবা, হায়বদি রসাত্মক ওইরবা গোপী-প্রেম হায়না খঙনবা অদুতনা, পরিপূর্ণ রূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংই।

প্রভুনা মদুদসু পেন্দ্রদুনা মখা তাথরকখো হায়রবদা, রায়না হায়খি, মদুদি—রাধাগী প্রেমতা মঙাইরে। মসিদি প্রেমগী সাধ্যশিরোমনি-নি। ত্রিজগৎ অসিদা রাধাগী প্রেমনা থ্বায়দগী মহেল্লে। গোপী লিশিং লি-শিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা প্রেম লৈ, অদুবু রাধাগী প্রেম নত্তবা অতোপ্পা প্রেমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী খোৱাংবা কোকহনবা ঙমদে অমসুং শান্তিসু ফংদে।

রায় রামানন্দনা মথা তারকই, মতুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অমসুং রাধাগী স্বরূপ সম্পর্ক ওইবা মধুর রসবু মপুঙ, ফানা হায়বা তারবদি, মথাগী অসুম্না হায়বা তায় মতুদি—

"অনাদিসু ওইবা (eternal), মায়াগী হৌরককমসু ওইবা অমসুং সচ্চিদানন্দ বিগ্রহসু ওইবা, গোবিন্দ হায়না খঙনবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অদু পরমেশ্বর লৈ। মশা মতোমন্দা ঐশ্বর্য্য পূম্নমক, শক্তি পূম্নমক, রস পূম্নমক থম্না লৈ। মর্ত্তগী বৃন্দাবনদা অপ্রাকৃত ওইনা (unnatural ওইনা) নবীন মদন ওইরিবা (young cupid god ওইরিবা) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু উপাসনা তৌবা তারবদি, 'কামগায়ত্রী অমসুং কামবীজ'তগী মতেঙনা তৌগদবনি। হায়বদি sense enjoyment কী মওং ওইবা worldly love নত্তবা, spiritual love or divine love তগী মতেঙনা উপাসনা তৌরগা, নবীন মদন ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংগনি হায়বনি। ইবুংঙো মহাক্কি মুপী-নুপা, অহিংবা-হিংদবা পূম্নমকপু চিং-শিনবা (আকর্ষণ) ঙম্বনি। শাস্ত্র-নচিংবা রস ১২গী হৌরকফমনি মাগী শ্রীমূর্ত্তিদি। ইবুংঙো মাগী মপান নাইদ্রবা শৃঙ্গকান্তিনা 'চারকা' অমসুং 'পালি' হায়না কৌবা গোপী অনিবু শুমহৎতুনা জ্ঞান মাঙহনখি (বশীভূত overpowered or subdued)। শ্যামা অমসুং ললিতাবু আত্মমক্কি হায়না লৌই। রাধাগী চান্নথোইবা ওইনা, পূম্নমক, অসিগী মথক্তা, বিরাজ ওইতুনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা লৈরী। ইবুংঙো মহাক্না, অবতারনি হায়না খঙ-নরিবা দেব দেবী পূম্নমক্কী মনবু (পুক্লিংবু) শুমহৎলি, অমসুং লক্ষ্মীনচিংবা নুপী পূম্নমকপুসু আকর্ষণ তৌই। ইবুংঙো মহাক্না মশামক্কী মাধুর্য্য অদুবু, মশা-ক্না চিংশিনবৈ (attracted), অদুগুম্বগী মওংদা মশানা মশাবু আলিঙ্গন তৌবা পাম্মী। হায়বদি ইবুংঙো মাগী cause অমা অমুক লৈত্রবনিনা, মহাক্না Original Cause নি। মরম অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মশামক্কী Internal potency না মরম ওইতুনা, প্রেমগী স্বরূপ ওইনা শ্রীমতি রাধারাণীবু পুথোক্লুনা, ইবুংঙো মশামক্কী

ছুংঙাইজনবা মশাংক্লা তৌজে। য়াম্না শম্না হায়রবদা, পূম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ওইবা স্বরূপকী মশক্তি।

প্রভুনা রামানন্দদা রাধাগী স্বরূপ ব্যাখ্যা তৌ হায়না তাকপিবা অদুদা রামানন্দনা হায়খি, মদুদি সর্ব্বব্যাপী ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী শক্তি ঙমখৈ লৈতে। ইবুংঙো মহাক্লা মপান নাইরবা শক্তিগী মপু ওই-রবস্তু, মখোয়শিং অদুগী মনুঙ্দা শক্তি অহুম্না প্রধান-নি। মদুদি—
(১) চিৎশক্তি—মসিবু অন্তরঙ্গা শক্তিস্তু (internal potency) হায়নৈ,
(২) মায়াশক্তি—মসিবু বহিরঙ্গাশক্তিস্তু (external potency) হায়নৈ,
(৩) জীব শক্তি—মসিবু তটস্থা শক্তিস্তু (existence and neutrality) হায়নৈ। অদুগা অমুখস্তু, অন্তরঙ্গা শক্তিবু অতোপ্পা মমিং অমা ওইনা স্বরূপ শক্তিবুস্তু খঙ্নৈ। অসিগুম্বা স্বরূপ শক্তি অসিনা পূম্নমকপু অখোয়বনি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপতি "সৎ-চিৎ-আনন্দময়"নি। মরম অসিনা ইবুংঙোগী স্বরূপ শক্তি অসিস্তু মথল অহুম থোকই। (১) সৎ অংশনা সন্ধিনী, (২) চিৎ অংশনা সম্বিত, অদুগা (৩) আনন্দ অংশনা হ্লাদিনী। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু 'আনন্দ' পী হায়দুনা মাগী মমিং হ্লাদিনী কৌই। তৌইগুম্বস্তু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক্লা পূম্নমক অসি ওইরীবনি। ইবুংঙো মশাংক্লা 'সুখ' নি, অদুগুম্বা 'সুখ' অদুবু ইবুংঙোনা হ্লাদিনী শক্তিনা mediator ওইদুনা, আস্বাদন তৌই। থাজৈশিংবমক্তি, ভক্ত-শিংদা 'আনন্দ' পিনবগীদমক হ্লাদিনী শক্তিবু ইবুংঙোনা মপান্দা পুথোক্নুনা উৎপনি (manifestation)। অসিগুম্বা হ্লাদিনী শক্তিগী মচি (essence) অদুবুনি, প্রেম হায়না খঙ্নরিবসি। "আনন্দ চিন্ময় স্বরূপ" পোকপা রসকী রারী-রাতাই শানবা অদুবুনি, "প্রেম কথা" হায়না খঙ্নরিবসি। প্রেমগী মচি (essence) ওইবা শরুক (অংশ) অদুবুনি, "মহাভাব" হায়না খঙ্নরিবসি। শ্রীমতি রাধানা অদুগুম্বা "মহাভাব" অদুগী স্বরূপনি।

রামানন্দ রায়না মথা অমুক ভাথরকই, মহুদি "চিন্তামনি" হায়বা পোৎ অহুগী মপু মানা ওইরবদা, মাগী অমুক ফংনিংভাই ওইবা অপাম্বা পোৎ অমত্তা লৈত্রে, হায়বদি পুম্নমক পূর্ণ ওইখরে। "মহাভাব স্বরূপ" ওইবা শ্রীমতি রাধাবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মপোৎ ওইরবমিনা, মহাক্না (শ্রীমতি রাধানা) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী বাসনা (desire) অপুম্বা অথাকপা অমত্তা লৈতনা পূর্ণ ওইহনখ্রে।

রামানন্দ রায়গী বাহৈশিংসি তারবা মতুঙ্দা প্রভুনা হায়খি, মহুদি "নহাক্কী আমৃতগী মশক ওইরবা বাহৈশিং অসি তাবদা ঐগী মন, প্রাণ পুম্নমক মপুঙ্ ফাখ্রে। অহুবু, মসিদগী হেনবা "গূঢ় তত্ব" অমা লৈরবদি ঐঙোন্দা থঙ্হল্লু।"

রামানন্দ রায়না হায়খি মহুদি "ইবুংঙোনা ঐংন্দা খঙ্হল্লকপা পুম্নমক, অথাক্পা অমত্তা লৈতনা ইবুংঙোদা হঙ্গৎচরে। অহুবু, ঐনা লেংজবা ঈশৈ অমথক্না মহায়রে, মহুদি—

"পহিলহি রাগ নয়নভঙ্গ ভেল।
অনুদিন বাঢ়ল অবধি না গেল॥
না সো রমণ না হাম রমণী।
দুঁহু মন মনোভব পেষল জানি॥
এ সখি! সো সব প্রেম কাহানী।
কানুধামে কহবি বিছুরহ জানি॥
না খোঁজল দূতী না খোঁজলুঁ আন।
দুঁহুকেরি মিলনে মধ্যত পাঁচ বাণ॥
অব সেই বিরাগ তুহুঁ ভেলি দূতী।
সুপুরুখ প্রেমকি ঐছন রীতি॥
নর্ধনরুদ্র নরাধিপমান।
রামানন্দ রায় কবি ভাণ॥"

স্বামানন্দগী ভনিত্তাদা শ্রীমতি রাধাবা হায়রী—মতুদি "শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু অহানবা হেক উবরক্তদা পূর্ব্বরাগ ওইখি। মতুঙ্দা অসুম অসুম পূর্ব্বরাগ অতু হেমগৎলক্তুনা মাগী সীমানা লৈখিদ্রে। ঐনা মাগী নুপী নত্তে, মহাকসু ঐগী ইপুরোইবা নত্তে। অসুম্না হায়বা য়াই, মতুদি ঐখোয় অনি উম্নবা মতমদা ঐহাকসু রমনী (নুপী) নত্তে, মহাকসু পুরুষ (নিপা) নত্তে, অতুম্নমক, ওইতুনসু, কন্দর্পনা (God cupid হায়বদি কামদেব, নুংশিবগী লায়না) ঐখোয়গী মওবু পুনশিনখিতুনা অমত্তা ওই-চনখ্রে, অনি শুখিদ্রে। অতুগুম্বা মওংগী অমত্তা ওইখিবা মতম অতুদা, দূতী অমত্তা দরকার ওইদে।"

"নুংশিবা পূম্নমক্কী তুঙ্নকম্নি হায়না খঙ্নরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী "নুংশিবা মচেৎনা" ওইরিবা পাথং অমনা, মাগুম্না ইবুংঙোগী "নুংশিবা মচেৎনা" ওইরিবা নুপীমচা অমবু, নোংমা সন্ধ্যাগী নতমদা, অচিকপা মকম অমদা উম্নবে হায়না খল্লসি। উম্নবগী মতম ভহাক্তং অতুদা, নুংশিবনা মরম ওইতুনা, সংসারিকী ওইবা পোৎ পূম্নমক, হায়বদি মমা, মপা, শাগৈ নাৈত্তে, worldy affairs পূম্নমক, মতুদগী হেন্দোকখ্রুনা, মখোয় অনি-মক্কী মিং অমসুং হকচাং ফাওবা লৈত্তবগুম্না খন্খিগনি। অতুগা লোয়ন লোয়ননা, হায়গী individual identity, নিপানি নত্রগা নুপীনি হায়বা অতু ফাওবা মাঙ্খিতুনা (কাওখিতুনা), spiritual identity ওইবা spiritual body (নিপাসু নত্তবা, নুপীসু নত্তবা) অমমম, ওইখিবনা মরম ওইতুনা, মখোয় অনিমক্কী "অশেংবা নুংশিবা মচেৎ" শিং অতুনা (Divine love) অমখক্তা ওইবা "অশেংবা নুংশিবা মপুনদা" (Absolute Divine love), ঐখোয়না মতুবু Cupid God (কামদেব) হায়না খঙনবা, হায়বদি নুংশিবা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা তিনখিবা নত্তনা, করি অমুক ওইফম থোকপগে? (Love emerges to love) মায়াগী সংসারদা, হায়বদি নিপানি নত্রগা নুপীনি হায়না পূক্নিংদা শিঙ্লিঙৈগী মতম অতুতদা, নিপা অমসুং মতুগী ওয়াতৈনবদা

ওইরিবা মুপী (Two opposite forms), মখোয় অনিগী উদ্ভনবগী খুদোং চানবা শীনবা অদু, দূতী-তনা ভম্মী। spiritual world গী Divine love affairs দদি, অদুগুম্বা মায়া সংসারগী ওইবা নুংশিনবদা শিজিন্নরিবা দূতী অদুগী দরকার লৈতে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী Internal potency না মরম ওইদুনা, ইবুংঙোবু মশামকী নুংঙাইজনবা হায়দুনা (সুখগীদমক), প্রেমগী স্বরূপ ওইনা ( হলাদিনী শক্তিগী স্বরূপ ওইনা ) ইবুংঙোনা মপান্দা পুথোক্কুনা উংলিবা শ্রীমতি রাধারাণীগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা, অমখক্তা ওইনা তিনখিবা অদুম্তু, অদুগুম্বা Divine Love কী মওংনি। হায়বদি Divine love মচেৎনা Absolute whole Divine love তা তিনবনি। অসিগুম্বগী থৌওং পোদো অসিদা সংসারিকী ওইবা নুংশিনবগী বাক্ষম ওইবা ( sense gratification গী ওইবা ) করিমত্তা য়াওদে। মরম অসিনা করুণ-রস, নত্রগা মধুর-রস, নত্রগা ব্রজবৃন্দাবনগী-রস, নত্রগা গোপী প্রেমগী রস হায়না খঙনবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান কংনবগী লাইনিং লশেলদস্তু, সংসারিকী ওইবা নুংশিবা (sense gratification) মচেৎ অমা ফাওবা যাওদে, পূম্নমক Divine love নত্রগা spiritual love ঙাক্কনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না potent কী agent নি অদুগা শ্রীমতিরাধারাণীনা Internal potency নি। বেদান্ত অমসুং উপনিষদকী philosophyগী মতুংইন্না, potent অমসুং potency গী মরক্তা খেন্নবা লৈতে, অমত্তনি। মৈগা মৈশাগা, নত্রগা নুমিৎকা মঙালগা লৈনরীবা মওং অদুগুম্বনি।"

রামানন্দ রায়গী বাহৈশিং অসি তাদগা প্রভুনা হায়রম্মী, মদুদি "নহাক্না হায়বদগী ঐহাক 'সাধ্যবস্তু" করিনা ওইফম থোকই হায়বা, ঐ খঙলে। মদুবু ফংননবা কদম্বা সাধন ভৌগদগে হায়বা অদু, ঐঙোন্দা খঙহল্লু।"

রায়না হায়খি, মদুদি ঈশ্বরদি সর্ব্বব্যাপীনি। অদুম্নমক ওইনস্তু, য়াম্না "সুখ-রূপ" ওইবা চিৎ শক্তি য়াওদনা ইবুংঙোনা কৈদৌঙৈদস্তু মপুং ফানা

পেন্দে। মতৌ অদুগুম্নদুনা, রাধাকৃষ্ণগী ভাব অসি সর্ব্বব্যাপকনি, মুং-ঙাইবতনা শীক, থনবনি। মুংঙাইনবগীদমক মশাদগী পুখো'ক্লুনা মুংঙাই-জরবসু, ইবুংঙোগী মমুঙ,চনবা সখীগী মতেঙ, য়াওদনা, মিকুপ অমত্তা ফাওবা রস মপুং ফাহনবা ঙমদে। শ্রীকুঞ্জদা রাধাকৃষ্ণবু সেবা তৌজবা অদুতনা সখীশিংগী থৃ'য়দগী পামজবা থবক্লি। মরম অসিনা, সখী ভাবতা ইবুংঙোবু সেবা তৌজবা অদুতনা, ইবুংঙোবু ফংবা ঙমগনি। সখীশিংগী স্বভাব অসি অঙকপগী মশক্লি। রাধাকৃষ্ণগী লীলা অদুদা মখোয় মশা-মক্লা য়াওশিন্দে। (not participated in the play as Actors or Actresses), মখোয়'দি ভাবক্লি (spectators)। মখোয় মশা-মশানা লীলাদা য়াওদ্রবসু, রাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌজবদ, ঙমখৈ লৈতনা মুংঙাইবদা তাওদুনা মখোয়না পুক্লিং লুপ্লি। রাধাকৃষ্ণগী স্বরূপনা কৃষ্ণ প্রেমগী কল্পলতা পাম্বীনি (ever lasting creeper), অদুগা সখী-শিংনা মদুগী মশাংনা মপান শিংদুনি। পাম্বীদা ঈশিং চাইরগা, মনা-মপান-শিংনা ঙমখৈ লৈতনা মুংঙাইবা ফংবা অদুগুম্বনি, মখোয়না লৈরিবা মওং অসি।

রাধাকৃষ্ণগী লীলা অসিদা সখীশিংগী ভুমিকা অঙকপগী মশক্লি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মখোয়গা সঙ্গম ওইদে। অদুবু রাধাগা শ্রীকৃষ্ণ ভগ-বানগা মিলন ওইনবগীদমক, হায়বদি অমহক্তা ওইবা Absolute whole of Divine Love ওইনবগীদমক, মখোয়না অঙম্বা শক্তিমখৈ হোৎনৈ। অসিগুম্বা মহোৎন অসিদা মুংঙাইবা ফংবা অসিনা, মশামক য়াওশিন্দুনা মুংঙাইবা ফংবা অদুদগী হেল্লি। ব'হৈ অমরোমদা হায়রগা, নিংথৌগী মনাই অচানবা অমনা, নিংথৌনা ফংলিবা মুংঙাইবা অদুম্মক, মহাক্তা মুংঙাইজবগুম্বনি। মত্রগা supreme lord কী part and parcel ওইরিবা living entity না, মতম পুম্নমক্তা ইবুংঙোগী মুং-ঙাইনবগীদমক, dovetail loving devotional service তৌরগা complete unit অমা ওইরক্লদুন', ইবুংঙোনা ফংলিবা মুংঙাইবা অদুম্মক,

মানা মুংঙাইজবা অহুঙম্বনি। অসিগুম্বা মমুংঙাই অমুনি "বিশুদ্ধ প্রেম" হায়বনি। মরমদি মসিদা সংসারিক্কী চৎনরীবা "প্রাকৃতগী কাম—sense gratification" হায়বা অদু হুকয়াঙ য়াওদে। মশাগী ইন্দ্রি মুংঙাইনবগী কামনা (material love) তৌবা অদুবু সংসারিক্কী কাম হায়না খঙনৈ; সংসারিক্কী ওইবা কামনাদ'দ, হকচাংগা কোম্বা মিং, অদুগা লোয়ননা মুপীনি নত্রগা নিপানি হায়না খঙনবা apparent self কী identification মু লৈবা মরম্মা, অহুঙম্বা sense gratification গী খবক্তা দূতীগী দরকারমু লৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মুংঙাইনবগী তৌবা কামনা (divine love) অদুবু ঐশ্বর্য্যগী জ্ঞান (সংসারিক্কী জ্ঞা'ম্না) ভজন তৌরবদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংলোই। গোপী ভাবতা রাধা কৃষ্ণগী লীলাবু নতম পূম্বদা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ভজন তৌরবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংগনি (Love emerges to love)।"

রামানন্দ রায়না প্রভুদা হঙ্গৎলম্মী, মহু'দি "ঐনা ইবুংঙোবু ইহান হাম্মা হেক উবা মতমদা সন্ন্যাসী অমা ওইনা উরম্মী। অদুবু হৌজিক্কি, খুত্তা বংশী পাযবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ওইনা ইবুংঙোবু উরিবসিগী মরম করিগীনো?" প্রভুনা নোক্না নোক্না হায়রম্মী, মহুদি "নহাক্কী হৌজিককমক ওইরিবা ফীভম মতা অসি শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী স্বভাব ওইবননি। শ্রীকৃষ্ণ প্রেমনা মপুঙ ফারক্লবা মতমদা, মী অদুনা উবিবা পুম্নমক মুংশিবা ঙাক্তা ওইনা উগনি। নহাক্কী শ্রীকৃষ্ণ প্রেম অদুনা মহী লাংলম্বদগী কুঙ-শিল্লক্লবা মতমদা, মপং ওইবা পোৎশক অমত্তা ওইনা উগনি (condensed form), হায়রবদি নহাক্না উরিবা অহিংবা অমমুং হিংদবা পোৎ পুম্নমকপু, নহাক নশামকতু য়াওনা তোঙান-তোঙান্না উরিবা অসি উররোই, পুম্নপ পুনবা পোৎশক অমত্তা ওইনা (complete Absolute form) উরগনি। শম্না হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ প্রেমনা মহী লাংলম্বদগী কুঙ-শিল্লকলবদা মপং ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-তমক উরগনি, অদুদে করিমত্তমু উরররোই।" (হৌজিক্কী মতমগী scientific fact নমু অসিগুম্বা থোদো

মতো অসিবু অচুম্বনি হায়না ঐখোয়না খঙ্লে, মতুদি mind না matter ওল্লি, matter না mind ওল্লি, vibration খেন্নবগী বাতনি।)

**["মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংনা মচিন্দা কৃষ্ণনাম শোনবা ঙমদবগী মরমদা প্রভুনা মনাই ভক্তশিংগী মফমদা খঙ্হনবা।"]**

প্রভুনা বৃন্দাবন তাম তীর্থ চৎপদা লমখাঙ্দা বারাণসীদা থুংলম্মী। মতম অদুদা বারাণসীদা বেদান্তিক সন্ন্যাসীশিংগী ঈহৌ য়াম্না কল্লম্মী। মফম অদুদা, করি মরমগীদমক মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংনা কৃষ্ণনাম শোনবা ঙমদ্রিবনো হায়বগী মরমদা মখাগী অসুম্না প্রভুনা নোংমা হায়রম্মী, মদুদি—

"মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংনা নপুক্কিদা খল্লি, মতুদি জগৎ অসি মিথ্যানি, মিতাংদুগী মমুত্তদা শ্রীকৃষ্ণসু মাওরবনি। মখোয়গী বাখল্দি পূম্নমক অসি মায়ানি। মসি অসিনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দ অপরাধী ওইরবনি। মখোয়না ব্রহ্ম, আত্মা অমসুং চৈতন্যবু recognise তৌই। অদুম্মদি ওইরগা, কৃষ্ণনা অমসুং কৃষ্ণ স্বরূপ-পু recognise তৌদে। অদুগীসু মতক্তা কৃষ্ণ নাম অমসুং বিগ্রহরূপ-না হায়বসিসু মখোয়না re-cognise তৌদে। হায়রিবা মখোয় অহুম অসিদি অভেদ-নি, হায়বদি সুকদা থানবা য়াদবনি, মরমদি মখোয় অহুম পূম্নপ পুনশিল্লগা ওইবা পোৎমক অমা, চিদানন্দময় হায়না খঙনবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি।

প্রভুনা মখা তানা হায়থরকই, মদুদি (১) হকচাং (corporal) অমসুং হকচাংদা পানবা জীবদুবু (living being) হায়রগা খঙ্নরীবা মী, (২) নাম অমসুং নামদুবু হায়রগা খঙ্নরীবা মী—মখোয়শিং অসিদা খঙ্হল্লিবা য়াঁদা মতো ওসিংম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙ্বদসু ঙম্লক্তে হায়না খঙ্গদবনি। হায়বদি কৃষ্ণগী নাম অসি কৃষ্ণ অদুম্মক্নি, কৃষ্ণগী দেহ অসি কৃষ্ণ অদুম্মক্নি, কৃষ্ণ হায়রগা পূম্নপ অসিবু খঙ্নরীবনি। মতৌ অসিগুম্না, নাম নে, দেহ নে, স্বরূপ-নে মখোয় অহুম অসিবু তোঙান-তোঙাম্না থায়দোক্নুনা ভেদ লৈহনবসি জীবগী ধর্ম্ম নত্তে। নাম অমসুং নামী, হায়বদি মিং অমসুং মিংদুবু হায়রগা খঙ্নরীবা মীদা খেন্নবা

লৈতবগুম্না, চৈতন্য-রসমূর্ত্তিদা শক্তি পুম্নমক থম্না লৈ। মায়া পক্ত্রবা, মতম পুম্নমক্তা নিত্য ওইরবা (eternal), কনাগীসু মথা পোম্রবা, চিন্তামণিগী মতৌগুম্নবা নিঙ্বা পুম্নমক থুংহনবা ঙমলবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না নামরূপ (name materialised) ওইনা মপান্দা ফোংদোক্লবনি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নাম অসি ঐখোয়না মপান্দা উরিবা থবায় পানবা জীব অসিগুম্বা নত্তে, মাদি স্বপ্রকাশনি (self-effulgent নি)। কৃষ্ণ নাম, কৃষ্ণ গুণ অমসুং কৃষ্ণলীলা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপমক্‌নি, অদুগা মখোয়গী মতৌ-মওং অদু চিদানন্দময়নি, হায়বদি Absolute bliss নি। মায়াবাদীশিংনা হায়রীবশিং অসি থঙদে। মরম অদুনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী নাম মচিন্দা শোন্দে।" (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নাম-গা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক্তা অমত্তনি হায়বা অসি ঐখোয়দা থঙহনবা ওইনা মহাভারত ইতিহাসতা পুগায়ন য়াওরী, মদুদি দ্বাপর যুগতা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মীওইবগী মপোক্তা পোক্লুনা অবতার তৌরবা মতমদ, সেরফালাগী নকল অমদা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ লৈহল্লগা, অহেপ্পা নাকল ওংদা লৈমা শিংশিং ১৬ কী ইমুং-মনুংদগী ওহনবা মফিমবোল পুম্নমক পুথোক্লুনা হাপ্লগ ওজন তৌবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না লৌবা হেল্লি। তৌইগুম্বসুং নারদ মুনিনা তাক্লুনা, ফিরোল পুম্নমক মদুগী মহুত্তা, তুলসী পত্র অমদা শ্রীকৃষ্ণগী নাম ইরগা সেরফালদা থমদুনা ওজন তৌবদদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নামনা লৌবা হেল্লী।)

**["শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাক্লুবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরুওইবা তত্ত্ব খঙহনবা।"]**

মোংমা প্রভুনা ভক্ত সনাতনগী মফমদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরুওইবা তত্ত্ব অরায়বা লোন্দা থওহল্লম্মী, মদুদি—

"শ্রীকৃষ্ণ প্রেমতনা জীবগী নিত্য ধর্ম্মনি। অসিগুম্বা ধর্ম্মথন অসিদগী জীবনা মতমচুপ্পা কৈদৌঙৈদসু থাদোকপা য়াদে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কাওথিবনা মরন ওইদুনা, সংসারিক্তা ওইবা অতোপ্পা মায়াগিদা পুক্নিং

চংখিবদগী জীববু শোয়দনমক্কী তৌদবা য়াদবা অমগুম্না, মায়ানা কুপ-শিন্দুনা থম্মী। তৌইগুম্বস্নং, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ প্রেম ধর্ম্ম অদুদি জীবগী থম্মোয় ময়ুঙ্‌দা (অন্তঃকোষদা) লোৎতুনা ফুমহুনা লৈ। অস্নুম হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কাওবা অসিনা মরম ওইতুনা, মীনা অৱাবগী সংসারদা লুপ্পুনা লৈ। অদুম্বনক ওইহুনস্থ, মীহুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নিত্যদাসনি (eternal servitude) হায়না নিংশিংলক্লবদি, প্রেম-ধর্ম্ম অদু পুক্নিংদা ফাওরক্লুনা মুক্তিগী লম্বেলদা চৎলকই।

অদুনদি, ঐখোয়না খল্লে, মদুদি মীওইবগী ওইবীবা ফীভম মতো অসিদা "থাজবা" হায়বা অমা চঙ্‌ই। অসিগুম্বা অচুম্বা অসিদা থাজ-রক্লবদি, মী অদুগী মঙ্গল ওই। কনাগুম্বা মীনা সংসারগী বন্ধন-দগী থাদোকপা ঊমলক্লবদি, মশা মতোমতনা পুক্নিংদা "থাজবা" পোক্লকই। অদুগা লোয়ন-লোয়ননা জীবনা শ্রদ্ধা পোক্লকল্বদি, মশানা অদুম্মক সাধু-সঙ্গ থিজরকই। শম্ন হায়ববদা, শ্রদ্ধাগী অতোপ্পা মমিংবু বিশ্বাস কৌই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ভক্তিবু ওইরবদি, জীবগী থবক খুদিংমক্তা মপুঙ্‌ ফারে অমস্নং মঙ্গল ওইরে।

অসিগুম্বা শ্রদ্ধা অসি পুক্নিংদা পোক্লক্লবদি, মী অদু নিষ্ঠা, রুচি, আসক্তি অমস্নং ভাব পোক্‌লকই। অসিগুম্বা শ্রদ্ধা অসিগী ঈচেল কনশিল্লকলবা মতমদা, মী অদুনা রাগ-মার্গদা চঙশিল্লকই। "কৃষ্ণ-রতি-রূপ-ভাব" কী লম্বেলবু পামজহুনা চংজরবদা, জীব অদুগী আত্মোন্নতিগী লম্বেল ওইরকই। মদুগী মতুঙ্‌দা শাস্ত্রবিচারনা মাগী শ্রদ্ধা অদু মপুঙ্‌ ফারকই। মতম অদুদা মী মশামক্তা খঙ্‌জরকনি, মদুদি মায়ানা মুগ্ধ ওইতুনা জীবনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কাওদনবগীদমক ইবুংঙোগী কৃপানা বেদ পুরাণ-নচিংবা শাস্ত্র লেংহুনা থম্বিরীবনি।

অসিগুম্বা শ্রদ্ধা অসি অমুকম্ম মখল অনি থোকই— (১) কোমল শ্রদ্ধা অমস্নং (২) দৃঢ় শ্রদ্ধা। কোমল শ্রদ্ধা লৈবা মীনা সাধুসঙ্গ তৌই। মহাক্না শ্রবণ-কীর্ত্তনগী লম্বেলদা চংশিল্লকুনা, মাগী ভক্তি অদু

দৃঢ় শ্রদ্ধা ওইরক্লবদা, মদুগী মমিং 'রুচি' হায়না খঙ্‌নৈ। রুচিদগী আসক্তি ওইরকই। মদুগী ফলদগী "প্রীত্যঙ্কুর" ওইরকই, হায়বদি প্রীতিগী য়েম্লিং হুল্লকই। অদুগুম্বা রতি অদুনা হেল্লিল্লক্লবদা (গাঢ়), মদুগী মমিং প্রেম হায়না খঙ্‌নৈ। দৃঢ় শ্রদ্ধা ওইরবা মীশিংগী পুক্নিংদা "স্বতঃসিদ্ধ বিশ্বাস" কা লোয়নননা হরিনাম মন্ত্রনা সাধন তৌরবদি, প্রেম পুম্নমক অমনম্‌ ওইনা মপান্দা ফোংদোক্‌লকই।

মতম পুম্বদা পুক্নিংদা থমগদবা রাখল তমস্ত লৈ, মদুদি মী অদুনা তৌরিবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংনবগী লক্ষ্যনি (target নি)। মদু ন সম্বন্ধ হায়বদু। মদু ফংনবগী লম্বেল অদু ভক্তি হায়না খঙ্‌নৈ, মদুনি অভিধেয়সু। অদুগা মদুগী প্রয়োজন-না প্রেমনি। প্রেম অদুমক্তা পুরষার্থ শিরোমণি ওইরবা মহাধন-নি।

প্রভুনা মথা অমুক শন্দোক্লা হায়রম্মী, মদুদি সচ্চিদানন্দ-স্বরূপ ওইরবা বিগ্রহ স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-তনা পুম্নমক্কী অপোয়বা ঈশ্বরনি। মহাক্কি অনাদি-নি। মহাক অনি শুদে, মতোমতনি (অদ্বয়)। লেঙ্‌-ওৎপা ঙমদবা (জন) জ্ঞানেন্দ্রিয়শু নত্তে। ইদু ভো মাবু আদ্ধবুদি হনা চঙজরগা দরশন ফাংগনি। জ্ঞান, যোগ অমসুং ভক্তি—সাধন অহুম অসিনা মরম ওইদুনা ব্রহ্ম, আত্মা অমসুং ভগবান অহুম অসিবু ফোঙ্‌-দোরকই। মরম অসিনা ঈশ্বরবু দরশন তৌবা পামলবদি, মী অমামক্লা উনবা পাম্‌জবা মতৌ অদুমক্কী ঈশ্বর রূপ ওইনা ফোংদোরক্কনি অমসুং উগনি। পুক্নিংদা নিংশিংগদবনি, মদুদি ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমসুং ভগবান মথোয় অহুম অসি পোৎশক অমত্তনি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অহুম অসি পুল্লপ ওইরবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী শক্তি মপান্‌ নাইদবনি। মহাক্কী স্বরূপ-কী মমুঙ্‌দা মীনা খঙ্‌বা ঙমদ্রবা "অবিচিন্ত্যা মহাশক্তি" লৈ। তবরু খঙ্‌বা মীশিংনা মদুবু মায়া হায়না খঙনৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বভাবনা ওইবা শক্তি অহুমদগী থোরকপশিংগী মমিংদি—(১) চিচ্ছক্তি, (২) জীবশক্তি অমসুং (৩) মায়া শক্তি হায়নসু খঙ্‌নৈ।

অসুম তৌদুনা প্রভুনা মনাই ভক্ত সনাতনগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপ তত্ত্বগী মরমদা অমমম্‌দা ওইনা তোখায়-তোখায়না খাইদোকুনা ভগবানগী স্বরূপ ভেদগী মরমদা ব্যাখ্যা তৌরম্মী। সম্বন্ধ তত্ত্বগী মরিদা পুশিন্দুনা মতোন্দা "শ্রীকৃষ্ণৈশ্বর্য মাধুর্য"গী রস অমসুং "আত্মারাম" শ্লোককী অর্থ ৬১ পোকুনা তৌদুনা শন্দোকল্লম্মী।

প্রভুনা মখা তানা হায়রম্মী, মচুদি জগৎ সংসার অসিগী থবক তৌনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বয়ং রূপতগী আবির্ভাব ওইরীবা পুরুষক ইবুংঙো মাগী অবতারনকুন। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশ ওইবা রূপ অমা ওইনা, অমসুং প্রকৃতিগী সত্ব, রজ অমসুং তম গুণ কয়ুম্মক পুরূপ য়াওশিন্দুনা, মী অমসুং চঁ পুম্নমক্কা মুকমান মান্নদ্রবা বিশিষ্ঠ ওইবা (specific) কর্তা অমা ওইনা অবতার তৌরিবা অদুবু পুরুষ হায়না খঙৈ। ইবুংঙোনা প্রকৃতিগী গুণশিংগা মরী লৈমনা অবতার তৌবা মতমদা মহাকপু গুণাবতার হায়না খঙৈ। অসিগুম্বগুম্ব নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না করি-করিগুম্বা মতমদা, যুগ অমসুং মনু ওয়াংগা চাম্নুনা (co-existent to coincide with the keeping of time known as Juga or Manu) যুগাবতার অমসুং মন্বন্তরাবতার-সু তৌই। অদুগা মতিক চাবা জীবগী মফমদা শক্তি পীশিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী আবেশ ওইরীবা অদুবু শক্ত্যাবেশ হায়নসু খঙৈ। অসিগুম্বা মশিং লাকপা ঙমদ্রবা অবতার পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী প্রকাশ ওইবা থোদোমকনি। (All these are internal or external potencies of Shri krishna Bhagavan) মসিদসু নত্তে, গোলোক বৃন্দাবন্দা থোংকাপ অমা কাওবা লেঙথোকুনা লৈবা (মরুইলোকী অবতারনি হায়না খঙনবা ব্রজবৃন্দাবন্দা লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান নত্তবা) supreme personality of godhead Shrikrishna Bhagavan না করনদকশায়ী বিষ্ণু, গর্ভদকশায়ী বিষ্ণু অমসুং ক্ষীরদকশায়ী বিষ্ণু হায়না মমিং থোন্দুনা material manifestation গীদমক্তা পুরুষ অবতার অহুমখকসু তৌই।

বাহৈশিংসি হায়রবা তুংদা, প্রভুনা যুগ ধর্ম্মগী বা হায়রম্মী, মতুদি কলিযুগ-তদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম সঙ্কীর্ত্তনতনা ধর্ম্মনি। সত্য, ত্রেতা অমসুং দ্বাপুর যুগ অতুমদা ধ্যান, তপস্যা, হোম অমসুং যজ্ঞ তৌতুনা ফংলিবা ফল অতুগুম্না, কলিযুগ-তদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নাম-তনা অতুগুম্বা ফলতু ফংবা ঙমগনি।

মথা অমুক তানা প্রভুনা আত্মারাম শ্লোকী ব্যাখ'গ' মরী লৈননা হায়রম্মী, মতুদি ভক্তি য়াওদনা জ্ঞান খাক্তনা মুক্তি ফংবা ঙমলোই। ভক্তিনা সাধন তৌরীবা মী মহাক অতুনা ব্রহ্মলোক ফংগনি। মরম অসিনা, ভক্তি তনা পূম্নমক্কী মচি-নি, মহাধন-নি অমসুং পরম পুরুষার্থ-নি, হায়বদি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংনবনি।

## ৫। মীওইবগী লাইনিং লাইশোনগী মরিদা তৌবা ধ্যান মখল অহুম।

[“কনাগুম্বা মী অমনা supreme divine বু Idol অমা ওইনা, নৎত্রগা symbol অমা ওইনা লাৎপা, নৎত্রগা পূজা তৌজবনা mind গী limitation গী বাংমদা লানথোকপা (transcend) ঙম্মী। ঈশ্বরগী মূর্তিবু meditation তৌবনা মীওইবগী কণ্ডাওনরবা পূক্নিংবু ফাজিন্দুনা, freedom ফংননবগী অহানবা খোঙ্‌থাংনি। অসুম হায়না meditation তৌরবগী মতুংদা, মী অদুনা অনিশুবা খোঙথাং ওইনা ইবুংঙোগী মগুণ অমসুং শক্তিশিংবু (divine attributes) meditation তৌগদবনি। অনিশুবা modality of meditation অসিনা মরম ওইদুনা, মী অদুনা পোকপদগী লোয়নরক্লিবা astral body গা লৈনরম্বা মরী অদুবু কোম্থে কহল্লি। Indian meditation গী অরোইবা থাক্কী ধ্যানগী নমুনাদি Attributeless ultimate Reality অদুবু খঙ্‌জবা অমসুং ফংজবনি, হায়বদি—নিগু'ণ-নিরাকার ব্রহ্মানুভুতিবু খঙ্‌জবা অমসুং ফংজবনি।”]

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংননবগী meditationগী world অসি অস্থপকী মতিক পাক চাওখ্রে, অমসুং মহুগী লশ্মেলগী নমূনা (modality) অস্থপকী মতিক মখল-মথেল য়ামখ্রে, মহুদি পূম্নমক অহুবু ফোংদোক্লুনা হায়বা ওইথোক্কে। অসিগুম্বা পাক চাওখ্রবা world of meditation গী অরোইবা অমসুং অহৌবা ওইবা মচিল অনি অহুগী মমুঙ্‌দা, অরোইবা ওইবা মচিল অহুনা meditation on voidness নি, হায়বদি নিগু'ণ-

নিরাকার ব্রহ্মানুভূতিবু meditation তৌবনি, অদুগা অতোপ্পা অহোবা ওইবা মচিল অদুনা meditation on divine form নি।

Absolute truth ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কংননবা, মীওইবনা meditation তৌননবগীদমক অথং-অহৈ শিংনা technique ময়াম অমা পুথোকৈ। মদুগী মমু'দা technique অমনা অস্নুমা হায়রী, মদুদি body অমসুং mind অনিমক অসি মাঙবা নাইবা তোঙানবা পোৎশক, ভাকুনি, ঐহাক্তি মথোয়সি নত্তে হায়না মী অদুনা খল্লুনা, mind দগী থোকলকলিবা বাখল পুম্নমক অদুদা, মী অদুনা কৱিমত্তা য়াওশিল্লবা তৌদনা অমসুং নথোয়গা মরী থম্মুদনা, witness অসিগুম্না mind না তৌরিবা অমসুং খল্লিবা পুম্নমক অদুবু, ঐনা য়েংদুনা লৈবা ওন্না হায়বনি। অম্না হায়রবদা ঐগী অশেংবা শকুম physical body সু নত্তে, mindসু নত্তে, individual soul নি হায়না খল্লুনা, mind না তৌরবা থবক পুম্নমক অদুবু, witness অমগুম্না ঐনা য়েংদুনা লৈবা ওন্না হায়বনি। হায়রীবা বাকম অসি ভাবনা থনবা ওথগী বানি, হায়দোকপদদি লায়-রবনি, তৌগুসুং থবক ওইনা তৌবদি য়াম্না লুগ্রবা অমনি। অদুবু, অতৎপা লৈতনা অসিগুম্না ভাব অসিবু অভ্যাস তৌরবদা, কনাগুম্না মীনা practical ওইনা ওইথোকলোইদবনি নত্তে। মরমদি হৌখিবা মুনি ঋষি কয়ানা অসিগুম্না meditation অসিবু তৌদুনা god-realised person ওইখ্রবনি।

অথং-অহৈ কা'বু অমনা হায়রী, মদুদি mind না মথোং মরম খঙদনা সংসারিকী ওইবা বাখল থনবা হেক হৌরকপদগী হৌনা থিংননবা তেংনগদবনি। মদু ভুমনবগীদমক তোঙান-তোঙানবা technique কয়া অমা মথোয়না পুথোক্লি। Technique শিং অদুদি— (১) কর্ম্মযোগ হায়না খঙনবা, মীনা হিংলিবৈদা তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক pure selfless spirit তা কর্ম্ম তৌবা, নত্রগা তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক অদু "অকর্ম্ম"গী মওং ওইনা তৌনবগী technique, হায়বদি কর্ম্ম অদুগী ফল অদুদা

attachment অমত্তা য়া ৎদনা তৌবা, নত্রগা Krishna consciousness activity or god centred activity ওইনা থবক পুম্নমক তৌবা হায়বনি, (২) জ্ঞান-যোগ হায়না খঙ্নবা, তোঙান-তোঙানবা philosophical and spiritual knowledge ওইবা technique শিংবু হায়বনি, (৩) রাজ-যোগ হায়না খঙ্নবা breathing regulation, pranamya, kundalini-yoga নচিংবু হায়বনি অমসুং (৪) ভক্তি-যোগ হায়না খঙ্নবা মুংঙদা হৃজিন্দুনা য়েংবা আত্মজ্ঞানগী ওইবা ধ্যান নৌবু (self-introspection) হায়বনি। অসিগুম্বা te-chnique শশন কয়া অমা অথ-অতৈশিংনা ধর্ম্ম গ্রন্থশিংদা শন্দোক্না তাকলি।

তোঙান-তোঙানবা meditation মখল ময়াম অতুগী মরু ওইবা উত্পাদি মীওইবগী mind গী current structure বু পুমংদোং হোং-দোকবা হোংনবনি। মপানগী মীৎনা উরিবা পোৎশিং, অমসুং মীৎনা উম্রবসু পুক্নিংগী জন্ম লৈ হায়না খঙ্লিবা, মীওইবগী mind না conditioned and biasness কা লেপনা খঙ্লিবনি অমসুং উবিবনি হায়হুনা তৌরিবা থৌদো মতাশিং অদুবু, মী অহুনা মপুং ফানা থাদোকপা ঙমদ্রবদ, Absolute ওইবা pure truth পু, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কৈদৌঙদসু খঙবা ঙমলোই। অদু ওইরবদি, মীওইবগী mind বু করম হায়না transcend তৌগনি? Absolute truthপু খঙ্-ননবগীদমক, mind বু ঐথোয়না খুৎলাই ওইনা শিজিন্নৈ। অদুগা অমুকসু mind দি যাদুবিদ্যা থম্থেংনা হৈরবা, মাগী মপা লৈত্রবা মী অমগুম্বনি। Mind না কবিগুম্বা supernatural truth অমগুম্না, Absolute truth কী মহুৎ শিন্দুনা ঐথোয়দা উহনবা অমসুং খঙ্হনবা ঙারবদি, মাবু ঐথোয়না করম হায়না থিদোক্নুনা নমথনবা হোৎনগনি।

মপান নাইত্রবা পাকচাওব্রবা ধ্যানগী সংসারদা ঐথোয়না থোংদা-গ্রিদৈদা, mind গী মহৌশাগী ওইনা তৌবা ঙম্বা শক্তি অদুনা ঐথোয়বু

control তৌখিদনবা চোকশিনগদবনি। মী অদুনা রাজযোগ-তা অমসুং আত্মজ্ঞানগী ওইবা ভক্তি-যোগ তা, মচা খায়না তাক্লিবা technique ময়াম অদুবু শিজিন্নদুনা, তত্তনা অভ্যাস তৌরগা, থাক্-থাক্ নাইনা mind বু control তৌবা ঙমলকনি। Individual soul গী মগুণশিং mind দা মমি ওইনা তায়। Mind গী ঙহাক-ঙহাক্কী ওস্থোক-ৎনশিন্, তৌবা বাখল অদুনা time, space and causation গী চমম্নবদা চংখিদুনা, Individual soul লৈতবগুম্না অমসুং mind তএক্, লৈবগুম্না, ঐখোয়গী জ্ঞান্না উই অমসুং খঙই। অসুম তৌদুনা ঐখোয় থুদিংমক অসি Individual soul নি হায়বা কাওখিদুনা, mind নি হায়না অরান্বা বাখল খনখ্রে। অসিগুম্বা অরানবা বাখল অসি ধ্যান তৌরিবা মী অদুনা পুক্নিংগী জ্ঞান্না থাক্-থাক্ নাইনা উরক্লদা, mind control তৌবা ঙমলকনি। অসুম্না নুঙ্দা হক্তিন্দুনা ধ্যান তৌদুনা self-introspection গী মতেঙ্তনা, মীনা মাগী অশেংবা শকুম ওইবা Individual soul বু পুক্নিংগী জ্ঞান্না উবা অমসুং খঙ্জবা অদুবু, self-realised person হায়না খঙ্গনৈ। মদুগী মতুংদা self-realised person অদুনা Individual soul পুম্নমক universal soul গী part and parcel relationship ওইনা eternally অদুম্মক লৈবনি হায়বা দ্বৈতবাদকী (Dualism) ওইবা spiritual knowledge গী theory অদুবু মুম্না খঙ্গনি। অদুদসু নত্তনা, Individual souls অমসুং universal soul হায়বা মখল অনি থোক্তে, soul অমখক্তনি হায়বা অদ্বৈতবাদকী (monism) ওইবা spiritual knowleogeগী theory অদুবুসু মানা মুম্না খঙ্গনি। অদুদসু নত্তনা, supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি, cause of causes ওইবা, inconceivabie potency পুম্নমক্না তিনবা, সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ ওইবা মূর্ত্তিনি হায়বা বৈষ্ণব, সাধু ভক্তশিংগী ওইবা spiritual knowledge গী theory অদুবুসু মানা মুম্না খঙ্গনি। পুম্নমক অসিগীসু

মথক্তা, Absolute truth তি voidness নি, হায়বদি নির্গুণ-নিরাকার ব্রহ্মানুভূতি ওইবা, নত্রগা formless, Infinite and unqualified ওইবা One Absolute Reality বুনি, নত্রগা One Absolute unity নি, নত্রগা One supreme brahman বুনি হায়বা জ্ঞানীশিংগী spiritual knowledge গী theory অদুবুসু মানা মুন্না খঙ্গনি; self-introspection গী মওং ওইবা ধ্যান মতৌ অসিনা মপুং ফাগৎলকলবা মতমদা, মী অদুনা পুক্নিংদা নহৌশাগী ওইবা মীয়াম্না খঙ্নরীবা সংসারিক্কী জ্ঞান নত্তবা, clair voyance, clairaudience, miracle making গুম্বা জ্ঞান ফাওরক্লবসু, অদুগুম্বা জ্ঞান অদুদা মুক্তি অমসুং শান্তি ফংনবগী জ্ঞানগা লোয়নত্রবদি, spiritual fulfilment কী জ্ঞান-নী (spiritual knowledge) হায়না লৌরোইদবনি। মরম অসিনা ধ্যানদা লুপত্রবা মী অদুগী পুক্নিং অদু কদায় ফাওবা চঙ্শিনখ্রে হায়বগী চাং অসি মশামক্কী vision of life পু হেন্না খঙ্লকপগী চাং অদুনা ওইগনি। হায়বদ মী অদুগী মশাগী অশেংবা শক্তম, মপানগী হকচাং অমসুং মিংগা কোন্নবা অসি নত্তে, individual soulনি হায়না খঙ্লকপগী চাং অদুনা ধ্যান তৌরিবা মী অদুগী ধ্যান-দা পুক্নিং লুপশিনবগী চাং ওইগনি।

মরম অসিনা meditation হায়বা অসিনা খঙ্নবদি, মীওইবগী থম্মোয়গী মুংদা লৈবা, মী অদুগী হিংনবগী খ্বায়দগী মরু ওইনা মচি অদুবু, পুক্নিংগী জ্ঞান্না উননবা অমসুং ফংননবা তৌবা ধ্যান মতৌ অদুবু হায়বনি। হিংনবগী মচি ওইবা innermost essence or individual soul অদুবু মশামক্কি হায়না খঙ্জরগা, মশামক্কী অরানবা রাথন্না শেমজবা, মশামকপু ফাজিন-পুনশিন্দুনা হৌজিকমক, বন্দি ওইনা লৈবগুম তৌরিবা অসিদগী নাম্থোকচবা ঙমগনি, হায়বদি liberation ফংগনি। মী হায়বা অসিবু পোৎশক অহুমথক্না কোয়শিল্লি অমসুং ফাজিন-পুন্শিল্লি। মখোয় অহুদি, (১) physical body,

(২) astral body, অমসুং (৩) causal body হায়না খঙ্ৈন। হায়রীবা পোৎশক অহুম অসিবু থিংগাইদুনা মপান্দা থোকত্রিবমথৈ মীনা supreme truth ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙ্বা অমসুং ফংবা ঙমলোই।

Physical অমসুং astral body বু থিংগাইদুনা মপান্দা থোক্নবগীদমক, মী অদুনা ইষ্টদেবতা অমগী মূর্ত্তিবু অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী মতিক মগুণশিংবু (attributes) নিংশিংদুনা meditation তৌবনা, মী অদুগী মতেঙ্ পাংই। Physical অমসুং astral bodyগী বাংমদদি, মী অদুগী meditation অদুদা মতেং পাংনবা ঙাকসেন অমা অমুক লৈত্রে। অসিগুম্বা ফীভম অদু যৌরক্লবদা, মী অদুগী নহাক্নয়কী মপোক্কী ওইবা কর্ম্মগী ফল অমসুং ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংজনবগী মরম অমত্তা লৈত্রে। ফীভম অসুবাইদা, মী অদুনা practical ওইনা থবক অদু তৌরকপদগী মশানক্তা ফংলক্নবা হঙ্লক্কা spiritual knowledge না মরম ওইদুনা, দ্বৈতবাদকী theoryবু ওইরবসু, অদ্বৈতবাদকী theory বু ওইরবসু, মহাক্তা অপাম্বা theory অদুগী লাইনিং লম্বেলদা মখা চৎশিনদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংনবা হেৎনবিনি। Meditation গী থাক্ অসি যৌরকলবদা, যাম্না থোক্নবা লৌদোক অমদি অসিনি, মহুদি mind না নম্বা চুমদবা কয়াবু spiritual achievement ওইনা খল্লক্নুনা, মী অদুবু লেরাংনা পাক্চন্নবা নমথাক কয়া তৌরকনি। অদুগুম্বা নমথাক অদু mental state of torpor নি। মরম অদুনা মী অদুনা অদুগুম্বা বাংমল অদুবু থোওইরোইদবনি, অমসুং মাগী গুরুশিং খুদিংগী নিয়ম অমগী মখাদা তৌরিবা meditation অদুদা মশানা হিংলিবমথৈ কায়দনবা হোৎনগদবনি।

Meditation তৌননবগীদমক মীওইবগী পোক্লৈদগী য়াওজরক্লবা খুদোংচাবা nature অহুমথক লৈ। মখোয় অদুদি, (১) মওং লৈবা

পোৎ অময় (form) উবদা পুক্নিংদা মতুগী মরমদা হেক্তা খনবা, (২) পোৎশিং অদু উবদগী মথে'য়দু শেমলিবা ঈশ্বরগী মগুণ অমস্তং শক্তিশিং পুক্নিংদা খনবা অমস্তং, (৩) মগুণ অমস্ত' শক্তি অমত্তা য়াওদবা pure consciousness ওাঙা লৈবা অদুবু পুক্নিংদা খনবা। Mind না ঐখোযগী মপ'নগী অকোয়বদা লৈবা পোৎ পুম্নমক sense organsকী মতেঙ্না মরী লৈনবা হৈনঈ। ঐখোয়না উবিবা মপানগী পামজবা পোৎশিং অদুবু mind দা পুশিল্লকুনা রাখন্দা হেক্তা খল্লি। অদুগুম্বা সংসারিকী ওইবা, mind দা ৰনহ'ল্লবা রাখলশিং অদুবু থাদোক্লবা হোৎনগদবনি। অসিগুম্বা থিভম অসিগা মান্নবদি, অঙাংশিংনা য়াম্না পাম্না শান্নজবীবা শান্নপেৎলিবনু থাদোকউ হ'য়বগুম্ব'ন। নিংঙাই চাওবা mind না মতুবু থাদোকহনবা ঈজম হেক ঙমদে, য়াম্না লুনা থংকই। Mind অসি অমুপকী ম'ওক ওনখি, মতু'দি রাজ-যোগকী technique ময়াম শিকন্নদুনা মওম খরা মংদু control তৌবা ঙমলবস্থ, মী অদুবুদি কবিনব্বা খতুহনন, য'ম্না মমগ্রবা কাচিন অমদা মীনা লোৎতুনা লৈবগুম্ব', খুদোংচ'বা ওম অমদা ন'গী লৈজবা শক্তি অদু অমুক্তং ফুদোক্লুনা, মী অদুন' পামজবীবা অদুগী শন্নীতনবা থবক তৌনবগী ঙাইদুনা মানা লৈরী। অসিগুম্বা ফীভম অসিবু গীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না অসুম্না হায়রী—

"বিষয়া বিনিবর্ত্তন্তে নিরাহারস্য দেহিনঃ।
রসবর্জ্জং রসোঽপ্যস্য পরং দৃষ্ট্বা নিবর্ত্ততে॥" (গীতা ২॥৫৯)

"Embodied soulনা sense enjoyment থিংবা ঙম্মী, অদুম্নদি ওইরগা sense objects কী মহাও (বাসনা-desire) অদুবুদি কাওবা ঙমদে। অদুবু supreme ওইবা পরব্রহ্মবু দর্শন ফংজবগা বাসনা অদুসু মাংজখি।" (গীতা ২॥৫৯)

রাজ-যোগকী ওইবা technique ময়াম অদু শিজিন্নদুনা হায়বদি য়ামা, নিয়মা, আসনা, প্রানায়ামা, প্রত্যাহারা, ধারণা-নচিংবা শিজিন্নদুনা,

মী অহুনা (embodied soul) mind বু control তৌনবা হোৎনহুনা sense enjoyments থিংবা ভমলবস্থু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পুক্লিংগী জ্জাম্না দরশন ফংজগ্রিবমখৈ, মী অহুনা sense objects কী বাসনাবু (desire) কাওবা স্থুক্‌চম ওমদে। হায়বদি থুদোংচাবা অমগুং ফংবদা, মী অহুবু sense enjoyment তা চংহন্নবা, mind অহুনা মী মশামক অহুবু করিমত্তা খঙ্‌হন্দনা তুমিন্না লুমহুনা ভাইহুনা লৈরী। মরম অসিনা supreme lord শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী শ্রীরূপ-পু Idol অমা ওইনা লাৎতুনা অমস্থুং meditation তৌহুনা, mind গী limitation গী বাংমদা মীনা (embodied soul) লাম্থোক্লবা হোৎনগদবনি। অস্থুম তৌহুনা sense objectsকী বাসনা (desire) লৈতনবা হোৎনগদবনি। Divine form দা meditation তৌবা হায়বা অসিনা mind গী অরেম্বা লৈতবা কন্নাওনবা অহু তোক্লনবা ইহান হানবা খোঙ্‌থাংনি।

মীওইবগী মিংনা ফজগ্রবা, শুমহৎনবগী মশক ওইরবা মপানথোংদা লাৎলিবা ইবুংঙোগী শ্রীমূর্তিবু য়েংজবদা, মীৎনা পানজবা মুংশিজবা পোৎ অমবু mind না হেক্তা attraction লৈবা অহুগুম্না, ইবুংঙোগী শ্রীমূর্তিবু মতম ভাইহাক অহুগীদমক্তদি mind দা লুপ্তুনা শোয়দনা লৈগনি। অহুগুম্বা ফীভম অহুদা মতম কয়া কুইনা mind দা লৈহনবা ভমগদগে হায়বা অহুদি মী অহুগী practice কী মথা পোল্লে। অসিগুম্বা meditation অসিবু অতৎপা লৈতনা মুমিৎ থুদিংগী practice তৌরবদা, মী অহুনা মানা অপাম্বা মতম অমদা, মশাগী থম্মোয়মুংদা য়েংবগী (self-introspection) হৈনবী অমা হেক্তা ওইরক্লনি, অমস্থুং মহুনা motivating force অমা ওইহুনা, পুক্লিংগী জ্জাম্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু দরশন ফংজগনি। মতম অহুদা মহাক্কী mental restlessness অমস্থুং wondering mind অমত্তস্থু লৈপ্পরোই।

নহাননুক্কী মপোক্কী কর্ম্মগী ফলগী মতুংইন্না, পোকপদগী হৌনা মীপুম থুদিংমক মশাগী হৈনজবা natural tendencies and temperament অমত্তা মাম্নদে। মরম অহুনা কনাগুম্বা মীদদি self-introspectionগী

meditation মতৌ অসিনা mind বু control তৌবসু ঙমদে, অমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পুক্নিংগী জ্ঞান্না মীৎকুপ অমত্তা ওইরবসু দরশণ ফংবা ঙমদে। মতুংগী মখুত্তা, মানা meditation তৌরিবৈদা, সংসারিকী ওইবা অফবা অমসুং ফত্তবা থাখল পুম্নমক, ঙহাক লৈতনা মাগী থাখল্দা চঙ্লকুনা, mind বু পোৎথাহন্দে। অসুম তৌদুনা মীৎকুপ অমত্তং ফাওবা শান্তি ওইনা মী অদুনা meditation দা লৈবা ঙমদে। সংসারিকী ওইবা অফবা থাখলসু, ফত্তবা থাখলসু অনিমক পুম্না mind দা চংহন্দনবগীদমক, ঐখোয়না মন্দিরদা লাৎলিবা মীৎনা উরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী divine form বু নিংশিংদুনা, রাজ-যোগকী technique শিং অদুগা লোয়নন্না ঙত্তনা meditation তৌরবা কান্দবা, তপ্না তপ্না থাক্থাক নাইনা, mind বু control তৌবা ঙমলকনি। মহাপ্রভুকী মপোক্কী তৌজরকপা কর্মগী ফল ওইনা, হৌজিক্কী মপোক অসিদা, পুকচেল শেংবা মী অমগী মফমদদি, ইবুংঙোগী খোজান্দগী হায়রিবা self-introspection গী meditation মতৌ অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ফংনবগী লম্বেলদা খুদোংচাবা পুম্নমক ফংগনি।

সংসারিকী ওইবা অফবা অমসুং ফত্তবা থাখল অনিমক, মালা পরেং অমগী লিক মরু অমুবা অমসুং অঙৌবা থংনা-থংননা লেংদুনা লৈবগুম্বনি। মীনা মালা চৎপদা মরু অমুবা থেংনরবা মতুংদা, অঙৌবা মরু অমুক শোয়দনা থেংনবগুম্বনি। Meditation তৌবদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্তিবু পুক্নিংদা নিংশিংবা হায়বা অসিগা মান্নবা নমুনাদি, মালা মরু অমুবা অমসুং অঙৌবা অনি অদুগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগুম্ববা অরংবা diamond অমা লৈহনবগুম্বনি। Diamond অদুগী অরংবা মঙাল অদুনা, অমুবা অমসুং অঙৌবা লিক মরু অনিদুগী মচু মাংহনবগুম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী শ্রীমূর্তিবু নিংশিংদুনা mind দা লৈহনবা মতমদা, সংসারিকী ওইবা অফবা অমসুং ফত্তবা থাখল অনিমক মাঙ্খিগনি। মরম অসিনা, divine form বু meditation তৌবনা

সংসারিকী ওইবা অফবা অমসুং ফত্তবা রাথল অনিমক মাঙ,খিগনি। মরম অসিনা, Divine form বু meditation তৌবনা সংসারিকী ওইবা রাথল পুম্নমক—অফবসু ফত্তবসু—মাঙ,হনবা ঙমগনি। Divine formবু নিংশিংদুনা meditation তৌবনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ফংননবা থ্বায়দগী অফবা লাইনিংনি হায়বসি গীতাদা এথাগী অসুম্না ফোংদোক্লি।

"বহুণাং জন্মনামন্তে জ্ঞানবান্ মাং প্রপদ্যতে।
বাসুদেবঃ সর্ব্বমিতি স মহাত্মা সুদুর্লভঃ॥ (৭।১৯॥ গীতা)

"জ্ঞানী ভক্তনা মপোক কয়ামরুম পোকলুরগা অরোইবদা পুম্নমক বাসুদেবনি হায়বগী জ্ঞান ফংদুনা এইঙোন্দা চঙই; অদুগুম্বা মহাত্মা অতোপ্পনি।" (৭॥১৯। গীতা)

এইগোবদনা হৌজিক্কী মতমদা হডনরিবা ধর্ম্মগ্রন্থশিংদা য়াওরিবা "স্তোত্রবু" হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী রূপ-পু পাগৎদুনা ফোংদোকপা শৈরেংবু, চৈশ ওইনা সুংশিনা লকই। অসিগুম্বা স্তোত্র (hymn) অসিনা ইবুংঙোবু স্তুতি তৌবদা, নত্রগা চৈশ ওইনা লকপদা চিংজিল্ল-গদবা ডাক্তা নত্তে, ইবুংঙোগী ফজরবা অমসুং পুংশিরবা রূপ অদুবু mindদা চিংশিন্দুনা (introspective method) পূরক্কী জ্ঞান্না উত্তবা ফংনা হোৎনগদবনি। নারদ পঞ্চরাত্রগী তৃতীয় অধ্যায়গী ৭০শুবা শ্লোকতগী ৮২ শুবা শ্লোক ফাওবদা য়াওরিবা, ব্রাহ্মণমচা অদুনা পূরক্কী জ্ঞান্না উরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ফজবা রূপ-পু অসুম্না হায়রি, মদুদি—

"মূলাধারং স্বাধিষ্ঠানং মণিপুরমনাহতং।
বিশুদ্ধঞ্চ তথাজ্ঞা খ্যাষ্ট্,চক্রঞ্চ বিভাব্য চ ।৭০॥"
"কুণ্ডলিন্যাস্বশক্ত্যাচ সহিতং পরমেশ্বরং।
সহস্রদলপদ্মস্থং হৃদয়ে চাত্মনঃ প্রভুং ॥৭১॥"
"দদর্শ দ্বিভুজং কৃষ্ণং পীতকৌশেয়বাসসং।
সস্মিতং সুন্দরং শুদ্ধং নবীনজলদপ্রভং॥৭২॥"

"কোটিকন্দৰ্প সৌন্দৰ্য্যলীলাধামমনোহৰং।
কোটি পাৰ্ব্বনপূৰ্ণেন্দুপ্ৰভাজুষ্টঞ্চ সুন্দৰং ॥৭৩॥"
"সুখদৃশ্যং সুৰূপঞ্চ ভক্তানুগ্ৰহকাৰকং।
চন্দনোক্ষিত সৰ্ব্বাঙ্গ ৰত্নভূষণ ভূষিতং ॥৭৪॥"
"প্ৰফুল্ল পদ্মনয়নং ৰাধাবক্ষস্থলস্থিতং।
মালতীমালাসম্বদ্ধ চূড়াচারু সুশোভনং। ৭৫॥"
"ধৃতৰত্ন ৰত্নপদ্মং দক্ষিণেন কৰেণ চ।
বামেন মণিনিৰ্ম্মাণদীপ্তদৰ্পনমুজ্জলং ॥৭৬॥"
"ৰত্নকুণ্ডলযুগ্মেন গণ্ডস্থলবিৰাজিত।
কৌস্তুভেন মণীন্দ্ৰেণ চারু বক্ষঃস্থলোজ্জলং ॥৭৭॥"
"মুক্তারাজি বিনিন্দৈক দন্তৰাজি বিৰাজিতং।
আজানুমালতীমালা বনমালা বিভূষিতং ॥৭৮॥"
"বেদানন্দসৰস্বত্যা স্তুতং ব্ৰহ্মেশবন্দিতং।
পদ্ম পদ্মালয়া মাযা সংসেবিত পদাম্বুজং ॥৭৯॥"
"পৰিপূৰ্ণতমং ব্ৰহ্ম পৰমাত্মানমীশ্বৰং।
নিৰ্ম্মলং সাক্ষিভূতঞ্চ ভগবন্তং সনাতনং ।৮০॥"
"সৰ্ব্বেশং সৰ্ব্বৰূপঞ্চ সৰ্ব্বকাৰণকাৰণং।
পুৰুষং পৰমাত্মৈকং পৰেশং প্ৰকৃতেঃ পৰং ॥৮১॥"
'এবম্ভুতং বিভুং দৃষ্ট্বা সননা প্ৰণনাম তং।
তুষ্টাব পৰয়া ভক্ত্যা তমীশং সংপুটাঞ্জলিং ॥৮২॥"

"হকচাং মহুড়দা লৈবা মুলাধাৰ, স্বাধিষ্ঠান, মণিপুৰ, অনাহত, বিশুদ্ধাখ্য অমসুং আজ্ঞাখ্য কৌবা চক্ৰ তৰুকপু লৈৰম চানা-চানা পুক্লিংদা লেপচৰে। হায়ৰীবা চক্ৰশিং অহুগী মকম পুন্নমক্তা ব্ৰাহ্মণমচা অহুনা meditation তৌজৰে। মতুংদা মশামকী শক্তি ওইৰীবা কুণ্ড-লিনীগা লোয়নবা, লৱাইলেম্মদা লৈবা সহস্ৰদল থম্বালগী মহুড়দা আত্মপ্ৰভুনা পৰম ঈশ্বৰগী ৰূপ লৌহুনা লৈৰীবা অহু তান্না য়েনবা,

মহাত্মা হৃদি মন্নুংদা ধ্যান তৌজরে। মকম অদুদা ইবুংঙোগী শুম-হৎনবগী মশক ওইরবা রূপ অদুবু পুক্নিংগী অাম্মা দরশণ ফংজরে। উরিবা শ্রীমূর্ত্তি অদু মথুং অনি পাল্লী, নাপুমচু মানবা ফজরবা সনা ফীগে শেংলি, ফুইনা ছোবা নোংগী মচুবু ওম্‌জবা কুচুনা মাগী ওই। অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অদুবু মানা দরশণ ফংজরে। কন্দর্প (god cupid) কোটি কোটিদগী হেন্না শুমহৎনবগী ওইবা শক্‌ফম্‌নি। নিম মচু মানবা শুমহৎনবগী মশক ওইবা কুচুনা মাগী ওইবনি। পূর্নিমা থা কোটি-কোটিদগী হেন্না ভান্দুনা নিংথিজবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রভাবু (lustre) কনানা শিংথাবা ঙমগনি। ভক্তশিংবু কৃপা পীননবগী ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংনি। চন্দন্না হকচাং পুম্বা থোল্লী, মনিমুক্তা অমসুং রত্ননা থাম্‌লবা অলঙ্কারনা হকচাংদা থোল্লী। অদুগুম্বা শ্রীমূর্ত্তিনা ব্রাহ্মনমচা অদুগী থম্মোয়মুংদা দরশণ পীবী। মতম পুম্নমক্তা শ্রীরাধাগী বক্ষঃস্থলদা মহাক্তা লৈতেংহনা লৈ। মীংস্না অনিনা মৃগায়না শাংলবা থম্বালগুম্বনি। কোকলক্তা চারু-চূড়ানা লৈতেংই। মালতী লৈ পরেংনা ঙকশম্‌দা মতম পুম্নমক্তা লৈতেংহনা লৈ। য়েংথংবা শুংতা সনাগী থম্বালনা লৈতেংলি। ওই-থংবা শুংতা মণিনা শাবা মীংথক্লবা শকয়েং মিংশেলনা লৈতেংলি। রত্ননা থামলবা কুণ্ডল-নাইলনা চুবা অনিদা লৈতেংলি। কৌস্তুভ মণিনা বক্ষঃ স্থলদা লৈতেংলি। মা-পরেংনা ইলং লংনা ভানথোইরি। মণিমুক্তানা ইবুংঙোগী নাক্তা নকুশিনবদা ইকাইনিংঙাই ওই। বনমালানা লৈতেংহনা অঙকপা ফংনা ফজহল্লি। থুঙ-মথ! তানা চোন্‌থরবা মালানা ঙকশমদা লৈতেংলি। জগৎকী পিতামহ ব্রহ্মা অমসুং পশুপতি শিবনা ইবুংঙোবু থুরুনৈজ। পদ্মালয়া পদ্মানায়ানা ইবুংঙোগী থোংলবা শ্রীচরণবু সেবা তৌরি। হায়রিবা প্রভু অসি পরিপূর্ণতম, ভগবান-নি। ইবুংঙো মহাক্তা পরমাত্মা ব্রহ্ম ঈশনি। পুম্নমকী সাক্ষী-ভূতস্ব ওইবনি। অথং-অহৈশিংনা (প্রবীন) সনাতন-রূপনিস্ব হায়। হেতু পুম্নমকী হেতু ওইবা, জগৎ-সংসার পুম্নমক অসি ইবুংঙো মহাকী রূপকী মশকনি। প্রকৃতিগী

মপুরোইবা ওইবা সর্ব্বপতি পরমাত্মানি। অসিগুম্বা বিভু-মূর্ত্তিবু ব্রাহ্মণমচা অহুনা দরশণ ফংডুনা, মশাদা ভুজুংবা অমসুং অথোইবা ভক্তিগা লোয়ননা সননা প্রণনাম তৌই, হায়বদি মশা নোইহৎতুনা, মওং অসুম্না খুরুমলিবনি হায়বা করিমত্তা খঙজদনা ইবুংঙোবু খুরুমই।"

জগৎ পিতা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু স্তব তৌজবদা পুক্নিংদা নিংজবা ইবুংঙোগী রূপ-পু ব্রহ্মসংহিতাদা মথাগী অসুম্না ফোংদোক্লি। "ত্রয়ী অহুম" হায়বদি ঋক্, সাম, যজুঃ হায়বা বেদ অহুম অমসুং "বেদমাতা গায়ত্রী মন্ত্র" শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী কৃপাদগী ফংজরবা মতুঙদা, ইবুংঙোনা চানবীনবগীদমক বেদ অহুমগী অর্থ খঙলবা প্রবুদ্ধ ব্রহ্মানা "বক্ষ্যমান" স্তবনা মরম ওইদুনা, হায়বদি বেদগী মচি ওইবা স্তোত্রনা ইবুংঙোবু উপাসনা তৌই। অসিগুম্বা স্তবকী মতৌ মওং অসিবু ব্রহ্মসংহিতাগী মঙাগুবা অধ্যায়গী ৩৮শুবা শ্লোকতগী ৪০শুবা শ্লোক ফাওবদা মথাগী অসুম্না ফোংদোকলী, মদুদি—

"চিন্তামণিপ্রকরসদ্মসু কল্পবৃক্ষলক্ষাবৃতেষু সুরভীরভিপালয়ন্তম্।
লক্ষীসহস্রশতসম্ভ্রমসেব্যমানং গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং
ভজামি ॥৩৮॥"

"বেণুং ক্বণন্তমরবিন্দদলায়তাক্ষং বর্হাবতংসমসিতাম্বুদসুন্দরাঙ্গম্।
কন্দর্পকোটিকমনীয়বিশেষশোভং গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং
ভজামি ॥৩৯॥"

"আলোলচন্দ্রকলসদ্বনমাল্যবংশীরত্নাঙ্গদং প্রণয়কেলিকলাবিলাসম্।
শ্যামং ত্রিভঙ্গললিতং নিয়মপ্রকাশং গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং
ভজামি ॥৪০॥"

"নিংথিবমথৈ থুংলবা অমসুং মণিমুক্তাতনা থল্লবা য়ুমশিংনা ওইবা মফম অপাম্বা পূম্নমক থুংহনবা ঙমলবা কল্পবৃক্ষ লক্ষা লক্ষানা কোয়শিল্লবা মফম, লক্ষ্মী লিশিং লিশিংনা ভক্তিগা লোয়ননা লৈদুনা হায়রীবা মফম অদুদা লৈবা ইবুংঙোবু মতম পূম্নমক্তা নুংশিনা সেবা তৌরিবা, অদুগা

সুরভী কৌবী শঙ্গীবু ইবুংঙো অদুমা শেল্লিবা, অদুগুম্বা আদিপুরুষ ওইবা গোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজরি ॥৩৮॥"

"বেণু যন্ত্রবু খোংবা ইবুংঙো, ফজনা শাৎকায়রবা থম্বালগী লৈ-না মানবা মীৎস্নানা মহাক্কী মীৎ ওইবা, বাহোংমমৈনা মহাক্কী চূড়া ওইবা, শংবাম্নবা কুচুবু ভমজবনা শ্রীঅঙ্গগী ফজরবা কুচু ওইবা, কোটি কোটি কন্দর্পদগী (god cupid) হেন্না লোংপনা মাগী শ্রীঅঙ্গ ওইবা, পাথম্ ওইবগী থোইদোক, হেন্দোক্পা ফীজেৎনা মাগী হকচাংদা লৈতেংলবা, অদুগুম্বা আদি পুরুষ ওইবা গোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজরি ॥৩৯॥"

"বাহোং মমৈগী ময়াইচবুক্কা থানা তনিক-তনিক্না ভাম্মোক্নুনা হাই-হুম্বনা মাগী চূড়া ওইবা, বনমালানা উকশমদা খোন্দুনা লৈতেং ওইবা, খুৎতা বংশী পায়বা, শ্রীঅঙ্গদা রত্ননা থামলবা, প্রণয়কেলিকলা-বিলাস না শ্রীঅঙ্গগী শকফম ওইবা, ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিগী ললিত-না, হায়বদি ফজবনা মাগী ওইবা, নত্তম পুম্নমক্কা ভাম্মোইদুনা লৈবা, অদুগুম্বা আদি পুরুষ ওইবা গোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজরি ॥৪০॥"

প্রেম-ভক্তি, রাগানুগা ভক্তি অমসুং মধুর রস, নত্রগা উজ্জ্বল রসবু পামজদুনা, মদুনা মাগী লাইনিং-লাইশোন ওইজবা সাধু, বৈষ্ণব অমসুং ভক্তশিংনা শ্রীব্রজবৃন্দাবনগী শ্রীকৃষ্ণ ভগবান শ্রীমূর্ত্তিবু শ্রীমতি রাধারাণীগী মূর্ত্তিগা লোয়ননা, মন্দিরদা লাৎলিবা ঐথোঙগী মপাম্মোংগী মীৎনা উবিবা যুগোলরূপ ওইবা শ্রীমূর্ত্তিবু, অমথক্তা ওইনা ভজন তৌই। মরমদি মথোয়গী পুক্নিংগী জ্ঞাননা উবা ফংই, মদুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না potent factor নি শ্রীমতি রাধারাণীনা Internal potency নি। Vedanta philosophy গী মতুং ইন্না potent অমসুং potency অনিগী করিমত্তা খেন্নবা লৈতে, পোৎলক অমত্তনি, মৈগা মৈশাগা লৈনবীবা মৎং অদু-গুবনি। অসুম তৌদুনা মথোয়গী জ্ঞাননা উবা ফংই, মদুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি Absolute existence, knowledge and Bliss নি,

হায়বদি সৎ-চিৎ-আনন্দ পরিপূর্ণনি, অদুগা ইবুংঙোগী ইচ্ছাদগী হলা-দিনীগী রূপ ওইবা (Blissful form), ইবুংঙোগী internal potency ওইনা শ্রীমতি রাধারাণীবু পুখোকপনি। অসিগুম্বা ফীভম অসিবু শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতগী মশুবা পরিচ্ছেদগী ৫৬ অমসুং ৫৯শুবা শ্লোক্তা অঙ্কুমা হায়রী—

"রাধা কৃষ্ণ এক আত্মা দুই দেহ ধরি।

অন্যোন্যে বিলসয়ে রস আস্বাদন করি ॥৪॥৫৬॥"

"রাধা অমসুং কৃষ্ণ মশা অমত্তনি, হকচাং অনি খোক্না ফোং-দোকপত্তনি। অদুম তৌদুনা অমনা ভগী প্রেমরসবু যংদুনা মুং-ঙাইজরি।" ৪॥৫৬॥

"রাধিকা হয়েন কৃষ্ণের প্রণয় বিকার।

স্বরূপশক্তি হলাদিনী নাম যাহার ॥৪ ৫৯।"

"শ্রীমতি রাধারাণী শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিবা (প্রণয়) হায়বা potency অদুনা মত্তি ওইবা মওংনি। মহাক অসি হলাদিনী হায়না খঙনবা ইবুংঙোগী internal energy নি। ৪॥৫৯"

মরম অসিনা সাধু বৈষ্ণব ভক্তশিংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু অমত্তা ওইবা যুগোল রূপ ওইনা meditation তৌই অমসুং লাৎলি।

মপান্দা মীৎনা উরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী শ্রীমূর্ত্তিবু নিংশিংদুনা পুক্লংদ ইবুংঙোগী মমি তানবা হোৎনবনি। অদুগুম্বা শ্রীমূর্ত্তিবু পুক্লংগী জ্ঞান্না উরবা মতমদা, মী অদু divine consciousness ওইরে। হায়বদি অহিংবা নত্তবা মপান্দা মীৎনা উবা শ্রীমূর্ত্তিবু অহিং-বমক ওইনা পুক্লংগী জ্ঞান্না উরে। হিরম অসদা খুমাং চাওশিল্লবা ওইনা, হৌজিক্কী মতমদা মীওইবনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অশাবা মূর্ত্তিবু মন্দিরদা অহিংবগুম্না লাৎননবগীদমক, জীবন্যাস তৌরিবনি। হায়বদি ব্রাহ্মন-না মন্ত্র থীদুনা জীব হাপচিল্লবনি। অসিগুম্বা মওং অসিবু ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান নিরূপণ তৌবা হায়না খঙনৈ। মন্দিরদা নিরূপণ

ভৌরবা ভগবানবু, ঐখোয়না মন্দিরগী মপান্দা লেঙ,থোক্লবা কৈদৌঙৈদন্নু ভৌবোইদবনি। মরমদি অহিংবা ওইহনগ্রবা ভগবানবু, মশামকী ইচ্ছানা ভৌজবা নত্তনা, মন্দিরগী মপান্দা মীনা physically পোৎ অমা থাংবগুম্না পুথোক্লবদি, ঐখোয়না পামজবীবা অহিংবগুম্বা ভগবান অদু নৎত্রে, ইচম চম্বা মুঙ, নত্রগা উ মকক, অমগুম্বা ওইরে। অসিগুম্বা থবক মত্তৌ অসি মহা পাপকী মশক্নি।

লৈবাক্তা শাবা লাইগী মূর্তি অমনা (idol) করম হায়না spiritual consciousness ওইনা ফোংদোকহন্নবগী মরম ওইহল্লিবনো, অমসুং ভমখৈ লৈত্তবা (limitless) Divinity না ভমখৈ লৈবা মূর্তি ওইনা উহল্লিবনো হায়বগী মরমদা খল্লবদি, মূর্তিবু ধ্যান ভৌহুনা perfection ফংলিবা অসি অচুক্পগী মশক অমনি। মসি অতৈ করিমত্তা নত্তে, মীৎনা উবা পোৎশক নাইবগা (grossly material), মীৎনা উদবা খ্বায়দগী অৱাংবা থাক্কী ওইবা জ্ঞানগা (highest consciousness), অনিমক ভসিবু অমত্তা ওইনা মুংশিবন পুল্লপ পুনশিন্দুনা, মুংশিবা পোৎশক অমথক্তা ওইনা ধ্যান-না ওইহনখিবনি। মুংশিবা মচেৎনা মুংশিবা মপুমদা, নত্রগা মুংশিবনা মুংশিবদা ভিনবনি। Absolute and complete form ওইবা মুংশিবা অমথক্তা ওইহনবনি। মূর্তিবু (idol) নিংশিংহুনা ধ্যান ভৌবনা perfection ওইরে হায়বা অসি করম হায়না খঙ্গনি? পুক্নিংনা সংসারিকী ওইবা বথক্তা মত্তম পুম্নমক্তা খল্লন্লিবা অদু ভোক্কুনা, ধ্যান ভৌরিবৈগী মত্তম অদুদা, ঈশ্বরগা অহিংবগুম্না থানবা লৈত্তনা লোয়নহুনা লৈরী হায়না খল্লবা মী অদু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্তিবু ধ্যান ভৌবদা perfection ওইরবা মীনি হায়না লৌগনি। অভোম্না মপানথোংগী ওইবা চাংয়েং অমনা, মী অদুনা ধ্যান ভৌরিবৈদা ভীল অমনা মশাদা কারকপা, নত্রগা চিক্পদা, মীহুগী হকচাংদা ফাওব্রবা (খঙত্রবা) অদুগুম্বা মী অদু, ভগবানগী মূর্তিবু নিংশিংজহুনা ধ্যান ভৌবদা perfection ওইরবনি হায়না লৌগনি।

মরমদি মতম অতুদা মী অতুগা মপানথোংগী হকচাংগা মরী লৈনরম্বা অতু কোমথোক্‌হল্লে।

অতুবু মীদি physical body ভাক্তা লৈবা নত্তে, astral অমসুং causal body শু লোয়নদুনা লৈরী। Liberation ফংড্রিঙৈগী মমাঙ্‌দা মী অতুনা কুয়োম অহুম অতুবু, হায়বদি physical body, astral body অমসুং causal body মখোয় অসিবু, মহাকা মশা অমত্তনি হায়না লাম্না খল্লমলিবা অতু, ভাবনা তোঙান্‌বনি হায়না খন্দুনা, থাদোক্লনবা হোৎনগদবনি।

Divine form বু নিংশিংদুনা ধ্যান তৌরবগী মতুঙ্‌দা divine attributes পু নিংশিংদুনা ধ্যান তৌগদবনি। অসিগুম্বা অনিশুবা ধ্যান মতৌ অসিনা, মী অতুনা astral body গা মরী লৈনরম্বা অতু কোমথোকহল্লী। অহানবা অমসুং অনিশুবা ধ্যান মতৌ অনি অসি অম্রপকী মত্তিক মরী লৈনৈ, মতুদি মখোয অনি অসি পুনতোন্‌-তোঙান্‌বা ওইনা খনবদি য়াদে। মথল অনিমক অসি, মীনা ধ্যান তৌবদা হেক্তা য়ানশিন্নে। অতুবু অমনা অমদগী পূক্লিংদা খরা হেন্না চংশিল্লক্লিবা meditation গী মওং অতুনা, physical body বু ওইরবসু নত্রগা astral body বু ওইরবসু, হাল্লনা কোমথোকহনবগী বাতনি।

Divine form বু নিংশিংদুনা meditation তৌবনা, মী অতুগী পূক্লিংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ফজবা শকফম, শুমহৎনবগী মশক ওইবা অরংবা, চিংলেম্বা অমসুং মীৎ থক্‌না কংলবা অঙকপা ফংবা মওংবু দরশন ফংজে। Divine attributes পু নিংশিংদুনা meditation তৌবনা, ইবুংঙোগী মগুণ ময়াম, হায়বদি মুংশিবা (divine love), পুমথঙ্‌-খঙ্‌বা (omniscience), ঙমখৈ লৈতবা শক্তি(omnipotence) বু পূক্লিংদা নিংশিংজবনি। কনাগুম্বা মী অমনা divine form বু নিংশিংদুনা meditation তৌরুরবসু, divine attributes বু নিং-শিংদুনা meditation তৌরবসু য়াই। ভারতকী ঋষিশিং—খুদম ওইনা

হায়রবদা কবির, নানক, দাদু মখোয় অসি মূর্তি লৈতবা গুণদি লৈবা (formless divinity with attributes), হায়রবদি সগুণ-নিরাকার ওইবা ঈশ্বরবু ধ্যান তৌবগী লাইনিং-লম্বেল চৎলম্মী। Divine attributes পু নিংশিংদুনা meditation তৌবনা, divine form গী ওইবা অথুবা লাইনিং-লম্বেলদগী মপান থোকহল্লী। মকম পুদিংদা লৌনবা থুংনা লৈবা ঈশ্বরবু করম হায়না অকক্নবা মফম অমত্তদা ফাজিন্দুনা লৈহনবা যাগদৌরিবনো? অহিংবা জীব পুম্নমক্কী হকচাং মথুক্তদা অহিংবা ঈশ্বর লৈবনি হায়না ঐখোয়না খঙ্নরক্লিবা অসি অতৈ করিমত্তা নত্তে, divine form ওইনা ঐখোয়না মুংশিজনা অকক্নবা মফম অমদা ফাজনা-পুনশিন্দুনা ঈশ্বরবু meditation তৌরম্মদগী, ইবুংঙোগী divine attributes পু নিংশিংদুনা, হায়বদি omniscience ওইবা attribute মখাম অদুবু নিংশিংদুনা meditation তৌবদগী থোরকপনি। শম্ভু হায়রবদা, divine attributesপু নিংশিংদুনা meditation তৌবনা, অহিংবা জীব পুদিংমক্কী হকচাং মথুংদা divine form অমমম্ transmit তৌহনবা ঙম্মদুনা, জীব পুদিংমকপু ঈশ্বরনি হায়না চপ্ মান্নবা অমথক্তা ওইনা খন্দুনা, মী অদুনা জীব পুম্নমক্তা মুংশিহল্লী। মরম অসিনা মপানগী মীংনা উবা Divine form অমবু, মীংনা উত্রবা পুক্নিংগী জ্ঞান্নুনা উবা ঙম্ম, formless অমসুং divine consciousness ওইবা, খুঁয়দগী অরাংবা থাক্কী ওইবা ঈশ্বর অমা ওইনা, অনিমক অসিবু অমত্তা ওইনা পুল্লপ পুনশিন্দুনা, মুংশিবনা ফোংদোক্হনবা ঙম্মী।

Divine attributes পু নিংশিংদুনা meditation তৌবনা, করম হায়না মী অদুনা astral body গা হান্নবা মরী লৈনরম্বা অদুবু কোনখোক্হল্লিবনো? ঈশ্বরগী ঙমখৈ লৈত্রবা virtues অমসুং attributes পু নিংশিংদুনা meditation তৌবদা, মী মশা অদুদা ইবুংঙোগী divine qualities খরদি চংলকুনা মপানথোংদা উৎলকই। হায়বদি divine attributes পু নিংশিংদুনা meditation তৌবনা মী মশামক অদু infinite power গী instrument অমত্তা medium অমা

ওইশিল্লকুনা, মাগী পোক্‌তৈদগী লোয়নবকপা হায়রগী মঙুপশিং মাঙ্‌-খিত্তুনা, infinite power খল্লা চংলকপগুম তৌবকই। মী অমবু অতোপ্পা মী অমনা হকচাং পায়দুনা ইল্লবদি, মানা লেঙ্‌লিবা অদু মশা মতোমতমা তৌগে হায়দুনা তৌবা নত্তে হায়বা অসি মী অদুনা খঙ্‌ঙে। মতৌ অদুগুম্বদুনা, transcendental ওইবা অচৌবা শক্তি অমনা, হায়বদি পারাশক্তি অমনা, মহাক্কী মপুনশিদা থোক্লিবা, থৌদোক খুদিংমক অসি থোকহল্লিবনি অমসুং তৌহল্লিবনি হায়বা অসি, মী অদুনা খাঙ্গদোংনা খঙ্‌জরকই। অবতারনি হায়না ঐখোয়না খঙ্‌নরীবা Jesus christ, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস, স্বামী নারায়ণগী life history দগী ঐখোয়না খঙ্‌ই, মখুদি মখোয়না তৌখোরকপা থৌদো-থোকং খুদিংদা, মীওইবগী ওইবা অমসুং লাইগী ওইবা থৌওং-থৌদো পুল্লা উরিবা অসি, মখোয়না divine attributes পু নিংশিংদুবা me-ditation তৌবদগী perfection ওইবগী খুদমনি। মখোয়গী অসিগুম্বা meditation অসিনা মপুং ফাবকলবদা, ঈশ্বরগা মখোয়গা মশা অমত্তুনি হায়না খনখি। হায়বদি মখোয় god-men নি হায়না খনখি। Jesus Christ না হায়রম্মী "ঐহাক অমসুং heaven দা লৈবা ঐগী ইপা অমত্তুনি।" শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা হায়রম্মী "ঐহাক কৃষ্ণনি, ঐহাক কালিনি।" শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মনাই ভক্তশিংগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী রূপ, শ্রীনরসিংহ ভগবানগী রূপ অমসুং শ্রীমহাদেবগী রূপ পুখোক্তুনা দরশন পীবিরম্মী। অসুম হায়না অবতারনি হায়না ঐখোয়না খঙ্‌নরীবা ইবুংঙোশিংনা তৌরিবা খবক মতৌ অসি অতৈ অমা নত্তে, মখোয়গী ego অদু ঈশ্বরগা অমত্তা ওইগে হায়না খনখিবদুনা, মখোয়গী মশাদা ফাওরকলীবা divine manifestation অদুবু মপান্দা মীয়ামদা খঙ্‌হনলকপনি।

Divine attributes পু নিংশিংদুনা meditation তৌবনা খঙ্‌-নবদি, ঈশ্বরগী ওইবা লাইরৈপাক্কী ওইবা মঙ্গলাই (blissful). গুংশিবা

(divine love), য়াইফহল্লিংঙাই অমসুং থৌজালহৈবা ওইবা (benevolent), dynamic and omnipotenf consciousness পু নিংশিংদুনা meditation তৌবনি। মতম পুম্নমক্তা লেঙদুনভা লৈবা creative consciousness কী ময়ায়চবুক ওইবা ময়োলদা, মতম পুম্নমক্তা স্থকলেঙ, লেঙদ্রবা, অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈত্রবা (eternal), তুমিন্নভা লৈবা (eversilent)), আদি ওইবা (cause of ali causes), Supreme element অমা লৈবী। হায়রীব supreme element (principle) ওইরীবা prime mover অদুবু কংদ্রিবা মখৈ, ঈশ্বরগী form অমসুং attributes পু নিংশিংদুনা meditation তৌবা অদুনা meditation মপুং ফাদ্রি। মপুংফাবা meditation ওইনবগী final modality of meditation দি গুণ য়াওদ্রবা, মওং লৈত্রবা, ultimate reality অদুবু খঙজনবা অমসুং ফংজনবা হোৎনবনি, হায়বদি নির্গুণ-নিরাকার ব্রহ্মঅনুভূতিবু ফংজবনি। কনাগুম্বা মী অমনা নির্গুণ নিরাকার ওইরবা ব্রহ্মণবু ইহান-হান্না তৌবদগী হৌনা চুনদ্রিংনা meditation তৌবা য়াই। তৌইগুম্বসুং গীতাদা ভগবান-না অসুম্না হায়রী মতু দ

"ক্লেশোহধিকতরস্তেষা মব্যক্তাসক্তচেতসাম্।

অব্যক্তা 'হ গতির্দুঃখং দেহবদ্ভিরবাপ্যতে॥" (১২। ৫॥ গীতা)

"নির্গুণ ব্রহ্মদা পুক্নিং লুপ্নবশিংগী সাধন য়াম্না হেম্না বায়, মরমদি হকচাংগা লোয়নরিবনা কোংদোক্তবা ব্রহ্মগা মরী ওইবা গতি বানা ফংই॥"

কবিগুম্বা support অমত্তা য়াওদনা unmanifested ওইবা, হায়বদি নির্গুণ ওইবা ব্রহ্মবু meditation তৌবা য়াম্না লুব্রবা অবাবগী মশকনি। Physical, astral and causal body য়াওনা মপান্দা উৎতুনা ময়ানদা খঙহল্লিবা মীওইবা ঐখোয়না (manifest beings), Brahman বু abstract ওইনা খঙনবা হোৎনবা হায়বা অসি, হায়কম খঙদ্রবা য়াম্না লুব্রবা অননি।

ঐখোয়গী meditation গী পনখৈ ওইবা খোঙ্দদি ( final modality of meditation), অনি-অনি খোকপগী খোঙ্ ওইবা বাখল পুম্নমক মাঙ্খিনি। হায়বদি form লৈবা অমসুং form লৈতবা, attribute লৈবা অমসুং attribute লৈতবা ফোংদোকপা অমসুং ফোংদোক্তবা পুম্নমক অসি, মীওইবগী বাহৈনা ফোংদোক্নবা অমসুং তাক্নবা খঙ্হনসু ঙম্মরোইদবা, symbol অমসুং emotion গী মতেংনসু খঙ্হনবা ঙম্মরোইদবা, পাকচাংশ্রবা অহাংবগুম্বা, অদুমদি ওইরগা, Absolute completeness ওইবা, মপুংফাবা supreme truth অমসুং ultimate reality অমদা তিনখিনি অমসুং মাঙ্খিনি। অসিগুম্বা pure existence অদুবু করিগুম্বা উপাই অমনা শেংনা খঙ্হনবদি ওইথোক্কে। মরমদি finite ওইবা ঐখোয়না Infinite ওইবা অমবু মীওন্না খঙ্হন্নবা তোংনবদা, অশেংবা Infinite অদু finite ওল্লকই। Infinite তনা Infinite পু খঙ্হনবা ঙম্মী। Brahmanবু meditation তৌদুনা perfection ওইরবা মতমদদি, finite ওইবা মী অদুগী হান্নগী ওইরমলিবা identity গী মখোঙ্, মরী খজিকুং ফংবা লৈহৌদনা, মহাক্কী causal body সু য়াওনা মাঙ্গ্রগনি।

অসিগুম্বা লাইনিং লাইশোনগী মরীদা তৌবা ধ্যান মথল অদুম অসিনা, মীওইবগী মপানগী কুয়োম অদুম অদু মাঙ্হনখিদুনা, supreme reality অদু ওইখ্রে। মতম অদুদা মী অদু nature গী biological process ময়াম্মা ওইবা, হংনা শাবা মূর্তিগুম্বা মী ওইররোই, মহাক free ওইদুনা nature গী মপু ওইরগনি।

শ্রীবামন দেবনা বলী মহারাজগী কোকথক্তা পাদ চরণ নামা থমদুনা পাতালদা নমথবা, অমসুং ওঁগী মথক্তা উংলিবা খুদম—মখোয়শিং অসি জীব পুম্নমকী পোলোয়দা ওইরকদবা মচুংশিনবা ওইনা উংপা শোয়ররোইদবা খুদম অচৌবা ঙাক্কনি। Meditation তৌনবগী নমুনা মথল অদুম অসিবু ঐখোয়না ইষ্ট, বিশিষ্ট, অমসুং সমাবিষ্ট হায়না

কোংদোকপা য়াই। মতুদি (১) ইষ্টনা খঙ্নবদি, ইরম্নাই ওইবা, ঐখোয়না হৌজিকী মতমদা ইষ্টদেবতা, নত্রগা কুলদেবতা হায়না খঙ্নবা মন্দিরদা লাৎলিবা দেবতা অমগী শ্রীমূর্ত্তিবু. ভক্ত অমনা meditation তৌরদুনা পুক্নিংগী ইন্দ্রিনা অহুত্তম্বা শ্রীমূর্ত্তি অদুতবু দরশন কংজদুনা, মপানথোংগী হকচাং (physical body) কাওবা লৈতবগুম্বা তৌরকই, অমসুং মপানগী পোৎ পুম্নমকপু পুক্নিংনা নিংশিংজদে হায়বদি পুমকাও কাওই। (২) সমাবিষ্টনা খঙ্নবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী transcendental ওইবা attributes ময়াম, হায়বদি গুণ অমসুং শক্তিশিং অদুবু নিঙ্শিংদুনা ভক্ত অমনা meditation তৌবা অদুনা মরম ওইদুনা, জগৎ সংসারদা লৈরীবা অহিংবা জীব পুম্নমকী হকচাং মপুঙ্দা সর্ব্বব্যাপী (all pervasiveness) ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy অদুনা divine form অমমম transmit তৌবিবা অদুনা, অহিংবা জীব পুম্নমকপু ভক্ত মশামকতু য়াওনা, ঈশ্বরনি হায়না চপ, মায়না অমখক্তা ওইনা ভক্ত অদুনা থনখিদুনা, ভক্ত অদুগী astral body বুত্ত লৈতবগুম্বা তৌরকই। শম্বা হায়রবদা, localised aspect ওইনা খল্লম্বা ভগবান অদুগী মহুত্তা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না পাক চাওবা মকম খুদিংদা শন্দোকখিদুনা, অহিংবা জীব পুম্নমকপু ভগবান ওক্তা ওইনা ভক্ত অদুনা জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উখিদুনা. ভক্ত অদুগী physical body লৈতবগুম্বা মশাদা কাওরকপা (feel তৌবা) অদুগীসু মখক্তা. মাগী astral bodyগী vibration কাওবা খজিক খজিক হৌরদুনা. মমৈগা সুকনৈ লৈতবগুম্বা তৌরকপগী ফীভমনি। হায়বদি relative world গী ওইবা জগৎ সংসার মাংমা লাম্থোকপগী লাইনিংবা মওংনি (transcendental meditation)। (৩) সমাবিষ্টনা খঙ্নবদি, ঈশ্বরগী মরিদা কয়িগুম্বা অমম্বা অথাকপা লৈতনা, both material and spiritual অনিমক পুমকোন-কোনশিন্না (all inclusive dimensions of god), হায়বদি absolute existence, absolute knowledge. absolute bliss ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ভক্ত অদুগী জান্না খঙ্খিবা অমসুং

পূজিংগী ইন্দ্রিনা উথিবা অদুনা মরম ওইদুনা, মশাগী causal body কাওবা লৈতবগুম্বা তৌরকপগী ফীভমনি। অসিগুম্বা ফীভম অসিদা ভক্ত অদুগী জ্ঞান অদু relative world অমসুং time, space and causation গী মপাম থোকপিবা spiritual world গী জ্ঞান ওইথিবা মরম্না, ভক্ত অদুনা মশাগী হাম্নগী relative world গী জ্ঞানদা হনজিন্‌লক্লবা মতমদা, মানা হাম্না খঙ্‌খিবা spiritual world গী খোকখিবা থোদোক অদুবু ফোংদোক্লুনা মীওইন্দা তাকপা ঙমদে। মরমদি relative world গী করিগুম্বা অমত্তগা চাংদম্নবা তাকপা য়াদবা spiritual idea and perception ওইবননি। মদুগী মথক্তা, ভক্ত অদুগী actual experience তগী থাক্লেংনমক খঙ্‌খিবা spiritual idea and perception অদুবু, হৌজিক্‌ হৌজিকমক ওইরিবা মীওইবগী language of reason না ফোংদোকপা য়াবা লোলগী বাহৈ লৈতবননি। ভক্ত অদুনা খঙ্‌লিবা অদুগুম্বা, মীপুম খুদিংমক হোৎনরগা খঙ্‌বা য়াগনি হায়না যুগ-যুগ কয়াদা লৈরম্বা মুনি ঋষিশিংনা হায়রম্মী। ভক্ত মশা মতোমতনা খঙ্‌জবগী বানি। অসুম তৌদুনা final modality of meditation গী থাক অসি-য়ৌরবা মতমদা, ঐথোয়গী মীৎনা উবা ফংদ্রবা Supreme Being অমনা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না) মকম খুদিংদা শীনবা থুংনা ফোংদোক্লুনা ভাক্টোক্‌লকই।

লাইনিং লম্বেলগী অসিগুম্বা meditation মওং অসুম অসিনা, হাম্না মশানা লৈজরীবা পোৎ পুম্নমক অসি করিগুম্বা অমত্তা হুন্দোকলুবা অমসুং মাঙ্‌হল্লুবা য়াওদনা, ঈশ্বরদা থাক্‌-থাক্‌ নাইনা তিনশিনবা মখল অমা ওইনা উৎতুনা, মীওইবগী religious practice পুম্নমকপু অমত্তা থাক্তনা কোনশিল্লি।

ব্রহ্মন-দা জগৎ-সংসারগী করিগুম্বা অমত্তা লংথোকপা অমসুং য়াওহন্দবা লৈতে। পুম্নমক পুমকোন-কোনশিনবা মপুমনি অমসুং supreme Brahman দা পুম্নমক চঙ্‌খিদুনা পাপ পুম্নমক কোক্লুনা পুমশেং

শেংদোক্ প্রবনি। অসিগুম্না অসিবু খঙ্ হনগে হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা অস্নুম্না হায়রী—

"এতদ্যোনীনি ভূতানি সর্ব্বাণীত্যুপধারয়।

অহং কৃৎস্নস্য জগতঃ প্রভবঃ প্রলয়স্তথা॥" (৭॥৬॥ গীতা)

"সংসারগী লেঙ্লি পাল্লিবা পুম্নমক ঐগী প্রকৃতি অসিদগী থোক-পনি অস্নুম্না খংঙ্; পুম্নমক অসিগী পোক্নফমস্নু ঐনি, অস্নুম্না তিম্নফমস্নু ঐনি॥ (৭॥৬॥ গীতা)

# ৬। Scientific যুগ-কী ওইবা মীওইবগী লাইনিং লম্বেল।

## (ক) ধর্ম্ম অমসুং সাইন্স মরী লৈনবা খঙ্হনবা।

হিন্দু ধর্ম্মদি scientific নি। Worldly knowledge গী খ্বায়দগী মরু ওইবা knowledge অমনি হায়না লৌহুনা, scienceপু ধর্ম্মনা তরাম তরাম্না ওকই। অহুবু ধর্ম্ম অসি চৎপা মী কাংবু খরা লৈ, মখোয় অহুনদি scientific knowledge বু করিমত্তা কান্নদবনি হায়না খল্লি। অসুম্না মপুক্লিংদা খল্লবসু, মখোয়না aeroplane, motor car, scientific machine নচিংবা scientific knowledge দগী পুথোকপা পোৎ অয়াম্বা মশাগী হিংনবা অমসুং নুংঙাই-য়াইফনবগীদমক শিজিন্নৈ। 20th century গী অকাওবা scientist Einstein না হায় "ধর্ম্ম য়াওদ্রবা science তি খোঙ্তেকপা মীগুম্বনি, অহুগা science য়াওদ্রবা ধর্ম্মদি মীৎতাঙ্বা মীগুম্বনি।" Physics তা nobel prize ফংলবা Millikan না হায় "মীওইবগী নুংঙাই য়াইফগে অমসুং চাওখৎকে হায়রবদি, মরুওইবা হৌরকফম য়ুম্বী অনি ওইরবীবা, ধর্ম্ম অমসুং সাইন্স পুন্না চাওখৎমিন্নরবা কান্দতা ওইগনি।" Jewish peopleগী লুচিংবা অমসুং old testament কী judge অমা ওইরম্বা Lord samuel না ইবা "A threefold cord" হায়বা লাইরিক অহুদসু অসুম্না হায়রী, মহুদি "Philosophy, science অমসুং religionদগী মীওইবনা ফংলক্লিবা তোঙান-তোঙানবা knowledge অহু অমগা অমগা মরী লৈনদে হায়না থক্, খল্লোইদবনি। মখোর পুন্নপকী অপূনবা

knowledge ভনা rational thought ওইহনা মীওইবগী মুংঙাই মাইকবা অমসুং চাওখৎপা ভমগনি।"

ধর্মগী রাখল খনবদা অদুবা মঙংদা লাক্লবগীদমক science না মতেঙ, পাংই: খুদম ওইনা হায়রবদা, প্রকৃতি হায়বা অসি ধর্মগী মায়কৈরোমদা য়েংলুরবদি, ঈশ্বরগী মায়াশক্তিনি, মক্লগা জগৎ মাতানি হায়না খঙ্‌নৈ। মহাক অসি অহিংবা জীব অমা মক্লবন্নু, ঈশ্বর-না মতোপ্পা খোৗদাহনা ঈশ্বরগী over-all supervision দা মখাদা মানা world অসি শেম্মী, য়োকখৎলি অমসু মাঙ্‌হল্লি। science কী মায়কৈরোমদা য়েংলুরবদি, প্রকৃতি অসি ঈশ্বরগী energy. law and system নি। মখোয় অসিনা universe অসিদা থম্লৈ। মীনা মখোয় অসিবু খঙ্‌ননবা science কী মতেংনা শিকিন-হনজিল্লি, অদুগা মীওইবগী মুংঙাই-মাইকবা অমসুং চাওখৎ খোৗরাংদা মখোয় অসিবু শিজিন্নরী। হৌজিক্কী মতমগী scientific যুগ অসিদা মীওইবনা ঈশ্বরগী energy, law অমসুং system অসি কনা য়াম্না খঙ্‌লক্লবন্নু, প্রকৃতি অসিদি unlimited অমসুং eternal ওইবনিনা, মীওইবনা মখোয়শিংসিবু খজিক্তমক খঙ্‌লি হায়বা য়াই, ইখঙ্‌ খঙ্‌দবগী চপ্‌ মাপ্পৈ।

গীতাদা তাকলিবা ধর্মগী পাওতাক অনিখক, হায়বদি—"শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মুমিং কৌবা লাইদা ইহান য়াম্না তাকখিবা কর্ম-যোগকী লাইনিং লম্বেল অসি, মতমগী মতুংইন্না মাঙ্‌খ্রে অমসুং চংনখিত্রে। (গীতা ৪॥১-২)" অমসুং "যজ্ঞ, দান, তপস্যাগী কর্ম পুন্নমক অসি আসক্তি অমসুং ফল থাদোক্তুনা মীওইবনা তৌগদবনি। (গীতা ১৮॥ ৫-৬)"—পাওতাক অমি অসিগা science কী ওইবা natural law, মখিংনা "Law of thermodynamics" হায়না খঙ্‌নবা law অসিগা মাপ্পৈ। Law অসিগী মতুংইন্না, করিগুম্বা পোৎ অমবু করিমত্তা পোকহন্-খোৎলুদনা মরম্লাই অদুমক লৈহল্লবদি, মতমগী মতুংইন্না পোৎ অদু মাঙ্‌-থরকই, কংলক্কে, মমৈথংদা পুংমাঙ্‌ মাঙ্‌খিনি। পোৎ অদুবু অকনবগী

মায়কৈদা পোৎশক নাইবা অমা ওইনা, মীনা মওং অমা ওস্তোকুনা শিজিন্নরবদি, পোৎ অদু পুংমাঙ, মাঙ্খিগদবা অদুদগী কনগনি। মরম অসিনা, ধর্মগী পাওতাক science গী law গা মান্নে। ধর্মগী পাওতাক অদু শিজিন্নদনা অদুম হন্দোকপগী মতুংতা, মীওইবনা মতুবু য়োকখৎতুনা মীওইবগী মঙলগীদমক শিজিন্নগদ-নি।

ধর্মগী লম্বেলদা থুমাং চাওশিন্নবগীদমক মীনা শিজিন্নবা য়াবা science কী মরুওইবা principle অনিথক লৈ। মখোয় অদুবু principle of uncertainty অমসুং principle of complementary হায়না খঙ্লৈ। Principle of uncertainty অদুনা খঙ্হল্লি, মতুংদি Absolute whole truth নত্রগা final truth পু মীওইবনা কৈদৌউৈদসু য়েৌবা অমসুং খঙ্বা ঙমলোই। মীনা খিজিন-হুমজিন্দুনা খঙ্লিবশিং অসিদি, মী অদুনা উরবিবা অমসুং খঙ্লুবিবা Real truth কী মায়কৈ অমথক্তংগী মচেৎ অমথক্তং ভাবনা শাদুনা মশেং-মরাং খঙ্বতনি। অদুম তৌদুনা উরু-উরবীবা মায়কৈ থুদিংদগী খঙ্লকপা Reality গী তোঙান-তোঙানবা picture মচেৎ মচেৎশিং অদু, অমগা অমগা সুকমান মান্নদবগুম্না, হায়বদি contradictory ওইবগুম্না ঐখোয়না থল্লি। তৌইগুবসুং ঐখোয়না অমুকা হেন্না মুম্না খিজিন্নবনি, মখোয় অদু contradictory নৎলমস্ত্রে complementary ওইরমলে, হায়বদি ঐখোয়না অনৌবা ফংলক্লিবা অমসুং খঙ্লকলিবা পোৎশিং অদু, অমগা অমগা চুপ্শিন্নবা অমসুং ভিন্নবা য়ারমলে। থুদম ওইনা হায়রবদা, phenomena খরদা light না wave কী থৌদৌ-মওং ওইরকই, অদুগা অতোপ্পা phenomena খরদা light না particles কী থৌদৌ-মওং ওইরকই। মরম অসিনা, wave theory অমসুং quantum theory অনি অসি contradictory নৎলমস্ত্রে, complementary ওইরমলে হায়বগী থুদমনি। Wave theory অমসুং quantum theory অনিমক অসিবু cover তৌবা অনৌবা theory অমা science কী

মতেঙ্না মীনা পুখোকপা মতমদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপ ওইরিবা অংশকা ওইবা Reality অদুগী মনাক থক্তিক্তং মীনা নকশিনবা ঙমগনি। বাহৈ অমবোমদা হায়রগা, ঐখোয়না প্রকৃতি হায়না খঙ্নরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy, law and systemবু খক্তিক খক্তিক্তং scienceকী মতেংনা খঙ্ননবা হোৎনজদুনা, মহুদগী কংলক্লিবা অমৈবা theory অদুনা practical ওইনা জীব পুম্নমক্কী সেবাগী মশক ওইনা, সমাজ কল্যানগী থবক্তা শিজিন্নদুনা মীওইবগী অংশা তাইরবা লমথুংকম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী (Absolute truth কী) মনাকৃতা মীনা খক্তিক্তং নক-শিনজবা ঙমগনি।

ঐখোয়গী sense universe অসি অমগা অমগা অমত্তা মান্নদবা part ময়াম্না পুন্নপ-পুনবা অমা ওইনা ঐখোয়না উরগনু, scientific law ওইরিবা complementary principle গী মতুংইন্না, ঐখোয়না মুন্না থিজন্নরবদি entity অমখক্তনি। part পুম্নমক অমত্তা চিংথদনা universe শেম্বদা দরকার ওই, অদুগা অদুগুম্বা part খুদিংমক অদু অমগা অমগা ওম্নোক্লবসু য়াদে, অদুম্নদি ওইরগা, part অমনা part অমগী মথা পোন্দুনা পুন্নপ হিংমিন্নবনি। বিশ্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগ-বানগী part খুদিংমক ইবুংঙোগা dovetail ওইনা লৈবদগী, মখোয় খুদিংমক complete unit অমমম, ওইনা ঐখোয়না উবগুম্না, sense universe কী part খুদিংমকসু, অদুগুম্বা মতৌগী complete unit অমমম্নি। বাহৈ অমবোমদা হায়রগা, part খুদিংমক মা-মাগী com-plete unit অমা ওইননবা হোৎনবদা, ময়াম পুন্নপকী দরকারসু ওই। অসিগুম্বা থোওং অসিবু হৌজিক্কী নতমদা মীয়ামনা unity in diversity হায়নসু খঙ্লৈ। মতৌ অসিগুম্না, মুপানা মুগী য়াওত্রবদি মপুং কাদে, কংফালনা সমুদ্র য়াওত্রবদি মপুং কাদে, physics না chemistry য়াওত্রবদি মপুং কাদে, মুন্নিংনা মহাক্কী planet ময়াম য়াওত্রবদি মপুং কাদে। অদুনদি, মসিগী মথা চৎথরকপা corollary ওইনা, science

য়াওগ্রবদি religion মপুং কাদে, service য়াওগ্রবদি worship মপুং কাদে, ইবুংঙোনা শেম্বা জীবপানবা ময়াম অসি য়াওগ্রবদি, ঈশ্বরগী মতিক মগুণ মপুং কাদে হায়বা য়ারোইজ্রা? মরম পূম্নমক অসিদগী ঐখোয়না খঙ্বা ঙমদে, মতুংদি ধর্ম্মগী মায়কৈরোমদা য়েংবদা science কী মরু ওইবা principles—(১) Principle of uncertainty (২) Principle of complementarv মখোয় অনি অসিনা মীওইবগী humility, unity অমসুং co-operation পুরক্লবগী commandment ওইনা শিজিন্নতুনা, সনাতন ধর্ম্মগী লমথুংকম ওইবা One Absolute Reality শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কংজনবা মীওইবনা হোৎনবা য়াই।

ভৌতিকী মতমদা ঐখোয়গী knowledge না খঙ্লিবা Physical world অসি মতম পূম্নমক্তা imperfect, fragmentary অমসুং tentative ওইরবদি, spiritual world গী মরমদা খল্লুরবদি অমুক্তা হেন্না imperfect, fragmentary অমসুং tentative ওইরগনি। মরমদি spiritual knowledge দি মীওইবগী sense knowledgeগী বাংমদা লৈবনা খঙ্বা ঙম্মরোইদবনি। মরম অসিনা, Absolute truth নত্রগা ultimate Reality বু কংননবা খিরকপদা বেদ-দা নেতি, নেতি হায়বা শব্দ অসিনা লাওরি, হায়বদি মসিসু, অতুসু, physical world দা উরিবা, খঙ্লিবা পূম্নমক অসি Absolute Truth অমত্তা নত্তে হায়রনি। মরম অসিনা, মীনা খঙলিবনি হায়তুনা মশানা হায়রীবা অতু, ইখঙ, খঙদবগা চপ্ মান্নে।

## (খ) Science কী পাখৈনা ধর্ম্মগী অশেংবা মশক খঙ্হনবা।

ধর্ম্মগী বাখন্দা চৎনৈনবা ল'ক্লুনা করম্বনা অফবনো হায়না খন্দোক্লবগীদমক science কী মতেঙ্ লৌবা য়াই। Belief অনিথক, অমনা High Authorities না support তৌবা, অতুগা অতোপ্পা অমনা

science না support তৌবা , অনিছুগী মমুঙ্দা অকোনবগী science না support তৌবা অছুবু হৌজিকী মতমগী scientific যুগকী মী-ওইবনা পাম্বা হেন্নী। খুনম ওইনা হায়রবদা, creation গী theory অনি লৈ। মখোয় অছুদি theory অমনা হায়রী, ঈশ্বরনা universe অসি কবিস্থ লৈতবা অহাঙ্বা অমদগী মুমিং ৬ নিগী মমুঙ্দা শেম্বনি, অমগা অতোপ্পা theory অমনা হায়রী, ঈশ্বরনা universe অসি মশামক্তগী পুথোকপনি। অকোনবগী theory অসিগা চপ্ মান্নবা গীতাদসু ফোংদোক্লি মহুদি—"অচৎ-চত্ত পূম্নমকী তোঙান তোঙান লৈরিবা অসিবু অমত্তদা লৈবনি, অছুগা অমত্তুদগী ময়াম পূম্নমক থোকপনি হায়না খঙ্বা মতম অছুদা ব্রহ্ম ফংই। (গীতা ১৩।৩০)।" পোৎ অমথক্তদগী পোৎ ময়াম থোরকপশুবনি, নত্রগা simple ওইবা পোৎ অমদগী complex ওইবা পোৎ ময়াম পুথোরকপশুবনি, অমুগা ময়াম অছু পুথোকপদা চহি ১০০০/১০০০ চঙ্ই। হায়রীবা theory অনি অসিগী মমুঙ্দা, অকোনবগী theory অসিনা scienceকী বাখনগা চাম্নবা মরম্না, scientific যুগকী মীনা মসিবু পাম্বা হেন্নী।

হিন্দুধর্মগী মরু ওইবা doctrine, নত্রগা principle ওইরীবা law of karma অসি, science কী law of causation গা করিমত্তা যেন্নদে। Law of causation গী মতুংইন্না "like causes" তগী "like effect" ওইরকপা অমুদা god, goddesses, Angels অমসুং Fairies না করিমত্তা খুৎ থিংজদে। Science না মসিদগী মথা চৎথরকপা ওইনা theory অমা শেমজরে, মহুদি মীওইবনা হোৎ-নবগী মতুং ইন্না পোৎ পূম্নমক মশা মশাগী অপাম্বা মতুংইন্না হোংদোক হোংজিন তৌবা ওগী, অমসুং অছুম হায়না মীওইবগী চাওখৎনবা হোৎনবা অমুদা fate না খুৎ থিংজিন্দে, হায়বদি লৈথোক্রা গীরে।

Science কী conclusion-ভাক্তনা religion বু মথেং পাঙ্বা নত্তে, conclusionঅছু ফংনবা scienceনা শিজিন্নবিবা methodনছু,

অশেংবা religion খঙ্‌নবা হোৎনবদা মীওইবদা মতেঙ্‌ পাংই। ঐখোয় পুন্নমক্না খঙ্‌নরবনি, মতুংদি science না মাগী theory অমা শেন্নবা হোৎনবদা test অতুমলক তৌই, মতুংদি (১) universality, (২) utility অমসুং (৩) experiment। হায়রিবা test মখল অতুম অসি শিজিন্নদুনা, তোঙান-তোঙানবা মীনা তোঙান-তোঙানবা situation অমসুং condition গী মখাদা test তৌদুনা য়েংবদা চুমলে হায়না খঙ্‌ঙিবা মথৈ, theory অদুবু science না অচুম্বা theoryনি হায়দে। Religion গী মায়কৈদসু হায়রীবা test মতৌ অসি তৌবদা, ঐখোয়গী popular belief খরদি ভংথায় অমা চুম্বা য়াওই, নত্রগা অকক্‌নবা condition খরতগী মখাদা চুমই, নত্রগা মী কাংবু খরতগী মকমতদা চুমই।

পাম্বীগী মহৈ উরগা পাম্বী অদুগী অশেংবা মশক-মগুণ খঙ্‌বা ঙম্বা অদুগুম্না, ধর্মদুবু চৎলিবা মীদুগী লমচৎ-ব্যবহার অদু উরগা ধর্মদুগী অশেংবা শক্তম খঙ্‌বা ঙম্মী। ধর্মগী পাওতাক অয়াম্বা ঐখোয় ইশা-ইশানা চাংয়েং য়েংবা য়াই, নত্রগা ধর্মদুগী পাওতাকী মতুং ইন্না চৎলিবা মীদুগী লমচৎ-শাজৎ উরগসু খঙ্‌বা ঙমই। অদুগুম্বা ধর্মদু চৎপদগী অকম্বা মীওই ওইরকুবা অমসুং অকবা সমাজ অমা ওইরক্লবদি, ধর্ম অদু মরা। ফেংলবা অকবা ধর্মনি।

Religious belief খরগী মতুংইন্না চৎপদগী মতুগী historical result অদু মীওইবদা কায়রবা, নত্রগা মাঙ্‌ননবা ওইরবদি, অদুগুম্বা religious belief অদু চৎনদবনা ফগনি। ধর্মগী পাওতাকশিং (dogmas) অদুনা ঈশ্বরগী নামদা খুদোং চাবা লৌদুনা conflict, war, mass-killing থোকহল্লবদি, নত্রগা মতুনা মী কাংবু খরবু নায়-তোম তাহনবা ওইরবদি (সমপ্রদায়িক ওইরবদি), নত্রগা মীগী হাথলবু মনিংতম্না শিজিন্নহন্দদুনা জ্ঞান পঙ্‌থহনবা ওইরবদি, নত্রগা weaker

section বু exploit তৌহল্লবদি, নত্রগা অকিবা পোক্নুনা superstition দা হেন্না থাজহল্লবদি, অদুগুম্বা ধর্ম্ম অদুবু লৌদবনা ফগনি। অদুগা অমম্বোমদা religious teaching শিং অদুগী মতুং ইন্না চৎপদা self-development, self-discipline অমসুং self dedication তৌবনা মরম ওইদুনা, শান্তি অমসুং ফজবা পুকচেল ওইরক্লবগী মরম ওইরবদি, নত্রগা মদুনা মী পুম্নমক্কী য়াইফনবা অমসুং মী অমগা অতোপ্পা মী অমগগী মতেং পাংথোক-পাংশিন, তৌনবগী অমসুং নুংশিনবগী মরম ওইরবদি, নত্রগা কল্লক-মিহৌবা অমসুং তুকচনবগী মহুত্তা universal law বু পামজনবা ওইরবদি, নত্রগা মতম পুম্নমক্তা মী মশামশাগী ফগৎনবা ওইহল্লবদি, অদুগুম্বা ধর্ম্ম অদুবু য়োকখৎপনা ফগনি।

## (গ) ধর্ম্ম অমগী মনুঙ্দা মত (Opinior) মান্নদবা কাঙ্বু ময়াম অমখক্তদা পুনশিন্নবগী উপায়।

ধর্ম্ম অমগী মনুঙ্দা major issue দা মত মান্নরকত্রবদি, হায়বদি ধর্ম্ম অদুগী মনুঙ্দা লৈবা চৎনগদবা নিতি নিয়ম ময়াম অদুদবু ওইরবস্তু, নত্রগা বেদ, উপনিষদ, ধর্ম্মশাস্ত্রশিংদা য়াওরীবা ৱাহৈগী interpretation মান্নদবদগী ওইরবস্তু, মত মান্নদবা ধর্ম্মগী মী কাংবু কাংবু থোরক্লবদি, তৌজিক্কী মতমগী মীওইবদা অকায়বা অমসুং অশোনবা কয়া ওইরকই। অদুগুম্বা ফীভম অদুদা, science কী মতেংনা ধর্ম্ম অদুগী অচুম্বা শরুক অমসুং অরানবগী শরুক, খন্দোকপা ঙম্মী। তৌইগুম্বসুং অম্মম হায়না মত মান্নদবগী মনুঙ্দা অরান অদুই থিদোকপগী মহুত্তা, compromise অমসুং Integration গী method শিজিন্নদুনা, মত মান্নদবা ধর্ম্মগী মী কাংবু-কাংবু অদু অপুনবা অমখক্তদা ওইহনবস্তু য়াই।

Conflicting ideas অদুনা মীওইবগী জ্ঞানগী মায়কৈদা challenge গী মওং অমা ওইরবস্তু, মদুনা মরম ওইদুনা অনৌবা knowledge অমা পুথোরক্লবগী মচাক অমা ওইহন্দবস্তু নত্তে। মরমদি, অদুগুম্বা

conflicting ideas না অমুক্তা হেন্না থিজিন-হুমজিন্দুনা research তৌনবগী বাখল পোকচল্লী। অমুক্তা হেন্না মরু ওইবা রাকম অমনা, ধর্ম্মশাস্ত্রগী মরমদা নৈনবা মমাংলৈগী thinkers অমসুং pandit শিংনা মখোয়গী হাক্তক্তগী হৌনা ধর্ম্মগী ওইবা conflicting ideas থো-রক্তল্লমলবনিনা, হৌজিক্কী মতমগী scientific যুগকী মীনা, হায়রগী conflicting ideas অদু অমত্তা নত্তবা, বেদ দা য়াওবা ideal ওইবা বাখলশিং অদুতবু লৌশিন্দুনা, হায়রগী idea দগী হেন্না ফবা ইনৌ-নৌবা হৌজিক্কী মতমগী facts কম্ব চায়বা, ধর্ম্মগী idea অমা পুথোকপদা করি কায়বগে? খুদম ওইনা হায়রবদা গীতাদা হায়রীবা যোগ-গী অর্থ অসি commentators শিংনা তোঙান-তোঙানবা অর্থ পুথোকই। করি অমুক হায়রুখিনি, গীতা মশামক্তা অধ্যায় ১৮ গী অধ্যায় খুদিংমক্কী অরোইবদা, যোগ-অমমম্গী মমিং থোল্লি, মতুদি বিষাদ যোগ, সাখ্যা যোগ, কর্ম্ম-যোগ, জ্ঞান যোগ, কর্ম্মসন্যাস যোগ, ভক্তি-যোগ অসিনচিংবা। অসুম তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থাজৈশেংবা intention করিনো খঙদবনা, মী পুম্নমক্তা কঙাওনহল্লি।

হায়রগী fact পু পামলক্তুনা অনৌবা fact পুথোরকপা অদুবু scienceনা তরাম তরাম্না লৌই। মরমদি, science কী মায়কৈরোমদা য়েংলুরবদি, হায়রগী অরিবা fact পু অনৌবা fact পুথোক্রবগী মুক্ষম ওইনা শিজিনৈ। মতৌ অদুগুম্নদুনা ধর্ম্মগী মায়কৈরোমদা য়েংলুরবসু, হায়রগী conflicting idea শিং অদু অমত্তা ওইনা অমথক্তদা পুনশিল্লগা, মীয়ামদা হেন্না কান্নবা অমসুং বাখলসু য়াম্না হেন্না পাকচাওবা অনৌবা religious idea না ওইবা হিন্দু ধর্ম্মগী সনাতন ধর্ম্মবু য়োকথৎপদা, scientific যুগ-কী মীওইনা পাম্বা হেল্লী।

**(ঘ) Truth না Authority দগী অথোইবনি হায়না খঙহনবা।**

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মনাই অর্জ্জুন-দা গীতাগী উপদেশ তাকপা পুমলোয় লোইরগা অসুম্না হায়রী মহুদি— "থুম্নদগী থুপ্পবা জ্ঞান অসে এৈনা

নঙ্গী মফমদা ভাক্লখনি। মত্থু অমত্তা চিথদনা বাখল তৌরগা নঙ্মা কৈ হায়না লেপ্পা অনিংবা অদু তৌ॥ (গীতা ১৮॥৬৩)। চহি লিশিং মঙাহোমগী মমাংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না science কী fundamental principle ওইবা মরমবু মীওইবদা ভাকপীরম্মী। হায়বদি, ইশা ইশাগী বুদ্ধিদগী থোরকপা judgement পু শিজিন্নগদবনি ভাকপিরী। মমাংঙৈগী মুনিঋষিশিংনা ধর্মগী মরমদা ভাকপীরমলিবা অদুবু ঐখোয়না লুনা তৌগদবনি (regard) অমত্তুং ভাকদবনি। অদুমদি ওইরবদা, মখোয়শিং অদুনা ঐখোয়বু য়োহিল্লং-কোলগৌ চনশিনবগুম্না কাভিন্দুনা ঐখোয় ইশা-ইশাগী বুদ্ধিবু কাভিল্হল্লোইদবনি, হায়বদি হিরম অদুদা অমুক্তা হেন্না ফগৎনবা ঐখোয় ইশা-ইশাগী জ্ঞান্না লেপ্পুনা খিজিন-হুমজিনগদবনি। অদুম তৌদুনা খিজিনবা অদুনা, ঐখোয় ইশা-ইশাগী চময়বা জ্ঞান কোকহন্দুনা, অরেম্বা জ্ঞান অমা ফংনবা হোৎনগদবনি। Perfect ওইমনব্রদুনা মদুবু অমুক improve তৌবা য়ারোইদৌবা, বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, simple ওইমনব্রদুনা মদুবু অমুক হন্না simplify তৌবা য়ারোইদৌবা অদুগুম্বা বাখল (concept) অদু য়াম্না ভাংমনব্রদুনা, মীনা খনকম থোক্কবা য়ানি হায়না লৌগনি, অদুগা অদুগুম্বা বাখল অদু লৈকমনু থোক্কে। মরমদি perfect হি ঈশ্বরতগী মতম-নি। হায়দগী চৎনরক্লিবা বাখলশিং অদু (traditional thoughts) মতম-মতমঅদুগী fact কা চাম্নরকত্রবদি, facts কা চাম্ননবা মখোয় অদু হোংদোকলোইদ্রা? হায়বদি Authority গী ময়েংতগী (Views), Truth না হেনহল্লোইদ্রা?

মহাত্মা গান্ধীনা হায় মখুদি, "Reason অমসুং morality গা চাম্নদ্রবা ধর্মগী পাওতাকশিং (doctrines) ঐনা লৌবা ঙমদে। unreasonable ওইবা ধর্মগী পাওতাক ওইরবসু immoral বু নত্রবদি, ঐনা খাঙবা ঙমী। গীতাসু য়াওনা scriptures পুম্নমক ইশানা judgement তৌহৈ। ইশাগী reason বু scriptural text না নমথহনবা

ঐনা থাঙ্‌বা ঙমদে। মরু ওইবা ধর্মগী লাইরিকশিং, মতুদগী হেন্নোক-প্রতুনা লাইগী থৌজান কংলবা লাইরিক ওইরবস্তু, মথোয়শিং অসি double distillation গী process তা চাং য়েংবগী দরকাররনি। মথোয় অসি ইহান হানবদা মীনা ওইখিবা prophet কী throughদগী থোরকপনি। মতুংদা commentator, অমসুং interpreter শিংগী through দগী থোরকপনি। ঈশ্বরদগী direct ওইনা লাকপা বাহৈ অমত্তা নত্তে। Mathew না Text অমবু অর্থ অমা পুথোকুনা হায়গনি, অতুগা John না Text অদুমক অতোপ্পা অর্থ অমা পুথোকুনা হায়গনি। ঐনা লাইগী ওইবা মপাওথোঙবু (divine revelation) য়ানিংলবস্তু, ঐগী reason বু surrender তৌবদি ঐনা ঙমদে। মরমদি অমবু ওইরবস্তু, অমবু ওইরবস্তু "spirit তনা অহিংবনি, letter দি অশিবনি। (The letter killeth, the spirit giveth life.)"

ঈশ্বরনা মীপুম খুদিংদা intellect অমমম, অমসুং freedom of action থজিকুংগা শীনবী। মীওইবদা লৈরিবা intellect অমসুং freedom অসি ঈশ্বরগী অঙকপগী মশক ওইবা থৌজাননি। মথোয় অসিনা মী-গা শা-গা খেন্নহল্লি, শা-দগী মীনা অৱাংবা থাক্কী জীব ওই-হল্লি, অমসুং মথোয়শিং অসিনা ইশা-ইশাগী ওইবা মগুণবু মীয়ামদা থঙহন্নবগী responsibility ওইহল্লি। অসিগুম্বা responsibilityগী থবক তৌরিবা মথোয় অসিবু, scripture দা নত্রগা গুরু অমদা transfer তৌবা য়ারোই। মরমদি scripture অমসুং গুরুনা ঐথোয়গী intellect পু training পীদুনা develop তৌহল্লবস্তু, মথোয়না ঐথোয়গী intellect কী মহুৎ শিনবদি কৈদৌঙৈদসু য়ারোই। মরমদি মথোয়না ঐথোয়দা তোঙান-তোঙানবা ফীভমগী মতুং ইন্না তৌগদবা নিয়ম মথল কয়া অমা ঐথোয়দা তাক্লি। অদুমদি ওইরগা, অদুগুম্বা নিয়মশিং অদুগী মহুত্তা, করম্বা অথল্লবা মী অমগী, করম্বা অথল্লবা নিয়ম অমনা, তুংদা ওইরকদবা মীনা থঙবা ঊমল্লবা অথল্লবা থৌদোক অমগী

চান্নবা নিয়ম ওইপদৌরিবনো হান্নবা অতুদি ভাক্তে, অতুগা ভাকপস্থ ওইখোক্লোই। মী মশামক অতুনা নিয়ম অমখক্তবু, ময়াম অতুগী মহুংদগী খঙগদবনি। মসিনা ভাকপবু, মী খুদিংমকী চান্নগদবা নিয়ম অসিনি হায়বসি চপ, চানা খঙদে। অমুম হায়না জ্ঞান ভাদনা selection অমসুং rejection তৌবা অসিনা মরম ওইদুনা, religious teachings অমাম্বা হোংদোক-হোংজিন তৌরক্লে। অতুগা religious teachings খরদি মীনা শিজিন্নদতুনা কাম্ব-থাঙ, ওইনা অতুন লৈরে। খরনা হৌজিক ফাওবা চৎনরী। Individual অমনা নত্রগা group অমনা মশানা অপাম্বা নিয়মবু খঙবসি, অম্মাম্বনা অমানবা নিয়ম ওইগল্লি। মসিদগী ওইরকপা কলদি, ঐখোয়গী ধর্মগী মরাম চান্নখরক্রবগী মরম অচৌবা অমা ওইরক্লে। হৌজিক ঐখোয়না তৌগদবদি, ঐখোয় ময়াম্না পুন্নপ পুন্না খন্নরগা, খ্বায়দগী মচং ওইবা, মরু মরু ওইবা ধর্মগী পাওতাকশিং অতুবু লৌখৎলগা, মখোয়শিং অতু মীওইবগী পুন্সিগী মফম চাবা অমসুং চুনগদবা খবক-খৌওংশিংদা শিজিন্নবা হোৎনগদবনি।

## (ঙ) অফবা মায়কৈদা হোংদোক-হোংজিন তৌবা দরকারনি।

লেঙবা অমসুং হোংদোক-হোংজিন তৌবা হায়বা অসি অহিংবগী খুদমনি। খবক তৌরিবা পুন্নমক, লেঙলিবা পুন্নমক, চাওবা নাইরিবা পুন্নমক, চাওখৎপা (progress) পুন্নমক, হোংদোক-হোংজিন নাইবা হায়না খঙনৈ। spirit অমসুং body হান্নওম্না অতুম্মক লৈরবসু, হকচাংগী cell শিংদি ইতৎ-তত্তনা হোংলি, অতুদগী হেন্দোকপ্রতুনা ঐখোয়না শিজিন্নরীবা কি কাওবা তত্তনা হোংলি। মতৌ অতুওম্নতুন, Individuals, Communities অমসুং Religious Institutions পুন্নমক্না অনৌ-অনৌবা idea বু লৌশিন্দুনা অমসুং খবক ওইনা পাংথোক্লুনা, অতুগা কান্নত্রবা, মতমগা চান্নত্রবা লিরবা ideas বু অত্তৎপা লৈতনা থাদোক্লুনা,

চাওখৎননবা হোৎনগদবনি, হায়বদি অকবরোমদা হোংদোক-হোংজিন নাইহন্দুনা, অহিংবা ওইহনগদবনি।

হিন্দু ধর্ম্ম অসি চাওখৎলক্লিবা উপাম্বী অমগুম্বনি। উপাম্বী মচা অমবু natural force না মরম ওইহনা, মশা মতোমতা চাওখৎচরকনি হায়না, মীনা করিমত্তা য়েংশিল্লুদনা হুন্দোক্লুনা পম্বা অহুগুম্না, হিন্দু ধর্ম্মসু থায়নৈগী লৈরমলিবা ফীভম অদুদা করিমত্তা হোংদোক্-হোংজিন্, তৌদনা, অশিবগুম্না হুন্দোক্লুনা থম্গুমসি। মহুগী মহুৎতা মীয়ামগী collective wisdom অমসুং experience শিজিন্নহুনা, ধর্ম্ম অসিবু হায়রদগী হেন্না চাওখৎনবগী মায়পৈদা পুথৎকক্লবা হোৎনগদবনি। পাম্বী মচা অমবু চাওখৎহন্দুনা মহৈ নিংথিজনা পালহন্নবগীদমক, ঐখোয়না পাম্বী অহুগী অকোয়বদা হৌরীবা নাপী-শিংবী শেংদোকই, হার হাপ্পী, মখোংদা ঈশিং চাই, অহুগা অকংবা মশা মরেং লৌথোকই। মতৌ অহুগুম্নহুনা, ঐখোয়না হিন্দু ধর্ম্মবু চাওখৎহন্নবা, scientific method শিজিন্নহুনা অন্নীবা, চৎনহুবা অমসুং মীভোন্দা কান্নহন্নবা ধর্ম্মগী ৱাখলশিংবু (ideas) থাদোক্লবা হোৎনসি, অহুগা মতম মতমগী ওন্নকুলিবা facts কা চান্নবা ধর্ম্মগী অনৌবা ৱাখলশিংবু লৌশিন্নবা হোৎনসি। “The old order changeth, yielding place to new. And god fulfils in many ways, lest one good custom should corrupt the world”.

Enlightened religion অমসুং outmoded religion মখোয় অনি অসিবু, ঐখোয়না য়ান্না খেন্নহল্লিবা অসি অতৈ করিমত্তা নত্তে, ঐখোয়না অপাম্বা অমদা কা হেন্না পুক্নিং চংশিল্লুবদগীনি। মরম অহুনা হৌজিক মতমগী scientific যুগ অসিদা, individual emancipation গী মহুৎতা, collective good ওইরক্লবা, ইশানা থবক তৌবা ম্যাওদবা prayer অমসুং worship কী মহুৎতা, ইশানা হৌজিক তৌরিবা থবক অহুনা prayer অমসুং worship নি থন্দুনা duty

পাংথোকপা অহুনা লোকসংগ্রহগী মায়গৈদা পুররুবা, মফম খঙ্্রবা লাপথ্রবা ভাবনা শাবা লমথুংকমবু মুক্তিনি হায়না খন্বগী মহুৎতা, হৌজিক-হৌজিকমক practical ওইনা উরিবা জীবশিংবু ঈশ্বরমক্তি খন্দুনা তৌবা পাংথোকপা য়াবা থবক্কী মায়গৈদা পুররুবা. super natural power পাম্বগী মহুত্তা, মী-মীচুগী হৌজিক্মক তৌরিবা profession অহুদা super-excellence ওইহন্নবগী মায়গৈদা পুররুবা, ভাবনা শাবা heaven দা Trnth পু থিবগী মহুত্তা, ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা পৃথিবী অসিদা Truth পু খঙ্ননবা থিজনবগী মায়গৈদা পুররুবা, চিংগুংগী শুরুংদা অমস্তুং লাপথ্রবা জজলগী উমুংদা ঈশ্বরগী মতাল ভাবনা উননবা হোৎনবগী মহুত্তা, মফম খুদিংদা অমস্তুং জীব খুদিংমক্কী মশা মমুঙ্দা ঈশ্বর লৈ হায়না ভাবনা উননবা হোৎনবগী মায়গৈদা পুররুবা, অমস্তুং outmoded ওইবা religious belief থাদোক্লুনা scientific অমস্তুং enlightened ওইবা religious belief পু পুক্লিং চংননবগী মায়গৈদা চংশিন্নবা ঐখোয় ময়াম্না হোৎনসি।

## (চ) অথুপ্পা মনুঙগী ৱা খঙ্হনবা।

মী অয়াম্বনা থাজনৈ, মচুদি থবক শুবা হায়বা অসি অতোনবা অমস্তুং চাৎথৎতবা হস্তবা মীশিংগীনি। অহুনা মরম ওইহুনা, মী অহুনা অচৌবগী (চাওথৎপগী) থাক্কা হেন্না-হেন্না কাথৎলকপগী মতুং ইন্না, থবক শুবগী থাওন্তু অস্তুম অস্তুম হস্তরকনি। হিন্দু ধর্ম্মগী মতুং ইন্নদি, মীনা থবক শুবা পামদবগী মরম অসি, তোঙানবা শেরান্নবা লৌবা ৱাথল অমস্তু লৈ। মচুদি থবক শুবা হায়বা অসি, মী অহুনা পৃথিবী অসিদা হিংলিতৈদা মুংঙাই য়াইফনা লৈনবকীদমক্তা ওইবমা, মী মশামক অহু পৃথিবী অসিদা পুনশিন্নবগী (binding) মরম ওইহল্লি। হিন্দু ধর্ম্মবু চংলিবা মীচুগী লমথুংকমদি, মী অহুনা পোকপা শিকা লৈতনবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু

ফংজবনি, হায়বদি physical world দা অমুক পোকপা, অমুক শিবা লৈতনবা, পৃথিবীবু মপুং ফানা থাদোকপনি। মরম অসিনা, থবক শুবা হায়বা অসি, ধর্ম্মগী মায়কৈদা য়েংলুরবদি unholy নি অমসুং inauspicious নি হায়না শেরায়বা বাখলদা লৌই। শন্না হায়ররবদা, worship অমসুং prayer ভনা liberation ফংনবগী মরম ওইহল্লি, মরমদি মহুতনা ঈশ্বরগা মরী লৈনহল্লী হায়না খল্লি। বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, থবক শুবনা পাপ লংশিল্লি অমসুং অবাবা ওই হায়না থাজনৈ, অদুগা worship অমসুং prayer না থবক, শুকসু শুদবা হায়বা অদু ওইহন্দুনা (physically actionless), perfection অমসুং Bliss ফংননবগী মরম ওইহল্লি। অসিগীসু মথক্তা, মরম অতৈসু হায়রী, মহুদি কনাগুম্বা ধর্ম্মলৈবা মপুক শেংবা মী অমনা ঈশ্বরবু পুক্লিংগী জ্ঞাম্না উবা ফংলবদি, মহাক অদু "আপ্ত কাম" (Apta kama) ওইরবা মীনি হায়না খঙৈ। হায়বদি অদুগুম্বা মী অদুনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌরুদ্রবসু, মহাক্তা অপাম্বা মথৈ ফংই। অদুগুম্রদুনা, কনাগুম্বা মী অমনা ঈশ্বরগী grace অমসুং will দা মপুং ফানা surrender তৌরবদি, ইবুংঙোনা মনাই অদুগী মরমদা হীরম খুদিংমক্তা য়েংশিনবী, করিমত্ত' বাহন্দে হায়না থাজৈ। মরম অদুনা, মী অদুনা মশানা থবক অমত্তা শুননবগী মরম লৈতে।

মথক্তা হায়রীবা থাজবা মখল অনিমক অসি অরানবনি। মরমদি ঐখোয়না খঙই, মহুদি অর্জ্জুন শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মনাই অচানবনি, অদুগীসু মথক্তা, মঙোন্দা ইবুংঙোগী বিশ্বরূপ দরশণ পীবিরবনি। (গীতা ১১।।৯) অমসুং অর্জ্জুন-না ইবুংঙোদা আত্মসমর্পণ তৌরবনি। (গীতা ২।।৭)। অসিগুম্বা ফীভম অসি ওইরবা ফাওবদা, অর্জ্জুন-না মহাকী মথৌ পাংথোক্নবগী responsibility অদু তৌদবা য়াদদুনা মহাভারতকী লান, শোকৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা আর্জ্জুনগা লৈনরীবা মরী অসিনা মীওইবদা খঙহল্লি, মহুদি ঈশ্বর মীওইবগী মরুপনি, philosopher নি

অমসুং guide নি। অদুমখদি ওইরবদা, মী অদুগী তৌকম থোকপা মথৌ থাদোক্কুনা থবক তৌবা লেপ্পা য়াদে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ভক্ত অমনা মাগী মথৌ অদু মশানা কয়া ওম্বমখৈ হোৎনবদা ওমলকত্রবা মতমদা, ঈশ্বরনা মনাই ভক্তগী অবাবদগী কনবী। মদুগী খুদম মহাভারতকী লাল্লা ভীষ্মনা কাপথোক্লকপা "নারায়ণ অস্ত্র" কৌবা তেন অদু অর্জুন-না ওাকপা ওমত্রদুনা শিবা তারবদা, ইবুংঙোনা "নারায়ণ অস্ত্র" তেন মাঙ্-হন্দুনা অর্জুনবু কনখি। মতৌ অসিগুম্বদুনা, পাণ্ডু মহারাজকী মচানিপা মঙানা মা-মাগী মথৌ অদু, মশানা ওম্বমখৈ কয়া হোৎনরবসু পাংথোকপা ওমত্রদুনা অবাবা তারবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না কনখিবা থৌদোক কয়া মহাভারত ইতিহাসতা য়াওরী।

ঈশ্বরবু prayer অমসুং worship তৌদুনা, থবক অমত্তা তৌ-ত্রবসু, perfection অমসুং selvation ফংই হায়না, চৎনবী অমা ওইনা, মীনা খাজনৈ। অদুনা মরম ওইদুনা, prayer অমসুং worshipতদা পুক্নিং চংখিদুনা থবক শুদনবগী মরম ওইরক্লে। অসিগুম্বা অরানবা বাখল অসিবু তৌদনবগীদমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা মথাগী অসুম্বা কোং-দোকলী। মদুদি—

"মীওইবনা কর্ম্ম তৌদনা কর্ম্ম থাদোকপা ঙমদে। অদুগা চুম্মা সন্যাস তৌবতনসু সিদ্ধি ফংগনি হায়বা লৈতে। (গীতা ৩॥৪)"

"কনা অমতনা করিগুম্বা মতম্দসু মিকুপ অমতং ফাওবা থবক তৌদনা লৈবা ঙমদে। মরমদি জীব পুরুষক প্রকৃতিদগী পোকপা গুণশিংনা নমদুনা থবক তৌহল্লি।" (গীতা ৩॥৫)

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী তৌগদবা থবক অমত্তা লৈত্রবসু, ইবুংঙোনা মতম পুম্নমক্তা থবক তৌদুনতা লৈ। মদুনা মীওইবদা মতৌ তম্মক্নবগী মরম অমসু ওইহল্লি। (গীতা ৩॥২২-২৩) মীওইবা হায়বা অসি প্রকৃতিগী মখুৎতা পোকদুনা হিংবা জীব অমা ওইবনিনা, অদুগা অহিংবা হায়বা

অসিনা লেঙহুনতা লৈবা, হায়বদি থবক তৌহুনতা লৈবা অতুবু খঙ্নবনিনা, থবক তৌদবনা অশিববু খঙ্নৈ। (state of inaction means state of coma or death)। হায়রীবা থৌওং অসি খঙ্-হনগে হায়বগীদমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অর্জুনগী মকমদা অস্থুম্না খঙ্হল্লি মতুদি "নহাক্না নথৌ পাংথোকউ, মরমদি থবক তৌবনা তৌদবদগী ফবা হেন্নী। থবকপু তৌত্রবদি নহাক্কী হকচাং অতু ফাওবা লৈবা য়ারোই॥ (গীতা ৩।৮)"। মরম অসিনা মী অতুগী তৌকম থোকপা duty অতুবু তৌদহুনা, লাই নিংহুনতা লৈরগা perfection অমসুং salvation ফংগদবা নত্তে। মী অতুনা মাগী duty অতু পাংথোকপদা selfless ওইনা, হায়বদি মহাক্না তৌরিবা কর্ম পুম্বা ঈশ্বরদা ভাবনা কৎথোক্লুনা থবক তৌ হায়না গীতাগী ১৮শুবা অধ্যায়গী ৫৭শুবা শ্লোক্তা হায়রী।

মরম পুম্নমক অসিদগী ঐখোয়না খঙ্লে, মতুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু থুরমজবা অমসুং পূজা তৌজবগা লোয়ন-লোয়ননা, ইশা-ইশাগী তৌকম থোকপা duty অতু selfless motive তা নিংথিজনা পাংথোকলবা কান্দতা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-চরণ ফংবা ওইগনি। মসিগী থুদম অমা ওইনা ঐখোয়না নিংশিংবা য়াবদি, কনাগুম্বা state governmentকী থবক তৌবা মী অমনা, খুয়দগী চাওবা India গী president পু ফংনবনি হায়দুনা, মহাক্কী official duty অতু থাদোক্লুনা, President কী মনাক্তা চৎতুনা মাবু থুরমদুনা লৈরগা, President পু ফংগত্রা? মী অতুবু office তগী শোয়দনা তানথোকলকনি। President পু worship অমসুং prayer তৌবা হাযবা অসি, মী অতুগী official duty তৌবা অতুনা ওইগদবনি। মতৌ অতুগুম্নতুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-চরণ ফংজগে হায়রবদি, ঐখোয় ইশা-ইশাগী duty তৌহিবা অতুবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবা তৌরিবনি হায়না থন্দুনা, selfless motive তা duty তৌরবতদা ওইগনি।

**(ছ) থবক তৌবগা পূজা তৌবগা মতুং চপ মানৈ হায়না খঙ্‌হনবা।**

Work কা worship কা contradictory নত্তে, complementary নি। মরম অসিনা, মখোয় অনিমক অমত্তা অমম্ব শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পূজা তৌবা ঙাক্কনি। থাঙ্গৎশংবমকত্তু, worship সু work নি, মরমদি মীওইবগী activity দা govern তৌবা natural law অদুমক্তা spiritual result পুত্তু govern তৌই। লৌকিক ময়াম্না চৎনরীবা লাই মরাৎ অসি (conventional worship) স্বর্গদ· লৈবা মীৎনা উত্রবা ঈশ্বর অদুবু লাৎপনি। থবক তৌবা হায়বা অসিনা খঙ্‌নবদি, জগৎ-সংসার অসিগী মপুঙ্‌দা লৈবা ঐখোয়গী মীৎনা উৎরিবা হকচাং লৈবা মশিং লাকপা ঙমত্রবা জীব পুম্নমকপু, মরু ওইনা মীওইববু মপান্দা উহল্লবা ঈশ্বর ওইনা লাৎপনি অমসুং সেবা তৌবনি। মরম অসিনা conventional worship না খঙ্‌নবদি fractional worship নি, tctal worship নত্তে, হায়বদি—অহিংবা জীব পুম্নমকপু য়াওদবা ঈশ্বর অদুবু worship তৌবনি, complete and Absolute whole ওইবা ঈশ্বর অদুবু worship তৌবা নত্তে। মী অদুনা conventional worship তৌবা অদু unselfisn motive তা তৌরবা, অদুগা মদুদগী কংলকপা ফল অদু ময়াম পুম্নমক্কী কান্নবদা শিজিন্নরবা, অদুগুম্বগী worship মতৌ অদু ওইরবা কান্দতা, মী অদু লাইরমলেম্না, হায়বদি স্বর্গদা কাখৎলি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ওইরিবা Absolute Truth অদুগী নাক্তা য়ৌবদি নত্তে।

ময়াম্না লৌকিক থাজনরী, মদুদি Prayer, Japa অমসুং meditation তনা ধর্মগী ওইবা থবকনি, অদুগা মখোয়গী মতেঙ্‌তনা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনবা ঙম্মী। অদুবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না থবক তৌববু য়াম্না থাংনা থাজৎতুনা কর্ম তৌবতনা ইবুংঙোগা অমত্তা ওইপনি(communion)

হায়না গীতাদা তাকলি মতুদি "ইবুংঙো মহাক্না যজ্ঞ খুদিংমক্তা লেঙ্দনা লৈ। (গীতা ৩।।১৫)" "যজ্ঞগী মপোৎ মচৈ পুম্নমক অমসুং যজ্ঞগী তৌরিবা থবক খুদিংমক মহাকনি। (গীতা ৯।।১৬)" "যজ্ঞদি মীওইবনা তৌরিবা কর্ম্মদগী ওইবনি। (গীতা ৩।১৪)" হায়বদি unselfish work পুম্নমক, অতোপ্পা মীগী ফনবগীদমক মহাক্কী time, energy, wealth পুম্নমক sacrifice তৌদুনা তৌরিবা থবক পুম্নমক যজ্ঞনি। "অফবা থবক তৌ-নিংবগী বুদ্ধি, তেজ অমসুং পাঙ্গল শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী থোরকপনি। (গীতা ৭।।১০-১১)" "অদুগুম্বা অফবা থবক অদুগী ভোক্তা অমসুং প্রভু (মপু) অদুসু শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননি। (গীতা ৯।'২৪)" মরমদি থবক তৌবদগী কাম্নবা ফংলিবা মীশিং অদু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy না ওইবা হকচাং লৈবা থবায় পানবা জীব ওইনা manifest তৌরবা মক্তনি। পুম্নমক অসিনা খঙ্ঙলিরবদু, কনাগুম্বা মী অমনা অফবা থবক (যজ্ঞ) অমা তৌরবা, অফবা থবক তৌনবগী planning তৌরিবা পুম্নমক অসি, মী অদুনা prayer, Japa অমসুং meditation গী মতেঙ্না ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনবা (communion) অদুগুম্বা, Supreme Reality ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মরী লৈননা থবক তৌদুনা ইবুংঙোগা অমত্তা ওইশিনবনি (communion)। অসিগুম্বা থবক মতৌ অসিনা, ঈশ্বরগা মীগা অমত্তা ওইশিন্নদুনা তিন্নবা কর্ম্ম-যোগকী basic idea নি। মরম অসিনা, মীনা মহাক্কী তৌফম থোকপা duty অদুবু থাদোক্লগা highest perfection ফংগদবা নত্তে, মী অদুনা selfishness, sense of proprietorship অমসুং egoism বু থাদোক্লগা অহিংবা জীব পুম্নমক্কী, মরুওইনা মীওইবগী সেবাগী মশক ওইনা থবক তৌবগা লোয়ন-লোয়ননা conventional worship সু তৌরবাদ, অপুনবা থবক মতৌ অসি অসিনা, complete and absolute whole ওইবা ঈশ্বরবু worship তৌবা ওইহন্দুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মী অদুনা ফংজগনি।

হৌজিক ফাওবদা চৎনরীবা practice কী মতুং ইন্না, ধর্ম্মগী ওইবা থবক (sacred) অমসুং সংসারিক্কী ওইবা থবক (secular) অনি অসি

য়াম্না থেংনহল্লি। হৌজিক্কী scientific যুগ অসিদা ধর্ম্ম চাওখৎহন্নবগী থাজৈখেংনা দরকার ওইবদি, sacred অমসুং secular গী খবক অনিমক অসিগী মশুগ চপ মান্নবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবনি। মুনি ঋষি কয়ানা অসিগুম্বা খবক মতৌ অসি ভৌনবা কন্না হোৎনমন্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা, স্বামী শিবানন্দনা ইবা লাইরিক "the voice of Himalayas" হায়রবা অদুদা হায়রী, মহুদি "work is worship, work is meditation, work is seva of the Lord". Arabia গী অকাওবা fighter অমসুং scholar ওইবা মী Thomas Edward Lawrence কৌবা অদুনা হায়রম্মী, মহুদি "মীওইবা ঐখোয়গী পাপ কোকহনসি হায়রবদি, মী মীচুগী হৌজিক ভৌরিবা খবক অদু হোৎদোক-হোৎজিন ভৌরগা ওইগদবা নত্তে, পোকপদগী ওইনা মশাগী হৈনবী অমা ওইনা ভৌরীবা খবক অদু, ঈশ্বরগীনি হায়না খন্দুনা ভৌবনা পাপ কোকপা ওইগদবনি।" স্বামী বিবেকানন্দগী শিষ্য Sister Nivedita না হায়রম্মী মহুদি "খবক ভৌবা হায়বা অসি অতৈ অমা নত্তে, nature ওইনা ঐখোয়না মপান্দা উরিবা great power অদুদা, খবক ভৌরিবা মী অদুনা কৎপা, পূজা মখল অমনি। Sacred কা secular গা হৌজিক্কী মতমদা করিমত্তা খেন্নদে। খবক শুবা হায়বা অসি, prayer মখল অমনি। মী অমগা অমগা মরেক্ত, শীনবা হায়বা অসি, পূজাদগী হেন্না কৈ।" অসুম হায়না অকাওবা মুনি ঋষিশিংনা শীনরিবা মত (view) ময়াম অসি লাওতবদা মরাইরে। অকবা খবক ভৌবা হায়বা অসিনা perfection অমসুং ঈশ্বর কংননবগী মরু ওইবা খাদোকপা য়াত্রবা উপায় অমনি হায়না খন্দুনা, খবক্তা মীয়াম্না চংশিনবা দরকারনি।

## (জ) মীনা করিগী খবক ভৌগদৌরিবনো ?

মীওইবগী পুন্সি অসি মুন্না থিজিন্নুরবদি অতৈ অমা নংলমত্রে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী লৈফম ওইরীবা গোলোক বৃন্দাবন হায়না খঙ্‌নবা ultimate

goal অদু য়ৌনববা চৎপা, pilgrimage মখল অমনি। হৌখিবা মপোকী কর্মগী মতুং ইন্না, জীবশিংনা nature কী evolutionary processতা চংখিদুনা, হৌজিকী পূন্সি অসিদা মী ওইনা পোকুনা, pilgrimage চৎলিবনি। ফীভম অসিবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাগী ৩শুবা অধ্যায়গী ৮শুবা শ্লোকতা "শরীর যাত্রা" হায়না ফোংদোক্লি। অসিগুম্বা "শরীর যাত্রা"গী মতম অসিদা, থবকপু তৌত্রবদি মী অদুগী হকচাং ফাওবা লৈবা য়াদ্রোই। মরমদি—"থবক তৌবা" হায়বা অসি লেঙ্‌ঙ্‌দুনা লৈববু খঙ্‌নৈ, হায়বদি অহিংববু (life) খঙ্‌নৈ। লেঙত্রবদি, হায়বদি থবক তৌত্রবদি, অশিববু (death) খঙ্‌নৈ। শন্না হায়রবদা, থবক তৌত্রবদি হকচাংসু লৈবা য়াত্রবা হায়না খঙ্‌নৈ। থবক তৌবা হায়বা অসি মীওইবগী মঙ্গলগীদমক তৌদবা সুকয়া য়াত্রবনি হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না "লোক সংগ্রহ" হায়বা বাহৈ অসিনা, গীতাগী ৩শুবা অধ্যায়গী ২৫শুবা শ্লোকতা তাকখিরি। মরম অসিনা, জ্ঞানীশিং যাওবা মখোয় মশামক্কী দরকার লৈত্রবা ফাওবদা, থবক তৌবা থাদোকপা য়াদে। মীওইবগী সমাজবু শেমলিবা ঐখোয় খুদিংমক্কী হিংনবগী অমসুং নুংঙাই-য়াইফনা লৈননবগী দরকার ওইবা পোৎ পূন্নক, মী মশা মতোমতনা পুখোকচবা ঙমদে। শন্না হায়রবদা, মীপুম খুদিংমক্কা মানা মানা হৈজবা শক্তিগী মতুং ইন্না থবক তৌদুনা পুখোরকপা তোঙান-তোঙানবা পোৎশং অদুনা মরম ওইদুনা, মিপুম খুদিংমক্কী হিংবা অমসুং নুংঙাই-য়াইফবা ওইরিবনি, নত্রবদি মী অমত্তম হিংবা য়াদে। অসিগুম্বা co-operation গী মওং ওইবা থবক মতৌ অসিবু "লোকসংগ্রহ" হায়না খঙ্‌নৈ। কনাগুম্বা মী অমনা মশাগী ওইজবতা খন্দুনা, লোকসংগ্রহগী থবক্তা সুকয়াও য়াওত্রবা মী অদু উতাংবীগুম্বা জীবনি। অসিগুম্বা মীতা অসিবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাগী ৩শুবা অধ্যায়গী ১২ অমসুং ১৩শুবা শ্লোকতা "হুরানবা অমসুং পাপ চেন্নবা মী" হায়না ফোংদোক্লি। হায়বাদি দেবতাশিংনা (মীওইবা সমাজগী মীপুম খুদিংমক্কা মানা মানা ওনজবা শক্তিনা) থবক তৌজদুনা

মী খুদিংমকী হিংননবা অমসুং মুংঙাই য়াইকনা লৈননবা ভোগ পীবিরগা, দেবতাশিংগী (মীওইবা সমাজগী) শরুক তম্‌দনা মররাই চাথোক্লিবা মীদু, হুরানবনি অমসুং পাপ লৈবা মীনি। শম্না হায়রবদা, থবক তৌবা অমসুং লাই নিংবা (কর্ম্ম-যোগ অমসুং ভক্তি যোগ) (work, worship, prayer and meditation) পূন্না চৎমিন্নদবা য়াদে।

"শরীর যাত্রা" অমসুং "লোকসংগ্রহ"গীদমক দরকার ওইদুনা মী-ওইবনা হিংলিঙৈদা তৌরিবা থবক পুম্নমক অসিনা, spiritual development কী মরম অমসু অমুক ওইহল্লি। গীতাগী ১৬শুবা অধ্যায়গী ৫শুবা শ্লোকী মতুংইন্না divine qualities না (দৈবীসম্পৎ) liberation ফংননবনি, অদুগা demonical qualities না (আসুরী-সম্পৎ) জগৎ সংসারদা পুন্সিন্নবনি (bondage)। Spiritual culture গীদমক্তা demonical qualities থাদোকপা দরকার ওই, অদুগা divine qualitles বু ফংননবা তানশিনবা য়াই। হায়রীবা divine qualities তানশিনবা অসি, য়াম্না চিকপ্রবা মী তাদবা লমহাং অমদগী থবক অমত্তা তৌদনা ফংবা য়ারোই, হায়রবদি কর্ম্ম য়াওদনা সমাধি ওইবা য়ারোই। মরমদি থবক তৌদুনা অরেঙ্‌বা (moving), হায়রবদি অহিংবা মী (living being) ওইরবতদা, সমাধি ফংননবা হোৎনবা য়াই। অশিবনা সমাধি ফংবা য়াদে। শম্না হায়রবদা, থবক শুবনা মী অদুগী হিংননবগী ভাক্তা নত্তে, spiritual development কীসুনি। অমরোমদা অমুক, থবক শুবা ভাক্তনা spiritual development ওইদুনা, liberation ফংগদবা নত্তে। মরমদি থবকশুবা (action) হায়রবা অসি, অপাম্বা (desire)দগী থোরকপনি। Action না মীনা শিজিন্নবা পোৎশু পুথোকই। মীনা পুথোকপা পোৎ পুম্নমক মহৌশানা finite ওইবা মঙনি। মরম অদুনা, মীনা থবক তৌবদগী খ্বায়দগী করে হায়রীবা ভাঙ্‌না ফংলবা, থা কাওবা কাবা ওইদুনা godhead কুম্বা মঙ্ লৈবা space ship অমা পুথোকপা ঙমলরম্ব, মদু sunday godhead ওইগনি। হায়রবদি মীনা sunday

হুমিত্তা church তা চৎতুনা prayer তৌরম্বস্তু, monday নুমিত্তা ঈশ্বরগী রাথল পুম্নমক কাওথিবগুম্বনি। মরম অসিনা prayer, japa, অমস্তুং meditation হায়বা অসি action দগী থোরকপন্থু নত্তে, desire দগী থোরকপন্থু নত্তে। জগৎ সংসার অসিদা মীওইবগী responsibility অনি লৈ মখোয় অদুদি—(১) ঈশ্বরবু নিংজবা ভক্ত অমা ওইবা, (২) ইবুংঙোগী সরকারগী কর্ম্মচারী অমা ওইবা। ইবুংঙোগী লৈপাক জগৎ-সংসার অসি চালাইবদা দরকার ওইবসি, ইবুংঙোগী হাক-থেংননা নাক্তা লৈবা মুনি, ঋষি থরদগী ভাক্তা নত্তে, লাপথ্র-লাপথ্রবা মফমদা তোঙান-তোঙানবা থবক ময়াম তৌনবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা, কখোকপনা মাগী মথৌ ওইরবা, থবক তৌবা মী ময়ামম্বনি। অম্মা হায়রবদা, work, worship, prayer and meditation পুম্না চৎ-মিন্নদবা য়াদে।

## (খ) হম্বুবা পোৎনা মশুন লৈবা পোৎ ওলহন্দুনা অশেংবা ধর্ম্ম ওইহনবা।

থবক তৌবতনা মরম ওইদুনা, মী অদু লাইনিংবা অমস্তুং ধর্ম্ম লৈবা মী ওইরে হায়বদি, কাল্লি। থাঙ্গৎশেংবমক্তি, ধর্ম্ম লৈবা লাইনিংবা মী অমা ওইগে হায়রবদি, মীনা অকক্নবা নিয়ম থরা ভাক্লা চংপা তায়। কয়িগুম্বা Technique অমগী মথাদা ভাক্লা চৎতুনা, মী অদুনা পাপ কোক্কুনা অমস্তুং অরাংবা থাক্তা কাথৎলক্কুনা liberation ফংলবা অদুগুম্বা থবক মতৌ অদু, ধর্ম্মগী খ্বায়দগী থুপ্পলবা থবক মতৌনি। অসিগুম্বা থৌওং অসি গীতাদা য়াম্না হৈশিংনা ভাক্লি। অদুগুম্বা থৌওং অদুবু যোগ নত্রগা থবক তৌবদা হৈ-শিংবা হায়না থঙ্কৈ। অসিগুম্বা থবক মতৌ অসিগী থৌওং অনি লৈ, মদুদি material অমস্তুং spiritual নি।

material sense তা efficiency পুরক্কবগীদমক অফবা থবক মতৌ ওইহনগে হায়রবদি, থবক অদু তৌবদা পুক্নিং চঙ্না, হরাওনা,

অপাম্বগা লোয়ননা থবক অদু তৌগদবনি। অসিগুম্বা থবক মতৌ অসিনা ভক্তিগী অহানবা হৌরককমনি, মরমদি মী অদুগী থৌদাং ওইনা পোকপদগী পীথোরক্লবা, শরীর যাত্রা অমসুং লোকসংগ্রহগী মশক ওইরবা responsibilities অমসুং duties অদুবু হুংশিনা পাংথোকত্রবদি, ঈশ্বরবু হুংশিদবগা চপ, মাটে। পৃথিবী অসিগী divine government কী outstanding employee অমা ওইনা world অসিদা হায়না ওইরমলিবা কীতম অসিদগী হেন্না ফগৎলসনু হায়বগী বাৎন্দা থবক তৌগদবনি।

Spiritual sense তা efficiency পুংক্লবগীদমক ইহান হানবা condition দি মসিনি, মদুদি থবক অদু ঐ হায়বা মিংগা কোম্নবা হৰচাংনা (ego) তৌরিবনি হায়বা অসি থম্লোইদবনি অমসুং মদু কাও-নবা হোৎনগদবনি। থবক অদুদা attachment য়াওদনা, ভুরা-ভুরা চৎপা ওয়তৈনবা বাহৈশিংগী অর্থদগী থোকপা বাথম্না মী অদুদা করিমত্তা শোকহন্দনা, থবক অদুগী ফলনা মী অদুদা কাম্নহনগনি হায়বগী interest অমত্তা য়াওদনা, মশাগী ওইজবা পুম্নমক থাদোক্লুনা, সমাজগী ফননবগী-দমক ওইনা অনসুং ঈশ্বরগী সুংতাইনবগীদমক ইবুংঙোদা কৎথোকপা অমা ওইনা, মী অদুনা থবক অদু তৌগদবনি। অসিগুম্বা থবক থৌওং মতৌ অসি তৌবা ওয়নবা গীতাদা উপদেশ ময়ান (pronouncements)লৈরি। মদুদি—"Attachment য়াওদনা থবক তৌ, মদুনা supreme বু ফং-গনি। (গীতা ৩।।১৯)।" "জ্ঞান লৈবশিংনা attachment য়াওদনা মীওইবগী মঙ্গলগীদমক থবক তৌই। (গীতা ৩।।২৫)।" "Attach-ment য়াওদনা ঈশ্বরদা কৎথোক্লুনা থবক তৌরিবা মী অদু, থম্মাবু ঈশিংনা চোৎহনবা ওমদবগুম, পাপনা মাবু শোকপা ওমদে। (গীতা ৫।।১০)"। "মীদুনা করিগুম্বা অমা তৌবা, করিগুম্বা অমা চাবা, মৈদা হোম তৌবা, দান তৌবা অমসুং তোপ তৌবা থুদিংমক শ্রীকৃষ্ণ ঐঙোন্দা কৎলু।। (গীতা ৯।।২৭)।" "মীওইবনা মশাগী লোয়নবকপা

মখোৌ তৌবদা পূক্লিং চঙ্.বনা মরম ওইদুনা perfection ফংই। Omnipotent ওইবা ঈশ্বরবু মী অদুনা মশাগী স্বধর্ম্ম ওইবা কর্ম্মনা মরম ওইদুনা পূজা তৌরগা perfection ফংই।। (গীতা ১৮।।৪৫-৪৬)"

লাইনিংবগী পথে য়োনবা ওইবা মওংদি, ঐখোয়না থবক তৌদুনা ও নোমদুনা ভাল্লিবা লল্ পূম্নমক অদু, ঈশ্বরগীদমক্তনি অমসুং ঈশ্বরগী মপোৎনি হায়না নিংগদবনি। ঐখোয়না থবক তৌবদগী ফংলক্লিবা ফল অদু মীৎনা-উবা ঈশ্বরদা কখোক্তদবনি, হায়বদি লোকসংগ্রহগী থবক্তা শিজিন্নগদবনি অমসুং ইবুংঙোনা সুংশিজরবা জীবশিং অদুগী কান্নবদা শিজিন্নগদবনি, হায়বদি য়াংম্না আতুর ভারবা, লায়রবা, হন্সবা মপোক্তা পোকলবা মীশিংগী সুংভাইয়াইকনবগী থবক্তা শিজিন্নগদবনি। ঐগী ফংলক্লিবা পোৎ অদু লৈত-লায়রবা মীশিং অদুগা লোয়ননা য়েন্নদুনা শিজিনমিন্নগদবনি। অসিগুম্বা থোদোৌ মতা অসিবু গীতাগী মতুং ইন্না থবক তৌবগী ফলবু থাদোকপা হায়না খঙ্.নৈ। মসিনা ধ্যানগী ফবা হেল্লি অমসুং থ্যায়দগী অফবা সাধনা মথল অমা ওইদুনা শান্তি ফংই। মহুদি—"জ্ঞান-না অভ্যাসতগী হেল্লি, ধ্যান-না জ্ঞানদগী অমুক হেল্লি, অদুগা ধ্যান তৌবদগীসু কর্ম্মগী মহৈ থাদোকপনা ফবা হেল্লি ; ত্যাগ তৌরবা তুংদদি শান্তি অদুম লাক্চরে।" (গীতা ১২।।১২)

মীনা ধর্ম্মগী ওইবা থবক, নত্রগা অতোপ্পা থবক অতৈ তৌদুনা ভানশিন্লক্লিবা knowledge, wealth, power অমসুং অতৈ অতোপ্পা অফবা পোৎ পূম্নমক অদু, মখোয় পূম্নমক অসিগী থোরকৃকম ওইরিবা ঈশ্বরদা অমুক হন্জিন্দুনা কৎশিনগদবনি। হায়বদি, "লোক-সংগ্রহ"গী মওংদা মীওইবা সমাজগী কান্নবগীদমক অমসুং চাওখৎহন্ন-বগীদমক শিজিন্নগদবনি। ভক্ত, সাধক, জ্ঞানী ফাওবা মখোয় মখোয়গী spirituality অদু কায়হন্দনা থম্নবগীদমক, selfless spirit ওইনা দান, যজ্ঞ অদুগা তপস্যাগী কর্ম্ম পূম্নমক মশামক্তা পাংথোক্লি। (গীতা ১৮।।৫-৬)

থরক তৌবনা ধর্মগী মায়কৈরোমদা চংননবা গীতাদা য়াওরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মমল য়াম্লবা পাওতাকশিং অসি rational, scientific and universal নি। জাতি বিজাতি থায়দনা, মীওইবগী অপূনবা wisdom না অসিদগী হেন্না কবা পাওতাক অমা হায়রগু লৈখিদ্রে, অমসুং মতুংদসু লৈররোই। England গী অকাওবা scientist অমসুং writer "Julian Huxley" না হায় মদুদি "Ideal ওইবা থবক্তা পুকচেল চুম্না কখোকপা হায়বা অসিনা মীওইবা ঐখোয়গী থ্বায়দগী চুম্লবা লাইবক্লা তম্বা হায়বা অদু ওইহন্নবগী secret নি।" Physics তা nobel prize ফংলবা Ohio গী Arthur Holly Compton না ইবা লাইরিক "The great problem of finding human meaning in life in the modern world" দা হায়রী মদুদি "মী অমনা, অতোপ্পা মী অমবু থ্বায়দগী অবাংবা থাক্তী মীওই ওইবা ঙম্নবা মতেং পীবদা, মীওইনা পোকপগী পুন্সিগী মহৈ য়ারে। মরম অদুনা মীপুম খুদিংমক্না অতোপ্পা মীগী মফমদা মমল য়াওদনা সেবা তৌবনা মীওইনা পোকপগী মপুং ফাবা full human value হায়বা অদু ওইরকই।" Ireland দা পোকপা Protestant christian ধর্মগী কাওরবা Paul Compbell না হায় মদুদি "selfishness কী aim থাদোক্তুনা unselfishness কী মায়কৈদা brain শিজিন্নরকপা মতমদতা, মী অদুগী মতিক মগুণ কোংদোরকই। মসিনা খঙ্নবদি, ঐগী য়ুমলোন্নবা মীশিংদা মতেঙ, পাংবদগী হৌদুনা, ঐগী পোক্নফম লমদম অমসুং পৃথিবীগী বাংমা লাম্না মতেঙ, পাংবা ঙম্নবা, লাম্বোং অমা শেম্নবা হোৎনববনি।"

মীওইবা ঐখোয় খুদিংমক পোকপদগী হৌনা মা-মাগী কর্মগী ফল মতুংইন্না test and requirements অমত্তা মাম্নদবনা মরম ওইদুনা, মীচম ঐখোয় অয়াম্বনা work অমসুং worship পুনশিন্নবগী চাং, মী অমগা মী অমগা খেন্নগনি। Work অমসুং worship অনিমক মী অদুনা হিংলিজৈদা থানবা য়াদে, পুনশিনগদবনি হায়রবগী বাকম অসি

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মনাই অর্জুনদা তাকপীরি মহুদি "মতম লৈবা থিবিক্তা ঐতবু নিংশিংঙু অদুগা লাল শোক্লো। (গীতা ৮।।৭)" বাকম অসিমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মনাই উদ্ধবতা তাকপীরি মহুদি "ঐগী ভক্তনা মাগী থবক পুম্নমক অদু ঐগীদমক্তা ওইনা তৌদুনা লৈরীঙৈদা পুক্লিংদা ঐবু কাওদনা নিংশিংবা ওইসনু, অদুগা অসুম তৌদুনা ঐবু নিংশিংবা তম্বগী অভ্যাস অদুনু, অসুম অসুম থাক থাক নাইনা হেনগৎপা ওইসনু।"

মরম পুম্নমক অসিদগী ঐথোয়না খঙলে, মহুদি ঈশ্বরবু নিংশিংজবা অমসুং পূজা তৌজবা ভাক্তনা, মীওইবগী লাইনিংবা লম্বেল ওইবা য়াদে। Worship and meditation of god তৌনা-তৌনা. ঐ-ঐগী ইথৌ sacredপু ওইরবসু secularবু ওইরবসু, ইরম্লাই কান্নবগী বাখল থাদোক্তুনা, ঈশ্বরগীদমক্তনি অমসুং ইবুংঙো মাগী খুংঙাইনবগীদমক্তনি হায়বা বাখলগা লোয়ননা ইবুংঙোদা ভাবনা কৎথোক্তুনা, থবক অদু থবায় য়াওনা তৌগদবনি। (গীতা ১২।।১০)।। অদুবু হৌজিকী মতমদা মী অয়াম্বনা তৌরিবা থবক অদু ঈশ্বরগীদমক্তনি হায়না ভাবনা থন্দে। বাখল অসিগী ওম্ন-কৈতেনবদা, মী অদুনা তৌরিবা থবক অদু মঙ্গল ওইহনবীয়ু, অদুগা ফলসু মী অদুনা ফংজগে হায়না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজে। অসিমক্তা মরম ওইদুনা, মী অদু জগৎ সংসার অসিদা হম্না হম্না পোকপা অমসুং শিবগী চক্রদা তাদুনা লৈ। স্বামী বিবেকানন্দনা অসিগুম্বা মওং অসিবু, য়াম্না শম্না বাহৈ থরদংনা অদুম্না ফোংদোকই, মহুদি "God কা Devil গা থেম্নবসি অতৈ করিমত্তা নত্তে, unselfishness অমসুং selfishness কা লৈরীবা মওং অনি অদুনি। Unselfishness ওইবা, হায়বদি perfectly selfless ওইবা হায়বা অসিমক salvation নি, মরমদি মপানগী হকচাং অমসুং মিংগা কোম্নবা মী হায়না ময়াম্না খঙনরীবা অদু (apparent self) শিগ্রবনি অমসুং লৈত্রবনি, অদুগা ঈশ্বর মতোমতা লৈহৌরবনি।" ( The man within dies and god alone remains. )

## (ঞ) থ্বায়দগী অকবা সেবা মতৌ থঙ্হনবা।

মীওইবগী duty চাওরাক্না অনি থোক্না থায়দোকপা য়াই। মখোয় অহুমদি পূজা-ধর্ম্ম অমসুং সেবা-ধর্ম্ম। মখোয় অনিমক অসি মরুওইবা ধর্ম্ম ওাক্তা ওইরবসু, অকোনবগী ধর্ম্ম অসিনা, লাইনিং লম্বেলগী মাই-গৈরোমদা য়েংলুরবদি থরা হেন্না মরু ওই। চংনবীগী মতুংইন্না অকবা, অরেম্বা থবক্তি হায়না মীয়াম্না লৌনবা থবক অমু ওাক্তনা duty ওইবা নত্তে। মী অমুনা পোকলুবা মকম অমুগী অকোয়বদা ওইরিবা ফীভম, অমসুং মাগী নহানমুক্তী মপোক্তী কর্ম্মগী মতুং ইন্না, মহাক্তী স্বভাব ওইনা পোকপদগী লোয়নরকপা হৈনবী, থবক অ-িসিগী অপূনবা অমুনা মী অমুগী duty ওইগদবনি। অমুগুম্বা duty অমুগী থবক পাঙ্থোকপা অমুবু মী অমুগী সেবা-ধর্ম্ম, হায়বদি স্বধর্ম্ম হায়না থঙ্নৈ। অমুগুম্বা স্বধর্ম্ম duty শিংগী মনুঙ্দসু, professional dutyনা লাইনিং লম্বেলগী মরীদা থ্বায়দগী অবাংবা থাক্তী ওইবা সেবা-ধর্ম্ম নি। অসিগুম্বা সেবা-ধর্ম্মগী, থবক মতৌ অসিবু পুক্তিং চঙ্না মীওইবনা পাংথোক্লবদি, সিদ্ধি কংই (perfection) হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা ফোংদোকলি। (গীতা ১৮।।৪৫)। য়েলহৌবৈদগী হৌনা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র হায়না মীওইববু কাংলুপ মরি থোক্না থায়দোক্লিবা অসিগী কাংলূপ খুদিংমক্তী মীওইবনা ভৌগদবা professional duty শিংবু মচা থায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা ফোংদোকক্লি। (গীতা ১৮।।৪২,৪৩,৪৪)। "মতোন্দগী থবায় পানবা পূয়মক ওইরকপা (evolution) অমসুং মহাক্না পূয়ংক্তা শীনবা থুংলিবা ঈশ্বর অমুবু, মী অমুনা স্বধর্ম্ম ওইনা, professional dutyগী কর্ম্ম অমু-না মরম ওইদুনা পূজা তৌরগা (worship) সিদ্ধি (perfection) কংই" হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা ফোংদোকলি। (গীতা ১৮।।৪৬)। স্বধর্ম্মগী duty না করম হায়না professional duty ওইগদৌরিবনো হায়না শেবায়না থনবা মীমু লৈভবা

নত্তে। Professional ওইবা থবক অসি মী অমুনা পোৎকক্সুরিবা সমাজ অমুগী (স্বধর্মগী) মতুংইন্না ওইবগে য়াই, নত্রগা মী অমুগী অকোয়বদা ওইবা ফীভম অমুনা মরম ওইহুনা (surrounding circumstances) থবক অমবু নমহুনা মাগী professional ওইবা থবক ওইবগে য়াই, নত্রগা মী অমুনা মশানা অপাম্বা খল্লহুনা থবক অমবু professional ওইবা থবক ওইবগে য়াই। তৌইগুবসুং থাজৈশেংনমক্তি, ঐখোয়না মরু ওইনা খংজনগদবদি অদুগী অনা নত্তে, মী অমুনা থবক অদু তৌবদা থবায় য়াওনা ফ্লনসু' ফলগীদমক্তা করিমত্তা খল্লুদনা তৌবা থবক নত্তৌ অহুভবুনি। শ্রীরাজাগোপাল চারিয়ানা ইবা মহাক্কী মহাভারত-তা অস্মুন্না হায়রী, মহুদি—ধর্মযুদ্ধ অসিগী মরুওইনা থওজিনবা য়াবা moral lesson দি অসিনি মহুদি "গীতাদা হায়রীবা অদুগুম্না, মী অমুনা মহাক্কা হিংলিজৈগী পূর্ণ অমুদা মরাইবক্কা ভমলকপা তৌফম থোকপা থবক অদুবু থবায় য়াংনা অমসুং পুক্কিং চংনা তৌবা অদুডনা perfection ফংই, অমসুং অদুগুম্বা থবক নত্তৌ অমুনা মকম থুদিংমক্তা, শীনবা থুংনা লৈবা, ঐখোয়বু শেম্বীরিবা ঈশ্বরবু থাজৈশেংনমক পূজা তৌবা হায়বা অদুনি।" মত্তৌ অদুগুম্বহনা শ্রীবিনোবা ভাবেনা ইবা মাগী "Talks on the Gita" দা অস্মুন্না হায়রী, মহুদি "মীনা মক্ষ ফংনবগীদমক direct and easy process ওইবা মওংদি অসিনি, মহুদি মী অমগী মপুক্কিগী মসুংদা তৌরিবা থবক অদু স্বধর্ম-নি। অদুগুম্বা স্বধর্মগী থবক অদু সেবা ধর্মনি। অদুগুম্বা সেবা ধর্মগী থবক অমুনা অমুকসু যজ্ঞ (sacrifice) ওইহল্লোইদবগী মরম করিগীনো? অতোপ্পা যোগ, নত্রগা যজ্ঞ অদুগী তৌনবগী করম্বা মরম অমা লৈরিবগে? সেবা-ধর্মগী মশক ওইনা খুমিং থুদিংগী তৌরিবা থবক অমুনা যজ্ঞ ওইহুনা, ঈশ্বর ফংনবগী খুন্নদগী অকবা লাইনিং লম্বেল ওইরবনি।"

(ট) মী অতোপ্পগী duty বু মশাগী ওইনা তৌরবদি খুদোংথি-নিংঙাইনি হায়না খঙ্.হনবা।

স্বধর্ম'গী থবক অদুনা মীদুগী professional duty ওইরবনি হায়বসি গীতাগী উপদেশ কয়ানস্তু confirm তৌরি। মহুদা হায়রগী, মহুদি অতোপ্পা মীগী duty ওইবা পরধর্ম'না স্বধর্ম'দগী হেন্নবত্তা নত্তে, খুদোংথিনিঙাইস্তু ওইরবনি। "য়াম্না নীংথিনা পাংথোক্লবা অতোপ্পগী ধর্ম'দগী ইশাগী ধর্ম'না মপুং ফাদবা ওইহুনস্তু কবা হেন্নি। ইশাগী ধর্ম' তৌবদা থবায় থারবস্তু মঙ্গল ওই। অদুগা অতোপ্পগী ধর্ম' চৎপদি অকিবগী মশকনি। (গীতা ৩।।৩৫)" "অতোপ্পা বর্ণ অমগী ধর্ম'না পাঙথোকপদা মুংঙাইগদৌবা ওইরবস্তু, মহুদগী মশা মশাগী ধর্ম'না দোষ লৈরবা ফাওবদা কবা হেন্নি। মশাগী স্বভাবকী ওইবা কর্ম' তৌবদা পাপ চঙদে। (গীতা ১৮।।৪৭)"

পরধর্ম' হায়বসি ধর্ম'নি, পাপতি নত্তে। অদুবু মী অদুগী পোক-পদগী লোয়নরকপা হৈনবী থবক (natural ability) অমস্তুং মাগী অকোয়বদা লৈরীবা ফীভম (surrounding circumstances) অদুগা চান্নবা থবক্লা মাগী স্বধর্ম' ওইবনিনা, মাগা চান্নদবা থবক অদু মাগী-দমক্তদি পরধর্ম'নি। অদুগুম্বা মাগা চান্নদবা পরধর্ম'গী মশক ওইবা থবক অদু মানা তৌরবদি, মাগীদমক্তদি খুদোংথিনিংঙাই ওইগনি হায়-বনি। স্বধর্ম'গা পরধর্ম'গা mutually exclusive ওইবা মরম্না, হায়বদি মী অনগী স্বধর্ম'গী religious duty অদু অতোপ্পা মী অমগী পরধর্ম' ওইবনিনা, অদুগুম্বা স্বধর্ম' অদুনা মী পুম্নমক্তা চান্নবা য়াবা common religious duty দি নত্তে। মরম অসিনা, স্বধর্ম' হায়বা অসি অতৈ করিনত্তা নত্তে, মীপুম খুদিংমক্কী professional duty হায়না ঐথোয়না সাধারন খঙনরীবা মশাগী natural ability, temperament and circumstances-কা চান্নবা religious duty অদুবুনি। স্বধর্ম'গী থবক থাদোক্তুনা পরধর্ম'গী থবক তৌরবদি, মীয়ামগী

সম্নাজদস্থ অকায়বা লাকই। মরমদি অরেম্বা, ইকায়খুম্নবা অমস্থং মীয়াম্না য়াম্না পাম্নবা থবক্তা (dignified and popular duties) মী অয়াম্বনা চঙ্খিহুনা, অহুগুম্বা থবক অহুদা overstaff ওইরগনি, অদুগা মীনা পাম্নদবা থবক্তা under staff ওইরগনি। খুদম ওইনা politicians, administrators অমস্থং teachers শিংনা মা-মাগী professional duty থওইদহুনা শেল তানবগুম্বনি। student শিংনা মহৈ তম্বা থওইদহুনা politics তা চংবগুম্বনি। Traders, artisans and workers না মখোয়গী থবক থওইদহুনা white-collar Job তৌবগুম্বনি। মখোয়না তৌরিবা থবক অহুদা মখোয় মশা খুদিংমকীস্থ ফংজে অদুগা সমাজগীস্থ ফংজ্রে। ধর্ম্মনা য়ুমফম ওইবা ঐখোয়গী society গুম্বদদি, অসিগুম্বা পরধর্ম্মগী থবক মতৌ অসি ধর্ম্ম মশামক্তগী অহুম্মক খোকচরকপনি। মরমদি মী অয়াম্বনা মা-মাগী স্বধর্ম্ম ওইবা professional duty অহুবু থওইদহুনা peace, perfection and selvation ফংগনি হায়বগী অরানবা বাখল্দা, পরধর্ম্ম ওইবা purely religious pursuit লোমদা চংশিল্লি। খায়নগী মুনি ঋষিশিংনা অসিগুম্বা খুদোংখিবা অসি উহুনা, মখোয়না ধর্ম্মগ্রন্থ কয়াদা সুত্র কয়ানা অসিগুম্বা মওং অসিবু ফোংদোকই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবা-না মীওইবদা খঙ-হম্নবা গীতাদা হায়রিবা অহুস্থ মওং অমত্তনি। (গীতা ১৮॥৪৭)। শ্রীমদভাগবতকী গজেন্দ্র মুখ্য কৌবা বারী অহুদা য়াওরীবা, গজেন্দ্র কৌবা শামু নিংথৌ ওইনা পোক্লুরিবা অহু অতৈ করিমত্তগী মরম নত্তে, মহাক্লা নিংথৌ অমস্থং householder অমা ওইনা পোকলিদৈগী মপোক্তা, মাগী professional duty অহুবু থওইদহুনা অকনবা ব্রত অমস্থং তোপ তৌবহুদা, অগস্ত্য মুনিনা শাপ তৌহুনা, মাবু শামু ওইনা অতোনবা শাগী মপোক্তা পোকহনখিবনি।

ধর্ম্মশাস্ত্রদা তাক্লিবা অসিগী বিরুদ্ধদা হৌজিক্কী মতমগী অচুম্বা ধর্ম্মনি হায়হুনা, মী অয়াম্বনা মা-মাগী natural qualifications

অমসুং surrounding circumstances না ওইরকপা natural, secular, sacred অমসুং religious duties বু থওইদতনা, purely religious pursuits ময়মদা চংশিন্নকুনা, ঐখোয়গী nation গী চাও-খৎহনবদা খুদোংথিনিঙাই ওইহল্লি।

**(ঠ) Professional work না খ্বাইদগী, মরু ওইবা duty নি হায়না খঙ্হনবা।**

Professional work না মী অমুগী খ্বাইদগী মরু ওইবা dutyনি, মরমদি মতমদা মী অমুগী time, thought অমসুং energy পুম্নমক লৌ-শিল্লি। Professional work না মী অমুগী থবাইনা পামজবা থবক ওইহনবা ঙাক্তদ্র নত্তে, মসিনা মাগী শেল থুম কংনবগী মরম অমা ওইদুনা, মাগী power, position, friendship, পুরকুনা, মীমুগী নপুনসিগী মুংঙাই য়াইফবা ওইহল্লি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা ধর্ম্মগী মায়গৈরোমদা লেংলুরবসু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী separated individual energy or entity ওইনা মপান্দা ফোংদোক্লুনা লৈরগা, হায়বদি হকচাং লৈবা থবায় পানবা মীওইবা ওইনা পোকলগা, সমাজগী সেবা তৌনবগী খ্বাইদগী খুদোং চাবা অমু ওইহল্লি। মরম অসিদগীনি পণ্ডিত ওইবা মীশিংনা তৌরিবা professional work অমু, ঈশ্বরবু পূজা তৌরিবনি হায়রীবসি। মাগী professional work অমুনা মাগী হিংনবগী অমসুং মুংঙাই য়াইফনা মপুংফা লেন্দুনা শেল ফংননবগী মরম ঙাক্তা নত্তে, মরু ওইবদি god realisation গীনি। শম্না হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy না materialise ওইনা মপান্দা ফোংদোক্লুনা body of god ওইরগা, মীওইবা সমাজবু সেবা তৌননবগীদমক professional work পু পণ্ডিত ওইবা মীশিংনা পাওখোকই।

Professional work অমু থাদোক্লুনা মীনা religious নত্রগা domestic duty তৌগদবা নত্তে হায়বসি ধর্ম্মশাস্ত্রদসু তাকলি। পুরম

ওইবা হায়রবদা, Ruler নত্রগা নিংথৌ অমগী মরীদা মনুস্মৃতিদা অসুম্না হায়রী, মতুদি "নিংথৌ নত্রগা president না মরম্নাই ওইনা মাপীদমক হোম, মতু অমসুং ধর্ম ওইবা duty পাংথোক্নবা কোম্নুং মসুংদা লাইনিংকম বা অমসুং spiritual teacher অমা থম্বদা করিসু কায়দে, তৌইগুম্বসুং নিংথৌ মহাক্কি মতম পুম্নমক্কা লৈবাক অতুগী প্রজাশিংগী ভাকপী-শেম্বীবা অমসুং নুংঙাই য়াইফনবগী থবক্তা পুক্নিং চঙনা থবক তৌতুনা লৈগদবনি। লৈবাক অতু মরা ভপা লৈননবা, নুংথিল ঙমিদাং মতম থায়দনা, পুক্নিং চংনা থবক তৌবা হায়বসিনা নিংথৌ অতুগীদি highest duty নি, অমসুং মতুনা মহাক্কা ঈশ্বরবু পূজা তৌজবা অমসুং নিংজবা ওইরবনি। অতুদগী হেন্দোকশ্রতুনা, মতুনা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনবা (communion) হাঙবা অতু ওইরবনি।" স্বামী বিবেকানন্দগী শিষ্য Sister Nivedita না ইবা "Religion and Dharma" হায়বা লাইরিক অদুদসু অসুম্না হায়রী মতুদি "ধর্ম্ম ওইবা মীগী মফমদদি, obedience না মাগী prayer নি। লোখাগদবা মতমদা যোগ তৌরবদি, তুম্নিংবা মশানা তাবনি। থবক তৌগদবা মতমদা যোগ তৌরবদি, মতুনা অফবা ফীভম (meritorious condition) কৈদৌঙৈদসু পুরকপা ঙমলোয় অমসুং মতুনা পূণ্য ফংগদবা নত্তে। মমানা নচা পিকলিবা অতুবু শায়রুরো হায়না থাদোকপদা, পুকচেল শেংলবা অঙাং অতুনা মমা অতুবু কাওথোক্নুনা শায়নবা মপান্দা চেঙ্গোকখিবা ফীভম অতু অশেংবা ভক্তিনি অমসুং অদুগুম্না মতৌ অদুনা প্রণাম কয়াদগীসু হেন্না ফরবনি।"

ঐখোয়গী ধর্মগ্রন্থশিংদা মীওইবগী মরু ওইবা উদ্দেশ্য মরিথক ভাকলি। মখোয় অদুদি ধর্ম কায়দবা (righteousness), লল্‌খুম (wealth), নুংঙাই য়াইফবা (welfare) অমসুং মুক্তি (liberation)। অমগা অমগা মরী লৈনদনা, হায়রীবা উদ্দেশ্য মরি অসিবু ফংনবা হোৎনরবদি, মী অদুগী energy অমসুং time অরেম্বা মাঙ্‌হনবতা

ওইদ্না তোকনি। অমথক্তা ওইবা উপাইনা মথোয় অসিবু পুল্লপ-পুম্না ফংননবা হোৎনবা য়াই, অদুগুম্বা উপাই অদু professional workনি। Professional work অসি থাজৈশেংনমক মীওইবগী অন্নাং-অপা পুম্নমকপু পীবিবা ওম্বা, সুরভী কৌবী গো-মাতা অদুগুম্বী, মীওইবগী উদ্দেশ্য মরিমক অসি অমুক্তা ওইনা পুম্না তায়নচুনা ফংহন্নবগী উপায় ওইবা medium অমনি। মীওইবগী হিংননবগী অমসুং body maintenance কীদমক দরকার ওইবা লমথুম অদু, মী অচুনা ধর্ম্ম কায়দনা মাগী professional workপু পাংথোকলগা ফংবা ওম্মী। পণ্ডিত ওইবা মীশিংনা অসুম হায়না ফংলিবা লমথুম অচুবু ঈশ্বর ফংননবগী লম্বেলদা শিজিন্নৈ, হায়বদি ঈশ্বরগী অংশ অমমম, ওইনা মপান্দা ঐখোয়না উরিবা human beingsপু সেবা তৌবদা শিজিন্নৈ।

## (ঙ) লাইনিং মথল য়াম্মী হায়না খঙ্হনবা।

মী অয়াম্বগী পুক্নিংদা মতম কুইনদগী হৌনা লৈরক্লবনা মরম ওইচুনা, হোংদোকপদা বাগদবা থাজবা মথল অমা লৈরী,মচুদি spirituality হায়বা অসি মথল অমথক্তনি। হৌজিক মতমদা ঐখোয় অয়াম্বনা পাজনৈ মচুদি মুনি, ঋষি, সাধু, সন্যাস, ভক্তশিংগা তিন্নজবা ফংচুনা সৎ-সঙ্গ তৌজরীবা মী অচুনা spirituality দা খোং থাংজল্লবা মীনি। মসিদা ঐখোয়না খঙ্নরীবদি মসিনি, মচুদি মীনা religious নত্রগা sacred works তৌরবা কান্দতা perfection ফংগনি। হায়রীবা বাকম অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা তাকপীরিবা পাওতাক অচুগা ওন্ন-তৈনৈ। মচুদি "মী অচুনা ঐবু নিংবা অচুগুম্না ঐনসু মহাকপু নীংই। (গীতা ৪॥১১)।"

ঐখোয়গী চৎনবী অমা ওইনা পুক্নিংদা থম্মী, মচুদি ঈশ্বরদি মচি ভক্তশিংগী লেংজরবা বিন্দু অমগুম্বনি। তেন কাপ্পদা, মীনা target ওইরীবা marking point অচুদা তেন্না পাল্লগা, তেন কাপ্পগী perfection ওইবা অদুগুম্না, ঈশ্বরবু marking point অমত্তদা মীনা ফংননবা হোৎনগদবনি.

হায়মা পুক্নিংদা থল্লী। তৌইগুম্বসু ঈশ্বরদি অশাংবা, অপাকপা, অমসুং অথাবা নৈতবা marking point অমগুম্বদি নত্তে। হৌরম খুদিংমক্তা য়েংলুরবদি, ইবুংঙো মহাক্কি মপান নাইত্রবা সমুদ্রগুম্বা wisdom, goodness, power, love, joy অমসুং perfection মথল খুদিংমক্কি। ইবুংঙো মাবু ফংননবা লাইনিং লম্বেল মথল মথল নৈতবা নত্তে, ইবুংঙোগী শ্রীধাম ওইবা, মফম অমসুং থোঙ্গাল মশীং লাকপা ঙমদনা লৈ। Madras তা লৈবা মী অমনা সমুদ্র উননবগীদমক, Bombayদা চংত্রবসু Madras তা অদুম্মক উবা য়াই। সমুদ্রগী মনাক্তা লৈবা লম খুদিংমক্তা চংলগা সমুদ্রবু উবা য়াবা অদুগুম্না, ইবুংঙোবু ফংজনবগী লাইনিং লম্বেল অমসুং শ্রীধাম ওইবা মফম মশীং ঙঙদনা লৈ।

ধর্মগী থবক তৌবা মীসু, লৈবাক ব্যয়েনবগী থবক তৌবা মীসু, লাম্মীসু, ললোন ইতিক তৌবা মীসু, খুৎশা-হৈবগী থবক তৌবা মীসু, পাঙ্গলঃ থবক তৌবা মীসু, মখোয় পুম্নমক মগী মগী থোইদোক-হেন্দোকপা spirituality নত্রগা perfection ওইবা মগুণ লৈজৈ। অদুগুম্বা মগুণশিং অদুগী এমুনা, অমগা অমগা মাম্নদবদি য়াই, তৌইগুম্বসুং অমনা অমদগী হেল্লী নত্রগা বাংলি হায়বদি য়াদে। মরমদি মখোয় পুম্নমক অদু মখোয় মখোয়গী স্বধর্ম ওইবা professional duty না লাইনিং লম্বেল ওইদুনা, মশীং লাকপা ঙমদনা লৈবা ইবুংঙোগী শ্রীধাম ফংননবা হোৎনজরীবনি। Lily না perfect lily অমা ওইগদবনি, rose ওইবদি য়াবোই। Horseনা ideal horse অমা ওইগদবনি, Cow নত্রগা Cuckoo অমা ওইবদি য়াবোই। শ্রীঅরোবিন্দগী বাখলসু অসিগুম্বা মওং অসিনি। মানা হায়রম্মী মহুদি "The man of knowledge, The man of power, The productive and acquisitive man, The priest, Scholar, Poet, Artist, Ruler, Fighter, Traders, Craftsman, Labourers, Servants— মখোয় পুম্নমক অসি চপ, মপ্পবা মওং অমদা training পীবসু য়াবোই, নমুনা অমত্তগী ওইবা কাংবু ওইহনবসু য়াবোই.

হিংলিভৈদা লেনগদবা পূন্সি মরেন নমুনা অমত্তদা ওইবস্থ য়ারোই। মখোয় খুদিংমকী তোঙান-তোঙানবা nature অমমম্ লৈজৈ, অহুগুম্বা nature খুদিংমক অহুদা perfection ফংননবা নিয়ম অমা লৈগদবনি। মখোয় খুদিংমকী তোঙান-তোঙানবা চুনজবা থৌদৌ অমমম্ লৈজৈ, অহুগুম্বা থৌ-দৌ অহু পাংথোক্কবগীদমক নিয়ম অমস্থং তমজনকম ওইবা মওং অমস্থ লৈগদবনি।"

মীওইবগী সমাজগী অমস্থং সংসারিকী ওইবা মওংদা য়েংলুররবদি, তোঙান-তোঙানবা professionশিং অসি অবাংবা অমস্থং অনেম্বা, অকবা অমস্থং কত্তবা খায়দোক্কনা, অমনা অমদগী খুদোংচাবা হেন্না ফংই। অদুবু spirituality গী মায়কৈদা য়েংলুরগদি, মখোয় খুদিংমক ঈশ্বর ফংননবগী লাইনিং লশ্বেল ওইহুনা অমগা অমগা চপ, মাদৈ, খেন্নদে। মরম অদুনা profession অমদগী profession অমদা হোংননবগী মরম স্থকলৈ লৈতে। সনা শাবা মী মহৌশানা ইনাক-কৈরাক খুনগলি, অদুগা মাবু মীনা ইকাই-খুমনৈ। অদুম তৌই হায়দুনা, য়োংশুবনা সনা শাবা ওনবসিবু অকবা অমস্থং অশিংবা ওইগদ্রা?

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা তাকলিবা স্বধর্ম্মগী পাওতাক অসি পৃথি-বীদা ওইরীবা divine government কী essential service Act-শুম্বনি। মরমদি, মীপুম খুদিংমক্কা মহাকী পুন্সিদা মহাক মহাকী post of duty গী থবক অহুত্তবু ওমজবমথৈ হৈশিংনা হোংনজদুনা ঈশ্বরবু পূজা তৌবা ওইনা পাংথোকদবনি। ইবুংঙোনা শেমলিবা জীব পুম্নমকী নুংঙাই-য়াইফনবগীদমক, ঈশ্বরবু পূজা তৌবগী মওং ওইনা professional dutyবু হৈশিংনা অমস্থং থবায় য়াওনা পাংথোকত্রিবমথৈ, materiel গী মরমদা ওইরবস্থ, নত্রগা spiritual গী মরমদা ওইরবস্থ, মী অদুগী নুংঙাই য়াইফবা পুরকপা কৈদৌভৈদস্থ ওইরোই। মশামকী নত্রগা সমাজগী হস্বহন্নবগী মওং ওইহনবা মত্তনা, ধর্ম্মগী থবক অতৈ পাংথোকই হায়দুনা, মী অদুনা pro-fessional work থাদোকপা য়াদে। মরমদি law of swadharmaদি

law of gravitation না তৌবগুম্না, মাগী তৌফম থোকপা থবক অদু আচান-মিচান নায়দনা অমসুং মুংশি হৈতনা তৌরকনি। Professional work অমসুং prayer, meditation অমসুং worship পূন্না চংমিন্নগদবনি, থায়দোক্কবা য়াদে।

## (চ) যোগ, গীতাগী মতুংইন্না খঙ্‌হনবা।

"যোগ" হায়বা বাহৈ অসিগী ইচম চম্বা অর্থদি তিনশিন্নবা হায়বনি। বাহৈ অসিদগী থবক ওইনা তৌদুনা ঈমিংনা উরিবা, হৌজিক্কী মতমদা মীয়াম্না খঙ্‌নবদি—(১) হকচাং ফনবা, brain power হেনগৎনবা, মদুনা মরম ওইদুনা god realisation ওইননবা, মীয়াম্না হথ-যোগ হায়না খঙ্‌নবা, yogic physical exercise তৌরিবা কাংবুবু খঙ্‌নৈ, (২) অতোপ্পা অমনা yogic mental exercise তৌরিবা যোগী কাংবুবু খঙ্‌নৈ, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংজনবা তোঙান-তোঙানবা নমুনাগী যোগ সাধন তৌদুনা, mind control তৌনবগী মওং ওইনা কর্ম্ম-যোগ, জ্ঞান-যোগ (বিচার), রাজ-যোগ, ধ্যান যোগনচিংবা তৌরিবা যোগ কাংবুবু খঙ্‌নৈ। গীতাদা শিজিন্নরীবা যোগ হায়বা বাহৈ অসিনা খঙ্‌হল্লিবদি yogic physical exercise বু নত্তে, য়াম্না ইচম চম্বা অর্থদা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনবা (communion with god) হায়বনি।

গীতাদা যোগ হায়বা বাহৈ অসি য়াম্না তোয়না শিজিন্নৈ। ব্রহ্মবিদ্যা যোগ শাস্ত্র হায়না কৌদুনা গীতাগী অপুনবা মীংথোল ওইরিবা অসিগীসু মথক্তা, অধ্যায় খুদিংমক্কী অরোইবদা যোগ অমমম্‌গী মমিংসু থোল্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা গীতাগী অহানবা অধ্যায়দা—"অর্জ্জুন-বিষাদ যোগ", অনিশুবা অধ্যায়দা—"সাঙ্খ্য যোগ" অসিনচিংবা যোগ অমমম্‌গী মমিং থোল্লি। হৌজিক্কী মতমদা ময়াম্না য়াম্না খঙ্‌নরীবা যোগ মরি হায়বদি কর্ম্ম যোগ, ভক্তি-যোগ, রাজ-যোগ, জ্ঞান-যোগ মথোয় অসিগীসু মথক্তা বুদ্ধি-যোগ, বিভূতি-যোগ, অভ্যাস-যোগ, অনান্য-যোগ অসিনচিংবা কয়াসু গীতাদা

পল্লি। অহুগা গীতা মথামক্তা যোগ-গী difinition অহুমথক্তি পীরি, মহুদি—

(১) সমত্বং যোগ (evenness of mind)—

থবকী মহৈ ফানবা ফাণবা অমিনক পুক্নিং চপ, মাহ্নগা থমহুনা থবক তৌবা মতৌ। (গীতা ২॥৪৮)।

(২) যোগঃ কর্ম্মসু কৌশলম্ (skill in action)—

থবক তৌবদা হৈশিংববু যোগ কৌই। (গীতা ২॥৫০)।

(৩) বিদ্যাদ দুঃখসংযোগবিয়োগং যোগসংজ্ঞিতম্—

অবাবগা ভিন্নরবদগী কোকনবা যোগ কৌবা অবস্থাবু খঙ্গদবা ওই। (গীতা ৬।২৩)। (disconnection of the union with pain)।

অহানবগী যোগ-গী difinition, হায়বদি "সমত্বং যোগ" (evenness of mind) হায়বা অসিনা খঙ্হল্লিবসি, mind control তৌববুনি। অনিশুবা যোগ-গী difinition, হায়বদি skill in action হায়বা অসিনা খঙ্হল্লিবসি, mind control তৌবগী মথক্তা, body, senses অমসুং intellect পুম্ব train তৌগদবনি হায়বনি। অহুমশুবা যোগ-গী difinition, হায়বদি relief of pain হায়বা অসিনা খঙ্হল্লিবসি, mind control তৌবা মী অহুদি, মতোম্দা pain অমসুং pleasure অমত্তা লৈরোই হায়না খঙ্নবসু য়াই। অদুম তৌহুনা যোগ-গী difinition অহুম অসি "সমত্বং যোগ" (evenness of mind) দা পুল্লপ ভিনশিনখিহুনা, অমখক্তা ওইনা খনবসু য়াই। তৌইশসুং, control of mind অসি মীগী থাদোকপা য়াত্রবা, য়ায়া কারবা অমা ওইরবা কাওবদা, মহুনা eradication of pain মপুং ফানা ওইহনবদি য়ারোই। Anaesthetics কী হিদাক শিজিন্নহুনা মী অচবু মতম খরা অনাবা কাওহুনবগা, control of mindগী মপান্না মী অহুগী pain or suffering মতম খরা লৈরববা য়াই। অহুমশুবা যোগ-গী difinitionদা খঙ্হল্লিবা

"disconnection of the union with pain" হায়বসিনা ওইগদবনি, মী অচুম্বী অৱা-অনা অমত্তা লৈত্রবা, অৱাৎপা অমত্তা লৈত্রবা, অচুম্বদশীসু লেনত্তোকখ্রবা নুংঙাইবত্তা ওইদুনা (true happiness) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ফংনবগী যোগ ওইগদবনি। "Disconnection of the union with pain" হায়বা যোগ অসিনা মপুং ফাগদবনি, মী মশা অচুম্বগী অৱাবা অচু লোক্লবা কান্দত্তা ওইগদবা নত্তে, অত্তোপ্পা মীগী অৱাবসু লোকহনবা ওইগদবনি। মশাগী অৱাবদা থওইত্রবদি, মী অচুম্বী অকবা মশুগ অমা ওইবদি য়াই, ত্তোইশুবসুং মীগী অৱাবা তাবা অমসুং লৈতলাইরবা উরগা থোওইত্রবদি, ঈশ্বরগী ভক্ত অমা লৈদোইদসু ওইবা য়ারোই।' অসিশুম্বা universality ওইবা বাখল অসিগা লোয়ননা খন্দুনা "disconnection of the union with pain" হায়বা যোগ অসিবু মপুং ফাবে হায়না লৌগদবদি, মী অচুনা "evenness of mind" গী যোগদা মপুং ফাবত্তা নত্তনা, লোকসংগ্রহগী যোগ (গীতা ৩।।১৫) হায়না খঙ্নবা the yoga of nacessity or the yoga of trouble or pain বুসু ত্তৌগদবনি। মরমদি "pain and trouble" হায়বসি material অমসুং spiritual গী মরক্তা লৈবা থোংশুবনি (bridge)। "Disconnecfion of the union of pain" গী যোগ ত্তৌরবদি, অচুশুম্বা থোং (bridge) অচু মীনা লানথোকতুনা ঈশ্বর ফংবা য়ারোই।

Pain গী ওয়-তৈনবদি happiness নি; অসিশুম্বা পুংবা-পুংবা চৎপা ওয়-তৈনবা রাইদনগী থোকলকপা থবক-থৌওংশিং অসি, creation গী লৈতবা য়াদবা মওং ওইবনা, হায়বদি "will of god" ওইবনা, মথোয় অসিবু মীওইবনা থোকহনবা য়াদবনি হায়না খন্দুনা, pain বু লোক্লনবা অমসুং happiness ফংননবা হোৎনজদুনা করি কায়দগো হায়বা মীওইবনা অয়ানবা বাখল খলজনবগুম ত্তৌই। অচুগা অমরোমদসু "সমত্বং যোগ" না (evenness of mind) মরম ওইদুনা, pain গা

happinessকা অমত্তা ওইনা মান্নহন্দুনা, pain কোক্লনবা অমসুং happiness ফংননবা হোৎনরোইদবনি হায়না অন্নানবা বাথল থলহনবগুমসু তৌই। মসি গীতানা য়াদে, মরমদি "disconnection of the union of pain" যোগ-গী মতেংনা মীগী primary duty ওইবতা নত্তনা, ঈশ্বর ফংননবগী যোগ ওইরিবনি। Happiness পু ফংননবা হোৎনবা অমসুং pain বু কোক্লনবা হোৎনবা অসিনা human civilisation গী চাওখৎননবা ওইবতা নত্তনা, spirituality ফংননবগী মরমসু ওইহল্লি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মীংয়েংদা, মীওইবগী pain অসি কয়াদা মরু ওইগ্রবনো হায়বা অসি খঙহন্নবা হায়দুনা ইবুংঙোনা গীতাগী অহানবা অধ্যায়বু "অর্জুনগী বিষাদ যোগ" হায়না মমিং থোল্লি। অদুগা "disconnection of the union of pain" বু যোগ-গী difinition গী থাক্তা থাক্লৎলি। (গীতা ৬।২৩)। Pain হায়বা অসি মীওইবগী কয়াদা মরু ওইগ্রবনো হায়বা অসি অমুক্তা হেন্না খঙহনগে হায়বগীদমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অর্জুনগী মফমদা অসিনস্তু হায়রম্মী, মদুদি "পুম্নমক্কী মফমদা ওইবা নুংঙাইবা নত্রগা অবাবা অদু মাগীগুম্না চপ, মায়না নীংলবা যোগীনা পুম্নমক্কী অখোইবনি। (গীতা ৬।৩২)।" অহিংবা জীবা পুম্নমক অসি ঈশ্বরগী অংশ ওইবা মূর্তিমানকনি (spirit materialised), মরম অদুনা, মখোয়গী নুংঙাইহনবা, সেবা তৌবনা ঈশ্বরগী সেবানি, অদুগা মদুনা খ্বাইদগী অফবা যোগ-গী মওং অমনি। Individuals অমসুং society বু মীহুনা চমজবা থরনা সেবাগী মশক ওইনা কান্নবা পীরিবা অদু চৌজিক-চৌজিকমক, মীংনা উহুনা খঙলবা, পুংথোংননা পীরবা সমাজগী contribution মথল অমনি।

Happiness ওইগে হায়রবদি, মী অদুনা অতোপ্পদা happiness পীথোকদবনি। মীতোপ্পা happiness পু পীথোকত্রবদি, মানা মীতোপ্পগী happiness ফংলকনি হায়বগী আশা লৈফম থোক্তে। সমাজগী চাওখৎননবা অফবা থবক তৌদুনা love and joy বু পাকচাওনা শন্নোক্লক্লিবা অসিবা happiness ওইহনবতা নত্তনা, perfection ওইবগী

লম্বেল অমসুনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননদি অমাদা য়াওদনা মতম পুম্নমক্তা থবক তৌহুনবা নৈ হায়না কোংদোকলবত্ত (গীতা ৩।।২২), public serviceকী importance অসি মীওইবনা খঙ্ঙহনবগীদমক গীতাগী মফম থরদা কোংদোকলি। মহুদি "good desire পুম্নমক্তা ইবুংঙো মহাক য়াওই। (গীতা ৭।।১১)।" "good deeds পুম্নমক্ত অমসুং goods deeds পুম্নমকী part খুদিংমক্তসু ইবুংঙো মহাক য়াওরী। (গীতা ৯।।১৬)।" "good deeds পুম্নমকী ভোক্তা অমসুং প্রভু (চাবিবা অমসুং মপু) ইবুংঙোনি। (গীতা ৯।।২৪)।" "মগী duty পাংথোকপদা পুক্নিং চংলবা অমসুং duty অদু ঈশ্বরবু পূজা তৌবা ওইনা পাংথোক্লবা মী অদু highest perfection ফাই। (গীতা ১৮।।৪৫, ৪৬)।"

মথকী নৈনরিবা ব'ক্য অসিদগী ঐথোংনা খঙবা ঙমলে, মহুদি ২শুবা যোগ-গী definition হায়বদি "যোগঃ কর্মসু কৌসলম্" (skill in action) হায়বসিনা অহানবা যোগ-গী definition "সমত্বং যোগ"(evenness of mind)গী enlargement and generalisationনি। ওহুবা যোগ-গী definition হায়বদি "বিদ্যাদ্দুঃখসংযোগ বিয়োগং যোগসংজ্ঞিতম্" (disconnection of the union with pain)না মীওইবনা পুক্নিংদা নিংলিবা অদু অকবা অমসুং চাওথংনা ময়েকৈদা পুরক্লবা হোংলহুনা, হায়বদি মীওইবা সমাজগী friendliness, compassion and charityগী থবক তৌনবা ঙমবমথৈ কয়া হোংলহুনা, divine qualities তানশিনবা যোগনি। যোগ-গী definition অহুম অসি complementary নি। মখোই অহুম অসি পুম্নমক পুনশিনা যোগ-গী থবক ওইনা পাংথোক্লবা মতম,ঙদা, মী অদুগী ব'খল অমসুং মশাপুম্না ঈশ্বরগুম্না ওইরকনি। (divinisation of the whole personality of man)। অদুগুম্বা divinisationগী মশক য়াওরবা মীওই ওইহনবদা, even-mindedness meditation অমগা devotion মতৌমতনা ওইহনবা য়ারোই।

হৌজিক্কী মতমদা মী অয়াম্বনা থ:জনৈ মতুংদি পৃথিবীগী, মীওইবগী অমস্তুং সমাজগী মরমদা বাকহুনা করি কায়গদগে, মী মশা অতুগী salvation ফংননবতা হোৎনয়গা লোয়রে। মরম অদুনা, মহাক্না হিংসা থাদোকুনা, ময়ামগা তিন্নদনা তোথায়না তাহুনা, অয়াথা মতমদা চমজবমথৈ লাই নিংহুনা ধর্ম তানশিন্নগা লোয়রে হায়না থ'ন্নি। গীতাদা অসিগুম্বা লাইনিং লম্বেলগী মওং অসিবু য়াওদবস্নু নত্তে, অদুমদি ওইরগা, তৌরিবা থোদো অদুনা মশাগী ওইজবতা তানবা মওং অমা ওইবনিনা, মতোমতগী salvation ফংননবা লাই নিংবতা নত্তনা, মীওইবগী মঙ্গলগীদমক্তস্নু হায়বদি লোকসংগ্রহগী মওং ওইবা থবকস্নু তৌগদবনি হায়না তাকলি। (গীতা ৩॥২৫)। শম্না হায়ববদা, selfless work, worship, meditation অমস্তুং prayer পুন্নদক পুন্না aspirant অদুনা পাংথোকননবা হোৎনগদবনি।

(গ) গীতানা পামজবা যোগ খঙ্নবা হোৎনবা।

অর্জুন-না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মকমদা মচাক্তী মঙ্গলগীদমক করম্বা যোগনা মক্করে হায়না হংবদা, ইবুংঙোনা তাকপিথি, ' সাংখ্যশিংগীনা জ্ঞান যোগনা অদুগা যোগীশিংগীনা কর্ম-যোগনা, অসুম্না জগৎ সংসার অসিদা লম্বেল অনি লৈ। (গীতা ৩॥৩)।" সন্ন্যাস অমস্তুং কর্ম যোগ অনিমক মোক্ষ পীবা ঙাক্তদি, অদুমদি ওইরগা অনিসিগী মরক্তা কর্ম সন্ন্যাসতগী কর্ম্ম-যোগনা কবা হেন্নি। (গীতা ৫॥২)।" অসিদস্নু নত্তনা গীতাদা বিষাদ-যোগ, বুদ্ধি যোগ, ভক্তি যোগ, অনন্য-যোগ, বিভূতি যোগ, পুরুষার্থ যোগনচিংবা যোগ কয়াবু থাগৎকুনা তাকলি। গীতাবু পাবিবা মীচম ঐথোয়না করম্বা যোগনা থুাইদগী কবনো, অদুগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অনিংবা (intention) কবিনো, করিমত্তা খঙ্বা ঙমদে। ভক্তশিংনা গীতাবু ভক্তিগী ধর্ম্মগ্রন্থ ওইনা, জ্ঞানিশিংনা জ্ঞানগী, কর্ম্মযোগীশিংনা কর্ম্মগী অসিনচিংবা মীওই কাংবু কাংবুনা, অপাম্বগী মতুংইন্না গীতাবু মথোয় মথোয়গী অপাম্বা যোগ-গী ধর্ম্মগ্রন্থ ওইহন্নি।

Supreme god head শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মুখদগী পোকখিবা লাইরেনা ওইখিবা ধর্ম্মগ্রন্থ ওইবনা, গীতানা কৈদৌউৈদসু তোঙান-তোঙানবা লাংবুনা লেপ্পা school of thought কী মখোয় মখোয়গী অপাম্বা লাখলগী ওইবা ধর্ম্মগ্রন্থ ওইবদি য়াদে। মী পুম্নমকী জাতি, বিভাগতি খায়দনা, school of thought তোঙান তোঙানবা খায়দনা, universal outlook ওইনা, cosmopolitan, নত্রগা মী ওইবগী ধর্ম্ম ওইবা সনাতন ধর্ম্মগী গ্রন্থ ওইনা লৌগদবা গীতানি। অসিগীসু মথক্তা supreme god head কী মুখদগী পোকখিবা বাইবেলশিংদি, যুগ যুগ খুদিংগী মীওইবনা practical ওইনা শিজিন্নগদবা, universal ওইবা, চুমহৌন লাইরেবা (infallible), most rational and most fruitful senses ওইরবা মকুনি।

থাগৈগদৌরেনক মুম্না শিজিন্নরবদি, Absolute Reality দি অমথক-তনি, মহু supreme godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান বাসুদেবনি। মপান্দা ঐখোয়না উরিবা জগৎ সংসারগী অমগ অমগ মাম্নবা, অহিংবা অমসুং হিংদবা পোৎ ময়াম অসিদ ইবুংঙোগী manifestation মকুনি। (গীতা ৭।।৬-৭, ১০।।৮, ১০।৩৯, ১৩।৩০) গীতা, উপনিষদ, বেদ, শ্রীমদভাগবত-নাচিংবা ধর্ম্মগ্রন্থ পুম্নমক্তা লন্দোক্ত তাকলিবা অসি অতৈ নরিমক্তা নাত্তে, Absolute Reality ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মশক খঙ্নবা তাকপনি। (গীতা ৯।।৩৪, ১০।।৪২)। Physical world গী ঐখোয়না উরিবা ইবুংঙোগী manifestation পুম্নমক, মাঙ্বা নায়বা (destructible, perishable), মসিং হোংদোক-হোংজিন নাযবা (changeable) মকুনি। "হোংবা নায়দবা অমসুং মাঙ্বা-নাইদবদি ইবুংঙো মতোমতনি। (গীতা ২।।১৮)।" হোংবা নাযবা, অমগা অমগা অমত্তা মাম্নদবা, ঐখোয়না উরিবা পুম্নমক অসিবু ইবুংঙোগী সৃষ্টি (creation) কৌই। অমগা অমগা মাম্নদবা অসিদগী, source of life অমসুং sign of life ওইরকলিবনি। অসিগুম্বা ফীভম অসিবু স্বামী বিবেকানন্দনা অসুম্না শম্নপনা হায়। মহৃদি

"মী পুম্ফিংমক হাখল চপ, মাগনা থনবা তারবদি, ঐখোয়গী থম্মনবা অনৌবা হাখল অমা অমুক লৈরগদোয়। হাখল মাম্মদবশিংগী মুক্,থাইনবদগী অনৌবা হাখল ময়াম থোরকপনি। করিগুম্বা ঐখোয় পুম্মক্কী হাখল চপ, মাম্মরবদি, ইজিপ্তকী মিউজিয়মদা mummiesনা হাখল অমত্তা য়াওদনা, অমগা অমগা মমায় ওনশিনদুনা লৈবগুম্বা কীডন, মী ওইবা ঐখোয়না শোয়দনা ওইগনি। মাম্মদবনা অহিংবগী পুদমনি, মসিনা ফজবস্থ ওইহল্লিবনি, অনস্থুং মসিনা পুম্মনক্কী art সুনি। মথল মথেল লৈবসিনা source of life স্থ ওইদ্রে, অদুগা sign of life স্থ ওইহল্লি।" মরম অসিনা ঈশ্বরনা physical world বু শেম্বদা, পোকপদগী অপাম্বা তৈনবী মথল মথল (variety of tastes), তৈশিংবা মওং মথল মথল (aptitudes), লৌশিং অমস্থুং প্রতিভা মথল মথল (talents) অমস্থুং স্বধর্মগী ওইবা থবক মথল মথল (professions) য়াওবা, তোঙান তোঙানবা মাম্মদবা ময়াম য়াওবা শোয়দনমক্কী দরকার ওই। অসিগুম্বা থেম্বা অমস্থুং মাম্মদবা ময়াম অসি ঈশ্বরগী অপাম্বা পৌওং ওইবনা, মী অমগুনস্থ নাসবু হোংদোকপা ঙমলোই। (গীতা ৪।।১৩)। গীতানা অমগুম্বা থৌডন অসি শোগংলদুনা হায়রী মথুদ "ফননক জ্ঞান লৈবা পণ্ডিত ওংদুনস্থ মহাক্কী মহৌশাগী তৈনবী থবক অদুতা তৌই। জীব পুম্মনক মহৌশাগী মথা পোনবা ঙাক্কনি। মরম অদুনা ঙনলোইদৌরদ, নমথেকপুবনা কার কায়গনি। (গীতা ৩।।৩৩)।" "নহাক থহ্‌দদগী লাল তৌবা পান্নব্রস্থ স্বভাবজগী পোকপা নশাগী কর্মনা পুনবনা ননিং তৌবা ঙমক্রদুনা লাল, অদুমক নংনা তৌগনি। গীতা ১৮।।৬০)।"

মথক্কী লৈনরীবা হাকম অসিদগী ঐখোয়না থহ্‌লে, মথুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু কংননবা গীতানা পানলিবা যোগ-গী লাইনিং লম্বেলদি মী খুদিংগী মশাগী পোকপদগী লোয়নরকপা aptitude and ability গী মথুংইনা অপাম্বা যোগ-গী লাইনিং লম্বেল থজবস্থ য়াই। নত্রগা অপাম্বা যোগ অমা অনি পুনশিন্দুনা লাইনিং লম্বেল অমত্তা ওইহল্লবস্থ য়াই। যোগ অমনা

অতোপ্পা যোগ অমদগী হেনবা নত্রগা তাবগী বাকম শুকলৈ লৈতে। মরম অসিনা, মীপুম খুদিংনা নত্রগা school of thought কী কাংবু কাংবুনা যোগ অমথক্কী system দা চৎকদবনি হায়বগী বাকমসু লৈতে। থাংগৈ-শেংবমকসু, যোগকী system অমত্তদা অতুপকী মতিক specialisation তৌরবদি, অতুপকী মতিক মতুংগী scope অমসুং utility হন্থরকনি।

## (ঙ) নিত্য যোগ নৎত্রগা সতত যোগ-গী মরমদা খঙ্‌হনবা।

মীপুম খুদিংমকী পোকপদগী হৈনবী, হৈশিংবা মওং, লৌশিং, প্রতিভা অমসুং স্বধর্মগী ওইবা খবক অতুগা চান্নবা যোগ অমনা লাইনিং লম্বেল ওইনা খনজবা য়ানবা, নত্রগা অপাম্বা যোগ খরনা পুল্লপ পুনশিল্লগা মী অতুগী লাইনিং লম্বেল ওইনা খনজবা য়ানবা হায়রুনা, গীতাদা যোগ মখল ময়াম শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না তাকপিরী। মরম অসিনা, মী অমনা তৌরিবা যোগ-গী লাইনিং লম্বেল অদু অতোপ্পা মী অমনসু তৌগদবনি হায়বা করিসু লৈতে, হায়বদি নাম্রত্রবসু য়াই। তৌবতবু, ফত্তবা মওংবুদি থাদোকদবনি, অতুগা অকবা মওংশিংগী মতুংদা মাগা চান্নবা অতুতবু লৌখৎতুনা শিজিন্নগদবনি। যোগ অমথক্কবু খনগৎতুনা ম সিতনা খুাইদগী করবনি অমসুং ঐগী অপাম্বনি হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হায়দে। মতুদি "মী অতুনা ঐবু নীংবা অতুগুম্না ঐনসু মহাকপু নীংই। বুদ্ধি লৈবা মীশিংনা মরম পুম্বদা ঐগী লম্বীতমক ইন্না চৎলি। (গীতা ৪।১১)।" অতুমদি ওইরগা, যোগ খুদিংমকী অখোই-অহেন তান্নবা মওংসু নত্তবা (not rivalry), অমগা অমগা চুংশিন্নবা মওং ওইনা (complementary), মতম পুম্বদা অরেপ্পা অমা ওইনা অতুম্মক লৈরগদবা যোগ অমা ওইনা, traditional যোগ-দগীসু হেন্নবা, অতুমদি ওইরগা পুম্নমকপু কোনশিল্লবা যোগ মখল অমা ওইনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না revolutionary and over-riding concept ওইবা নিত্য যোগ, নত্রগা সতত যোগ-গী জ্ঞানবু গীতাগী মফম খরদা ফোংদোকলী। মতুদি "মতম লৈবা খিবিক্তা ঐতবু নীংশিংঙু, অতুগা

লাল শোক্নৌ। (গীতা ৮॥৭)।" "মতম লৈবা থিবিক্তা পুক্সিং অমি লোও-দনা অতৎপা লৈতনা ঐবু নীংজরবা যোগী অহুগী মরীদদি ঐ অসি লায়না ফংনিংঙ্গাইনি। (গীতা ৮॥১৪)।" "মরম অহুনা হে অর্জুন! মতম পুম্মক্তা নহাক যোগদা লেগুদনা লৈয়ু। (গীতা ৮॥২৭)।" "থবক্তী ফলবু অপাম্বা অমসুং পাবদবা লৈত্রবা মহাক অহু নিত্য-সন্ন্যাসীনি হায়না খঙ্ঙু (গীতা ৫।৩)।" "(সততযুক্তানাং) মতম চুম্মদা ঐঙোন্দা লুপত্রবা অমসুং ভক্তি প্রেমনা ঐবু পূজা তৌজরীবা মখোয়হুদা ঐনা বুদ্ধি-যোগ পী। মহুনা মরম ওইহুনা মখোয়না ঐবু ফংই। (গীতা ১০॥১০)" "(সততযুক্তা, নিত্যযুক্তা) মতম পুম্মক্তা ঐঙোন্দা পুক্সিং লেগুদনা থমহুনা (গীতা ১২॥১-২)।" "মতম পুম্মক্তা নহাক যোগদা লেগুদনা লৈয়ু। (গীতা ৮।২৭)।" "(অধ্যাত্মনিত্যা) মতম পুম্মক্তা spirituality গী জ্ঞানদা পুক্সিং লেপ্পবা (গীতা ১৫॥৫)" অসিনচিংবা।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মুখদগী থোকখিবা বাহৈশিংনা ওইখিবা গীতাসি যোগ-গী ধর্ম্ম গ্রন্থনি হায়বদা করি কায়বগে? থাংগৈগেশিংবমকসু, গীতাদা খঙ্হল্লবসি মীয়াম্না সাধারন "যোগ" হায়না ইচম চম্না খঙ্নরীবা বাহৈগী অর্থ অহু ঙাক্তনা নত্তে, যোগ এগল অমথক্তক্ত নত্তে. য়াম্না পাক চাওবা universal ওইবা, পুম্মক অমত্তা থাক্তনা পুমকোন-কোনশিনবা (all comprehensive) নিত্য-যোগ, নত্রগা সতত যোগ হায়না খঙনবা, মতম পুম্মক্তা যোগ ওইনা লৈবা অহুবুনি।

ঢিদাক দোজ (dose) অমদং থাবগা চকচাংগী অনাবা কৈ নত্রগা মিনিট খর থরদং মুমিং পুদংগী চকচাং শাক্তেন তৌরগা চকচাং কৈ। অহুগুবগী মতমদা, নোংমগী মতমদা ওইরবসু, নত্রগা চাপ্পা অমগী মতমদা ওইরবসু, ঙহাক ঙহাক্তং ঈশ্বরবু খুরুমজবগা নত্রগা নিংজবগা, হায়বদি অমংবা মতম ঙহাক ঙহাক্তং "যোগ সাধন" তৌজবগা, ঐখোয়গী পাপ পুম্মক কোক্তুনা ধর্ম্মদা খুনাং চংশিনগনি হায়না ঐখোয়না খল্লি। থাহৈগেশিংবমক্তি, মহুগুবহুনা ধর্ম্মদা খুমাং চাওশিনবদি কৈদৌউৈজক্নু যারোই, মরমদি ঈশ্বরবু

ঐখোয়না ঙহাক্তং নিংজবা অমসুং পুক্নমজবদগী কংলকপা পুন্যগী ফল অহুদগী, নোংমগী মসুক্তদা অয়াম্বা মতমদা ধর্ম্মগী বিরুদ্ধদা ওইবা ফত্তবা থবক, ইশাগী ওইজবতা ওইবা থবক ( egocentric ) অমসুং সমাজগী বিরুদ্ধ ওইবা থবক কয়া অমা তৌরুবদগী কংলকপা পাপকী ফল অহুনা য়াম্না তেল্লি। বাথক অমরোমদা খল্লুরবসু, ঐখোযগী অপাম্বা পোৎ অমবু ফংননবা হোৎনবদা, উপায় অনথক্তা শিজিন্নবগী মহুত্তা, অথক্তবা উপায় ময়াম শিজিন্নবনা হেন্না পুক্নোংচাবা অমসুং অশিংবা ওইগনি। মরম পুম্নমক অসিদগীনি গীতানা মী ওইবদা নিত্য-যোগ নত্রগা সতত-যোগবু ওইবা অমা ওইনা, মীওইবনা তৌরিবা থবক পুম্নমক, ঈশ্বরবু পূজা তৌবা অমসুং খুজুমকবা অমা ওইনা তৌগদবনি হায়রিবসি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অর্জুনদা হায়, মহুৎ "নংনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা অমসুং ভোগ তৌবা পুম্নমক অদু ঐঙোন্দা কৎলু। ( গীতা ৯।।২৭ )।"

নিত্য-যোগ নত্রগা সতত-যোগকী মহৌ অসিদু অফাওবা মুনি, ঋষি, সাধকশিংনা মখোয়গী হৃদয়দা শরুকপা হায়। মতুংদি শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা হায়—"হয়িং মথন্না অশেংবা চাননবা পোৎতা তোংলুরগা, অমাংবা খুনাম-মাইঙ ওইবা পোৎতা অমুক লৈংই। হায়িং খোইদি অতুম হায়না তৌদে, মাদি লৈ নত্রগা উগী মপাল নত্রগা মগী মহৎতদা তোংই, অতৈ অতোপ্পা পোৎতা তোংদে। সংসারিকী পুকচেল চেনবা সাধকশিংসু হয়িংগী মতৌ ওইগনি, অদুগা পরমহংসশিংনা হয়িং খোইগী মতৌ ওইরমি। অজ্ঞানবগী কাক্তুবু অসিনা তাংখা চাবগী মতুং ইন্না মরক-মরক্তা লাই নিক্তবনি, অদুগা অকোনবগী কাংবু অসিন মৎম পুম্নমক্তা লাই নিক্তবনি।" শ্রীঅরোবিন্দনা ইবা "Essays on the Gita" হায়বা লাইরিক অদুদা অস্রুম্না হায়রী মতুংদি "মী অমগী মুং-পান ফাওনা হায়বদি মানা তৌথোকপা থবক পুম্নমক্তা অমসুং লমচৎ-শাজং বাঙাং শাজং পুম্নমক্তা, মী অমা ওইবগী অমক্তা চিংথবা লৈতনা কোনশিল্লগা

ঈশ্বরগুম্না ওইহনগে হায়রবদি, মী অদুগী স্বভাব ওইনা, অতৎপা লৈতনা, পূক্লিংনা চপ, মুংনা ঈশ্বরবু অমত্তা ওইনা নিংজগদবনি। অসিগুম্বা পূন্সি ময়েন অসি ওইগে হায়রব দি, মাগী thoughts and meditation তাক্না নত্তনা, action, labour, battle থুদিংমক্তা ঈশ্বরবু নিংজবগুম পাঙ্খোকদবনি। গীতাগী "ঐতবু নীংশিংঙু অদুগা লাল শোক্লৌ। (গীতা ৮।।৭)।" হায়বা অসিনা খঙ্নবদি তাইবংপানবগী লানকমদা পূক্লিং চঙ্হুনা লৈনা-লৈনা eternal ওইবা ঈশ্বরবু মিকুপ অমত্তং ফাওবা কাওগনু অমসুং নিংশিংঙু হায়বনি।" R.A. Hoernle, prof. of philosophy না ইবা "Matter, Life, mind and god" হায়বা লাইরিক অদুদা অসুম্না হায়রী, মদুদি "Religion হায়বা অসি ওইনিংবা মখং অমা ওইজসনু, মদুনা departmental ওইবা থক য়ারোই। Religion না পূন্সি লোইবা কাওবা শীনবা থুংনা লৈদুনা, মীদুবু মানা থুদুন চল্লি হায়না দাবী তৌরি। মসি ময়ামগা মান্নবা special ওইবা মীৎকুপ অমদগী, নত্রগা পূক্লিংগী কীভম অ-দগী ওইবা থোদোকসু নত্তে। চৎনবী অমগুম্না হাপ্তা থুদিংগী নোংমাইজিং থুদিংদা ধর্ম্মবু লৈ হায়না ময়ামদা উৎপা, অদুগা অতোপ্পা মুমিংতনা উৎতবা অদুসু নত্তে। মসি দ মতম পূম্নমক্তা হিংদুনতা লৈগদবা পোৎশক অমগুম্বনি।" Acharya Vinoba Vabe না ইবা "Talks on gita" হায়বা লাইরিক অদুদা অসুম্না হায়রী, মদুদি "ঐখোয়না ঈশ্বরবু পুংখাই অমত্তা ওইরবসু পূজা তৌজরীবা অসি অকবনি। অদুগুম্বা অভ্যাস অদু হোংদোক্লোইদবনি। তৌইগুম্বসুং গীতানা অদুগুম্বা মওং অদুঙাক্তনা পেন্দে। অমুক্তগীনা মুমদাং কাওবা, ঐখোয়না তৌরিবা থবক পূম্নমক ঈশ্বরবু পূজা তৌবগুম্না পাংথোকদবনি। ঈরুজবা, চাবাথকপা নৎত্রগা রাইশিংপা পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু পূজা তৌবা ওইনা পাংথোকদবনি। ঐখোয়না রাইশিংপগী থবক তৌবদা, ঐখোয়গী থরায়গী মথুংতো ওইরীবা-ঈশ্বরগী ওমাং-থেলোংবু শেংদোক্লিবনি হায়না ভাবনা

থনগদবনি। ধর্মগ্রন্থশিংগী নিংথৌশুম্নবা গীতানা পুংথাই অমসুং ঈশ্বরবু পূজা তৌবনা পেন্দে। গীতানা পামজবদি অসিনি, মতুংদি মী অমুগী সুং-পান কাওনা ওইবা পুন্সি পুম্নপ অদু, ঈশ্বরগী ওইবা থবক্কী শীক্‌ থনবনি অদুগা ঈশ্বরগী মঙং অমা ওইহনবনি।"

## (খ) নিত্য-যোগ-গী দরকার ওইবা থবক্‌-থৌওংগী মরমদা খঙ্‌হনবা।

নিত্য-যোগনা খঙ্‌হল্লিবসি মতম পুম্বা যোগ ওইবা হায়বনি। Prayer অমসুং meditation তৌরিবৈদা নিনিট খরদং ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনবা অদুতবু নত্তে, মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিন্দুনা লৈবা অমসুং হিংবা হায়বনি। মী খুদিংমক্না নাগী নাগী মথৌ তৌনৈ, অদুগী মসুঙ্‌দা অয়াম্বা শরুক্না মী অদুগী হিংনবগী শেল তানবনা অয়াম্বনি। নিত্য যোগনা খঙ্‌হল্লিবদি, মীনা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিন্নবা religious exercises তৌরিবৈগী মতম অদুত্তাক্তদা নত্তে, মতৌ অতোপ্পা সং- সারিকী ওইবা থবক (secular works) তৌরিবৈদসু নিত্য-যোগ ওইগদবনি। মরম অসিনা, নিত্য-যোগ ওইবা তমগে হায়রবদি, সং- সারিকী ওইবা থবকপু থাদোক্কদবা নত্তে, তৌরিবা থবক অদুম্মক ঈশ্বরবু পূজা তৌবা ওইনা পাংথোক্কদবনি। মী অমাম্মনা থবক তৌরিবসি মশাগী সুংভাইনবা অমসুং কান্নবগীদমক্কনি। নিত্য যোগনা খঙ্‌হল্লিবনা, মীচুনা হিংলিবৈদা তৌরিবা থবক পুম্নমক হায়বদি সংসারিকী ওইবা থবক তৌরবসু, ঈশ্বরবু meditation, prayer অমসুং worship তৌরবসু—ঈশ্বরগী সুংভাইনবগীদমক অমসুং মানা শেম্বা জীব পুম্নমক্কী মঙ্গলগীদমক্কি হায়না নিঙচুনা থবক তৌগদবনি। থবক তৌবদগী নীচুনা কংলক্লিবা লন-থুম পুম্নমক অদু, ঈশ্বরগী মুর্তি ওইবা মপান্দা উরিবা মী- ওইবা সমাজগী মপোৎনি হায়না থনগদবনি। মরমদি, মী-দি পৃথিবী অসিগী

শাসন তৌরিবা Divine government কী মতম থমগীদমক্তা ওইনা থবক তৌবা মী অমনি (temporary employee), অদুগা মীনা থবক তৌবগী কল ওইনা ফংলক্লিবা লল্-থুমগী মপু (owner) মী মহাক অদু নংতে, মাদি লল্-থুম অদুবু শিন্নকম (custodian) অমসুং অশংবা মী-নি (trustee)।

ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনবা হায়বা অসিনা (union with god) খঙ্নবদি অতৈ অমা নত্তে, মীতুনা ছিংবদা চঙ্লিবা মুং-পান পুম্নমক হায়বদি থবায় হকচাং, পুক্নিং, লমচৎ-শাজৎ, হাভাং-শাভাং, secular and sacred works, ঈশ্বরবু মীঙ্ঙবা, পূজা তৌজবা, অমসুং পুক্নজবা অমত্তা চিংশদনা, মীতুনা ছিংলিবৈদা তৌরিবা থবক পুম্নমক কোনশিন্দুনা, ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনবা হায়বনি। তৌজিক্তী মতমদা ধর্মগী চৎনবীবা মওংদি, মীনা ঈশ্বরবু meditation, prayer and worship তৌরিবৈদগী মতম থদুজং, মীদুগী পুক্নিং অমসুং organ থবদংবু, ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনবগুম তৌই। নিত্য-যোগদি মীদুগী personality শেম্বদা চংলিবা পুম্নমক, হায়বদি head, heart, will, senses, hands, charactor, behaviour etc. অমত্তা চিংশদনা, ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনবনি। নিত্য-যোগদা লৈবা মীনা মী পুম্নমকী মায়থোংবু, কম্মীদৈদা ওইরবসু নংজাগা নোক্নিদৈদা ওইরবসু, ঈশ্বরবু উবা ওইনা তৌগনি। মানা তারীবা মখোল পুম্নমক অরাবগী খোল্লাং কপ্পা ফাওবা ওইরবসু, হরাও-কুম্মৈ ওইরবসু, উচেক্না খোংবা ওইরবসু, ঈশ্বরগী হুংশিরবা খোজেল ওইনা তাগনি। মানা ভাংলিবা বা অমসুং তৌরিবা থবক পুম্নমক, ঈশ্বরদা হায়রিবনি অমসুং তৌরিবনি হায়না নিংগনি। শম্না হায়রবদা, মহাক্না তৌরিবা পুম্নমক অদু ঈশ্বর য়াওনা তৌরিবনি। অসিগুম্বা মওং অসি শ্রীরবিন্দ্রনাথ টেগোরনা ইবা ঈশৈগী শৈরেং মতেক অমদা অফুন্না হায়। মহাক্না "হে ঐগী ইবুংঙো ভগবান! ইবুংঙো নহাকপু ঐনা অমুক্তং খুরুমজবদা, ঐগী ইন্দ্রি পুম্নমক অমাং

সংসার অসি শীনবা থুংনা শক্তোকপ্রসন্নু, অদুগা জগৎ সংসার অসিনা ইবুংঙোগী থুম্না থাদা শোকপা ওইরসন্নু।"

ঈশ্বরগা শোক্ত-শন্নবা হায়বসিনা খঙ্‌হল্লিবদি, ঈশ্বরনা ওইহল্লিবা মরুওইবা থোদোক-থোঙ্‌ পুম্নমক্তা শোক্ত শন্ননা থবক তৌবা হায়বনি। মীৎনসু উত্রবা, লাপপ্রবা মফমদা তুমিন্না লেঙ্‌দনা লৈ হায়না খনবা, ঐখোয়না পামজবা মঙ্‌শিজরবা মূর্তি অমবু ঈশ্বর ওইনা লাৎচবা অসি ঐখোয়গী চৎনবীনি। মরম অদুনা prayer, Japa, অমসুং meditation না মরম ওইদুনা, ভাবনা ঈশ্বরবু মীৎজৈ। তৌইশুগসুং ঈশ্বরদি লেঙ্‌দবা, মপান্দা উৎলোংনা উৎতবা (unmanifest), অমসুং অরাপ্পদতা লৈবা অদুগুম্বা ভাগুদি নত্তে। ইবুংঙো মহাক্না creator, ruler, father and mother গুম্না থবকসু তৌরি। ইবুংঙো মানা universe কুম্বা, অহিংবা চৌবগুম্বা, ঐখোয়গা মাপ্পা নকনা মপান্দা লৈ হায়না উৎলি অমসুং খঙ্‌হল্লি। মীকক-পোৎলক নাইদবা অমসুং অহিংবনত্তবগুম তৌবা প্রকৃতিগুম্বা, মফম খুদিংদা শীনবা থুংনা লৈদুনা, ইবুংঙো মহাক্না energy না অচৎপা লৈতনা অমসুং কনামত্তা খঙ্‌হন্দনা, তুমিন্না অমসুং অককনবা নিয়ম অমগী মতুংইন্না, থবকসু তৌরি। Noble Qualities শিংদসু অদুগা অতোপ্পা পোৎশিংদসু ইবুংঙো মহাক য়াওবগী পুদমসু উৎলি। হায়বদি love, compassion, renunciation, heroism, knowledge, wealth, the sun, the moon—মখোয়শিং অসিদা ঈশ্বর য়াওবগী খুদমসু উৎলি। অসুম হায়না divinity ওইনা ঐখোয়না মপান্দা মীৎনা উবিবা অমসুং পুক্লিংদা ফাওবা পুম্নমক অসিবু চান-চানবা মওং অমসুং ফীভম য়েংদুনা নিত্য-যোগীনা পূজা অমসুং সেবা তৌজবনি।

নিত্য-যোগ হায়বসি করিনো নিংথিজনা খঙ্‌ননবা গীতাদা বাহৈ অনিথক শিজিনৈ মদুদি (১) অবিকম্পেন অমসুং (২) অনন্য। "অবিকম্পেন যোগেন" (গীতা ১০।৭) হায়বসিনা খঙ্‌হল্লিবদি লেঙ্‌দ্রবা

অচেৎপা যোগবু হায়রবনি। union of god কী কাঙমদা লৈগদবা অচ্চ মতমচুম্মদা ওইগদবতা নত্তে, মী অহুনা পুক্নিং লেঙ্দবা অচেৎপা যোগস্থ ওইগদবনি। মসিগী কাঙম অসিবু গীতানা অমুকন্থ থঙ্হল্লি মহুদি "থুংশিংহুন্দবা মকমদা থান্বা থাউমৈগী মৈরি লেঙ্দবগুম্না, যোগদা লুপত্রবা থম্মোয় ওইগদবনি। (গীতা ৬॥১৯)।" "অনন্য যোগ" (গীতা ৮॥১৪,২২ অমস্থং ৯॥১৩,২২,৩০)। হায়বসিনা থঙ্হল্লিবদি পুক্নিং অমি লোঙ্দনা একান্তিক ভক্তিনা ওইবা যোগবুনি। পৃথ্নক অসিবু ঐথোযদা নিংশিংহন্নগা "নিত্য যোগ" না থঙ্হল্লিবদি, মীৎনা উরবা জগৎ সংসার পৃথ্নক অসি, য়েংলিবা মী অহুস্থ যাঙনা, ঈশ্বরনক্তি, অটৈ অমা নত্তে হায়বনি। তুলসিদাসকী রামায়ণন্থ অস্তমা হায়রী মহুদি "ইবুংঙো মহাক মত্তেংমত্তনি। হনুমান অসি "অনন্যমি" নরনদি মহাক্না মপুক্নংদা একান্তিক ভক্তিগা লোয়ননা থাঙৈ, মহুদি মহাক মশাংক লৈনাইনি, অদুগা অহিংবা অমস্থং ডিংদবগী মওং ওইনা মপান্না ইবুংঙোনা উংলিবা পৃথ্নক অসি মহাকী অনন্তা ওইনা মবুংঙোহুনি।"

মীয়ামনা য়ুংনবিবা অমস্থং চৎনরীবা যোগশিংসি গীতাগী মপুং ওইবা যোগ অমদগী থাদোকপা মকুনি। মথোয় পুমিংমক মিংথিনা থঙ্বদা থুদোংচানবগীদমক, তোঙান-তোঙানবা যোগ অমমম, ওইনা হায়রবতনি। অদুবু practical ওইনা ঐথোয়না যোগ অমবু তৌবা তাবরবদি, মথোয়শিং অসি ঈশিংগা থাওগা তিন্নবা য়াদবগুমনা, তোঙান-তোঙানবনি হায়না খনবদি কৈদৌকৈদন্থ য়াদে। যোগ অমখক্তনা self-sufficient ওইবস্থ নত্তে, অদুগা অতোপ্পা যোগ অতৈদগী পুনতোন তোঙাম্না লৈবস্থ য়াদে। মথোয় থুমিংনক চুশিন্নগদবা অমস্থং চান্নগদবা মওং মতৌ য়েংহুনা, যোগ অমনা primary ওইরগা অতোপ্পা যোগ অতৈনা secondary ওইদুনা, varying proportion দা তিনশিন্নগদবনি।

হৌজিকী মতমদা, actionless, thoughtless, feelinglessকী কীতমদা লৈতুনা, সমাধিদা লৈবা যোগ মতৌ অদুতবু যোগনি হায়না মীয়াম্না য়াম্না থাজনৈ। অদুগা যোগী অমনা মানা অপাম্বগী মতুংইন্না, সমাধিদা লৈগে নত্রগা লৈরোই হায়না হেক্তা ওম্বা অদুগুম্বা যোগী অদুবু, অবাংবা থাকী যোগীনি হায়না থাজনৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মতুং ইন্নদি থুংঅদগী অবাংবা থ'কী যোগীদি করম্বা যোগীবুনো? শ্রীমদ-ভাগবতকী তরোয়বদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মাগী মনাই উদ্ধবতা অসুম্না হায় মতু'দ—"জীব খুদিংদা লৈরীবা ঈশ্বর অদুবু মী অদুনা উরবা, অমসুং অদুগুম্বা ইবুংঙোদুবু রাথন্না, থাইনা অমসুং থক্তা পূজা তৌ-জরবা অমসুং নিংজরবা অদুগুম্বা মী অদু থুংঅদগী অবাংবা থাকী কীতম ওইরবা মীনি।"

চিংগী শুরুংদা অমসু' লাইকম'শিংদা ঐখোয়না Gods, goddesses কী idol শিং অমসুং saints পু উক্রগা god-vision উবগুম্না, ধর্মদা পুনাং চাওশিনবগী পুদম অমা ওইনা ঐখোয়না লৌনৈ। তৌ-ইগুম্বসুং, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না god-vision বু ঐখোয়দা করম হায়না খঙহন্নি, মতুংদি "বস্তু, পুম্বদা চপ, মান্নানা লৈবা, অদুগা পুম্নমক অসিনা মাঙপ্রবসু মাদি মাঙব' লৈতবা পরমেশ্বরবু উরবা মহাক অদু উরবনি (god-vision ওইরবনি)।" (গীতা ১৩।২৭) "পরমেশ্বর ঐবু পুম্নমক্তা উবা (god-vision ওইরব') অমসুং ঐঙোন্দা পুম্নমকপু উবা, মী অদুগী মরীদা ঐনা উদবা লৈতে, অদুগা মানসু ঐগী মরীদা উদবা খঙদবা লৈতে। (গীতা ৬।৩০)।"

## (দ) জগৎ-সংসার পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ভগমান-নি হায়না খঙহনবা।

ধর্মগী মায়কৈবোমদা য়েংবদা বেদদা অসুম্না হায়রী, মতুংদি "মিনা মচিন্দগী মিয়াং কামখোক্নকই অদুগা অমুকসু চিংশিল্লি, নাপী-শিংবী

আত্মা, মনা খোংনাং, ওঁ প্রণোব, গঙ্গা, মৃত্যু, বাক, স্মৃতি মেধা, ক্ষমা অসিনচিংবা concrete ওইবা পোংতা মতম্না abstract ওইবা ফাওবা, অমত্তা চোইথোক্তুনা, মখোয় থুদিংমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐনি হায়না গীতাদা কোংদোক্লি।" "জগৎ-সংসারদা লৈরিবা লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি হায়না খঙ্জনবসু ইবুংঙোগী যোগ মায়ানা কুপশিন্দুনা, পুম্নমকসি তোঙান-তোঙানবগুম্না, অমমম, ওইনা উহল্লি। (গীতা ৭।২৫)।"

অতৎপা লৈতনা চাওখৎলক্লিবা scientific knowledge না থিজিন-হুনজিনবদগী ঐখোয়না খঙ্লক্রে, মদুদি world গী তোঙান-তোঙানবা ওইনা (diversity) লৈরম্লিবা পুম্নমক অসি unity যোমদা অপুম অপুম অতৎপা লৈতনা চংশিনলকলি। থাজৈশেংবমকসু, scientific knowledge না থিজিল্লিবা অসি, phenomenal world গী তোঙান-তোঙানবা পোংশকপু ঐখোয়না উরিবা পোৎশিংসিগী underlying unity অদুবু থিজিনবনি। হায়বদি, মদুগী অমত্তা লৈনদবগুম্না, মপান্দা ঐখোয়না উরিবা phenomena গী মদুগী লৈমবা অদুবু থিজিনবনি। scientist শিংনা থিজিন-হুনজিল্লিবা পুম্নমক অসি প্রকৃতিগী মথুঙ্দা ঙংকনি, অদুগা প্রকৃতিদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy, law অমসুং system নি। Science না deal তৌরিবসি nature গী fixed and eternal law অদুদবুনি, nature গী maker (ঈশ্বর) অদুবুদি নত্তে। হায়রিবা natural law অসিদি ঈশ্বরগী interference অমত্তা য়াওদনা, মাগী তৌফম থোকপা থবক অদু fixed lawগী মতুংইন্না অদুম্মক তৌই। Science না থবক তৌবা হৌমলিবসু nature গী fixed law লৈবা অদুননি। Natural law না তৌরিবা থবক অদুদা, ঈশ্বর লৈবগী থুদম ওইনা interference অমত্তা তৌরক্তে হায়রদুনা, ঈশ্বর লৈতে হায়বদি য়াবোই, অমসুং ঈশ্বর লৈ হায়না খাজকবনা মীওইবগী কান্নদবনি, মরমগা অমাঙবনি হায়বসু য়াবোই। ঈশ্বর

লৈ হায়বা অসি faith কী (ধর্ম্মদা থাজবগী) বা ভাক্তা নত্তনা, scientific facts নন্থ support তৌরি। মন্থদি, অহিংবা জীবদা soul হায়না খঙ্নবা করিগুম্বা পোৎ অমা য়াওবদগী অহিংবা হায়বন্থ ওইরিবনি, অমসুং অন্থগুম্বা soul অন্থ য়াওদবদগী অশিবা হায়বা অন্থ ওইরিবনি হায়না উৎতুনা, অহিংবা অমসুং অশিবগী খেন্নবন্থ, soulগী মপান্না মীওোল্লা নিংখিজনা খঙ্হনবা ওম্মী। Soul লৈবনা মরম ওইতুনা অহিংবা হকচাংনা অসুম অসুন চাওবা হেন্নকলিবনি, অমসুং পাকল কনখৎলক্লিবনি। Soul য়াওদ্রবা হকচাং অন্থদি পৎতুনা পুমন্থনা মাঙ্খিনি।

Faith নসু ঐখোয়দা চুমলবনি হায়না নিংহল্লিবা অমসু লৈরী, মন্থদি god-তি অতৈ অমত্তা নৎতে spirit নি। ইচম্ চম্বা reasoning নসু ঐখোয়বু চুমলে হায়না নিংহল্লিবা অমসু লৈরী, মন্থদি god-তি spirit ভাক্তা নৎতে matter অমসুং energy স্ য়াওনা পুল্লপ পুনশিল্লবনি। মরম অসিনা creation হায়বা অসিনা খঙ্নবদি spirit না god কী হকচাংগুমনা শক্নাইহনলবনি (spirit materialised)।

মীওইবগী reasoning না অমুক্তা হেন্না খনহিল্লুবদগী ঐখোয়না হৌহিক্কি খঙ্লক্লে, মন্থদি matter গা spirit কা তিনশিল্লন্থনা ওইপ্রিবা life হায়বা অসিনা, পোৎচং অনিমক্তগী হায়বদি matter দগীসু অমসুং spirit ভগীসু superior ওইবা হেল্লি। ঈশ্বরনা মপান্দা উৎতুনা, phenomenal world দা ঐখোয়না উরিবা লেঙলি-পাল্লিবা পুমনক্তগী, মীনা খ্বায়দগী অৱাংবা থাকী ভীবনি, অন্থগা ইবুংঙোবু কংজবা য়াবা মূর্ত্তিমক ওইনা, মীগী মূর্ত্তিবু ইবুংঙোনা শেম্বীরবনি। মীওইবা ঐখোয় অসি কয়াদা লাইবক কঞ্জবনো? অসুম হায়না scientific evidence কা লোয়ননা খঙ্লক্লবা ময়াম অসিদগী ঐখোয়না হৌহিক্কি খঙ্লে, মন্থদি matter, energy অমসুং life অসি অমথক্তা ওইবা common

source তগী পুথোরকপনি। অদুগুম্বা common source অদুবু ধর্মনা ঈশ্বর হায়না খঙ্‌নৈ, অদুগা science না primordial Atom or Amoeba হায়না খঙনৈ।

Spirit-পু নৈল হায়না থাজদবা scientists, Atheists (লাই থাজদবা মী) অদুগা sceptics (ধর্ম য়াদবা) অদুগুম্বা কাংবুনা ফাওবা লাওবী, মদুদি মীওইবগী যাইফনবা অমসুং চাওখৎনবগীদমক্তদি, মীয়াম্মা খুন্নায়দগী হেন্না পুক্নিং চংশিনগদবনি।

চহি লিশিং-লিশিং কয়াগী মমাঙ্‌দগী হৌনা, ভারতকী মুনি ঋষি ফাওবনা য়ানরবা রাকননি, মদুদি universe অসি ঈশ্বরনা অহাঙ্‌বা অমত্তা থাক্তনা পীক্‌খ্রি, অদুগা universe অসিমক ঈশ্বরনি। মরম অসনা universe না ওইরিবা ঈশ্বর অদুবু পূজা তৌনবগী পোৎশক্কি হাযনা হায়রম্মী। World maintenance কীদমক অরাং-অনৌ, অচৌ 'পশক কবিমত্তা থেম্নবা ইমদনা duty তৌগদবনি হায়বগী মওংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা গীতাদ ফোংদোক্লে মদুদি "মতৌন্দগী থরায় পানবা পুম্নমক ওইরকপা, অমসুং মতাক্তা পুম্নমক্পু শানবা থুংলিবা ঈশ্বর মহাকপু মী অদুনা মশা মশাগী ওইবা কম্মনা মরম ওইদুনা পূজা তৌরগা সিদ্ধি ফাই। (গীতা ১৮॥৪৬)।" অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাওতাক অসিনা reason, science অমসুং religionবু মত (opinion) অমত্তা ওইনা তিনশিল্লি। তৌফিকী scientific world গী মীওইবা ঐখোয়দা মায়োক্নরিবা problem শিং অসিবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাওতাক অসিনা খুন্নায়দগী অফবা solution অমা পুরকপা ঙমগনি। মসিদনা মীওইবগী peace, prosperity অমসুং happiness পুরক্কবা পাম্বৈনি।

## (খ) ঐখোয় খুদিংমকসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী হকচাং পুম্নপকী শরুক মচেৎ-মচেৎ অমমম্নি হায়না খঙ হনবা।

ঈশ্বরদি infinite নি অমসুং Omnipresent নি হায়বা doctrine অসিদগী মথা তাথরকপা রাখল অমা ওইনা ঐখোয়না খঙলে,

মহুদি god না জগৎ-সংসার পুম্নমক অসিবু কুপশিন্দুনা লৈ, হায়বদি জগৎ-সংসারদা হিংলিবা পুম্নমক অসি ঈশ্বরগী হকচাং মখুঙ্দনি। ঐখোয় খুদিংমকসি ইবুংঙো মহাক্কী manifestation ওইবা ঙাক্তা নত্তে, ইবুংঙো মহাক্কী হকচাং মখুঙ্দা লৈদুনা হিংলিবনি অমসুং কোয়চৎ চৎলিবনি। Living organism অমগী cells, organs অমসুং limbs মযাম লৈবগুমনা, ইবুংঙোগী হকচাংগী part ময়াম ওইদুনা লৈরিবা ঐখোয় অসিসু অমগা অমগা অন্তপকী মতিক মরী লৈনৈ, মহাক্কী অমনা অমগী মথা পোন্দুনা পুন্নপ হিংমিন্নরি। যেদন অসি-গুম্বা থৌদো-পোৎশং অসিবু graph ওইনা যেকুনা তরা তরাংনা থাকদি, মহুদি universe কী মওং ওইনা ঐখোয়দা উহল্লিবা ঈশ্বরগী ডমৈথ লৈতবা হকচাংদা, ব্রাহ্মনশিংনা কোক্কী শরুক্কি, ক্ষেত্রিশিংনা পবাক্কী শরুক্কি, বৈশ্য-শিংনা চনীঙ্গী শরুক্কি, অদুগা শূদ্রশিংনা খোঙ্গী শরুক্কি। Christian-শিংগী Bible দসু অসিগুম্বা বাখল অসিগা চপ্ মান্ননা কোংদোক্লি মহুদি 'ঐখোয়গী হকচাংদা part ময়াম লৈবগুম', christ কী হকচাংদসু part ময়াম লৈ। ঐখোয় পুম্নমক ইবুংঙো মহাক্কী part মক্তনি, অদুগা ইবুং-ঙোগী হকচাং মপুং ফাহন্নবগীদমক ঐখোয় পুম্নমক্কী দরকারসু ওই, মরমদ ঐখোয় খুদিংমক্কী তোঙান তোঙানবা ইথৌসু লৈ। অমগী অমগা ওন্না অমনা পীদুনা অমসুং মতেং, পাংদুনা ঐখোই পুম্নমক পুম্না হিংনিংই।"

ঐখোয় পুম্নমক অমগা অমগা মরী লৈনদুনা ঐখোয় পুম্নমক হিং-মিন্নবনি হায়বা বাখল অসি য়াম্না simple ওইবা মীয়াম্না ঙঙ্নবা fact নসু confirm তৌরি। মহুদি, অতোপ্পনা শেংলকলবা, শারক্লবা চিঙ্গাক ঐখোয়না চায়, অদুগা ঐখোয়গী হিংবদা দরকার ওইবা পোৎ অয়াম্বসি অতোপ্পা মীনা পীরকপনি। অতোপ্পা মীগী বাখলসু ঐখোয়না লৌশিল্লি। থাংগৈশেংবমকসু মুম্না থিজিল্লবদি, ঐখোয়গী হকচাঙ, অসিসু অতোপ্পগী হকচাঙশিংগা অতৈপা লৈতনা অমত্তা ওইশিনথ। ঐখোয়গী নুংশাস্বর হোনবদগী থোকখিবা carbon dioxide gas সু

পাম্বীনা মাগী চিঙ্গাক ওইনা লৌশিল্লি, অদুগা মদু অমুক পাম্বীদগী cxygen ওইনা থোরক্লুনা animal না শিজিন্নৈ। মতৌ অদুগুম্বদুনা, animal না চাবা চাক্লবা হুন্দোকলম্লবা চিঙ্গাকী শরুকশিংদুনা vegetation ওইনা লৈপাক্তা হৌরক্লুনা, মী অমসুং ar.imal শিংগী চিঙ্গাক ওইনৈ। অসুম তৌদুনা matter না earth, air, plant, animal অমসুং men গী মহুত্তা অতুং-অথম লৈতনা ওন্থোক-ওনশিন তৌবসিনা মরম ওইদুনা, world দা লৈবা জীব পুম্নমক্কী life cycle ওইহল্লি। পুম্নমক অসিনা থক্তহল্লিববু, জীব পুম্নমক্কী হকচাং অসি অমগা অমগা য়াম্না মরী লৈনৈ, অদুগা unity অমংক্লদা ওইবগী থুদম ওইহল্লি।

গীতাদা অসিগুম্বা ফীভম অসিবু হয়া হয়া ফোংদোক্লুনা তাকলি, মদুদি জগৎ সংসারগী লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক ঈশ্বরগী হকচাংগী মহুত্তা চিংদুনা লৈমিন্নরনি। পুখন ওইনা হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা হায়খী, মদুদি "পরমেশ্বর ঐবু পুম্নমক্কা উবা অমসুং ঐদা পুম্নমকপু উবা মী অদুগী মমীদা ঐনা উদবা লৈতে অদুগা মাহাক্তু ঐগী মমীদা উদবা থদবা লৈতরে। (গীতা ৬।৩০)।" হাইকেংনা থোকখিবা দৃশ্য অদুবু উহনবা ওইনা সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্র মহারাজগী মমাংদা হায়রম্মী, মদুদি "লাই পুম্নমক্কী লাই ওইবা ঈশ্বরগী হকচাংগী মহুত্তা 'বিশ্ব জগৎ পুম্নমক মথল মথা কয়াদুক খায়দোক্লুনা মফম অমত্তদা পুল্লপ পুম্না লৈবত্তু অর্জুন-না উখি। (গীতা ১১।১৩)।" অর্জুন-না বিশ্বরূপ অদুদা প্রার্থনা তৌবদা হন্থুম্না হায়জখি মদুদি "হে দেব! নাংগী দেহসদা দেবতা পুম্নমক অমসুং অচং-চঙ্ক জীব পুম্নমক, পদ্মালগী আসনদা ফমলিবা ব্রহ্মা, ঋষিশিং অমসুং দিব্যসর্প খিবিক লোইনা উজরে। পাম্বোম ময়াম, পুক ময়াম, মায় ময়াম, মিং ময়াম পানবা অমসুং অমথৈ লৈতবা নহাকপু মায়কৈ পুম্নমক্তা উরি। অডগী অরোইবা, ময়াম অমসুং অহৌবা উবা উদরে। (গীতা ১১।১৫-১৬)।"

ঈশ্বরগী হকচাং মহুত্তা মশাং লাকপা ভমজবা জীবনা চিংদুনা লৈরীবা মতং অসি, separate and independent entity ওইনা,

কনাগীসু মতেং য়াওদনা মতোমতনা হিংজবা ওবা অহুত্থংগী কীতমসু নত্তে, পাত্র অমগী মহুংদা মুত,মচাময়াম লৈবগী কীতমসু নত্তে, living organism অমগী মহুংদা cell ময়াম্না unified ওইনা লৈবগী মতৌ-ঙম্বনি। Scientist James Jeans না ইবা "Physics and Philosophy" হায়বা লাইরিক অহুদা কোংদোকলিবা বাখল অচুগা অর্জুন-না বিশ্বরূপকী description পীরিবা অসিগা চান্নে। মহাকি মহাকী লাইরিক্তা অস্তুমা হায়বী "ঐখোয়না space and time কী মহুংদা লৈজনা বাখল তৌরবদি, ঐখোয়গী consciousness অসি particle picture অমগী তোংতান তোংতানবা individuals ওম্বনি। ঐখোয়না space and time কী মপান্দা লাক্তোকলবদি, ঐখোয়গী consciousness অসি থবায় পানবা অহিংবা জীব অমথঙ্গী মপুন্সি শেমনবগী পোৎয়ান-চল ওইগে। ঐখোয়না অহিংবা জীব ওইনা লৈরীবা কীতর অসি light অমসুং electricity গা লৈনরীবা মরী অহুত্থবনি। Space and Timeকী মহুংদা লৈবা অউবা পোৎনা (phenomenaনা) তোংতান-তোংতানবা অরৈবা individuals ওইবা য়াই। অদুবু মায়া মুমা খনজিন্দুনা space and time কী মপান্দা ওইরবদি, ঐখোয় পুম্নমক অহিংবা হকচাং অমথঙ্গী member ময়াম ওইবা য়াই।" মতৌ অসি-ঙমদুনা, G. G. Simpson, Paleo-ontologist না হায়, মহাকি "অহিংবা জীবগা মাগী অকোয়বদা লৈরীবা পুম্নমক্তা অমগা-অমগা মতেং, পাংথিনদুনা হিংথিরে অমসুং মখোয় পুম্নমক অমূক্তা ওইনা কোংদোকপনি।" Bentley Gloss, Biologist না ইবা "Science and Ethical Values" হায়বা লাইরিক অহুদা অস্তুমা হায়রী, মহাকি "মুমা খনজুনা য়েংলবদি, অহিংবা জীব পুম্নমকসি inter-knit মি অমসুং অমনা অমগী মখা পোন্দুনা হিংমিন্নবনি।" ঈশ্বরবু খুংশিনবা অমসুং গীতাবু পামজবা Emerson না বাকয় অসি মায়া কনা কোংদোকই, মহাকি "individual man খুদিংমক universal mind কী incarnation অমমনি।

Chemicai substance, plant অমসুং animal মখোয় খুদিংমক্না হেনগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা নায়বসিনা মরম ওইদুনা, মীওইবা ঐখোয়দা থঙ্‌হল্লি, মদুদি ঐখোয়না জগৎ সংসারদা উবিবা পুম্নমক তোঙান-তোঙানবা মওং অমত্তা মায়দনা উরবসু, অমথক্তংদগী থোরকপনি। Nature গী মফমদা valve অমমম, নত্রগা wall অমমম, অমগা-অমগী মরক্তা লৈহন্দুনা, অমগা অমগা তুবৎ কক্লদুনা, মসি লৈনদবা নত্তে। মদুগী মহৎতা, পৃথিবীগী ঈশিংনা সমুদ্র পুম্বা শম্লদুনা সমুদ্র অমথক্তা ওইবা, অদুগা tide সু অমথক্তা ওইবা অদুগুম্না, মী পুম্নমক্কী থম্মোইসু.দা অতোং-অথম লৈতবা ইচেল অমমা চেন্দুনা, ইবুংঙো মহাক্কী থম্মোই অদু পুম্নমক্কী থম্মোই ওইরক্লি।"

মথক্কী লৈনবীবা বাক্য অসিদগী ঐখোয়না চুম্লে হায়না লৌবা য়াবে, মদুদি জগৎ-সংসার পুম্নমক অসি ঈশ্বরনকনি। ইবুংঙো মহাক নত্তনা কনা অমত্তা লৈতে। য়াম্না অতোনবা বাহৈ থরনা হিন্দু ধর্মগী মরুওইবা teaching বু হায়বা তাবদি, ঐখোয়না অসুম্না হায়বা য়াই মদুদি পুম্নমক অমথক্তংগী মফমদা লৈবনি, পুম্নমক্না অমথক্তংদু ওইবনি।" World অসি ঈশ্বরগী manifestation অমা ওইবনা, অমসুং মদুগী মফমদা অহাংবা অমত্তা থাকুতন পীক থম্না ইবুংঙো মানা লৈবনা, য়াইফ-নিঙাই ওইবা নফমনি, অমসুং লাইগী মন্দির ওইবা অশেংবা ফমসুনি। মরম অসিনা, অসিগুম্বা world অসিগী অমসুং মদুগী মফমদা লৈবা মীওইবগী মশকশিংদমক, ঐখোয়না তৌফম থোকপা থবক্তি love, reverence অমসুং adoration নি। জীব খুদিংমক্তা essential divinity অদু য়াওরবনি হায়না লৌবনা ঐখোয়গী ধর্মগী খ্বায়দগী অৱাংবা থাক অদু ওইরবনি। শ্রীমদভাগবত্‌তা অসিগুম্বা মওং অসিমা খ্বাইদগী অফবা লাইনিংবগী মওংনি হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হায়রম্মী। গীতাদসু অসিগুম্বা পাওতাক অসি তোঙান-তোঙানবা বাহৈনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হম্না-হম্না হায়রম্মী, মদুদি "পরমেশ্বর ঐবু পুম্নমক্তা উবা অমসুং ঐতোন্দা পুম্নমকপু

উবা মী অহুগী মর্য়াদা ঐনা উদবা লৈত্তে অদুগা মানন্ন ঐগী মর্য়াদা উদবা খঙ্‌দবা লৈতত্রে। (গীতা ৬॥৩০)।" "পূম্নমকসি অমত্তনি হায়না থাজৈ-শেংনা চেংনা খঙলবা, লেঙ্‌লি পাম্লিবা পূম্নমক্তা লৈবা ঐবু নীংজরবা যোগীনা কর্ম্ম পূম্নমক তৌহুনন্ন ঐত্তোন্দা লেঙদনা লৈ। (গীতা ৬॥৩১)।" "বস্তু পূম্বদা চপ মান্নবা লৈবা,অদুগা পূম্নমক অসিনা মাঙপ্রবন্ন য়াদি মাঙবা লৈত্তবা পরমেশ্বরবু উরবা মহাক অদু উরবনি। (গীতা ১৩॥১৭)।" "অচৎ-চত্ত পূম্নমকী তোঙান তোঙান লৈরিবা অসিবু অমত্তদা লৈবনি, অদুগা অমত্তুদগী ময়াম পূম্নমক থোকপনি হায়না খঙবা মত্তম অদুদা ব্রহ্ম ফংই। (গীতা ১৩॥৩০)।"

লাইবক থীবনি, ঐখোয়না মত্তম কুইনদগী হৌনা heaven দা লৈবা ঈশ্বরত্তবু লাইনি হায়না থাজদুনা ইবুংঙো মাদবু পূজা তৌই, অদুগা world অমস্তুং মীবু ঈশ্বরনি হায়বা থাজদদুনা মখোয়বু থৌওইদে অমস্তুং পূজা তৌদে। মসিদগী ওইরকপা য়াবা ফলদি, মীংইবা ঐখোয়গী থবক্তী মায়কৈ খুদিংমক্তা মরায় চাইথরকপনি। ঐখোয়গী highest duty বু থৌওইদদুনা, হুন্দোক্তুনা থমলবদি, ঐখোই মীওইবগী অমস্তুং worldগী কগংলকপগী আশা লৈত্তে।

মীওইবা হায়বা অসি অবা-অনানা থন্না লৈবা, disease লৈবা অমস্তুং শিগদবা জীবা ওইবনা, imperfect নি হায়বা অসি অচুম্বনি। মসিনা খঙ্‌নবদি ঐখোয়গী world অসি থাজৈশেংবমক divine মক্তি নত্তে, অদুবু divine ওইরকপা য়াবগী মওংদি ওইবনি (potentially divine)। মসি লাইবক ফবা বানি, মরমদি পোৎ পূম্নমকসি perfect ওইরমলবনি ঐখোয়স্তু চপ্‌ তিংনা কম্বিমত্তা লেঙবা-ওৎপা য়াদবা, কম্বিমত্তা তৌনিংঙাই লৈত্তবা, অহিংবা নত্তবা শুম্না ওইরমগদবনি। World অমস্তুং ঐখোয় মীওইবা অসি imperfect ওইরবস্তু, perfect ওইনবগী থুদোং-চাবদি লৈবা মরম্না, ঐখোয়না হিংলিঙৈগী পূম্নিগী মসুচপা, ইশা ইত্তোম-ইত্তোমত্তগী হা নত্তনা, মী পূম্নমকী ওইনা, potential দগী actual ওইনবা, darkness দগী brightness ওইনবা, povertyদগী prosperity ওইনবা, weakness দগী strength ওইনবা, ignoranceদগী

knowledge ওইনবা, mutual indifference and hatred তগী iove and co-operation ওইনবা, selfishness তগী altruism ওইনবা, অদুগা ইকোন কোনবদা manhoodতগী divinity ওইনবা কন্না হোৎনদুনা, ঐখোয়গী পূন্সি অসিবু মতিকচাবা অকবা পূন্সি অমা ওইহনবা ঙাই। হায়রিবা অসি থৌরাংগী অরোইবা থাক্কী perfection অদু য়োংনবগী থাক থাক্কী ওইবা লম্বেলনি অমসুং মহুবু ফংবদি মী অদুগী হোৎনবগী মথা পোনি।

## (ন) মীওইবগী হায়রকম খঙদ্রবা অঙকপা অমসুং অথুপ্পনা থম্লবা রহস্যাগী মরমদা খঙহনবা।

Universe অসি অতৈ অমা নত্তে ঈশ্বরগী মতিক মগুণ অমসুং ত্তৌবা ঙম্বা শক্তি অদুবু (glory) ফোংদোকপনি, ইবুংঙোগী মমি নত্তে। ঈশ্বরগী মতিক মগুণ অদুম ফোংদোকপা তনা গীতাগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যনি হায়বদা কন্না হায়বগে? অদুগুম্বা মতিক মগুণ ফোংদোকপা অদুদা creation সু য়াওরবনি। অদুনি "তেজ লৈবা অমসুং শক্তি লৈবা বস্তু পূম্নমক ঐগী তেজগী পিক্রবা শরুক অমত্তংদগী ওইবনি। (গীতা ১০।৪১)" "মতিক মঙাল চাওবশিংগী মতিক মঙাল ঐনি। জয় ওইবশিংগী জয় ঐনি। (গীতা ১০।৩৬)।" "জীব পূম্নমক্কী মপুঙদবা মক জীব ঐনি। ঐ নত্তবা ওইবা যাবা অচংবা চত্তবা করিগুম্বা থবক পাম্বা অমত্তু লৈতে। (গীতা ১০॥৩৯)।" "জীব পূম্নমক্কী থম্মোইদা লৈবা আত্মা হায়বদু ঐনি। জীবশিংগী অহৌবা, ময়াই অমসুং অরোইবা হায়বদুসু ঐনি। (গীতা ১০॥২০)।" "ঐগী অংশ মচেৎ অমত্তুনা জগৎ পুম্বা পুদুনা লৈরিবনি। (গীতা ১০।৪২)।" "অহিংবা জীবশিংগী হিংনবগী মৈহু ওইদুনা, অদুগা হিংনবগী মুংশাম্বরদুগা অমত্তা ওইশিন্দুনা, ঐনা চিঞ্জাক মথল মরিবু জুমহল্লি। (গীতা ১৫॥১৪)।" শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শেমলিবা পোৎশিংসি ঈশ্বরগী মতিক মগুণনি হায়না থাগৎপত্তা নত্তুনা universe অসিমক

ইবুংঙো মশামক্তা অমত্তনি হায়না কোংদোকলি। মতুদি "পুম্নমক অসি বাসুদেবনি। "গীতা ৭॥১৯)।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী থৌজান কংজরদুনা, জগৎ সংসার অসি অত্তৈ কম্নিমত্তা নংলমত্রে, ইবুংঙোগী মতিক-মগুণবু কোংদোকপা অমনি হায়না তশেং-তশেংনা অর্জুন-না মীৎমক্তা উরবনি। "অর্জুন-না অমুক্তং মীৎনা য়েংথোকখিবদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী হকচাং মমুক্ত,দা universe পুম্নপ-পুম্না অমত্তা ওইনা, অতুগীসু মমুক্ত,দা অহিংবা-হিংদবা পোৎ পুম্নমক, চাওপ্রবা ব্রহ্মাদগীনা পীকপ্রবা তুমিৎ-কাং কাওবা, পুম্নপ পুম্না, অমত্তা ওইবগী মওংদা অমগা-অমগা মরী লৈনদনা, লৈবদু উরম্মী। (গীতা ১১॥১৩,১৫)।" "হে সর্ব্ব (পুম্নমক ওইবা)! নংগী মাঙদসু তুংদসু খুরুমজৈ, নংগী মায়কৈ খুদিংমক্তসু খুরুমজৈ। নংগী নতিক, মপান, নাইদে, নথৌনা চাংদমনিঙাই লৈতে, নংনা জগৎ শিনবা থুংলি। মরম অসিনা নহাক্না পুম্নমক্নি। (গীতা ১১॥৪০)।"

ঈশ্বরগী মতিক মগুণ অমুপকী মতিক য়ামপ্রে শিংথাবা ঙম্বা নত্তে, মফম খুদিংদা শীনবা থুংনা লৈবনি। মক্তুবা, ফজবা পোৎ পুম্নমক ঈশ্বরগী মতিক-মগুণবু কোংদোকপামক্তনি। থাজৈশেংনমক, জগৎ-সৃষ্টি অসিমক ঈশ্বরগী মতিক-মগুণনি। অসিগুম্বা বাখল অসিবু কোংদোকপা ওইনা, মীগী পুকনিংদা থুক লাওনা কাওহন্দুনা শ্রীরবিন্দ্রনাথ টেগরনা, শৈরেংদা অমুম্না হায়রী মতুদি "জগৎ সংসারগী হরাও কুম্মৈদ' য়াওননবা ইবুংঙোনা চানবিদুনা ঐগী বার্তুণ কংজরে। মরম অদুনা ঐগী পুন্সি অসি লাইরৈবাকী ওইবা য়াইকরবা মঙ্গুংঙাই অদু ওইদুনা, পুন্সিগী মহৈ য়ানজরে। অসিগুম্বা মঙ্গুংঙাইগী পুন্সি লেনবদা, ইবুংঙোনা ঐবু মাগী লোয়নবা অমা ওইনা পুবীরি। ইবুংঙো মহাক্না নিংথৌ পুম্নক্কী নিংথৌরেন ওইবনিনা, ঐগী থম্মোইবু শুনহংতুনা পুনকা-কাক্তিনবা ঙম্বা অদুগুম্বা ফজবা অদুনা মাগী ফজবা ওইদুনা, ইবুংঙোগী হকচাং পুম্বা ফজবতনা লৈতেংলি। হৌজিক্কী জগৎ অসি ঐনা থাদোকপা মতমদা, ঐগী অরোইবা কায়নবগী বাহৈ অদুতদি অসিনা ওইহনবীয়ু, মতুদি ঐনা খঙ্গুরীবা অমসুং উক্নবীবা অদুনা

পুন্নমক্কুগী পুনহেন হেন্নবনি। মপান নায়রবা সমুদ্রগুম্নবা মণ্ডালনা মকম খুদিংদা শীনবা থুংনা অমসুং পুমথন-থন্না লৈবগুম্না, করিগুম্বা অমত্তা অথাকপা লৈতনা ফুগাইনা শাৎলবা থম্বাল অমগী মমুঙ্‌দা লোৎতুনা লৈপ্রবা লৈহীবু, ঐনা মহাও তংবা ফংজরে। মতৌ অস্নুম তৌদুনা ঐনা লাইরৈবাকী য়াইফরবা মমুংতাই অদু ফংজরতুনা পুনশিগী মহে য়ানজরে।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ফোংদোক্লিবা মতিক মগুণ ময়াম অসি, ইবুংঙো মহাকী creation ওইবা মরম্না, তত্বনা শীক থল্লবা অথুপ্পা রহস্য লৈবা মতিক মগুণনক্কুনি। মসিনা খঙ্‌হল্লিবদি world অসিবুসু অদুগা মদুগী মমুঙ্‌দা লৈবা পোৎ পুম্নমকপুসু, মরু ওইনা অহিংবা জীব পুম্নমকপুসু, ইবুংঙো মহাক্না মুংশি, লুনা তৌই অমসুং মমল য়ানহল্লি। ঐখোয়না world অসিদা য়েংলিবা মীয়েং অসিদি ইবুংঙোগী মিয়েংগা তায়গুম্নবগুম তৌই। খুদম ওইনা হায়রবদ', ঐখোয়না লন্‌-থুম, পাঙ্গল, মুপা থোকপা থবক, লৌশিং, অদুগা মীওইবগী পুন্সিগী দরকার ওইরিবা পোৎ পুম্নমকপু, তুক্কচরবা মীয়েঙ্‌দা য়েংবা অসি, ঐখোয়গী হৈনবা ওইনা তৌই। তৌইগুম্নসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মখোয়শিং অসিগী মতিক মগুণবু খাগৎতুনা নুংঙাইজবদগী হেন্দোকপ্রতুনা, ইবুংঙো মশাগক্না মখোয় খুদিংমক্কা মশা অমত্তুনি হায়না ফোংদোকলি। মসিদা ঐখোয়না ভক্তিতাই করিমত্তা লৈতে, মরমদি ইবুংঙো নহাকী নুংঙাইজনবগীদমক universe অসিগা ফোয়না, জীব পুম্নমকী হৌজিক ওইরীবা পুন্সি মরেন অসিবু লেন্নবা শেম্বীরবনি। মরম অসিনা, ইবুংঙোনা মখোয় পুম্নমক অসিবু, মপাদা, মমাদা, মপুবোক্তা, মরুপ্তা, লাইরিক লাইগু হৈবদা, ইঞ্জিনিয়ারদা অমসুং থুৎ-শা হৈবা মীদা মুংশিগদবা মনুংশি, অদুগুম্বা মুংশিবীবা অসি মহৌশানা ওইফম থোকপনি। তত্বনা শীক থল্লবা অসিগুম্বা রহস্য অসিবু তাকথোকপগা লোয়না-লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অর্জুন-দা হায়রী—মদুদি "নহাক অসি ঐগী চেৎনা চান্ন-বনি। (গীতা ১৮।৬৪)"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী creation ওইরীবা অমসুং সুংঙাইনবম ওইরীবা world অসি, ঐখোয়গী অরাবম অমসুং খুদোংথিনবগী মফম ওইকম থোক্কে। ঐখোয়না মসিবু হরাওনবম অমসুং সুংঙাইনবম ওইবা মফম ওইনা লৌগদবনি।

ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খাঙ্গেমক শেংনা সুংশিন্নবদি, ইবুংঙো মহাক্না সুংশিন্নীবা পুম্নমকপু ঐখোয়না সুংশিগদবনি। ঐখোয়না worldবু সুংশিগদবনি, অমসুং ঐখোয় ইশামকী আত্মাবুসু অদুগা অতোপ্পা মীশিংগী আত্মাবুসু সুংশিগদবনি।

ইবুংঙো মশানা লৈনরবা world গী ফজবা, অমসুং মথং মনাও নাইনা করিমত্তা কায়দনা থোকহিবা থৌদোক পুম্নক ভগিবু উরগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না সুংঙাইজরি অমসুং পেঙ্গরি। ঐখোয়নসু ঐখোয়না হিংলিঙৈগী পুন্সি অসিদা, স্বধর্ম ওইবা duty বু ভমজ-ভনজবা শক্তিনা পাংথোক্তুনা, লোকসংগ্রহগী সেবাদা য়াওশিন্দুনা ইবুংঙোগী সেবা মতোল লোমহনসি। ঐখোয়গা লোয়নদুনা লৈশিন্নরীবা জীব পুম্নমকী অবাবা কেংকনবা হোৎনদুনা, অমসুং মখোয়গা লোয়ননা সুংশিননা, চান্নবা অমসুং হরাওনিন্ননা লৈশিন্নদুনা ইবুংঙোগী সুংঙাইজবদা য়াওশিনসি, পুম্নমক্না সুংঙাইবসি ইবুংঙোগীসু সুংঙাইবনি।

## (প) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অথোইবা অব্যক্ত, হায়রবদি অথোইবা ফোংদোক্তবা ওইবা জীভমগী মরমদা খঙ্‌হনবা।

মীওইবগী পুন্সি অসিদা খ্বায়দগী হেন্না মগুণ লৈবা পুন্সি ওইনবা থিজনবা অসিসু, religion গী মরু ওইবা পাক্কম অমনি। পুন্সিগী মগুণবু অহেনবা অমসুং হন্থবা হায়দুনা অনিথোক্না খায়দোক্নবা থিবসিনক অরুবা থবক অমনি। অসিগুম্বগী অক-কত্ত মথায়দোক্কী মতৌ অসি গীতাদা য়ান্না হৈ-শিংনা, লালহৈত্রবা অমসুং শোয়ত্রবা মওংদা ( in-fallible ), distinction, comparison অমসুং contrast কী

মত্তেংনা উৎত্নুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মীওইবা ঐখোয়দা থম্ভ্রক্লি। থুদম ওইনা হায়রবদা faith, knowledge, austerity, sacrifice. অদুদগী হেন্নোকপ্রদুনা devotion ফাওবা য়াওনা, ধর্মগী মায়কৈগোমদা থল্লু-রবদি, মখোয়সি অফবা থবক্তগা লোয়নগনবা চাক্কুনি হায়না ঐখোয়না খাঙ্গরবস্তু, মখোয়সি মী পুম্নমকগী স্বাভাব অমস্তুং ওইখোরক্লিবা থবক-থৌওংগী মতুংইন্না, সাত্বিক ওইবস্তু যাই, রাজসিক ওইবস্তু য়াই, নত্রগা তামসিক ওইবস্তু যাই। মসিদস্তু নত্তনা গীতাদা দৈবী সম্পৎ (trans-cendental nature) অমস্তু আসুরী সম্পৎ (demonical nature) কী খেন্নবা, ত্যাগ, অমস্তু সন্যাসগী খেন্নবা, দান অমস্তু কর্মগী ফল থাদোকপগী খেন্নবা, পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অমস্তুং অতোপ্পা লাই ময়াম্না খেন্নবা, অমস্তু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অব্যক্ত অমস্তুং অথোইবা অব্যক্তগী খেন্নবা (differentiation between un-manifestation and higher unmanifestation of supreme god) ফংদনচিংবা তাগাইনা তাক্লি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অথোইবা অব্যক্ত, হায়বদি চথোইবা ফোংদোক্কবা ওইবা কীতনগী মরমদা (higher unmanifestation) গীতাগী অধ্যায় ৮ শুবগী শ্লোক ১৮দগী ২১ ফাওবদা তাকলি। মথুদি—

"ব্রহ্মাগী নোংচুপনবা হায়বদু হেক ওইবদা, ফোংদবা অব্যক্তনগী অফোংবা মশক পানবা ব্যক্ত ওইবা পোৎ পুম্নমক থোরকই, অদুগা ব্রহ্মাগী অহিং হেক ওইবদা অব্যক্ত ফোংদবা মফমদা অমুক হিনখি (গীতা ৮॥১৮)"

"হে পার্থ! মখোং লাকপা চৎপবা জীবশিং অসিনা হন্না হন্না পোক্লগা হিক্লোকপা য়াদনা ব্রহ্মাগী অহিং ওইরক্লবদা অব্যক্তদা হিল্লি, অদুগা ব্রহ্মাগী নুংথিল অমুক ওইরবদা অমুক থোরকই (গীতা ৮।১৯)"

"তৌইশুম্বস্তুং হায়রবা অব্যক্ত অসিদগী তোপতোপ্পা মাওংবা নাইত্রবা, ফোংদোক্লবা মতৌ ওইবা অমস্তুং অচৎ-চত্ত পুম্নমক্ক মাঙখ্রবদা মহাক্কদি মাঙবা নৈত্রবা অসিগুম্বা অব্যক্ত অসিবু অক্ষর (মাঙইনবা

ৎমত্রবা) হায়নসু থঙ্নবা অতুমক পরমগতিনি হায়নৈ, কনাগুম্বনা মকম অতু কংলবদি সংসারদা অমুক হল্লক্ত্রবা ঐগী পরমধামনি। (গীতা ৮।২০-২১)”

মথক্কী শ্লোকশিং অসিদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক্না অখোইবা অব্যক্ত অতু (Higher unmanifest) ইবুংঙোমক্নি হায়না তাকলি। তৌই-গুম্বসুং অব্যক্ত মথক অনি শুবা মরম্না, অনিসিগী মমুংদা করম্বনা অখোইবা অব্যক্তনো, অতুগা করি মরম লৈতুনা অমনা অমদগী হেল্লিবনো হায়বগী মরিদা authority শিংগী মত থরা থেল্লে। থুদম ওইনা হায়-রবদা, authority শিংনা মা-মাগী মত পীনরি, মতুদি অব্যক্ত অতু সৃষ্টি কর্তা ব্রহ্মাগী subtle body নি, হায়বদি হিরণ্যগর্ভবু কার্য্যব্রহ্ম (থবক্কী মশক ওইবা ব্রহ্মা) ওইনা লৌতুনা হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মাগী subtle body নি হায়না লৌই। Authority অমনা হায়রী, মতুদি অব্যক্ত অতু প্রকৃতিনি। অতোপ্পা authority অমনা হায়রী, মতুদি thought না শাবা পেংৎশক নাইদবা অব্যক্তনি। অতোপ্পা Authority অমনা অব্যক্ত মথক অনি পুখোক্নুনা হায়রী, মতুদি মথক অমনা পাপ চেল্লিবা জীবশিংনা চঙ্নুনা লৈবা ময়াবা অব্যক্ত, অতুগা অতোপ্পা অব্যক্ত মথক অমনা মীচম্না থঙবদা ময়েগদবা, সিদ্ধতম্ব হায়না থঙ্নবা super cosmic ওইবা অব্যক্তবুনি, অতুগা পাপ লৈত্রবা জীবতনা মতুগী মমুক্তদা চংবা য়াই।

মথক্কী শ্লোকশিং অসিদা অব্যক্ত মথক অনি পল্লি, অতুগা লোইন-লোইননা হল্লিন-হল্লিন্না থোকপা থোদোক অনিসু পল্লি। মতুদি ব্রহ্মাগী নোংঙানবদা cosmos থোরকপা, অতুগা ব্রহ্মাগী অহিংদা cosmos মাঙ্খিবা। থোদোকশিং অসিদগী ঈশ্বরগী লৈরিবা কাঙম মতা মথক অনি থোরকলে। মতুদি অমনা evolution হায়বদি universe য়াওবা ঈশ্বর, অতুগা অতোপ্পা অমনা involution হায়বদি universe য়াওদবা ঈশ্বর। ঈশ্বরগী লৈরীবা কাঙম মতা অনি অসিদগী, অখোইবা অব্যক্ত

অমসুং হন্নবা অব্যক্ত মথল অনিসু থোরকপা মশানা তাবনি। মথল অনিমক অব্যক্ত হায়না মমিং থোন্নী, মরমদি মথোয় খুদিংমক্তা spiritনা অব্যক্ত ওইনা, হায়বদি কোংদোক্তুনা অদুম্মক য়াওরি। অদুবু করম্বা মথলনা অথোইবা অব্যক্তনো, হায়বদি state of evolution অমসুং state of involution অনির্সিগী মমুঙ্দা, করম্বনা অথোইবা অব্যক্তনো ?

ঐখোয় অয়াম্বনা খাজনৈ, মতুংদ খ্বায়দগী চাওবা অনথক্তা ওইবা ঈশ্বরদি absolute অমসুং Imperishable ওইবা pure spiritনি। মহাক শ্রীকৃষ্ণ ভগবান নত্রগা Jesus christ নত্রগা Allah নত্রগা Jagadamba গুম্বা মমিং লাইবা হকচাং লৈবা য়াদে। অদুমদি ওইরগা, অদুগুম্বা হকচাং অদু মীওইবগী senses অমসুং intellect না খঙ্বা ঙমকদবা, চুম্রোইদবা non-material অমসুং ethereal গুম্বা অমনি।

ঐখোয়না খঙ্ই, মতুংদ "ময়াম ওইরগে ঙ যেনা নিঙলকপা মতমদা ঐদগী জগৎ-সংসার অসি ওইরকই।" গীতাদসু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অসুম্মা হায়রী মতুংদ "পূম্নমক অসিগী পোক্লকসু ঐনি, অসুম্মা তিন্নকমসু ঐনি। (গীতা ৭।৬)।" শ্রীমদ্ভাগবতকী হৈহান হাপ্পা হৌবা বেদান্ত সূত্র "জন্মাদ্যস্য যতো" না মীওইবা ঐখোয়দা খঙ্হল্লি মতুংদ "তাইবংপানবা পুম্নমা ইবুংঙো মঙোন্দগী পোকই, মঙোন্দা হিংদুনা পাল্লি। অমসুং মঙোন্দা তিল্লি। (ভাগবত ১।১।১)" "The absolute truth is that from whom everything emanates।" সংসারিকী ওইবা বাখল্লা ঐখোয়না খাজে, মতুংদ কনাগুম্বা মী অমনা মাগী অপাম্বা পোকলক্লবা, হায়বদি মাগী মুংঙাইনবগীদমক মীগী মতেঙ্ পামতুনা মীতুগী মথা পোন্নক্লবদি, মহাকী মতিক মগুণ হন্থবক্লবনি। অসিগুম্বগী বাখল অসিদা ঐখোয়না খল্লুরবদি, Absolute unmanifested spirit না মহাকী মুংঙাইনবগীদমক জগৎ-সংসার সৃষ্টি তৌরকপা মতমদা, ইবুংঙো মাগী মতিক মগুণ হন্থরকখম থোকই। মনা

অশেংবদা অতোপ্পা ধাতু অতৈ য়ানশিল্লবদি সনা অশেংবগী মগুন হঙ্গরকই। মতৌ অদুগুম্নদুনা, Impure universe কা পুন্না তিনশিন্নদুনা ওইখিবা ঈশ্বরনা, Impure universe য়াওদবা ঈশ্বরদগী মগুণ হঙ্গরককম থোকই। অদুবু, গীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না তাকপিরীবা অসিদদি, মথক্তৌ ঐথোয়না খল্লিবা বাখল অসিগুম্বসিদগী ওন্নতৈনবনি। মদুদি manifested নত্রগা evolved state of god (spirit plus universe) না potential or unmanifested state of god তগী (spirit without universe তগী) অপোইবনি। মরমদি মথক্তৌ গীতাগী শ্লোক (৮৷২০) তা হায়রী মদুদি অচৎ-চক্ত পুম্নমক্কা মাঙ্‌থ্রবদা Higher unmanifested অদু'দ স্থকমাং মাঙ্‌দে। মসিদগী ঐথোদনা শেংনা খঙ্‌লে, মদুদি অচৎ-চক্ত পুম্নমক্কা লোয়ননা লৈবা মতম অদুদা Higher unmanifested কী ফীভম মতা অদু ওইবনি, অদুগা অচৎ-চক্ত পুম্নমক অদুনা স্থকলৈ লৈত্রবা মতম অদুদা Lower unmanifested কা ফীভম মতা অদু ওইবনি। হায়রীবা ফীভম অসিবু অমুক্তা হেন্না চুমলে হায়না গীতাদা মথাগী শ্লোকশিং অসিনা থোংদোকই। মদুদি "মসাগী মমুভদা অমত্তা কায়থোক্তনা অচৎ-চক্ত পুম্নমক্কা লৈবা অদুগা অচৎ-চক্ত পুম্নমক্তৌ নুংদা লৈবা থুংনা মানা লৈবা অদুগুম্বা ইবুংঙো অদু পরম পুরুষনি। গীতা ৮৷২২)।" "অচৎপা জীব অমম্ভুং চৎতবা পোং পুম্নমক্তৌ মনুংদম্ভ মপান্দস্থ মহাক্তা লৈ। অচৎপম্ভ চত্তবম্ভ মহাক্তি। Material senses না মাবু উবা অমম্ভুং খঙবম্ভ ঙমদে। মহাক অসি ওহোক্তা লাপ্পা লৈরবম্ভ, পুম্নমক্তৌ নাকমক্তদা লৈ। (গীতা ১৩৷১৫)৷"

Universe অসি য়াওবনা ইবুংঙোগী divine glory হেনগৎহনবা নত্রবম্ভ, universe অসি লৈবনা ইবুংঙোগী divine glory লৈ হায়বা অদু ঐগোয়না খঙ্‌বা ঙম্মী। বাখল অমরোমদম্ভ, অব্যক্ত অনিমক infinite ওইবা মরম্না, infinite অনিথকপু করম হায়না চাংদম্নদুনা, অমনা Higher unmanifestation, অদুগা অমনা Lower

unmanifestation ওইরম্লিবনো? করিগুম্বা তৌদবা য়াদ্রবা চাং-দম্নবা তারবস্থ, elementary rules of mathematics কী মতুং ইন্না "God plus His creation" না "God without His creation" দগী চাওবা হেল্লী। অদুগা, Living body না individual soul দগী চাওবা হেনক্ষম থোকলে।

মীওইবগী সংসারিক ওইবা বাখলগী মতম্দা থম্লিবস্থ, world লৈরবা মতমদা ওইবা ফীভম অদুগুম্বু মীনা খঙ্নিংবগী বাণি। world লৈ-রবাদ মীশু লৈরে, কারবু কনানা থম্লগদৌরিবনো? মরম অসিদগীনি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মী ওইবগী মঙ্গলগীদমক্তা spiritual sky অমসুং material sky অনিমক, অর্থাৎপা অমত্তা লৈতনা, মসুং-মপান ফাওনা অমসুং পুম্নমক কোনশিন্দুনা ফোংদোকখিব universe of Infinity অদু পরম পুরুষনি (supreme godhead) হায়না তাকপিরী। অদুগুম্বা ইবুংঙো অদুবু পুক্নিং অমন লোইনদুনা একান্তিক ভক্তিনা মরম ওইদুনা ফংবা ঙমই হায়না তাকখিরী। মরম পুম্নমক অসিনগী ঐখোয়না খঙ্লে, মসুদি spiritual অমসুং material নাতনা, অচৎ চত্ত পুম্নমক পুম্নমক কোনশিন্দুনা (all inclusive) অদুগুম্বা ওইনা অব্যক্ত ওইবা মতমদা Higher unmanifested কী ফীভম ওইরে, অদুগা অদুগুম্বা Higher unmanifested অদুনা ব্যক্ত ওইবদা (manifested state) supreme godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ওইরে।

## (ক) খোইদগী চাওবা ঈশ্বরগী মরমদা খঙ্হনবা।

গীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অদৈত লাইময়ামগী ইবুংঙোগী চাং-দম্নদুনা, ইবুংঙোনা খোয়দগী চাওবা ঈশ্বরনি হায়না ফোংদোকখি। মসুদি "মখল মখলগী অপাম্বনা জ্ঞান খঙ্হনবা মীশিংনা, মশা মশাগী স্বভাবনা নমহুংতুনা অপাম্বা ফংনবগীদমক অচৎপা নিয়ম ঙাক্লুনা অতৈম্বা

দেবতাশিংদা চংজৈ। (গীতা ৭।২০)।" "অদুগুম্বা অপংবশিংনা ফংলিবা মহৈ অদু মাঙ্.বা নাই। মরমদি দেবতাশিংবু পূজা তৌবনা দেবতা ফংই। অদুগা ঐবু নীঙ্.বা ঐগী ভক্তশিংনা ঐদবু ফংজৈ। (গীতা ৭।২৩)।" "হে কৌন্তেয়! অদুগুম্বা ভক্তশিংনা অতোপ-অতোপ্পা দেবতাশিংবু শ্রদ্ধাগা লোয়নননা পূজা তৌরিবদু অচুম্বা বিধিদি ওইত্রবসু, ঐবু অদুম পূজা তৌবনি। (গীতা ৯।২৩)।"

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক্তা অতোপ্পা লাই পূম্নমক্কী খ্বায়দগী চাওবা অহেনবা ঈশ্বরনি হায়না মীওইবদা খঙ্.হল্লিবা অসিগা, হৌজিক্কী মতমগী religious leader খরনা মখোয়না অতোপ্পা religous leader শিংদগী চাওবা হেল্লি হায়না হ'য়রগা মায়বগুম তৌই। তৌই-গুম্বসুং, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী intetion দি মদু নত্তে। মরমদি, গীতাগী মফম অতৈদা ইবুংঙোগী বিভূতিশিংগী মরুওইব খরা তাকপগা লোয়ননা, লাই খরদি মশামক্তি হায়না তাক্লি। খুদম ওইনা জীব পূম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবা আত্মা, সূর্য্য দেব, চন্দ্রদেব, ইন্দ্রদেব, মন, চেতনা, কুবের, অগ্নিদেব, শঙ্কর, ওঁ, স্নাখোংনাং, কামধেনু, বরুণদেব, যমরাজ, মৃত্যু, ক্ষমা, জীব পূম্নমক্কী মাঙ্.দবা মরু বীজ অসিনচিংবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি হায়না তাকলি। অসুম হায়না তাকপসিগী অরোইবদা খঙ্.হল্লি, মদুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশ মচেৎ অমত্তনা জগৎ পুম্বা পুদুনা লৈরিবনি। (গীতা ১০।৪২)।"

মথক্কী লৈনরীবা বাকম অসিদগী ঐখোয়না খঙ্.লে মদুদি, পোৎ মপুম অমগী মচেৎ খুদিংমক্তা পোৎ মপুম অদুগা লৈনরীবা মরী অমসুং ওইরীবা কীভম অদুগুম্বা, মচেৎ ওইরিবা লাই, মী, অহিংবা জীব অমসুং হিংদবা পোৎ পূম্নমক্তা মপুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা লৈনরীবা মরী অমসুং ওইরীবা কীভম অদুগা অমত্তনি। হায়বদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না খ্বায়বগী চাওবা অমসুং পূম্নক পূমকোন কোনশিনবা principle of life নি। খ্বায়দগী চাওবা ঈশ্বরদা পূম্নমক য়াওরে, করিগুম্বা অমত্তা

য়াওনবা লৈতে। Supreme god তা universe য়াওরে, lesser god শিংদদি universe য়াওদে। Supreme god মশামক্না entire creation ওইরে, lesser god শিংনা মচু ওইদে। লায়রবা মীদা লক্ষ্মী লৈতে, অপঙবা অমসুং লাইরিক লৈতবা মীদা সরস্বতী লৈতে, অশোনবা মীদা জগদম্বা লাই লৈতে, খুৎশা লৈতবা মীদা বিশ্বকর্ম্মা দেব লৈতে, তৌইওসনসুং মথোয় পুম্নমক অসিগী মরুওইদসু নপান্দসু, খ্বায়দগী চাওবা supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না শীনবা থুংনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না খ্বায়দগী চাওবা supreme personality of godhead নি, মরমদি ইবুংঙো মশামক্না self-identify তৌদুনা তাকলি, মহুদি ইবুংঙো মহাক spirit তাক্তা নত্তে, life, matter অমসুং flesh শু য়াওরবনি।

হন্দবা লাই পুম্নমকসি পূজা তৌবদা মতিক চাবা লাইমক্তনি, অদুমনি ওইরগা, মদুদগী ফংলকপা ফল অদুদি মচেৎনি, ভরথৈ লৈবনি অমসুং মতম কুইনা চৎতেবনি। অদুগা অমরোমদসু, হন্দবা লাইবু পূজা তৌবগী থৌরম অদুদা নিয়ম, বিধি অমসুং মন্ত্র থীবদা খজিক্কুং কায়বদা, মন্ত্রগা মী অদুগী পুকচেল খজিক্কুং শেংদ', অফবা ফল ফংবদি লায়রদুনা, মাঙনবগী মশক অমা ওইগনি। মরম অদুদগীনি ললগী মবেম্মা লক্ষ্মী দেবীবু পূজা তৌবদা পূজাগী বিধি, নিয়ম খজিক্কুং কায়বদা, মী অদুনা ফল ফংবদি লায়রদুনা, মীদুগী মাঙনবগী মশকনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খ্বায়দগী অচৌবা ঈশ্বরনি হায়না নিঙদুনা পূজা তৌবসু, ইবুংঙোগী মরু ওইবা ফীভম-মতৌ পুম্নমকপু (all his important aspects) নিংশিংদুনা পূজা তৌত্রবদি, করিমত্তা কাম্নবা ফংলোই। হায়বদি মমাংলৈকগী চৎনরক্লিবা heaven দা লৈবা ঈশ্বরবু পূজা তৌবা অদু তাক্তা নত্তনা (not only traditional and conventional worship of god in heaven), মী অদুনা হিংলিলৈগী পুন্সিদা তৌরিবা professional duty গী থবক অদুবুসু, ঈশ্বরবু পূজা তৌবা

অমা ওইনা অমসুং ঈশ্বরগী মশক ওইবা সমাজ কল্যানগীদমক্তনি হায়না থন্দুনা, থবক অদু সেবাগী ভাবতা পাংথোক্কদবনি।

ভক্তশিংগী পম্মোয়রুংদা দরশন পীদুনা মুংঙাইহল্লিবা, অমদি শক্লেন্নহা ওইদুনা মমাল্লবা শক্লেন্নহা অতোপ্পশিংগা কেকু-লোংপী শান্নদুনা মুংঙাই-মিন্নরীবা অদুগুম্বা ফীভম ঙাক্তা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দি। মহাভারত লান্দা অর্জুনগী দোলাই থৌবা শাদুনা, অমুতগী মশক ওইবা গীতাবু তাকপীরিবা অদুগুম্বা ফীভম ঙাক্তা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি। মর্ত্যলোককী বৃন্দাবন্দা লৈবী গোপীশিংগা রাস লীলা শান্নমিন্নদুনা হরাওমিন্নবা অদুগুম্বা ফীভব মতা ঙাক্তা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি। গোকুলদা লৈবা নন্দ মহা-রাজ অমসুং যশোদা মহারাণীগী মচা ওইনা উহন্দুনা, মথোয়বু হরাওহনবা অদুগুম্বা ফীভম-মতা ঙাক্তা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি। মাগী divine energy, natural law অমসুং system ওইনা মকম থুদিংদা শীনবা থুংনা লৈদুনা করিমত্তা অকায়বা লৈতনা অমদি মীচং-মিথাং নাইদনা, মতম পুম্নমক্তা লেঙদুনা জগৎ-সংসার অসিদা থবক তৌদুনত্তা লৈরীবা অদুগুম্বা ফীভম-মতা ঙাক্তা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি। নারায়ণগী মূর্তি লৌদুনা সক্লোম ঙাক্তনা ওইবা সমুদ্রদা Head quarters ওইদুনা, মাগী remote control গী মতেঙ্না, world অসিবু সাসন তৌরিবা অদুগুম্বা ফীভম-মাতা ঙাক্তা নত্তে শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি। জীব পুম্নমক্কী মপা, মমা, অমসুং মরুপ ওইরীবা অদুগুম্বা ফীভম-মতা ঙাক্তা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি। অহিংবা জীব পুম্নমক্তা, লৈ-মদা, নাপী-শিংবীদা, মুঙদা, থবানমিচাকতা, পোনা ফবগী থবক্তা, self-sacrificeকী থবক্তা, শম্ম হায়রবদা, material অমসুং spiritual world গী মমুঙদা অথাকপা অমত্তা য়াওদনা পুমকোন কোনশিন্না, পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শীনবা থুংনা লৈরীবনি। মরম অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান নত্তনা করি-গুম্বা অমত্তা জগৎ-সংসার অসিদা লৈত্তে। মরম পুম্নমক অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না supreme personality of godhead নি। গীতাদা

য়াওরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মরুওইবা পাওতাকতি "জগৎ-সংসার পুম্নমকসি ঈশ্বরনি হায়বনি।" হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক্তি জগৎ-সংসার অসি।

The universe (Both spiritual and material) = God ( Shri Krishna Bhagavan, the supreme personality of godhead)

হৌজিক্কী মতমদা মীয়াম্না থাজনৈ, মহুদি god না spirit নি অদুগা world না হকচাংগী কায়াৎ অমদগী শৌগৎলকপা ইচম চম্বা পোৎ অমগুম্বনি। অসিগুম্বা থাজবা অসিগী ওম্ন-তৈনবদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না তাকলি, মহুদি ইবুংঙো মহাক spiritual অমসুং material পুম্নমক পুমকোন কোনশিল্লবা universe নি, ইবুংঙো মহাক হকচাংগা কোম্নবা অহিংবা জীব হায়বা অদুনি, অমসুং ঐখোয়না চাগ্রিবা চিঞ্জাবপু তুমহল্লিবা শক্তি অদু ইবুংঙো মহাক্তি। (গীতা ১০॥৪২, ৮॥২২, ১৩॥১৫, ১৫॥১৪)। মরম অদুনা, ঐখোয়না ঈশ্বরদি spirit ডাক্তনি হায়বা বাখল অদু তোক্তুনা, হকচাং য়াওবা অহিংবা জীব হায়বা অদুনি হায়না খনসি। মরম অসিনা ঈশ্বরদি স্বর্গতদা লৈবনি হায়বা বাখল অদু থাদোক্তুনা, স্বর্গ অমসুং পৃথিবী পুম্নমক পুমকোন কোনশিন্না, মক্ষম খুদিংমক্তা লৈবনি হায়না খনসি। অসিগুম্বা বাখল অসিগী মওং অসিনা ধর্মগী চৎনবা অদু কোক্তুনা religion গা science কা মপুং ফানা co-operation লৈহল্লি। মরমদি অসিগুম্বা বাখল, অসিনা ধর্মনসু science নসু ফংগে তাল্লিবা লমথুংকম অদু অমথক্তদা চপ, মান্নহল্লি। হায়বদি অনিমক্কী লমথুংকম অদু মীওইবগী, সমাজগী অমসুং জগৎ-সংসার পুম্নমক্কী পুমকোন কোনশিনবা মুংঙাই-য়াইফনবা ওইহল্লি।

Extra cosmic ওইবা, supernatural ওইবা অমসুং বৈকুণ্ঠতদা লৈ হায়না খনবা ঈশ্বরবু থাজদবা অদুগুম্বা scientist শিংনা, হৌজিক্তি মীওইবগী অমসুং জগৎ-সংসার অসিগী (all inclusive) মওং ওইবা অদুনা ঈশ্বরনি হায়বা অদুদা কোক-নোম্না খুৎনলে। মীওইবগী

হিংলিভৈ পূন্সিদা থাজৈশেংনমক খোকলিবা অমসুং ওইরীবা ধর্ম অস্তুতবু scientist শিংনা থাজৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা, জ্যোতিষ শাস্ত্রদা কাওরবা Fred Hoyle না ইবা লাইরিক "Man and Materialism" হায়বা অন্থদা অস্ত্রা হায়রী, মঙ্গদি মরু ওইবা ধর্ম অয়াম্বগী হৌরকফম থিদোকপদা ঐখোয়না খঙ্‌লে, মঙ্গদি—মখোয় অসি অমগা অমগা মত মান্নদনা উরবস্থু, মখোয়গী নীতিদি (Tenets) চপ, মান্নবা common aim অমথক্তদগী খোরকপনি, হায়বদি মীওইবগা universe কা মশা অমত্তনি হায়বা aim অসিদগী খোরকপনি। Christian শিংনা হায়রী, মঙ্গদি ঈশ্বরগী মূর্ত্তিগা মান্ননা মী শেম্বনি। ঈশ্বরগা universe কা মশা অমত্তনি হায়বা বাখল অসিদগী ঐখোয়না খঙ্‌লে, মঙ্গদি universeকী মপান্দা মীওইবগী বাখল্লা লাম্বা কংদবা করিগুম্বা অমা লৈ হায়বা অসি তোকপা চুবলে। universe অসিগী মহুংদা লোয়নমক, অথাকপা অমত্তা লৈতনা য়াওরবনি অমসুং infinite ওইবা ঈশ্বরনি।

20th Century গী কাওরবা Scientist Albert Einstein না হায় মঙ্গদি "মীওইবা ঐখোয়গী হিংলিভৈগী পূন্সিদা মুমিং খুদিংগী খোক্লিবা খোঁদোক্তগী খঙ্‌লকপা অমা লৈ, মঙ্গদি মীনা হৌজিক পোক্তনা হিংলিবসি অতোপ্পা মী অমগীদমক্তনি।" Chardian না ইবা লাইরিক "The future of man" হায়বা অন্থদা অস্ত্রা গায়বী মঙ্গদি "জগৎসংসার পুম্নমকী মঙ্গলগীদমক্‌নি হায়না পূক্লিংদা থম্মুনা মীনা থবক তৌবনা অৱাংবা থাক্তা কাখৎলক্তনি হায়না থাজরবদি, পৃথিবীদা লৈবা থবক শুবা মী পুম্নমকী থম্মোয়সুংদা অমৌবা energy গী ইফুৎ অমা পোরকনি।" Dr. Harry Emerson Fosdick না হায়, মঙ্গদি "ঈশ্বরদি অসুপকী মতিক চাওই মঙ্গদি ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু খঙ্‌ননবা হোংনবসি symbol গী মপাক্তনা বাখল্লা খঙ্‌বা ভন্মী, অদুগা মহাক অসি ঐখোয়গা খ্বায়দগী নক্তনমু লৈ। করুবা, লুংশিবা, পুকচেল শেংবা অমসুং অচুম্বগী ওইবা থবক-থৌদৌ অমসুং পোংশক থুদিংমক্তা

ঈশ্বরগা নক্নরে হায়না ঐনা থাজে। ঐখোয়না মী অমদা ঈশ্বর কদায়দা লৈবগে হায়না হংবদা, মী অহুগী ওহাক্তংগী বাখল অহু থক্তা লৈবা থবান্ নিচাক্ লোমদা য়েংথংতুনা থল্লকই। তৌইগুম্বম্মং, ইবুংঙো মাদি মীওইবগী পম্মোয়মুংদা লৈবনি হায়না থঙ্গনি। ঈশ্বরদি মুংশিবনা ওইবনি, অহুগা মুংশিবগা লোয়নরীবা মী অহু ঈশ্বরগা লোয়নরবনি। খ্বায়দগী লায়ত্রবা অচূথ্বা ৱাদি অসিনি, মহুদি—মুংশিবনা মীহুগী পুন্সিদা ডানখোক্লক্লবা মতমদা, মহাক্না Divine বু থঙ্লবনি।" Religion না খ্বায়দগী অকবা হায়বা অহু ওইহনগে হায়রবদি অমুম হায়না re-organise তৌগদবনি, মহুদি spiritual অমসুং material য়াওরবা universe অসি, মরু ওইনা মহুগী মনুংদা লৈবা নৈওইবসি, practical purpose গীদমক পূডা তৌবদা মতিক চাররা ঈশ্বরগী স্বরূপনক্নি।



( অহানবা মথুম লামায়দগী চৎথরকপা )

**Scientist** শিংনা অতৎ-অথম লৈতনা হৌজিকস্থু **research** তৌদুনা থিরীবা, **One Underlying Unity** অদুস্থুনি; ব্রহ্মসংহিতাগী অহানবা শ্লোক্তা হায়বিবা "অনাদিবাদির্গোবিন্দ" হায়রিবা অদুস্থুনি; গীতাদা (৭॥১৯) "বাস্থদেবঃ সর্ব্বমিতি" হায়না ফোংদোক্লিবা অদুস্থুনি, মর্ত্তলোকী বৃন্দাবন্দা নবীন মদন ওইনা মীওইবগী মপোক্তা পোক্লুনা মহাবাস শান্নরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অদুস্থুনি; বৈষ্ণব, সাধু, ভক্ত, গোস্বামীশিংনা **spiritual atmosphere** গী মনুঙ্দা লৈবা গোলোকবৃন্দা বন্দা স্থকলেঙ্ লেঙ্দনা শ্রীমতি রাধারাণীগা লোয়ননা লৈ হায়না খঙ্নবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান **The Supreme personality of God head** অদুস্থুনি। মবম অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ নাম শ্রদ্ধাগা লোয়ননা শোনবতন', কলিযুগকী মীওইবগীদমক্তদি, সাধন অতৈ তৌকত্রবস্থু মুক্তি ফংগনি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-চবনবু ফংগনি।

শ্রীকারাম গৌরকিশোর সিংহ

লাইনিং লম্বেল

( **System and Path of Religion** )

**Vol. II**

থুনা ফোংজরগনি ॥